# অসমীয়া সাহিত্যৰ ইতিহাস



বিৰিঞ্চিকুমাৰ বৰুৱা





সাহিত্য অকাদেমি

এন্দপেপরদা নমলিবা স্কন্নচর অসিদা বুদ্ধগী অপোকপী মায়াগী মগু নিংথৌ সুদ্ধোধনগী মফমদা তুংগী য়া খঙবা নুপা অহমনা অর্থ হনবা উৎপনি। মখোয় অহমগী মখাদা মখোয়না হল্লিবা অর্থ অদু ইশিনবা-মী অমা ফমলি। ভারত্তা লাইরিক-লাইন্ড ইবগী লমদা অয়েকপা লাই ওইনা ফংবা ইহান হানবা রেকোর্ড মসিনা ওইবা য়াই।

নাগার্জুনকেনীন্দদগী (খৃষ্টগী অনাশুবা চহীচা) ফংবো নেশনেল মিউজিয়ম, নতুন দিল্লীনা য়াবিদগী

*Asamiya Sahityagi Ithas* Manipuri translation by E Chandra Singha of the same title in English by Birinchi Kumar Barua Sahitya Akademi, New Delhi 1995 Price : Rs 80.00

অহানবা ফোঙবা ১৯৯৫
ISBN 81-7201-883-5

সাহিত্য অকাদেমি
রবীন্দ্রভবন, ৩৫ ফিরোজশাহ রোড, নতুন দিল্লী ১১০ ০০১
লাইবিক যাংযাম
স্বাতী মন্দির [illegible] নতুন দিল্লী ১১০ ০০১

অফিস মশা
জীবনতারা ভবন, ২৩এ/৪৪ এক্স, ডায়মণ্ড হারবার রোড, কলকাতা ৭০০ ০৫৩
গুণ ভবন, ৩০৪ ৩০৫, আন্না সলাই, তেযনামপেট, মাদ্রাজ ৬০০ ০১৮
১৭২ মুম্বাই মারাঠী গ্রন্থ সংগ্রহালয় মার্গ, দাদার, বোম্বাই ৪০০ ০১৪
এডিএ, রঙ্গমন্দির, ১০৯ জে সি রোড বাঙ্গালোর ৫৬০ ০০২

মমল ৮০ টাকা




ফটোটাইপ
ইনটেক প্রিন্ট সিসটেমস
৪১ লেনিন সরণী, কলকাতা ৭০০ ০১৩

খনখা
পেলিকান প্রেস
৮৭ বি বি গাঙ্গুলী ষ্ট্রীট, কলকাতা ৭০০০১২

# হিরম লামায়

## অহানবা-তাঙ্কক
## আসাম অমসুং অসমীয়া লোন

ভারতবর্ষগী মনুংদা লৈরিবা হৌজিক আসাম হায়না খঙনরিবা লমদম অসি পৌরাণিক যুগতা (মহাকাব্যগী) প্রাগজ্যোতিষ হায়না খঙনরম্মী। অৱাংবা থাক্কী অরিবা সংস্কৃত সাহিত্যদা খুদম ওইনা কালিদাসকী লাইরিকশিংদা প্রাগজ্যোতিষ অসিবু কামরূপ হায়নসু কৌরম্মী। কামরূপ হায়না মীংগৌথিবগী ইহান হানবা অফংবা কোরিকোম্পাক্কী চেজন (Epigraphic record) দি খৃষ্টগী চহীচা মঙা শুবদা পাল্লম্বা সমুদ্রগুপ্তগী এলাহাবাদতা লৈবা নীংশিংখুদমদা হকত্তুনা ইরম্মীবা (Inscription) অসিনি। ময়াই ওইবা যুগকী আসামগী ভৌগলিক ধর্ম্ম ইতিহাসকী মরমদা ইবা কালিকা পুরাণ (তরাশুবা চহীচা) দা প্রাগজ্যোতিষ নত্রগা কামরূপকী য়েক্তুনা তাকপা ভৌগলিক শক্তম উবা ফংঙি। যোগিনী তন্ত্রনা কামরূপকী ঙমখৈবু অসুম্না উৎলি মর্দুদি

"নেপালস্য কাঞ্চনাদ্রিম ব্রহ্মপুত্রস্য সঙ্গমম্
করোতোয়াম সামরাভ্যা যাবৎ দিক্রভাসিনীম্
উত্তরস্যাম কানজাগিরি করোতোয়া তু পশ্চিমে।
তীর্থশ্রেষ্ঠ দিকসু নদী পূর্ব্বস্যাম গিরিকান্যাকে
দক্ষিণে ব্রহ্মপুত্রস্য লক্ষভাঃ সঙ্গমভাধে
কামরূপা ইতি খ্যাতঃ সর্ব্বশাস্ত্রেষু নিশ্চিতঃ।"

"নেপালগী কাঞ্চন চীংজাওদগী ব্রহ্মপুত্রগী ইতিনফম ফাওবা, করোতোয়াদগী দিক্রভাসিনী ফাওবা, অৱাংলোমদা কানজা চীংজাও, নোংচুপ লোমদা করোতোয়া, নোংপোক লোমদা দিকসু, খারোমদা লাকসা অমসুং ব্রহ্মপুত্রগী ইতিনফম ফাওবা। মসিগী মনুংদা কোল্লিবা চীংজাও কয়াগী মচানুপী অসিবু শাস্ত্রপুম্বদা কামরূপ লৈবাক হায়না কৌরি।" মরম অসিনা থায়নগী কামরূপ অসিনা হৌজিক লৈরিবা আসামদগী হেল্লা পাক-চাওরম্মী। হৌজিক্কী লৈরিবা জিলাশিংতা নত্তনা অৱাং বঙ্গ পুন্নমক হায়বদী কোচবিহার, রংপুর, জলপাইগুড়ি অমসুং দিনাজপুর পুন্নমকপু য়াওনা কোনশিল্লম্মী।

লৈবাক অসিগী হৌজিক্কী মিং আসাম হায়বসি ইনৌ নৌনা থোনখিবা মিংনি। খৃষ্ট চহীচা ১৩ শুবগী অহানবা তাঙ্ককতা ব্রহ্মপুত্র তমপাক্তা লান্দারক্তুনা চঙলকপা অহোম নত্রগা শান-শিংগা মসীগা মরী লৈনৈ। অহোমশিংগীমরক্তা হায়নদুনা লাকপদি হৌজিক্কী মিং অসি "অসমা" হায়বদি চাংদম্মনিংঙাই ওইদবা নত্রগা "মপা লৈতবা" হায়বাশিদগী লাকপনি। মখোয়না তম্পাক অসিদা লান্দারকপা মতমদা লৈবাক অসিদা লৈরম্বা উপজাতীশিংনা মখোয়দা ৱাহৈ অসি শীজিন্নরম্মি। মসিনা তাকপদি লানঙম্বা অহোম কাঙবুবু মখোয়না য়াম্না কিবনা থাগৎলম্মী অমসুং মখোয়গা য়ানদুনা লৈবাক অসিদা তিম্ননা লৈমিন্নখি। ডাঃ বাণীকান্ত কাকতিনদি "অসমা" হায়বদি "মপা লৈতবা" হায়বা ৱাহৈ অসি অরিবা ৱাহৈ অসম'দগী কাইনথন্দা সংস্কৃত ৱাহৈদা হন্দোকনা ইরমগনি হায়না হায়। তাই লোনদা ৱাহৈ মরু (root) "সমগী" অর্থদি

"মায়থিহনগদবা" হায়বনি। মসিদা তেখাও (অসমীয়া) লোনগী মাঙতপ (prefix) "আ" তোপশিল্লবদি 'আসাম' নত্রগা 'অসম' ওই অর্থদি মাযথিদ্রিবা" নত্রগা "মাযপাক্লবা"। মায়পাক্লবা (জয় ওইরবা) শিংগী মমিং অসি মতমগী মতুং ইন্না লৈবাক অসিদা কৌথিবনি হায়বা বাফমসু অমনি। বেডেন পাওয়েলনদি হায়বি—"আসাম হায়বা মীং অসি বোদো বাহে "হা কোম" হায়বদি অনেম্বা নত্রগা লৈতেম মান্নবা লম-হায়বসিদা লংজিল ফংবা য়াই।

মহাকাব্য অমসুং পুরাণগী মতুংইন্না আসামদা থায়না অহানবা খুন্দারম্বা মীওইশিংদি নিষাদ, কীরাট, চীনা, অমসুং অতোপপা উপজাতিশিংনি। মখোয়বু পুন্না ম্লেচ্ছ অমসুং অসুরহায়না খঙনরমই।

ভাষা বিজ্ঞান (linguistic), অমসুং মীজাংকী বারম বিজ্ঞান (ethnographic) না পীবা প্রমাণ অমদি লৈবাক অসিগী লমখরগী থায়নগী মিংশিংনা তাকলি—মদুদি আসামগী য়েলহৌঙেদগী লৈরকপা মীশিংনা মোনক্মের শাগেগী ইন্দোচীন লোন লোল্লম্মী অমসুং মসি শ্মিথকী মোত মতুং ইন্নদি অষ্ট্রিক কাঙলুপকী লোন মশা অমনি। অষ্ট্রিক লোন লোনবা কাঙলুপ অসি আসামদা করম্বা মতমদা লাকখি হায়বদুগী চপচাবা মতম খঙবা ঙমদে। অদুন্নদি ওইরগা কাঙলুপ অসি খৃষ্ট পোর্কাত্রিঙৈ চহী চা কয়াগী মমাঙদা চঙলক্লম্বা শোয়দনা ওইগনি অমসুং মদু শোয়দনা নোংচুপ লোমদগি আর্য্য শিংনা চঙলকত্রিঙৈ চহী কয়াগীমমাংদা ওইগনি। আসামগী জাতিশিং শাগংপদা অষ্ট্রিক লোনবা মঙ্গোলীয় কাঙলুপ অসিনা কয়া য়াম্না শৌগংলম্বা হায়বদুদি থনবদা য়াম্না বানা থোকই: অদুন্নদি ওইরগা আসামগী হৌজিক লৈরিবা সংস্কৃতিগী লমদা, চংনবী কয়াদা অমসুং লমচং শাজংতা অশেংবা কয়াদু উবা ফংঙি।

ইন্দোচীন-শিংনা মথংদা লান্দারকপদা মখল মথেল তিব্বতীয়-বর্ম্মা লোন লোনবা মী কাংবু কয়া য়াওরকখি। লান্দারকপা মীওইশিং অসিগী হৌরকফমদি ইয়াংসিকিয়াং তুরেলগী মনাক্তা লৈবা লম অমসুং অরাং নোং চুপ চীনগী হোয়াংহো তুরেলগী তোর্ব্বানদনি। মফম অদুদগী মখোয়না ব্রহ্মপুত্র, চিন্দুইন অমসুং ইরাবতী তুরেলগী ইরিল মতুং ইন্না লাক্তুনা ভারত অমসুং ব্রহ্মদেশতা চঙখি। আসামদা চঙলকতুনা লান্দারকপশিংনা ধুবড়ীগী মনাক্তা ব্রহ্মপুত্র তুরেলনা থা মচেংশানা কোল্লিবা লমদা লাকখি। খুদোং চারবা মফমসিদগী খরনা খা-রোমদা চথখিদুনা অহানবদা গারো চীং অমসুং টিপরা চীং লৈবাক লৌশিনখি। অতোপ্পা কাঙলুপ অমনা কপিলী তমপাক অমসুং য়ুম থংনবা আরাং কাছাড়গী অরাংবা লমদমদা কাখংখি। অদুবু মখোয়না গারো চীংগী মরক্তা লৈবা হৌজিক্লা খাসি অমসুং জৈয়ন্তিয়া চীং হায়না খঙনরিবা চীংজাও অসি খুদুম চনগে তৌদা মায় পাকখিদে। মরম আসিনা মফম অসি হৌজিক ফাওবা য়েলহৌঙেগী অশেংবা মোন-ক্মের শাগে-মীওইশিংগী য়ুমফম্ ওইদুনা লৈরি। অতোপপা তিব্বতীয় বর্ম্মা কাঙলুপতি ব্রহ্মপুত্র তমপাকী মথক লোমদা তুংদুনা লৈখিরম্মী অমসুং খারোমদা চংথখি। মখোয়না নাগা চীং লৌশিনখি। নাগা কাঙলুপ হায়না খঙনরবা লোন লোনবা চমন্নরবা (মশীং থিঙমদবা) উপজাতীশিং অসি মখোয়গী মচা মগুশিংনি। অতোপপা মায়গেদা লান্দাবা কাঙবু খরদি চিন্দুইন অমসুং ইরাবতী তুরেলগী মথক থংবা তোর্ব্বান্দা খুন্দাখি অদুগা তপ্পা তপ্পা তৌদুনা আসামগী খা মাইগেরোমদা চঙশিন লকখিদুনা লুসাই (মিজো) চীং, কাছাড়, মণিপুরগী লমদম খরদা অমসুং নাগাচীংদা খুন্দাখি। আসামদা খুন্দাখিবা তিব্বতীয়-বর্ম্মা কাঙলুপকী মনুংদা বোড়ো উপজাতিশিংনা মতম অমদা খ্বায়দগী মশীং হেন্‌লম্মী অমসুং খ্বাইদগী মরু ওইবা আর্য্য নত্তবা কাঙলুপকী মীরোল ওইরম্মী। বোড়ো কাঙলুপকী মনুং চনবা উপজাতিশিংদি কোচ,

কাছাড়ী, লালুং, ডিমাছা, গাড়ো, রাভা, ত্রিপুরী, চুটিয়া অমসুং মোরাননি। হৌজিক্কী কামরূপ জিলাগী নোংচুপ মায়কৈদা লৈরিবা বোড়োশিংবু য়ুম থংনবা হিন্দুশিংনা মেক হায়না কৌই। মসিগী ৱাহে অসি সংস্কৃত ৱাহে ম্লেচ্ছ হায়বদগী য়েৎনা তোৎনদুনা শেমদোকপা মাল্লি। কামরূপ জিলাগী মনুংদা অমসুং নোংচুপ মায়কৈদা লৈরিবা বোড়োশিংবু কাছাড়ী হায়না কৌই। কাছাড়ী হায়বা ৱাহে অসিগী মৈয়ৌরোনগী মরম্দা যাম্না কুপ্না থি-হুমদুনা য়েংগ্রে। ওইবা য়াবা অমনা সংস্কৃত ৱাহে "কিরাট" হায়বসিগা লেংমান্নবা চৎপা ৱাহে, লোনচৎ "কক্কতা"গা মরি লৈনরমগনি হায়বসিনি।

ভাষা বিজ্ঞান (লোন-কাঙলোন) না উৎপা প্রমাণগী মতুংইন্না মতম অমদা বোড়োশিংনা হৌজিক লৈবিবা লৈবাক অসি খাসি অমসুং জয়ন্তিয়া চীং য়াওদনা মণিপুর অমসুং নাগা চীংগী নোংচুপতা লৈবা লম পূম্নমক য়াওনা কোনসিল্লম্মী। অওইবামক্তি মখোয়না লৈবাক অসিগী মশক নাইবা পোৎখরদা মিং থোল্লম্বা অসিনি। বোড়োশিংনা আসামদা শেংরিবা তুরেলগী মিংথোল বোড়ো লোন থোনখিবনি। মখোয়না য়েলহৌঙগী অষ্ট্রিক লোনদা থোল্লম্বা তুরেলশিংগী মিংবু মাংনপ "ডি" হায়বসি মখোযগী লোন্দা ঈশিং-হায়বসি হাপচিন্দুনা অমুক হন্না শেমদোকলম্মী। খুদম ওইনা হায়বদা বোড়ো ৱাহে "ডি" অষ্ট্রিক লোন হোং (ইশিং) গী মাংনপ ওইহন্দুনা ডিহোং হায়দুনা শেমলম্মী মশিমক তুরেল অসিগী হেন্না লিবা মতমগী মিং ওইরম্বা য়াই।

বোড়োশিংনা মখল মখলগী উপজাতিশিংগী মিংথোন্দা চুটিয়া, কাছাড়ী, কোচ অমসুং অতৈ অতৈ মিংথোল লৌদুনা আসামগী শরুক অমদা নত্রগা অমদা য়াম্না খুৎকন পাঙ্গল্লবা লৈবাক মতম মতমদা শেমখি। চহিচা কয়াগী মতুংদা বোড়োশিংবু নোংপোক মায়কৈদগী অচৌবা "তাই" কাঙলুপকী অহোমশিংনা অমসুং নোংচুপ মায়কৈদগী আর্য্যশিংনা মপাল্লোমদগী য়াম্না হেন্না কল্লবা পাঙ্গলনা নমথখি অমসুং মখোয়গী মশা পোনখি।

ইতিহাসকী লমায়দা "তাই" নত্রগা শান কাঙলুপ অসি য়ুনানদা ইহান হান্না ফংঙি। মফম অদুদগী মখোয় বর্ম্মাগী মথক থংবা মায়কৈদা য়ুম হোংখি। খৃষ্ট চহীচা ৬ শুবদা মখোয় অসি র্খায়ুনানগী চীংজাওশিংদগী শেউলী (Sheweli) তমপাক অমসুং থংনবা লমশিংদা য়ুম হোংখিদুনা খুন্দাখি। খৃষ্ট চহীচা ১৩ শুবদা মখোয়গী মরক্তগী আহোম কৌবা উপজাতি কাঙলুপ অমনা লান্দাদুনা আসাম খুদুম চনখি। অদুগা অতোপপা শান উপজাতি কাঙলুপপু খোঙ্গুল লিরক্লবা লম্বী য়াৎলম্মী। মখোয় অদু নোংপোক আসামগী শরুকতা খুন্দাদুনা লৈরিবা খামতি, ফাকিয়াল, নর অমসুং আইতানিয়াশিংসিনি।

আর্য্যশিংনা ব্রহ্মপুত্র তমপাক্তা করম্বা মতমদা লাকখিবগে হায়বদু ময়েক শেংনা পুথোক্পা ঙম্বা ৱানা থোকই। অদুম্নদি ওইরগা আর্য্যশিংনা আসামদা লান্দারক্লুনা নত্রগা য়াম্না তপ্না ঈংনো য়াম্না ঙল্লিঙৈদগী হৌনা খুন্দাবা হৌখিবনি হায়বসিদা চীংননিঙাই লৈতে। আসামগী সংস্কৃতি অমসুং লাম্মীগা আর্য্যাবর্ত্তগা লৈনরম্বা মরীগী খ্বাইদগী অরিবা লংজিলদি রামায়ণ অমসুং মহাভারত্তা ফংঙি। আর্য্যশিংনা লৈবাক অসিদা শিন-থুংনা খুন্দাবগী মতাংদা নরকী[১] ৱারী অসি থোইদোক্লা নিংশিংবায়াই। অৱাংবা শাগেগী আর্য্যশিং হায়বদি ব্রাহ্মণ, কায়স্থ অমসুং কলিতাশিংনা আসামদা খৃষ্ট হৌরকপদগী লাকখি অমসুং খুন্দাদুনা লৈখি হায়বসি অরিবা নুংদা হক্লুনা ইবা নীংশিং খুদম কয়ানা উৎতুনা তাকলি। নিধনপুর কোরী কোম্পাক্তা ইরম্বা রেকোর্ডতা নিংথৌ ভূটি বর্ম্মণ (খৃষ্ট চহীচা ৬ শুবা) না মখল কয়াগী 'গোত্র'[২] কয়া অমসুং 'বেদশাখা'[৩] কয়াগী ব্রাহ্মণ চন্নীদগী

হেনবনা অগ্রহারা[৪] তৌদুনা বৈদিক ধর্ম্ম চাওখৎনেবা অমসুং লাইরিক লাইশু চাওখৎহন্নবাগীদমক লম পীদুনা থুন্দাহনখিবগী ব্রা য়াওরি। মখোয়না লৈবাক অসিদা থুন্দাদুনা লৈবতা নত্তনা হান্না লৈরম্লিবা য়েলহৌমীশিংবু মখোয়গী লৈন্তাক মখাদা থমদুনা আর্য্যধর্ম্ম চৎহল্লম্মী। আর্য্যদা ওঙ্খোকপা অমসুং চেকশিন্না লৈন্তাক্লবগী পরম অসিদা আর্য্যশিংনা লৈরম্বা উপজাতিশিংগী মিং ফাওবা আর্য্য শাগেগী মিংদা ওঙ্খোকলম্মী। অসুম্না কোক (Koc) হায়না খঙনবা হান্নগী উপজাতি অমবু আর্য্য শাগে ওঙ্খোক্লুনা মদুদা আর্য্য ওল্লবা কাছাড়ী, মিকির, লালং অমসুং অতোপ্পা উপজাতি য়েলহৌমীশিংবু য়াওহনখি।

লৈবাক অমগী লোনশিং নৈনবা, অমসুং সংস্কৃতিগী ইতিহাসকী শক লাকপদা লৈবাক অদুগী ভৌগলিক শক্তম য়াম্না মরু ওইনা চংঙি। মহৌশাগী আসামগী ম্যাপ য়েংলুরগা ব্রাফম অসি ময়েক শেংনা তাকই। আসামগী মায়কৈ অহুমদা মখল মথেল কয়াগী তোঙান তোঙানবা জাৎ অমসুং লোন লে.নবা কাওবুনা কোয়শিল্লী অদুগা চৎথোক চৎশিন তৌবদা য়াম্না লায়না থোকপা লম্মেল লৈবা চীংজাও কয়ানা আসামবু অতৈ লৈবাক্তগী তোঙাম্না তাহল্লি। থায়নদগী হৌজিক ফাওবা চীংলম্বীশিং অসিনা আসাম, বর্ম্মা, তিব্বত, ভূটান, চীনাগি ললোল ইতিক তৌবগী অমসুং সাংস্কৃতিক লমগী চৎথোক চৎশিনগী লম্বী ওইদুনা লৈরি।
লৈবাক অসিগী ময়ায়দা চেল্লিবা ব্রহ্মপুত্র তুরেল অসি আসামগী ভৌগলিক শক্তমগী শং-শং উবা মশক অমনি। থাইন মমাঙদগী হৌনা তুরেল অসিনা লৈবাক অসিগী মরু ওইবা লম্বী ওইদুনা আসামগা বাংলা অমসুং ভারতকী শরুক অতৈগা শমজিনহল্লি। আসামগী পাক্লবা তমপাকপু মাগী ঈশিং ইচাওনা লৈহাও চেলহল্লম্মী অমসুং ফৌথোক মরাং কাইহল্লম্মী। ব্রাফম অমদা হায়রবদা তুরেল অসি নীল তুরেলনা মিশরদা তৌবগুম আসামদা হিংণবা ঈ পীরিবনি। আসামগী ইতিহাস অমদি সংস্কৃতি পুম্বা ব্রহ্মপুত্র তুরেলগা য়াম্না ফজনা মরী লৈনৈ। মহৌশাগী খুৎশেম্নসু মসিদা লৈরিবা মীশিংবু য়াম্না চানবী। অদুনা মখোয়না নোংমগী চয়াগীদমক য়াম্না ব্রানিঙাই ওইদে। মমাঙদা ব্রহ্মপুত্র অমসুং লৈবাক অসিগী অতোপপা অচৌ অচৌবা তুরেলশিংগী লৈঙোয় শেক্তাদা সনা ফাওবা ফংলম্মী।

১। নরক বিদেহ লৈবাককী আর্য্যগী নিংথৌ জনককী অয়োকপা মচানূপানি। জনকনা অঙাং অসিবু কোনুংগী নিংথৌ মচাশিংগা মান্ননা চহী তরাতবুক শুবা কাওবা য়োকলম্মী। নরকনা কোনুংগী নিংথৌ মচাশিংদগী খুৎশু খুৎলোই লাল্লোং অমদি 'তাইশিল্লবগী মহৈদা য়াম্না হেনদোক্লা হৈ শিংলম্মী। মরম অসিনা অয়োকপা মপা জনকনা অঙাং অসিবু য়াম্না কিরম্মী মরমদি অঙাং অসিনা নোংমদি মাগী মচাশিংদগী লৈবাক অসি মুনখিদুনা সিংহাসন কাখিবা য়াই হায়না। নরকী মমা কত্যায়ণীনা অরাবা তাবগী ইহৌ ফংলদুনা জনকী শঙায়দগী লোম্না চেল্লকতুনা গঙ্গা তুরেন তোর্বাম্দা লাকখি। মদুদগী মখোয় অনী ঈশিং লম্বীদা প্রাগজ্যোতিষপুর (হৌজিকী আসাম) দা লাকখি। মতম অদুদা আসামদা মঙ্গোলীয় কাঙলুপকী কিরাটশিংনো লৈবাক অসি পালম্মী। নরকনা লাম্বী কাঙলুপ অমা শেম শাদুনা কিরাটশিংগী মথক্তা লান্দারম্মী অমসুং মাল্লপাকতুনা আসামবু খুদুম চনখি মতুংদা নরকনা ব্রাহ্মণশিং অমসুং অরাংবা শাগেগী আর্যাশিংবু বিদেহ লৈবাকতগী পুরকতুনা লৈবাক অসিদা হিন্দুগী চৎনবী অমসুং ধর্ম্মবু শক খঙহলখি।
২। হিন্দুগী গোত্র (ইমুং)।
৩। বেদগী মপা ময়াম।
৪। ব্রাহ্মণশিংদা ধর্ম্মগী মতুং ইন্না লম কৎপা।

ভৌগলিক মচল ময়াম অসিনা মরম কয়ামুক্তা অসমীয়াসিং অৱাং-অপা, শেমগৎ শাগৎপদা মতেং ওইখি। ব্রহ্মপুত্র তমপাক্কী পাক্লবা লমদম অসিগী মীহৌহনবগী শুণ অমা লৈ, মসিনা য়ুম থংনবা লৈবাকশিংদা লৈরিবা মীওইশিংবু কৌরকতুনা মফম অসিদা পুরকখি অমসুং খুন্দাহনখি। চেনশিল্লকপা মীওইশিং খুদিংমক্তা লোয়ননা মখোয়গী সংস্কৃতি অমদি চৎনবী কয়া পুশিল্লকতুনা লৈবাক অসিগী কৃষ্টিদা তীনশিনখি। চানথক্লবা মরাং কায়না ফংবা অমসুং হকচাং ফবা হৃবা-নুংশিৎ অসিনা চীংমী অমসুং তম্মীশিংবু য়াম্না চমজবা, পুক্চেল তপচবা, খজিক্তদা য়াম্না পেনগনবা অমসুং তনগনবা ওইহল্লম্মী। মরমশিং অসিনা মখোয় মখলমখা অয়াম্বা কলা, ঈশৈনোংমায় অমসুং জগোয়গা লোয়ননা নুঙাইনা লেনবা পুনসি মরেন রোমদা ঈনশিনখি।

অসমীয়া লোন অসি খৃষ্টগী চহিচা ৭ শুবদগী সংস্কৃত লোনগী মতেংদগী চাওখৎপা হৌরকখি। মখোয়গী হেক অপোকপা মপা-মপুদি মাগধি (অপভ্রংশনি) গ্রীয়ারসনগী মোত মতুং ইন্না "মাগধি হায়বসি নোংপোক প্রাকৃতগী মকোক ওইবা লোম্বেনি। প্রাচ্য অপভ্রংশ মাগধিগী নোংপোক্তা লোম্নরম্মী। মসি খা-মায়কৈদা অমসুং খা-নোংপোক লোমদা শন্দোকখি, অদুগা হৌজিক লোম্নরিবা বাংলা লোনগী মমা মপা ওই্খি। প্রাচ্য অপভ্রংশ খা-মাইকৈরোমদা শন্দোকখিবতা নত্তনা নোংপোক মায়কৈদসু গঙ্গা তুরেলগী অৱাংলোমদা মায় ওন্না শন্দোকখিদুনা আসাম তম্পাক য়ৌখি অদুগা মখোয় অদু হৌজিক তেখাও নত্রগা অসমীয়া হায়দুনা লৈরিবসিনি। মাগধি অপভ্রংশগী মচা অহুম্মক হায়বদি হৌজিক্কী বাংলা. উড়িয়া অমসুং অসমীয়া চপ মান্ননা হেক অপোকপা অপুনবা মপামমাগা মরী লৈনে।" (Linguistic Survey of India Vol. I, Part I PP 125-126)। ডাঃ এম্‌· কে· চ্যাটার্জীনা মাগধি অপভ্রংশবু লোম্বে কাগুলুপ মরী থোক্লা খায়দোকই। মসিগী মনুংদা অহুম্দি হৌজিক্কী নোংচুপ ময়ায়, অমসুং নোংপোক বঙ্গ অমসুং উড়িষ্যাদা লোম্নরিবা লোম্বেগা মরী লৈনে অদুগা মরীশুবা অসিনা আসাম অমসুং মসিগী য়ুমথংনবা অৱাং বঙ্গগী শরুক খরদা লোম্নরিবা লোনগা মরী লৈনে। ডাঃ বাণীকান্ত কাকতিনা বাংলা অমসুং অসমীয়া লোনগী মমাংদ লোম্বে কাংলুপ অমা লোম্নরম্মী হায়না তাকলি অমসুং মদু নোংপোক মাগধি অপভ্রংশ হায়না মীং থোনবা য়াই। লোম্বে (dialect) কাগুলুপ খুদিংমক মতমগী মতুং ইন্না তশেং তশেংনা গুমখে (সীমানা) নাইখি অমসুং অসমীয়া লোনসু মনীংতম্বা আসামগী নিংথৌশিংগী মখাদা অমসুং মশাগী তোঙানবা মথক্তা লেপচবা সামাজিক পুনসিনা মতুংদা নীংতম্না লোনবা য়াবা লোন অমা ওইরকখি। মথক্তা পঞ্চখিবগুন্না অসমীয়া লোন অসি খৃষ্টগী তরেৎশুবা চহীচা ফাওবা ওইগনি। তরেৎশুবা চহীচাগী অহানবা তংখাইদ অসমীয়া নিংথৌ-ভাস্কর বর্মননা বার্ত্তন তৌবদগী চীনগী লৈবাক কোয়বা হিউয়েন সাংনা আসামদা লাক্খি। মহাক্লা কামরূপ লৈবাক্কী লোনগী মরমদা ইরম্বদা-মফম অসিগী লোম্নরম্বা লোনদি ময়াই থবো ভারত্তা লোম্নরম্বা লোনগা খরথৈনে হায়রমই। হিউয়েনসাংগী বারোলদগী খৃষ্টগী তরেৎশুবা চহীচাদা ভারতীয় আর্য্য লোন আসাম চণ্ডলকলে হায়বা উরে অমসুং লৈবাক অসিদা লোম্নরম্বা লোন অসি ময়াইথবো ভারত্তা ঙাংনেরিবা মাগধি লোম্বেদগী ফন য়াম্না খেন্নরে। অম্নিবা নুংউ কোরিকোম্পাক্তা ইরম্বা লমগী মমিং অমসুং মীগী মমিংনেচিংবদগী অম্নিবা অসমীয়া লোনগী নোম্না ফংবা গুম্মী। লোন শেমগৎ শাগৎখিবগী অতোপপা মওংশিং বৌদ্ধধর্ম্ম চৎপা সিদ্ধাচার্য্যশিংনা[১] চহিচা খৃষ্ট ৮ শুবদগী ১২

১। রাজা লুনা অমসুং শেনো খৌগনজবা সিদ্ধি কৌবা লাইবা নিপান্না মশক তাকপা গুরু।

শুবা ফাওবগী মনুংদা লেংলম্বা ঈশৈ অমসুং সূত্র (চৎন ৱাহৈ) দগী অমসুং মহামহোপাধ্যায় হরপ্রসাদ শাস্ত্রীনা অহানবা ওইনা খোমজিনদুনা পুথোকখিবা "হাজার বছরের পুরাণো বাংলা ভাষায় বুদ্ধগান ও দোহা" অমসুং "দোহাকোষ" হায়বা লাইরিক্তা ফংবা 'কার্য্য' 'দোহা' কয়াদগী নমুনা (মওং) ফংবা ঙম্মী। বাংলা পণ্ডিতশিংনা মসিগী কার্য্য অমসুং দোহাশিংবু অরিবা বাংলা লোনগী লৎজিলনি হায়না লৌরি। অদুবু চেকশিন্না থি-হুমদুনা য়েংলবদি মখোইগী লোন্দা "সন্ধ্যাভাষা" (য়াচংলোন) হায়না খ্বাইনা খঙনরিবা লোনসি ইকোনকোনবা মাগধি অপভ্রংশনি হায়বা তশেংনা খঙগনি অদুগা মসিদা হৌজিক্কী নোংপোক থংবা ভারতীয় আর্য্যভাষা কাঙলুপ হায়বদি বাঙ্গালী, অসমীয়া অমসুং উরিয়া লোনশিং অসিগী খ্বাইদগী ঙনবা মতমগী মওংশিং ফন-য়াম্না য়াওখ্রে। ডাঃ বানিকান্ত কাকতিনা—ঈশৈশিং অসিদা য়াওরিবা ৱাহৈগী মওং অমসুং খোম্থোক খোলহায়গী মওং খর মতৌ করম্না করিমত্ত তেক্ত কায়দনা (মওং হোংদনা) হৌজিক কালগী অসমীয়া লোন্দা চৎথরকলি হায়বসি হৈশিংনা উৎলি। ঐখোয়না মথক্তা হায়জখ্রে—আসামগী মীওইশিং অসি মখল মথেল লোন লোনবা জাতি কয়ামরুম্না হায়বদি—অষ্ট্রিক নত্রগা মোনক্মের (মদুগী মনুংদা অমদি খাসিসিং) বোডো নত্রনা কাছারী লোন লোনবা সিনোটিবেটানশিং অমসুং তাই নত্রগা অহোমনা লৃপতিন্নদুনা ওইখিবনি। মরম অদুনা লোনশিং অসিনা ভারতীয় আর্যভাষাগী মশা ওইবিবা অসমীয়া লোন অসিগী খোম্থোক খোলহাই কয়া অমদি ৱাহৈগী মওং কয়াদা অকনবা ঈথিন পীখি হায়বসিদি মশানা তাজবনি। ডাঃ কাকতিনা অসমীয়া লোন্দা অষ্ট্রিককী পোৎ মচং (element) য়াওই হায়না পুথোকলি অমসুং অসমীয়া লোনগী মনুংদা য়াওরিবা লম লমগী মশামশাগীনি (indegenus) হায়বা ৱাহৈ অয়াম্বা অষ্ট্রিক লোন লোনবা কাঙলুপ্তুগী লৌরকপনি হায়না লৌই। বোডো অমসুং অহোম নিংথৌসিংনা তোঙান তোঙানবা মতমদা আসামদা নীংতম্না পাম্লম্মী অমসুং মখোইনা পাম্লম্বদুনা অসমীয়া লোনগী লনগৈ চাওখৎলকখি। হৌজিক কালগী ভারতীয় আর্য ভাষা লোনশিংগী মরক্তা অসমীয়া লোন অসি অষ্ট্রিক অমসুং টিবেটোবর্ম্মা লোম্থৈ কয়ামরুম্না অকনবা ঈথিন পীখিবা মরম্না তোপতোপ্পা পূম্না লৈবা অমসুং লাইদবা লোম্নি। মসীং য়াম্নবা জাৎ কয়াগা নক্নরুবা অমদি পূনশিনখিন্না অসমীয়া লোন্দা অশেংবা ভারতীয়-আর্য্য লোনগী খোম্থোক কয়াগী মশক ওম্থোকপসিদি ময়েক্লা তাবনি। অরিবা ভারতীয় আর্য্য লোনগী ঙৌ অমসুং য়াদগী থোকপা খোম্থোক (cerebral and dental) পূম্বা লৈতোন অমসুং য়াগী মরক্তা থোকপা খোম্থোক (alveolars) ওনখি অমসুং স কার খোম্থোক অহুম্মক মখোইগী হাম্নগী মশাগী মশক মাঙখিদুনা খ্বাইগা মান্নদবা তোপতোপ্পা খোম্থোক অমা ওন্লকই। আর্য্য নত্তবগী লোনশিংগী মরু ওইবা শক্তম ওইরিবা নাতোন্দা ঙাঙবগী খোম্থোক মথন্তা থোকচরকপা অসি অসমীয়া লোনগী খোম্থোক্তা য়াম্না শীজিন্নরী। লোন অসিগী অতৈ তোপতোপ্পা খ্বাইগা মান্নদবা খোম্থোক শীংথানিঙাই ওইবদি সমজিন্নবা ব্যঞ্জন ময়েক (conjunct consonants) শীক্লা শিজিন্নবা, স্বর ময়েক খোম্থোক য়াম্না য়াওবা অমসুং লোইশিনবদা নুংশিনা লোইশিনবা অসিনি। সংস্কৃত লোন্দা ব্যঞ্জন ময়েক সমজিন্নবা (conjoint consonants) শীজন্নবা অদু মরক্তা স্বর ময়েক হাপচিন্দুনা মহৌশানা মতৎ মতৎ তাহল্লি।

শীংথানিঙায় ওইবা ৱাফমদি আর্য্য নত্তবা কাঙলুপনা ইথিল কয়া পীখিদুনসু লোন অসিগী আর্য্য শকতম অসি য়াম্না শাথিনা ওম্থোকপা ঙমখিদে। ডাঃ কাকতিনা হায়বগুম্না অসি ইতিহাসকী মরু ওইবা থৌদোক খুদম কয়ানা ওইখিবনি। আসাম হায়বা লৈবাক অসি মরম-পূম্বদা অথাম্না

নোংপোকলমদা খুন্দাবা চৎপা ভারত মচাশিংগী লম্বীদা লৈ অমসুং মসিনা আসামবু মতম পুম্বদা আৰ্য্য ভারতকা সম্নদুনা থম্মী অমসুং আৰ্য্য নত্তবশিংনা অসমীয়া লোনদা খঙহোং হোংদোকপগী ৱাপুসিল্লকপা ঙমহনদে। অদুদগী ১৩ শুবা চহিচাদা সংস্কৃত লোনগী মতেং লৌদুনা চৎনবা য়ারবা অফবা সাহিত্য শেমগৎলকখি অমসুং মসিনা ঙাংনরিবা লোন্দা হোংহন্দবা ঈথিল পীখি অমসুং আৰ্য্য নত্তবা লোনশিংগী ৱাহৈ হাপচিল্লকপা ফজনা থিংখি। অসমীয়া ময়েকসু ভারতীয় গুপ্ত ময়েক্কগী শেমদোরকখি।

অসমীয়া লোনগী ৱাহৈশিং (Vocabulary) অয়াম্বা সংস্কৃত লোন্দগী লাকপনি অমসুং মসিগী ৱাহৈগী শক্তমসু সংস্কৃত ব্যাকরণগী মতুংইন্না শেম্বনি। ৱাঙাং শাঙাংদো তসেংবা সংস্কৃত ৱাহৈদি খরতমা শিজিন্নৈ অদুনা মদুগী মহুত্তা অয়াম্বনা তদভব[২] নত্রগা অৰ্দ্ধতৎসম[৩] সংস্কৃত ৱাহৈসিংনা হেন্না শিজিন্নৈ অদুগা অসমীয়া লোন অসি হিংলিবা অমদি চাওখৎলকলিবা ওইবা মরমনা অতৈ অতোপ্পা অনৌবা ভারতীয় আৰ্য্য ভাষাদগী ৱাহৈ ৱাতা কয়ামরুমসু পুশিল্লকলি। মরু ওইনা লৈঙাক পথাপকী অমসুং আইনগী ৱাহৈ ৱাতা কয়ামুকসু আরবী পাৰ্সি লোন্দগী লৌশিল্লি। ইকুইকুইদ্রিবা মতমদগীসু ইংরেজি ৱাহৈ-ৱাতা ৱাঙাং শাঙাং কয়াসু অসমীয়া লোনদা চংলকলি। মরম পুন্নমক অসিনা অসমীয়া লোন অসি মপুং ফানা চাওখৎলকপদা মতেং পীদুনা লোন অসিবু মীওইবগী পুক্লীং ৱাখল মপুং ফানা ফোংদোকপা ঙম্বা মপাঙ্গল কল্লবা পাম্বৈ ওইহল্লি।

২। সংস্কৃতদগী লাকপা ৱাহৈ।
৩। সংস্কৃত খাইবোক।

# অনী শুবা তাঙ্কক

## অশুনবা মতম

থা মচেৎ থোরকপা হায়বদি ইসলাম ধর্ম্ম চাওখৎলকপা অসি ময়াই ওইবা যুগকী অচৌবা থৌদোক অমনি অমসুং মসিগী অকনবা শাফু অদু ১৩ শুবা চহিচাদা আসাম ফাওবা ফংখি। অবাংথংবা গৌহাটিগী মনাক্তা লৈবা "কানাইবরশী"গী চীংদুমদা নুংদা হক্তুনা ইরম্বা অদুদা খৃঃ ১২০৫ দা তুরস্ক শিংনা (তুর্কী নত্রগা মুসলিমশিংনা) কামরূপতা লান্দারকপা অদু মায়থিবা ফংখি হায়না রেকোর্ড তৌরম্মী। মসি মুসলীম ঐতিহাসিক মিনহাজনা হায়বগুম্না—তিব্বততা লান্দারুবা মতুংদা আসামদা লান্দারকখিবা মহম্মদ বক্তিয়ার খিলজিগা আসামগী নিংথৌগা লান থেংনখিবগী রাফম অদু ওইরম্বা য়াই। অমুক হন্না খৃ: ১২২৭ তা লক্ষনাবতীগী গিয়াসউদ্দিন ইয়াজনা মাই পাকখিদ্রবা কামরূপ জয় তৌনবা খোংথাং অমা লৌখৎখি। খৃঃ ১২৫৭ দা ইখতিয়াসউদ্দিন উজবেক তুগ্রীল খান্না কামরূপতা লান্দারকখি অদুবু মহাক মায়থীবা ফংখি অমসুং মাগী লাম্নীপুম্বা মাঙতাকহনখি। মহম্মদ সাহনা কামরূপতা লান্দারকপদু অরেম্বদা তাখি অমসুং মাগী মুস্লীম লাম্নীপুম্বা খুদোং থিবা কয়া নংখি। মুসলমানশিংনা মথং মথং লান্দারকপা অসিনা তত্তনা মায়থিবা ফংগ্রবসু থায়নগী কামরূপ লৈবাকপু নীকহনবগা লোয়ননা মচেৎ মচেৎ তাহনবদা লমজিংখি। মতম অসিমক্তদা সান লান্দারকপশিংনা অৱাং নোংপোকলোমদগী আসামদা চঙলকখি। অসিগুম্বা মরম কয়ামুক্না লৈঙাকলোন্দা তঙ তাদবগ লোয়ননা নীংতম্বা লৈবাক মচা মচা কয়ামুক শেমখি। অহোম হায়রিবা সান লান্দাবশিংগী কাঙলুপ অমনা চুকাফাগী লুচিং মখাদা আসামগী নোংপোক থংবা শরুক জয় তৌখি (খৃঃ ১২১৫) অমসুং চরাইদেও হায়বদুদা (হৌজিক্কী যোরহাট টাউন মনাক্তা) মখোয়গী কোনুং ওইদুনা লৈঙাকলম্মী। কাছাড়ী হায়রিবা টিবেটো বর্মনগী মী কাঙলুপ অসি আসামদা ইতিহাসকী মমাংদগী লাকলম্মী। মখোয়না ব্রহ্মপুত্রগী খাতোর্বান্দা দিখৌ অমদি কোলোং তুরেন্না কোয়শিল্লিবা লমদা (হৌজিক্কী নগাঁও জিলাদা) লৈবাক শেম্নগা ডিমাপুরদা কোনুং ওইদুনা লৈঙাকলম্মী। মখোয়গী মখাদা ধনসিরী তুরেলগী তমপাক অমসুং কাছাড় জিলাসু পুনশিল্লম্মী। অসুম তৌদুনা থায়নগী কামরূপ লৈবাকসি মচেৎ মচেৎ তাহনখিদুনা অপীকপা লৈবাক অমা ওইহনখি। লৈবাক অসিগী নোংচুপ লোমদা করতোয়া তুরেল ফাওবা অমসুং হৌজিক্কী রংপুর, কোচবিহার, গোয়ালপাড়া অমসুং কামরূপ জিলা লৈবাক অসিগী মনুং চল্লম্মী। কামরূপগী গুম্খৈ অসুম অসুম পীকশিল্লকপনা মহাক্কী মমাঙঙৈগী মিং কামরূপতগী কামতাদা ওন্থোকখিরম্মী। অদুবু মুসলিম ঐতিহাসিক-শিংনদি কামরূপ হায়বগা কামতা হায়বগা অমতনি হায়না হায়বিরম্মী। লৈবাক অসিগি কোনুং হৌজিক্কী কোচবিহারদগি মাইল ১৮ রুম লাপপা মফম কামতাপুরদা ওইরম্মী।

কামতাগী নিংথৌশিংগী মনুংদা শিংথাবা য়াবা অমদি দুর্লভনারায়ণনি। মহাক্না খৃঃ গী ১৩ শুবা চহিদা লোইরমদাইদা পাল্লম্মী। দুর্লভনারায়ণনা কবি অমসুং পণ্ডিতশিংবু লেপ্পা, চোকথব লৈতনা শৌগৎপিরম্মী। মহাক্কী সভাদনি অসমীয়া লোন্না ইহান হান্না ঙাকথংপীনবা চৈঙাক ফংখিবসি। নিংথৌ অসিনা কবিশিংবু অসমীয়া লোন্দা শৈরেং ইননবা থৌনা পীরম্মী। রাজকবিশিংগী মরক্তা অমা ওইরিরা হরিভরা বিপ্রনা মাগী লাইরিক "বব্রুবাহনর যুদ্ধ" হায়বা

অদুদা আশীর্ব্বাদ নীবা শৈরেং অমদা হায়রি—"কামরূপকী অথৌবা নিংথৌ দুর্লভ নারায়ণ মিংচৎ চাওবা ওইসনু মহাক্কী মচাশিং অমসুং মাবু য়াবিবসিংগা লোইননা মহাক চহি লিশিং অমা নুঙাইনা লৈবাক ঙাক্তুনা পানসনু। মাগী লৈবাক্তা নুঙাইনা লৈদুনা বিপ্র হরিভরানা লাইরেম্বী গৌরীবু খুরমজে অমসুং অশ্বমেধ পর্ব্ব শৈরেং ওইনা ইথোকচে। মসিবু ধর্ম্ম লৈবা পুকশেংবশিংনা থাগৎপী।" হরিভরাগী মরু ওইবা লাইরিকশিংদি "বব্রুবাহনর যুদ্ধ" অমসুং "লব কুশর যুদ্ধ"নি। অসিগুম্বা পুরাণগী ওইবা ৱারীশিংসি জৈমিনিগী মহাভারত-তগী লৌথোকপনি। কাব্য অনীসি ৱারেং পরেং ৬০০ (চা-তরুক) না লেংবনি। মসিদা মচা অমসুং মপাগী মরক্তা উংখৎনবা খৎনবগী ৱারী ইরি। মসি অহুম শুবা পাণ্ডব অর্জ্জুনা যজ্ঞগী শগোল (Sacrificial horse) বু মতুং ইন্নদুনা লাকপনা শগোলদুনা মণিপুরদা চঙকপদগী হৌই। মণিপুরগী নিংথৌ বব্রুবাহন্না শগোলদুবু ফাজিল্লম্মী অদুবু মহাক্কী মমাইবেম্মা নিংথৌপোকপী চিত্রাঙ্গদাদগী অর্জ্জুনবু মপানি খঙলবদা বব্রুবাহন্না শগোলদু মবুক্লিংদা নোঙ্খবগা লোয়ননা অর্জ্জুনদা হন্দোক্লে খন্দুনা অর্জ্জুনবু উন্নবা চৎলম্মী। অর্জ্জুন্না চিত্রাঙ্গদাগা মরী লৈনরম্বদু পুমকাও কাওথোকখিবনা্ য়ানিংদবা ৱাঙাংনা বব্রুবাহনবু মরী লৈনৈ হায়বদু য়াখিদে, অদুতা নত্তনা মমাগী সতীত্বগী মরমদা চিংনবা ৱাহং হংখি অমসুং মহাক্না চংজরক্লিবদু কীবদগীনি হায়খি। মহাক্না য়াম্না করেম্মনা হায়রম্মী মদুদি পাণ্ডবগী মচাদি কনশিল্লবা লৈখোম্না শাবা ওইগনি। মসি তাবদা বব্রুবাহন ঙম্খৈ লৈতনা শাওখি অমসুং মপা মচাগী মনুংদা অঙকপা লান অমা শোরখি। তমথিরবা লানফমদুদা মচানা মপাবু লায়না হাৎখিরম্মী। মতাংসিদা শ্রীকৃষ্ণনা লানফম্দা থোরকপিদুনা অর্জ্জুনবু হিংগৎহল্লি অমসুং চিত্রাঙ্গদাবু মহাক্না মমাঙগী খোংচত্তা মণিপুরদা করম্না লুহোংলগা বব্রুবাহনবু মচা ওইনা করম্না ফংখিবগে হায়বদু শন্দোক্না তাকলম্মী। অর্জ্জুন্না হৌজিক মহাক্কী মমাঙঙৈগী মণিপুর খোঙচৎতু নিঙশিংলগা বব্রুবাহনবু মহাক্কী মগুণ চেনবা মচানি খন্দুনা মথাদা চেৎনা কোনশিল্লমী অমসুং শগোলগা লোয়ননা হনফম মায়োকদা খোঙশানখি। মসি সংস্কৃতগী-মূলদগী অইবন হন্দোকপা নত্তে। অইবনা মরু ওইবা পোরম (Plot) অদুতং লৌরগা শক্তম অদু য়াম্না ফজনা শেমগৎলি অমসুং উত্তুনা লীলাগী মতাং মতাং শেমগত্তুনা ফজহল্লি। অসুম্না অনৌবা শক্তম হাপচিল্লকপা অসিগী করিগুম্বা মতাংদা সাহিত্যগী ফজবা মহাও চেন্দবা শরুক য়াওদে। মণিপুরগী ৱাজসভাবু থারিবদু ওয়েকপা লাইগুম্না টাংলেম্না ফজহল্লি। অর্জুন অমসুং বব্রুবাহনগী খুৎথোক্লবা মতাং, করেম্মরিবা মপাগা ইকাইসঙ্গোই নংলবা মচাগা হৈশিংনা সিদোন চোংবা ৱাহৈৱোতানা অৱা-অথুম তৌনবা মতাং অদুনা অইবনা মাগী পাত্রগী শক্তম য়েকপদা কয়া হৈশিংব হায়বদু উৎলি। লানতৌনবা লানফমগী মতাঙসু অয়েকপা লাইগুম নীংথি অমসুং অথৌবসিংগী পুক্লীংগী মওংসু ফজনা উৎলি। হরিবরগী লাইরিক অসি মখলমখা য়াম্নবা মচু মখলনা থল্লবা শক্তম অমসুং তাবদা নুঙাইবা তেক্তক তেক্তকপা বাহৈ ৱাতানা থল্লি। মহাক্কী লব কুশর যুদ্ধদা জৈমিনিনা লীরম্বা রামগা মচা অনিগা থেংনখিবা লানগী ৱারীদু শাংনা ইথোকপনি। সীতাবু হুদুনা পুবা, রাবণগা লান থেংনবা, সীতাগী অগ্নিপরীক্ষা অমসুং রামনা মহাক্কী কোনুং অযোধ্যাদা হাল্লকপা পুম্নমকসিগী মতাংদা শম্লপ্ল ৱারোম্না ইথোকপনি। লাইরিক অসি অচম্বা প্রজাশিংগী দমক ইবা মরম্না মসিগী লোন্দা অসি মরক মরক্তা খ্‌,াইনা পাম্নবা প্রমাণ পাম্থে পাওরৌ হাপ্লবসু মতৎ মতৎ ওই অমসুং তেল্লি। অদুগা অমুকসু খ্লাই ময়াম্না পাম্নবগী দমক্তা হান্নগী মশাগী ৱারীদা য়াওরিবা থৌদোক ৱাথোক্কী মরু ওইবা মতাং কয়া হোংদোকহল্লি, মরম অসিনা লান পাম্বগী ৱাখল ইহুন

অমসুং লিংজেন ফবগী রাখল্লোন কয়াবু খ্বাইময়াম্না পাম্নরবা পুক্নীংবা রাখলগী (sentiment) মওংদা ওল্লোকই।

হরিভরাগা মতম অমত্তদা লৈমিন্নরম্বা হেমা সরস্বতীনা "প্রহ্লাদ চরিত" দা মহাকপু য়োকখৎপীবা নিংথৌ দুর্লভনারায়ণগী মতীক মগুণ থাগৎখিরম্মী। বামণ পুরানদগী হেমাসরস্বতীনা ৱারীসী লৌথোকতুনা ইবনি হায়জরবসু মহাক্না তশেংলবা ৱারীদু মরম্নাইগী ওইনা পুথোকপগীদমক কন্না হোৎনখি। মহাক্কী ৱারেংগী ৱাহৈ ৱাতাশিংদু য়াম্না ফজবা মওংদা তাহনবা ওমখিদে। ফজবা ৱাহৈ শিজন্নবগী থৌরাংবসু লৈজখিদে অদুবু ঈশ্বর নিংবদা মথক্সায় য়াওশিন্‌বনা মহাক্কী লাইরিক্কী মখু ওইবা থৌরমনি। সরস্বতীগী "হরগৌরী সংবাদ" শৈরেং পরেং ৯০০ (চা মাপন) লেংবা য়াম্না চাওথ্রবা লাইরিক অমনি। মহাক্না কাব্যসিগী ফুংগাৱারীগী ৱারীশিংসি পুরাণ অমসুং লমদমসিগী ফোকলোরদগী লৌখৎপনি। মসিদা যোগ অভ্যাস তৌননবা শৈরেং খর য়াওরবসু চাওথ্রবা অমদি ময়াম্না পাম্নরবা লাইরিক অসিনা মীওইবা জাতিগী তশেংনা খগুবা গুমলবা অমসুং খ্বাইগী কোকগুমদ্রবা থৌরাংবদু কোকহল্লি।

"জয়দ্রথবধ" অমসুং "সাত্যকী-প্রবেশ" কৌবা লাইরিক অনীসিগী মথং মনাও নাইনা লেখক (অইবা) মথং শিংনা কবিরত্ন সরস্বতী অমসুং রুদ্র কন্দালী মখোয় আনীমকসি কামাতা নিংথৌশিংনো য়োকখৎপীবা মমীং চৎলবা অতোপ্পা অইবা অনীনি। লাইরিক অনীমকসিগী মক ওইবা ৱায়োলসিংদি মহাভারতগী লৌথোকপনি।

মতম অসিমত্তদা কাছাড়ী নিংথৌশিংগী লুচীং মখাদা মহৈ মশীং তম্বগী অতোপ্পা কেন্দ্র অমা হৌজিক্কী নওগাঁ জিলাদা মপুং মরৈ ফানা থৌরম চৎথবা হৌগৎখি। মফমসিদা কাছাড়ী নিংথৌ মহামানিক্যনা (চাওরাক্না খৃষ্ট পোকপগী মতুং ১৪ শুবা শতাব্দী) শৌগৎপিবদগি বৈষ্ণবধর্ম্ম চংশিনলক্লিঙৈদা লৈরম্বা কবিশিংগী মরকতা খ্বাইদগী মমিং চৎলবা কবি মাধব কন্দালীনা চাওথ্রবা মহাকাব্য সংস্কৃত রামায়ণগী পর্ব্ব পুম্নমকপু সংস্কৃত লোন্দগী অসমীয়া লোনদা শৈরেং ওইনা হন্দোকপগী থবক পায়খৎপা হৌখি। মহাক্কী রামায়ন্দা ঈশ্বর অমদি মীওইবগী য়াইফনবগী থৌরমদা মপুনসি কথোক্লবা অমগী মরমদা থাদুনা শকলিবা মাধব কান্দালী কাছারী নিংথৌ মহামানিক্যগী রাজ সভাগী রাজকবি ওইরমই অমসুং মহাক অসিবু ময়াম্না কবিরাজ কন্দালী (কবিশিংগী নিংথৌ কন্দালী) হায়না খঙনৈ। মিংথোল অসি মাগীদি মতীক চারব মিংথোলনি। মহাক সংস্কৃতকী মমিং চৎলবা পণ্ডিত অমনি অমসুং মতমদুগী অতৈ পণ্ডিতশিংগা মান্নদে। পণ্ডিত অতৈশিংনো তৌবগুম্না মাদি মহাক্কী খুৎইদা কবি গুণ্বদসু মশাগী মরম ওইবা ৱাহৈশিং অমত্তা হাপচিনদে; মথংগী চহিচাদা অসমীয়া সাহিত্যদা খ্বাইদগী হেন্না চাওরবা ইনোৎ পীখিবা শংকর দেবনা মহাকপু য়াম্না ইকাই খুম্নরম্মী অমসুং মাগী য়াম্না ফজনা অমসুং থম্মোইদা পালহন্না হন্দোক্লবা রামায়ন্না মহাকপু শুক্কৎখি। কান্দালীগী রামায়ন্দা ইহান হান্না অসমীয়া ৱাহৈ ৱাতা কয়া য়াম্না পাক চাওনা রেকোর্ড তৌরম্মী, নুমিৎখুদিং ঙাংনেশানবদা শিজিন্নবা ৱাহৈ ৱাতা কয়া সাহিত্যগী লোন ওইনা শিজিন্নবা হৌখি অমসুং অনৌবা অর্থদা অমদি ইনৌনৌবা ৱাহৈ ৱাতা কয়ামরম শেমদোক শাদোক্তুনা পুথোকখি। কান্দালীনা মাগী রামায়ণদা শিজিন্নরম্বা মপুংফান ফজরবা ৱাহৈ ৱাতাশিংনা শঙ্করদেব অমসুং মাগী তুংদা লাকপশিংবু থোইদোক্না Influence তৌখি। মসিগী ৱাঙাং ৱাতাশিংদি :—

য়াম্না লুরগসু অশেংনা খঙবা ঙম্বা, য়াম্না ইংলগসু পঙ্‌শিন্দবা . অশাওবা লৈতনা পাঙ্‌গন কনবা পাথোকতনা মপূং ফাবা।

ভারতকী লোনদা বাল্মীকিগী রামায়ণ হন্দোকখিবা পূন্নমক্কী মবক্তা মাধব কন্দালীগীসিনা ইহান হানবনি। হিন্দী বাংলা অমুসং উড়িয়া লোনদা পুথোকখিবদি চহিচা অমা মখাইরোমগী তুংদনি। য়ামনা মাঙজৌননা মাধব কন্দালীনা হন্দোক্রমবসি ইচম চম্না তৌরম্বা নত্তে, সাহিত্যগী মপূং ফারবা অৱাংবা থাক্তা হন্দোক্লম্বনি। মাধব কন্দালীনা সাহিত্যগী ফজববা অমসুং ময়াম্না পাম্নরবা মওং অনীসিবু মতমপুম্বদা কায়হন্দনা চাং নাইনা থবক চথখি। মহাক্না কাঙলুপকী ওইবা, কাঙলুপ নাইবগী পুক্‌চেন চেনবা নত্রগা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা কলাগী তঙায়ফদবা অদুবু নমহৎপা খকয়ারমদে। অদুনা মহাক্না খনজবা ৱাখল পূম্বদা মরম্নায়গী ওইবা ৱাহৈ ৱাতা, পান্দম্নবগী মওং, শক্তম, নীঙতম্না অথিংবা লৈতনা শিজিন্নৈ। অসমীয়া লোন্দা হন্দোরকলিবা হাম্নগী অশেংবা বালমীকীগী রামায়ন্দা কবিগী পুক্নীংদা ৱাহৈ-ৱাতা ফজহনবনা ভক্তি নত্রগা নীতিশাস্ত্রদগী হেন্না মরু ওইবনি হায়না লৌবগুম্না উই। তেখাও (অসমীয়া) কবি অসিনসু লাইশোন তিনশোন শন্দোকপগী মচাকশিংদগী সাহিত্যগী ওইবা ফজবা অদুনা হেন্না মমল পীরি। অসমীয়া লোন্দা রামায়ণ অসি মপূং ফানা মরীক চুম্না শেমদোকলে। হাম্নগী মশাগী য়াওজবা অকল অথৌগী লোন্দা পুদাদু মিত্তা শংশংনা উহনবা অচম্বা ফজবা লোন্দা পুদাদা ওম্থোকখি। য়াম্নথিম্নবগী মওং অমদি থৌনা পাঙ্গলগী শক্তম লৈরম্বদুগী মহুত্তা শুন্নংনা ফজরবা ইমুং মনুংগী পুনসিগী ওইবা মপা মমা মচিন মনাও, মচে মচলগী ফিদম ওইনা উৎলে। মরম অসিনা কন্দালীগী রামায়ন্দা ইমুং মনুংগী হৌন লোনচৎ মপামমা মপুরোইবদা ভক্তি লৈবা, গুরুদা হৌনবী ইকায়খুম্নবা উৎপা, নুপী নুপা মচিন মনাও অমসুং মরুপ-মপাংবু নুংশিবা অমসুং তরামচাদা লমচৎ ফজনা উৎপা অসিবু হেন্না মমল পী। মসিনা নুপা অমসুং নুপীগী মরক্তা লমচৎ চুম্ববু খ্বায়দগী হেনবা গুননি হায়না লৌই। শম্না হায়রবদা মসিদা অসমীয়াশিংগী মহৌশাগী লৈজরক্লবা ফজবা লমচৎকী নুংশিরবা মনম্না থম্না য়াওরি।

চাওরাক্ল হায়রবদা বাল্মিকীনা ইবিরম্বগী মতুং ইন্না কন্দালীনা মফমসিগী খ্বাইনা পাম্নবা মচাকশিং অদু ফজনা শেমজিন শাজিনদুনা মফম অসিগী মচু শংজিল্লি। মফমসিগী চৎনবী শাজুৎ লীচৎকী মওং মওংগী লুপতুনা লৈবা ফজরবা অর্থ চেনবা ৱাহৈশিংনা কাব্যসিবু নীংথিহল্লি। অকুপপা হীরম অমত্তা চিখ্খদনা ইরম্বসিনা অইবগি মমিৎ কয়া থৌ-ই হায়দুগী প্রমাণনি। অসমীয়া লোন্দা ইরিবা অসিদা হনুবী কুবুজাগী (কুঁজি) অসোনবা মওং কয়া উৎলি। মহাকপু ভরতনা নুংশিবিব য়াম্না পামজরম্মী। নিংথৌ মচাদুনা মহাক্কী মামগী ময়ুমদগী হল্লকপা মতুংদা মহাক্না মাগী খ্বাইদগী হেন্না ফজরবা ফিজেৎ লৈতেং শেৎলদুনা মনাক্তা লাকখি। অসি চীংলেম্নবা সংস্কৃত রামায়ণদা পনদে। মসিগী মতেংনা অসমীয়া কবি অসিনা ময়ামগী পুক্নিংবু পেলহল্লি। মসিগী মথক্তা মমা অতোম্বী কৈকেয়ীগি লৌনমদা চীন পুথত্রবা ৱাঙাংথোকপা ঙমত্রবা মপাবুং দশরথ নিংথৌগি ৱাঙাকপগী দমক রামচন্দ্রনা থৌনা ফনা চীংলেম্না হায়দোকখিবা অমসুং মমা পোক্তবীগী মফমদা অমসুং মপাবুংগী ৱাশকল্লিবা মতুং ইন্না থবক পাঙথোককে হায়না থৌনা ফনা চঙশিনখিবা অসিনচিংবা ফজত্রবা ৱাশক্কী ফিদম বাল্মীকি-রামায়ণদা উৎপসিনা অসমীয়া লোনদা থোয়রবা অথৌবা অসিনা ফোংদোকপ অসিদগী হেন্না ফজে। মসি ফজরবা ৱাহন্দোকসিদা য়াওবা অৱাংপা মতেক মকাই থরতনি।

কন্দালীনা ফজরবা বাখলগী শক্তম খনদুনা উৎপা, মহৌশা লাইরেম্বাগী শক্তমদু লৈতেংবা, পুক্কিং মতা চানা থৌগৎপা অমসুং অথুপপা বারোল ফোঙদোকপা অসিগুম্বা থৌরমদা শীংথানবা য়াবা মগুণ উৎলি। য়াম্না হরাও তয়াম্বদা লুপ্তুনা লৈরবা অযোধ্যাগী শক্তম মরক্তা রামচন্দ্রবু বনবাসদা থাব তাবগী থবায়শোক্লা লেনর্জরিবা দশরথ নিংথৌগী শক্তম, রামচন্দ্রনা বন্দা য়াম্না বানা লেম্লুগদবগী মরমদা ময়ামনা তানবা লাউনা সীতাদা পীবা পাওতাক, মখোয়না চিত্রকুট চীংগী উমংদা চৎপা, মন্দাকিনী তুরেলগী পুক্কিং হুনা ফজরবা মওং শন্দোক্ল ফোংদোকপা, পুন্নমক্সি মতমদুগী আসামগী ফজরব মীওইশিং অমসুং মহাক্কী লংনা ফজরবা চীংমানগী শক্তম য়াম্না নীংথিনা ফুদোক্হল্লি।

লাইপোক গুম্নবা মগুন লৈরবা কবি অসিনা পীরম্বা খ্বাইদগী হেনবা অবদানদি মশাগী মরম্নাই ওইবা সাহিত্যগী রাহৈরাতা অসমীয়া লোম্না ফজনা পুনশিন্দুনা শেমগৎলম্বা অসিনি। রাহৈ রাতা-সি মাগী মতমগী অতে অমসুং তুংদা থোরকখিবা কবি অতেগী ফিদম ওইখি। কবি অসি পুন্সিগী মখল মখলগী মওং মতৌ তাকপা অরুবা বাহৈ শীজয়ে। কবিসিনা সহর নত্রগা খুন অমসুং চীং-মানগি উমংরামংগী মরমদা ইবা মতমদা মহাক্কী মহৌশা ওইবা রাখলদুগী ফজরবা চীংলেম্নবা রাহৈ রাতা মরম্নাই থোকচরকই মদু পানদমনবদা উনাশিংনা উজাওদা, থোকহন্নীংবা মহাক্কী খোম্মোক্লা মরী লৈনবগুম্বনি। মহাক্লা চীং-মান, উ-রা, উরী-রারী, লৈ-শু অমসুং উচেক-ওয়াগী মরমদা ইবা হৌবদা অপনবা লৈতনা মহাক্কী খোনথোকতগী ফজবা, লৈতেং ওইবা রাহৈ ভাক্তা লেপ্তুনা থোরকই। মহাক্কী মচিন্দগী থোরকপা রাহৈশিংদু মশানা চুম্না অদুম থোরকপনি। মাধব কন্দালীগী শৈরেংদা মশাগী ওইবা হেন্দোক থোইদোকপা মওং মওংগী খ্বায়দগী হেনবা ফজরবা, চুম্নবা রাহৈশিংগী শক্তম উবা ফংঙি। অসিগী মথক্তা নোংমা নোংমগী ইমুং মনুংগী থৌদোক্কী শক্তম শৈরেংশিং হাপচিন্দুনা জ্ঞানীশিং, লাইগুম্নবা মীওইশিং অমসুং খুঞ্জাশিংগী অচম্বা মীওইশিংনসু খঙবদা লাইনা থোকই। মতুংদা বৈষ্ণবধর্ম্ম চৎপা অইবশিংনসু মওংসি য়াম্না হেম্না পাম্না তৌখি।

ময়াম্না দেবজিৎ হায়বা শৈরেং লাইরিকসিসু মাধব কন্দালীনা লেংবনি হায়না খঙনরি। শৈবেং লাইরিকসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অমসুং বিষ্ণুগী অতে অবতারশিংবু লাই অতৈদগী অথোইবনি হায়না উৎনবা হোৎনজে।

রামায়ণ কাব্যগী মতাংকয়া ইরম্বা কবি অমগা লৈরম্মী। মহাক্কী মমিংদি দুর্গাবর কৌই। মহাকপু লৌগৎপিবা কামতা লৈপাক্কী নিংথৌ বিশ্বসিংহনা পাল্লিঙেদা খৃষ্টগী চহি ১৬ শুবা অদুরাইদা নীলাচল চীংদা কবি অসি লৈরম্মী। দুর্গাবরনা রামায়ণগী তাংকক্ খরা য়াম্না ফজবা অমসুং তাবদা নুঙায়বা পুম্না শকপা ইশৈগি খুদোং চাবা মওংদা হন্দোকখি। মহাক কন্দালীগী রামায়ণ মুন্না খংঙি, অমসুং মহাক্লা লেংবা গীতিরামায়ণ হায়বা লাইরিকসিদা কন্দালীগী রামায়ণগী শৈরেং পয়েং খরা শৈশক চুননবা শেমদোক্তুনা লৌশিল্লি।

মাংচৎতা উৎপ্রবনি তেখাও (অসমীয়া) হায়বা জাতি অসি-আর্য্য লোন, মোনক্মের, টিবেটো বর্ম্মণ, তাই নত্রগা শান লোন লোনবা মখল মখা অয়াম্বা তোঙানতোঙানবা শাগৈনা পুনশিন্বা জাতিনি। পুনশিনবা অসিগী মশানা তাবা মহৈদি অনার্য্য শাগৈশিংসিনা চৎনরম্বা হৌনরোল, চৎনরোল ধর্ম্ম থাজনবা, চীন্দা হায়বগী ফুঙ্গারারী পুম্নমক তম্না তম্না হিন্দুগী লাইনিং লম্বেলদা পুন্শিনখি। অসিগুম্বা আর্য্যগী ওম্মোক্লবা হৌনরোল অমদি লীল ইরাৎ-পূজা তৌবসিনি।

অসমীয়াশিংনা লীনবু লীল লাইরেম্বী মনসা দেবী হায়না পূজা তৌনে। নীতি পরেং খরা শৈরেংগী মওংদা শেমদোকতুনা মহাক্কী মশুণ শক-শোল্লি। ইশৈশিংসি হৌজিক্সু মনসা দেবী ইরাৎপা মতমদা শকই।

মনসাদেবীগী পূজাগী মরমদা লৈরিবা শৈরেংসিংসি অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়ায়। অহানবা শরুকতা থায়নগী লাই-শিব-দুর্গাগী ৱারীদগী হৌই অমসুং লীন-লাইরেম্বী মনসা পোকপা, মহাক্লা চণ্ডীগা খৎনবা অমদি মহাক্কী লুহোংবগী মরমদা শন্দোক্লা হায়। অনীশুবদা লাইনিংবী হোলিকা অমসুং জলিকা অনিনা মনসা দেবী করম্না পূজা তৌই হায়বদু শন্দোক্লা হায়রি। অহুম শুবা শরুকতি মী পূম্নমকনা খঙনরিবা মনসা দেবীগা অমসুং মহাক্কা য়েংখিনবা শৈব চান্দ সদাগরগা খৎনবগী ৱারীনি। চান্দ সদাগর অসি মনসাদেবীদা নোঞ্জবা হায়বসি য়াখিদে অমসুং মনসাদেবীগী মীং পনবা ফাওবা তানিংদে। মনসা দেবীনা শাওদুনা মহাক্কী মচা তরুক হাৎতুনা অমসুং ললোন পোৎনা পীক থল্লবা মহাক্কী হি তরামরি লুপ্‌হনদুনা লমন খুমখি। অসিনফাওবা মনসা দেবীগী শাওবা ইংথবা ওইখিদে। মথংদা চান্দ সদাগরগী তরেৎ শুবা মচানিপা লক্ষ্মীন্দরগী লুহোংবা নুমিৎকী নুমিদাংদা তমথীরবা লীল অমনা চিকহন্দুনা লক্ষ্মীন্দর মথ্‌বায় থাখি। লুহোংবগা লুপ্পাবী লেংদা চনখ্রবী, করিমতা পাম্বৈ লৈজদ্রবী বেহুলানা হি অমদা মপুরোইবগী শিরবা হকচাং অদু হাপ্‌লগা তুরেল ইচেল মতুং ইন্না তাওথখি অমসুং ফনা লাপ্না তাওথরক্লগা কৈলাশগী মনাক্কী ঘাটতা (হি-লানফম) থুংঙি। শিবগী মনাইনুপী ফিশুবী নিত্যায়ীগি মতেংনা মতীক চাওরবা লাইশিংগী দর্শন ফংজৈ অমসুং মহাক্লা বেহুলাবু থৌজ্ঞানবিদুনা মনসা দেবীদা চান্দগী শিখীবা মচা তরেৎ অমসুং ললোন পোৎনা পীক থল্লবা হি তরামরিদু মপোপ কায়দনা হনবিখিনবা য়াথং পীবিখি। মসিগী তৌবিমল খংবগী খুদম ওইনা চান্দসদাগরনা চহিদা অমুক্তং ওইরবসু মনসাদেবীবু ইরাৎকদবনি। বেহুলা মহাক্কী য়াইবী মাংলুরবা মপুরোইবা অমুক হিংদুনা মহাক্কা লোয়ননা হল্লকখি অমসুং মকুবোক ইবুঙো চান্দসদাগরদা মনসা দেবী পূজা তৌনবা হায়জৈ। চান্দসদাগরনা য়াবিদুনা মনসাদেবীগী পূজা তৌখি। তোইশুব্বসুং পূজাগী হৈ-লৈ কৎপদু চান্দসদাগরনা থৌশাদবগী মওংদা খুৎ ওইনা কৎলি। অদুমক ওইনা খরদি তৌরে। চান্দসদাগর মহাক্কী মাংখিবা পোৎশিং লোইনা ফংজখি।

ৱারীসি 'অসমীয়া অমসুং থংনবদা লৈবা চীংমীশিংগী লাই-তীনগী মরম্‌দা অমসুং মখোয়গী অশুকপা ফংনা থাজনবা থৌদোকশিংগী মরমদা লৈবা ৱারীগী মচাকশিং লৌশিন্দুনা লেংখোকপনি। মী খরদি মসিদা মমাশুঙৈদা শৈব শিংনা ধর্ম্ম অতৈ চংপা কাঙলুপকা খুৎথোক্লখিবগী খুদম উবা ফংঙি। মসিনা মনসা দেবীগী মরমদা লেংবা শৈরেংশিং মনুংদা ম্লায়না পান্না ইরাৎচরিবা অতৈ লাই-অমসুং লাইরেম্বীশিংগী ৱারমসু য়াওরি হায়বা তাকই। মীওইবগী লমচৎ শাজৎ হৈশিংনা শৈরেংশিংসিদা উৎলি অমসুং অদুনা মীওইবনা শিংথানবা সাহিত্য ওইরি।

মনসাদেবীগি মরম্‌দা লৈবা শৈরেংশিং অসি লেংখোকপগী অহানবা কবিদি মানকর হায়বসিনি। তরা মশু শুবা চহিচা লোইরমদাইদা মহাক মীৎচংকা লোয়ননা হিংদুনা লৈরম্মী। ৱামায়ণবু ইশৈশেরেং ওইনা ইথোকপা দুর্গাবর হায়বা কবিসিনা মনসা-দেবীগি মরমদসু ৱাহে কয়া ইরম্মী। মানকরগুম্না দুর্গাবরসু বেহুলাগী মরমদা লৈতেং কয়া হাপ্তুনা ইথোকই অমসুং মতম অদুগী সমাজগী পুজি মরলগী শশুম চংখোন্না উৎলি।

নারায়ণ দেব হায়বসিনা মনসাদেবীগী মরম্দা অসমীয়া সাহিত্যদা খ্বায়দগী হেন্না ফাওরবা কবিনি। মহাকসি সুকবি (খ্বায়দগী হেন্না ফাওবঞা কবি) হায়নসু খঙনৈ। মহাক্না বেহুলা-লখিন্দরগী মরমদা লেংবা সুকন্ননী হায়না খঙনবা ঈশৈশিংসি চহিচা তরা তরেৎ শুবদা দরঙ্গী রাজ্যগী নিংথৌ ধর্মনারায়ণ মহারাজগী কোনুংদা ইথোকপা ওইরম্বা য়ায়। নারায়ণগী মখুত্তা বেহুলাগী মরমদা থোকখিবা থৌদোকসিং অনৌবা মওংদা ময়ান্না অশুকপা ফংনা পাম্নখি। মহাক্না ময়ায় ওইবা যুগকী অসমীয়া সাহিত্যদা ইনৌ নৌনা ওইরিবা সমাজগী রাখল অমা হাপখি। মহাক্না মতমদুগী সমাজগী ইচম্ চম্বা ইমুং মনুংগী ওইবা পুনসিগী অরা-নুঙায়গী ঈহৌ অমা মহাক্কী ইশৈশিংদা অমুক হন্না উৎনবা হোৎনখি। কবি অসিনা পুন্সিগী রাখলগী ঈহৌ য়েকপদা অচুম্বা পরীংদা য়েকপীরম্মী। মহাক্কী চাঁদসদাগর মীখা পোনবা য়াদবা, নীংথ্রবদ হন্দবা রাশক কায়দবা, মরাল লৈতবা, শাজৎ লীচৎ চুম্না চৎচবা মীওই অমনি। অদুম ওইরবসু বেহুলানা নোংলুক্না তকশিনদুনা মনসা অসি লাইরেম্বীনি (দেবী) হায়বসি য়াহনখি। মসি বেহুলাগী চীঙ ফাওবা লেঙহনবা শুম্বা-মশাবু থাজবা, অশেংবা ভক্তি অমসুং মপুরোইবা নীংবগী মায়-পাকপা মহৈনি। মহাক অসি সীতা অমসুং সাবিত্রীদগি কন্নিগুম্বদসু ময়েং তাদবা তালোয়শিংগী ফিদম অমনি। শকনাইবী বেহুলাগী শেংথ্রবা লমচৎ অমসুং খম্থেংথ্রবা ভক্তিগী মায়োক্তা লাইশিংগী শক্তি ফাওবা নোপথে। কম্ছি থোক্না হায়বা রাহে খরনা চাঁদ সদাগরগী তালোয় সোনেকাগী শকমবু নাইতোম তারবী, নুংশিবিবা য়ারবী পান্দমনিঙায় লৈতবী, মায়থীরবী মমা অমা ওইনা উৎলি। মসি সিনগেগী "রাইদার্স টু দি সি" (The Riders to the Sea) হায়বদুদা মৌর্য্যগী অৱাবা শক্তম উৎপগা চাংদমনি। মিংদা লাই অমনি হায়না খঙনরবসু, পম্না মশাদা মীহৌবা, শীংনবা অমসুং অখুবা রাখল চেন্নি। বেহুলাগী মরমদা লৈবা শৈরেংশিংদা মীওইবশিংনা লাইগী থাক্তা কাখৎলি অমসুং লাইশিংনা পৃথিবীগী অখুবা রাখল লীচৎ মরক্তা কুমথরকই। মনসাদেবীগী মরমদা ইবা শৈরেংসিংদা সাহিত্যগী মমল লৈবা মচাক কয়া লৈ-লৈতবা অসোমদা খনথত্রবসু মসিমদি অচুম্বনি মদুদি শৈরেংশিংসিনা থায়নগী চৎনরোল, ফুঙ্গাবারী অমসুং সাহিত্যগী ঐখোয়গী কৃষ্টিগী মচাক ওইবা লাইতীনগী মরমদা লৈবা রারীশিংবু ঙাকপদা য়ান্না মতেং পিবী অমসুং সাহিত্য অমসুং কৃষ্টিগী নক্নবা মরি কনখৎহল্লি।

# অহুম শুবা তাংকক্
## বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ইহৌ লাকপগী মতম

তরাতরুক শুবা চহিচাদা আসামদা কোচ অমসুং অহোম কৌবা অচৌবা শক্তি অনিখক মতম অমত্তদা খংচাও চাওখৎলকপা উই অমসুং কাঙলুপ অনিসিনা লৈবাক মপুম অসি অনী থোক্লা য়েন্নরগা পানবিন্নরম্মী। খৃঃ ১৪৯৮দা আলাউদ্দীন হুসেন শাহনা লান্দারকপদগী অরীবা লৈবাক কামতাপুর পুমতোই তোইনা কাইথ্রে অমসুং অসিগী মতুং মতম খর নিংথৌ পান্দবা লৈবাক ওইনা কাংখোং চাইদুনা লৈরবা মতুংদা অরীবা লৈবাক্কী উৎ-মরক্তগী অনৌবা লৈবাক অমা ফাওগৎলকখি। খৃঃ ১৫১৫ অদুরাইদা কোচ শাগেগী লুচীংবা বিশ্বসিংহনা কোচবেহার (হৌজিক্কী কুচবিহার) দা কোনুং ওইদুনা অনৌবা লৈবাক অমা শেমগৎখি। কোচ শাগেদা খ্বায়দগী হেন্না অফাওবা নিংথৌদি বিশ্বসিংহগী মশুণ চেল্লবা মচা নরনারায়ণ হায়বসিনি। মহাক অসি বিশ্বসিংহগী মতুংদা মুগল বাদশাহ্ আকবরগী মতমদা পাল্লম্মী। নরনারায়ণ বারানসী (কাশী) দা লাইরিক লাইশু তমখি অমসুং সংস্কৃতদা য়াম্না মীংচৎ লৈখি। নরনারায়ণ অমসুং মহাক্কা পোকমিন্নবা মনাওনিপা শুক্লধ্বজ (চিলারাই হায়নসু কৌবা) মখোয় অনীনা কাশী অমসুং মহৈমশীং তমফম্ অতৈ লমদমদগী ব্রাহ্মণশিং অমসুং অতৈ জ্ঞানীশিংবু মখোয়গী কোনুংদা বার্ত্তোন তৌদুনা পুরকখি। মখোয় অনীমক চঙদুনা হিন্দু ধর্ম্মবু লৌগৎখি অমসুং য়োকখৎখি। লাইরিক লাইশু হৈববু লুনা তৌখি অমসুং নরনারায়ণগী প্রজাশিংবু কৃষ্টিগী মরমদা অৱাংবা থাকতা পুখৎনবা য়াম্না কন্না হোৎনখি। ইংরেজ লমকোয়বা বাল্ফ্ ফিচে (Ralph Fitch) নরনারায়ন্না পাল্লিঙৈদা কোচ লৈবাক য়েংবা লাক্লম্মী অমসুং মহাক্না মতমদুদা আসামদা ষণ-ইরোইনচিংবা শাশিংগী লাইয়েংশংগী থৌরাং অমসুং অসমীয়া শিংনা হিংসা পামজদবগী মরমদা থাগৎ-বাহে কয়া হায়বিরম্মী। নরনারায়ন্না ফাওখ্রবা সন্তকবি শঙ্করদেব অমসুং মহাক্কা লোয়নবশিংবু বার্ত্তোন তৌদুনা মহাক্কী কোনুংদা পুরকই অমসুং মখোয়দুনা থৱায় য়াওনা দানধর্ম্ম কয়া তৌখি। নরনারায়ণ শঙ্করদেবকী শিষ্য ওইনীংলম্মী অদুবু শঙ্করদেবনা লৈবাক্কী নিংথৌবু দীক্ষা পীবা হৌনদে হায়দুনা য়াখিদে। নরনারায়ণ নিংথৌগী মনাও ইবুঙো চিলা রায়না শঙ্করদেবগী মমৌনুপী কমলা-প্রিয়াবু লুহোংদুনা লৌই অমসুং মরী অসিনা কোচ লৈবাক্তা বৈষ্ণবধর্ম্ম শন্দোকপগী পাম্বৈ ওইখি।

মতম অসিমক্তদা আহোমশিংসু লৈবাক অসিগী নোংপোক থংবা লমদমদা মখোয়গী শক্তি কন্খৎনবা অমসুং চেংশিন্নবা কন্না হোৎনখি। দিহিঙ্গিয়া রাজা হায়নসু কৌবা আহোম নিংথৌ সুহুংমুং (১৪৯৭-১৫৩৯) না চুটিয়াশিংগী লৈবাক লৌশিল্লী। চুটিয়াশিংগী লৈবাক অসি মখোয়গী কোনুং সদিয়াগী অকোয়বদা লৈরম্মী। নিংথৌ অসিমক্লা চেকশিন্না গুাকতুনা থম্বা কোনুং ডিমাপুরদগী কাছাড়ী নিংথৌশিংবু তানথোকখি অমসুং ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী অৱাং-তোর্ববান্দা লৈবা ভূইয়া লুচিংবশিংবু মাইথিবা পীদুনা মহাক্কী মখা পোলহনখি। সুহুংমুংনা কোচনিংথৌ বিশ্বসিংহগা মরূপকী মরী লৈননবা থৌরাং চৰ্থে। ১৫৩৭ ইংদা বিশ্বসিংহ মহাক্কী কোনুংদা লেঙবিরক্তুনা উনখি অমসুং মরূপকী হৌনবী ব্যবহার উৎনখি। আহোম নিংথৌশিংগী

মনুংদা হিন্দুধর্ম্মদা দীক্ষা লৌবা সুহুংমুংনা ইহান হাল্লি অমসুং স্বর্গনারায়ণ হায়বা হিন্দু মিংথোনসি লৌশিন্দুনা হিন্দুগী মওংদা পুন্সি লেনখি। অসমীয়াশিংগী মনুংদা খ্যায়দগী হেন্না ৱাখল চেনবা অফাওবা কবি অমসুং সমাজদা অহোংবা পুরকখিবা শঙ্করদেব মহাক্কী মতমদা পোকখি। মহাক্কী শাসনগা বৈষ্ণবধর্ম্মগী নৌহৌনবা ঈহৌ লাকপগা মতম অমতদা থোকখি। মসিনা অসমীয়া-শিংগী ধর্ম্মদা, সমাজগী নাংতা, কৃষ্টিদা নৌহৌনরবা বৈষ্ণব ধর্ম্ম মরা তাখি।

ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী খা-দা হৌজিক নগাও হায়বা সহর অসিদগি মাইল ১৬ রোম লাপ্পা লৈবা আলীপুখুরী হায়বা খুন অমগী ভূইয়া শাগেদা শঙ্করদেব পোকই (১৪৪৯-১৫৬৯ ইং)। মতমদুদা ভূইয়াশিংসি সমাজদা য়াম্না ইকায় খুম্নরবা খুকন-পাঙ্গনবা জমিদারশিংনি। মখোয়না নিংথৌনা পীবা খুদোং চাবা কয়া ফংদুনা পাল্লম্মী। ভূইয়াশিংগী মনুংদা অথোইবা ওইরম্বনা শঙ্করদেবগী বংশবু শিরোমণি ভূইয়া হায়না খঙনরম্মী। মহাক্কী মপাবুংগী মিংদি কুসুমবর কৌই। শঙ্করদেবনা পোকপগী নুমিৎ তুমনিগী মনুংদা মমা লৈখিদে অমসুং মবোক খেরসুতীনা মহাকপু য়োকখি। শঙ্করদেবনা চহী ১২ শুরবা মতমদা মহাকপু ফাওরবা সংস্কৃত পণ্ডিত মহেন্দ্র কণ্ডালীনা পুবা খুঙ্গংগী স্কুলদা মিং চন্নি।

শঙ্করদেব চহী ২২ শুবদা লাইরিক তম্বা লোইখি অমসুং মপুংফাবা পণ্ডিত অমা ওইখি। স্কুল থাদোকপগা ইমুং মনুংগী লুম্নবা ভার লৌবা তাখি। মহাকপু কায়স্থ নিঙোল সূর্য্যাবতীগা লুহোংবীখি। সূর্য্যাবতী লুহোংবগী মতুং চহী মরী শুবদা মচানুপী পীশক অমা থলম্লগা নোঙ্গাখি। মতমসিমক্তদা শঙ্করদেবগী মপাবুংসু লৈখিদে। থরাই শোকপা থৌদোক অনিসিনা নহা ওইরিবা মহাক্কী পুক্লিংদা য়াম্না নুঙাইতবা পোকখি অমসুং সংসার ত্যাগ তৌবগী ৱাখল থল্লকই। মচানুপী লুহোংবো লোইরবা মতুংদা খৃঃ ১৪৯৬ দা শঙ্করদেব য়াম্না অৱাবা খাঙদুনা মতম শাংনা তীর্থ কোয়খি। মহাক্কা মহাক্কী গুরু মহেন্দ্র কন্দালী য়াওনা মরুপ ১৭ লোয়নখি। শঙ্করদেবগী শিষ্যশিংনো মহাক্কী পুন্সিৱারীদা লমকোয়বসিগী মরমদা শন্দোক্লা ইরম্মী। মহাক্কা অৱাং অমসুং খা-ভারতকী-অয়াম্বা লাইফমদা খোঙদাবীখি। মরু ওইবা তীর্থ অমসুং লাইফমশিংগী মনুংদা গয়া, পুরী, বৃন্দাবন, মথুরা, দ্বারকা, কাশী, প্রয়াগ, সীতাকুন্দ, বরাহকুন্দ, অযোধ্যা অমসুং বদরিকাশ্রম থুংনা য়ৌবিরম্মী। লাইফমশিংসিদা মহাক্কা মওং মওংগী ৱাখল চেনবা বৈষ্ণব গুরুশিং থেংনখি অমসুং মখোয়গা লোয়ননা শাস্ত্রময়ামদা য়াওবা অৱাংবো থাক্কী জ্ঞানগী মরমদা নৈনখি। নৈনবা অসিগী-মহৈ ওইনা মহাক্কী পুক্লিংদা পোকখিবা ঈহৌদুগী মমি মতুংদা মহাক্কা আসামদা বৈষ্ণবধর্ম্ম শন্দোকপগী আন্দোলন তৌবদুদা ফাওদোরকই। চহি ১২ চুম্না বৈষ্ণব শাস্ত্রগী ফাওরবা নৈনফম কয়ামরুম কোয়রুরবা তুংদা শঙ্করদেব মযুমলৈবাক্তা য়াম্না লমকোয়রবা মী বৈষ্ণব ধর্ম্মগী শাস্ত্র কয়া হৈরবা লাইনীং লাইশোল খঙলবা অমদি লাইরিক তফম শং শিললাংবেগী মরমদা খঙহৈরবা পণ্ডিত অমা ওইনা হল্লকখি।

শ্রী শঙ্করদেবনা থোরকপা মতমদা আসামদ শাক্ত অমসুং তান্ত্রিক মওংদা লাই ইরাংপগী থৌরম য়াম্না কম্না চংনরমই। শঙ্করদেবকী পারী-পুরী পুম্নমক শাক্ত গুাক ওইরম্মী মখোয়গী মনুংদা অমগী মিংদি দেবীদাস কৌরম্মী (হায়বদি দেবীগী মনাই) করিনা হায়ববু মহাক শাক্ত লাইনিংগী লাইরেম্বীদা থৱায় য়াওনা শ্রদ্ধা-উৎচবা অম ওইরম্মী। শঙ্করদেবগী য়াম্না চানজবা শিষ্য মাধবদেব অমসুং ভট্টদেব কৌবা অতোপ্পা বৈষ্ণব সাধু অনীসিসু বৈষ্ণবধর্ম্ম লৌগ্নিঙেদা শাক্ত ওইরম্মী। গৌহাটিগী কামাখ্যা মন্দির, সদিয়াগী তাম্রেশ্বরী মন্দির, দুবীগি পরীহরেশ্বর মন্দির

অমসুং সেরগাওদা লৈবা মহাদেব মন্দিরশিংসিনা লৈবাক অসিগী শাক্ত লাইনিংগী মফম ওইবা মফম ওইরম্মী। মফমশিংসিনদি সমাজগী মীয়ামদা অমসুং ধর্মগী ওকশিংগী মফমদা

অকনবা ঈহৌ অমা পীখি। মতমগী মতুং ইন্না মহৌশাগী চীংমীনচিবো চাওখত্তবা শাগেগী মীওই অপুম্বা শাক্ত লাইনিংগী লমকেন্দা চৎখি অমসুং মসিনা চঙখোম্লবা তান্ত্রিক ধর্ম শন্দোকপগী লম্বেন কাখখি। শঙ্করদেব পোক্ত্রিঙৈ চহি চা কয়াগী মমাংদগী তান্ত্রিক ধর্মদা লোয়ননা তমখিবা অয়োংপা শাজং কয়া আসাম্দা চৎনেরম্মী। তান্ত্রিক ধর্মগী লাইনিং লম্বেন্দা মরক মরক্তা মী বলি তৌবগা লোয়নবা মখল মখলগী থৌরম লৈরম্মী। মুক্তি ফংবগী অরাইবা পাম্বৈ ওইনা খল্লমদি মীয়াং, মদ্য অমসুং অতোপ্পা অথুপ্পা থৌরম কয়াসিনি। তান্ত্রিক লাইনীংনো অরনবা খুত্তম (মুক্তি) ফংবদা শোয়রকপ্রবা পাম্বৈ ওইরকসু মসিনা সমাজদা অয়োংপা মীওইবগী শাজং লিচংতো লেয়ান তুয়ান চৎলকপা, কত্তহৌদি ভাড়বদা হালেঙবা অমদি লমচৎ মাঙ্খরকপা ওইরকই হায়রবাসিদি য়াদবা ঙমদে। তীর্থপরিক্রমা লোইদুনা হল্লক্লবা মতুংদা শঙ্করদেবনা সুকলেংপ. লেপতনা শাক্ত অমসুং তান্ত্রিক ধর্মগী মায়োক্তা ইয়াংহৌখি। মহাক্না মতোন লোয়া শাক্তধর্মগী লাইনিং লম্বেন্দা মহাও চেনবা মচাক করিমতা লৈতে হায়রবদু প্রমাণ তৌখি। উমংলাই-লোন অমসুং ভূতপ্রেতশিংদো য়াম্না খাজববু য়ানিংদবা অমসুং তুকচ্চবদগী মহাক্না বৈষ্ণব ধর্মগী অনৌবা ঈহৌ পুরক্লবা খরায়-হকচাং য়াওনা কয়া হোংনখি। শঙ্করদেবনা মহাকী লাইনিং লম্বেন্দা বৈদিক মত মতুং ইন্না ইরাৎ পূজাতৌবা অমসুং মখল মখলগী লাই লাংপা য়াওহনখিদে, মহাক্না লাই অমতবু লাংকনবনি হায়রবসি প্রচার তৌখি অমসুং মহাক্না পুখোকপা অনৌবা ধর্মসিগী মমিং একেশ্বরনাম-ধর্ম থোনখি। মসিগী অর্থদি মাইয়দগী হেন্না অরাংবা থাকী লাইনিং লম্বেন্দা নিংগলবা লাইদা খরায় হকচাং কৎথোকপা হায়বনি। মদু নারায়ণনা বিষ্ণুগী শায়োন ওইনা যুগ যুগতা মওং মওংগী অবতার ওইনা ফোংদোকপীবসিনী হায়না হায়খি। বিষ্ণুনা মাইয়দগী হেন্না খরায় তাবা অবতারদি শ্রীকৃষ্ণনি। শঙ্করদেবনা অসুম্না হায়খি : ঈশ্বরদি অমতনি, লাইনিং লম্বেন্দা নীংজগদবসু অসিমতনি অমসুং অতৈ অমতসু লৈতে।" অমতা ওইবা ঈশ্বর অসিদা তত্তায়কদনা খরায় কৎথোকদবনি হায়রবসি মহাকী ধর্মদা য়াওরি। ধর্মসিগী মতুংইনবা ঈশ্বরদি অমতনি হায়না য়ারিবশিংদো অতৈ লাইবু পূজা তৌবা য়াম্না কন্না থিংঙি। মহাপুরুষ মশামক্না হায়খি—"বৈষ্ণবনা অতৈ লাইগী লাইশঙদা পূজা তৌবা য়াদে অদুগা অতৈ লাইদা হৈক্লক কংপদা শরুক য়াবা য়াদে। অসুম তৌনা পুক্নিং য়াংলবদি ভক্তিভাব চেৎতে।" শঙ্করদেবগী ধর্মগী ভক্তিদা য়াম্না পেনবদু মহাক্না তৌজবা ভাগবতগী অনুবাদতা মখাগী পয়রেংশিংদা ফজনা ফোঙদোক্লনা উৎলি। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রবি "মীশিংনো মাগী মাগী পুক্নিংদা নিঙবা মতুং ইন্না ভাগবতগী অর্থ হন্দোকতুনা ময়ামদা খঙহল্লি। মখোয়না নিজবা মতুং ইন্না ভক্তি নত্তনা অতৈ পূমমক ফংজে। খরনা হায়রবি বেদনা যজ্ঞ, ইরাৎ-পূজা অমসুং দানধর্ম তৌবদা খাজহল্লি, অতৈ খরনা হায়, বেদনা লাই মচা মচা পূজা তৌবা, তীর্থপরিক্রমা তৌবা অমসুং অশেংবা তির্থদা ইরুজবা গঙ্গাস্নান তৌবনচিংবনা য়াইফনবেন ফংবগী পাম্বৈনি। অতৈ খরনা জ্ঞাননা মাইদগী হেনবা য়াইফনবেন ফংবগী পাম্বৈনি হায়না ভাকপি। মখোইনা তৌবিবা অর্থশিংসি মখোয়গী পুক্নিংগী মন্থ ওইবা মওংনি হায়রবা ভাকই। হে মনুপ, মশিদি খঙউ-ঐবু জ্ঞানতনা ফংবা ঙম্দে, প্রায়শ্চিত্ত, ত্যাগ অমসুং দান-ধর্মনসু ফংবা ঙম্দে যোগ সাধন অমসুং জ্ঞাননসু ফংবা ঙম্দে। ভক্তিগী মতেংতনা ঐবু ফংবা ঙম্মী।"

অসিমদি খঙগদবনি-শঙ্করদেবনা চংয়ৌনা সন্ন্যাসীগী ধর্ম্মদা চংপা নত্রগা য়ুম-কৈ নুপী অঙাং পুমথা থাদোকপা অনীমকসি য়ারমদে। মহাক্না অনীসিগী মরক্তা কৈনৌ ৱায়েল তৌবিরম্মী। মহাক্না থাজবগা লোয়ননা হায়বিরম্মী মদুদি ত্যাগ হায়বসি থনুংগীনি অমসুং মপানগী নত্তে। মহাক্কী ৱাখলদা নিপা-নুপী পুন্নমক সংসারদা হিংদুনা লৈবগীদমক মহাক্কী মহাক্কী থবক্তা পুক্লিংচঙনা চত্থগদবনি। সন্ত মশামক মপুং ফানা সংসারধর্ম্ম পালন তৌরম্মী অমসুং তীর্থ পরিক্রমা লোইরগা হল্লকপদা অহানবা নুপী লৈখিদ্রবদা অনীশুবী নুপী অমা থীখি। মহাক্কী ধর্ম্মদি সংসার ধর্ম্ম পালন তৌনা তৌনা খ্বায়না তমজফম ওইবা য়াম্না অচুম্বা অমসুং অচম্বা নীতিগীমতুং ইন্না চত্থরগা মুক্তি ফংনবা হোৎনবসিনি অমসুং মসিনা বুদ্ধদেবগী নীতিগুম্না মতম খরতগী মনুংদা দেশগী মীওই পুন্নমক ধর্ম্ম-নীতি অসিগী মখাদা চিংশিনখী। শঙ্করদেবনা গার্হস্থ্য ধর্ম্ম পালন তৌবগী মরমদা য়াম্না কন্না হায়দোকচবা পাওতাকতি সংসার ধর্ম্ম পালন তৌনা তৌনা সমাজগী কান্নবা থবক কয়া ইমুং মনুং, মরীমতাং পুন্নমক য়োক-থাক্তুনা লাইরচুত্থববু য়েংশিনবা য়াই অসিশিংগা লোয়ননা ধর্ম্মগী থবক লাইনিং লাইশোনগী থৌদাং পুন্নমক তৌবা য়াই। মাগী মোৎ অসি শৌগৎপদা শঙ্করদেব অসি মহাভারত অমসুং গীতাগী প্রবৃত্তিমার্গ নত্রগা কর্ম্মযোগনা ঈথিল কন্না পী। মহাক্না মরক মরক্তা মহাভারতকী সৌম্যর্ষী মুনিগী ৱাহে পনবি। মসিদা মুনি অসিনা গার্হস্থ্য ধর্ম্মবু শৌগৎপিদুনা হায়বি ঃ—মুক্তি ফংবগী লম্বেনদা অৱাবা অমসুং নুঙাইবা ..তাং অনীমক্তা পুক্লিং ফাবা ঙম্বনা তঙাইফদবা খোংথাং অমনি। অসিমসু কাওরোইদবনি মদুদি গার্হস্থ্য ধর্ম্মপালন তৌদনা অসিগুম্বা পুক্লিংগী ৱাখলসি থক লাকতে। মালেমদা জীবপুন্নমক্কী পুনসি মমানা য়ুমফম ওইবগুম্বা পুল্লিগী থাক (আশ্রম) পুন্নমক্কী য়ুমফমদি গার্হস্থ্যধর্ম্মসিনি।"

শঙ্করদেবগী ধর্ম্মনা সামাজিক অমসুং কৃষ্টিগী মরম্দা অতে অনৌবা অর্থ অমসু পীবিরম্মী। আসামগী ইতিহাসতা মহাক্না ইহান হানবা ওইনা সমাজদা মী পুন্নমকসি অচৌবা মচা খায়দনা চপ্‌মানে হায়বা খোল্লাও অসি ময়ামদা য়ৌহল্লি অমসুং আধ্যাত্মিক্কী ৱাখলদা মী পুন্নমক চপ মান্নে হায়বসি মরা চেৎনা ময়ামদা ভাব তাহনখি। মহাক্কী ধর্ম্মদা য়াওরবশিংগী মরক্তা ব্রাহ্মণ, শূদ্র, অমসুং তোল্লবা শাগে খায়দনা মী পুন্নমক ইরাৎ-পূজা, লাইনিংবা অমসুং লাইশোনবগী অধিকার চপ্‌মাননা ফংজরম্মী। শঙ্করনা হায়খি—"কৃষ্ণ হায়বা মীংথে অসি থৱায় য়াওনা শোনজবগী দমক মী অমনা ব্রাহ্মণ ওইবগী করি দরকার লৈবগে?" মহাক চণ্ডাল ওইবা য়াই, নত্রগা য়াম্না তোল্লবা শাগেগী মী ওইবা য়াই তোইগুম্বসুং ঈশ্বরগী মীংথে শোনদবা মীওইশিংদগীদি মহাক্না অথোইবনি।" শঙ্করদেবনা মহাক্কী ধর্ম্মগী মনুংদা অচৌ মচা খায়দনা শাগে পুন্নমক্কী মীওইশিংবু চনশিল্লী; মখোয়শিংদুগী মনুংদা ব্রাহ্মণ, চীংমী অমসুং মুসলমান ফাওবা য়াওই।

চহী খরগীদমক শঙ্করদেবনা মহাক্কী হৌফম নগাঁও জিলাগী বড়দোয়াদা মহাক্কী ধর্ম্মগী মণ্ডল শম্দোকহন্নবগী কেন্দ্র শেমখি। মফমসিদা মহাক্না ছত্র (আশ্রম) অমা লিংখৎখি অমসুং নামঘর হায়বদি ময়াম তিল্লগা নোংমা কায়দনা লাই খুরুমফম অমসুং থৱায়-হকচাং য়াওনা নামকীর্ত্তন তৌফম শঙ্ অমা শাদুনা থমখি। মফমসিদা ধর্ম্মগী মরমদা ড্রামা তৌই অমসুং ধর্ম্ম প্রচার তৌই। প্রচারগী অনৌবা মওংসিদা মহাক্না মীয়াম্বু ধর্ম্মসিগী মনুং চনশিনবা হৌই অমসুং মহাক্কী ধর্ম্মমত অসি ময়ামদা তরাম্না হায়দোকচে। অদুগা মহাক্কী য়াম্না চমত্রবা ধর্ম্মগী পাওতাকসিংনা মহাক্কী অকোয়বদা শিষ্য ময়াম চিঙশিল্লকই। মাটিন লুথারনা তৌবগুম্না শঙ্করদেবনা মশানা থাজজবা অমসুং ময়াম্না য়াবা মহাক্কী চল্লবা মত অদু যজমান চাবা ব্রাহ্মণশিংনদি পামখিদে। মখোয়না

মহাক্কী ধর্ম্মমত অদু য়ানিংদবনা অপনবা য়াম্না পীখি। মরমদি ব্রাহ্মণশিংনা শন্দোকলম্বা মহৌশাদগী চৎনরকপা পুজাতৌবগী নিয়ম লাইনিং লম্বেন পূম্বা মানা থাদোকখিবা অদুগী মথক্তা অসুক কুইবা সংস্কৃত শাস্ত্রচর্চ্চা ব্রাহ্মণশিংতনা তৌগদবনি হায়বা পথাপতু থুগাইদুনা অসমীয়া লোনদা শাস্ত্রশিংদু হন্দোকতুনা মী খ্বায়না পাব-খংবগী খুদোংচাহনখিবদুনি। শঙ্করদেবকী ধর্ম্মসি লৈম্লেগুম্না ময়ামদা শন্দোকলক্তুনা মাগী মঙাম্না কুপশিন্নকতুনা শক্তি মাঙথরকলবা ব্রাহ্মণশিং অকিবগী মশক ফংনা নুংশাথীখি। মরম অদুনা মখোয়না আহোমনিংথৌ সুহুংমুং দিহিঙ্গিয়াদা (১৪৯৭ ১৫৩৯) বেদবিরুদ্ধ ওইবা ধর্ম্মমত শন্দোকতুনা লৈবাক্তা অবাবা থোকহনবগী মরাল সিরদুনা শঙ্করদেবগী মথক্তা বাকংখি। আহোম নিংথৌনা শঙ্করদেববু মহাক্কী কোনুংদা কৌখৎলি অমসুং ব্রাহ্মণশিংগা তর্ক তৌনহল্লি। তর্কসভাদুদা শঙ্করদেবনা মীংচৎকা লোয়ননা ব্রাহ্মণশিংদুবু মাইথীবা পীখি। অদুম ওইনমক মহাক্না আহোম লৈবাক্তা লৈবদু মথরাং মাঙবা য়াই হায়না নুংশা থিখি। অদুগীদমক মহাক মফমদু থাদোকখি। মতুংদা অসুম চৎখিদুনা কোচবিহারগী হিন্দু নিংথৌ নরনারায়ণগী মখা পোনবা লম হৌজিক্কী কামরূপ জিলা অসিগী মনুংদা লৈবা বড়পেটা হায়বা মফমদুদা য়ৌখি। বড়পেটাদা "পাঠবৌসি ছত্র" গী যাত্রা হুনদুনা লিংখৎপীখি অমসুং নামঘর অমসু শারগা ময়ামদা মহাক্কী ধর্ম্মপ্রচাব হৌখি অমসুং ময়াম্দা ধর্ম্মসিগী রাখল চেলহনখি। মঙাল লৈবা কোচনিংথৌগী থৌজানদগী শঙ্করদেব থরা ইংনা বড়পেটাদা পুন্সিগী অরোইবা শরুক লেনখি। মহাক্না ইবা ঈশৈ শরুবা অতেনবা শৈরেং, ড্রামা অমসুং কাব্যশিং মফমসিদা লেংবনি। বড়পেটাদা চহী অহুম লৈরবা মতুংদা চহীদা মপুং মরে ফারবা মরিফুং তরাতরেৎ শুরবা (১৫৪৬) শঙ্করদেবনা তীর্থ পবিক্রমাগীদমক অমুক হন্না বড়পেটাদগি যাত্রা তৌদুনা থোকখি। মহাক্কী খোঙচৎ অসিদা মহাক্কী শিষ্য ১২০ লোয়নখি। খোঙচৎ অসিদা পুরীদা শ্রীচৈতন্যদেবগা উনখি অমসুং কবীবগী মশুনুপীগসু উনখি হায়নে। মহাক্কী পুনসিগী লোইরমদাইদা নরনারায়ণ মহারাজনা মহাক্কী কোনুংদা বার্ত্তোন তৌদুনা শাস্ত্রশিং ব্যাখা তৌহন্নবা অমসুং ধর্ম্মসভাদা ধর্ম্মগী মরমদা নৈনবদা শরুক যাবিনবা শঙ্করদেববু থৌদোক কয়ামুক্তা হন্না হন্না পূরকখি। নরনারায়ণগী কোনুংদা খোঙাপর্বসিনা শঙ্করদেবগী মীংচৎ হেনগৎপা ওইখি অমসুং মহাক্কী মীংচৎকি লাইশঙদা মহাক্কী জ্ঞান, শেংপক লমচৎ অমসুং শৈরেংগী মরা চেৎপা য়ুমফম ওইখি। নরনারায়ণ মহারাজগী মনাওনিপা চিলাবায়না কোনুংগী মনাক্তা লৈবা ভেলাদাঙ্গা হায়বা মফমদুদা ছত্র অমা লিংখৎখি। মফমসিদা শঙ্করদেবনা মহাক্কী কোচবিহার খোঙচৎতা লৈবিখি। অসমীয়াসিংদা ঈশ্বর অমসু মাগী মরমদা অনৌবা মওংগী রাখল পোকহনখিবা অসিগুম্বা মহাপুরুষ অসি মফমসিদা ১৫৬৯ ইংদা নোঙ্গাখি.

শঙ্করদেবগী ধর্ম্মপ্রচারগী মহৈ ওইনা তুংদা ধর্ম্মগী অমসুং সমাজদা কান্নবা য়াম্না লাকখি। অসিনা আসামদা শিক্ষা অমসুং সাহিত্য চাওখৎপগী মরমদা য়াম্না থুমাং চাওশিনবা অমা ওইনা থোকখি। শঙ্করদেবনা য়াম্না ফাওরবা সংস্কৃত পণ্ডিত অমা ওইরবসু মরু ওইনা অসমীয়া লোনদা ইবিরম্মী। লাইরিক লাইশু হৈজদবা খ্বাইতরানা সংস্কৃতদা লৈবা জ্ঞান অদু ইরাই লাইনা খঙবা ঙম্নবগীদমক অসুন্না তৌবিরম্বনী। মহাক্না রারেংশিংগী রাহৈ-রাতাগী ভাষ্য ময়াম অনুবাদ তৌবিদুনা অমসুং ইদুনা মহাক্কী ধর্ম্মমত শুগায়না তাকপীবম্মী অমসুং মহাক্না শোকপিরম্বা পূম্নমক সনা ওলহনবগুম মওং হোংদোকপীরম্মী। মহাক্না ইথোক্তুনা থম্বিরম্বা শিংসি থাঙ্গেশেংনা কান্নবনি অমসুং কনাগুম্বা অমনা মহাক্কী তৌগদবা থবক তৌবদা তঙনা লমজিং মৈরা ওইনা

দরকার ওই হিরমথুদিংমক্তা হেন্দোক থোইদোকপা মীওই অমা ওইবনা মহাক্না শৈরেং, ঈশে ফ্রামা কয়া লেংবিদুনা অসমীয়া সাহিত্যদা অনৌবা ঈহৌ অমা পুথংপীরম্মী।

শঙ্করদেবনা মাবুই নশিনবগী ঈহৌ অসি মরূ ওইনা ভাগবততা থেনবিখি। ভাগবত হায়বসিদি থায়নলগী মথৎমথং তানয়ক্লবা কাওরোইদবা য়ারীশিংনা থজবা অমসুং বেদান্তদর্শনগী শেংদোকলবা মচি ভাক্তনি। অদুনা মহাক্না হায়না শাস্ত্রগ্রন্থ অসিবু অসমীয়া লোনদা হন্দোক্লবা হোৎনবিখি। য়াম্না অৱাংবা থাকী ওইবা অমসুং য়াম্না শীরবা লোন্দা মওংতোনা লূরবা খুইনা থাগৎনরবা লাইহরিক অমবু ফজবা মওংদা ইথোকপা, মচাক অসিবু প্রদেশ অমগী লোনদা হন্দোক্লবা হোৎনবা হায়বসি অওইবমক য়াম্না থৌনা ফবা অমসুং হেন্দোক থোইদোকপা থৌয়াংনি। মতাংসিদা নুঙাইহনিঙাই ওইবা য়ায়ম অমদি অসিনি ব্রাহ্মণশিংনা কোচ নিংথৌ নরনারায়ণদা শঙ্করদেবগী মথক্তা মরালশিদুনা য়াকথলি—মহাকী মরালদি মহাক অসি থয়ায়-হকচাং য়াওনা ভাগবত পাজে, অনুবাদ তৌথোকই অমসুং ভাগবতকী ওবা অমনি।

লাইহরিক অপুম্বাসি মী অমতনা অনুবাদ তৌবা হায়বসি য়াম্না অরায়বা থবকনত্তে। অদুনা শঙ্করাচার্য্যনা অধ্যায়শিংদু তোয়া মহাকী শিষ্যশিংদা অনুবাদকীদমক য়েন্থোকপী। মশামক্তা অয়াবা শরুক হায়বদি অধ্যায় ১, ২, ৩, ৭, ৮, ৯, ১০ অমসুং ১২ দি অনুবাদ তৌবগী তায় লৌখি। তোঙান তোঙানবা অধ্যায় অনুবাদ তৌখিবা অতৈ অইবশিংদি অনন্তকন্দালি (অধ্যায় ৪, ৬ অমসুং অধ্যায় ১০ গি খণ্ড অমা), কেশবচরণ (অধ্যায় ৭, অমসুং ৯) গোপালচরণ দ্বিজ (অধ্যায় ৩ ওবা) কবিকলাপচন্দ্র (অধ্যায় ৪ গি খণ্ডশিং), শ্রীবিষ্ণুভারতী (অধ্যায় ৪ গি খণ্ডশিং) রত্নাকর মিশ্র (অধ্যায় ৫ গী খণ্ডশিং) শ্রীচন্দ্রদেব (অধ্যায় ৪ গী খণ্ডশিং) অনিরুদ্ধ কায়স্থ (অধ্যায় ৪ অমসুং ৫ গি খণ্ডশিং) অমসুং হরি (অধ্যায় ৫ গী খণ্ডশিং)।

ভাগবত অনুবাদ তৌবসিনা অসমীয়া লোনগী শৈরেংগী অনৌবা যুগ হৌরে হায়বা উৎলি। মসিনা শঙ্কর সাহিত্যদা পীরকপা ঈথিলশিংসি মথল য়ামই। মসিনা অসমীয়াশিংদা থাজবা (faith) অমসুং মশানা মশাবু থাজবগী (self-confidence) শক্তিদা অনৌবা ঈনোং হাপখি। ভাগবত্তগী শঙ্করদেবনা শ্রীকৃষ্ণগী য়ারীবু মীয়ামদা তাহনবসিদা নত্তনা পুক্নিংগী য়া মফোংদোক (expression) ছন্দ (metres) অমসুং ইবগী মওং-মতৌগী কাময়বসু মহাক্না মসিদগী ফংখি। শঙ্করদেবনা অনুবাদতা ফাউরিবসি মহাকী ফজরবা অসমীয়া য়াহে—য়াতাদুত্তদা নত্তে, মরুওইরিবদি মহাক্না শিজিন্নরিবা চান-চূনরবা অসমীয়া প্রমান-পহৈদুপনি।

ভাগবতকী অধ্যায় পূম্নমকী মনুংদা আদি দশম (অধ্যায় ১০ ওবগী অহানবা খণ্ড) খ্বায়না পায়ে। অধ্যায় অসিদা কৃষ্ণনা অতাং ওইরিঙৈদা তৌবা থোকখিবা থৌদোকপূম্বা খুদম ওইনা হায়বদা অতাংওইরিবা কৃষ্ণনা হিংচোবসিং হাংপা মহাকী শামথোৎনবা, বোন্দা মরূপ শিংগা যগদেন্বা অমদি অতাংগী হৌনবী মীগী মাখোন, সজোম দহি হুয়ান্দুনা চৌবা, গোয়ালনুপীশিংগা থৎনবা অমসুং মহাকপু য়োকপীবা মমা যশোদানা য়ায়ক-য়াতেম্বনচিংবসি মরমদা ওগায়না লীরি। পুক্নিংদা ধর্মগী মরমদা থৌয়াংবা চঙয়ৌনা ফাওরবসু তয়া ওবা অধ্যায় অসিদা অতাং ওইবগী নুংশিবা য়ৌশয়া লৈরবা অমদি অচুম্বা শক্তম অমা উৎলি। অদুগী মথক্তা মমা অমনা পীক্লিবা মচাবু নুংশিজবা, পিক্লবা মচাদুগীদমক বাজবা অমসুং মীওইবশিংগী থম্মোয়দা মতমপুম্বদা পুক্নিং চনা অমর ওইনা হীরম কয়াসু উৎলি। অসিমদি নীংশিংনিঙায়নি অতৈ প্রদেশগী বৈষ্ণব

সাহিত্যগা মান্নবা ওইনা শ্রীমতী রাধিকাগী শকতম লাইহিরিক অসিগী করিশুঝা পদুগতা য়াওদে, অদুগা শঙ্কর সাহিত্যগী করিশুঝা মতাংদসু রাধাগী শকতম উংগা লৈতে।

ভাগবত হায়রবসি লোইবা নাইদ্রবা জানগী পুকৈনি অমসুং শঙ্করদেবনা মসিদগী মমল য়ান্নবা মচাকশিং হন্না হন্না লৌখি। মহাক্কী অনুবাদ লাইহিরিক অসি নত্তনা সংস্কৃত শাস্ত্রদগী মচাকশিং লৌশিন্নগা অতে লাইহিরিক ময়ামসু লেংখিখি। মহাক্কা লেবো "নীমি-নবসিদ্ধ-সম্বাদ" হায়রবা লাইহিরিক অসি ভাগবতকী তরামাথোয় শুবা অধ্যায়না য়ুমকম ওইরগা মহাক্কী পাওতাকা মরী লৈননা লেবো লাইহিরিকনি। মকম অসিদা নারদ মুনিনা নীমি মহারাজ অমসুং মুনি মাপননি মনুংদো হিন্দুশিংগী ঈশ্বর তত্বগী মরমদা নৈনখিবা রায়োল মখল মখা কয়া অদু বাসুদেবগী মমাংদো অমুক হন্না নীখিখি। মুনি খুদিংমক্না ভাগবত ধর্ম্মগী হীরমশিংগী মনুংদো অমগী মরমদা হায়রবদি ধর্ম্ম অসিগী মওং, ভক্তি, মায়া, ব্রহ্মবস্তু মায়াদগী নাম্ব্রোক্নবা লম্বী (লাইহিনিংবগী মওং) অমসুং কর্ম্মযোগ, দীক্ষা লৌদবা ভক্তগী অশোয়বা অমসুং ধর্ম্মতত্ব খঙবা অবতার পুরুষগী মওংগী মরমদা শৃগায়না তাকপি। অসিদা য়াম্না লূরবা অমসুং খঙবদা য়ারবা দার্শনিক তত্ব ময়াম মহাক্কা অসমীয়া লোনদা অঙকপা ফংনা শেনো শুগায়না তাকপীরম্মী। থৌরম অসিগী মওং মতৌমকতনি খঙবা ওন্মী মদুদি শৈরেংশিংদসি অরোনো থাকতা য়ৌনবা হোৎনেবদা ওইরকপা নত্তে হায়রবনু। তৌকপীদি শৈরেং খরদদি সাহিত্যগী য়াম্না ফজবা মগুণ লৈ। ভক্তিগী মগুণ ফুমনা পান্নবা ধর্ম্মগী পাওতাক ওইনা খুদমপীদুনা চাংদমবা য়াত্তাংনা ফজনা ফোংদোকই।

"ঈশ্বরগী মীংখে মাধবনু তপ তৌজবা মীওইদু,
থুংভি মহাক্কী নীংজবা অহুম।
অহানবদা ভক্তিগী খুদম ওইনা মুৎথরকই কামনা,
মথংদো থৌওইরক্তে মশাগী লোয়ননা মনুমগী য়া।
প্রেমগী কেন্দ্র ওইরিবা কৃষ্ণগী য়াখলদা,
প্রেমগী মরিক খুদিংদো থনগংলকই।
মচাক অহুম অমতা ওইখি।
অরাম থৌরাংবেদা কংজবা অচা-থক কুমা,
নীংজবা থুংহল্লি তপস্যাগী মরীক খুদিংনো।"
নুংঙাইবা হেনগৎলি, হকচাং তেকখৎলি,
অমসুং আত্মাগী থৌরাংবো মুৎলি।
হে মহারাজ তাদিন্তি, প্রেমভক্তিগী মওং,
ভক্তিগী মরীক খরতনসু প্রেমমুক্তজনা য়োকখৎপী,
চখোম মরীক অমতনা মীওই খরনু পেলহনবওন্না।"

শঙ্করদেবনা দর্শনশাস্ত্রগী মরমদা "ভক্তি প্রদীপ" কৌবা লাইহিরিক অমগা লেংখিরম্মী। লাইহিরিক অসিদা ভক্তিগী মওং য়াখল চঙনা শুগায়না উৎপিরম্মী। লাইহিরিক অসি গরুড় পুরাণদগী মচাক লৌদুনা লেংখনি হায়রগসু মচাকশিং অসি অওইবমক্তি ভাগবতকি তরামাথোয় শুবা অধ্যায়গী মচাকশিংগা হেন্না মান্নে। মহাক্কী "অনাদিপতন" হায়রবা লাইহিরিক অসি মনু ওইনা ভাগবতকী অহুম শুবা অধ্যায়গা চুননা লেংখনি। তৌবগীদি মরক্তা হাপচিনবা বারী খরদি বামন পুরাণদগী লৌখনি। লাইখিক অসিদা লৈশেম লোনগী মরমদা লৈনে অদুনা সাহিত্যগী মগুণ য়েংলবদি খব।

শোল্লি। শঙ্করদেবনা ইকোন কোন্না ফোঙবা লাইরিকশিং মনুংদা গুণমালা (থাগৎৱাহেংপরেং) হায়বা লাইরিক অসি কোচনিংথৌ নরনারায়ণ্না হায়জবদগি লেংবিখিবনি। মরূ ওইনা ভাগবততগী অধ্যায় তরা অমসুং তরামাথোয়গি মচাক লৌশিন্দুনা "গুণমালা" হায়বা লাইরিকমচা অসি লেংবনি। লাইরিক অসি স্তোত্র হায়বদি লাইশোন ঈশেগী লাইরিকনি। বিষ্ণু অমসুং কৃষ্ণবু থাগৎ-ৱাহেনো স্তুতি তৌবগী পীক্লবা শরুক তরুককথোক্লা খায়দোকপা লাইরিক মচানি। থাগৎ-ৱাহেনো শেষ্বা শৈরেং অমত্তগী মনুংদা কবিসিনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী পুন্সি-ৱারীদগী লায়না নীংশিংবা গুন্বা থৌদোকশিং শন্দোক্লা ফোংদোকই। অওইবমক্তি আসামদা "গুণমালা" চিনফা পুদবা বৈষ্ণব অমতা ফাওবা লৈত্তে। শৈরেংগী পরেং মমৈগী খোঙ্হোক খোল্লিন্বা ৱাহৈশিং মান্ননা শীজিন্নবনা শৈরেংশিংদু থীবদা খুদোং চাই।

শঙ্করদেবনা মথংদা লেংবা সাহিত্যগী মমিং লৈবা লাইরিকতি "কীর্ত্তন ঘোষ" (লাইশোন-ঈশে) হায়বা লাইরিক অসিনি। মসিনা গুসি ফাওবদা অসমীয়া খুদিঙ্গি পুক্নিংবু থাগৎনিঙ্ঙায় ওইবা ৱাংলবা শ্রদ্ধা-ভক্তিগী হরাও-নুঙাইবা ৱাখল্না পুংপেল পেলহল্লি। মসিবু অরাং ভারত্তা তুলসিদাসকী "রামচরিত-মানস"বু শ্রদ্ধা-ভক্তি লোয়ননা লৌবগুম লৌনরি। "কীর্ত্তন ঘোষ"গী কোপী খুৎই ওইনা ভূর্জপত্রদা ইবা নত্রগা ছাপা নম্বা ওইরবসু অমা থমদবা অসমীয়া-হিন্দুগী য়ুম অমতা লৈত্তে। লাইরিক অসিগি শৈরেং খরা অসমীয়া হিন্দুশিংগী য়ুমদা লাইগী থবক তৌবদা অমসুং অনা-অয়েক তৌবা মতমদা থীরিবনি।

"কীর্ত্তন ঘোষ" হায়বা লাইরিক অসি লেংবগী তারিখ কনামতনা হায়বা ঙমদে। পুনসি শক্তম ইবা খরনা হায়বদি শঙ্করদেবনা লাইরিক অসি অকক্লবা মতম অমদা লেংবা নত্তে। মসি চহী য়াম্না চঙনা ইবনি। পথাপ নাইনা, মথং মনাও কায়দনা অধ্যায় পুন্নমক শীনজনবদু উরগা অসিমদি হায়বা য়াই লাইরিক অসি তোঙান তোঙানবা মতমশিংদা লেংবা ওইরগসু মসি পুল্লপ লেংবা লোইশিনবদি শঙ্করদেবনা চহী য়াম্লক্লবা মতমদা ওইবা য়াই। অদুগী মথক্তা "কীর্ত্তন ঘোষ" হায়বা লাইরিক অসি শৈরেং অমতনা শাবা লাইরিক নত্তে। মখল মখলগী ছন্দদা লেংবা শৈরেংগী মান্নবা পরেং অনী অনি য়াওবা পরেং ২২৬১ খক লৈবা শৈরেং কুন তরুক্লা শাবা লাইরিকনি। ৱারীগী মওংদা লেংবা শৈরেংশিংসিগী মীংশিংদি আখ্যান, উপাখ্যান, কীর্ত্তন, বর্ণনা অমসুং বৃত্তান্ত। তেংথারোল ওইনা তৌবা শৈরেংশিংগী মমিংদি "প্রয়াণ গীতা" কৌই। শৈরেং অয়াম্বগী মচাকতি ভাগবৎ পুরাণদগী লৌবনি। "সহস্র নাম বৃত্তান্ত" অমসুং "গুজকীর্ত্তন" কৌবা শৈরেং অনিসিদি অতোপপা শৈরেংবশিংনো লেংবনি।

শৈরেংশিংসি শঙ্করদেবগী শিষ্য রত্নাকর কন্দালি অমসুং শ্রীধর কন্দালি কৌবা অনিসিনা মথং শিংনো লেংবনি অমসুং মখোয় অনিসিনা পামজবদগী খংগৎপা শৈরেংশিংদা তিম্নশিনখিবনি। কীর্ত্তনগী মনুংদা য়াওরিবা শৈরেং খুদিং সংস্কৃত কাব্যগী মওংদা ধর্ম্মগী মরমদা অমসুং পাওতাকী ওইবা মত কয়া উত্তুনা ইরম্মী। কীর্ত্তন হায়বা মিংশিমক্লা শৈরেংশিংসি মালেমগী মপুগী মীংখে ময়াম পুন্না শক-শোনবদা শিজন্নবগীদমকনি হায়বা তাকই। শৈরেং খুদিং "ঘোষ" হায়বদি তাল-মেন চুম্বা ছন্দ মান্নবা শরুবা ঈশেনি। লাইগী থবক অমা থোকপদা ময়াম তিল্লগা ঈশে হনবনা শৈরেংশিংসি থীদোকই। ঈশে হনবসিনা শৈরেংগী মান্নবা পরেং অনি পারগা ঘোষ অদুনা অমুকহল্লা থী। অদুগী মতুংদা অতৈনা তালচানা খুবাক খুদুনা ওকতুনা শকই।

কীর্ত্তন ঘোষ হায়বসি শঙ্করদেবগী পুক্নিংগী মপুং ফারবা ৱাখলগী মচাকনি। মরূ ওইবা ৱারীগী

মন্নক্তা তোঙানবা ৱারী কয়া ভাগবৎতগী লৌখৎতুনা ময়ামবু মুন্না ভাব তাহন্নবগীদমক চন্না তশেং তশেংনা ঈ। মখোয়শিংদু নীতি-শাস্ত্রগী মন্নু ওইবা অমসুং ভক্তি শ্রদ্ধাগী মরমদা, য়াম্না শেংনা ভক্ত অমনা চংকদবা হৌনশাজংকী মরমদা ৱারক-ৱাতেম তৌবগী ওইনা ইবা পাওতাকনি। অসিগুম্বা থৌদোক ৱারীশিং অঙাং ওইরিবা ধ্রুবগী অচম্বা ভক্তি, কিবা লৈতনা নীংজবা, প্রহ্লাদগী, কুবুজাগি নুংশিবগী মওং, শনজেম্নহাশিংগা মন্নূপকি ভাবতা লোয়নবা বিপ্রদামোদর অমসুং উদ্ধবগী চং য়ৌবা শ্রদ্ধা, গজেন্দ্রগী থৱাই য়াওনা হায়জবা প্রার্থনা, ঈশ্বরগী মিংথৈ থৱায় য়াওনা শোনবদতা অজামিলনা মুক্তি ফংখিবা অসিনচিংবসিনি। অসুম্না "কীর্ত্তন"গী মনুংদা ইহান হানবা ওইনা অসমীয়া সাহিত্যদা খ্যায়দগী হেন্না ফজবা ৱারী পরেং মখলঅমা উবা ফংঙি। ৱারীশিংসি পুক্নিং হুনা লীথোকই অমসুং পাওতাক্তা-কুম্মৈগা পুন্না চৎমিন্নবা লোন্দাদা লেংথোকপনি। তোইগুম্বসুং হুজিকী মতমগী হীরমসিদা নৈনবশিংগী ৱাখলদদি কীর্ত্তনগী মওনসি ধর্ম্ম অমসুং লমচংকী মরমদা পীবা পাওতাকী মথক্তা চাং তৌদদুনা সাহিত্যগী ওইবা ফজনা ইবগী মওং অমসুং ছন্দগী শংশং তাকপা মওং মশাগী ওইজবা ফজবনা লাইরিক অসিবু ইরৈবাকসিদনা খ্বাইনা নুংশিজবা অমসুং মপান্দনা ইকায়খুম্নবা : ব্যবহার তৌহনবসিনি। শঙ্করদেবগী শৈরেং অসি লম অসিগী চৎনরবী লোনগী সুর অমসুং ঈশেগা চাননা অসমীয়া-শিংগী নাকোংদা তাবা ফংঙি। ময়াম্না মসি পামজবগী মরমদি, শ্রীজ্ঞাননাথ বরানা তশেংনা হায়বি পুক্নীংগী ফিরেপ পুন্নমক হায়বদি নুঙায়বা অমসুং অৱাবা, নুংশিবা অমসুং কায়নবা, শাওবা অমসুং ক্ষমা পুন্নমক অসি য়ানশিন্দুনা কীর্ত্তনসিদা উৎলি। মসিনা অপাবশিং পুন্নমকী পুক্নিং পেলহল্লি। মসিগী ৱারী অমসুং ঈশৈনা অঙাংশিংগী পুক্নিংদা হন্নাওবা পোকহল্লি, নহারোনদনা মহাকী ফজবা তশেংবা শৈরেংদুনা নুঙায়হল্লি অমসুং অহল লমনদদি ধর্ম্মগী মরমদা পাওতাক ফংহল্লি, "কীর্ত্তন ঘোষ"না ধর্ম্মনীতিগী ৱারমতা নত্তনা পুকচেল চাওথোকপা ৱাখল পাকথোকপী অমসুং পুন্নমকসিনা ধর্ম্ম পুম্বা শন্দোকই। ঐথোইনা উজবদা পুক্নীংদা ঈহৌ পীবা খ্বাইপুম্বনা পান্নবা অদুগুম্বা শৈরেংগী শরুক থরদং মখাদা পনজরি :—

"পুন্সিগী অকক্লবা চহী মশীং লোইরে,
পুন্সিগী থাইবোক্তি তুমদুনা লেনখরে।
অঙাং ওইবগী চোং ফনবদা চহী কুন পাইখ্রে নুংশিৎমাংদা,
চহী তরামগা চৎখ্রে খুৎশা মতোন্না শেন থিবদা।
খনথদুনা য়েংঙু মথংগী চহী কুনগী মরমদা,
ওইগনি খম থোংবা অৱাবগী মশক ওইনা লেনবা পুন্সি।
উবা ফংনি লৈঙোই মিংশেন্দা পুংজা খুদিং মতম পুম্বামুত্রবা অবা মৈশা
অয়ুকী নুমিৎ থোকপা খুদিংনা পুশিন্নকই মশক থদেবা পংথবা
অমসুং লাইনা
মহী চেনখিনি নহাকী মঙলানগী মীৎ অমসুং থৱাণমিচক থল্লবা আশা
লৈওনগনি থাংপোকনুংদা অৱাবগী ইপাক্তা পৈখৎলকলিবা (প্রহ্লাদ
চরিত্র)

ঐথোয়গীথম্মোয়নুংদা লৈতেংদুনা লৈজবা ভক্তি শ্রদ্ধাগী মওং মথাগী পরেংশিংদা ফংবিগনি :—

জ্ঞান মাংদুনা অমসুং লমকেং লমহাইদুনা,
ঐ কোয়চং চৎলি সংসারগী ৱাখলদা।
লমকেং লমহাই য়াদবা ইবুঙো নাহাক্না
খুত্তা ঐবু নোইহংবিগনি
লীলহাগী মচিন্দা উচিগী (মুচকুন্দর স্তুতি)
দশাওম্।

দার্শনিক অমা ওইনা সাধনাগী মতাংদো অসুম্না হায়রি : ঐগী হাকচাং অসিবু ঐনি হায়না তাকপা মতমদা ঐগী ৱাখলশিং চমথনে,
হে ঈশ্বর নহাক্তি ঐগী থমোয়নুংদা লৈরিবনি, অরেব্দা নহাকপু থিরি মপান্দা। (গীতলীলা)

অমসুং পুকচেল্ চাওবগী ৱাখলশিং অসিত্তা :—
শাগেদা ব্রাহ্মণ ওইরবসু চণ্ডাল ওইরসু মী পুম্নমকপু খেজনবা মীথয়েনো য়েংবা মীবু জ্ঞানী হায়বনি। জ্ঞানী মহাক্তি দানধর্ম তৌবা মী অমসুং হৈরান চিংহি তৌবা অনিসিবু চপ্ মান্নবগী মীথয়েংদা য়েংবী অমসুং লমচং মোৎলেবা অমসুং ফজবা লমচংকী মীওই অনীমকপু খেন্নবা মীথয়েংদা য়েংবিদে।

চুম্নগী হুই অমগী, গাধা অমগী অমসুং জাত তায়বা মীওই অমগী আত্মাদুসু ঈশ্বরমক্তি। অদুনা অসি খঙ্না হিংদুনা লৈরিবা জীব পুম্নমকপু ইকায়খুম্নজনবনি। ইসদৌবা য়াক্না পনকম থোকপা অতে থিদম পনজয়ে। মহাক্না লেংবা অতে লাইরিকশিংগী মরক্তা "হরিশ্চন্দ্র উপাখ্যান" হায়বা লাইরিক অসি শঙ্করদেবনা মহেন্দ্র কন্দালীগী খুলদা ছাত্র ওইরিঙৈদা লেংবনি। লৈরেং লাইরিক অসিগী মচাক অয়াবা মার্কণ্ডেয় পুরাণদগী লৌথোকপনি। লৈরেং অসিগী মতাং খুদিংমক্তা ভক্তিগী মতৌবু থরায় য়াওনা থাগৎলি। মহাক্না নহা ওইরিঙৈদা "রুক্মিণী হরণ" কৌবা লৈরেং অমগা ইরগী। মসি ভাগবত অমসুং হরিবংশগী মচাক লৌদুনা ইবা ফজয়বা লাইরিক অমনি। লৈরেং লাইরিক অসিগী অহৌবমক্তদা কবিনা কাব্য অনীসিদা লমন তোয়ে হায়না ফোঙদোকচে। অদুম ওইনমক মহাক্না লৈরেং অসি ভগেংবা থৌদোকমক্তুম ইদুনা শাস্ত্রগী ৱারীশিংদু হক্তিকী মতমগা চুননবা অমসুং ময়াম্না পাম্নবগী ৱারী ওইনা শেমদোকই।

বালীছলন (বালীগী মায়থীবা) হায়বা লাইরিক অসি শঙ্করদেবনা "পাটবৌসি"দা লৈরিঙৈদা লেংবনি। মসি মরু ওইনা ফাওরবা ভাগবত পুরাণগী নিপান ওবা অধ্যায় বালীগী থৌদোক হায়রক্লুদা ইবা ৱারীনি। লৈরেং অসি দাস্য ভাবতা নীংজবগী অথোয়বা ৱাখল্না হেন্দোক থোইদোক্না উৎলি হায়রবনি মনাই অমনা মপু নীংজবদু উৎপনি। লাইরিকসিদা দান তৌবগী কান্নবা, লনথুম্না আধ্যাত্মিক পুনসিদা অপনবা পীবা, অপাম্বগী ফত্তা অমসুং ইন্দ্রি খুদম চনবনা শান্তি অমসুং অপেনবা পুরকপা অসিনচিংবগী মরমদা তেম্না তেম্না হায়রবা অমসুং ৱাখলনা থজবা পাওতাক কয়ামক্না পরেং নাইনা য়াওরি।

শঙ্করদেবনা কৃষ্ণপা মরী লৈনবা থায়নদগী মথং মথং তানরকপা ৱারীশিংতা ফোঙদোকলগা লেপখিদে। রামায়ণগী ৱারীশিংগী মরমদসু কয়া ইথিরগী। রামায়ণগী উত্তরকাণ্ড (অরোয়বা তাক্ক) মহাক্না অসমীয়া লোনদা হন্দোকখি। মাধব কন্দালীনা রামায়ণগী তাক্ক মঙাতমক অসমীয়া লোনদা হন্দোকলগী। মদুদা অহানবা অমসুং অরোইবা তাক্ক য়াওদে। উত্তর কাণ্ড হায়বসি মূলরামায়নদগী ইতোপ তোম্না নীংতম্না লেংবা রামায়ণ অমনি হায়বা য়াই। মরমদি কাব্য অসিগী থৌদোক অযাম্না লব কুশনা শ্রীরামচন্দ্রগী কোনুংদা শকপা ঈশে পুম্নমক তাক্ক

অসিদা ফোংদোকই। মহাক্না ভাগবত অনুবাদ তৌবদদি ধর্ম্মগী অশেংবা লাইরিক ওইরিবা মূলভাগবতকী শেংলবা অমসুং শ্রদ্ধা তৌনরিবা মচাকশিংদু অমত্তা কায়দনা হন্দোকই। তোইশুম্বসুং উত্তরকাণ্ড হন্দোকপদদি তমজনফম ওইবা রাখল লমচৎ শাজৎ থৌদোক পুন্নমক অমত্তা কায়দনা মূল রামায়ণগী অবতার পুরুষ অদুনী হায়না উৎলি মরমদি মহাক্কী ভনিতা অমদা শঙ্করণা রামগী মরমদা অসুম্না হায়রম্মী :—

হে ইবুঙো নহাক্তি ত্রিভুবনগী মপুনি অমসুং মালেমগী লমজিংবনি। নহাক্তি রাখল্লা লাম্বকংদবা পুণ্যবাননি অমসুং গুমখৈ লৈতবা শক্তিনি। মহৌশাগী রাংমেদা নহাকতি থুগুনা লৈরিবা অথোইবনি। কনামতনা নহাক্কী মণ্ডালগী অহৌবা অরোইবা খণ্ডবা গুমদে। লমচৎ নাইদবশিংবু লাকশিন্নবা অমসুং লমচৎ চুন্না চৎপশিংবু ঙাক্লবা মালেমগী অরাম্বা কোক্লবা মতম মতমদা নহাক্না অবতার তৌবিরি। নহাক্তি ঈশ্বরনি, নহাকপু হিংচাবা অমসুং লাইয়াম্না নোম্লুকচরি। নহাকতি লেঙদবা, তুং কোইবা, অতৈ কনামত্তা নত্তে। লাইশোন ঈশৈ বরগীত অমসুং তাক্কক অমগী দ্রামা আনকীয়া নাট হায়বা অসমীয়া সাহিত্যগী মশা অনিসিদসু শঙ্করদেবনা লময়ানবনি। মখল অনিমকসি অসমীয়া লোনদা অনৌবা মখলগী সাহিত্যনি। অসমীয়া লোনগী কীর্ত্তন নত্রগা কাব্যগী শৈরেংদা তৌবগুম্না ফজবা ছন্দদা লেংবদি নত্তে। শৈরেংশিংসি ব্রজবুলী হায়না খঙনবা অরিবা লোন, মৈথিলী অমসুং আসামগী লমদা চৎনরিবা লোনগা তিনশন্দুনা লোনবা লোন, মহাকাব্যগী যুগতা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং গোপীশিংনা ঙাঙনরম্বা লোন্নি হায়নরিবা লোন অসিদা লেংবনি। মধ্যযুগতা বঙ্গদেশ, বিহার অমসুং উড়িষ্যাগী বৈষ্ণব কবিশিংদা লোন অসি সাহিত্যগী ওইবা চৎনবী লোন ওইরম্মী। শঙ্করদেবনা করিগীদমক মীয়ামগী চৎনবা লোন থাদোক্নুনা ভক্তিমূলক গীতিকাব্য অমসুং দ্রামাদা ব্রজবুলী লোন শিজিন্নবা পাম্নুরিবনো হায়বসি খঙবদা রানা থোকই। লোন অমা ওইনা ব্রজবুলীদা তিনশিন্নবা ব্যঞ্জনময়েক য়াম্না শিজিন্নদে স্বর ময়েক কাহেন্না শিজিন্নে। খোঙ্লোক মান্নবা রাহৈনো হৌবা তরুত্তরুবা অনানবা রাহৈ কয়া য়াওবা লোন্নি অমসুং মদুদা খজিক খজিক খেন্নবা রাখল তশেং তশেং ফোংদোকপা ঙম্মী। অমদি মসিগী লৈথোক লৈশিন য়াবা খোঙ্লোক খোলহাই অসি গীতিকাব্য (ঈশৈশেরেং) লেংবদা য়াম্না চুনবা অসিনা মসিদা ইবগী মরম ওইরম্বা য়াই। অসুম্না লৈথোক লৈশিল য়াবসিগীসু মথক্তা অসিগুম্বা রাতানা লোন কয়ামরুমগী রাহৈ শেমগ্রবা লোন অসি ব্রজবৃন্দাবনগী মণ্ডাললৈরবা লোন্নি হায়না থায়নদগী হৌনা খন্নরকপনা লোন অসিদা লাইগী ওইবা অশেংবা ওইবগী মরমও য়াওরি। অসিগুম্বা লোন কয়াগী রাহৈ রাতানা শেমগ্রবা অরুম্বা খোঙ্লোক অমসুং থম্মোইদা পানবা রাহৈ য়াওবা লোন অসি চুন্নগী রাজাং শাঙাংনো ফোংদোকনা গুমদবা কয়া ফোংদোক্লবগীদমক শিজিন্নখি অমসুং মসিনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অনৌবা য়াওনবু খঙহনবদা য়াম্না খুদোং চাখি। ঐখোয়গী মরক্তা অথোয়বা শঙ্করদেবনা লোন কয়াগী রাহৈ রাতানা থল্লব অরিবা লোন অসি শিজিন্নব ইহান হানব কবিনি। মহাক্না "বরগীত" অমসুং "আনকিয়া নটভা" লোনসি থোইদোক হেন্দোক্না ফজনা শিজিন্নখি। বৌদ্ধগী চারিয়া পদগী নোম্নাদা "বরগীত"কী শৈরেং শক্তম লাকখি।

বরগীত হায়বসি কাব্যদগী শৈরেংগী মওংনো তাবা হেন্নি অমসুং কীর্ত্তনগী আখ্যায়নদগী অহোয়না হেন্না পুক্নিংগী ইহুল পোকহনবা ঙম্মী। ঈশ্বর প্রার্থনাগী স্তোত্র অমসুং ঈশৈ অতৈসু য়াম্না পাম্নরকপা অমসুং দরকার ওইবনা শঙ্করদেবনা ঙসিকাওবদা অসমীয়া সাহিত্যগী মনুন্দো খুইদগী হেন্না ফজবা লাইশোন ঈশৈ ওইরিবা বরগীত মশীং য়াম্না লেংবা তাখি। শঙ্করদেবকী

বরগীতকী মরু ওইবা মচাকতি ধর্ম্মভাব, সংসার অমসুং লমচৎকি মরমদা দার্শনিক চিন্তা অমসুং লনাইগী ৱাখল চুম্বা হায়দুনা থীজিনবা অসিনচিংবনি। মহাক্কী বরগীতকী শৈরেং খরদা ঈশ্বরগী ভাব শাগৎপগী মওং মওং, মীওইশিংগা ঈশ্বরগা লৈনবা মরী, ঈশ্বর মহাক্কী ওমখৈ লৈতবা প্রেম, মীওইবগী ৱানা ছিংবো পুন্সি মহিং, সংসারগী অৱাবা কোকপগী উপায় অসিনচিংবো উৎলি। অতেদি ৱারক ৱাতেমদুনা পাওতাক পীবগী মওংদা হরিগী মিংখৈ শোনবগী ঈহৌ পীবা, গোবিন্দগী ৱাখলদা থৱাই লুপ্না অমসুং সংসারগী মায়া লানথোক্নবা রামগী খুয়া-খাদা নিজবা অসিনচিংবনি। বরগীত খুদিংমক গোবিন্দগী খুয়াদা আশ্রয় ফংবা অমসুং অৱাবদগী কোক্লনবা থৱাই য়াওনা হায়জবনা হেক হেক লোইশিল্লি। বরগীততা ঐখোয়না শঙ্করদেবগী খুৎদগী হেন্না মথোই কাবা মতাং উবা ফংঙি। মসিদা মহাক্না দার্শনিক চিন্তাগা গীতিকাব্যগী ৱাখলগা শক্তিগা ফজনা চুনরবা লোন্দাদা তিনশিন্নবা ওম্বগী শক্তি উৎলি। মশীং নাইদবা অতে উপমা, স্তোত্র, অনুপ্রাস ছন্দগী ৱাহে কয়া লাইশোনশিং অসিদা শিজিন্নবদা তাবদা নুপ্তায়হল্লি অমসুং ঈহৌ পোকহল্লি। বরগীতকী ঈশৈশিংসি য়াম্না থুনা ময়াম্না পাম্বা হেনগৎলকখি অমসুং মতুংদা থোরকপা কবিশিংনো অদুগুম্বা লাইশোন ঈশৈ য়াম্না লেংবিখি। শৈরেংশিংসিগী মনুংদ্দা নুপীশিংসু য়াওই। মাধবদেবনা লেংবা শৈরেংশিংনা খ্ৱায়দগী ফজবা হেল্লি। মহাক মশামক ফাওরবা ঈশৈ ওব্বা অমনি।

শঙ্করদেবনা লেংবা শৈরেং মখল অমগা লৈ, অদুগী মমিংদি "চতিহ্না" কোই। মহাক্কী তীর্থভ্রমণগী কাশী খোঙচৎতা মহাক্না কাশীদা কবীরগী শিষ্যশিং থেনরম্বা য়াই অমসুং মথোয়দুনা কবিরনা লেংবা "চতিবা" হায়বা শৈরেংশিং থীবদু তাবদা য়াম্না থৱায় তারম্বায়াই। "চতিহ্না" হায়বসিদা খোঙ্হোক মান্নবা ময়েক পরেংদা ধর্ম্মগী ভাব শুগায়না ফোঙদোকই। চোসারগী এ· বি· সি· শৈরেংশিং মথং মনাও নাইনা লাটিন ময়েকশিংনো হৌবগুম মসি লেংবদসু সংস্কৃত ময়েক্কী পরেংনা হৌই। মথোয়সি অসমীয়া লোনদা ফোঙদোকলগা "চতিহাস" হায়না খঙনখি।

"অঙ্কীয়া নট" হায়বসিদ্রা ইন্দ্রিগী ওইবা অমসুং জ্ঞানগী ওইবা মচাকশিং য়াওই। নটশিংসিনা অসমীয়াশিংগী জাতিগী অমসুং কৃষ্টিগী পুনসিদা অঙকপা ঈহৌ অমা পুরকখি। মসিনা লিলা ঈশৈ অমসুং জগোইগী থৌরমবু ময়াম্না পান্নরকই অমসুং চাওখৎলকই। লিলা গ্রামানা মিথৎয়েংফম অমা ওইহল্লি অমসুং ছাপা নম্বগী থবক খঙ্গ্রিঙৈগী মমাঙগী যুগ্তা মসিবু ময়াম্না য়াম্না পান্নখি। মসিনা মীয়াম প্রজাদা অকনবা ঈহৌ অমা পীবা ওম্বনা মসি অহানবদা অসমীয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম চাওখৎনবা হোৎনবদা শীজিন্নরবসু, শঙ্করদেবগী লীলাসিং অসিনা আসামগী অচম্বা প্রজাশিংদা ওসি ফাওবা লেঙ্গদবা ইথিন পীরি। মথোইনা অসমীয়া শৈরেংসিদা থৌগৎখি অমসুং মসিদগী "ভাটিমা" কৌবা ইতোপ তোপপা মওংগী ৱারী শৈরেং মখল অমা চোঙথোরকখি। অদুগী মথক্তা অঙ্কীয়া নটসিদা ইহান হানবা অসমীয়া লোনগী য়াম্না মপাঙ্গল লৈবা, সুর য়াওবা অমসুং অৱাংবা থাক্কী ওইবা বাবেং থোবকখি। শঙ্করদেবনা লেংবা ড্রামাশিংগী মনুংদা ইং ১৫১৮ অদুৱাইদা বরদোৱা হায়বা মফমদুদা লেংবা কালীয়দমন (কালীবু লাকসিনবা), ১৫২১ ইং অদুৱাইদা ধুবাহাতা হায়বা মফমদুদা ইবা পত্নী প্রসাদ (নুপীদা চানবীবা), রাসক্রিরা নত্রগা কেলিগোপাল (১৫৪০ ইং), (গোয়ালা নুপীমচাশিংগা শান্নবা) রুক্মিনী হরণ, (রুক্মীনিবু চেনবা), পারিজাৎ হরণ (পারিজাৎ লৈরাং হুরানবা) অমসুং ইকোন কোনবদা মহারাজ নরনারায়ন্না তাকপিবা মতুং ইন্না ১৫৬৮ ইং দা· কোচবিহারদা লেংবা "রাম বিজয়" হৌজিক ফাওবা লৈরি। অহানবা ড্রামা অহমসি ভাগবতগী শাস্ত্রগী ওইবা মচাকশিং লৌশিনদুনা লেংবনি। রুক্মিনী হরণ

হায়বসি হরিবংশগা অমসুং পারিজাৎ হরণ হায়বসিনা বিষ্ণুপুরাণগা চান্নহন্দুনা লেংবনি। "রামবিজয়"গী ৱারীসিগী মচাক অয়াম্বদি রামায়ণদগী লৌশিনবনি। লীলাশিংসিগী ৱারীশিং নুঙাইবা মতাংদা লোইশিনবা ঙাক্তনি। লীলা খুদিঙ্গি ৱারীগী মচাকশিং হান্না খন্দোক্তুনা লৈবনা অমসুং ধর্ম্মপ্রচারগী মরমদা ঙাক্তা ওইবনা লীলা লেংবনা লনাইগী ওইবা লৈতেং অতৈ হাপ্‌চিনবদা য়াম্না খুদোংচাদে। মহাপুরুষ শঙ্করদেব ইহান হানবদা ধর্ম্মপ্রচারকনি অমসুং মতুংদা শিল্পী অমগী শক্তম লৌখি। মরমসিনা মহাক্না ধর্ম্ম ওয়োকহনবগী থবক্তা খুদোং চানবা ৱারীগী পরেং ঙাক্তা খল্লগা ইখি। অসুম ওইরবসু খুদোং চাদবা ফিভম কয়াসিগী মরক্তা মহাক্কী লীলা খরদা হোন্দোক থোইদোক্লা রুক্মিণী হরণ, পারিজাত হরণ, অমসুং রাম-বিজয়দা হাপচিন্নবা মরম অনৌবা অতৈ শীনবিখি। লীলা মচাশিংগী মরক্তা লৈতেং হাপ্‌চিনবগী শক্তমশিংসু য়াম্না লূনা ময়েক সেংনা উৎলি।

মমাঙেদা সমাজগী ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থৌরম পাঙথোকপা মতমদা ময়াম পুনবদা কাব্য অমসুং শাস্ত্রগী ৱাহৈশিং শক-শোনবগী পথাপ চংনরম্বসিনা "অঙ্কীয়া নট" অৱাংবা থাকতা কাখৎলক্লবগী মরম ওইখি। "অঙ্কীয়া নট" লেংপ্রিঙৈদা শঙ্করদেব মশামক্না কাব্যপরেং অমা লেংখি। মদু শকশোনবদা শিজিন্নৈ। ধর্ম্ম প্রচারগী মরমদা লীলাশিংসিনা কয়ামুক মতেং ওই হায়বদু মহাক খঙবা ঙমখী। কাব্যশিংগী ৱাহৈশিং শক শোনবসি নাকোৎতনা তাবনি-মীৎনা শংশং উবা নত্তে অদুনা কান্নবা ৱাৎলি।

শীংথানবা য়াবা ৱারম অমদি শঙ্করদেবনা "অঙ্কীয়া নট" লেংবা মতমদুদা মহাক্ য়াম্না লমকোয়রবা মীওই অমা ওইরম্মী। চহী তরানিথোয় চুপ্পা খা অমসুং অৱাং ভারত্তা তীর্থভ্রমণ তৌদুনা অয়াম্বা লাইফমশিং মীৎয়েং তারুরবনি। ভারতকী মফম অতৈদা ময়াম্না পান্নবা লীলাশিং রামলীলা, রাসলীলা, যাত্রা, কথক, যক্ষগণ, ভাগবৎ অমসুং "ভবাই" মহাক্না য়েংখি হায়বসিসু চুম্মী হায়না লৌবা য়াই। য়ুমদা হল্লকপগা কাব্যগী লীলাপুম্বা ড্রামাগী মওংদা ওনথোকপগী খুদোং চাবা লৌখি অমসুং ভাগবতকী ৱারী পুন্নমক হিংদুনা লৈবা শক্তমশিংনা উৎপা ড্রামাগী মওংদা শেমদোকখি।

শঙ্করদেবগী মতমদা আসামদা লাইশঙদা উৎপা দেওধানী নাচ, পুতুলা নাচ, ওঝা-পালী কৌবা ঈশৈ-নোংমাই, জগোই অমসুং ড্রামানচিংবা মখল অতৈগী ময়াম্না পান্নবা কুম্মৈসু লৈরম্মী। ঈশৈ পালাগী ওঝা পালি হায়বসি ময়াম্না য়াম্না পান্নবা কুম্মৈ অমা ওইনা হুজিক ফাওবা খুল্লক লৈরক্তা য়াম্না চংনরি। ওঝা পালি হায়বসি মহৌশানা ঈশৈ শকপা মরী নত্রগা মঙানা শারিবনি অমসুং অসিবু অনীথোক্লা খায়দোক্লগা নাকপাক নাইনা অৱাইখুম তৌনে। ঈশৈ পালা অসিগী মকোকপু ওঝা কৌই অমসুং মহাক্কা লোয়নবশিংবু পালি কৌই। পালিগী মরক্তা অমবু ডাইনা পালি কৌই হায়বদি ওঝাগী য়েং থংবা খুৎ নত্রগা ওঝাবু মতেং পাংবা মকোক হায়না কৌই। ওঝাসিনা খুদক্তা শেমদোকপা ঈশৈনা ৱারীপুম্নমক শকই শোল্লি অমসুং পালিশিংনা অমুক হন্না করতাল য়ৈদুনা খোম্বাং মান্নসা খোঙগী খোংথাংনা তাল থাদুনা শকই। শৈরেংগী ৱারীশিংগী অর্থ ময়ামদা হনদোকপা মতমদা ওঝানা লীলাগী মওং চুননবা শক্তম ৱাঙাং অমসুং চোলোমনা উৎলি। মরক মরক্তা ঈশৈ শক্লীঙৈ মনুংদা ওঝানা ঙহাক লেপপগা মহাক্কী ডাইনা পালিগা ৱারী শানৈ অমসুং ময়ামদা শং শং থোরক্লগা লীলাদা শরুকয়ারিবশিংনা ৱারী শানবগী মওং ওইনা ৱারী অদু উৎলি। শঙ্করদেবনা অঙ্কীয়া নট লেংবগী মবু ওইবা মচাকশিং বৈষ্ণব ধর্ম্মনা চঙলকত্রিঙৈদা লৈরম্বা ওঝা পালিগী লীলা শানবগী মওংদগী ফংখিবা ওইরম্বায়াই। মবমসিনা কাব্যথীবা,

ওৱাপালি ঈশৈ, পুন্না শকপা ঈশৈনচিংবা অমসুং ভাবোকশিংদা উৎনিঙায় ওইবা ভারতকী মফম অতৈদা উৎপা লীলাশিং পুন্নমক অসিনা পুন্না অসমীয়া লোনগী দ্রামা মপুং ফাবা ওইহনখিবনি হায়বদা হায়মখা থোক্লোই।

অঙ্কীয়া নট অসি লমদম অসিগী মহৌশানা লৈজবা মচাকী মতেংনা চাওখৎপা ওইরবসু হীরমসিদা সংস্কৃত দ্রামা অমসুং সংস্কৃত দ্রামাগী ঈহৌনা অয়াম্বা মতেং পীখি হায়বসি উবা ফংঙি। শঙ্করদেব মশামক্না লীলাশিংশিগী মিং সংস্কৃত মিংথোন্নগী মতুং ইন্না নট অমসুং নাটক হায়ন থোনখি। বৈষ্ণব কবিশিংনা শিজিন্নবা অসিগুম্বা লীলাগী অতৈ মিংথোনদি যাত্রা, নৃত্য অমসুং অঙ্ক হায়বসিনি। মাধবদেবগী অতেনবা লীলাশিংগী মিংদি "ঝুমরা" কোই। খ্বায়না পান্না খঙনরিবদি অঙ্কীয়া নট হায়বা অসিনি। তৌবগিদি লীলাশিংসি সংস্কৃতকী রূপককী অঙ্কশিংসিগী মওংগা করিমতা মান্নবা লৈতে। "অঙ্কীয়া নট" হায়বসি অসমীয়া লোন্দা মীয়ান্না খঙনবা মিংথোন্নি অমসুং মসিগী অর্থদি তাঙ্কক অমতদা লেংবা বৈষ্ণবধর্ম্মগী থাজবা মওং পুন্না উৎপা হায়বনি। শীনলোন (Technique) গী মতাংদা অঙ্কীয়া নটশিং অসি-সংস্কৃত দ্রামাগী রাখল পরীং (Theory) ফনা য়ান্না ইন্নি-থোইদোক্লা সংস্কৃত শৈরেং অমসুং নন্দি শিজিন্নবদা সূত্রধারণা থবক খঙহনবা অমদি পূর্বরাগ উৎপদা। সংস্কৃত লীলাশিংদা তৌনদবগুম্ "অঙ্কীয়া নট"তদি সূত্রধার হায়বসি তঙায়ফদনা য়াওগদবা শরুকনি। সংস্কৃত দ্রামাদদি ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌবা মতুংদা সূত্রধারগী শক্তম সুকয়াও য়াওদ্রে। অসমীয়াশিংগী লীলাগদি মসিদা পুমখেন্ খেন্নে। মসিদদি সূত্রধার অসি লীলাথোকফমদা মতমখিবিক্তা লেঙদনা লৈ। অদুগী মথক্তা সূত্রধারনা অঙ্কীয়া দ্রামা অসিদা লীলা উৎপা অমসুং চৎখরিবা লীলা অদুগী ভাষ্য তৌবা থবক অনীমকসি পুন্না পাঙথোকই। মহাক্লা কন্সার্ট পাটিগা লোইননা জগোই শাই, নাঁদ শৈরেং থীবগা লোইননা লীলা হৌদোকই, শক্তম লাংবশিংবু ময়ামদা খঙহর্নলি, মখোয়বু থৌরম চৎখবগী মরম তাকই, মনুং চঙবা, মপান থোরকপগীদমক লাওথোকই, মরকী হাংবা মতমদা ঈশৈ শকপা, জগোইশাবা, বক্তৃতা অমসুং ধর্ম্মকর্ম্মগী রাহে কয়াগা লোয়ননা লীলাগী মরমদা পাওতাক পীদুনা মেন্নি। অদুগী মথক্তা অঙ্কীয়া লীলাদা নাটকী ওইবা তাঙকক্ লৈতে। দৃশ্যশিনবগী থৌরম অসি সূত্রধারনা রাহেশিংনে নত্রগা কনসার্টগী ঈশৈনা খঙহন্নি। অঙ্কীয়া নট-তা সূত্রধারগী দরকাররদি ভাবনা নত্রগা লীলাশিং পাঙথোকপদা মদু য়েংলিবশিংগী মনুংদা অয়াম্বনা লাইরিক লাইগু হৈতেবা খুঙ্গংগী মী ওইবনা মখোয়না লীলা হৌরগা মথং চৎখবা মতাং পুন্নমক ভাব তানা খঙনবা শুগাইনা তাকনবগিদমকনি। মরমসিনা অসমীয়াশিংগী "ভাওনা"দা সূত্রধার হায়বসি তঙায়ফদ্রবনি। ঙসি ফাওবা মহাক অসি শোয়ব য়াদ্রব মতীক মগুণ চেন্নবা শক্তম অমনি। মহাক অসি লীলা য়াওবা, ঈশৈনোংমাই অদু হৈরবা মতীকচারবা জগোইশাবা মীওই অমনি। য়ারিবমখৈ খুঙ্গংগী মীওইশিং মরক্তা খ্বায়দগী হেন্না মতীক মগুন লৈবা লাইপোকগুম্বা লীলা তখিবা গুম্বা মী শন্দুনা মসিগী থবকসি পুহন্নি। মহাক অসি অঙাং ওইরিঙৈদগি ঈশৈ-নোংমাই, জগোই, অমসুং দ্রামাগী শীনলোন তম্নকলবা মী অর্মনি। অঙ্কীয়ানটকী শীংথানবা য়াব মওং অনদি গীতিকাব্যগী মতৌ ওইবা অসিনী।

লীলাশিংসিদা ঈশৈ অমসুং শৈরেংনা য়ান্না লুমথবা হেন্নি অমসুং লীলা লেংবশিংনা লীলাসিদা য়াওবা ভাব ভাবোক্‌শিংগী থম্মোয়দা য়েঙ্কুনা মমি তাহন্নবগিদমক মসি তোয়না শিজিন্নে। থৌরম পরেং অমসুং থৌদোক কয়ামন্নুম মীনা লীলাদুদা থোক্কুনা উৎপগী মহুত্তা সূত্রধারনা চুম্নতা শৈরেং থীদুনা ফোংদোকই। থৌদোক মচা মচা, পুক্লীনো নিংলিবা রাখল অমসুং থম্মোইদা পানবা শক্তম পৃথা করি করিগুম্বা মফমদা ঈশৈ ওইনা শক্কুনা ফোংদোকই। তাবদা

খোয়থুম্লরবসু ব্রারেংগী মনুংদা য়াওরিবা গীতিকাব্যগী থম্মোইদা পানবা শক্তম ফোংদোক্লবা মরু ওইনা শীজিন্নরিবা ব্রারী ব্রাতাই শাবগী মতাঙসু য়াম্না য়ামদে। লীলাশিংসিদা অইবনা ড্রামাগী শরুক য়াবা অমা ওইববুদি কবি অমসুং অইবগী শক্তম লৌবনা হেল্লি। মহাক্কী লীলা অসি অওইবমক্কী ড্রামানি হায়বা য়াদে তোইগুম্বসুং ঈশৈ লীলাগী শক্তমনি হায়বা য়াই।

লীলাশিংসিগী ঈশৈ অমসুং শৈরেংশিংগী হেন্দোক থোইদোকপা শক্তম লৈজে অমসুং মখোয়দুবু ওঙ্কার গীত অমসুং ভাতিমা কৌই। লীলা থরদা বরগীত" হায়বা হেন্দোক থোইদোকপা লাইশোন ঈশৈ মখল অসি য়াওই। "অঙ্কীয়া নট" খুদিংদা নত্রগা ড্রামাগী ঈশৈদা ধুব্রা হায়বদি হজ্জনবা পদ য়াওই অমসুং রাগ, নুংশিবা খোন্‌জেল, তাল অমসুং মান (ছন্দ)সু য়াওই।

সংস্কৃত ড্রামাগুম্না অয়াম্বা অঙ্কীয়া লীলাশিংদা চৎনবী ধর্ম্মমতকী মতুং ইন্না নাট্যশাস্ত্রদা য়াওবা নন্দি (নীনখৎপা নাদ) প্ররোচনা অমসুং প্রস্তাবনান ব্রাহৌদোক ওই। মমাঙঙৈগী অসমীয়াশিংগী লীলাদা মহৌশাগী ওইনা ফুট নিপান নত্রগা তবানিথোঙ শাংবা চরনগী শৈরেং নত্রগা নাঁদগী শৈরেং অনী লৈরম্মী। অনীসিগী মরক্তা অমদি য়াইফ-ব্রাহে ওইনা তৌই, অদুগা অতোপ্পা অমদুনা লীলাগী হীরম তাকই। মথংদা শান্নবা লীলাশিংদা সংস্কৃত লোনগী নাঁদগী শৈরেং শুপয়াও য়াওহনখিদ্রে। মদুগী মহুত্তা অসমীয়া লোনগী য়াইফ শৈরেং হাপ্‌চিনখি। সংস্কৃত ড্রামাদদি চৎনবী থ্রেজগী ব্রায়েনদি নাঁদতি সূত্রধারনা নাঁদ শকপা লোইরগা সূত্রধারবু পুখোরকই। মসিনা তাকপদি নাঁদ হায়বসি সূত্রধারনা থীবা নত্তে। তোইগুম্বসুং অঙ্কীয়া লীলাদদি নাঁদ থীবসি সূত্রধারনা তঙাইফদনা তৌগদবনি। নাঁদ থীবা লোইবগা সূত্রধারনা লীলাগী হীরম সংস্কৃত শৈরেং (প্ররোচনা) দা লাওথোকই। মসিগা শোয়বা লৈতনা লোইনবদি "ভতিমা" কৌবা অসমীয়া লোনগী শাংলবা শৈরেং অদুনি। মথংদা লাকই প্রস্তাবনা। সূত্রধারনা মতমসিদা লাইবাও অমা তাবা ফংঙি। মতাংসিদা হীরমসিদা নৈনবা অমা হৌই অমসুং মসি চথবগা লোয়ননা সূত্রধারনা চঙকলিবা মীওইশিংগী মশক তাকই। নৈনবা লোইরগা সঙ্গি হায়বদি লোয়নরকপা পুন্নমক থ্রেজতগী চৎথোকখি।

অসমীয়া শিংগী লীলাদা সূত্রধার নত্তব তোঙানবা "দুতা" অমসুং "বাহুবা" কৌবা শক্তম অনী য়াওই। তৌবগিদি মখোয়সি লীলা শান্নরিবা মীওইশিং নত্তবা মপানগী মীনি অমসুং অওইবমক্কী লীলা শান্নবা মতমদা মখোয়বু পাওজেনবা মী ওইনা অমসুং ফাগী ফারাং তৌবা ওইনা মতেক অমা য়াওহল্লি। "দুতা" অমসুং "বাহুবা" না থ্রেজদা থোরক্কুনা লীলাগী হীরম চথবগী মরক মরক্তা লেপপগী মরমদা লাওথোকই। মখোয়না থৌদোক থোকফম হোংবগী মরমদা অমসুং থ্রেজদা অনৌবা শক্তম চঙলকপসু লাওথোকই। লীলাগী মরক্তা লেপপা অদু মেনখৎপদা নত্তনা "বাহুবা"গী থৌদাং অতৈসু লৈ। মহাক্লা অহাংবা মতমসিদা য়াম্না চেকশিন্না মীরোল মথং মথং চৎনরক্লবা পথাপ মতুং ইন্না মশানা শেমজবা ফাগি-জুগায় তৌদুনা ভাবোকশিংগী অরাবা কোকহল্লি অদুম্নদি ওইরগা মহাক্লা করিগুম্বদসু লীলাগী শরুক অতৈদা য়েৎশিন শোংচিনবদি থক য়ারমদে।

লীলা হেক হৌগৎপদা চৎনবী য়াইফ ব্রাহে লাওথোকই অমসুং মুক্তিমঙ্গল ভাতিমা কৌবা অসমীয়া লোনগী লাইশোন্দু শোনদুনা মালেমগী মপুবু খুরুমজদুনা লীলা লোইশিল্লি। মতাংসিদা সূত্রধারণা লীলাগী থৌরাংদা অশোয়-অঙাম য়াওখিব পূম্বা ঙাকপিউ হায়দুনা ঈশ্বরদা নীজে। অরোইবদা মহাক্লা লীলাসিদগি ফংবা অচুম্বা লমচৎকী পাওতাকপু ইম্নবা হায়বগা লোয়ননা ভাবোকশিংবু ধর্ম্মগী অচুম্বা লম্বেনদা চথনবা হায়জে।

"অঙ্কীয়া নট" লীলা ষ্টেজদা উৎপা মতাংদা খ্বায়দগী শীংথানিঙ্ঙায়দি ঈশৈ, তাল চানা জগোয় শাবা, যন্ত্রগা চান্নবা থোরকপা সুমহৎপা সুর অমসুং ৱারী ৱাতাই শানবা মচাক মরী অসিবু মরী মতাং চানা লেংশিনবা অসিনি। "অঙ্কীয়া নট" হায়বসিদা গীতিকাব্যগী ওইবা মওং অমা লৈ হায়বসি মাঙজৌননা পনজগ্রে। মসিদা মখল মখলগী ঈশৈ অমসুং শৈরেং য়াওই। অসমীয়া--শিংগী "ভাওনা" কৌবা লীলাদুদা শক্তম পুন্নমক তাল চানা অহৌবদগি লোইশিনবা ফাওবা ফিভম ফিরেপ চুন্ন জগোয়গী মওংদা খোংথাং-চানা চৎপা, শকওং তাকপা অমদি মোট তৌবা ফিভমদা উৎলি। শমলপ্না জগোয় অমসুং জগোয়গী মওংদা শান্নবা লীলানা অয়েংবশিংগী পুক্নিংদা ইথৌহনবা ঙমবা অথোইবা কলা কৌশলনি হায়বা য়াই। মসিমদি হাযবা যাই মদুদি অসমীয়াশিংগী ড্রামাদি হকচাংগী শরুক পুন্নমক তাল চানা লেঙবনা মরুনি।

জগোয়গী লীলা অসিদা মরু ওইনা শরুক য়ারিবসি সূত্রধারনি। নাঁদ স্তোত্র থীবা লোইরগা সূত্রধারনা চপ চানা জগোয় শাদুনা ৱারীদুগী অর্থ ফোঙদোকই অমসুং শ্লোক অদুদা য়াওবা ৱাখলসু ময়ামদা খঙহল্লি। সূত্রধারগা লীলাগী মতাং খুদিংদা অসুম্না তৌই। অঙ্কীয় ভাওনাগী মরু ওইবা মওং অহুমগী জগোয়দি সূত্রধার জগোয়, কৃষ্ণজগোয় অমসুং গোপী জগোয়নি। অতৈ মওংদি রাসজগোয়, নতুবা জগোয় অমসুং কালীজগোয়নি। মখোয়সি থায়নগী অরিবা জগোয়গী লাইরিক্তগী লৌখৎপনা অয়াম্বনি।

নাঁদ-শৈরেং থীপ্রিঙৈদা অসমীয়াশিংগী ভাওনা হায়বসিদা সূত্রধারগা মকোক চিংলগা গায়োন-বায়োন কাঙলুপ্না শাংলবা জগোয় উৎলি। মসিবু ধেমালী নত্রগা রঙ্গ কৌই। মসিদা অপুনবা যন্ত্র নত্রগা গায়োন-বায়োন কাঙলুপ্না পুং অমসুং করতালগা, ঈশৈগা লোইননা জগোই তাল চানা শাদুনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌবগী মওং উৎলি। অহানবগী তঙায়ফদবা জগোই অসিবু হরু ধেমালী, বর-ধেমালী, দেব ধেমালী, ঘোষ-ধেমালী অমসুং অতৈ মীংথোন কয়া কৌনৈ। মসিনা লীলা অদু তেক্ত কায়দনা পাঙথোক্লবা ঈশ্বরদা থৌনিজৈ। মসি ইলেপ লেপতনা পুংজাখরা তশেংবা লীলা হৌড়িঙৈ ফাওবা চৎথে।

ধেমালী হায়বদি ৱাহৌদোক্কী ওইবা ঈশৈনোংমাই অসি অয়াম্বদি ভারতনাট্য শাস্ত্রদা য়াওরিবা হৌগৎপগী শরুক খঙনবা পূর্ব্বরাগ হায়বসিগা মান্নে অমসুং সংস্কৃত লীলাগী মতৌগুম্না মরু ওইবা লীলাগী শরুক নত্তে। ভারতগী মতুং ইম্না পূর্ব্ব রাগ হায়বসি শরুক কুন থোক্লা খায়দোকই। মসিগী মনুংদা শরুক মাপন্না স্ক্রিন মনুংদা পাঙথোকই, অতৈনা ষ্টেজদা উৎলি। মতুংদা লীলা শান্নবগী মতাংদা অসিগুম্বা অশাংবা প্রোগ্রামগী শরুক অয়াম্বা ককথৎতুনা শমজিনখি। অসমীয়া শিংগী লীলাদসু অসুম্না তৌখি। নাঁদ শৈরেং থীবগী মতুংদা অঙ্কীয়া নটকী ৱাহৈ "অলম অতিবিস্তারেণ" (অমুক শাংদোক্লবা কান্নদ্রে) হায়বা অসিনা খুদোম্বী থিন্দুনা তাকই। লীলা লোইশিনবদা যন্ত্রগা চান্নবা ঈশৈ অমসুং জগোই অমুক হন্না উৎলি। লীলাগী থৌদোক অমা লোইবগা সূত্রধারনা যন্ত্রগা চান্নবা শকপা ঈশৈ অমসুং জগোইনা মতাং অদু লোইরে হায়বা তাকই। মসিনা ভাবোকশিংগী পোখাফম ওই। অঙ্কীয়া নট ইরিবসি যুম্বাল-কৈবালদগী নত্তনা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ৱাখলসুগী ওইনা তৌখি। মরমসিনা খুঙ্গংগী লাই-খুরুমফম নামঘরদা, জন্মাষ্টমী, দোলযাত্রা অমসুং রাসপূর্ণিমা গুম্বদা উৎলি। মতুংদা লীলাসি লাইনুমিৎশিংদা খুদম ওইনা পূর্নিমা নুমিত্তা, মরুহুনবা মতমদা, লৌ খাওবা মতমদা অমসুং খুঙ্গংগী মীওইশিংনো লৌউ-শিংউবগী থবকতগী শংবা মতমদা উৎলি।কবিগুম্বাদা লীলা অসি

শান্নবগীদমক শঙ অমা মতম থরগীতা ওইনা শাদুনা শান্নে। মাধবদেবনা মহাক্কী "ভজনবিহার" অমসুং "দধিমন্থন" কৌবা লীলা অনীসি শান্নবা বড়পেটাদা বড়ঘর নত্রগা রঙ্গীয়াল ঘর হায়না কৌবা অচৌবা শঙ অমা শাগৎলম্মী হায়নৈ। নামঘর হায়বসি অসমীয়াশিংগী খুঙ্গা ময়ামগী ওইবা লাই-শঙ অমনি। মফমসিদা খুঙ্গা ময়াম নুমিৎ খুদিঙ্গি সন্ধ্যাদা শাস্ত্রগী লাইরিক থীবনা লাইরিক থীবা অমসুং লাইরিক হায়বনা হায়বা, তানবা অমসুং লাই থুবুন্নবা লাইশঙ অসিদা তীল্লি। অয়ুক নুংথিন্দদি মফমসিবু বিচারগী শঙ ওইনা তৌই। মসিদা খুঙ্গাগী বিচার অয়াম্বা লৌইশিল্লি অমসুং শুল্লক্কী অহললমন্ন তিন্নদুনা খুল্লক্কী চাওখৎপগী মরমদা ব্রা তৌন্নে। হয়াও-কুম্মেগী নুমিৎশিংদা মফমসি ময়ামগী লীলা শান্নফম ওইনা শিজিন্নৈ। মরমসিনা নামঘর হায়বসি অসমীয়াশিংগী সমাজগী অমসুং ধর্ম্মকর্ম্মগী মরু ওইবা থৌদোক পুন্নমক পাঙথোকফমনি। মসিনা মীরোল মথং মথং চৎথরক্লবা অসমীয়াশিংগী কালচার শাকপতা নত্তনা অসমীয়া ঈশৈ-নোংমাই, জগোই, অমসুং ড্রামা চাওখৎপগী মরমদা শুমথে লৈতনা মতেং পীরি।

নামঘর হায়বসি য়ুমথক অনী লৈবা ই-না কুপপা ফুট ৫০ রুম শাংবা আয়ত ক্ষেত্রগী মওংদা (নাট্যশাস্ত্রদা হায়বা বিক্রিষ্টা মওংগী লীলা শানফম) শাবা শঙনি। মদুগী মনাক ইনকনক্লা মতায় অমদা মনিকুট (হিন্দু লাইশঙগী গর্ভগৃহ) হায়বা য়ুম মচা অমা শাদুনা থম্মী। মসিগী মনুংদা লাইগী মূর্ত্তি নত্রগা শাস্ত্রগী লাইরিক অমা উপাক্লা শাবা সিংহাসনদা থম্মী। দীক্ষা ফংলব মীওই খরা নত্তনা অতৈদি মনিকুট মনুংদা চঙবা য়াদে। নামঘর অসি কা অনী থোকই। মনিকুট নক্লবা কা-দু অধিকার হায়বদি লাইসেবা তৌবদা মকোক ওইবা অমসুং ব্রাহ্মণশিংগী ওইনা তৌই। অনি শুবা অদুনা লীলা য়াওবা মীওইশিংগী থম্মী। নামঘর চঙফমগা নক্লবা শরুক অদু ভাবোক ময়াম ফমফম (রঙ্গমণ্ডপ) ওইনা থম্মী। মফমসিদা ভাবোকশিং ফক থাদুনা ফম্মী নত্রগা ফিদা থাদবা লৈবাক্তা ফম্মী। শঙ অসিগী ময়ায়দা উখোকতেনগী পারেং অনী লৈ অমসুং মসিগী মনাক্তা ফিদা খরা গুরুজন ওইবা মীওইশিংগী ফমফম ওইনা থম্মী। উখোকতেন পারেং অনিসিগী মরক্তা লৈবা মফম অসিগী শরুক অহুমগী শরুক অনীরুম লীলা শানফম হায়বদি রঙ্গভূমি ওইনা শিজিন্নৈ। মসিদা ফন্নাক য়াওদে। কন্সার্ট পার্টিগী মীওইশিং অমসুং লীলা শান্নগদবা মীওইশিং ময়াম অসিগী (লীলা শান্নফমগী) অকোইবদা ফম্মী। মরুওইবা লিলা য়াউবা মীওইশিংনা নামঘরগী মনাক্তা লৈবা ফিশেৎফমদগী (ছ-ঘর) থোক্লকপদা শিজিন্নরিবা অরকাপোর (arkapor) সংস্কৃত বাহৈ, 'পাটি' নত্রগা "অপাটি" হায়ব আঙৌবা ফুখল অম নত্তনা ফম্পাক্কী (stage) দমক্তা অতৈ-অতোপ্পা থৌরাং লৈতে। লীলাদা য়াউরিবা মী পুন্নমক অমুক্তদা লিলা-শান্নফমদা (stage) থোক্লক্লে। সূত্রধারনা মখোয়গী থোক্লক্লবা মতাং থংহল্লক্লিবফাউবা মখোয়না ফি-শেৎফমদা (green room) ভাইদুনা লৈ। করি করিগুম্বা মতমদসু মখোয়না মখোয়গী মতাংদু থোক্লবা লোইরবসু, ফম্বাক থাদোক্লনা চৎখিদে, যন্ত্র খোংবশিংগী মনাক্তা ফমদুনা মথংগী থোক্লবা মতাং ভাইদুনা লৈবসু য়াওই।

অসমীয়া লোনদা লীলা য়াউবশিংবু 'ভাবরিয়া' (skt. Bhavata) হায়না খঙনৈ। হায়বদি, মখোয়না ভাবোকশিংগী বাখলদা পুক্নিংগী নুংশিবা ঈহৌ পোকহনব শুম্বা মীওই হায়বনি। জগোই শারিবশিংনা 'নটক', নটুবা, নত্রগা নট্ (as they represent the action of others) হায়না কৌরম্মী। যন্ত্র খোংলিবশিংবুনা 'গায়ন' অদুগা য়ৈবিবশিংবুনা "বায়ন" হায়না কৌরম্মী।

মতমদুদা, হৌজিক্কিগুম্না লীলা-য়াউবশিংনা শেল-তাম্নবগী ওইনা লীলা য়াউনরমদে। মখোয়শিংদু খুঙ্গংগী খুঞ্জাশিংদগী খনগৎপা ঙাক্তনি। মরম অদুনা অসমীয়াগী লীলা-য়াউবশিংসি শেল-তাম্নবা নত্তবা চুম্নগী পামজদুনা য়াউজবা ঙাক্তনি। কৃষ্ণ, রাম অমসুং মখোয়গী নুপীশিং শাদুনা লীলাদা মপু ওইবা শরুক য়ারিবা মীওইশিংসি অয়াম্বনা অচৌবা শাগে-জাংকী মশক-মতৌ ফজরবা পাখং ঙাক্তবু থল্লি। মরমদি মখোয়না য়াউরিবা গ্রামাগী মতাংশিংদা, অতৈ অতোপ্পা কলাকারশিংনা অমসুং ভাবোকশিংনা মখোয়বু খুরুমজগদৌরিবনি। হায়রিবা মীওইশিংসি, 'ভাবনা' উৎত্রিফাউবা চান্না হৈয়ে। নুপী শাবশিংদি নুপী মানবা, মশক ফজবা নহারোলশিংদগী থল্লি।

অসমীয়াগী ভাবনাদা য়াউরিবা মীওইশিংসি মমাংঙৈগী সংস্কৃত থিয়েটরগী গুম্না য়াম্না হন্থবা অমসুং লেমজদবা ওইরমদে। কলা-বিদ্যাদা থরাই য়াউজবা, সমাজদা, ধর্ম্মদা, অমসুং রাজনিতিগী লম্‌দা থাক-য়াম্না বাংনো লৈবা মীওইশিং ফাউবা অসমীয়া 'ভাবনা' দা শরুক য়াবদা করিমত্তা হন্থনা থন্নদে অমসুং ইজৎ মাংবনি হায়নসু থন্নদে।

'অধিকার' হায়বসিনা লীলা শান্নক্রম অমদা লাক্লবদি মহাকপু 'প্রকসপতি' হায়বদি অথোইবা অতিথি নত্রগা সভাপতি ওই। কলাকার অমসুং ভাবোকশিংনা মহাকপু খুরুম্মী। ভাবোকশিংবু সভাসদ (Sabhasad) নত্রগা সামাজিক (Samajik) হায়না কৌনে। সামাজিক

লীলাদা শরুক য়াবশিংগী থোইদোক হেন্দোকপা ফিজেৎ লৈতেংলে। ফিজেৎ শিংসি খনিকরগী য়ুমদা থম্মী। খনিকর হায়বসি লাইয়েকপা অমসুং লৈপাক্কী মূর্ত্তি শাবনা মহাক্কী মশিন ওইবা মীওইনি। মহাক অসি লীলাদা শরুক য়াবশিংগীদমক তঙায়ফদবনি। মহাক্না পূজাগীদমক লাইগী মূর্ত্তি শাই। মীগী মূর্ত্তি অমসুং মায়খুমসু (মুখা) শাই, লীলা শাম্নবগী মখল মখলগী ফিজেৎ থৌরাং তৌই, লানগী খুৎলাই শাব খুদম ওইনা থাংশোং, চুঙ্গোয়, লীবুং, তেন, চক্র গদা অসিনচিংবা, স্ক্রিন মনুংদা লীলাগী শরুক য়াবশিং য়েকখোত্নুনা সেমশাবা মতেং পী অমসুং নুমিদাংদা লীলা শাম্নবা মতমদা অরিয়া অমসুং মতা হায়বদি টোর্চ থৌরাং তৌই। খনিকর হায়বদি মায়খুম শাবা মী অসি মগুণ য়াম্না চেনবা মীওইনি অমসুং ষ্টেজগী মপান্দা হাম্নবা তৌগদবা থবকশিংগীদমক মহাক্কী মতেং দরকার ওই অমসুং মদুগীদমক মহাকপু শিজিন্নে। পরমপরাদগী অহল লমম্না তুংশিন্নক্লবা মথং মথং চথরকপা মশিন অসিদগী মানা অনৌবা বাখল ফংঙি অমসুং হৈনিংবা পোকই। মহাক্কী কল্পনা শক্তিনা অঙকপা মীগী মায়খুম ভাবনা শাব হৈবতা নত্তনা মীওইবগী শাওং-শাদা চপ চানা খঙই অমসুং শা-ষণগী মওং চপ মান্নবা য়েক্‌থোক-শাদোকপা ঙম্মী, অদুগী মথক্তা লীলাদা চঙগদবা মচাক পুম্বা মুম্না খঙনা শীনবা ঙম্মী।

মায়খুমতা নত্তনা ফিজেৎ অমসুং লীলাদা শরুক য়াবশিংগী শক্তম য়াম্না চেক্‌শিন্না মওং লাকপা অমসুং মচু চানহনবা ঙম্মী। "ঘুগ্রী" হায়বদি খোংগী খুজেং ফাওবা চোম্থবা শিক্কী পাক্লবা ফিতানা হকচাং অকোয়বা পুন্‌বা "পেটিকোট" অমা লীৎলি, "ফাটাও" হায়বদি ফুরিৎ ফিগা ওইনা মোজা ফুরিৎ অমসু লীৎলি, ফুরিৎকী পাম্বোমদি য়াওরবসু য়াই য়াওদ্রবসু য়াই অমসুং ফজবা মচুগী করধ্বনি হায়বদি শ্লাচেৎ শেৎলি। মহাক্না মকোক্তা ইতোপ তোপপা মওংগী কোইয়েৎ (পাগ) য়েৎলি। গায়োন বায়োন কাঙলুপতি সূত্রধারনা শেৎপগুম শেৎলবসু ইচম চম্বা মওংদা অচম্বা ফিনা শাবা ফিজেৎ শেৎলি। লীলাদা শরুক য়াবা নুপা অতৈ খুকউ য়ৌবা

ফৈজোম শেৎলি অমসুং ওয়েষ্টকোট অমা লীৎলি। ফিজেৎ শিংসিগী মচু অমসুং মপানগী লোনখোৎপা লৈতেং অদু শেৎলিবা মীগী ফম মতুং ইন্না খৈন্নে। নুপীগী ফিজেৎতি যাম্না চেকশিন্না খল্লি। মখোয়গী মন্নু ওইবা ফিজেৎতি মেখলা, (জোন জোন লাওবা স্কার্ট) ফিহা (থবাক্কী ফি) অমসুং ইন্নফিনি। মখোয়গী লীক-কোনদি ধাতুমপাক নত্রগা জরি হাপ্তুনা লৈতেংলীক য়াম্না শী।

লীলাদা মহাক-মহাক্লা লৌবা শরুক মতুং ইন্না মচু শঙই। তশেংবা মচুদি হিঙ্গুল (সিন্দুর) অমসুং য়াইঙং মচুগী হরিতাল য়ানশিন্নগা শেম্বনি। মখল মখলগী মচু অমমমতা শীজন্নরবসু, পূন্ন শীজন্নরবসু, মীয়োল মথং মথং চৎনরক্লবা ভাব ফোঙদোকই। খুদম ওইনা কীবিতী হায়না কৌবা কোয়েৎতা কৃষ্ণ শ্যাম বর্ণ (অমুবগা-অশংবগা) মচু থাই। ব্রাহ্মণ অমসুং সাধুগীদি অঙৌবনি, তমথিবা অমসুং মীনুংসি শঙদবগীদি অঙাংবা মচুম্নি অদুগা হিংচাবগীদি অমুবা মচুনি।

মূর্ত্তি অমসুং মায়খুম হায়বসি আসামদা শঙ্করদেবগী দ্রামা উৎপা হৌদ্রিঙৈদা শীজন্নরম্বা য়াই হেন্দোক থোইদোক্লা খ্লায়না পান্নবা জগোয়দা। মসিগা মরী লৈনবগী খুদম শঙ্করদেব অমসুং মহাক্কা লোয়নবশিংনো লেংবো অহানবা উৎপা চিহান্যত্র কৌবা দ্রামাদুদা উবা ফংঙি। মসিদা বিষ্ণুগী বাহন গরুড়না মায়খুম শিজিন্নে। অসমীয়াশিংগী ভাওনাদ শীজিন্নব তোঙান তোঙানবা মায়খুমসি অহুমথোক্লা খায়দোকপা য়াই। (i) থরনা লৈয়োং তুয়োংবা মওং নত্রগা অকিবগী মশক ওইবা ফিবম উৎপদা শিজিন্নবা, খুদম ওইনা হিংচাবশিংগী নিংথৌ রাবণ, মহাক্কী মনাও ইবুঙো কুম্ভকর্ণ, অশিবশিংগী লাই যম, যোংশিংগী নিংথৌ হনুমান অসিনচিংবা, (ii) থরনা শা-শিংগী শক্তম উৎপদা শিজন্নবা, খুদম ওইনা গরুড়, কালীয় নাগ, শুক, য়োংশিং, জটায়ু উচেক অসিনচিংবা (iii) অতৈদি হরাওনিঙায় ওইবা ফাগি-জুগায় তৌবা মীশিংনো শিজন্নবা মাইখুমশিং।

কোক অমসুং মায় খুমজিনবা মায়খুম অসি মহৌশানা শিজিন্নে। তোইগুম্বসুং য়াবণবধ, কালীয়দমন, অমসুং শ্যামন্তহরণ উৎপা লীলাদদি মপূং ফাবা হকচাংগী শক্তম উৎপা হায়বসি তঙায়ফদবনি। রাবণবধ ভাওনাদা মকোক তরা পানবা অমসুং মখুৎ চাম্না পানবা চপচাবা শক্তমগী মায়খুম রাবন্ন শিজিন্নে। কুম্ভকর্ণ অমসুং হনুমানগীসু অসিগুম্না মপূং ফাবা হকচাংমুক চাওবা মায়খুম লৈজে। কালীয়দমন অমসুং শ্যামন্তহরণ লীলাদা মপূং ফাবা মায়খুম অসি কালীয় লীল অমসুং শওমগী নিংথৌ জম্বুবান্না শিজিন্নে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা জম্বুবানগা লানশোক্নরগা শ্যামন্ত মনি অসি উদ্ধার তৌখিবনি।

লেঙওৎপদা লায়নবা অমসুং য়াংনো শিজিন্নবা য়ানবা অচৌবা মায়খুমশিং অসি লাগী পজেং অমসুং ফিনা শায়। ফাগি-জুগায় তৌবা মীওইশিংনা শিজিন্নবা মায়খুমদি লৈপাক, ফিমচেৎ, চে ফত্তবা অমসুং উকুনা শায়। লফুগী মকু মতম খরনিগী শিজন্নবা মায়খুম শাবগী মচাক অমনি। কোক অমসুং হকচাং মথক্কী মায়খুমদি উপাক অমসুং কম্নবা উকুনা শেমদুনা শাই।

অয়াম্বা মতমদা "ভাওনা" হায়বসি উৎপা মতম নুমিদাংবাইরমদনি অমসুং নুমিদাং চুপপা উৎলি। মতম খরদনা নুংথিনদা হৌরগা নুমিদাং ফাওবা চখে। মাধবদেবগী "করধার" নত্রগা "পিমপারা গোসেবা" শুম্বা অতেনবা লীলাদি নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা লোইশিন্নী। লীলা অমতা অয়ুকঙম্ভাদা তৌনদে। অদুগা ভাওনাদি নিংথমথাদা (জানুয়ারী ময়াই) অসিদগী হৌরগা শজিবু (এপ্রিল ময়াই) থা মনুংদা খুম্নক্কী মীওইশিংনা লৌলোকপা লোইরগা অমসুং লৌখোইবা

হৌগ্রিবা লৌবুক্কী থবক শংবো মতমসিদা উৎলি। করিগুম্বা থৌদোক্তা খুঙ্গং থরগী মী ময়াম তীম্লি অমসুং মতমদুদা অয়ুক, নুংথিন, নুমিদাং থায়দনা নুমিৎ থরনি লেপ্তুনা মখল মখলগী লীলা উৎলি। মখোয়শিবু বড়খেলিয়া ভাওনা হায়বদি খুঙ্গং কয়ামুক্কী পুন্না উৎপা লীলা কৌই।

কলাবিদ্যাগী মখল মখলগী মচাক পুলিন্নগা ইলৌ নৌবা মওংগী লীলা উৎপসিনা অসমীয়া-শিংগী সাহিত্য ইতিহাসতা শীংথানিগুাই ওইবা অনৌবা মওংগী সাহিত্য অমা পুরকখি। অষ্টীয়া নটত্রা ধর্ম্মগী ব্রাখল্লা মরূ ওইরবসু লমদম অসিগী মীরোলনা মথং মথং চৎনরকপা জগোই অসি অব্রাবো থাক্কী ম্রামা অমসুং ঈশৈশিংগী মওদো ভারতবর্ষগী মফম মফমগী কলা মতেক মতেক মরক মরক্তা য়ানশিনদুনা শেমদোকখি।

অসিমদি অচুম্বনি বৈষ্ণবধর্ম্মগী আন্দোলন অসিনা অসমীয়া সাহিত্যদা অগুকপা ঈহৌ অমা পুরকখি তোইগুম্বসুং শঙ্করদেবগী মশাগী মগুণনা ধর্ম্ম অসিদা খৎচোং চোংখৎপা ঈহৌ অমা লাকখি। শঙ্করদেব মশামক মতম অদুগী লেখকশিংগী পুক্লিংদা গুমখে লৈতনা ঈহৌ পীথিবা মী অমনি। মতম অদুগী সাহিত্যগী মগুাল চেনবা মহাক্কী সেবক মাধবদেবনা মাগী গুরুগী পাওতাক মতুং ইন্না গীতিকাব্য অমসুং ম্রামা লেংখি। "নামঘোষ" নত্রগা "হাজারী ঘোষ" হায়বা দর্শনগী শৈরেং লাইরিক অসি মাধবদেবনা লেংবগি মবম কথাগুরু চরিত হায়বা লাইরিকতা শন্দোক্লা হায়রি। মাধব দেবনা বিষ্ণুপুরী সন্ন্যাসীগী "ভক্তি রত্নাবলী" হায়বসি অনুবাদ তৌখি অমসুং শঙ্করদেবনা হায়বদগী কাব্য রাজসূয় হায়বা কাব্য লাইরিক অসিসু লেংখি। মীরোল মথং মথং চৎনরকপা ব্রারীগী মতুং ইন্না শঙ্করদেবনা মহাক্কী সেবকপু নুংশিবগি খুদম ওইনা নামঘোষ অমসুং ভক্তি রত্নাবলী লাইরিক অনীসিগী অমমমগী অহানবা শৈরেংগী মান্নবা পরেং অনী অনী লেংবিখি। মতমদুগী অগুকপা য়ৌনা ফাওব্রবা কবি রামসরস্বতীনা শঙ্করদেবনা হায়বগী মতুং ইন্না মহাভারত অনুবাদ তৌখি। মহাক্লা শঙ্করদেবগী মফমদা লমন য়াম্না তোল্লবনি। ভাগবতপুরাণগী তাঙ্কক তরাগী শরুক থরা ব্রাহ্মণ অনন্ত কন্দালীনা অনুবাদ তৌবগী মরমদা য়াম্না তানিংবা ব্রারী অমা লীনে। মগুদা অনন্ত কন্দালীবু শঙ্করদেবগী চাবগী অরেম্বা থরা প্রসাদ ওইনা খুম্নবা হায়বগী মতুং ইন্না ব্রাহ্মণ অদুনা শঙ্করদেবদা মদুপীয়ু হায়রুবদা শঙ্করদেবনা য়াখিদে। মদুগী মতুগ্তা মহাক মশামক্লা হৌগৎলম্বা ভাগবতপুরাণগী তাঙ্কক তরাগী ব্রাৎহৌবা শরুক অদুগী অনুবাদ লোইশিন্নবা মহাকপু হায়খি। অতোপপা অতে কবি অয়াম্বসু শঙ্করদেবগী পাওতাক মতুং ইন্না নত্রগা মহাক্কী হেক মতুংদা থোরকপা সেবকশিংনা থৌগৎপীবা মতুং ইন্না ভাগবতকী অতে শরুকশিংদু অনুবাদ তৌবগী থবক পায়খৎখি।

মথক্তা হায়খ্রিবা পুন্নমক অসিনা শঙ্করদেবনা ইবা লাইরিকশিং অসি তোপতোপ্পা তাবা ষ্কাইদগী হেন্না ফবনি হায়না থৌওইনা লৌবগী দরকার লৈতে। মহাক্কী সাহিত্যদি বৈষ্ণবধর্ম্ম শন্দোক্লবা আন্দোলন মতাংদা মরূ ওইনা ধর্ম্ম শন্দোক্লবা ব্রাখলদা তৌবনা অশোয়বা মতাং থরদি থেংনৈ। ধর্ম্ম অমসুং লমচৎ অনীসি থানবা য়াদবা মী লৈনবনা মহাক্কী খুৎইদা ধর্ম্মগী মনুংদা লৈরিবা লমচৎ শাজৎপু য়াম্না হেন্না মমল পীবি। শঙ্করদেবনা মফম অয়াম্বদা চান-চানবা কাব্য অমসুং পুরাণগী খুদম উৎপীদুনা মীওইশিংদা লৈফম থোকপা মগুণশিংগী মরমদা হেন্না মরূ ওইনা ইখিরম্মী। মগুণশিংদুদি :— সত্য হায়বদি অচুম্বা, দয়া হায়বদি কৃপা, নুংশিহৈবা, পুকচেল চাওবা, অহিংসা নত্রগা কৃপা হায়বদি থৌজানবা, দান (কথোকপা,) ক্ষমা (ভাকপীবা,) অনসূয়তা, (য়েল্লবা লৈতবা হিংসা তৌদবা,) ধৃতি (খাগুবা কনবগী গুণ), শ্রদ্ধা (ইকাই খুম্নবা)

দম (পুক্লিং ফাবা ঙম্বা) অসিনচিংবা। পাপ তৌবদগি ফংবা অরাঅনাশিং অমসুং অমাঙঅতা মখাদা পল্লিবসিনি :—কাম (ইন্দ্রিয় পরায়ণ ওইবা), ক্রোধ (শাওবা) লোভ (হেল্লা পাম্বা) মোহ (মায়া) মান (থোইচংনবা) মাৎসর্য্য নত্রগা অসূয়া (যেক্লবা অমসুং মীহৌবা) অসিনচিংবা। শঙ্কর সাহিত্যদা ধর্ম্মগী অমসুং লমচৎকী মরম্না মরু ওইরবসু মালেমগী মীওই পুম্বগী পুক্লিংদা থুক লাওনা ফাওবা ফজবা অমসুং পুক্লীংহবা রাহৈরোতা কয়া য়াওই। মহাক্কী অয়াম্বা রাহৈদা যুগ পুম্বগী ওইবা অচুম্বা ধর্ম্মগী পাওতাক কয়া য়াওই।

ঐখোইনা মথন্তা উস্রে মদুদি শঙ্করদেবগী খুৎ-ইদা প্রকৃতিদেবীগী মঙালসু খরা লৈ। অওইবমক মহাক্কী ফজরবা প্রকৃতি-বর্ণনাদা মহাক্না ধর্ম্মগী অমকপা মচাক কয়াবুসু মশকমতৌ ওনথোকতুনা লীক্লাইশুম লংলবা ইশিং ওইহল্লি। কবি আসিনা তুরেল, মহাসাগর, কুঞ্জবন, উমং অমসুং চীংজাওশিংগী মহৌশাগী ওইবা ফজবা শক্তম য়েংদুনা লৈবদা পুক্লীংদা তুজুংবগা লোয়ননা য়াম্না হয়াওজে। মহাক্না মখোই অদু মহৌশাগী ওইনা মমিত্তা উবদুতা বর্ণনা তৌই; মদুদা মশাগী মত অমতা হাপ্‌তে। কবিশুম্বা দৈববানী (লাইবাও) পুথোক্লবা হেংনপ্রবসু মহাক্ন জিরার্ড মেনলি হোপকিন্না উবাশুন্না মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবা শক্তম খুদিংদা ঈশ্বরগী অশুকপা চীংলেম্না ফজবা মওং উবা ফংঙি। মহাক্কী "হরমোহন"গী দিধা উপবনগী ফাওরবা বর্ণনা অমদি গজেন্দ্র উপাখ্যানগী চিত্রকূটকী ফাওপ্রবা শকতাক অদুনা মাসিগী মতীকচাবা প্রমাননি। মখোই খুদীংমক্না কবিগী মনুং হুনজিন্না য়েংবা থৌপ্রবা কল্পনানা মহৌশা লাইরেম্বীবু উবা অমসুং লমদাংদুগী মপুম ওইনা ফজবা দৃশ্য অদু ফোংদোকপা ঙম্বদুবু ওকই।

শঙ্করদেবনা সাহিত্যগী মরমদা সভা, সমিতি তৌবদা শিজিন্নবা রাহৈ-রাতা অপুম্বা সংস্কৃত শৈরেংশিংগী নিয়ম কায়দে অমসুং মীরোল মথং মখং চৎনরকপা পথাপ য়াম্না চেংনা মতুং ইল্লি। অয়াম্ব শক্তমগী মওং উৎপদা হায়দোকপা রাইদো অমসুং রাখল্লোন্ শিজিন্নবা পুম্বা মাগী শৈরেংশিংদা সংস্কৃতগী মহৌশাগী কবিশিংগী শৈরেংদগী লৌবা ঙাকনি। খুদম ওইনা হায়বদা থোৎপ্রবা, ফজবা, নোপ নোপ লাওবা হকচাংগা নোংথাংগা (বিজুলী রেখা) নত্রগা শৌদোক্লবা সনাগা (তপ্তস্বর্ণ) পান্দম্নবা, ফৈরুগা শামুগী নাতোলগা নত্রগা লফুগী মউগা পান্দম্নাবা ঙকশমগা মোইবুংগা (কম্বুকণ্ঠ) পান্দম্নবা, পাম্বোম মরূগা লীনগী অকোয়বা মশাগা (বলিতভুজঙ্গ) পান্দম্নবা, খুজেংগা থম্বাল মখোকফা (মৃণালদণ্ড) পান্দম্নবা, খুৎশাগা লৈহাও লৈনাগা নত্রগা সনাগী চৈশুগা পান্দম্নবা, পীশুমগা কামদেবগী লীরুংগা পান্দম্নবা নাকন্দা পৈরপ য়েংথাকপগা কামদেবগী তেনগা পান্দম্নবা, মাইথোংগা থাজগা পান্দম্নবা, নাতোনগা পোইদিং মপালগীলৈনাগা পান্দম্নবা। চিম্বানগী অঙাংবা মচুগা বন্দুলী হায়বা অঙাংবা লৈ নত্রগা বিম্ব হায়বা অঙাংবা উহৈগা পান্দম্নবা (অনিমক অমুনবা বেরীশুম ঙাংশংঙাংই) ফজবা য়াগী পরেংগা মুক্তা পরেংগা নত্রগা কফোই মরূগা পান্দম্নবা, থবাক্কা বরোই নত্রগা ফজবা চফুগা পান্দম্নবা, লেঙওৎপগা কাঙগা (রাজহংসে) নত্রগা শামুগা নত্রগা নোংশাগা পান্দম্নবা, খোম্বোক্না কোকিলগী মখোলগা অমসুং অতৈ চাম চাম থোক্লা অসিশুম্বা হাম্নলা তশুনা শিজিন্নরবা পান্দমনিঙায় ওইবা মচাকশিং শিনি। মহাক্না শিজিন্নবা ছন্দনাইনা হায়দোকপা রাহৈশিংগী মরক্তা চপ মান্নবা ময়েক নত্রগা রাহৈঅনী অহুম পরেং অমদা শিজিন্নদুনা তোঙান তোঙানবা খোম্বোক অমসুং পুক্লিংদা থুক লাওবা পোকহনবা ফজবা মখোলশিংনা মহাক্কী শৈরেংশিংদা থুম্না য়াওরি।

ভাব শাগৎপগী মওং, পান্দম্নবগী মওং মখল মখলনা করিগুম্বা বাখল অমা শন্দোক্লা হায়বগী মতাংদা তত্তনা শিজিন্নবদা খুদোংচাবা উপাইনি। করিগুম্বদা চাংদম্নবা রাঙাং পরেংশিং শৈরেং তাঙ্কক অমদা হাপ্তুনা চপ মান্নবা থৌদোক অমবু খঙনবা হন্না হন্না উৎলি। খুদম ওইনা হায়বা তারবদি শিশু-পাঙ্গনা মতীক চাদনা রুক্মিনীবু লুহোংদুনা লৌগে তৌবা মতাং খঙননবা য়ামম্রবদা তরানিথোয়দগী তাদবা চাংদম্নবা রাহে-রাতা অমগী মথক্তা অমা লোনশিন্নী।

রুক্মিনীনা হায়, শিশুপাল অসি ঐবু লুহোংগনি হায়। ঐগী পুক্নিদি "ওইবমকত অতোপপা ফজবা লম্বেন্দা চত্থরে। করম্বা মায় পুদুনা ঐবু লুহোংগনি হায়দুনা মহাক্না লাকইবা? শিশুপালনা ঐবু ফংজগে নিংবসি লমহুইনা নোংশা অমোম্বু ফংজগে তৌবগুম্বনি, অঙাংনা থাজবু লামদুনা ফংগে তৌবগুম্বনি, নত্রগা কোচিন্দা লৈবা হংঙোইনা অমৃত পাম্বগুম্বনি। কাকনা যজ্ঞদা কৎপা পোৎ-চৈ চাবা পাম্বগুম জাৎ তারবা ব্রাহ্মণনা মমল লৈরবা দান পাম্বগুম, ব্রাহ্মণ-বধ তৌবা মীনা স্বর্গ ফংবগী রাখল তৌবগুম শিশুপালনা ঐবু পাম্নিবনি। মহাক্না রুক্মিনীগী মপুরোম্বা ওইবগুম বা ঙাংঙি। তোইগুম্বসুং কনানা মরোল অহুমগী মপু মাধববু কাওথোক্তুনা মমিৎ উইশিনগনি অমসুং শিশুপালবু পামগনি? কনানা নোংশা থাদোক্তুনা ওক মচা পামগনি? কনানা সঙ্গোম থাদোক্তুনা ঙা চামশিনবা ঈশিং থক্কনি।

শঙ্করদেবনা ইবা লাইরিক্তা অতৈ অলঙ্কারসু য়াম্না য়াওই। মহাক্না ইবা লাইরিক্তা অঙকপা য়ৌনা পাওরৌ শিজিন্নবা অসিনা ময়াম্না পুক্নিংদা য়াম্না পাম্না লৌশিনবগী মওং অমনি। অসিগুম্বা শন্না অমসুং কন্না ঙাংবা লমদমসিগী ওইবা হৌরকফম তাকলিবা তোপতোপ্পা গুণ লৈবা রাহে রাতাশিংসি অচম্বা পুনসিগী থৌদোক কয়া খঙহন্নবদা অমদি লমচৎকী মরমদা পাওতাক পীবদা অমসুং অচম্বা প্রজাগী লৌশিং উৎপদা শীজন্নরম্মী।

শঙ্করদেবনা ইরমলিবা পুম্বা অসি মতীক চাবা মগুন লৈরবসু নত্রগা অশোয় অঙাম্না থন্না য়াওরবসু মসিনা হৌথিবা চহি চামঙা অসি আসামগী মীশিংগী নুঙাইবগী হৌরকফম, উৎসাহ, পোথাকফম অমসুং জ্ঞানগী হৌরকফম ওইরক্নী। শঙ্করদেবগী যুগতা কবিশিংগী মরক্তা মহাকপু অথোইবনি হায়নরম্মী অমসুং মহাক্না ইদুনা থম্বিরম্বসিংসিনা মথংগী যুগতা ধাতু চাংয়েংনবা নুংগুম্না কবি ওইবগী অথোইবা গুণ লৈ লৈতে খঙনবা য়েংফম ওইনা লৈরম্মী। অসমীয়াশিংনা মহাকপু য়াম্না ইকাইখুম্নে মরমদি মহাক্না অসমীয়া লোন চাওখৎনবগীদমক য়াম্না হোৎনবিরম্মী অমসুং অসমীয়াশিংগী সাহিত্যদা সংস্কৃত লোনগী ফজবা মচাকশিং হাপ্‌চিন্দুনা অৱাংবা থাক্তা পুখৎপিরম্মী। ম.ধবদেবগী রাহে মতুং ইন্দুনা হায়বা তারবদি অসুম্না হায়বা তায়ঃ— মমাঙঙৈদা প্রেম-অমৃতগী ইচেলসি স্বর্গ মনুংদতা পন থিংগৎতুনা লৈরম্মী। শঙ্করদেবনা থোকপিরকপা মতুংদা পন ফাৎপিদুনা ঈচেল অসি পৃথিবীগী মফম খুদিংদা ঙঙদুনা চেনথরকই।" মীথয়েং হোংলবসু, রাখল হোংলবসু সাহিত্যগী ফিদম হোংলবসু শঙ্করদেবগী রারেং শৈরেং শিংদি অৱাংবা থাকী ওইনা ঐখোইগী ইরক্তা লেঙদনা লৈরি। ঙসি ফাওবা মহাক্কী একাঙ্কী নাটক পাম্না উৎনরি, বরগীত শক্করি অমসুং মহাক্কী কাব্য থরায় য়াওমা পানরি। ঐখোয়না মখোয় অসিবু ঐখোয়গী জাতীগী কৃষ্টি অমসুং ধর্ম্মগী তঙায়ফদ্রবা শরুক ওইনা তুঙশিন্দুনা থন্নরি।

অসমীয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মগী আন্দোলনদা অনিশুবা মীথোই মীহেনবা মীংচৎ লৈবা অমদি শঙ্করদেবগী অচানবা সেবক মাধবদেবনি। মঙাক্না আসাম লৈবাক্কী সাহিত্যগী অতিয়াদা অঙকপা ঈহৌ অমা

পোকহল্লমী। মহাক অসি খৃঃ ১৪৯২ দা লক্ষ্মীমপুরগী লেটেকুপখুরী হায়বা মফমদুদা পোকপনি। মহাক অসি অহানবদদি শাক্ত ওইরম্মী তোইশুম্বসুং শঙ্করদেব উমবা মতুংদগী শঙ্করদেবগী ধর্ম্ম মপূং ফানা লৌখি। মতমসিদগী মাধবদেবনা শঙ্করদেবগী মমি ওইদুনা লৈখি। মহাক্কী খ্বাইদগী হেন্না থাজবা য়াবা অমসুং মতীক চানা মগুণ চেনবা সেবক অমা ওইখি। মহাক্না শাক্ত ধর্ম্মদগী বৈষ্ণব ধর্ম্মদা চঙশিনলকপসিদা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা অঙকপা ইহৌ অমা পোকখি মরমদি মহাক্কী লৌশিং অমসুং অচেৎপা লমচৎনা সমাজদা অমসুং ধর্ম্মদা পুমহোং হোংদোকপা যিভম অমা পুরকপা ঙমখি। মহাক অসি মীয়োল মথং মথংদগী লৈরকপা জ্ঞানগী ওঝা ওইবতা নত্তনা বাহৈ-বাতাদা খোই-থুম্নবা ঈশেসু শকপা ঙম্বা মীওই অমনি। শঙ্করদেবগী য়ানিংদবা মত লৈরবসু মাধবদেব পুন্সিচুপপা লুহোংখিদে অমসুং মাগীবাখল লমজিংমখাদা কৈবল্য কৌবা পুন্সি-চুপ্পা লুহোংদবশিংগী মঠ অমা লিংখৎখি। অওইবমক্তি মাধবদেবনা অসমীয়াশিংগী ছত্রশিংসি লিংখৎপীরম্বনি হায়নৈ করিনা হায়ববু মহাক্না ছত্রশিংবু মরা চেংনা অকনবা নিয়ম-নীতি মনুংদা থম্বিরম্মী। অসিগি মথক্তা মহাক্কী গুরু শঙ্করদেবদা মপূং ফানা নির্ভর তৌনবা মীওইশিংদো পাওতাক পী অমসুং লমচৎ চুন্না অমদি লাইরবগী মওংদো লৈনবা পাওতাক পীখি। শঙ্করদেব লৈত্রবা মতুংদা ধর্ম্ম শন্দোকপগী ভার পুখা মথক্তা তারবদা মাধবদেবনা মঠগী অচেৎপা নিয়ম-নীতি মতুং ইন্না চৎনবা আচার্য্য পুসমকতা অমসুং সেবকশিংদা অকনবা পাওতাক পীবনা মরম ওইদুনা মহাপুরুষিয়া (শঙ্করদেবনা চৎখিরম্বা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপা) মরক্তা অনী থোক্লা তোখাই তানখি।

মাধবদেবনা সাহিত্যগী ওইবা ইহান হান্না ইবা লাইরিক্তি "জন্মরহস্য" হায়বা শৈরেং লাইরিক মচা অসিনি। মসি পুরাণগী মচাক লৌদুনা পৃথিবীগী সৃষ্টি অমসুং প্রলয়গী মরমদা ইবনি। মহাক্কী মথংগী লাইরিক্তি বিষ্ণুপুরী সন্ন্যাসীগী ভক্তি "রত্নাবলী"বু শৈরেংদো ওনথোকপনি। ভক্তি ধর্ম্মগী খ্বাইদগী মরু ওইবা লাইরিক অসি অসমীয়া লোনগী শৈরেংদো মাধবদেবনা মহাক্কী গুরু শঙ্করদেবগী য়াথং মতুং ইন্না হন্দোকখিবনি অমসুং মহাক্কী অনুবাদদা মহাক্না "কান্তিমালা"গী টিকাদগী মচাকশিং লৌশিনখি। মাধবদেবনা রামায়ণগী আদিকাণ্ডসু (অহানবা পন্দুপ) অনুবাদ তৌখিখি। মহাক্কী খ্বাইনা পাম্বা লাইরিকতি "রাজসূয় যজ্ঞ" হায়বসিনি। মসি মহাভারতকী বারীদা পাণ্ডবশিংনা তৌখিবা রাজসূয় যজ্ঞগী থৌরমদগী মচাক লৌশিনদুনা ইবনি। লাইরিক অসি ময়াম্না পাম্বা মওংদো ইবিরম্মী অমসুং অসিগী মনুংদা অপাম্বা পোকহনবা থৌদোক্কী বারী য়াম্না য়াওরি। অইবসিনা মাঘ অমসুং থায়নগী সংস্কৃত কবিশিংদা মতাং মতাংদা তৌবিমল উৎচে।

মগুণ লৈরবা লাইরিকশিংসি পুথোকপা লোইবদা মাধবদেবগী মশাগী পীথোরক্লবা খ্বাইদগী হেন্দোক থোইদোক্লা বাখল খনবা ঙম্বা অমদি শেমগং শাগৎপগী শক্তি অদু মপূম মরৈ ফারে। মহাক্না ইরম্বশিংগী মনুংদা য়াম্না লায়বা অমসুং খোইথুম্নবা শৈরেং লাইরিক্তগী থৌরদুনা য়াম্না নুংবা খঙবদা বাবা দর্শনগী বিষয় ফাওবা য়াওই। মহাক্না পোকপদগী লোয়নরকপা থৌরবা বুদ্ধি মরমপুম্বা গুরবা জ্ঞান অমসুং শিঙথাবা য়ানা হৈরবা মহৈ শিজিন্নদুনা শঙ্করদেবগী থৌরম পুন্নমক মরা চেংলবা যুমফমদা থম্বিরম্মী। অসোমদগী য়েংশিল্লবদি মাধবদেবগী অচৌবা অথোইবা লাইরিক নামঘোষা নত্রগা হাজারীঘোষা (শ্লোকলিশিং অমনা শাবা) হায়বা অসমীয়া লোনদা ইবা বৈষ্ণবধর্ম্মগী হয়াও তুজুংনিঙায় ওইবা লাইরিক অসি আসামদতা নত্তনা ভারতকী দর্শন শাস্ত্রগী সাহিত্যগী মরক্তা থোইদোকপা মফম অমা লৈরবা লাইরিকনী। মসি ময়াম্না পানবতা নত্তনা চিন্‌ফা পুরবা শাস্ত্রবাক্যনি হায়না অপনবা লৈতনা পম্নৈ। মরমসিনা চীংনবা

লৈতনা অসমীয়া বৈষ্ণবধর্ম্মগী লেঙদ্রবা ঙাকলৌনি। নামঘোষদা মাধবদেবনা দর্শনগী মরমদা যোংদোকপীরম্বা অসি শরুক কয়া থোক্লা লৈ। খুদম ওইনা মায়া অমসুং মহাক্কী মওং অমসুং মহে, লৈশেমলোন, ব্রাহ্মণ, ইশাবু খণ্ডজনবা উপাই, জীবগী মনস্তত্ব অমসুং মীওইবা পুন্সিগী পনথুংফম।

ইহান হানবদা "নামঘোষ" হায়বসিনা অসুম হায়না শন্দোক্লা হায়রি, "মায়াদা লুপ্তুনা লৈবা মীওইনা মহাক্লা মঙদা উজবা থৌদোকশিংবু অওইবনি হায়না থাজবগুম মীওইবশিংনো মশাগী অচুম্বা ফিভম কাওথোক্তুনা মায়াগী সংসারবু অচুম্বনি হায়না লৌই।"

মরমসিনা মাধবদেবনা হায়জে, "হে হরি নহাক্কী মায়ানা ঐবু পঙথহন্দুনা অমসুং শুমহত্তুনা ঐনা নহাক্কী অচুম্বা মওং খঙবা ঙমজদে।" মহাক্লা শেংনা হায়জে, অচম্বা মীংনা উরিবা মওং পুন্নমক অসি অতৈ করিসু নত্তে মায়া ঙাক্তনি। মরমসিনা মখোয় পুম্বসি পুক্লিংদগী থৈদোক্কদবনি।

হিন্দুধর্ম্মগী মতুংইন্না মালেম অসি শুনতরংদগী ওইরকপা নত্তে। ভাগবতদা হায়রি-মালেম অসি স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনা সৃষ্টি তৌবিরিবনি, স্থিতি অমসুং প্রলয়সু মহাক্লা শীনবিবা ঙাক্তনি। "নামঘোষ" হায়বসিনা সমস্যা অসিবু অসুম হায়না সমাধান তৌই :— পরমেশ্বর-নারায়ণ হায়বসি পুরুষ অমসুং প্রকৃতিদগী ইতোপ তোপপনি· অদুম ওইরগসু অনীমকপু সৃষ্টি তৌবিবনি অমসুং য়োকখৎপিবনি।

পৃথিবী অসিদা লৈবিরিবা পুরুষগী ক্ষর (মাঙনাইবা) অমসুং অক্ষর (মাঙনাইদবা) হায়বা মওং অনীসি লৈ। খ্বায়দগী হেনবা হায়বদি উত্তম পুরুষ হায়বসিবু পরামাত্মা (হোংদবা) হায়না খঙনৈ। মালেমগী মপু মহাক্তি অমরনি মরোল অহুমবু থুংনা লৈবিদুনা য়োকখৎপীরিবনি।

মরমসিনা হুজিক মাংদনা লৈরিবসি ব্রহ্মাতনি অতৈ করিসু নত্তে। ব্রহ্মাতনি মচি ওইনা লৈরিবসি। মফম খিবিক্তা অমসুং মতম খিবিক্তা মহাক অসি শন্দোক্লা লৈরিবনি। মাধবদেবনা হায়জে :—"হে ইবুঙো নহাকপু হন্না হন্না খুরুমজরি, হে অমর, হে অশেংবা নহাক্তনি অচুম্বদি, নহাক্তি মতম খিবিক্কী নারায়ণ হায়বদুনি, শিবনি, অহৌবা নাইদবা ঙমখৈ লৈতবনি, মগুণ লৈতবা মনিং তম্বনি। নহাক্তি ভগবন্তনি, অথোইবা পুরুষনি। নহাক্কী মাঙ থাবসু লৈতে মতুংদা তাথরক্কদবসু লৈতে। নহাক্কী অহৌবসু লৈতে, অরোইবসু লৈতে। নহাক্তনি মালেম অসিগী মরমদা পুক্লিং চঙনা রাখল তৌবিরিবসি।" শম্রপনা হায়বদা নামঘোষনা তেংবানবশি মপুগী মওং যোংনা উৎপা নত্তনা অতৈ নত্তে হায়বসি তাকই।

নামঘোষদা অসুম্না হায়রি :— ব্রহ্ম হায়বসি অমরনি, ঙমখৈ লৈতনা অক্ষবনি, মীনুংসি খঙবনি, লেংদনা লৈবনি, মফম খুদিং শিনথুনো লৈবনি, মহাক্কী অনী শুবা·মথং লৈতবনি অমসুং মহাক্কী মওং হোংদবনি। মসিগী মচি ওইবা রাদি মখল মখলগী মিংথোন, অমসুং মওংদা উৎলগসু মহাক্তি অতৈ করিসু নত্তে ব্রহ্মানি। ব্রহ্মদি ঙমখৈদগী রাংমেদনি, মতম অমসুং মরমগী রাংমেদনি। মসি পুমশেং শেংবনি, মপুং ফাবনি, খায়দোকপা য়াদবা অমসুং মুৎহনবা য়াদবা মওংনি। মসি শেংলবা জ্ঞানগী মতৌনি। করিগুম্বা পোৎ অমগী অহৌবা অমসুং অরোইবা লৈত্রবদি মায়াসু লৈফম থোক্তে হায়বসি মশানা তাবনি। ব্রহ্ম অসি মপান নাইদবা অতিয়াগুম্বনি। মহাক্কী অহৌবা অমসুং অরোইবগী ঙমখৈ লাম্বা ফংদবনি। ব্রহ্মনা মালেম অসিবু সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং প্রলয় ওইহনবনি।

ব্রহ্ম হায়বসি মশাগী মনুংদা লৈবা অমসুং তাইবং ৱাংমগী ৱানি। মসি মরোল অহুম শুনা শন্দোক্তুনা লৈ, অদুম ওইরগসু মখোয়দগী ইতোপ তোপই। মসি গুণ অহুমগী মপান্দনি সগুণ নির্গুণগী ৱাংমদনি। মসি সম (মান্নবা), নরোত্তম (মীমরক্তা খ্বায়দগী হেনবা), নির্ব্বিকার (হাংদবা) নিরঞ্জন (তৈশিন্দবা, কোন্শেং) হায়বদুনি। খ্বায়গী মথক্তা ব্রহ্মাদি সহজানন্দ, (মথক্তা হেক্তানুঙাইজবা) স্বরূপানন্দ, (মাগী লমচৎসু মথক্তা ওইজবা) অমসুং পরমানন্দ (খ্বাইদগী হেন্না নুঙাইবা) হায়বদুনি।

মাধবদেব অবতারবাদ থাজবা মীওইনি। মহাক্লা থাজবা অমসুং যোঙদোক্তবা নির্গুণ ঈশ্বরবু ভক্তি শ্রদ্ধানা থোকহন্দুনা যোঙদোকহল্লি। নামঘোষদা মখাগী অবতার তরাগি মীং পল্লি :—মৎস্য, কূর্ম্ম, নরসিংহ, বামন, পরশুরাম, হলিরাম, বরাহ, শ্রীরাম, বুদ্ধ অমসুং কল্কি। মরমসিনা ব্রহ্মাগী ৱাখল অমসুং আত্মাবু ব্রহ্মাদা চিংশিনদুনা খনবসিনা নামঘোষগি চিন্তা অমসুং ধর্ম্মনি।

নামঘোষকি মতুং ইন্না ইশাবু খঙগে হায়রবদি থোংগাং অনী থাংদুনা চথব তায়। মখোয়দুদি ভক্তি অমসুং গুরুকৃপানি। নামঘোষগী ৱাখলদদি ভক্তিগী লম্বেনদি খ্বাইদগি লাই। মসি জ্ঞান, কর্ম্ম অমসুং যোগতগিসু হেনবনি। ভক্তি য়াওদ্রবদি জ্ঞান অমসুং কর্ম্মতনা মীওই অমবু মুক্তি ফংহনবা ঙমদে। মসিদা মথং অতৈসু অসুম্না হায়রি :— "সাধনা হায়বসি সত্য যুগকীনি, জ্ঞানদি ত্রেতা যুগকীনি, পূজা-পূজি তৌবসিনা দ্বাপর যুগকীনি অমসুং কলিযুগতদি হরিণাম তত্তনা শোনবা নত্তনা অতৈ ধর্ম্ম লৈতে।" শ্রদ্ধা-ভক্তিগি মতেংতনা সংসারগী ঈপাকসি লানগদবনি। মসিতনি মুক্তি ফংবগী লম্বীদি।

কলিযুগতদি ভক্তি-শ্রদ্ধাগা লোইননা হরিনাম তত্তনা শোনবসিনা অখোইবা ধর্ম্মনি হায়না লৌনে, কনামতনা শোক-খোংপা ঙমদবা কবচ-ৱাম অমসুং কৃষ্ণগী নামবু তত্তনা শোনজরবদি স্বত্ত্ব, রজ, তম হায়বা খুৎলাইশিং অসিনা করিমতা শোকহন খোংহনবা ঙমদে। হরিনামসি শোনজবনা কয়ামুক কান্নে হায়বগী প্রমাণদি :— হিংচাবশিংগী নিংথৌ হিরণ্যকৌশিপু ফাওবনা মচানুপা প্রহ্লাদবু য়াম্না ওৎ-নৈদুনা তৌরবসু হরিণামগী মগুণনা শন্না অমা ফাওবা মশাদগী যোইদৎপা ঙমখিদে। মখল মখলগী শাস্ত্র পাবগী দরকার ওইদে বেদ তন্ত্রনচিংবসু পাবগী দরকার ওইদে, তীর্থময়াম দর্শন তৌবগিসু দরকার ওইদে। মুক্তি ফংগে হায়রবদি অমসুং সংসারগী অৱা-অনা কোক্লবগীদমক "গোবিন্দ" হায়বা নাম অসি তত্তনা শোনগদবনি।

নামঘোষদা গুরুগী মতেং লৌবগী মরমদা য়াম্না লূনা তঙাইফদবনি হায়বি; ইশাবু মুম্না খঙনবগীদমক গুরুগী মতেং খ্বায়দগী মরু ওইবনি। গুরুভক্তিনা খ্বাইদগী অহেনবা পান্বেনি হায়রি। শিষ্যদদি গুরুসি লাইমক্লি। ঈশ্বর অমসুং গুরুদা করিমতা খেন্নবা লৈতে। অনিমক অমতনি। গুরুগিদি অতোপপা হকচাং লৈজবতনি। অনীমক্কী পুক্নিংদো ফজবগী থুম্নবনা থল্লি। অনিমক্না সংসারগী মঙ্গলগী ৱাখল খনবি। অনিমক্কী পুক্নিংদো চাওখোকচবা লৈতে অমসুং মশা মশাগী মগুনতনা অতৈবু চানবীবনি।

১। যুগ হায়বসি পৃথিবীগী চহীনি। যুগ মরিনি —সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলি। হৌজিক কলি যুগনি।

গুরুনা ব্রহ্মবু জ্ঞানচক্ষুনা উবি অমসুং মহাক্লা মহাক্কী শিষ্যবুসু মসিবু উবা ঙমহল্লি। অসুম তৌদুনা মহাকপু জীবন মুক্ত ওইহল্লি হায়বদি পুন্সিগী লানদগী মুক্তি পীবি। গুরুতনা লুপ্তবা ঈশ্বর খঙবগী জ্ঞান পীবা ঙম্মী। মসি শাস্ত্রশিংনসু তাকপা ঙমদবা হীরমনি। তশেংবা ব্রহ্মজ্ঞান অসি গুরুগি মতেং নত্তনা ফংবা ঙমদে। মরমসিনা ইশাবু খঙবগী পান্থেদি গুরুকৃপাতনি। নামঘোষগী মতুং ইন্না জীব হায়বসি ব্রহ্মদগী তোংঙান্নকপা নত্তে। মহাক্কী মনুংদা লৈবা শক্তি অসি ব্রহ্মমক্তা লৈবা শক্তিগুম্না ঙমখৈ লৈতবা শক্তিনি তোইগুম্বসুং মায়াদা (অবিদ্যা) লুপ্তনা লৈবনা মীওইবনা (আত্মানা) ঈশ্বরবু খঙবা ঙম্দে। মহাক্লা মাঙগদবা হকচাং অসিবু আত্মানি হায়না খন্দোকই অমসুং অরানবা কয়া তৌই। মসি সংসারগী মায়াদা লুপ্তনা লৈবদগীনি। অবিদ্যা (মায়া)গী অমম্বসি কোকপগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু তরংতরং ঙকশম্দা লৈতেংদুনা লৈবগুম উবা ফংঙি। মায়া অমসুং ঐমা ঙায়রে হায়বা ৱাখলদা লুপ্তনা লৈদুনা জীবশিংনা সংসারগী মায়াজালদা পুনদুনা লৈ। ঐমাঙায়রে হায়বা ৱাখলসি কোকত্রিঙৈ সংসারদগী মুক্তি লৈতে। নামঘোষদা সংসার মায়াগী অকিবসি কোক্লবা মালেমগীমপু ঈশ্বরদা নিজবগী প্রার্থনানা পীক থন্না লৈ। কামনা থাদোকপা ঙম্দবনা মরু ওইবা মরম ওইদুনা অমুক পোকপা অমুক শিবা তৌদুনা সংসারদা য়েৎশিন্দুনা মীওইবশিংনা লেপ্লিবনি। মীওইবশিংনা করিগুম্বা পোং অমা ফংনিংবগী থৌরাংবদগী মদূফংনবা থৌরমদা চথে অমসুং অদুগী মতুং ইন্না মহৈ ফংঙি। অসুম তৌদুনা পোকপা শিবগী ঈচেলদা হঙ্গৎ-হন্দা তৌদুনা লোইবা নাইদবা ফিভমদা লেপ্লি। কামনা (অপাম্বা) হায়বসি পুমথা থাদোকপা ঙম্লবতদা ইশাবু খঙবা ঙম্মী অমসুং মসিতনি অথোইবা নুঙায়বা ফংনবা লম্বী।

নামঘোষকী মতুং ইন্না ধর্ম্মগী মরমদা থিজিনবগী অরোইবা পান্দমদি খ্বাইদগী অথোইবা নুঙাইবগী ফিভম অদু ফংবা অসিনি। নামঘোষতা মুক্তি হায়রগা ঈশ্বরগা আত্মাগা অমত্তনি হায়না খঙবা অদুবু নত্তে। ইচম চম্না মসিনা তাকলিবদি ঈশ্বরগী মনাক য়ৌজরগা জিবশিংনা হরিগী মিংলেন শোন্দুনা লৈজবনি। অওইবমক্তি ভক্ত অমনা মুক্তিগীদমক য়াম্না ৱাখল তৌরুবা লৈতে তোইগুম্বসুং রাম-কৃষ্ণগী মীংথৈগী ইপাক্তা হরাওবগা লোইননা তাওদুনা লৈজবা পামজে। অমরোমদা হায়রগা কৃষ্ণভক্তি হায়বসি ঙমখৈ লৈতবা অৱাংবা থাক্কী লোইনাইত্রবা নুঙায়বনি। মরমসিনা পুক্চেল চোয়দনা অতৈ অপাম্বা পুম্নমক থাদোক্লনা কৃষ্ণনামগী ইপাক্তা হরাওবগা লোয়ননা উংদুনা লৈবদুনা খ্বায়দগী থোইথুম্নবা হেল্লি, কান্নবা হেল্লি নত্রগা অঙকপনা থল্লি।

অদুগা মথক্তা নামঘোষদা অনুতাপ, নিজবা, ঈশাগী শাজেন, অমসুং ঈশাবু ৱারকচবগী মরমদা স্তোত্র ময়াম য়াওরি। স্তোত্রখুদিংদা ঈশে শৈরেং অতেনবদা শকচবা অমসুং হরাওবনা ঙাওজবা ফোঙদোকই। লাইরিক অসিগী অরোইবা তাংককশিংদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু থাগৎপা ৱাহৈনা ঈশে ওইনা ঈশে হনবনা শক্রগা ময়াম্না খুম্বা প্রার্থনানা থল্লি। নামঘোষনা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোইবু সুম্মৎলি অমসুং মসি চপচানা উপনিষদ অমসুং গীতাগা চপ মান্নবা অৱাংব থাক্কী ওইবা অথোইবা সাহিত্যনি। ৱাখল চেংপা মীথয়েং মান্নবা অমসুং ঈশে-নোংমাইগী ৱাহৈ-ৱাতানা থন্নবা নামঘোষা অসি অৱাংবা থাক্কী থোইদোক হেন্দোকপা কলানি অমসুং মাধবদেবগী দার্শনিক অমসুং কবি অমা ওইবগী হেন্দোক থোইদোকপা লৌশিং লৈবগী মরমদা চপচানা নীংশিংনিঙাই ওইরবা পোৎশক অমনি।

মাধবদেবনা অঙ্ক অমগী লীলা অঙ্কীয়া নট খরসু লেংবিরম্মী মখোয়দুদি করধারা, পিমপারা

গোসেবা, কোটোরা খেলোভা, ভূষণ হেরভা, ভূমি লটিভা। মখোয়সিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অঙাং ওইরিঙেগী লীলা পুন্নমক উৎলি। মাধবদেবগি অহীয়া নটসিংশিদা শঙ্করদেবগী লাইরিকতগি মশীংতানা ঈশৈ অমসুং সংস্কৃত শ্লোক খরদমা য়াওই। মরম অসিনা লমদমসিগি মীওইশিংগী পুকনিংদা পানবা হেল্লি।

মাধবদেবনা মহাক্কী বরগীতকী মতেংনা বৈষ্ণবধর্মগী আন্দোলনদাময়াম্বা পান্নবা মীশক অমা ওইখি। মহাক্কী য়াম্না ভক্তিচেনবা লাইশোন ঈশৈশিংদা মহাক্কা ঈশ্বরবু লুনা শ্রদ্ধা তৌজবদু মপুংফানা ফোংদোকচৈ। মহাক্কী বরগীত অয়াম্বদা মমাঙঙেদগি তৌরকপা পাপগীদমক নিঙঙমদবা অমসুং নোম্লুকচবগা লোয়ননা লাইগী সেবাদা মশাবু কখোকপতনা পাপ কোকপা ঙম্মী হায়বসিগী মরমদা য়াম্না শেংনা ফোঙদোকই। বরগীত খরদা অঙাং ওইরিঙেগী কৃষ্ণবু উত্তুনা ফজরবা পুক্লীংনা পামজরবা তমজনফম ওইবা বৃন্দাবনগী শক্তম বর্ণনা তৌই। মাধবদেবগী অতেনবা ঈশৈ শৈরেংশিংসিনা কৃষ্ণনা অঙাং ওইরিঙেগী অমসুং চহীদা ইনখৎলকপা মতমগী ফজবা শক্তম তাকই মদুদা মশা খীংলব অঙাং অমসুং ইনখৎলকলিবা নহাগী রাখল অমসুং পুক্লীংগী ঈহুল ফজনা উৎলি। স্বগগী ওইবা অমসুং হেন্দোক থোইদোকপা শক্তি লৈবা ভাগবতকী ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু বরগীততা অচম্বা মীওই অমগী শক্তমদা উৎলি। শ্রীকৃষ্ণগী বাল্যলীলা মহৌশা লাইরেম্বীগী পুক্লিংহুবা শক্তমগা চাননা অহোয়ননা ফজহল্লি অমসুং নাতে চাহল্লি। অঙাং অমা ওইবগী হোংবা নাইন্ত্রবা হৌনশা অঙাং কৃষ্ণগী মশাদা ফোঙদোকই। ঙসিদি শ্রীকৃষ্ণ অসি থাঙঙেশেংবা অঙাংগী মওং পৌরি অমসুং মপুংফাবা অচম্বা অঙাং অমা ওইরি অমসুং মহাক্কী মোমোন নোকপা মতৌনা অমৃতগি নোং ওইনা ময়ামগী মথক্তা চুথরি। মাধবদেবগী মিত্রংগী কলমনা অঙকপা অনৌবা ঈহৌ অমা পুরকই অমসুং মন্নু ওটবা ব্রারীগী মরক্তা অনৌবা ভাব অমসুং মহৌশাগী খ্বাইনা খঙবা হরাওবগী ইনোৎ অমা পুথোক্কুনা থেৎচল্লি।

ঈশৈ শৈরেং অতেনবা খরদা অঙাং ওইরিবা কৃষ্ণনা ঙাংশকপা অমসুং ফনফন চেন-চোংদুনা শান্নবদ মমা যশোদানা হায়ফেৎ য়াজবা অমসুং হন্নাওজবদু থৱাই য়াওনা হায়রি। তোইঙম্বসুং অমরোমদা কায়নবগী অৱাবা ফোঙদোকপা ঈশৈ খরসু য়াওরি। ঈশৈশিংসিদা মমাগী পুক্লিংদা মীকুপ খুদিংদা মমিৎকী মনি ওইজরবা মচা কৃষ্ণবু উদবদুদা লাংতক্লবা অমসুং চিংনেবদু উৎলি। মসি হৌনশানি মতম কুইনা লাইনিংজবদা পুলিগী অরোইবা মতাংদা পীনবীবা ওইবনা শ্রীকৃষ্ণবু চং য়ৌনা নুংশিজবা হায়বসি অমসুং মসিগুম্নবা মচাগা কায়নবদা যশোদাগী মীহুন পীং পীং চোংবাহায়বসি। অয়ুক্তা শ্রীকৃষ্ণনা মমান্নবশিংগা লোয়নদুনা শানবগীদমক মপান থোক্কুনা লম্বেনদা চেনথোকখি। মমানা থোঙবাদা লেপ্তুনা পৃংজা থিদুনা মচা হন্নকপা ঙাইদুনা লৈ। "অয়ুকয়াম্না থেংজিনলকএ অদুমক্তদা ঐগী ইচাদি হন্নকত্রে।" অসি হায়দুনা মমানা মুরুম মুরুম শোনজৈ। মমাগী পুক্লিংদা চীংনবা হৌরকএ, লম্বেনদা থোরকএ অমসুং লম্বেন চৎপা মীওইশিংদা কৃষ্ণগী পাও হংঙি অমসুং কায়নথংদো যমুনা মপান লৈঙোইলম য়ৌরকএ। মফমসিদা মজাইবুঙো শান্নদুনা লৈরমগনি খনদুনা য়ৌরকপনি। অদুবু মফমসিদসু লৈরমদবদুদা মহাক থবাক ফুজৈ, কপশী, অমসুং ব্রান্থখি। জ্ঞান তারবা মতমদা মহাক অমুক্কা কপশী :

"মহাক কপশী, পীরাংনা খজাইদা চেম্বরকই, অমসুং লাওরকই যদুবংশগী মণি ঐগী ইচা অদুবু কন্দায়দা ফংগনি?" অমসুং অদুগী মতুংদা নীংবা কায়রদুনা উফুলমথক্তা থয়ো মায়ো ওনলি।

অসিগুম্বা নুংশিবগী মতৌ অসি স্বর্গগী দৃশ্যনি।" অসিগুম্বা কায়নবগী মওং শব্দোক্তা ফোঙদোকপদা মাধবদেবনা পরম্পরাদগী চৎনরকপা সাহিত্যদগী হায়নবা ফোংদোকপা ৱাহৈরোতাদা চন্নাংবা অতাওবা ৱাখলদগী হেন্না লূপ্তবা ভাবকী ঈচেল ফোংদোকপা ৱাহৈবাতানা মমল পীবা হেল্লি। শীংথানবা য়ানা য়ামদ্রবা ৱাহৈ খজিতকনা ঋষি অসিনা মমা মচা কায়নবগী অৱাবগী ঈশেশিংসিদা মশাগী আত্মাগা অমতা ওইনা পূনশিনখি। খোন নৌরবা অমসুং তাল চান্নবা ঈশৈগী খোইথুম্নবা সুর অদুনা অতাববু শুমহৎপতা নত্তনা মহাক্কী নুংশিজরবা ফজরবা মচাইবুঙো অদু মতম্বাক্তা হনজিল্লকলি অমসুং মমান নানবী খোৎপিরিঙেদা খোইরূপ লোল্লপ তৌবা ৱাহৈনা অতম্বা নুংশিরবা ৱাঙাং ঙাংলগনি হায়না আশা তৌবগী ৱাখলদু পোকহল্লি। অসুম তৌদুনা অসমীয়া বৈষ্ণব সাহিত্যদা অঙাং ওইরিঙেগী ফজবা অমসুং মমানা মচাবু নুংশিবগী ভাব অসি মচাক চেন্নবা শৈরেংদা ফোঙদোকপদা মীওই অমবু লাই ওইহনবগী থাকতা ফাওবা পুখৎপী। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা অঙাং অমবু লাইগী থাকতা পুখৎপগী মওং অসিগী মরমদা শীংথানবা য়াবা অমসুং নুঙাইবা ৱাহৈখরা ফোঙদোকপী। মহাক্না হায় থৱায় লুপ্তরবা অমসুং মক্তবা প্রেমতনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা পূজা ওইরিবনি। ঐখোয়না মীওইবাশিংবু হেক নুংশিবা মীথয়েংনো য়েংবো মতমদুদা ঐখোইনা ঈশ্বরবু খঙলবনি। অঙাং শিশকী মায়থোং উরগা মায়থোংদুনা মী পূম্নমকপু শুমহৎলি। মসি মায়থোং শিশক অদুদা করিগুম্বা অমা লৈবা তাই। করিগুম্বা অমা হায়রিবসি করিনো ঐখোয়না থীজিনবা তাই অমসুং অতোপপা মীংথোন পুথোকপা ঙমদবনা মসিবু “ফজবা” হায়না কৌবা য়াই। ফজবা অসিবু করিনো হায়দুনা থীজিনব হোংথনবদা মীওইশিংনা শুকপ্রবা চীংনুংগী অচীকপা মফম্দা চঙদুনা ৱাখল তৌই। ফজবা অসি থীবদা মুনি-ঋষিনা চাব-থকপা পোথাবা থাদোকলিবনি। অহৈগুম্বসুং মমা অদুনদি মতম্বাক্তা লৈরিবা তবা তবারবা মাইথোং অদুদা পুনসি-নুংশাংহনবা অমৃতগুম মপালেতনা ফজবা অদু উবা ফংজে। মরমসিনা ঈশেশিংসিদা যশোদাগী মচাইবুঙোগা অচম্বা মীওই অমগী মচাগা চপচানা অমতা ওইনা পূনশিনখি। স্বাইগী ওইবদু থোইদোকপা অমদা হনজিনখি। স্বর্গগী মপু অদু মী মরক্তা কুমথরকুনা থৌওইনা অঙাংশিং মরক্তা অঙাং অমা ওইখি। মসি তৌবিরিবসি সংসারগী মীওইশিংবু মনাক্তা নকশিনবগীনি।

মাধবদেবনা শঙ্করদেবদগী চহী কুন নিপান হেন্না পুন্সিখি। মতমসিদা অয়াম্বা মতমদা মহাক বরপেটাগী মরূ ওইবা ছত্রগা নক্লনা লৈবা গণখুচি অমসুং সুন্দরিদিয়া ছত্রদা পুল্লি লেনখি। মফমসিদা মাধবদেব নোংপোক কোচলৈবাক্কী নিংথৌ রঘুদেবগা য়ানদবা অমা থোকখি। মাধবদেবনা কোচ নিংথৌগী ইমুংগী ওইনা লাচ্চবা কামাখ্যাগী মরমদা ওন্না তৈননা প্রচার তৌই হায়দুনা মীথরনা নিংথৌদা হায়জিনখি। মরমসিনা রঘুদেবনা মহাক্কী কোনুং বিজয়নগরদা মহাকপু কৈঙমশংদা কাজিনদুনা থমখি। তোইগুম্বসুং মরাল শিরবা পূম্নমক অচুম্বা নত্তে হায়বা প্রমাণ ফংবদগী পুরোহিতপু ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা থাদোকখি। মাধবদেব মতুংদা হাজোদা (হৌজিক্কী হয়গ্রীব) মাধব-মন্দির মনাক্তা মতমথর লেনখি। তোইগুম্বসুং মফমসিদসু নিংথৌ অমসুং ব্রাহ্মণশিংগী য়েক্লবা থৌদোনা খোইদানা লেনবা ঙম্খিদে। মরম অদুনা মথংদা নিংথৌ নরনারায়ণগী কোনুং কোচবিহারদা খোঙশানবিখি। নিংথৌ লক্ষ্মীনারায়ণনা মতীকচাবা ইকায়-খুম্নবগা লোয়ননা ওকখি অমসুং মহাকপু অমসুং মহাক্কী সেবকশিংবু নিংথৌশিংগী কোনুং মনাক্তা লৈবা ভেলাদোয়ার কৌবা খুজংদা তঙ্তানা লৈনবা পীনবিখি। থরনী মতুংদা নিংথৌগী থৌজালদগী ভেলাদোয়ারদা ছত্র অমা লিংখৎখি অমসুং নিংথৌগী ইমুংগী মরূ ওইবা

মীওইশীং খর বৈষ্ণব ধর্ম্মদা দীক্ষা লৌদুনা বৈষ্ণবধর্ম্মগী লাইনিং লম্বেন্দা চংখি অমসুং মাধবদেবনা দীক্ষাসি পীবিখি হায়না ইদুনা লৈ। ছত্র অসিদা মাধবদেব ইংনা চহী অহুম লেনবিখি অমসুং মফমসিদা মহাক্কী অথোইবা অচৌবা "নামঘোষা" হায়বা লাইরিক অসিদা অরোইবা খুৎথা থাবিখি। মহাক ইং ১৫৯৬ দা ভেলাদোয়াবদা নোংগাখি।

মাগুজিন থাবা বৈষ্ণবগী লুচিংবা শ্রীশ্রীশঙ্করদেব অমসুং মাধবদেবনা লেংবিরম্বা অসমীয়াশিংগী বরগীত অমসুং অঙ্কীয়া নট শিংনা অসমীয়া লাইশোন শৈরেংশিংগী মরূ ওইবা ঈহৌ ওইখি অমসুং মথংগী শতাব্দী অনীগী মনুংদা মসিগী মশা-মরেং য়াম্না শন্দোকখি। শঙ্করদেবনা ঈশ্বরগী পূজা অমসুং আরতি মতমদা স্তোত্র ঈশৈ অমসুং শাস্ত্রদগি লৌখৎপা অতে লাইখুরুম ঈশৈ শকপা শোনবগী পরম্পরা অসি মরা তাহনখি। মখোয়শিবু "প্রসঙ্গ" হায়না খঙনৈ। মসি অয়ুক ঙনতাদগী সন্ধ্যাগী মতম ফাওবদা লাইগী সেবা তৌবা মতম মতমদা শকনৈ। শঙ্করদেবগী লৌশিং অমনা মহাক্কী ধর্ম্ম অসি য়েংবদা নুঙাইরবা মী ময়ামগী কুপ্মে গ্রামাদা নত্রগা অঙ্কীয়া নটতা উৎতুনা প্রচার তৌবা অসিনি। মহাক্না লৌশিং তৌদুনা ছত্রশিংগী মকোকশিং হায়বদি ছত্রাধিকারশিংনা পুরীত থাকতা কান্নিইঙেদা ঈশৈ অমসুং অঙ্কীয়া নট লেংগদবনি হায়বসি চংনবী পথাপ অমা ওইহনখি। থৌরমসিং অসিনা অসমীয়া-সাহিত্য চাওখৎপগী মতেং ওইবতা নত্তনা আসামদা লাইরিক লাইগু তম্বগী লম্বীদা য়াম্না শাংনো চঙসিনখি। অঙনবা মতমগী ছত্রাধিকারশিং মরক্তা গীতঈশৈ অমসুং নট ইখিবা ছত্রাধিকারদি গোপাল অত্তা হায়বশিনি (১৫৪৭-১৬১১)। মাধবদেবনা মহাকপু ধর্ম্মাচার্য্য তরানিথোয়গী মরক্তা অমা ওইনা হাপ্পিখি। মহাক্না শঙ্করদেবগী মীংদা কালাঝার ছত্র অমসুং কালাসংহতি সংস্থা লিংখৎপীখি। অহাতগুরী ছত্র লিংখৎপীরম্বা শ্রীরাম অত্তা অমসুং মহাক্কী মচানিপা রামানন্দ দ্বিজ অনিমক আহোম নিংথৌ চক্রধ্বজগী (১৬৬৯) মতমদা লৈরম্বনি। মহাক্না মমাঙঙৈগী পথাপ মতুং ইন্না স্তোত্র ময়াম লেংবিরম্মী অমসুং মসিগী ৰাহে-ৰাতাদ শঙ্করদেবগী ৰাখল অমসুং চিন্তাগী মঙাল উবা ফংঙি। জয়দেবগী গীতগোবিন্দগী খোম্বাংসু শৈরেংশিংসিদা ফাওই। লাইশোন ঈশৈ (স্তোত্র) খরদা কৃষ্ণ অমসুং রাধাগী মরক্তা লৈরম্বা প্রেমগী মরী ফোঙদোকই। মসি মমাঙঙৈগী অসমীয়া বৈষ্ণব শৈরেংদা উবা ফংখিদে।

বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ঈরাং নৌহৌনবা আন্দোলনগী মতাংদা য়েংগদবা মওং অমদি মসিনা প্রজা পূন্নমক নুপাতা নত্তনা নুপীশিংগী মরক্তসু লাইরিক লাইগু তম্বদা থৱায় য়াওশিন্নকপবু শৌগৎপীখি। শঙ্করদেবগী মঙনিপাগী তালোয় কনকলতানা (লক্ষ্মীআই) ঈশ্বরগী খুয়াদা থৱায় কথোকচবা ফোঙদোকতুনা লাইশোন ইশৈ স্তোত্র ময়াম লেংখি। আসাম লৈবাক্তা মহাক্না ইহান হানবা শৈরেং ইবী অমা ওইবদা নত্তনা নুপীশিংগী মরক্তা ইহান হানবা ওইনা মহাকপু ছত্রগী মকোক ওইবা ফমদা হাপ্পিখি।
ভাগবতকী মথংদা মহাভারতনসু অসমীয়াশিংগী বৈষ্ণব কবিশিংদা অঙকপা ঈহৌ পীখি কন্নিনা হায়ববু কাব্যশিবু বৈষ্ণবধর্ম্ম গ্রন্থনি হায়না লৌনরম্মী। বৈষ্ণব কবিশিংসিনা মখোয়গী ধর্ম্ম-নীতিপরেং শন্দোকপগী মরমদা মসিবু খুৎলাই ওইনা শিজিন্নে। কবি অয়াম্বনা মহাভারতকী তাঙ্কক খরা অনুবাদ তৌবা নত্রগা ৰারী খরা বিষ্ণু অমসুং কৃষ্ণদা ভক্তি শ্রদ্ধা উৎপগিদমক লৌখৎতুনা ফোঙদোকই। অসিদসু নত্তনা সন্তশিংগী পুনসিগী মরমদা ইবশিং নৈনবা অমসুং বৈষ্ণবশিংনা পামজবা, থাদোকপগী ৰাখল, চন্না লেনবা পুনসি, থৱাই পানবা পুন্নমকপু নুংশিবা,

দানধর্ম্ম তৌবা, পুকচেল শেংবা অচুম্বা চৎপা, তির্থ কোয়বা অসিনচিংবা মরম অতে কয়াগীসু মহাভারতগী লৌখত্তুনা শিজিন্নরম্মী। মহাভারতকী চর্চ্চা তৌবা অসমীয়া কবিশিংগী মরক্তা কবি রামসরস্বতী হায়বসিনা খ্বায়দগী অথোইবনি। রামসরস্বতী হায়বসি মীয়াম্না য়াম্না য়াবা অমসুং য়াম্না ইরম্বা কবি অমনি। মহাক্কা নিংথৌ নরনারায়ণগী হাক্তক্তা কবি পুন্নমকপু লীচিং অমতগী মখাদা নিংথৌসিগী মতেংদগী পুরকপা ঙমখি অমসুং মতম অসিবু শীংথাবা য়াবা মতম ওইহনখি। নিংথৌ নরনারায়ণনা রামসরস্বতীবু মহাভারত অসমীয়া লোনদা অনুবাদ তৌনবা য়াথং পীবিখি। রামসরস্বতীনা মমিং হোংদোক হোংদোক্তুনা মহাভারতকী শরুক অয়াম্বা অসমীয়া লোনদা হন্দোকপীখি। হোংদোকখিবা মীংশিংদি অনিরুদ্ধ, কবিচন্দ্র, ভারতভূষণ অমসুং শ্রীনাথ বর্ম্মননি। কবি মশামক্তগী খণ্ডবা ঙন্মী মদুদি মহাক্কা শৈরেং লিশিং কুনথ্রা লেংবিখি। অতোপপা কবি অতৈনা লেংখিবদি লিশিং অহুমতনি। মহাক্কা আদিপর্ব্ববু পদ ১৯৯৩ দা হন্দোকখি অমসুং সভাপর্ব্ববু পদ ১০৭৩ দা মচানিপা গোপীনাথ পাঠকপু পাংহল্লগা লোইশিনখি। বনপর্ব্বগা মসিগা লোয়ননা উপ-পর্ব্ব পুন্নমক্কী অনুবাদ অসি রামসরস্বতী মতোমতনা তৌবনি। অসমীয়া হন্দোকপা বনপর্ব্বদা তাঙ্কক মশীং ফনা য়াম্মী। মথোয়দুদি আদি বর্নপর্ব্ব (৮৩৩ পদ) পুষ্পহরণ বনপর্ব্ব (৫৮৪ পদ), মনিচন্দ্র ঘোষা পর্ব্ব (১০৮৫ পদ), বিজয়া পর্ব্ব (২২২২ পদ), শেষ-বনপর্ব্ব (৭১৮ পদ) অমসুং সিন্ধুযাত্রা পর্ব্ব (১৮৪২ পদ)। বনপর্ব্ব অসমীয়া লোনদা হন্দোকপসিদা অতে শরুকসু য়াওখি মদুদি কুলচল বধ (১৮৪৭ পদ), বকাসুর বধ (৪১২৫ পদ), খটাসুর বধ (১৮২ পদ), কুর্ম্মাবলী বধ (৩৬৬ পদ), অশ্বকর্ণ বধ (৬১১ পদ), জঙ্ঘাসুর বধ (৩০৪ পদ) অমসুং ভোজাকাটা বধ। তাঙ্কক খুদিংমক বধকাব্য হায়না মীংথোল্লি। তাঙ্কশিংসি অঙকপা ফংনা শাংঙি অমসুং রাখল অমসুং ইথোকপদা মরম্নাই নীংতম্না ইবনি। বধকাব্যশিংসিদা মরূ ওইনা য়াওবদি মী পুন্নমক্তগী হেন্দোক থোইদোক্লবা পাণ্ডবশিংগী অঙকপা থৌদাং, লোয়ননা ফুঙ্গাৱারী, হিংচাবা, লাইয়াম, অমসুং থায়নগী মুনি ঋষি অমসুং নিংথৌরেনগী ৱারীনচিংবনি। বধকাব্যশিনা ধর্ম্মগী মরমদা পাওতাক পীবা অমসুং অঙকপা ৱারী শন্দোকপতা নত্তনা অচম্বা প্রজা পুম্বা লাইরিক লাইশু তম্বগী মরমদা লমচৎ ফজবা, অচুম্বা ঙাওবা অমসুং ধর্ম্ম-নীতি মরমদা য়াম্না নীংথিনা তাকপী তিকপীখি। মশানা তাবা ওইনা কাব্যশিংশিদা উৎপা সমস্যাশিংদি অরানবগা অচুম্বগা মায়য়োক্লবা, লমচৎ চুম্না চৎচবা মীবু ফত্তবা লমচৎকী মীশিংনা ওৎনৈবিবা মতুংদা লমচৎ ফত্তবগী মায়োক্তা অচুম্বগী জয় ওইবা অসিনি। তাঙ্কশিংশিগী মচাকশিং মরম অদুনা অহানবাগা অমসুং মরু ওইবা কাব্যগা য়াম্না মান্নদে খৈন্নে।

অসিগী মথক্তা রামসরস্বতীনা উদ্যোগ অমসুং কর্ণপর্ব্ব অসমীয়া লোনদা হন্দোকপীখি। অদুগা ভীষ্ম পর্ব্বদি মহাক্কী মতমগী কবি বিদ্যাপঞ্চাননগা লোয়নদুনা অনুবাদ তৌবিখি। দ্রোণ পর্ব্ব হন্দোকপদি মচানিপা গোপীনাথ অমসুং দামোদরগা লোয়ননা পুন্না তৌমিনবনি। বিরাট পর্ব্বসি কাংশারী কায়স্থনা ১৩২১ পদদা অনুবাদ লোইশিনবিখি। মহাক্কী অনুবাদ অসি মরু ওইবা কাব্যগী মচাক্কা চপ্ মান্নে। কাংশারী হায়বসি সংস্কৃতকী অফাওবা পণ্ডিত অমনি। রামসরস্বতীনা মহাকপু কবি অমসুং ঋষিনি হায়না শীংথানবিখি। পর্ব্ব অসিগী তাঙ্কক খরদি শ্রীমন্ত গাভারু খানগী মিংদা উৎলি। মহাক্কা অকলবা, অইনকনবগা লোয়ননা শৈরেংশিংসি লেংবিখি। লেমহৌরিবা অৱাংপা পর্ব্বশিংবু অনুবাদ তৌখিবা অতে কবিশিংদি দামোদর দাস (শল্য পর্ব্ব), জয় নারায়ণ (স্তুতি পর্ব্ব), লক্ষ্মীনাথ দ্বিজ (শান্তি পর্ব্ব), গঙ্গাদাস, সুবুধিরায় অমসুং ভবানীদাস। অরোইবা অচুমসিনা পুন্না অশ্বমেধ পর্ব্ব হন্দোকপীখি ।

মতাংসিদা অসিমদি হায়ফম থোকই মদুদি অসমীয়া লোনদা হন্দোকপা মহাভারত অসি বাহে বাত্তা চপ্ চানা কাব্য মরুদগী হন্দোকপা মহাভারত নত্তে। মরু মহাভারতকী শরুক খর থাদোক্তুনা অনৌবা খরা হাপচিনদুনা অমসুং শরুক খর পিকশিলহন্দুনা ওন্থোক ওনশিন খর তৌদুনা অমসুং অতৈ খর লৌসিন্দুনা ইবা অসমীয়াশিংগী ওইনতা শেম্দোকপা অনৌবা মহাভারত কাব্য অমনি। বারী অসিবু য়াম্না ফজহনবা, খোইথুম্নহনবা, অপাননা হায়বদা অমসুং পুক্নিংদা থুকলাওবা পোকহন্নবা হেন্দোক থোইদোক্লা অসমীয়া খুন্নাশিংগী মরক্তা ময়াম্না পাম্নবা অসমীয়া কবিশিংনা তৌবগে হায়বা বাখলগা লোয়ননা খিজিন্নবদা বাবা অমসুং খঙবদা বাবা শরুকশিং, আইনগী, লমচৎকী আধ্যাত্মগী বাকয়া থাদোক্তুনা লেংবিখি। অদুগী মথক্তা অসমীয়া লোনগী সংস্করণ অসি অসমীয়া বৈষ্ণব কবিশিংনা অনুবাদ তৌবনিনা অসমীয়াশিংগী মরক্তা বৈষ্ণব শাস্ত্র অমা ওইনা ধর্মমত শন্দোক্লবা ওইনা তৌই। অসিনা মরম ওইদুনা তাক্কক অয়াম্বা লোইশিনবদা পরমপরাগি বারী অমসুং বৈষ্ণবকী পাও তাকনা লোইশিল্লী। মরু ওইবা থৌদোক কথাদা শৈরেংশিংগী মরক্তা অতৈ অতোপপা স্তোত্রনচিংবা ভক্তিশ্রদ্ধাবু থাগৎপা শৈরেং মচা কয়া হাপচিল্লী।

অসিগী মথক্তা অসমীয়া লোন্দা হন্দোকপা লাইরিকসিদা মরু ওইবা লাইরিকতা য়াওদবা মরক মেন্নবা বারী কয়া হাপচিল্লী। হিরম অসিদা বনপর্ব্ব অসি চপচানা উগনি। মতাং মতাংদা মরু ওইবা থৌদোক্কী মথক্তা ভাবোক নুংঙাইনবা মচাক কয়া হেনজিন্না হাপচিল্লী। খুদম ওইনা পাণ্ডুনা শিবগী মতাং পনবা যাই। মরু ওইবা লাইরিকতা অসুন্না হায়রি বসন্ত ঋতুগী নোংমৈগী নুমিৎতা ফজরবী মাদ্রীগা লোয়নদুনা পাণ্ডু নিংথৌনা চীংনুং মনুংদা কোয়চৎ চৎলম্মী নিংথৌ অসি ইখঙখঙহৌদনা মতমসিদা কামগী ঈহৌদা উংদুনা মাদ্রীবু কোন্শিল্লে অমসুং মহাক্লা নীংবা থুংনবা তৌবসিদা মথবায় থাখি। অসমীয়া লোনগী লাইরিক অদুগী মতুং ইন্না খঙবা ঙম্বদি অসিনি-পাণ্ডু মহারাজনা মুনি ঋষিশিংগা লোয়ননা শাস্ত্র আলোচনা তৌদুনা লৈরম্মী মতাংসিদা নুমিৎতি তাগদৌরে। পাণ্ডুনিংথৌনা শাস্ত্র নৈনবদু থাদোক্তুনা য়াচংবগী লাইখুরুম্বগীদমক হৌগৎলকপগী খুদম করিমতা উদ্রে। মসিদা কুন্তী য়াম্না লাংতক্লরে করিনা য়াচংবগী লাইখুরুমহৌদ্রবদি পাণ্ডু নুমিদাংচরা হেনবা তাই। মরমসিনা কুন্তীনা মাদ্রি কৌদুনা সুমাংদো লেপ্তুনা নুমিৎ তারমদায়গী নুমিৎ অদু মায়োক্লদুনা লৈনবা হায়রে। অসুম তৌবদা মাদ্রিগী ফজবা শক্তম উবদা নুমিৎ তারোয় লেপ্তুনা লৈগনি। মাদ্রিনা কুন্তীগী পাওতাক মতুং ইনখি। শাস্ত্র-নৈনবা লোইরবদা পাণ্ডু মহারাজ শঙ্গাইদা হনজিল্লকই অমসুং নুমিদাংগী পুংজা য়াম্না চঙশিল্লকপা ফাওবদা নুমিৎ তাদনা লৈরম্বদা পুমঙক ঙকই। হংবদা কুন্তীনা খুম্মি-মাদ্রীগী ফজরবা শক্তম উবদা নুমিৎ তাবা ঙমখিদে অমসুং অতিয়াদা লেপ্তুনা মাদ্রীগী শক্তম্দা শুমহত্তুনা লৈখি। অদুদগী মাদ্রীবু উনিংবগী রাখলদা পাণ্ডু মহারাজ কুন্তীনা হায়জবা বা অতৈ তানিংখিদে, অদুনা কুন্তীনা থুনা মাদ্রীবু মহারাজগি নাকতা য়ৌরকনবা শীনখি। মখোয় অনীগী মিলন ওইবদা পাণ্ডু মহারাজ মথবায় থাখি।

আসামগিতা ওইবা ইতিহাস অমসুং তৃথোঙগী বারী য়াম্না য়াওবগী খুদম কয়াসু ফংঙি। খুদম ওইনা হায়রবদা অসমীয়া মহাভারত্তা আদিপর্ব্বদা, দৌপদী স্বয়ম্বরদা অমসুং দ্রোণপর্ব্বদা, ভগদত্ত নিংথৌগী শক্তম উবা ফংঙি অমসুং কুরুক্ষেত্র লানদা মথবায় থাবগী বারীসু শন্দোক্লা ফোংঙি। অসমীয়া লোনগি সংস্করণদা অসমীয়াশিংগী পুন্সিমরোল অমসুং কৃষ্টিদা, অসমীয়াশিংগী মচাকশিংনা হেন্না য়াওগনি হায়বসি মশানা তাবনি। লমসিংগী লনাইগী মচুনা কয়ামুক য়াম্না

য়াওবা মদুগী লোইনা পনবা ঙমলোই। লনাইগী ওইনা হায়রবদা — মহৌশা লাইরেম্বীগি শক্তম তরু তরু উৎপদা লমদমগী লৈ-শু অমসুং চীংমানগী শা-বলগি মরমদা, লুহোং খংলোংবগী মতাংদা, ফিজেৎ-চাক-চাদা, লীককোন শিজিন্নবদা অমসুং হরাও-কুমৈদা, ইশৈ শকপগী যন্ত্রদা, ফজনা তশেংনা ইতোপ তোপ্না কয়া য়াওরি। মফমসিগী আচার বেভারসু শন্দোক্না উৎলি। আসামগী খুঙ্গংদা চৎনবা প্রমাণ-পঙ্ছে, ইমুং মনুংদা ঙাংনবা ৱারী ৱাতা কয়ামরুম শিজিন্নবদগী অসমীয়াশিংগী মশাগী হায়বদু মুন্না খঙবা ঙম্মী। অসমীয়া লোনগী সংস্করণদা থায়না চৎনরম্বা অসমীয়া লোনগী অঙকপা শক্তম কয়াসু উবা ফংই। অসমীয়া কবিশিংনা মখল মখলগী অসমীয়া লোন মতমদুদা অঙকপা ফংনা শিজন্নরম্মী। অরিবা লোনশিংদু হৃজিক্তি চৎনদ্রে নত্রগা লৈত্রে।

অসমীয়া লোনদা মহাভারত অনুবাদ তৌবসিনা অসমীয়া লোন অমসুং সাহিত্য চাউখৎপগী অমসুং পান্নবগী লমদা অঙকপা ঈহৌ পীখি। মসিনা অসমীয়া লোনদা ফজবা মচাকনা থান্নবা ৱারীশিং, উপন্যাস, উপমা অমসুং পৌরাণিক ৱারীনচিংবো পুথোকপদা অঙকপা ফংনা মতেং পীখি। হৃজিক ফাওবা মতমসিগী অসমীয়া অইবশিংনা মসিগী লোইবা নাইদ্রবা জ্ঞানভাণ্ডারদগী লৌথোকলি অমসুং নুঙাইবগি ঈহৌ ফংজে। খুঙ্গংগী মীশিংদদি লাইরিক অসি য়াম্না পামজবা কাব্য ওইবতা নত্তনা তুংদা থোক্লক্কদবা থৌদোকশিংগী মরমদা ভবিষ্যৎ বানী য়াওবা কাব্যনি হায়না লৌনে। অনুবাদগী মতাং পূন্নমকতা কবিশিংনা ভারতবর্ষগী লাইনিং লম্বেনগী মরমদা অচুম্বা ৱাখল পুজবা, অচুম্বা ঙাঙবা, ঙাকপীহৈবা, খাঙবা কনবা, পুক্নিং শেংবা, হৃকচাং অমসুং ৱাঙাংদা অমোংপা লৈহন্দবা অমসুং নিপা অমা ওইবগী মগুণ চেনবগী মরমদা হন্না হন্না ফজবা মওংদা ফোঙদোকই। শল্য পর্ব্বদা অসুম্না হায়রি শাস্ত্রসিনা ধর্ম্মগী মরমদা পীবা পাওতাকী মরমদা দরকার লৈরম্ব পরীং অমসুং লনথুম মতীকচানা লৈহল্লি অমসুং পুন্সিগী নুঙায়বা অমসুং মুক্তিগী মরমদা নীংবা থুংহল্লি।

জয়দেবগী গীতগোবিন্দ অসমীয়া লোনদা অনুবাদ কবি রামসরস্বতীনা তৌখি। মসিসু ৱাহে ৱাতাগীতা ওইনা মাননা হন্দোকপা নত্তে। অসমীয়া কবি অসিনা ভাগবতপূরাণগি ৱারী মরক মরক্তা হাপ্‌চিল্লী অমসুং সংস্কৃতগী লাইরিকশিংদগী মরূ ওইবা পাওতাক খরা হাপচিন্দুনা মনম নুংশিবা, শাংলবা লৈশুম্বনা লৈতেংদুনা লাইরিক মরুগী শৈরেং খরবু অমুক হেন্না ফজহল্লি। অসিগী মথক্তা অসমীয়া লোনদা হন্দোকপা লাইরিক অসি অসমীয়া বৈষ্ণবধর্ম্মদা য়ুমফম ওইনা তৌবনা নুংশি নুংওনগী ৱারী মরু লাইরিকতাগি ময়েং য়াম্না তাই। অসমীয়া পূন্নমক্না য়াম্না পামজবা কাব্য অমনা রামসরস্বতীগী ভীমচরিত হায়বসিনি। আদিপর্ব্ব হায়বা মহাভারতকি তাক্লক অসিদগি লৌখৎপা ভীমগী নহাওইরিঙৈগী পুন্সিগী মরমদা ৱাবী মতেক অমা অসিদা য়াওরি। অসমীয়া সাহিত্যদা অসুক ফজনা ময়াম্না পান্নবা ভীমগী শক্তম উৎপগি শরুকসি অতে অধ্যায়দা উবা ফংদে। খ্বায়দগী কা হেন্না চাওবা শক্তম হারকিউলিসগা মান্নবা লৈবা পাঙ্গল, মহৌশাদগী হৈনবা গদা হাইদুনা উৎপা শক্তি, অমসুং কা-হেন্না চাগন-থক্কনবগী শক্তমদু উৎলি। লাইরিক অসিদা মহাদেবনা ভীমবু মহাক্কী কাও শেন্নবা মনাই ওইনা থম্মী। মহাদেবগী পুন্সিবু ফাগিগী শক্তম ওইনা উৎলি। মহাদেববু সংসারগী জ্ঞানদি কয়া লৈজদবা কন্নবা লৌমী অমা ওইনা উৎলি। মহাক্কী তালোয় পার্ব্বতীগা অমসুং পীক্লিবা মচা অনীগা লোয়ননা মহাদেব য়াম্না লাইরনা মতম লেপ্লি। কিন্তমসি লৈতেংদুনা ফজনা উৎপনা লাইরিক অসি ময়াম্না য়াম্না পান্নে। লাইরিক অসিবু য়াম্না পান্নবগী মরম অমদি লাইরিক অসিদা খুঙ্গাশিংগী পুন্সিমরেল অমসুং

ইমুংমনুংগী নুঙাইনা মতম লেনবগী শক্তম উৎপদুদনি।

রামসরস্বতীগী মচানিপা কলাপচন্দ্র হায়বসিসু মীংচৎ লৈরবা কবি অমনি। মহাক্না ভাবগত পুরাণগী মরীশুবা অধ্যায় অসমীয়া লোনদা হন্দোকপীখি। অদুম ওইরবসু মহাক্কী রাধাচরিত হায়বা লাইরিক অসিনা খ্বায়দগী হেন্না শীংথানবা য়াবা লাইরিকনি। লাইরিক অসিনা ফাওবসি মহাক্কী লোনগীদমক নত্তে, ৱাহৈ ৱাতা মইগী নত্তে, হীরমদুগীনি। অসমীয়া বৈষ্ণব কবিশিংগী লাইরিকতা রাধা-কৃষ্ণগি লোন্না নুংশিনবগী ৱারী-লীলা য়াওদে। কলাপচন্দ্রগী রাধাচরিত হায়বা লাইরিকসিদা রাধাকৃষ্ণনা লোন্না নুংশিনবদু ময়াম্না লান্না খন্নবা ৱাখল য়াওদে, চুম্না ঈশ্বরদা ভক্তি-প্রেম উৎচবগী মওং উৎলি। কবিনা রাধাগী ভক্তিশ্রদ্ধা অমসুং পুক্লিং শেংনা কৃষ্ণদা ৱাখল, হকচাং, মথৎবাই কৎথোকপগী মরমদা শন্দোক্না ফোঙদোকই। রাধানা কৃষ্ণগিদমক মতমকুইনা ৱাজবা অমসুং অমকপা লৈতনা খৌরাংজবা ভাব অসি অঙকপা মওংদা কবিনা ফোংদোকই। শন্না হায়রবদা রাধাগী ভক্তিশ্রদ্ধা উৎচবগী মওংসি করিমতা ওইজবা থিদনা মশাবু কৎথোকচবগী খুদম অমনি।

লাইরিক অসিগি ৱারীদা অসুম্না হায়রি ঃ— রুক্মিনীনা মহাক্কী শ্রদ্ধা ভক্তিদা পোংজদুনা কৃষ্ণদা হংখি মহাক্কী (কৃষ্ণগী) ভক্তশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী অথোইবা কনানো হায়দুনা। শ্রীকৃষ্ণনা ভক্ত কয়ামুক্কী মমিং হায়খি অদুবু মখোয় পুম্বা বৃন্দাবনগী গোপীশিংগা চাঙদম্নবা য়াদে হায়খি। অদুগা মখোয়সিগী মরক্তসু রাধানা চাংদমনিংঙায় লৈতবা ভক্তনি হায়বিখি। মসি তাবদা রুক্মিনীগি পুক্লিংদা রাধাগী মথক্তা কল্লকপগী ৱাখল পোকখি। অসিনা মরম ওইদুনা রুক্মিনীনা রাধাবু অমুক্তং উজগে হায়দুনা হায়জৈ অমসুং উদ্ধবপু রাধা লৌরুনবা থাখি। রাধান কৃষ্ণ-নাম-তত্তনা শোন্দুনা মতম সেনবগী ফিভমদা উদ্ধবনা থেংনরুই অমসুং অদুম তৌবদা মায়াগী সংসার অসিগী ৱাখল অতৈ পুমকাও কাওজৈ। উদ্ধবনা মহাক লাকপগী হীরম অমসুং কৃষ্ণনা মহাকপু শেম শাদুনা ফজবা শক্তম লৌদুনা মহাক্কী মনাক্তা লাকনবগি হায়রকপা ৱাৱোল পুন্নমক তম্মি। রাধানা মসি তাবদা মহাক্কী মশাবু অঙকপা ফংনা ফজবা শক্তমদা ওহ্নোকখি। রাধাগী ফজরবা শক্তমদুগা চাংদম্নরুবদা রুক্মিনী অমসুং কৃষ্ণগী অতৈ নুপীশিং করিসু লৈতবাগুম ইমক মকশিনখি।

নুমিৎ থোরকপদা থাও-মৈ অমসুং থাজগী মঙাল লৈরক্তবগুম শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী পুন্নমক মমশিনখি রাধাগী থৱোনা অহিংদা শাংপগুম হায়ঙমদনা ফজবদু উবদা। অসিগী মতুংদা রুক্মিনী অমসুং অতৈনা রাধাদা মনামথুম কয়া কচ্চখি। অদুবু রাধানা মদু ময়ামদু পামজখিদে অমসুং লৌখিদে। পুক্নিচুপপা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াদা ভক্তিশ্রদ্ধা উৎচবতনা মহাক্কী অপাম্বনি হায়জখি। রামসরস্বতীগী মতমগী মীওইশিংগী মরক্তা অমগী মমিং পন্দনা তোক্লবদি অরানবা ওইগনি।

মহাক্কী মিংদি কাংসারী কায়স্থ কৌই। মহাক্কী মতমদা মহাক অসি মিংচৎ লৈরবা ঋষি অমনি হায়না ফাওই। কাংসারী কায়স্থনা তৌবা মহাভারতকী অনুবাদ অসি মরু মহাভারতকা ৱাহৈ-ৱাতাদা অর্থদা কয়া খেন্নদে অমসুং কবি অতৈগি অনুবাদতগী য়াম্না হেল্লি;

মতম অদুগী সাহিত্য লৈকোন্দা ফাউরম্বা কবি অমদি অনন্ত কন্দালী হায়বসিনি। মহাক অসি কামরূপ জিলাগী হাজো হায়বা লমদুগী ব্রাহ্মণ মচানি। মহাক্কী অশেংবে মিংদি হরিচরণ কৌই। অনন্ত কন্দালী পণ্ডিত অমা ওইবগী মিংনি। মহাকপু মিংথোন অসিদা খ্বায়না খঙনৈ। মহাকসি শঙ্করদেবগী মতমগীনি অমসুং শঙ্করদেববু গুরুনি হায়না নিংথৌ নরনারায়ণগী কোনুংদা

ফোঙদোকচৈ অমসুং বৈষ্ণব ধৰ্ম্মদা দীক্ষা লৌখি। মহাকপু নুংশিবীবগী খুদম ওইনা শঙ্করদেবনা ভাগবত পুরাণগী তরা শুবা স্কন্ধগী লোইশিনদবা তশ্বাই অদুগী অনুবাদ লোইশিন্নবা পাওতাক পীবিখি।

কবিতাগী মরমদা অনন্ত কান্দালীগী অতৈ লাইবিকতি মহিরাবণ বধ, হরিহর যুদ্ধ, বৃত্তাসুর বধ, ভারতসাবিত্রী, জীবস্তুতি অমসুং কুমারহরণ কাব্যনি। শঙ্করদেবগী রুক্মিনীহরণ কাব্যবু পান্নবগুম্না কুমারহরণ কাব্যবু ময়াম্না পান্নে। কুমারহরণ হায়বসিদা কবি অসিনা উষা অমসুং অনিরুদ্ধ অনিনা নুংশিনবগী নুঙাইবা মওংদু ফজবা বাহৈদা শন্দোক্লা ফোঙদোকই। বারীসিগা পান্দম্নবা য়াবা বারী অমদি নুংশিনবগী মরমদা থরায় শোক্লা নুঙাইতবা ওরফিউজ অমসুং ইউরিডাইস নত্রগা লেন্দলোট অমসুং গিনিভারগি শৈবেংশিংনি। মহাক্লা ভাগবত পুরাণগী মরীশুবা, মঙাশুবা, তরুকশুবা অমসুং মাপন শুবা তাঙ্কক ফজখ্রবা শৈরেংদা অনুবাদ তৌবিখি। মতমসিগী অফাওবা কবি অমদি সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য হায়বসিনি। মহাক্লা হায়বিরম্মি মহাক অসি প্রাগজ্যোতিষপুরদা লৈরম্মী। মফমসিদা শাক্তধর্ম্মবু য়াম্না পাম্না ইনজরম্মী। মহাক শঙ্করদেবগা লোয়ননা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমসুং শাক্তধর্ম্ম অনীসিগী খেন্নবা, মতীক মগুণগী মরমদা যাম্না শাংনা নৈনখি। নৈনবসিদা মায়থিদুনা মহাক কাশীদা চৎখি অমসুং মফমসিদা পণ্ডিত বিশ্বেশ্বর চক্রবর্তীগী মখাদা লৈদুনা হিন্দুশাস্ত্র মমুৎ তানা তমজখি। চহীমঙা চুপ্পা মফমসিদা মুম্না নৈনবগী মতুংদা মহাক্লা হিন্দুশাস্ত্রগী মরমদা মপূং ফানা জ্ঞান ফংলে হায়না হায়জৈ। কাশীদা পদ্মপুবাণগী শরুক অম মানা উখি। মতুংদা মহাক্লা মসিবু স্বর্গখণ্ডরহসা মিংথোনদুনা অসমীয়া লোনদা হন্দোকখি। কাশীদা মহাক হরিবু লাৎচবা ওইখি অমসুং মহাক্লা হল্লকলগা শঙ্কবদেবগী খুয়াদা খুবুমজদুনা মহাক্কী সেবক অমা ওইজখি। মতুংদা মহাক্কী গুরু শঙ্কবদেবগী পুন্সি-বারী ইখি। মহাক্লা ভাগবতপুরাণ অমসুং ভবিষ্যৎ পুরাণগী শরুক খরসু অসমীয়া লোনদা অনুবাদ তৌখি। সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী তালোয অদুসু শকনাইবী, য়াম্না লাইরিক হৈবীনি। মতমদুগী যাম্না ফাওরবা বাঙ্গালী জ্ঞানী রঘুনন্দন ভট্টাচার্য্যগা বেদ অমসুং স্মৃতিগী মরমদা নৈনবদা তালোয অসিগী মফমদা মাইথিবা ফংখি। অদুগী দমক নিংথৌ নরনারায়ণগী কোনুংদা মহাকপু যাম্না থাগৎপীখি।

শঙ্করদেবগী মতমগী ওইবা শ্রীধব কন্দালী হায়বসিগী মিং মতাংসিদা পনবা য়াই। মহাক অসি শঙ্করদেবগী য়াম্না চাঙ্গবা শিষ্যনি। শঙ্করদেবগী ফাওববা কীর্ত্তনঘোষা হায়বা লাইরিক অসিগী ঘুনচা যাত্রা হায়বা তাঙ্কক মহাকপু শঙ্করদেবনা ইহল্লি। মহাকপু ফাওহনবগী মরু ওইবা লাইরিক্তি "কানখোবা" হায়বা অপিকপা শৈরেংগী লাইরিক অসিনি। মসিদা থায়নদগী তানরক্লবা কৃষ্ণগী মরমদা নোক্লীংবা অঙাংগী ফাগি বারী কয়ামুক য়াওই। অঙাং ওইরিঙৈদা কৃষ্ণনা নোংমদি কপ্পি। কপপা তোক্নবা মমা যশোদাদেবীনা "কানখোবা" হায়বা হিংচাবা অসি লাক্কনি হায়দুনা কিহল্লি। কৃষ্ণ খুদক্তা কিরদুনা মমা যশোদাগী তম্বাক্তা চেনশিন্নী অমসুং কানখোবা হিংচাবা হায়বসি করম তৌবা মওংগী হিংচাবনো হায়দুনা হংঙি। কন্নিনা হায়ববু মহাক্কী মমাঙৈগী অবতাবশিংদা অসিগুম্বা হিংচাবা থেনখি হায়বসি নীংশিংদে। মসি তাবদা যশোদা চঙকনৈ অমসুং মহাক্লা মসিগী মরমদা চীন থীপ্বিনি হায়বদু স্বীকার তৌখি।

ঙসি ফাওবা আসাম লৈবাক্তা "কানখোবা" লাকএ হাযদুনা কপ্পিবা অঙাংশিংবু থেমদুনা কপ্পা তোক্হল্লি। কলপনাগি হিংচাবা অসিনা কপ্পা অঙাংশিংগী মনা চিকথৎলি হায়না কপলিবা অঙাংশিংদা খঙহনলি। বারী অসি আসামগী য়ুম খুদিংদা য়াচংবা মতমদা অঙাং থেম্বদা শিজিন্নৈ।

বৈষ্ণবধর্মপ্রচারগী আন্দোলন অসি আসাম লৈবাক্তা অসমীয়াশিংতনা তৌবা আন্দোলন নত্তে মসি ভারত পুম্বদা তৌবা আন্দোলনগী শরুক অমনি। মরমসিনা বৈষ্ণব পুম্বগী ওইবা ধর্ম শাস্ত্র অদু অদুম চংলি, অসমীয়া ওইবা ইতোপ তোপপা ধর্মশাস্ত্র অমা শেমগংলম্বা লৈতে। অদুগী মথক্তা অসমীয়া বৈষ্ণবশিংগী মত মতুং ইন্না ভক্তি অমসুং মশাবু ঈশ্বরদা কথোকচবসিনা মরুনি। মরমসিনা মখোয়গী ইতোপ তোপপা ধর্মমত অমা শেমগংপগী খুদোংচাবা লৈখিদে অমসুং লনাইগী ধর্মমত ফোঙদোকপা লাইরিকসু য়াম্না লৈতে। অশম্বা ৱারোলনা বৈষ্ণব ধর্মমত ফোংদোকপা অমসুং শাস্ত্রব্যাখ্যা তৌবা লাইরিক থরগী মনুংদা শঙ্করদেবগী "ভক্তি রত্নাকর" অমসুং ভক্তি প্রদীপ হায়বা লাইরিকশিংগী মরমদা মথক্তা পনগে। ভক্তি রত্নাবলী নত্তনা মাধবদেবগী নামঘোষা হায়বা লাইরিকসিসু বৈষ্ণব ধর্মগী মরমদা প্রমাণ পীবা ঙম্বা মরু ওইবা লাইরিক অমনি। সংস্কৃতদা ভট্টদেবগী ভক্তিবিবেক, রামচরণ ঠাকুরগী ভক্তিরত্ন নরোত্তম ঠাকুরগী ভক্তি প্রেমাবলী অমসুং গোপাল মিশ্রগী ঘোষা রত্না হায়বা লাইরিকশিংসিসু আসাম লৈবাক্তা বৈষ্ণব ধর্মগী মরমদা অশেংবা প্রমাণ পীবা ঙম্বা মরা চেংপা লাইরিকশিংনি।

আসামগী বৈষ্ণব কবিশিংনা অসমীয়া লোন্দা দর্শন শাস্ত্রগী ৱারেং ইবদা তৌবিবা অচৌবা দান অমদি ৱারেং শৈরেংদা গীতাগী ভাষ্য পুথোক্লম্বা অশিনি। সন্ত অনি শঙ্করদেব অমসুং মাধবদেবনা ইহান হানবদা অবতার পুরুষ, শ্রদ্ধাভক্তি অমসুং চৎনরোলগী মরমদা মরী লৈনবা গীতাগী শৈরেং শরুক অসমীয়া লোনদা অনুবাদ তৌবিখি। অদুবু শাস্ত্র অসি মপুং ফাবা লাইরিক অমত্তদা ফোংদোকপদি ফংদে। মসি ইহান হানবদা অসমীয়া লোনগী ৱারেংদা ভট্টদেবনা শ্রীধরস্বামীগি ভাষ্যগী মতেং লৌদুনা ফোংঙি। অহানবগী শৈরেং হন্দোকপদি কামরূপতা পোকপা গোবিন্দ মিশ্রনি। গোবিন্দমিশ্রগী অনুবাদ অসি অসমীয়া লোনদা য়াম্না ঈহৌ পুরকখিবা খুৎই অমনি অমসুং অৱাংবা থাক্কী কবিত্ব চেনবা অনুবাদনি। মহাক্কী লোন অসি য়াম্না লায অমসুং ফজে। অদুগী মথক্তা মদু চীনফা পুবদা যাম্না লায়না থোকই।

বৈকুন্থনাথ কবিরত্ন ভাগবত ভট্টাচার্য শন্না ময়াম্না ভট্টদেব হায়না খঙনবা মীওইশি খৃঃ ১৫৫৮ ইং দগী ১৬৩৮ ইং ফাওবা হিংদুনা লৈরম্মী হায়না থাজনৈ। মহাক্কা কথা ভাগবত অমসুং কথাগীতা হায়বা লাইরিক অনীসি লেংবিরম্মী। কথাগীতা হায়বা লাইবিক অসি অসুক ঙন্না লেংবিরম্বসি উরগা ফাওরবা বৈজ্ঞানিক অমসুং পণ্ডিত আচার্য্য প্রফুল্লচন্দ্র রায়না অসুম্না হায়বিরম্মী "অওইবমক ভট্টদেবনা শতাব্দী তরাতরুকতা গীতা ৱারেং লেংবিরম্বসি অঙকপনি, মসি মমল নাইদ্রবা লন অমনি।" অসমীয়া ৱারেং সাহিত্যনা অসুক ঙন্না শতাব্দী তরাতরুক শুবদা চাওখৎপসি ইংলেণ্ডগী হুকার অমসুং লেটিসারগী সাহিত্য নত্তনা পৃথিবীগী মফম অতে কদায়দসু উবা ফংদে।

ভট্টদেবগী লাইরিক য়েংশিনদ্রিঙৈদা ভট্টদেবনা পরম্পরাদগী চৎনরকপা শৈবেংগী মওং থাদোক্লনা ৱারেংদা লাইরিক লেংবগি বাখল তৌখিবসি করিগীনো হায়বদু খঙবা দবকারনি। মাগী পুনসিদা দামোদরদেবগী লমজিং মতুং ইন্না চৎচবা মীওই অমা ওইবনা ভট্টদেবনা মাগী পাওতাক মতুং ইন্না শাস্ত্রশিংগী অনুবাদ তৌবগী থবক পায়খৎখি। শাস্ত্রশিং অসি পাওতাক্কী অমসুং ৱারক ৱাতেন্নীবগী 'ওইবনা অসমীয়া ৱারেংদা নুপী ওইবশিংগী অমসুং সমাজদা লৈখাতাবা মীওইশিংগী কাম্নবা ইখি। ভট্টদেবনা হোৎনবসিদা যাম্না কান্নবা অমা ওইখি মহাকসু যুগ অদুগী চৎনরোল মতুং ইম্বগা লোয়ননা ধর্ম শন্দোকপগি ধর্মদা যাম্না [illegible]

পামজনা থবাই য়াওজবা ওইরম্মী। কথা ভাগবত অমসুং কথাগীতা মরক মরক্তা পাজবা মীওইশিংনা ফাওবা চীনেদনা হায়জে মদুদি অইবনা লাইরিকসিং অসি খ্বায়তরানা পাবদা লাইনা থোকহনবা ওনমী। শেংগ্রবা সংস্কৃতগী লাইরিক অনীসি অসমীয়া লোনদা অরাইবা মওংদা অমসুং ফজগ্রবা পাওতাকনা লৈতেংদুনা অরুবা ৱাখল অমসুং লুরবা দর্শনগী ৱাবু অনুবাদ তৌবসিদা অপাবশিংনা মহাকপু থরায় য়াওনা থাগংপী।

ভট্টদেবগী অৱাংবা থাক্কী বিদ্যা অমসুং পণ্ডিত ওইবগী মতেংনা ইথোরকপা ৱাহৈ-ৱাতাশিং তোপতোপ্পা মওন লৈনা ফিভমতাই। মপা লৈতবা হৈশিংবো কবি অমা ওইনা অসমীয়া লোন অমসুং সংস্কৃত মায়কৈ অনীমক্কী ৱাহৈ শিজনদুনা অরুবা ধর্ম্মভাব ফজনা মচাতানা শদোকই। মহাক্কী ইবগী মওংদো হীরম অমবু ওম্ভোক ওনশিন তৌদুনা অভকপা মতৌদা উৎলি। কনাগুম্বনা মহাক্কী কথা ভাগবত হায়বা লাইরিক অসি পারবদি মহাক অসি খ্বায়পূনবা ধর্ম্মসভা অমদা লৈরমাগ্রে হায়বা খনজগনি অমসুং কবিসিনা ধর্ম্মসভাদুদা ভাবোক অমনা য়েৎলক্কদবা হীরমসিংগি পাওখুমগা লোয়ননা সভাগি ময়ামবু পেলহনবদু নীংশিংগনি। অমরোমদনা কথাগীতাগি মনুংদা লৈবা ৱাহং পাওখুমশিংদু মুন্না পাদুনা খঙগ্রবদি লাইরিক অসিগী মতাং খুদিংদা অইবগী খুৎলোয়বগী হৈশিংবো উৎলিবদু মুন্না খঙবা ঙমলোয়।

ভট্টদেবগী লাইরিকশিং অসি মরু ওইনা অনুবাদনি হায়ববসু মখোই অসিদা মহাক্কী মশাগী ওইবা ৱাহৈ-ৱাতা হাপ্পুনা পাবদা য়াম্না নুঙাইহল্লি অমসুং মহাক্কী অতৈগা মান্নদবা ইবগী মওং অসি থাগৎনিঙায়নি। মসিগী মথক্তা মহাক্কী লাইবিক অসি লোন অমদগী লোন অমদা অনুবাদ তৌবতা নত্তে। অইবা মহাক্কা মরু ওইবা লাইবিক অদুগী মচাকশিং লৌশিল্লগা মহাক্কী মশানা পাম্বা মওংদা ইথোকপনি। কবি অসিনা লাইবিক অসিদা ইমুং মনুংদা লৈকায় কৈরোয়দা চৎনবা ৱাহৈ ৱাতা পাউরৌ অমদি মরু ওইবা ভাষা কয়াদগী লৌদুনা মহাক্কী মোত তাকপদা মতাং মতাংদা চপ চানা হীরমগা চান্ননা শিজিন্নবা কবিগুম্বদসু কাওদে। অনুবাদ তৌবগী মায়গৈদা হায়বা তারবদি ময়াই ওইবা যুগকী অসমীয়া সাহিত্যদা কথা ভাগবত হায়বসি অসমীয়া লোনদা অনুবাদ তৌবা বাবেং অসিগুম্বা অতৈ পুন্নমক্তগী অথোয়বনি।

ভট্টদেব সংস্কৃত ব্যাকরণ অমসুংসাহিত্য নীংথিনা হৈরম্মী অদুনা মহাকনা ভগবত ভট্টাচার্য্য হায়বা মিংথোল অসি ফংখি। ভট্টদেবনা সংস্কৃত লোনদসু মরু ওইবা লাইরিক ফনা য়াম্না লেংবিখি। মরমসিনা মহাক্কী অসমীয়া লোনগী লাইরিকতা সংস্কৃতগী য়াম্না প্রভাব লৈ থোইদোক্লা সংস্কৃতকী ৱাহৈ পরেং শেম্বগী মওংনা থল্লি। অসিগিমথক্তা লাইরিকশিং অসি সংস্কৃতগী অনুবাদ ওইবনা তৎসম ৱাহৈশিং চৎশিনলকপা হায়বসি মশানা তাবনি। অদুম ওইববসু ৱাহৈ-ৱাতা শিজিন্নবদা অৱাংবা থাক্কী লূববা বাহৈ শিজন্নদে করিনা হায়ববু মসি লাইবিক লাইশু য়াম্না হৈবা মীওইশিংগীদমক ইবা নত্তে। সাধাবণ মীশিংনসু খঙনবা তৌবনি। ৱাখল তৌদুনা সংস্কৃত বাহৈ শিজন্নবসিনা ধর্ম্মগী মরমদা ইবা লাইরিকশিংবু য়াম্না চীংলেমহল্লি।

বাক্য লেংবগী মওংসু সংস্কৃত ব্যাকরণগী পথাপ মতুং ইন্না। অদুম ওইনমক মহাক্কী কথাগীতা হায়বা লাইরিক অসিদা লূরবা মতাংশিং শেংনা মতাং মতাংদা ফোংদোকপদা ঙাক্তে পাদে য়ামখৎলক্তুনা কোয়রপ তাখিবা যাম্না য়াওই। মরক মরক্তা অসিগুম্না পেন্দবা খরা লৈরবসু মহাক্কী বাক্যশিং শিনবদা অতৈ অশোয়বা কয়া লৈতে। চবাংনবা কয়া যাওদে, অচুম্বা, চশেংবা পথাপ কয়া কায়দে। চৎনবা পথাপশিংবু থৌশাদবসু কয়া তৌদে। চপচানা শেংনা উংপদা অকাইবা লৈতে।

ভট্টদেবগী লাইরিকশিং অসি অসমীয়া বারেং সাহিত্য লৈরোন্দ, ন্যায়নীতি অমসুং ধর্ম্মগী মরমদা মপুংফাবা অরাংবা থাক্কী লাইরিকশিংনি। ব্যাকরণগী পথাপ কায়দনা বারেং ওইনা ফোংদোকপা মই মরা চেৎনা শেমখি। মহাক্কী উদ্দেশ্যাদি ধর্ম্মগী মরমদা শেংনা ন্যায়-নীতি কায়দনা মযামদা শন্দোক্লা তাকপনি। কথাগীতাদা মী অনিগী মরক্তা বাবী বাতাই শান্নবা অমসুং ভক্ত চৌনবগী মওংদা ইবা ৱারেংশিং অসি মতুংগী বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ৱারেং অহৎশিংনা দর্শনশাস্ত্রগী ওইবা মওংদা ইবগী ফিদম ওইনা লৌনখি অমসুং কথা ভাগবতাকি যাম্না অচৌবা অমসুং অরাইবা লোনদা ইথোকপদুনা চরিতপুথিগী অইবশিংগী মথক্তা যাম্না প্রভাব লৌখি।

ছত্র ময়ামসিগী মখাদা হৌরকখিবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী আন্দোলোন অসিগী মশা অমা ওইনা চাওখৎলকখিবা য়াম্না মরু ওইবা মখলগী সাহিত্যাদি চরিতপুথি হায়বদি শঙ্করদেবগী পুনসি ৱারীশিং অসিনি। মথংদা পুনসি ৱারী ইবগী পরমপরা অসি চখরক্তুনা অতৈ অতোপ্পা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী সত্র ময়ামগী পুনসি ৱারীসু ইনখি। ঙসি ফাওবা লাইখুরুম্বগীদমক ধর্ম্মমন্দিরদা ময়াম পুনবা মতমদা ময়াম মর্মাংদা সত্র শিংগী পুন্সি ৱারী লিথোকপিদুনা ভক্তশিংগী পুক্নিংদা ঈহৌ পীরি। কথাগুরু চরিতকী (হায়বদি শঙ্করদেব অমসুং মাধবদেবগী পুনসিবারীগী মতুং ইন্না মাধবদেবনা পথাপ অসি ইহান হান্না হৌদোকপীখি। মহাক্না ইহান হান্না নোংমেগি কায়দনা গুরুগী পুন্সিৱারী লিবগী নিয়ম অসি হৌদোকপীখি।

পুন্সিৱারী হায়বসি ইবগী নাকল পুন্নমক্তগী খ্বায়দগী হেন্না থোৎপা মেঙবা অমদি ফজবা অমসুং মীওইবগী ওইবা মায়গৈ অমবু শন্দোক্লা ফোংদোকপনি। অওইবমক মসি য়াম্না ফজবা থৌশিন অমনি করিনা হায়ববু লৈখিদ্রবা মীওই অমনা পুন্সিদা পাঙথোকখিবা থৌদোক পুন্নমকপু থীজিনদুনা লৌখৎনবা তায়। অমদি মদুদা অহিংবা ওইহায়না খলহনবা তাই মসি য়াম্না নুংশিরবা থৌদাং অমনি করিনা হায়ববু মসিদা অইবনা অর্থ অনীথোক্লা চৎপা অমসুং অমগা অমগা চানদবা পুন্সিগী মচাকশিং চাং য়েংনা লৌখৎপনি। মরমসিনা চরিতপুথী হায়বসিনা হৌজিকসু অপাবশিংদা মনা অমা লাম্থোকই অমসুং অসমীয়া সাহিত্যাদা লেঙদ্রবা মফম অমা কল্লি।

মাংচৎকী অয়াম্বা পুথিরারীদি শৈরেংগী মওং লৌদুনা রারেংদা ইথোকপনি অদুনা সাহিত্যগী মায়গৈদা কয়া শীংথানবা য়াদে। অদুম্বক ওইরবসু ইতিহাসগীদমক্তি য়াম্না মমল লৈবা ইহান হানবা মচাকনি। রামচরণ ঠাকুরগী শঙ্কর চরিত হায়বা লাইরিক অসি শৈরেংদা ইথোকপা য়াম্না চাওবা পুথিরারীনি। রামচরণ অসি মাধবদেবগী মচন উর্ববসীগী মচানুপানি। রামচরণ হায়বসি শঙ্করদেবগা মতম অমতগী ওইরবসু পুথিরারীদা মহাক অওইবা থৌদোক অশেংবা রারীদগী খন্দোকপা হৈতে। মরমদুনা পুথিরারীগী মতাং মতাংদা চুম্লগী অচুম্বা পোৎশক অমবু লাই ওইহন্দুনা উৎলি। তাংকক্ খরদি রামচরণ লৈতবা মতুংদা হাপচিনবনি হায়নসু হায়নৈ। মরমদি মসিদা রামচরন্না শিন্নবা মতুংদা থোকপা থৌদোক খর য়াওরি। অসিগী মথক্তা শঙ্করদেবগী পুথিগা মরী লৈনবা পৌরাণিক ওইবা অমসুং লাইখুতিজন্দগী থোকপা থৌদোক কয়া শঙ্করদেবগী পুনসিদা থোকখি হায়না লেংথোকই। রামচরণনা ভাগবত পুরান্দা উৎপা অঙাং ওইরিঙৈগী শ্রীকৃষ্ণ অদুবু মহাক্কী গুরুগী নহা ওইরিঙৈগী পুথিগা অমতনি হায়না উৎপি। মহাক্কী গুরুগী মতীক মগুন হেনগৎহন্দুনা মহাকপু অবতার পুরুষ অমনি হায়না উৎলি। মদুনদি ঈশ্বরবু খঙবা মীদু ঈশ্বরমক্তি (ব্রহ্মবিৎ ব্রহ্মব ভবতি) হায়না হায়নবদগী ওইরম্বা য়ায়। রামচরণগী মচানুপা দৈত্যারী ঠাকুরনা গুরুচরিত হায়বা শঙ্করদেবগী তেল্লপ তৌবা পুথিরারী অমা ইথোকপীখি। পুথিরারীগী অইবা অমগী রাখলদা মচানিপানা মপাবুংগী অরানবশিং থৈদোক্তুনা সন্ত অদুগী অতম্লবা মতাংশিংতা উৎতুনা ইথোকনবা হোৎনজখি। মহাক্লা সন্ত অসিগী অঙাং ওইরিঙৈগী মশেন-মরাংবা শরুক অদু থাদোক্তুনা মতুংগী মরু ওইবা থৌদোকশিং শন্দোক্লা ইথোক্লগা লোইশিনখি অমসুং অদুদা পেনজখি। দৈত্যারীনা মহাক্কী গুরু চরিততা মাধবদেবগী চুম্লবা পুথিরারী হাপচিল্লী। চক্রপানিগী মগুনিপা ভূষণদ্বিজ হায়বসি শঙ্করদেবগী শিষ্যনি। মহাক্লা পরমপরাদগী চৎনরকপা লাইগুরুনা থম্বিরম্বা পথাপ মতুং ইন্না অমসুং নীংতম্না গুরুশিংনা শিজিন্নরম্বা মচাক লৌদুনা শঙ্কর চরিত হায়বা লাইরিক অসি লেংথোকপীখি। রামানন্দ দ্বিজগী শঙ্কর চরিত অসিদা মহাক্লা শঙ্করদেবগী অমসুং মাধবদেবগী মরমদা অনৌবা মচাকশিং হাপচিল্লী অমসুং মচাকশিং অসি মতাং মতাংদা মমাঙৈদা ফোঙখিবগা খরা থৈম্রে। মহাক্কী পুথিরারীসিদা গোপালদেবগী পুথিরারী তাংকক্ অমগা হাম্লি। রামানন্দ হায়বসি কালসংহতি কাণ্ডলুপকী পুরোহিত ওইরম্মী। মরমসিনা মহাক্লা মহাক্কী কাণ্ডলুপকী পথাপশিংবু য়াম্না মরা চেৎনবা হৌদোকপিরম্মী।

শঙ্করদেবনা লৈত্রবা মতুংদা মহাক্কী ধর্ম্ম-নীতিগী শেরাম্নবা অমগা অমগা মান্নদবা মওংদা অর্থ পুথোরকই মদুগী মহৈ ওইনা মহা পুরুষিয়া অসিগী মরু ওইবা ধর্ম্মনীতি সংস্থান অসি সংহতি মরীথোক্লা কায়খখি। মথোয় মরিদুদি ব্রহ্ম সংহতি, পুরুষ সংহতি, নীকা সংহতি অমসুং কাল সংহতি হায়বসিনি। মথোয় মরীসি পুথোকপীখিবদি মথং মনাও নাইনা দামোদর দেব, পুরুষোত্তম ঠাকুর, মথুরাদাস আটা অমসুং গোপাল আটানি। মতুংদা সংহিতা খুদিং হান্নগী কাংবুদগী মপুং ফানা মনীংতম্রবা সমপ্রদায় অমা ওইখি। সম্প্রদায় খুদিং মশা মশাগী শিষ্য অমসুং তুংইনবা ময়াম লৈখি অমসুং অচৌবা-মচা ছত্রময়াম লিংখৎখি। ছত্রখুদিংদা ধর্ম্মনীতিগী থৌপুবা পরেং মপুং ফানা শিল্লাংদুনা থমখি। মথোয়শিংদুদি ছত্রধিকার হায়বদি মহন্ত, ভাগবতী হায়বদি ভাগবত পাবা অমসুং অর্থ হায়দোকপা, পাঠক হায়বদি শাস্ত্র পাথোকপগী থবক পাঙথোকপা, শ্রাবনী হায়বদি অরেপপা ভাবোকশিং গায়োন-বায়োন হায়বদি ঈশে নোংমাই তৌবা মীওইশিং, দেউবী নত্রগা বিলানীয়া হায়বদি প্রসাদ য়েনথোকনবা হাপপা মীওইশিং

(তিন্নিবা ভাবোকশিংদা)। ভরালী-পূকৈ পানবা, অলধারা হায়বদি ছত্রাধিকারগা লোয়ননা লৈবা সেবারী, লেখক হায়বদি ইথোক ইশিন তৌবা মী, ভক্ত অমসুং শিষ্য হায়বদি তম্বগী লাকপা করিশু খংজিন্নিবা পরুয়াশিং। ইনৌ নৌনা থোরকপা ছত্রখুদিংনা ছত্রদূতগী ওইবা লাইনিং লাইশোনগী মরমদ্যু লাইরিক য়াম্না ইথোকই। মখোয়দুবু প্রসঙ্গ কৌই। মসিগী মথক্তা ছত্রগী মহন্তগী পুন্সিরারী ইথোকই অমসুং অসিগা লোয়ননা ছত্রশিংগী ইতিহাস অমসু ইথোকই। অদুবু ছত্র বুরনজি কৌই। ঐখোয়না মথক্তা গোপালদেবগী পুন্সিরারীগী মরমদা পনজগ্রে। গোপালদেব হায়বসি ময়াম্না ভবানীপুরিয়া গোপাল আটা হায়না খঙনৈ। মাধবদেবনা মহাকপু মাধবদেবগী তুংদা মহাক্লা চথরম্বা ধর্ম্মনীতিগী মকোক ওইবা গুরু ওইনা হাপখি। মহাক অসি সংস্কৃতদা অফাওবা পণ্ডিত অমা ওইরম্মী অমসুং ধর্ম্মশাস্ত্রশিংগী প্রমাণ-পম্বেগা লোয়ননা শুগাইনা অর্থ হায়বা ঙম্বা মীওই অমনি। মরমসিনা মহাকপু কথা সাগর হায়বা অফাওবা মিংথোন অসি পীবিদুনা ময়াম্না ইকাই খুম্নখি। গোপাল আটানা কামরূপ জিলাগী কালীঝার হায়বা মফমসিদা ছত্র অমা লিংখৎখি। মফমসিদা মহাক ১৬১১ ইংদা নোংগাখি। রামানন্দ দ্বিজ, রামানন্দ দাস অমসুং রামগোপালনা মরু ওইনা মহাক্কী পুন্সিরারী ইখি। মখোয় পুম্নমকসিনা পরমপরাদগী লৈরক্লবা মচাকশিং পুন্সিরারী ইথোকপসিদা শিজিন্নে।

দামোদর দেব (১৪৮৮-১৫৯৮) হায়বসি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইনিংলম্বেন চৎপশিংগী মনুংদা মকোক-মরু ওইবা মীওই অমনি। মহাক অসি ব্রাহ্মণ মচানি। মদুম ওইরবসু মহাক শঙ্করদেবদা দীক্ষা লৌখি অমসুং মহাক্কী সেবক ওইখি হায়নৈ। তোইশুঙ্খসুং শঙ্করদেবনা হেক লৈতবা মতুংদা মাধবদেব অমসুং দামোদর দেব মখোয় অনীগী মনুংদা মত তিন্নখিদে। দামোদর ময়াম্না চৎনরিবা ধর্ম্মমত থাদোকখি অমসুং মশাগী লনাইগী ওইবা "দামোদরীয়া" হায়না মিংথোনদুনা ইনৌ নৌবা ধর্ম্মমত অমা হৌদোকখি। মসিদা হিন্দুশিংগী লাই অতৈসু পূজা তৌবা অমসুং ব্রাহ্মণশিংগী নীতি চৎপা য়ায়। মরমসিনা ব্রাহ্মণ মশীং য়াম্না মহাক্কী ধর্ম্মনীতিসিদা চঙশিনখি। রামরায় দ্বিজ হায়বসি দামোদরগী মতমগীনি। মহাক্লা মহাক্কী গুরুলীলাদা অমসুং নীলকণ্ঠদাসনা মহাক্কী দামোদর চরিততা গুরু অসিগী পুন্সিরাবী অমসুং মহাক্লা লিংখৎপীরম্বা ছত্রশিংগী মরমদা শন্দোক্লা ইথোকপীরম্মী। পুন্সিরারী অনীসিদা থাজবা য়াবা ইতিহাসকী মচাক কয়া লৈ। মসিদা মরু ওইবা ধর্ম্মগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা মথলগী নিয়ম-নীতি মকালাম্না করম্না চাওখৎখি হায়বদু তাকই। রামানন্দনা মহাক্কী "বংশী গোপালদেবর চরিত" হায়বা লাইরিক অসিদা দামোদরদেবগী য়া পল্লি। দামোদরদেব হায়বসি বংশীগোপাল কাঙলুপকী ধর্ম্ম-গুরুনি। মহাক্লা মরু ওইবা লাইনিং লম্বেল থাদোক্লিঙৈদা রামানন্দবু আসামগী নোংপোক মায়গৈদা মহাক্কী মত মতুং ইন্না বৈষ্ণব ধর্ম্ম প্রচার তৌনবা থাবিখি। রমাকান্তগী বনমালীদেব চরিত হায়বা লাইরিক অসি নোংপোক আসামদা চৎনরম্বা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ইতিহাস লেংবদা তঙায় ফদবা মচাক অমনি। বনমালীদেব (১৫৭৬ ইং) হায়বসি বংশী গোপালদেবগী শিষ্যনি। নোংপোক আসামদা মহাক্কী ধর্ম্ম অসি শন্দোকপগী ভার মাঙওন্দা পীবিখি। মহাক্কী থৌবাং অসিদা আহোম নিংথৌ জয়ধবজসিংহগী মতেং ফংখি। রমাকান্ত হায়বসি ভক্ত অমা ওইরম্বত নত্তে মহাক্লা মহাক্কী গুরুগী পুন্সিরারী ইথোকপগা লোযননা মতমদুগী থৌদোক পুম্নমক্কী মরমদা অমসুং রাজনৈতিক ফিভমগী মরমদা খীজিন্নি। মহাক ধর্ম্ম প্রচারগা লোয়ননা ইতিহাসকী মচাক ওইবা আহোমনীংথৌগী শাসন-নীতি অমসুং বৈষ্ণব গুরু অমসুং ছত্রশিংগা লৈনবা মরীগী পাওশিং খোমজিনবিরম্মী। "সৎ সম্প্রদায়-কথা" হায়বা লাইরিক অসি গোবিন্দদাসনা থুকন-পাংগনবা

আহোম নিংথৌ রুদ্রসিংহ (১৬৯৭-১৭১৪) গী মতমদা লেংবনি। লাইরিক অসি খরা পীরুবসু অসিদা অহোমশিংগী মখাদা লৈরবা ছত্রশিংগী শমৃলগা ইতিহাস ওইনা থাজবা য়াবা লাইরিকনি। গোবিন্দদাসনা ধর্ম্মতত্ত্ব অমসুং দর্শনশাস্ত্র পামজরবসু ইতিহাসকী ওইবা য়াম্না কূপ্না থীজিনবা অমসুং অচুম্বা পামজবগি খুদম কয়ামুক উৎলি।

শৈরেংদা লেংথোকপা পুন্সিরারীশিংগী মমল লেপপদা মসিমদি নীংশিংগদবনি মদুদি ভক্ত অইবশিংনা গুরুশিং অদুগী পুন্সিদা নোংমা নোংমদা থোকখিবা থৌদোকশিং মশানা উবা ফংহৌবা অমসুং পরমপরাদগী মথং মথং চখরকপা পূম্বা ধর্ম্মবু য়ৌনা থাজবনা লৈরোংদা য়েকপগুম থম্না য়াওরম্মী তৌবগিদি "কথা গুরু চরিত" হায়বা রারেংদা ইবা পুন্সিরারী মখল অমসু লৈ। মসি মীওই অমতনা লেংবা নত্তে। মসি ছত্র খরগী কাওলুপ অমনা তিন্নদুনা রারেংদা ইথোকপনি। অসিগুম্বা কথা গুরু চরিত অনীখকতি বড়পেটা অমসুং বরদোরা ছত্রদা ইথোকপনি। কথা গুরু চরিত হায়বসিদা পুন্সিরারীগা লোয়ননা অহেনবা মচাক কয়া য়াওই মসি লমদমসিগী কৃষ্টিগী ইতিহাসকি মমল লৈরবা মচাক্কি পূকৈনি। অসিগী মথক্তা মসিদা গুরুশিংগী পুন্সিরারীগী মচাক্কা লোয়ননা বৈষ্ণব আন্দোলনগী মরম, নিয়মনীতি, অমসুং দর্শন, ইরাৎ-পূজা, মহৈতক্ষম সাহিত্য অমসুং কলা অমদি খুনাইগী পুন্সিমরেলগী মরমদা শন্দোক্লা ফোঙদোকই।

চরিত-পুথী হায়বা লাইরিকশিংসিদা অচম্বা মীওইশিংনা গুরুশিংদা ভক্তিশ্রদ্ধা পোক্লবা গুরুশিংগী পুন্সিগী ফিদম ওইবা থৌদোকশিং লীথোক্লনা ঈহৌ পী। মরমসিনা রারেংদা লেংবা পুন্সিরারীশিংগী মওং অসি ভট্টদেবগীগা য়াম্না মান্নদে। পুন্সিরারীশিং লেংথোকপসি ময়ামদা ঈহৌ পীনবগিদমক্কি। অদুনা ইবগী মওংসু ময়াম্না চুম্না ঙাঙনবা, অরাইবা, ইমুং মনুংদো ঙাঙনবা অমসুং থুক লাউবা লোনদাদনি।

মসিমদি কাওরোইদবনি, ঙাঙনবা লোন শিজিন্নবসিদা মরু ওইনা মখাগী মরম অহুমসিগী মখা পোনবনি। রাহে পরেং শেম্বগী মওং ক্রিয়া অমসুং সর্ব্বনাম শিজিন্নবগী অঙকপা মওং অমসুং লোনশিংগী লৈজবা বাহে মশীং মতীকচানা লৈবা লৈতবগী মথক্তা ঙাঙনবা লোন অসিনা করম্না শিজিন্নবা অসিগী মরমদা জে ভেন্দ্রেজনা হায়বিরম্মী, মসি মরু ওইবা রাখলদা য়াম্না শাফু পীবগিদমক শিজিন্নে। বাহে পরেং অদুগী মনুংদা য়াওবা অতৈ শরুকশিংদি দরকার লৈরগা খোন্দোক অমসুং ঈঙ্গিৎনা খরদমক উৎলি নত্রগা ইউৎ উৎতে অমসুং মদু পূক্নীংদা চেক পানবা বাখলনা খঙবা তাই। পুক্লিং লাংবদগী মথক্তা পুক্লিংদগী থোকচরকপা খোম্থোককি মখা পোনদুনা ঙাঙনবা লোন অসি থোরকপনি। ঙাঙলিবা মীওইশিংনা নিয়মনাইনা লোনদু ঙাঙথোকপগী মতম ফংদবনা মরু ওইবা রাহেশিংতা য়াম্না মকারাম্না উৎলি। অদুগী মথক্তা ঙাঙনবা রাতা খুদিংদা দ্রামাগী মগুণ খরা চেন্নি। চরিতপুথীশিংগী মতাং খুদিংদা রারী রাতাই শানবগী শরুকসিংদু কবিগুম্বা অমা শীংথারবা রাহে রাতাশিংগা তোৎশিন্নদুনা ই। চপচানা অমসুং ফিবেপ চুম্না, ফজনা দরকার তাবা মতুং ইন্না অশাংবা অমসুং অতেনবা রাহে পরেংশিং খম্মী। রাহে পরেংশিংগী মতুপকী মতাং অসিমক্তদা রাহং অমসুং মখল অতৈগী রাহে পরেং য়াওই। মদু নুমিৎ খুদিঙ্গি ঙাঙনবা মশানা থোকচরকপা রাহে রাতানি মওংসিনা পুক্লিংদা তম্বকপা কোকই অমসুং মখল মখল ওইবনা পোথাবগী খুদোং চাহল্লি।

নুমিৎ খুদিংগী ইমুং মনুংদা ঙাঙনবা রাহে-রাত্রাদা অসমীয়া লোনগী ব্যাকরণগী পথাপ খবা কোমথোকই। অসমীয়া লোনগী রাহৈদা কর্ত্তানা ইহান হানবদা ফাম্ম ক্রিয়ানা লোইশিনবদা

শিজিন্নৈ অমসুং ব্যাকরণগী নিয়ম চেকশিন্না শিজিন্নরবদি অনীসিগী মরক্তা অতৈ পদ থম্মি। নিয়ম কায়না ইবদা অইবনা বাক্যগী অহৌবদা ওইরবসু অরোইবদা ওইরবসু মহাক্লা থোইদোক্লা মমল কাহন্নীংবা ৱাহৈ অদু শিজিন্নৈ। অসুন্না হেন্দোক থোইদোক্লা শিজিন্নবা ৱাহৈসি যেশা পদ অমগী ওইবসু য়ায়। চরিতপুথী হায়বা লাইরিক অসিদা অসিগুম্বা নিয়ম কায়বা ময়ামদদি চৎনবা ৱাহৈ-ৱাতা য়াম্না য়াওই। অসিগী মথক্তা মফম চানা, মতাচানা ৱাহৈ ৱাতা শিজিন্নবনা অসুন্না ইবসিবু খ্বাই ময়াম্না লাইনা পাম্নৈ। চরিতপুথিগী ৱাহৈ-ৱাতাশিং সাহিত্যগী ওইবা অৱাংবা থাক্কী লোন নত্রবসু মসিদা লোনগী লৈতেং ইলে লৈতবদি নত্তে। মসিদা মশানা থোকচরকপা ৱাঙাঙ-ৱাতা, প্রমাণ-পাম্বৈ ইহোং হোৎনদনা শিজিন্নরিবসি ফজে।

মমাঙঙৈদা হায়খ্রে চরিতপুথীদা য়াওরিবা হীরমশিং অসি অচুম্বা ধর্ম্মগী মরমদা লৈনবা অমসুং সভাদা খৎনচৈনবদগী ইতোপ তোপপী। মসি ফাওরবা অমসুং ইকাই খুম্নরবা গুরুশিংগী পুন্সিদা নুমিৎ খুদিঙ্গি থোকপা থৌদোকশিং ইথোকপগুম্বনি। মসি পারগা অপাবশিং য়াম্না পেনজৈ করিনা মসিদা মথোয়গী খুন্নাইগা য়াম্না নকুবা মরী লৈবা মীওইশিংগী পুন্সিগী হীরম য়াওবনা। কথাগীতাগী হীরমশিংদি তশেংবা, পূক্নিংগী নত্তবা, মীশক পোশক নাইদবন-চিংবগি মরমদা ঙাক্তনি করিনা হায়ববু লাইরিক অসিগী শরুক অয়াম্বদা দর্শনশাস্ত্রগি মরমদা শন্দোক্লা ফোঙদোকই। চরিতপুথীদা য়াওরিবা মচাকশিংসিগী মরক্তা খরদি পূক্নিংগী ওইবা মচাকনি। অইবা মশামক্সি ভক্ত অমনি অদুনা মহাক অসি আধ্যাত্মিককী মরমদা মহাক্কী গুরুগা অমতনি। তশেংবা থৌদোকশিং ফোঙদোকপতনা মহাক্কী উদ্দেশ্য নত্তে। মহাক্কী ৱাশক্তি মহাক্কী গুরুনা করম্বা ফিদম উৎতুনা মাংঙোন্দা ঈহৌ পীরম্মী অমসুং অদুগুম্বা ঈহৌদু অতৈদসু পীবা ঙম্বা অসিনি। মহাক্লা লেংবা লাইরিক্কী চেমায়শিংদা মহাক্কী গুরুগা লোয়ননা অৱা-নুঙাই খাঙমিন্নদুনা লৈমিন্নবগী ৱাখলদু অমুক হন্না লাকই। অসিতনত্তনা মহাক্কী এবাব খাংবগী লিংজেল, থাজবা অমসুং লাইবক ফবগী ফিদম উৎলি। মতাংসিদা ঐথোইনা লাইরিক অসিদা ইরিবা মচাকশিংদগি ইহান হানবা ওইনা আসামগী মীংচৎ লৈরবা মীওইশিংগা অচম্বা মীশিংগা মরী লৈনবা অমসুং নুমিৎ খুদিংদ মহোয় মশেন থবক তৌমিন্নবা অমসুং ৱা ঙাঙনবগী খুদম উবা ফংঙি। মায়কৈ অসোমদদি চরিতপুথী হায়বা লাইরিকসি মীগী মরমদা ফজরবা শুমহৎনিঙায় ওইবা, থৱাই হকচাং য়াওনা পেন্নবা ওইবা অমসুং মীয়াম্না য়ানবা অদুগুম্বা প্রমাণ তৌবা দলিল অমনি।

পুন্সিবারীশিংসিদা হেন্দোক-থোইদোক্লা য়েংগদবদি মসিগী অচম্বা ৱাহৈশিং, অইবা ভক্ত অসিগী ঈশ্বর বিশ্বাস অমসুং পূক্নিং চঙবনা ইমুং মনুংদা চান্ন তীন্নবা লৈনবগী ঈহৌ অমা পোকহনবা অসিনি। ঙাঙনবা ৱাহৈতা শিজিন্নবনদি ঈহৌ অসি পোকহনবা ঙম্রোইদবনি।। ঈহৌ অসি মপুং ফানা য়াম্না নুঙাইবা অমসুং নীংতম্না, চৎনরকপা পথাপ মতুং করিমতা ইন্দনা চৎথৈ। মসিদা য়াম্না কোম্না শেমগৎপা নাইদনা চৎথবা মরু ওইবা নিয়ম অসিনা ভৌতিকী ওইবা ৱারীমচা ফাওবা শেমদোকপগী খুদোং চাহন্নি। লাইলৈবাক্কী ওইবা নুঙাইবা থৌদোক্কী ৱারী মচাশিং অসি গুরুশিংগী পুন্সি মরেলগা মরী লৈনবনা ভক্তশিংনা গুরুবু লাইপোক অমনি হায়না ইকাই খুম্নৈ অমসুং নুমিৎ খুদিঙ্গি পুন্সি মরেলদা মখোইবু অসিনা মীনুংশি খঙবা অমসুং তঙায়ফদনা চৎকদবা ফজবা লমচৎকি ৱাখল পোকহন্নি। অসিগুম্বা মীওইবগী ওইবা ৱারীশিংসিদা ফাগী-ফরাং ইয়াও য়াওদবদি নত্তে। হেন্দোক থোইদোক্লা অইবনা হুজিক মতমগী অপাবশিংগী পূক্নিং খুনুংগী ৱাহৈ-ৱাতানা অমসুং ফাগী জুগাইগী ওইবা ৱাহৈনা পেলহন্নি।

পুথিরারী হৌজিক মতমগী পুক্নিংদা চীংনবনা থুমহৎলবা মীওইশিংগী মফমদা অসুক য়াম্না কান্নবা অসিগুম্না হান্নদি কাম্লে হায়না খন্নরমদে। অশেংবা সন্তশিংগী ময়াম খণ্ডলুবগী মহৈনি মীওইবশিংনা অফ ফত্তা বিচার তৌবগী রাখল তৌবা গুমলিবসি। ভগবদগীতাদা অসুম্না হায়রি অচুম-অরান মুম্না খণ্ডদবা মীওইবশিংনা শাস্ত্রগী রাহে কয়া পাল্লি তোইগুম্বসুং মখোইনা তশেংনা মদুগী মনুংদা য়াওরিবা রা অদুদি অওইবা ওইনা য়াদে। স্বর্গগী নুন্তায়বগী মতৌদু কংনিংম্ভি অদুগা মশাদি পৃথিবীগি ওইবা অপাম্বা অমসুং থৌরাংবনা থুমহৎলি। মখোয়না তেন্ত্র-তেন্ত্রবা ফজবা রাহে শিজিন্নে অদুগা শানো ধর্ম্মগী মরমদা পাওতাক পী তোইগুম্বসুং মখোইনা সংসারদা মখোয়বু হন্না হন্না পোকপগী য়োংহ্রীংনা য়েংশিন্দুনা থম্বা কর্ম্ম নত্তনা অতৈ করিমত্তা খণ্ডদে। অফ-ফত্তবা খন্দোকপগী রাখল তৌবা গুমদবা মীওইদুদি পুক্লিং চপ্ যুংনা হীরম অমত্তদা চীংশিনবা গুম্দে। পুক্লিং চপ্ যুংবেশিতনা মীওইববু ঈশ্বর চিন্তাদা চীংশিল্লি।

মসিমদি অঙকপনি হৌজিকী মতমগী নীংথিনা তমদুনা জ্ঞান লৈরবশিংগী মরক্তা পুথিরারী কয়া পান্নদে। এলডাস হাক্সলীনা হৌজিক যুগকী মীশিংগী পেনবা নাইত্রবা পুক্লীংদা অনৌবা পোংশক পাম্বা, মথল মথলগী পোংপাম্বা অমসুং পুকনিং চোয়বা-বুদ্ধি মাঙহনবা লম্বেন কয়া পাম্বননি হায়বী। তোইগুম্বসুং ভক্তশিংদি মতমথিবিক্তা হোংবা নাইদবা আধ্যাত্মিকী তশেংবা রাখলদা উংদুনা লৈ। মখোয়গী থবক্তি নুতিগী ওইনা চপমান্নমা মখোইগী অচম্বা পুক্লীং চোইদবা রাখলগুম্না মওং মতৌ হোংদে। মখোয়না থৌদোক খুদিংমক্তা মশাগী খনদনা অথাঙকনবা অমসুং হনবা লৈত্রবা থবায় কথোকপগা লোয়ননা হোৎনৈ অদুবু মখোয়গী পুথিরারীদি পাবিদে। মসিবু অঙকপা ওইনদি লৌনদে।

ভারতমচাশিংনা থাজনৈ মদুদি "হিংলিঙৈ" মতমদা ঈশ্বরবু নীংগদবনি। ময়মদি অরান খুবম হায়বসি পুথিগা লোয়নবনি" হায়বসিমক উপনিষদগুম লীরবনি। ঋষি কবীরনা ইরমী :

"করিগুম্বা মহাকপু হৌজিক ফংলবদি, মতুংদসু মহাকপু ফংগনি। অদু নত্রবদি অসুমক ঐখোয় অশিবগী লমদমদা খুন্দারগনি।"

মরমসিনা মতাংসিদা পুথিগী স্থায়দগী মরু ওইবদি অরান খুভম ফংনবগী মচাক ওইবসিনি। অরান খুভম হায়বসি ভক্তিগী মতেংনা অমদি ঐশ্বরিক অবতারশিংগী থৌজালগী মতেংনা ফংই। সেন্ট্ বার্নার্দকা লোয়ননা বৈষ্ণব অমনা হায়বা য়ায় "ঐনা খল্লি উবা ফংদবা ইশ্বরবু তোংশাগী হুকচাং ওইনা উবগা লোয়ননা মীশিংনা রান্নী শাবা ঙম্মিবসিগী মরু ওইবা ময়মদি কামনা থুমহৎলবা শাওংশাদা তোংশা ফজববু নুংশিবা গুম্বা মীশিংবু মহাকী তোংশাতবু ফজনা নুংশিহন্নগা নুংশিবদুবু অসুম্না মথং মথং থন্না থরা তৌদুনা স্বর্গগী ওইবা নুংশিবগী লম্বেনদা চিংদুনা পুবীবনি। সন্ত অমসুং ধর্ম্ম শন্দোকপা মীশিংগী পুথি রান্নীনা অসিগুম্বা স্বর্গগী প্রেমগী ঈহৌবু থবায় য়াওনা পাজবশিংগী থম্মোয়দা মমী তাহল্লি।

অসমীয়াশিংগী পুথিদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী আন্দোলোম্না ঈথক-ঈপোম হৌহনবগা লোয়ননা অসমীয়া সাহিত্যদসু অনৌবা যুগ অমা ওইনা চংশিল্লকখি। মসি য়াম্না পাকচাওবা মতাং অমনি। মহা ওইবা পণ্ডিতশিংনা কাশীদা চংতুনা শাস্ত্রশিং থীজিনদুনা হৈজিনলুই অমসুং সহ্নগী নুন্তাইরবা মহাওশিং খণ্ডলুই। খণ্ডশিল্লকপা পুম্নমকসিগা লোয়ননা হন্নকই মখোয়গী লৈবাকত্তা। মীওইশিংসিনা মখোয়গী রাখলগী গুমখৈ পাকথোক্নবা তীর্থ পরিক্রমা তৌদুনা তীর্থশিংগী ভক্ত ঋষিশিং উম্নবা চংলম্মী। অয়াম্বা মতমদা কবিশিংগী তীর্থ খোঙচংসি মায় পাকখি অমসুং

মতমদুগী অফাওবা কবি খুদিংমক সোইদনমক নিংথৌশিংনা শৌগৎপীবা ঙাক্তনি। কোচ নিংথৌশিংনা কলা অমদি মহৈ মশিংদা থৱায় য়াওশিনববু হনবা লৈতনা শৌগৎপীখি। রাম সরস্বতীনা নিংথৌ নরনারায়ণগী মরমদা ইবিরম্বা মহাক্কী ভনিতা অমদগী পারগা মী অমনা খঙবিগনি কদায় ফাওবা নিংথৌনা শৌগৎপী হায়বদু। মহাক্না অসুম্না ইবিরম্মী।—"ঐগী নিংথৌনা মহাভারত অসমীয়া লোনগী শৈরেংদা হন্দোকউ হায়দুনা য়াথং পীবি। মহাক্না মহাক্কী কোনুংদা লৈবা অফংবা টীকা পুম্বা পীবিরকই। মহাক্না ষণগাড়ী অমা থনবা পাঠ্য লাইরিকশিং অনুবাদ তৌবসিদা মতেং ওইনবা থাবিরকই লোয়ননা মতীক চাবা শেনথুম, ফিরোল অমসুং মীনাই ওইনা থবক তৌবা মী-নচিংবা পীবিদুনা শৌগৎপি।"

কার্লাইলগী মতুং ইল্লবদি ইতিহাস হায়বসিদি মিংচৎ লৈবা মীওইশিংগী পুন্সিৱারী ঙাক্তনি। অওইবমকসু মতম অদুগী সাহিত্যগী ইতিহাসদি অয়াম্বা শঙ্করদেব অমসুং মাধবদেবগি আধ্যাত্মিক জীবনগি পুনসিৱারীনি। কবি অনীসি অসমীয়া সাহিত্য-অতিয়াদা নুমিৎ থা শুম ঙাল্লমী। অতৈনা মখোয় অনীনা তৌবিরম্বদু মতুং ইনবা অমসুং শেমদোক শেমজিন তৌবতনি। ৱাখল শন্দোক-পাকথোকপগিদমক বাক্য লেংবদা মনীংতম্বা অমসুং পণ্ডিত ওইবগী চীংলেম্না চথবা সুরদা সাহিত্যগী ইচেলবু আধ্যাত্মিক্কী ওইবা মায়কৈদা চেহ্নহনখি অমসুং যুগ অদুগী মীশিংবু পুন্নমক্কী মথক্তা পুনসিদা ভক্তি লৈবা, অখাঙকনবা অমসুং সাহিত্যদা পণ্ডিত ওইবগী চীংলেম্বা অমসুং হৌনবা খঙবা ওইনবা তম্বীখি।

মতম অসিগী অয়াম্বা কবিশিংদি অনুবাদ তৌবা নত্রগা সংস্কৃতগী অৱাংবা থাক্কী লাইরিকশিংগা চুনহন্দুনা লাইরিক লেংবা অইবা ঙাক্তনি। মখোয়না পুথোকপা লাইরিকশিংদুদি ধর্ম্মগী মরমদা মচাক ওইবা নত্রগা পাওতাক্কী ওইবা ঙাক্তনি নত্রগা ঈশে-নোংমাইগী মত্রগা লোয়ননা মী অমখকতনা ধর্ম্মমতকা মরী লৈনবা মরমদা শকপা ঈশেনি। লাইথুরুম ঈশে শকপা মীওইশিং অমসুং পেনা খোংবশিংগী মখুত্তদি য়ুম্বান কৈবানগী ওইবা মওংনা হেন্না খ্বায়দা উৎলি। মখোয়না সীতা, উষা নত্রগা বেহুলানচিংবগী নুংশি নুংওনগী মরমদা অরীবা ৱারীগী ওইবা অমসুং নুংশিনবা লুহোংবা অসি পুন্নমকনা মরূ ওইবা উপন্যাসগুম্বা খল্লগা নুংশি নুঙোনগী ৱানা ময়েক থোকহন্দুনা শাবা ফিগুন্না লেংথোকই।

শৈরেং লেংবগী পথাপতা অসিগুম্বা অইবশিংসি অনৌবা পুথোকপা মওংদি তৌদে। শেমদোক শাদোক্তনা হান্নগীদুবু নৌথোকহনবতনি। মখোয়না অয়াম্বদা ৱাহৈগী অরোয়বা পরেং মান্নবা অনী অনীগী ছন্দদা ইরম্মী। মখোয়শিংদুদি পদ দুলারী অমসুং ছবী হায়না খঙনৈ। পরেং অনী অনী পুনশিনবা অমসুং ৱাখল পরীং মপুং ফানা য়াওই। পদ খুদিংমক পরেং তনামৰিনা শেম্না খোঙ্হোক্কী শৈরেং মান্নবা পরেং অনী অনী লোয়ননা নিপান শুবা খোঙ্হোক্কী মতুংদা কচ্ছুরা হায়বদি ৱাহৈ পরেংগী ময়াইদা ঙাইহাক্তং লেপ্পা অমমম য়াওই। দুলারী অমসুং ছবিদা পরেং তরুকনা লোইবা শরুক অমমম য়াওই। দুলারীদা অহানবা, অনীশুবা, মরিশুবা অমসুং মঙা শুবা শৈরেংগী পরেংদা খোঙ্হোক তরুক য়াওই। লেমহৌবাশিংনা নিপান্না শেম্বনি। শৈরেংশিংসি শৈশক্লবনিনা সুরনা খোঙ্হোক্তা মমৈ ইকক কক্থৎপা অৱাংপা অমসুং অতৈ অতৈ অৱাংপবু মেনশিল্লি।

মতমসিগী কবিশিংসি অরিবা ৱাখলগী মতুং ইনবা ওইরম্বনা ঐখোয়না উবা ফংঙি মদুদি মখোয়গী ৱাহৈৱোতাদু চাংদম্নবা অমসুং উপমা, অনুপ্রাস অমসুং অর্থলোংবা ৱাহৈগী ফাগী

-নচিংবা অয়াম্বা ওইরম্মী। অয়াম্বনা সংস্কৃতগী অরিবা লাইরিকতগী ময়ামদা খঙহৈবা উৎথোক্লবা লৌথোকপনি। মখোয়গী শৈরেংশিংসিদা অচম্বা পুন্সি অমসুং প্রাকৃতিকী বাখল্লা মরাং কায়না লৈরম্মী; মসিমক্লা য়াম্না চংয়ৌনা পাম্নরম্মী।

বৈষ্ণব ধর্ম্মগী আন্দোলননা লৈবাক মচাবু চাওখৎপা থাকতা পুখৎনবা হোৎনখি অমসুং অওইবমক তরামচাবু মহৈ মশীংগী মরমদা অবাংবা থাকতা পুখৎপা ঙমখি। আন্দোলন অসিনা অচম্বা মী ময়ামগী মনুংদা মহৈ-মশীংগী মঙাল য়াম্না শন্দোকখি। মসিমদি খঙগদবনি মদুদি বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি আসামদদি ধর্ম্মতা নত্তে মসি লৈবাক্কী থৌবম কয়া য়োকখৎনবা শেম্বা সংস্থাননি অমসুং ঙসি ফাওবা অসমীয়া সমাজ অমসুং জাতিগী পুন্সিদা মঙাল য়াম্না পীবি। সংস্থান অমা ওইনা মসি মওং অনিদা মরু ওইনা থম্নবা য়াই। অহানবদা ধর্ম্মগী নিয়ম-নীতি তম্বিনবগীদমক ছত্র লিংখৎপা। অনী শুবদা লৈবাক্কী মহৈরোইশিংদা লাইরিক-লাইশু তম্বিনবা নামঘর লিংখৎপা। ছত্রশিংসিদা থৌরম অনী থোক্লা চৎখি। থৌরম অমদি ধর্ম্মগী মরমদা তমশিনবা অমসুং খীজিনবা অনী শুবা থৌরমদি ছত্রশিংসিগা মহৈরোইশিংবু লৈহনদুনা লাইবিক লাইশু তমহনবা। ভক্তশিং, সন্ন্যাসীশিং মফমসিদা ছত্রাধিকারগী মখাদা লৈ। মহাক্লা মখোয়গী তাইবংপানগী অমসুং আধ্যাত্মিক্কী মরমদা য়াইফনবা অমসুং চাওখৎনবা ভার লৌই। মফমসিদা সন্ন্যাসীশিংনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইরিক তম্বা অমসুং থৌবম-থৌশিন হৈজিনবতা নত্তে বেদ অমসুং পুরাণগি মহৈ তানশিন্নী। অসিগীমথক্তা ছত্রাধিকার অমসুং ছত্রদা লৈবা অতৈ ওঝা-গুরুশিংনা হায়বদি ভাগবতী অমদি পাঠকশিংনা সন্ন্যাসীশিংদা মবক মবক্তা নৈনা খোৎনদুনা পাওতাক পীবি। অসিগী মথক্তা সন্ন্যাসীশিংসিবু হৈনবা তম্বিবদা খুৎনা ইবা সংস্কৃত লাইরিকশিং অসমীয়া লোনদা অনুবাদ তৌবনচিংবা থবক পী অমসুং অয়েকপা লাই কয়াসু য়েকহন্দুনা নৈনরগা অহানবা খুৎই-ইথোকপসু তম্বি। চহী কয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মগী নিয়ম-নীতিতম্নগা-শাথিকা চাং-য়েংদা মায় পাক্রবা সন্ন্যাসীশিংসিবু আসাম লৈবাক্কী মফম মফমদা থাদুনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোকপগীদমক থৌরাং তৌবিখি। মতুংদা সন্ন্যাসীশিংসিগী মরক্তা অয়াম্বনা আসাম লৈবাক্কী লৈখি লৈখিবা মফমদা অনৌবা ছত্র লিংখৎখি। মসিনা লৈবাক পুম্বদা লাইরিক লাইশু তম্বা, মহৈ তম্বা অমসুং সংস্কৃতি শন্দোকপগী য়াম্না খুদোং চাখি। অসুম তৌদুনা তৌবদগী ছত্রশিংসিদগি ফাওরবা কবি, ওঝা গুরু, দার্শনিক অমসুং ধর্ম্ম শন্দোকপগি মীওইশিং মায় পাক্লা থোরকখি।

নামঘর হায়বসি ধর্ম্ম অমসুং রাজনীতিগী মরমদা চঙবদা খুদোংচানবগীদমক খুঙ্গংগী মরু ওইবা সংস্থান অমা ওইনা লিংখৎলি। মসিনা অসমীয়াশিংগী মহৈমশীং সংস্কৃতি চাওখৎপগী মরমদা য়াম্না কান্নখি। মফমসিদা শাস্ত্রদা নত্তনা অবাংবা থাক্কী সাহিত্যগী মরমদসু নৈনৈ অমসুং আবৃত্তি তৌনৈ। অসিগী মথক্তা পুন্সিগী সমস্যাশিং, দর্শন অমসুং ধর্ম্মগী মরমদা নৈনৈ অমসুং য়েৎনৈ। খুঙ্গংগী মীওইশিং মসিদগী অনৌবা বাখল অমসুং অভিজ্ঞতা ফংজে। নামঘর হায়বসি হৌজিকসু পঞ্চায়েৎ শঙ ওইনা তরা মচানা শিজিন্নরি। মফমসিদা ময়াম্না তিন্নদুনা ধর্ম্মগীতা নত্তনা খুঙ্গাগী সমস্যা কয়াসু নৈনৈ। অসিগী মথক্তা হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা ময়ামগী সমস্যা, রাজনীতি, আর্থিক অমসুং সামাজিক সমস্যা কয়াগী মরমদা তান্নৈ। সংস্থা অসিনা খুনজাশিংদা অসমীয়াশিং মনুংদা লীচিং মান্নবা পুরকপদা য়াম্না মতেং ওই।

মথক্তা হায়খ্রিবা পুন্নমক অসিগী মথক্তা ছত্র অমসুং নামঘর অনীমকসিনা তুংদা পুথোরকপা থৌরমদি ড্রামা লেংখোকপা, ড্রামা অমসুং ঈশৈনোংমাই চাওখৎহনবা অমদি লীলা শানফম উপাক হাবা মচাং শাগৎপা অসিনচিংবা। মখল অহুমসি ময়ামদা সংস্কৃতি শন্দোকপা অমসুং

মীপুম খুদিংদা ঈহৌ পীবা শুদ্ধা য়াম্না পাজল লৈবা খুৎলাইনি। শুসি ফাওবা অঙীয়া নট হায়বসিগী মচাকতি মরু ওইনা ঈশে অমসুং জগোইনা অনখা ওইরিবনি অমসুং নামঘর হায়বসিদা মসি পাঙথোকই। মফমসিদা হৌজিকসু খুঙংগী মীওই পুম্নমক পুম্নি অমসুং পুন্সিগী অমসুং ধর্ম্মগী মরমদা লুরবা সমস্যাশিং নৈনবা, রামায়ণ মহাভারত অমসুং ভাগবত পুরাণগী ৱারীগী লিলা শান্নবদু য়েংই। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী পথাপ্তা চখজরবা অসমীয়াশিংনা মখোয়গী পজিকাদা উৎসব অমসুং সাধু-সান্যাসী পোকপা, লৈতবা নুমিৎনচিংবা পালন তৌবা মশীং হেনগৎহনখি। মসিনা গ্রামা শানবগী মওং পাকথোকহনখি অমসুং অৱা-অনানা নৈথৎলবা তরা মচাগী পুক্নিংদা পোখাফম ওইখি।

ঐখোয়না হায়জগ্রে বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ঈহৌ লাকপসিগী মতমসিদা সংস্কৃত চর্চ্চা অমুক্কা হনৌ নৌনা হৌরকখি। মসিনা মমাঙদা লৈরমদবা মহৈ-মশীং তম্বগী অমসুং লৈবাক অসিগী অহৈ অসিংবা পুনসি চাওখৎহনখি। সংস্কৃত হায়বদি অরিবা লোন অসিনা অসমীয়া পুন্সিগী সংস্কৃতি চাওখৎপদা মরম পুম্বদা য়াম্না মতেং ওইখি। মসিনা অসমীয়া লোনগী মমল খ্বাইদগী তোপতোপ্পা হেনগৎহনখি অমসুং অসমীয়া লোন অসিগী সাহিত্য শেম্বিদুনা মতম লৈবা খিবিক্তা লোন অসি হিংদুনা লৈবগী খিবমদা পুখৎপীখি। মসিনা মখল মখলগী মীওইশিংনা পুল্লগা ওইরকপা অসমীয়াশিংগী খুনাইদা লমচৎ শাজৎ ফজবা অমসুং থকশি-খাসি নাইবনচিংবা মচাক্না লৈতেং ওইদুনা অসমীয়া সমাজবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎপীখি।

# মরীশুবা তাংকক

## অহোমশিং অমসুং অসমীয়া সাহিত্য

মমাংগী তাংকক অমদা ঐখোয়না হায়জখ্রে: সুহাংমুঙ দিহিঙ্গিয়া (১৪৯৭-১৫৩৯) রাজা হায়রবসিনা চটীয়া, কাছাড়ী, ভূইয়া, নাগা অমসুং টাই কাঙলুপকী জাৎ অহোমশিংদগী য়াম্না হান্না নোংপোক আসামদা খুন্দাখ্রবা শাগে খরগা লোয়ননা পুনশিল্লগা অহোম নিংথৌগী মখাদা লৈতানা লৈহনখি। হিন্দু ধর্ম্মদা থবায় যাওশিনবদা সুহাংমুঙনা ইহান হানবা অহোম নিংথৌনি। নিংথৌসিগী মখাদা হিন্দুধর্ম্মগী পাঙ্গল হেনগৎলকপদা নত্তনা মহাক্না পাল্লিঙৈদা শঙ্করদেবনা হৌদোকপিবা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি য়াম্না শন্দোকখিবসি ঐখোইনা উবা ফংঙি। সুহাংমুঙগী মতুংদা ওইখিবা নিংথৌশিংদি-সুক্লেংমুঙ গর্গ্যরাজা (১৫৩৯-১৫৬২), সুকামফা খোরা রাজা (১৫৫২-১৬০৩), প্রতাপ সিংহ (১৬০৩-১৬৪১), জয়ধ্বজ সিংহ (১৬৪৮-১৬৬৩), অমসুং চক্রধ্বজ সিংহ (১৬৬৩-১৬৬৯)। মখোয়সি লোয়না থৌনা ফবা অমসুং খুক্কন পাংগনবা নিংথৌ ওাক্কনি। মখোয়না মায়পাক্না মোগল আক্রমণ কয়া মায়োক্নখি অমসুং নোংপোক ভারততা ইসলাম ধর্ম্ম শন্দোকপা ফজনা থৎখি। মখোয়গী শাসন মতমদা পুন্সিগী হীরম খুদিংদা আসাম লৈবাক অসি অবাংবা থাক্তা কাখৎখি অমসুং হিন্দুধর্ম্ম অমদি সংস্কৃতি মখোয়গী মখাদা অপনবা লৈতনা চাওখৎখি। কলা অমসুং অসমীয়া সাহিত্যসু মখোয়গী কোনুংদা য়াম্না নৈনখি। ইং ১৬৮১ দা তুংখুনজিয়া বংশগী নিংথৌমচা গদাধর সিংহনা ফম্বান কাখি। মহাক্না নিংথৌ ওইদ্রিঙৈদা গদাধর সিংহ অসি লোরা রাজা হায়বা পাল্লিবা নিংথৌসিগী মখুত্তগী হিংনবা কোইচেন চেন্দুনা লোত্তুনা লৈখি অমসুং মহাক্কী তালোয় জয়মতী কুমারী হায়বসিবু ফাদুনা মহাক্কী মপুরোইবগী পাউ খঙনবা য়াম্না ওৎ-নৈব তৌবিখি। মপুরোইবনা লাক্কুনা লোৎনা উনরদুনা হায়দোক্লবা হায়রবা ফাওবদা জয়মতীনা মপুরোইবগী মরমদা করিগুম্বা পাউ অমতা ফোঙদোকখিদে। জয়মতীনা মপুরোইবদা লাম্মী খোমদুনা দেশ অমসুং দেশগী মীওইশিংবু লোরা রাজানা ওৎ-নৈবদগী ঙাক্লবা তকশিনখি। অসুম্বা ওৎ নৈবিবদুগা মমৈদা জয়মতী মালেমদগী বিদায় লৌখি অমসুং মহাকপু সতী অমনি হায়না পুজা তৌনখি। চহী খুদিঙ্গি লৈবাক্কী মফম খুদিংদা মহাক্কী লৈতবা নুমিৎ অসি পালন তৌই। ঙসি ফাওবা কবিশিংনা মহাক্কী পুন্সিগী ফিদমশিংদগী ঈহৌ অমা ফংজে অমসুং মহাক্কী কথোকচবম্বা পুন্সিগী স্মৃতিদগী শৈরেং অমসুং ড্রামা কয়া লেংবগী মচাক ফংজে।

গদাধর সিংহ হায়বসি য়াম্না খুকন-পাঙ্গনবা নিংথৌনি। মহাক্না পাল্লিঙৈদা মোগলশিংবু অরোইবা ওইনা আসামদগী তাম্থোকখি। নিংথৌ অসি শাক্ত ধর্ম্মবু চপ যুংনা য়াজবা অমসুং ধর্ম্মসিগী মতুং ইনবা নিংথৌ অমনি অদুনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎনবা মহন্তশিংবু মহাক্না য়াম্না শাথিনা ওৎ-নৈবিখি। বৈষ্ণব মহন্তশিংনা মখোয়গী সেবকশিংগী মথক্তা য়াম্না প্রভাব লৈবদু উবদা অহোম নিথৌশিংদা অকায়বা লাক্কদরা হায়দুনা অকিবা অমা পোকখি। গদাধর সিংহনা অদুনা বৈষ্ণব মহন্তশিংগী লনথুম্ পুন্নমক মৎহনখি অমসুং মখোয়বু ছত্রদগী তাম্থোক্খি, খরবু হাৎখি অমসুং খরগী মখুৎ মশা কক্থৎখি। গদাধর সিংহগী উত্তরাধিকারী রুদ্রসিংহনা ছত্রশিং অমুক্তা হন্না হিংদুনা লৈরিবা মহন্তশিংদা নত্রগা লৈশ্রিব্রবশিংগী উত্তরাধিকারশিংদা হন্দোকপীখি অমসুং মখোয়গী মনুংদা বৈষ্ণব মহন্ত খরবু কোনুংদা নিংথৌগী থৌজাল ফংহনখি। অদুম ওইরবসু মহাক শাক্ত ধর্ম্মবু

শৌগৎপী। মহাক্কী শাসন লোইরমদাইদা নদীয়াদগী মহাক্কা কৃষ্ণরাম ভট্টাচার্য্য ন্যায়বাগীশ হায়বা শাক্ত ব্রাহ্মণ ভক্ত অমা মহাক্কী কোনুংদা পুরকখি অমসুং শিরমদাই ওইরক্লবা মতমদা ফাওবা ফমুংদা খাণ্ডদুনা লৈবা মতমদা মহাক্কী উত্তরাধিকারী শিবসিংহবু গুরু কৃষ্ণরাম হায়বসিদা দীক্ষা লৌনবা পাওতাকপীখি। অহম নিংথৌনা শাক্ত ধর্ম্মদা চণ্ডশিনবা অমসুং মহাক্কী মখাদা লৈবা লূচিংবশিংবুসু ধর্ম্মসিদা দীক্ষা লৌহনবসিদা বৈষ্ণবশিংগী কায়নবা য়েংথিনবা ওইখি।
রুদ্রসিংহ হায়বসি য়াম্না খুকন-পাঙ্গনবা নিংথৌ ওইরম্মী অমসুং থবক ওম্বা অমসুং য়াম্না আশা চাউবা নিংথৌনি। মহাক্কা নোংপোক ভারততা হিন্দু লৈবাকশিং অপুনবা মরুপ (confederacy) অমা লিংখৎলগা মোগলশিংগী মায়োক্তা লান তৌনবা অমসুং নোংপোক ভারত্তা হিন্দুশিংনা মনীংতম্না পান্নবা কন্ন হোৎনরম্মী। রুদ্রসিংহনা শিল্প, কলা, সাহিত্য অমসুং মহৈ-মশীং তম্ববু য়াম্না শৌগৎপী। মহাক্কা শিল্পশিংবু, ঈশৈ-নোংমাই তৌবা মীওইশিংবু, অমসুং বিদ্বানশিংবু বার্ত্তোন তৌদুনা আসামদা পুশিনবিরম্মী। কবি অমসুং সাহিত্যিকশিংবু মহাক্কা অসমীয়া সাহিত্য চাওখৎহনবগী ব্রাখলদা মরাং কায়না মতেংপীদুনা শৌগৎপীখি। রুদ্রসিংহ লৈতবা মতুংদা মহাক্কী মচাইবুঙো মরীনা মথং মনাও নাইনা আসাম লৈবাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। মখোয়দুদি শিবসিংহ, প্রমত্ত সিংহ, রাজেশ্বর সিংহ অমসুং লক্ষ্মী সিংহ হায়বসিনি। অরোয়বদা পল্লিবা নিংথৌসি লৈতবা মতুংদা মচাইবুঙো গৌরীনাথ সিংহ (১৭৮০-৯৫) না নিংথৌ ওইবিখি অমসুং মহাক্কী মতুংদা কমলেশ্বর সিংহনা (১৭৯৫-১৮১১) আসামগী নিংথৌ ওইবিখি। শিব সিংহ, প্রমত্ত সিংহ অমসুং রাজেশ্বর সিংহ না (১৭১৪-১৭৬৯) নিংথৌ ওইনা পাল্লিখৈদা দেশ অসি য়াম্না ঈংতপ্পা লৈরম্মী অমসুং নিংথৌশিংসি কলা অমসুং সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবগী মতম ফণ্ডলম্মী তোইগুম্বসুং ১৭৬৯ ইং দগী ইমুং মনুংদা লাঁচিং মানদবনা লাক্তবা হৌরকই অমসুং দেশ অসি কায়থরকই অমসুং উপায় লৈতদনা দেশগী ইরাং ওাক্লবা মপানগী মতেং লৌবা দরকার তাখি।
১৮১১ ইংদা কমলেশ্বরগী মতুংদা মনাওনিপা চন্দ্রকান্ত সিংহনা নিংথৌ ওইখি। নিংথৌ অসিগী কোনুংথন্বা লূচিংবা থন্না মন্ত্রীমকোক পূর্ণানন্দ বড়গোহাইন হায়বসিগী শাক্তৎ-লিচৎতা য়াম্না পেনখিদে। মসিনা মরম ওইদুনা মখোয়না কবো নিংথৌদা চংজদুনা মন্ত্রীমকোক অসিগী অকায়বা মায়গৈদা চথবা শাসন অসি মুখৎনবা হায়জখি। কবোশিংনা ১৮১৭ ইংদা আসাম আক্রমণ তৌখি তোইগুম্বসুং পূর্ণানন্দদি কবোশিংনা কোনুং চণ্ডক্রিখৈদা মলেমদগি বিদায় লৌখি। অসুম ওইরবসু চন্দ্রকান্ত নিংথৌ ওইনা ১৮১৮ ইং ফাওবা পাল্লম্মী। চহীসিদা পুরন্দর সিংহনা চন্দ্রকান্তগী মখুত্তগী সিংহাসন নুনখি। চন্দ্রকান্ত ১৮২১ ইংদা কবোশিংনা রায়েনবিবা, মতুং ইন্না অমুক্কা নিংথৌ ওইখি-অদুবু কবোশিংনা য়াম্না ওৎ-নৈবা থাওবা ওমদদুনা কবোশিংগা লান তৌবা তাখি অমসুং মায়থিবা ফংদুনা বঙ্গদেশতা চেনদুনা থাওখি। মহাক্কা বঙ্গদেশতা চেনবসি ১৮২২ ইংদনি অমসুং মতমসিদগী আসামদা কবোশিংনা মপুং ফানা খুদুম চনখি। তোইগুম্বসুং ১৮২৪ ইংদা ব্রিটিশ কাণ্ডলুপনা আসামদা চণ্ডশিল্লকই অমসুং কবোশিংবু আসামদগী তাদ্রোকখি। ১৮২৬ ইংদা জান্দাবুদা তৌবা সন্ধি মতুং ইন্না আসাম লৈবাক অসি ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানীগি মখুত্তা চনখি। ১৮৩৩ ইংদা পুরন্দরসিংহবু নোংপোক আসামগী লোইপোৎ কাবা নিংথৌ ওইনা হাপখি তোইগুম্বসুং অকক্লবা লোইপোৎ শুনা থীবা ওমদবদগী ১৮৩৬ ইংদা মাগী লৈবাক অদু কোম্পানীগি লম ওইখি। অহোম নিংথৌশিংগী চহী ৬০০ রোম নোংপোক ভারত্তা সনাগী যুগ হায়না খণ্ডনবা শাসন অদু ভারততা মতম কুইনগী দমক্তা অসুম্না লোইশিনখি।

মসিমদি য়েৎনবা লৈতনা হায়বা য়ায় মদুদি অহোম নিংথৌশিংগী চহি চা কয়া পাল্লিঙেগী মতমদা লৈবাক অসিদা য়াম্নাময়া চেংপা অমসুং অফবা শাসন লৈরম্মী, মুসলমান আক্রমণদগী আসামবু ঙাকুনা থমখি অমসুং দেশবু শান্তিদা, নিয়ম-নীতি মখাদা অমসুং ইনাক কৈয়াক খুম্না থমখি। অহোম নিংথৌশিংনা আসামগী মনুং চনবা লৈবাক মচা মচা পুন্নমক পুনশিনদুনা অমসুং সিমানা লৈবা চীংমীশিংনা তাবা লমদম পুন্নমকপুসু অমতা ওইনা তীনশিনদুনা ভৌগোলিক অমসুং রাজনীতিগী মীৎয়েংদা মপুং ফাবা আসাম হায়রিবসি শেমগৎপীখিবনি। অহোম নিংথৌশিংগী মতমদা খ্যায়দগী হেন্না শীংথানবা য়াবা থৌরমদি রাজনীতিগী মীৎয়েংদা দেশ অসিবু অমতা ওইনা পুনশিনবা অসিনি মসিনা মতমগী মতুং ইন্না মফম অসিগী মীশিংগী মরক্তা খুন্নাইগী, কৃষ্টিগী অমসুং লোনগী মরমদা মীওইশিং মনুংদা অমতা ওইবগী ঈহৌ পোকখি।

অহোম নিংথৌশিং পানবা হৌগৎলকপা মতমদদি জায়গীর লৌচাগী ওইবা পথাপ হৌদোকই অমসুং পাল্লিবা নিংথৌশিংনা অৱাংবা থাকতা ইতোপ তোম্না লৈরগা নিংথৌশিংদুগী শাগে নাতে খুদিংবু তোম্বনা লৈজবা দেশগী লৌমিশিংগা করিমতা সামাজিক মরী থমহনদে। মতম কয়াগী মতুংদদি অহোম নিংথৌশিংনা মখোয় শাগে নাতে খরগতা লোয়ননা পাক চাওরবা দেশ অসি শাসন তৌবা অৱাবা থবক অমা ওইনা থোকখি। মখোয়সি ইহান হানবদা লান ঙম্বা মীওই ওইনা সুকাফা অমসুং মহাক্কা লোইনবা মী খরদংগা দেশসিদা লাকপনি। মরমসিনা মখোয়না য়াম্না রাখল লৈবা আকবর বাদশাহগুম মখোয়গী মথাদা লৈবা অহম নত্তবা হিন্দু ইমুংগী মীওইশিংগা চারৌ-মরৌনদুনা মখোয়গী মরীমতাংগী মশীং হেনগৎহনখি অমসুং অদুগুম্বা অনৌবা মরীমতাং শিংদুদা পীবা য়াবা কোনুংগী মীশিংনা পুরম্বা ফম পীশিন্নী। অনৌবা চঙশিন লকপা মীতোপশিংসি মপুং ফানা অহোম কাঙলুপতা ওনশিনখি অমসুং অরিবা অহোমশিংনা ফংবা খুদোং চাবা পুন্নমক মখোয়দসু ফংহল্লি। অহোমশিংসি চহী খরগী মনুংদা হিন্দুশিংগী নিয়ম-নীতি চৎনবী লৌখি অমসুং লৈবাকসিদা ইসলাম ধর্ম্ম শন্দোকপা মায়পাক্লা ঙাকথোক্তুনা মখোয় মশাবু হিন্দু ধর্ম্মবু ঙাকশেনবিবা মীওইশিংনি হায়না খনজে।

অহোম নিংথৌশিংনা হিন্দু ধর্ম্ম প্রচার তৌবগিদমক করি তৌরম্মী অমসুং হীরমসিদা মখোয়গী করি দান লৈ হায়বদুগী মরমদা করিমতা হায়রবদি মতমদুগী ইতিহাস মপূংফারে হায়বা য়াদে। হিন্দু ধর্ম্মগী প্রভাব অসি ইহান হানবদা অহোম নিংথৌ সুদাংফা বামুনী ওনবারগী (১৩৯৭-১৪০৭) কোনুংদা চঙকপনি। মহাক অসি ব্রাহ্মণ অমগী ইমুংদা চাওরকপনি। হিন্দু ধর্ম্মগী প্রভাব অসি প্রতাপ সিংহ নিংথৌগী মতমদনা খ্যায়দগী হেল্লি। মহাক মশামক নিংথৌ ওইদ্রিঙেদা ভূত চুরূবদগী ব্রাহ্মণ পুরোহিতনা ফহনখিবদা ব্রাহ্মণ-পুরোহিতশিংদা শ্রদ্ধা-ভক্তি য়াম্না উৎখি। পথাপকি মতুং ইন্না ইহান হানবদা হিন্দু ধর্ম্মদা দীক্ষা লৌবদি জয়ধ্বজ সিংহ হায়বসিনি। জয়ধ্বজ নিংথৌ অমসুং মহাক্কী মচা-মশুশিং লোয়া রাজা ফাওব বৈষ্ণব ধর্ম্মদা দীক্ষা লৌখি। নিংথৌ গদাধরসিংহগী মতমদা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা চঙশিনবা মীওইশিংবু য়াম্না ওৎ-নৈবী অমসুং শাক্তধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংতবু শৌগৎপী লোয়ননা শাক্ত পুরোহিতশিংবু য়াম্না ইকাই খুম্নে অমসুং শ্রদ্ধা-ভক্তি তৌই। মহাক্কী মচানিপা শিবসিংহনা নিংথৌ ওইবা মতমদা মহাক অসি শাক্তব্রাহ্মণ অমগী সেবক ওইখি। মরমসিনা শাক্তশিংনা য়াম্না পাঙ্গল লৈখি অমসুং মথক থোংবা ওইখি। নিংথৌনা শৌগৎপীবা কাঙলুপকা নিংথৌগি মতেং ফংদবা ওৎনৈবিবা বৈষ্ণব কাঙলুপকা য়েংথিনবা হৌখি। শিবসিংহগী মহারাণী ফুলেশ্বরীনা মোৱামারী শাগেগী

বৈষ্ণবশিংবু শক্তি পূজাগী বার্তোন তৌদুনা পুরক্লগা য়াম্না ইকাইহনখি। মরমসিনা বৈষ্ণবশিংনা শাওদুনা অহোমনিংথৌগী মায়োক্তা ফোংনা লানহৌখি। ধর্ম্মগী মরমদা লানহৌবসিনা অহোম শিংগী শক্তি মরায় চায়থরকখি অমসুং কায়খি। ধর্ম্মগী মরমদা য়েংথিনবসিদগি থোরকপা অকায়বা পূম্নমক মতমদুগী অসমীয়া সাহিত্যদা মমি তাখি। মসিমদি নিংশিংফম থোকই মতমসিগী অহোম নিংথৌশিংনা শাক্ত লাই অমসুং দেবীগী লাইশঙ য়াম্না শাখি অমসুং লাইশঙশিংসিদা শাক্তধর্ম্মগী নিয়ম-নীতি নৈনফম ওইখি অমসুং শাক্ত ধর্ম্মগী শাস্ত্রশিং অসমীয়া লোনদা অমদি সংস্কৃতদা লোন অনিমক্তা মন্দিরশিংসিদা লাইশোন ঈশে ওইনা শকই, থী অমসুং অর্থ খঙনবা শব্দোক্লা তাকই। অসুম তৌদুনা শাক্ত সাহিত্য অসমীয়া লোনদা ইথোকখি অমসুং চাওখৎখি।

অসিগী মথক্তা অহোমশিংনা দেশদা তাররিবা মখল মখা য়াম্নবা শাগেগী মীওইশিংবু অমসুং সংস্কৃতিবু পূনশিনখি। মসিদি অওইবনি অহোম নিংথৌশিংসি হিন্দু ধর্ম্ম অমসুং অদুগী নিয়ম-নীতি লৌশিল্লবসু মপামপুশিংগী ধর্ম্ম অমসুং পথাপ পুংথা থাদোকখিবদি নত্তে। অহোম নিংথৌশিংনা ফম্বান কাবদা হিন্দু ধর্ম্মগী পথাপ অমসুং লনাইগী ওইরম্বা থায়নগী পথাপ অনীমক ঙাকুনা চৎলি। মপা-মপূগী মতমদা চৎনরম্বা "রিক্তভন" হায়বসি অহমনিংথৌ অনৌবনা ফম্বাল কাবদা পাঙথোকই। নিংথৌ খুদিংনা ফম্বান কাবগা মিংথোল অনী থম্মী। মিং অমনা অসমীয়া হিন্দুগী মত মতুং ইন্না থম্মী অমনা থায়নগী ওইবা অহোমশিংগী মত মতুং ইন্না থম্মী। অহোমনিংথৌশিং মখোয় মশাবু সোরারেণগী (ইন্দ্র) মচা মশুনি হায়না খনজে। অদুনা নিংথৌগী বংশবু ইন্দ্র বংশ হায়না খঙনৈ। অহোম লাই অমসুং মশিগী মরমদা থায়নদগি মথং মথং তানরকপা ৱারী পূম্বমক্কী ব্রাহ্মণ্য ধর্ম্মগী লাইশিং অমসুং ৱারীগা অমত্তনি হায়না খঙনৈ। মরমসিনা অহোম অমসুং হিন্দু কাঙলুপ অনীমক্কী লাইয়াম অমতনি খল্লি। অসিদা খজিক্তং খেন্নবদি লোন অমসুং হেন্না মমল পিবাতনি। অদুম ওইনমক খুদম ওইনা উৎপা য়ায় "চাওফা" হায়বদি স্বগগী লাই অসিগা অহোমশিংগী মপা-মপুশিংগা "লেংদান" (ইন্দ্র) হায়বসিগা অমতনি হায়না লৌনৈ। অসুম্না অহোমনিংথৌ "জাচিংফা"গা সরস্বতীগা অমত্তথি হায়না পানদমনৈ। "লুচচাইনে"গা বায়ুগা পান্দমনৈ। অতৈনা "খনফা-ফা" হায়বসিগা দেবীগা পান্দমনৈ। "খুনতুনগা" নুমিৎকা "খুনবান"গা থাজগা পান্দমনৈ অমসুং "লাউখে" হায়বসিগা বিশ্বকর্ম্মাগা পান্দমনৈ।

ধর্ম্মদা অমসুং ইরাৎ-পূজাদসু মখোয়না অনীমকসি পূনশিন্নবা হোৎনখি। মখোয়না হিন্দুশাস্ত্রবু অশেংবনি হায়না লৌজে অমসুং ব্রাহ্মণ অমদি বৈষ্ণব মহন্তশিংবু ইকাইখুম্নে। অসিগী মথক্তা মন্দির অমসুং ছত্রবু ঙাকশেন্দুনা থম্নবা শেনথুম্ মতেং ওইনা পীবি। অসিগা লোয়ননা থায়নগী অহোম মত চৎপা পুরোহিতশিংবু লুহোংবা ফম্বমকাবা অমসুং নাবগী মতমদা ইরাৎ পূজা তৌহন্দুনা ইকাইখুম্নে অমসুং অশেংবা মীওইশিংনি হায়না খনজে।

পথাপ অসি হায়বদি পূন্‌শিনবগী মওংসি লোনগী মরমদসু মদুমঙায় অসমীয়া সংস্কৃতিগা পুনশিন্দুনা অমতা ওইবগী ৱাখল্লি। অহোমশিংগী লোনদি তিবেত্তো বর্ম্মণ লোননি অদুগা অসমীয়া লোন্না আর্য্য ভাষাদগী হৌরকপনি। অহোম নিংথৌশিংনা ইহান হানবদা অহোম লোনবু কোর্টকী অমসুং কৃষ্টিগী লোন ওইনবা হোৎনখি অমসুং ইতিহাস, কুম্মাবা অমসুং অতৈ অরিবা লাইরিকপুম্বা অওইবমক অহোম লোনদা ইখিরম্মী অদুবু অপনবা কয়া লাকখি হেন্দোক

থোইদোক্লা অসমীয়া প্রজা অয়াম্বনা অহোমলোন করিমতা খঙদে। মরমসিনা হিসাব-কিতাবগী লাইরিক রেকোর্ড পুম্বা অমসুং লম-তুগী মরমদা ইবা লাইরিকশিং অহোম লোন অমসুং অসমীয়া লোন অনীমকতা ইবা তাখি। মতুংদা পথাপ অসি থাদোকখি অমসুং অহোম লোন তোক্তুনা অসমীয়া লোনতা মপূং ফানা থমখি। অহোম লোন লোনবা অহোমশিং পুন্নমক আর্য্যভাষাগী ওইবা অসমীয়া লোনদা অমতা ওইনা লৈবিনবগী ভাবতা পুনশিনখি। অদুম ওইরবসু অহোমশিংগী ৱাহৈ-ৱাতা য়াম্না লাইনা অসমীয়া লোনদা লৌশিনবীখি অমসুং অহোমশিংগী ৱাখলসু অসমীয়া লাইরিক অমসুং সাহিত্যদা চঙশিনখি হেন্দোক থোইদোক্লা বুরঞ্জি ইবদা।

অহোমশিংগী ইতিহাসদা য়েংগদবা হীরম অমদি মুসলমানশিংনা তত্তনা আসাম আক্রমণ তৌবা। মুসলমানশিংনা তত্তনা আক্রমণ তৌবসিনা অফবা অমসু ওইখি। মুসলমান আক্রমণগী মমাংদা আসাম অপুনবা জাতি অমা ওইবগী পুনসি লৈরমদে। ময়ামগী মায়য়োক্তা লাকপা খুদোং থিবা অসিনা মখোয় ময়ামদা তিন্নবা য়াদবগী ৱাখল লৈরম্বদু কোকখি। কোচ, কাছাড়ী, অহোম অসমীয়া পুন্নমক পাঙ্গল লৈবা নিংথৌ অমগী মখাদা পুল্লপ জাতি অমা ওইনা পুনশিনখি। করিসু লৈত্রবা অপিকপা ৱাখল, তোপ্পা লৈনিংবগী ৱাখল মশাংগী নত্রগা লৈকায়গী ৱাখল লোইনা থাদোক্তুনা জাতি অমা ওইনা পুকচেল চাওথোকতুনা পুনশিনদুনা লৈনবগী ৱাখলদা পুক্নিং চঙখি। অপুনবা অসমীয়া সংস্কৃতিগী মরা অসুন্না তাখি। খ্বায়গী ওইবা অৱাবা তারকপদা দেশ নুংশিবগী ৱাখল পোকখি অমসুং দেশ ঙাকপদা মশীং ফনা য়াম্বা নুপা নুপী মীওই কয়ানা থৱায় কৎপদা পাম্মুখিদে অমসুং দেশ সেবাদা থৱায় থাখিবগীদমক মখোয়দু অমর ওইদুনা লৈরবনি। মোগলসিংনা আক্রমণ তৌবদা মমা লৈবাক্কীদমক মথৱায় কৎখিবা মীওই ফনা য়াম্মী। মখোইগী ৱারীশিংসিনা হৌজিকসু অসমীয়া নুপী-নিপাশিং পুন্নমক্কী পুক্নিংদা ঈহৌ পীরি। অহোমশিংনা লমদমসিদা চঙকপা মতমদা দেশকী রাজনৈতিক অমসুং খুন্নাইগী ফিভম পুক্নিং কায়নিঙায়নি অমসুং মফম মরাং খঙদবা ইচাই চাইবা অবস্থাদা দেশ অসি লৈরম্মী। মীশিং অদু হোৎনবা অমদি থবক তৌববুদি মন্ত্র-যন্ত্র-চাবান থাবন-চিংবদনা হেন্না মথৱায় য়াওরম্মী। মুসলমানশিংগী আক্রমণ লাকপদা ময়াম পুন্না থৌনা উৎপা মশা মথন্তা লেপচবা অমদি মরৈবাক্কীদমক শেমশাবদা হেন্না মথৱায় য়াওখি অমসুং মদুগী অতোপ্পা মহৈ ওইনা অন্ধবিশ্বাস (অরানবা ধর্ম্মদা থাজবা) কয়া থাদোকখি। মোগল আক্রমন্না আসাম লৈবাকপু ভারতকী শরুক অতৈগা নকশিনহনখি। মরী অসি খৃঃ চহিচা ১১ অমসুং ১২ শুবদা তৎলুরবনি। আক্রমণ অসিনা সংস্কৃতিগী মরমদা অতৈ জাতিগা মরী লৈনবগী খুদোং চাহনবা ওইখি হেন্দোক থোইদোক্লা মুসলমানশিংগী প্রভাব কলা থোইদোক্লা লাইয়েকপা ঈশৈ নোংমাইদা য়ামনা লৈখি। মসি শীংথানবা য়াবা থৌরমনি। সুফী ধর্ম্মগী মতুং ইন্না অসমীয়াদা ফকিব অমসুং জারী ঈশৈ হায়বসি চঙঙকই। পীর অমসুং ফকিরশিংনা শীংথানবা য়াবা শরুক হাপখি। অসুম তৌদুনা পারশী অমসুং আরবী ৱাহৈ কয়া অসমীয়া লোনদা চঙশিনলকখি।

অহোমশিংনা মপানদগী আক্রমণ ঙাকথোকপগি থবক তৌবতা নত্তে দেশ মনুংদসু মরা চেৎনা লৈনবা থৌরাং কয়া তৌই। মখোয়না পাক চাওরবা লম্বেন শেম্মী, চৎথোক-চশিনগী খুদোং চাহল্লি, ডাক-চৎনবা থৌরাং তৌই, অনৌ অনৌবা কৈথেল শেমগৎলি সহর অমসুং মন্দির শেমগৎলি অমদি খুঙ্গংশিং নৌনা অমুক শেমগৎলি। অদুগি মথক্তা খুন্নাইগী অমসুং লৌমিশিংগী

চাও-খৎ থৌরাং পায়খৎলি। লম্বী-থোঙ ফগৎলকপসিনা দেশদা রাজনৈতিক্কী মরমদা, সামাজিক অমসুং সংস্কৃতিগী চাওখৎ লম্বীদা খুদোং চাহনখি। মসিনা মচোই মচোই তাবা মীওইশিং পুন্নমকতা জাতি অমা ওইনা হিংবগী অকনবা ৱাখল অমা পোকহনখি অমসুং অসমীয়াশিংগী মনুংদা অমতা ওইবগী ৱাখল লাকখি। অসিনা লম্রোন ইতিক অমসুং সামাজিক্কী মরমদা অমগা অমগা তিন্নবগী খুদোং চাবসু যাম্না পাকথোকহনখি অমসুং অপূনবা অসমীয়া সংস্কৃতিগী ৱাখল অমসু পোকহনখি।

অসিগী মথক্তা যোরহাট, গৌহাটি, গোরগাও, অমদি রংপূর অমসুং মফম অতৈদা অচৌবা-মচা সহর কয়া শেমগৎলি। মসিদা সহরদা মী-লৈবা হেনগত্তুনা সহরশিং চাওখৎপা হেনগৎখি। অসমীয়াশিং মনুংদা অফ-নুঙাইনা লৈবা মীওইশিং ইনাক খুনবঅচৌ অশাংশিং অমসুং সহরদা লৈরবা অচৌ-অশাংশিং মখোয়গী পুন্সি মরেল, ফিজেৎ-চাকচা আদব-কায়দানচিংবা লনাইগী ওইবা সংস্কৃতি ঙাক্লা লাইরিক লাইশু তম্বদসু সহরগী ওইবা লোনচৎ শাজৎ মখোইগী মরক্তা উবা ফংই। অনৌবা য়াহৌ অমা লাকপসিনা খুঙ্গাগী পুন্সিমরেলগা খেন্নখি। খুঙ্গাগী মীওইশিংদি থায়নগী অখুবা মীৎযেং অমসুং ৱাখলদা নুংবংনবা ফিভমদা পুন্সি লেম্লোকই। সহরদা কাখৎতুনা লৈখিবা মীওইশিংনা মশীং য়াম্না লীক্লবসু খুঙংগী মৈহৌরোন্দগী লৈরক্লবা সমাজগী মনুংদা ঈহৌ অমা পুরকপা ঙমখি। মসিনা অনৌবা ৱাখল পোকহনদুনা ধর্ম্মদা কাহেন্না থাজদবা ওইহনখি অমসুং ধর্ম্ম তিন্নবা মশা মশাগী কাঙলুপ মপানগা মরী থম্বগী ৱাখল তৌদনা ইতোপ তোপ্পা লৈজবশিংগী মনুংদা পাকচাউবা ৱাখল পোকহনখি অমসুং পৃথিবীগী মফম অতৈগী মীশিংগা চান্নচিন্ননা অমতা ওইনা লৈবিনবগী ৱাখলসু পোক্‌হনখি। সহরদা লৈবা কাঙলুপশিং অসি শিল্প, সাহিত্য অমসুং ঈশৈ-নোংমাই-রোমদা চাওখৎনবা যাম্না মথক্তাই য়াওশিনখি। নিংথৌলোয়নবা মন্ত্রীশিং অমসুং অচৌ-অশাংশিংনা শৈরেং অমসুং সাহিত্য লেংবশিংবু মনা ওইনা লৌচা পীবিদুনা শৌগৎপী কবিশিংনসু মখোয়না ইবা শৈরেংদা নিংথৌনচিংবশিংদুবু ফজবা ৱাহৈনা থাগৎচে। নিংথৌশিং অমসুং অচৌ-অশাংশিংবু সাহিত্যদা থাগৎৱাহৈ পুক্লিংদা অহোংবা অমগা লোয়নবা লেংবদা সাহিত্যগী মায়কৈদা অহোংবা খরা লাকখি। অহানবা লাকপা অহোংবদি কবি রামমিশ্র, কবিরাজ চক্রবর্ত্তী, রুচিনাথ কন্দালী অমসুং বিদ্যাচন্দ্র কবিশেখরগী থাগৎ ৱাহৈ ৱাতাদনি। মখোয়শিবু অহোম নিংথৌনা ফজনা য়োকখৎ-শৌগৎপীখিবা মীওই ঙাক্তনি। থাগৎ ৱাহৈশিংসি য়াম্না মঙাল লৈবা অমসুং ইলং সংবা শেম শাবা বাহৈ ঙাক্তনি। মসি তানিংবা মীওইশিংদা য়াম্না পামজবা খুৎইনি।

অসিগী মথক্তা অহোম নিংথৌশিংগী রাজ সভাদু য়াম্না মরাং কায়না পোঙনা চাওনা লৈবম্মী; অদুনা কবিশিংগী ৱাখলবু অসিনা চৈথেং পীখি অদুনা শেমজিন শাজিনবা শক্ক খর উবা ফংই। মসি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী যুগকীগা খেন্নবা মরমদি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী যুক্তদি অচুম্বদুতা উৎলম্মী মসিদা শাজন্নবা য়াদে। বৈষ্ণব ধর্ম্মদদি য়াম্না পুক্লিং চঙনা অকনবা ব্রত পালন তৌবনা মরূনি। য়াম্না অকনবা ব্রত পালন তৌদুনা অমসুং লায়রনা লেনবা পুন্সি মরেলদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংনা মহৌশাগী নুঙাইনা লেনথোকপা পুন্সিবু তুংওইনা থম্মী অদুনা বৈষ্ণব সাহিত্যদা ইচমচম্বা মশাগী মহৌশা ওইজবা নুঙাইবা ফজবদু ফংই। চৌজিক্তি সাহিত্য অসি অসিগুম্বা অফা-অপুনদগী নাম্লোকলে অহোমগী অঙম অথৌশিংগী কা হেন্না কে নৌনা অমদি কা হেন্না ফনবগা লোইননা নুপা নুপী লৈনবা মরিদা হেন্না পামসিনবনা অহোম নিংথৌশিংগী রাজসভাগী অঙম্বশিং মনুংদা নুংশিনুংওনবগা মরী লৈনবা মওং শৈরেংসিদা হেনজিন্না উবা ফংঙি।

মসিগিদমক মখোয়বু ধন্যবাদ তৌফম থোকই। নিংথৌশিংগী কোনুংসি নুংশি-নুংওনগী য়ারীগী কেন্দ্র ওইখি। নিংথৌশিং অমসুং রানীশিংসু ভক্তি-শ্রদ্ধাগী য়ারীবুদি নুশিং-নুংওনগী য়ারীনা হেন্না পামখি। মরমসিনা কবিশিংনা ধর্মগী মরমদা নত্তবা নুংশিনুংওনগী মরমদতা য়ারী লেংথোকপীখি। পুরাণশিংদা নুংশি-নুংওনগী য়ারী মচাশিংনা মরাং কাইনা লৈবনা অহোম নিংথৌশিং কবিশিংদা পুরাণশিংসি অসমীয়া লোনদা অনুবাদ তৌনবা য়াম্না শৌগৎপী। বৈষ্ণব যুগকা অহোমশিংগী যুগকা খেন্নবদি অসিনি-বৈষ্ণবশিংগী যুগতদি সাহিত্যগী মচাকতি ঈশ্বরদা থব্রায়কথোকপগী মরমদনি অদুগা অহোমশিংগী যুগতনা মীবু কেন্দ্র ওইহল্লুনা নুংশি-নুংওনগী য়ারী মচাশিং ইবদনা সাহিত্যগী মচাক ওইখিবা অসিনি। সাহিত্যদগী স্বর্গগী ওইবা অমসুং থিদম লৌফম ওইবা মচাক পুন্নমক মুথখি। মীথয়েং হোংখিবসি মীৎ অচম্বনা উবা ফংবা অশেংবো শক্তম মায়গৈদনি। শৈরেং অমসুং নুংশিনুত্তোনগী য়ারী নাটকদসু সংসারগী অচম্বা নুপী-নুপাগী থবক-থনা অমসুং থৌরমশিংনা কবি ওইরিবশিংগী মচাক ওইখি।

## মঙাশুবা তাংকক

## অহোমশিংনা শৌগৎপীবা অসমীয়া সাহিত্য

আসামগী নিংথৌশিংগী মতমদা পুরাণ অসমীয়া লোনদা অনুবাদ তৌবগী থবক য়াম্না কন্না চত্থখি লোয়ননা কবিশিংবু লাইরিকশিং অসিগী থৌদোক কয়াগী হীরম ওইবা কাব্য লেংহনখি। পুরাণগী অনুবাদ অসিনা নিংথৌশিং অমসুং অচম্বা মীওইশিংদা লাইতিনগী মবমদা বারী তাবগী খুদোং চাহনখি। অসিতসু নত্তনা শাস্ত্রবিচারগী মতুং ইন্না তৌগদবা থৌরমশিং খঙবা ঙম্মী অমসুং অনুবাদ অসিদা নুংশি-নুংঙনগী বারীসু কয়া য়াওই। মসি পুন্নমকসিগী মথক্তা নাতে চানা লেংথোকপা মীওইশিংবু বারক-বাতেন্নবা আইন পরেংসু য়াওই। মসি অহোম নিংথৌশিংগীদমক্ত য়াম্না দরকার ওইরম্মী।

বিষ্ণুপুরাণগী শরুক অমা ইং শতাব্দী তরাতরেৎ শুবা অদুবাইদা রঘুনাথ মিশ্র হায়নসু খঙনবা ভাগবত মিশ্রনা অসমীয়া লোনদা অনুবাদ তৌথোকপীখি। মহাক্না সত্রতা তন্ত্রগী অনুবাদসু ছন্দগী মওংদা তৌবিখি। পরশুরাম দ্বিজ হায়বসিনা ইং শতাব্দী তরা মাপন শুবগী (১৮৩৬) ময়ায় ওইবা মতমদা বিষ্ণুপুরাণ মপূং ফানা অমসুং ময়েক্কী ওইনা অনুবাদ তৌবিখি। কবি অসিনা লোনদাদা অমসুং বর্ণনাগী মওংদা বৈষ্ণব কবিশিংগী মতুং ইন্নবসু মহাক্কী লাইরিক অসি সাহিত্যগী মগুণ কয়া চেনদে। অহোম নিংথৌ রাজেশ্বর সিংহনা (১৭৫১-১৭৬৯) পাল্লিঙৈদা হরিবংশগী ·বিষ্ণুপার্ব্বণ হায়বা শরুকসি কবিশেখর বিদ্যাচন্দ্র ভট্টাচার্য্যনা অসমীয়া লোনদা অনুবাদ তৌবিখি। মহাক্না হন্দোকপা লাইরিক অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণণা পোকপা অমসুং মতুংদা গোকুল নত্রগা বৃন্দাবনদা ষণশেন্নহাশিংগা লীলা শানবগী মতাংনি। মতাংসিদা য়েংগদবা মওং অমদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী ওইনা শ্রীমতি রাধা য়াওরসিনি। মূল সংস্কৃতদদি বৃন্দাবনদা শ্রীকৃষ্ণনা সঙ্গোম য়োনবী গোপীশিংগা রাসলীলা শানবসি বিষ্ণুপুরাণগী কুন শুবা তাংককতা উৎলি। অঙকপদি অদুদা শ্রীমতী রাধাগী মীংথৈসি শুকপন পনদে। অসমীয়া কবিনা রাসলীলাগী বারী ইথোকপদা রাধা অমসুং কৃষ্ণগা কায়নবগী নুঙায়তবা মৈচাক অমসুং হেক উনবদা নুংশিনবগী মওং উৎলি। শ্রীমতী রাধাবু শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী ভক্ত অমা ওইনা উৎপসি ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণগী মতুং ইন্না ওইবা তায় অমসুং অসুম উৎপসি অহোম নিংথৌগী কোনুংদা য়াম্না পান্না তৌনখি।

নিংথৌ শিবসিংহ (১৭১৪-১৭৪৪) অমসুং মহাক্কী রাণী প্রমথেশ্বরীগি য়াথং মতুং ইন্না কোনুংগী কবি কবিরাজ চক্রবর্ত্তীনা ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণ অসমীয়া লোনদা হন্দোকপীখি। অনুবাদ অসি মহাক্না মপূং ফানা তৌবা নত্তে। মহাক্না অনুবাদ তৌবা শরুকসিদা য়াওরিবসি শ্রীকৃষ্ণনা নহা ওইরিঙৈগী লীলাতনি। মহাক্না প্রেমভক্তিনা থল্লব রাসলীলাগী বারী ইথোকপসি পারগা পুক্নিংদা অপেনবা পোকই।

কবিরাজ চক্রবর্ত্তীবু রামনারায়ণ চক্রবর্ত্তী হায়নসু খঙনৈ। মহাক অসি মতম অসিগি ফাওরবা কবিনি। অহোম নিংথৌ কয়াগী মথাদা মনা ফংলবা রাজকবি ওইনা লৈরম্মী। মহাক্না লেংবা মীংচৎ লৈরবা লাইরিকশিংদি শঙ্খাসুর-বধ, গীতগোবিন্দ অমসুং শকুন্তলা কাব্য হায়বসিনি। শঙ্খাসুরবধগি বারী অসি বৈবর্ত্ত পুবাণগী প্রকৃতিখণ্ড হায়বা শরুকতগি লৌখৎপনি। শঙ্খাসুর বধ

অসি তুলসী পোকপদগী হৌই অমসুং চাওরগা হিংচাবা শঙ্খাসুরগা লুহোংবগী মরমদা শন্দোক্লা ইথোকই। শঙ্খাসুর হায়বসি হিংচাবগী নিংথৌনি অমসুং মহাক্লা থৌনা ফবগী থবক কয়া লাইরিকসিদা য়াউরি। শ্রীকৃষ্ণনা তুলসীবু নমপাদোংবা মথংদা শঙ্খাসুরগা অমসুং মহাদেবগা লান শোক্লবা মতুংদা শঙ্খাসুর মথল্লায় থাখিবা অমসুং মোইবুংগী অকনবা মরু ওইনা ওস্নোকখিবা মতাংসি ফজনা বর্ণনা তৌদুনা উৎলি। কবিরাজ চক্রবর্ত্তীনা লেংবা গীতগোবিন্দ অসি চগম্নবা, শৈরেংগী মাম্নবা পরেং অনী য়াওবা মখোং তরুক পানবা গ্রোকনা শাবা ভাক্তনি অমসুং মরু ওইবা গীতগোবিন্দগী রাহেবোত্তা অমদি ঈশেশিং য়াওদে। মরমসিনা মরু ওইবা গীতগোবিন্দ পারগা পুক্লিংদা ফংবা অপেনবদু মসিগী অপাবশিংনা ফংদে।

পদ্মপুরাণগী উত্তরখণ্ডগী "ক্রিয়া যোগ-সার" হায়বা তোঙানবা ৱারী মণ্ডা শুবা তাংকেকতা হাপচনবসিদা য়াওবা মাধব-সুলোচন হায়বা শরুক অসি কবিরাজ চক্রবর্ত্তীনা অনুবাদ তৌবনি হায়নৈ। মসি গঙ্গাসাগর সঙ্গমদা ইরুবগী মহৈ য়াম্লী হায়বদু উৎপগীদমকনি।

মতাংসিদা খুদম ওইনা নীংশিংগদবদি ব্রহ্ম-বৈবর্ত্ত পুরাণ অসি দরং জিলাদা নিংথৌ ওইনা পাল্লম্বা কোচ নিংথৌ "হয়নারায়ণ" হায়বসিনা শৌগতপিদুনা মপুং ফানা অনুবাদ তৌবা লোইশিনখিবনি। অনুবাদ তৌবসি রতিকান্ত দ্বিজ, নন্দেশ্বর দ্বিজ, নরোত্তম দ্বিজ অমসুং খোর্গেশ্বর দ্বিজ হায়বা কবি মরীসিনা পুম্না ইমিন্নদুনা শকাব্দ ১৭১৭ অদুৱাইদা লোইশিনখিবনি। মার্কণ্ডেয় পুরাণদা য়াওবা চণ্ডীগী ৱারিসি ইহান হানবদা রুচিনাথ কন্দালীনা অনুবাদ তৌবনি। নিংথৌ রাজেশ্বর সিংহ (১৭৪৯) গী মতমদা অনুবাদ অসি তৌবনি। মসিদা রুচিনাথনা মার্কণ্ডেয় পুরাণগী অহোবশিং মেনশিল্লবগীদমক কালিকা-পুরাণ, বামন, অমসুং ব্রহ্ম-বৈবর্ত্তদগি লৌখৎপা তোঙানবা ৱারিশিং হাপচিল্লী। কালিকা পুরাণ হায়বা লাইরিক অমসু রুচিনাথ কন্দালীনা লেংবনি হায়না থোনজিল্লী।

নিংথৌ শিবসিংহ অমসুং মহাক্কী রাণী অম্বিকা দেবীনা "ধর্ম্মপুরাণ" অসমীয়া লোনদা হন্দোকপগীদমক কবিচন্দ্র দ্বিজবু য়াম্না শৌগৎপীখি। ধর্ম্মপুরাণ হায়বা লাইরিক অসি য়াম্না চাউবা লাইরিকনি। মসিদা মীওইবনা তৌগদবা থবক অমসুং পুক্লিং চঙনা করম্না হৌনবী রুহি পুন্সিদা ভাক্তুনা চংকনি হায়বগী মরমদা শন্দোক্লা ইরি। মসিগা লোয়ননা পাওতাক্কী ৱারী কয়াসু য়াওই। অসমীয়া লোনদা হন্দোকপা ৱারীশিং মনুংদা গঙ্গাগী হৌরকফম, অন্ধকাসুর অমসুং শিবগা শোক্লবা লান, কদ্রু অমসুং বিনতাগা খংনবা, গরুড়না অমৃত হুরান্দুনা লৌরুবা অসিনচিংবা থৌদোক কয়াগী ৱারী অতোপপা পুরাণ অহৎদগী লৌশিনবনি।

অসমীয়া লোনদা পুরাণশিং হন্দোকপসি মূল পুরাণশিংগী ময়েক্কী অনুবাদ নত্তে। মখোয়দু শমজিল্লবা মচি ওইবা ৱারীতনি হায়বা য়ায়। অনুবাদ তৌবা অমসুং লৌখত্তুনা লাইরিক লেংবা অয়াম্বদি লমদমসিগী অচম্বা মীওইশিং মনুংদগী থোরকপা ভাক্তনি। মখোয়দি লমদমসিগী ঈশিং নুংশিত্তা হৌরকপনি অমসুং লৈবাকসিগা পরম্পরাদগী মরী লৈনবা মীওই ভাক্তনি মরমসিনা ময়াম্না পামজবা লাইতিনগী ৱারী, থায়নদগী মথং মথং তানরকপা ৱারী, খুঙ্গাগী ৱারী অমসুং পরম্পরাদগী চৎলকপা সংস্কৃতিগী ৱারী কয়া অচম্বা লোনদা ইথোকই। য়াম্না অৱাংবা থাক্কী অমসুং দার্শনিক্কী ওইবা হীরম হাপ্চিন্দে। মদুম্না ওইরবসু ময়াম্না পাম্নবগীদমক অর্থ তৌদুনা অরায়বা লোনদা খরদি ফোঙদোকই। মখোয়গী লাইরিকসিদা মরক মরক্তা প্রেমভক্তিগী ঈশে হাপচিল্লী। অসি দার্শনিক ওইবা মচাক্কী মহুত্তনি। অদুনা পুরানশিংসি মীনা য়াম্না পামনৈ।

মখোয়গুম্বা কবিশিংসিনা সাহিত্যগী ওইবা লৈতেং হাপ্চিনবদা থবায় য়াওশিনদে। মখোয়গী য়াথলদি পৌরাণিক আখ্যানশিং অমসুং হিন্দুশিংগী ফিদম ময়াম্না পামনবা তৌবা অসিতনি। অনুবাদশিংসিগী শরুক খরদি য়াম্না তগৎ তগৎ তেকই অমসুং মশাগী মগুন লৈজে, তোইগুম্বসুং খুনুংগী ওইবা ফাগি-জুগাইদি য়াওদে। মসি মমাঙঙৈগী সাহিত্যদসু কয়া য়াওদে। শৈরেংশিংসি য়াম্না অৱাংবা থাক্কী সাহিত্যগী মচাক য়াওবদি নত্তে। অদুম ওইরবসু হৃজিক ফাওবা খুঙ্গংগী মীওইশিংনা য়াম্না থবায় য়াওনা পানরি কররিনা মখোয়সিদা মমল লৈরবা অমসুং দার্শনিক্কী ওইবা পাওতাক ময়াম য়াওবনা।

যুগ অসিদা ফাওরবা কাব্য রামায়ণ অমসুং মহাভারত অনীসিদা য়াওবা ৱারী ৱাতাইগী মরমদা ইবা লাইরক য়াম্না লীকই। শকাব্দ তরানিপাল লোইরমদাইদা মিংচৎ লৈরবা কবি রঘুনাথ মহন্ত হায়বসিনা রামায়ণগী ৱারী ইথোকপীখি। রঘুনাথনা রামায়ণগী ৱারী ইথোকপসি শমলপনা ৱারেংগী মওংদা ইথোকপীখিবনি। মহাক্কী ৱারেং অসিদা বুরঞ্জীগী মঙাল য়াম্না তাখি অদুগা অমরোমদনা বৈষ্ণবশিংগী "চরিতপুথী" হায়বা লাইরিকসিগী থায়নগী ওইবা মওং কয়াগী মমি তাখি। "অদ্ভুত রামায়ণ" অমসুং "শত্রুঞ্জয়" হায়বা শাংলবা শৈরেংগী লাইরিক অনীসি লেংবেদগী রঘুনাথকি মীংচৎ শঙ্গোকখিবনি। লাইরিক অনীমকসি থায়নগী ওইবা রামায়ণগী ৱারীনা মচাক ওইদুনা ইথোকপনি।

কবি অসিগী মত মতুং ইন্না হায়বা তারবদি মার্কণ্ডেয় পুরাণ অসি অদ্ভুত রামায়ণগি মচাকনি। ৱারী অসি সীতাগী পাতাল প্রবেশকা মরী লৈনৈ। রামচন্দ্রগা পুন্সিচুপপগীদমক খায়নদুনা পাতালদা চঙথ্রবা মতুংদা সীতাদেবী পাতালগী বিদ্যাবিলাসিনীপুরদা লৈজবনি। অদুবু মহাক্কী পুক্নিংদদি শান্তি ফংদে। মহাক্না মপুরোইবা শ্রীরামচন্দ্র অমসুং নুংশিজরবা মচানুপা অনী লব অমসুং কুশ মখোয়সিগা কায়নরগা মতোমতা পাতালদা লাকপনি। কায়নবগী ৱাখলসিনা অহিং নুংথিন খায়দনা মতম খিবিক্তা মাগী পুকনিং শোকখি। অসোমদা অযোধ্যাদসু শ্রীরামচন্দ্র সীতাদেবীগা খায়না মৈচাক্না য়াম্না নুঙায়রতনা মতম লেপ্লি। মহাক্না অহোয়নদুম হেন্না নুঙায়রতবগী মরমদি মহাক্না মীনুংসি খংদবগী মওংদা প্রমাণ পীহনা থীনা হায়বনা মরম ওইদুনা সীতাদেবীনা মমা পৃথিবীগি মবুক মনুংদা চঙবা য়ানবা অমসুং মদুগী ইংনা লৈজবগিদমক লৈক্রক অৱাওবা অমা নিজখিবনি। সীতাদেবীনা লীনশিংগী নিংথৌ বাসুকীদা অযোধ্যা চৎতুনা লব অমসুং কুশবু লোৎনা সীতাদেবী মনাক্তা পাতালদা পুররকবা হায়জে। বাসুকিনা থৌরম অসি পাঙথোক্লবা থবায় য়াওনা হোংনজবদা ওয়্যকতরে, মায়পাকত্রে হায়বা ৱারমসি সীতাদেবীদা য়ৌহল্লি। মহাক্না তমথিরবা হনুমন্ত, নীল, নালা বিভীষণগুম্বা লাম্মীশিংবু নমহত্তুনা চঙবা ঙমতব্বনি। সীতা দেবী মহাক্না খুদোং থীরম্পদু ভাব তাখি। অদুম ওইনমক মহাকপু অমুক্তা হন্না হোংনবগী দমক হায়জে। হন্দক্তি যাদু মন্ত্রগী মতেংনা থবক পাঙথোক্লবা তাকপীখি। বাসুকী অসুম্না হায়নবগী মতুং ইন্না ব্রাহ্মণগী মওংদা অযোধ্যাদা লব অমসুং কুশবু খুৎলাই তম্বিজগে হায়দুনা কোনুংদা চঙলকই অমসুং লৌনম তৌদুনা রামচন্দ্রগী মকমদগী মচিন-মনাও অনীবু পুদুনা লাকই। ছদ্মবেশী ব্রাহ্মণ অসিনা অসুম তৌদুনা মহাক্না নীংবা থৌরম পাঙথোকই অমসুং অঙাং অনী অসিবু পাতালদা মমানা লৈফম বিদ্যাবিলাসিনীপুরদা পুদুনা লাকই। মমান মখোয় অনী অসিবু উবদা ঙমখে লৈতনা হরাওখি।

বাসুকীনা বিশ্বাস-ঘাতক তৌদুনা লব অমসুং কুশবু পুখিবসিদা শ্রীরামচন্দ্রগি শাওবগি ঙমখে

লৈখিদে। খুদক্তা শ্রীরামচন্দ্রনা কোনুংগী মনাইশিংদা কোইথি থিদুনা যেশা মফমদা লৈরমসনু ফাদুনা পুরকউ হায়দুনা হুকুম তৌবিখি। মনাইশিনো মথৎরাই য়াওনা থিবদা করিমতা কাম্বখিদে, ফংখিদে। কোনথংদা থৌরমসি পাঙথোক্লবা হনুমানদা শীন্নরে হনুমাননা যাদুমন্ত্রগী মতেংনা মখল মখলগী উপায় সিল্লী। লীন ময়ামগা অমসুং লীনসিংগী নিংথৌগা অকনবা লান শোল্লখি। মতুংদা ভমথিরবা লীনশিংবু মায়থীবা পীরগা পাতালদগি সীতাদেবী অমসুং লব-কুশবু পুরক্তুনা শ্রীরামচন্দ্রগি মনাক্তা য়ৌহল্লি।

মসি মশানা তাবনি শ্রীরামচন্দ্র সীতাদেবী অমসুং লব-কুশবু মনাক্তা অমুক হন্না উবা ফংবেসিদা হয়াওবগী শুমখৈ লৈতনা পেনজখি। সীতাদেবীনা শ্রীরামচন্দ্রদা খুরুমদুনা শ্রদ্ধা কংচে অমসুং নোল্লুক্লা হায়জে অমুক হন্না মহাক্তা লোয়নননা লৈবগী রাখল তৌদনবা করিনা মসি মহাক্তী লাইবক্তা তমন্ত্রবনি। অদুম ওইরবসু নোংমা কায়দনা শ্রীরামচন্দ্র, লব-কুশ অমসুং হনুমানতনা উবা ফংবা মওংদা লাক্তনি হায়জে। মসি হায়রগা সীতাদেবী অতিয়াদা খমোঙ মাংখি।

"শত্রুঞ্জয়" হায়বা লাইরিকসিদা শ্রীরামচন্দ্রগী রারীসি য়াম্না শম্না রারী অমগি তুং তাবা শরুক ওইনা য়াওই। মতাংসিদা অইবগী রাখলদি শ্রীরামচন্দ্রগী ময়াম্না অসুকমুন্না খঙদুনা লৈরবা রারীসি লীবা নত্তে—মানা লীনিংলিবদি বালী অসসুং হনুমাননা পাঙথোকখিবা থৌরমশিং অদুবুনি। রারীসিগী অহানবা শরুকতা থৌনা ফবশিংগী থৌদোকশিং অসি পাবদা য়াম্না নুঙায়। মসি কবি মশানা শেমদোকপা ওইরম্বা য়ায়। মখাদা শৈরেং লাইরিক অসিগি অহানবা শরুক শমলপ্না লানথোকচরি।

শৈরেং লাইরিক অসিগী অহৌবদা কবিনা বিষ্ণুবু প্রার্থনা তৌজে অমসুং হায়জে "হে ইবুঙো, নহাকতি যুগ যুগতা অবতার তৌবিদুনা লমচৎ নাইদবা, অন্যায়, অবিচারনচিংবা কোকক্তুনা মালেমদা সত্যগী, অচুম্বা বিচারগী অমসুং ধর্ম্মগী লৈবাক শেম্বীবনি।" রারী অসি পুরাণগী হৌনশা মওংদা বাল্মীকি অমসুং ভরদ্বাজগী রারী রাতাইন হৌই। বাল্মীকিনা ভরদ্বাজ মুনিদা লাইয়ামসিংক্তেরম্না য়োং ওনখি হায়বদুগী রারী ইহান হানবদা লীখিবনি।

মেরুচিংগী চীংদোনদা লৈবা মনিভাতিপুর হায়বা মফমসিদা লাইয়ামশিংগী মীফম অমা ফমখি। মীফমসিদা মালেমগী মপু ব্রহ্মানা ময়ায় তাংবনদা ফম্বিখি। মেরুচিংগী নিংথৌ সুমেরু অমসুং লাইরাম পুন্নমক মীফমসি য়াওবিখি। সুমেরু নিংথৌগা লোয়ননা মচা নুপীশিংসু মীফমদা শরুক য়াবিখি। তৌল্লিবা ময়ামসিংদু বিদ্যাধরী শক্তনাইবীশিংগী ফজরবা জগোই উবদা পেনখি। সুমেরু নিংথৌগী মচানুপী সুলোচনা হায়বসিনা খ্বায়দগী ফজবা হেল্লি অমসুং মহাক্তী ফজবা জগোইনা তীনবিরিবা লাইয়ামশিংবু সুমহৎলঅমসুং লাই খুদিংনো সুলোচনাবু পামদুনা লুহোংদুনা লৌনিংবগী রাখল ফোঙদোকখী। নুংশিৎ লাই বায়ু য়াম্না থৌনা ফবা লাই অমনি। বায়ুদেব অসিনা সুলোচনাবু য়াম্না পাম্বা উৎতুনা মশাবুংদা রারমসি হায়দুনা পাও য়ৌহনখি, সুলোচনা মশামক্তসু বায়ুদেবনা চিঠি অমা থাদুনা মবুক্লিং লেপপসি খঙহনখি অমসুং মহাকপু লুহোংদুনা লৌবগী রাখলসি য়ানবা হায়খি। পাও পুরকপা দূত অদুনা সুমেরু নিংথৌ উনদুনা মহাক্লা লাকপগি মরম হংগৎলি। হীরমসি তারগা সুমেরু নিংথৌনা খুদক্তা য়াদে হায়বা পাওখুমসি পীবিখি। তৌফম খঙ্গদুনা দূত অদুনা বায়ুদেবদা নুংসিংক্তী অতয়া মনীল অমতং থাবিরক্লবা খুরমদুনা নিজে। বায়ুদেবনা থাবিরকপা মনীল অসি থুংলবগা দূত অসিনা সুলোচনাগী মখুং য়ৌনবা চেরোলদু তয়া শীৎলিব নুংশিৎ অদুগা শীনখি। সুলোচনানা চেরোলদু থুংলবগা

পাথোকই অমসুং নোক্লা নোক্লা অঙকপা ব্রা অদু য়াদবা ফোঙদোকই। পাওসি তাবদা বায়ুদেব ঙমখৈ লৈতনা শাওখি অমসুং সুমেরু নিংথৌগা লান শোক্লবগী দমক লাউথোকখি। অঙকপা লানজাও অমা হৌখি। লাইয়ামশিং মসিদা কিরদুনা ব্রহ্মাদা তাইশিন্নবা থুরুমদুনা হায়জে। ব্রহ্মানা মসিদা তাইশিন্নবা নারদ মুনিদা য়াথং তৌবিখি অমসুং অসিগী মতুংদা নারদ মুনিনা য়েন্নবা কাঙলুপ অনীমক ফংনদুনা তাইশিন্নবিখি।

তাইশিন্নবগী শর্ত মতুং ইন্না সুমেরু নিংথৌনা বায়ুদেবদা বিহঙ্গ শৃঙ্গ হায়বা চীংদুমসি পীবিখি। বায়ুদেবনা হুমদোকতুনা চীংদুমসিবু ক্ষীর সাগরদা থাদখিবনি। মসিদা ত্রিকূট হায়বা চীংসি লৈরিবনি। চীংসিগি মথক্তা বিহঙ্গশৃঙ্গ হায়বসি তাখিবনি। ত্রিভুবনদা য়ুমকৈ শাদুনা লমদমবু সেমগৎ শাগৎপদা মপা লৈত্রবা বিশ্বকর্ম্মাণা বিহঙ্গ শৃঙ্গসিদ ফজরবা সহর অমা শেমখি মমিং সনালঙ্কা কৌখি। মফমসিদা হিংচাবা মচিন মনাও অহুম মালী, সুমালী, অমসুং মাল্যবন্ত হায়বসিনা মখোয়গী লৈফম ওইরমী। বিষ্ণুনা মহাক্কী চক্রনা মালী হায়বসিগী মথক্বায় লৌখি অনসুং অতোপ্পা মচিন মনাও অনীসু মথক্বায় কম্নবগীদমক মফমদুগগি চেনখি।

মথংদা য়েংগদবা থৌদোক্তি শ্রীলঙ্কাদা কুবেরনা নিংথৌ ওইনা সিংহাসনদা ফম্লে। নোংমদি সুমালিনা কুবেরন নিংথৌ ওইনা লঙ্কাগী সিংহাসনদা ফম্বা উবদা মথক্বায় য়াম্না নুঙায়খিদে। হিংচাব কাঙলুপকি লাইবক থীবগী রাখলদা তেংথাজে। মখোয়বু লঙ্কা উদ্ধার তৌবগীদমক থারকপনি। সুমালিনা মহাক্কী মচানুপী নৈকেশীবু লৃহোংদুনা কুবেরগী মপাবুং বিশ্রবাদা থাজথোকখি। বিশ্রবানা মখোয়গী মাংল্লবা লৈরাক অসি অমুক হনজিনবিনি হায়বসি থাজবদগি তৌখিবনি। নৈকেশী থা-গী খোং-কাপ মতমদা মশা রাই শংখিদে। মসিদা ময়াম্না য়াম্না নুংশা থীনখি করিনা হায়ববু অসুম তৌদুনা পোকপা অঙাংসি তমথিনা চোংলম চারোই হায়না থাজনৈ। নৈকেশীনা গর্ভবতী ওইরিঙে মতমসিদা ফত্তবা থৌদোক্কী খুদম মফম খুদিংদা উবা ফংখি। স্বর্গ অমসুং মর্ত্যাদা লৈরিবা পুন্নমক অকিবা পোকখি। মফম খুদিংদা খুদোং থীগদবসিগী রাখলদা নৈকেশী চহী চামচুপ্পা গর্ভপুদুনা লৈখি। অদুবু কীথুপ কীরুমসি মী খুদিংদা অদুম ইরে লৈখি। লাইয়ামশিংনো থোক্লগদবা খুদোংথীবগী ফিভমসি ব্রহ্মাগী মফমদা হঙংলুই। ব্রহ্মানা তাবদা হায়বি অৱাবা তাগদৌরি হায়বসি সোইন্নবনি হায়দুনা অমসু কুইরয়োয় হায়না। ব্রহ্মানা অসুপ্পা তাকপি জয়া অমসুং বিজয়া হায়বা বিষ্ণুদেবগী থোঙ ঙাকপা অনীসি অহানবদা দিতিগি গর্ভদা মপোক ফংজৌ হায়দুনা শাপ তৌবনি অদুবু আনীমকপু লক্ষ্মীনা অমুক হন্না শাপ তৌবদগী হন্দক নৈকেশীগী গর্ভদা চঙদুনা মপোক তাল্লিবসিনি। অরোইবদা ময়ামদা মহাক্কা হায়বিখি মখোয় হেক পোকপগা মালেমদা অৱা-অনাগী ঙমখৈ লৈরোই অমসুং বিপদ অসিদগি বিষ্ণু মতোমতনা ঙাক্পা ঙমগনি। অতে কনামতনা ঙম্লোয়।

ব্রহ্মা মতমদুদা মালেমগী মপু শ্রীবিষ্ণুনা মীংনা উবা ফংদবা পাউ থাবিয়ক্লনি হায়বা রাখলদা সমাধিগী য়াহিপ্পা মতম ঙাইদুনা লৈ। মতুংদা শ্রীবিষ্ণু মশামক ময়ামগী অৱাবা কোক্লবা অবতার তৌবিরক্লনি হায়না দৈববানী ময়াম্দা তৌবিরকই। থিনদে শ্রীবিষ্ণুনা লাইয়ামবু য়োঙগী অনৌবা মপোক লৌদুনা মর্ত্যদা লৈনবা য়ায়েল তৌবিয়ে। ব্রহ্মাবু শওমগী মপোক লৌদুনা পোক্লবগীদমক পাওতাকপীবিরে, বায়ুদেববু য়োঙ কেশোরী ওইনা অনৌবা মপোক লৌনবা হায়বীরে। ইন্দ্রদেববু কিষ্কিন্ধ্যাদা য়োঙ ময়ামগী নিংথৌ বালী ওইনা অনৌবা মপোক লৌনবা য়াথং পীবিরে। অসুম তৌদুনা দেব-দেবী পুন্নমকপু য়োঙ ওনদুনা অনৌবা মপোক লৌনবা য়াথং

পীবিখি। য়োঙ কাঙলুপকী খরদি শা-গী লমচৎ চৎকনি অমসুং লমদম কয়া, নিংথৌশিংগী কোনুং কয়া নমথেক্তুনা মথং মথং লানথোক্লুনা কৈলাশ য়ৌগনি। কৈলাশ য়ৌরগা মহাদেবগী মনাই নন্দী থেংনগনি। নন্দীনা মথোয়বু কিষ্কিন্ধ্যাগী নিংথৌ বালীগী রাজ্য আক্রমণ তৌনবা ইনশনগনি। মথোয়শিবু বালীনা মায়থীবা পীগনি।

ব্রহ্মানা লাইয়ামদা মহাক্না তাবা পূন্নমক খণ্ডহল্লে, অমসুং মতম ওইরকপদা মালেমগী মপু শ্রীবিষ্ণুনা নীঙবা মতুং ইন্না অনৌবা মপোক ফংখি।

বালী নিংথৌসি পৃথিবী জয় তৌগে হায়দুনা থোরকখি। মহাকী দিকবিজয় থোংচত্তা রাজা অঙাং ওইরিবা য়োংনাও মচা অমা থেংনৈ। য়োংনাও মচাশিনা ৱাংগ্রবা হৈনৌ পাম্বীদা পাল্লিবা হৈনৌশিং তমদুনা নূংদুম হল্লম্মী। বালী নিংথৌনা অঙকপগা লোয়ননা য়োংনাও মচাদু য়েংলগা খঙবা ঙমখি য়োংনাও অসি মশায়াম্না কনবা অমনি। মরমসিনা মহাকপু নম হাদুনা ফাববুদি মন্ত্রী অমা থাজিনদুনা মহাকপু চাওপোক ওইনা য়োকচগে হায়দুনা য়াথং পীবিখি অমসুং বালী নিংথৌ মচানিপা লৈজদে হায়জিন্নবসু হায়বিখি। য়োংনাও মচা অসি বালী নিংথৌগী য়াথং মতুং ইনখি অমসুং মহাকী চাওপোক ওইনা লৈখি।

কনানা পোকপা, মিংনো কন্নি কৌবা হংবদা য়োংনাও মচাশিনা খুম্মী মহাক কেশরী হায়বসিগী মচানিপানি হায়দুনা। মহাকী মমাগী মিংনো অঞ্জনা, অমসুং মহাকী মিংনো হনুমন্ত কোই হায়দুনা খুম্মী। মহাক্ হেক পোকপগা লোকালোকা হায়বা চীং অসিগি চীংদোন্দা কাখৎখি অমসুং মকমদুদা অচৌবা শামু অমা থেংনৈ। শামুসি উবদা মনংগন্দা য়াম্না তোংনিংবগী ৱাখল অমা পোকখি অমসুং তোংখৎলি। করিসু লৈতবা য়োংনাও মচাদুনা তোংবদা শামুদু খাঙবা ঙমখিদে অমসুং লাউনা খোংদুনা খাঙখি অমসুং থরায় থাগদবগি মওং ওইখি। তোইঙম্বসুং শামুদুগী মনংগন্দা হৌবা মচিন তুম্বা মতু মরামদুনা হনুমানগী মনিংদা থীনবদুগা নাব কাওদুনা ফন লাওনা চোংথদুনা মমৈ হাইগৎতুনা শামুদুগা মায়োক্লে। কীফম ওইরবা হনুমানগী শক্তমদু উবদা শামু অদু মথরায় কল্লবগীদমক মফম দুদগি থুনা চেল্লোকখি। অসুম তৌদুনা হনুমাননা শামু নিপানথকপু মায়থীবা পীখি। হনুমন্তগী মতৌ অসিদা মপাগী মথরায় য়াম্না নুঙাইখিদে অমসুং শাওনিংখি। মহাক্না হনুমানবু ৱারকখি-করিনা হায়রবু শামু নিপানদুমক লাইগী অবতারনি অমসুং মথোয়না মনমদা পৃথিবী পুম্বা থমদুনা পুবিরিবনি। হনুমন্তনা য়াম্না নোঙ্গুক্লা হঙথৈ—ঈশ্বরমক্লা পৃথিবীবু তাকশেন্দ্বিরিবনিনা মহাক্লা শামুশিংদুগী মনংগন্দা তোংখৎপদু থোইদোকপা মহাকী মরাল ওইফম থোক্তে। অদুগী মখক্তা ঈশ্বর মহাক্তি মালেমগী মফম খুদিংদো শীন খুংনো লৈরিবনিনা ঐথোই খুদিংমক মহাকী মশাদগী খাইদোকপা য়াদবা শঙ্কনি। মরমসিনা মী অমনা তৌবদু ঈশ্বর মশামক্লা তৌবনি। অদুনা মহাকী মরাল লৈকম থোক্তে হায়দুনা য়েংথলি অমসুং নোঙ্গুক্লা হায়জে মহাকী মপাবুংনো পীবিব য়াথং পূন্নমক ইনজগনি হায়দুনা। কেশোরী অসি তাবদা য়াম্না পেনজৈ অমসুং মপাবুংগী য়াথং মতুং ইন্না মহাক তীর্থযাত্রীশিংগী সেবা তৌনবা অমসুং শ্রীরামচন্দ্রবু শ্রদ্ধা-ভক্তি লোইননা থৌগন তৌনবা ৱাশক লৌখি।

বালী নিংথৌ হনুমন্তগী ৱায়ম তাবদা য়াম্না হরাওখি অমসুং মহাকপু লাম্নী কাঙলুপকী সেনাপতী মকোক ওইনা হাপখি। মতমসিদগী তশেংবমকী অভিযান হৌরবনি অমসুং মথং তাবা শৈরেংদা

হনুমানগী থৌরম ফোংদোকই। মতম খরনিগীমনুংদা হনুমন্তনা য়োঙশিংগী মকোক মকোক ওইবশিংবু বালী নিংথৌগী মখাদা লৈনবা শিল্লী।

মহাক্না ধরণী হায়বসিগী মচানুপা হিংচাবা নিংথৌ ভৌমাবু আক্রমণ তৌই। পাতালগী মিংচৎ লৈরবা নিংথৌ ধনঞ্জয়গী মতেং ভৌমানা লৌখি। মহাক্না লীন লাগী ময়াম লোয়ননা ভৌমাদা মতেং পীখি। কোণকোণা হায়বসি মহাক্কী অফাওবা লাম্মী মকোকনি। লীল্লিবা ওইরিবা কাঙবু অসি য়েক্লবনা হেক লাকচবা ঙমলোইদবা কাঙবুনি। স্বর্গদগী মশক উদবা দৈববানী অমা লাকই ধনঞ্জয়বু মায়থীবা পীবা হায়বদু ওইথোক্তবনি হায়দুনা। করিনা মহাক্তি শারঙ্গধনু অমসুং নারায়ণী অস্ত্র লোইনৈ। মরমসিনা হনুমন্তগী থৌরমসি য়াম্না অরাইবা ওইখ্রে। অদুনা রামবু মতেং পীনবা নীংশিংখি। সনাগী রথ অমা খুজুক-খুলাই ময়াম অমগা লোইননা স্বর্গদগী খুদক্তা লাকখি। হনুমান রথ অসিদা তোংলগা শাথিরবা লান অদু শোক্লখি অমসুং লানদুদা হনুমান্না মায়পাকখি। অসুম তৌদুনা ভৌমাবু মতেং পীবা লাকপা ফত্তবদা ফাওরবা লীন-নিংথৌ পুন্নমকপু মাইথিবা পীখি।

পাউসি তাবদা ভৌমা পুক্লিং শোক্লা নুঙায়খিদে অমসুং খুদক্তা মঙ্গল গ্রহদা চত্তুনা হংজখি-মহাক হনুমন্তগা লান শোক্লরুবা চুমগদর হায়দুনা। মঙ্গল গ্রহনা নোক্লা নোক্লা হায়বিখি করিসু লৈতবা য়োংনাও শিংগা লান শোক্লব হায়বদু য়াম্না লায়না খন্দোকউ। খুদক্তুদা হনুমানগা লান শোক্লরুবদগী হল্লকপা লীন-নিংথৌ অমা মফমদুগা লাকই। মহাক্শিবু হনুমন্তনা মায়থীবা পীরকপনি। মহাক্না তম্মি হনুমন্তগা লান শোক্লগদবা লাম্বা অমতা লৈতে, মহাক্না লান শোক্লবদা ঙমগনি হায়বসি ওইথোকত্রবা পোৎনি। ভৌমা ফিভমসি খল্লুরগা হনুমানগা মায়োক্লবগি বাখল অতৈ তৌখিদে।

শরকসিদা গজকেতুনা শকদ্বীপ আক্রমণ তৌনবা হনুমন্তবু ইনশিনখি। হনুমন্তনা মহাক্কী লাম্মী-
-শিংবু যোগপথ ওইদুনা খোংশান্নবা য়াথংপীথখি। লাম্মীশিংসি ঈশান চীংদা কুমথখি। মফমসিদা ফজত্রবা য়োংশিং উবা ফংঙি। মখোয়না খঙবা ঙম্মী নল হায়বসি মখোয়গী নিংথৌনি হায়না অমসুং গন্ধর্ব্ব চিত্ররথকি ধারানি হায়না। হনুমান্না শতবলী অমসুং দ্বিবিধ লোইনদুনা নলগী মফমদা চত্তুনা মখোয়গী থৌরমসি খঙহল্লুই। মসি তাবদা নলনা মখোয়দা খঙহন্লি মহাক রামগী অচানবা শিব্যনি হায়বসি। মসি তাবদা হনুমন্ত ঙমখৈ লৈতনা হরাওখি অমসুং মখোয় মশেন য়াম্না লুনা মরূপ ওইনা তীন্নখি। মথংদা হনুমাননা শকদ্বীপকি নিংথৌশিংগী মরম্দা পাউ লৌশিল্লি। হনুমন্তগী থৌরমদি শকদ্বীপকি নিংথৌশিংবু মাইথিবা পীবনি। নলনা দরকার তাব পাউপুন্নমক হনুমানদা পীখি। খুকন পাঙ্গল্লবা নলগী মতেংগা লোইননা হনুমন্তনা থৌশাদনা লাম্বেংনদুনা নিংথৌ পুন্নমকপু লানদা মাইথিবা পীখি। মথোয় অপুম্বা হনুমানদা আত্মসমর্পণ তৌখি। মখোয়শিং মনুংদা অয়াম্বনা রামদা নোল্লুকচবা ঙাক্তনি। মরমসিনা লানদা মাইপাকপা হায়বদু লায়না থোকখি।

মথংদা হনুমন্তনা বৈমানিক হায়বা ঈথৎ অসিদা থুংঙি। মফমসিদা রুদ্রবাহু হায়বসিনা নিংথৌ ওইনা পাল্লী। মফমসিগী মীশিং এরোপ্লেন তোংদুনা পাইথোক পাইশিন তৌরম্মী। বৈমানিক লান্থোক্তুনা কোনথংদা পুস্কলিনী হায়বা মফমসিদা থুংলৈ। মফমসি মহাক্কী গোকফমনি। মফমসি য়ৌবগা মপা-মমাবু নোল্লুক্লা খুরুমজে অমসুং মখোয়নসু মহাকপু আশীর্ব্বাদ তৌবি অমসুং কুইনা পুনসিউ হায়দুনা বর পীরগা মহাক্কী অভিযানগী মরমদা পাউহংঙি। হনুমন্তনা

মহাক্না তৌজরকপা পুম্নমক মীরগা মাইথিবা ফংলবা নিংথৌ পুম্নমকপু বালী নিংথৌগী মফমদা থাখি। অরোইবদা লোকলোক চীংগী য়োং নিংথৌশিংবু আক্রমণ তৌদুনা মায়থিবা পীগদৌরিবনি। অসিগীথক্তা বালীনা নীংজবা মতুং ইন্না হনুমন্তনা মপা-মমা লোয়নদুনা বালীগী মফমদা হন্নিংবনি। মমা-মপাগা মখোয় অহুম ব্রারী শানরিঙৈদা নারদমুনি মফমদুদা লাকখি। মখোইনা য়াম্না হরাও তয়াম্না মহাকপু ওকচৈ। নারদ মুনিসু হনুমানগী দিগবিজয়গি পাউ তাবদা য়াম্না হরাওবা উৎলি। তোইগুম্বসুং নারদমুনিনা লোকলোক চীংগী য়োংনিংথৌশিংবু লান তৌরুনু হায়দুনা য়াথং পীবিখি করিনা রামতনা মখোয়শিংবু আক্রমণ তৌদুনা মাইথিবা পীগদৌরিবনি অমসুং থিনদনা অবতার তৌবিগদৌরিবনি। মথংদা নারদ মুনিনা হনুমানদা মমা-মপা লোয়নদুনা বালী নিংথৌগী কোনুংদা চংনবা য়াথং পীবিখি। হনুমান্না তরাম্না য়াথংসি ইল্লি অমসুং মমা অঞ্জনাদ সুসেনাগী মচানুপী রাজকুমারী অনীগী ভার লৌদুনা মখোয় অনীবু বারক-বাত্তেমদুনা মতীক চাবী মহারানী ওইবা য়ানবা শেমগৎপগীদমক হায়জখি। অসিগি মতুংদা মপা ইবুঙোগা লোয়নদুনা বালী নিংথৌগী মফম য়ৌখি। বালী নিংথৌনা মখোয় উবদা য়াম্না পেনজখি। হনুমন্তনা বালী নিংথৌদা মখোয়গা লোয়নরকপা সুশেনাগী মচা নুপী অনীসিবু বালী নিংথৌ অমসুং মহাক্কী মনাওদা লুহোংদুনা লৌবিনবা প্রস্তাব তৌই। প্রস্তাব অসি বালী নিংথৌনা য়াবিখি অমসুং লুহোংবা লোইবা মতুংদা কিস্কিন্ধ্যা তাম্না চংখি। মফমসিদা য়াম্না নুঙাইনা অমসুং রাংতো-পাদনা পানবা হৌখি।

বালী নিংথৌগী দিগবিজয়গী ব্রারী মতাংসিদা লোইরে। কবিনা অসিগী মথক্তা অধ্যায় অমগা হাপচিনবী। মসিদা রামগী পোকপা অমসুং বন্দা থাবা, রাবন্না সীতা হরণগী থৌরম পাঙথোকখিবা অমসুং রাম রাবণগী লান্নচিংবা শমলপ্পা রামায়ণ অপূম্বা লব কুশগী ব্রারী য়াওনা ফোঙদোকই।

শাংগ্রবা শৈরেং লাইরিক অসি বিষ্ণু প্রার্থনানা লোইশিন্নী। কবিগী উদ্দেশ্যদি রামবু বিষ্ণু অবতারণি হায়না উৎপগীদমকনি অমসুং ভক্তিগী মরমদা পাউতাক প্রচার তৌবগীদমকনি। মসি পাঙথোকখিবসি থাগৎনিঙায়নি। মহাকপু অতৈসু থাগৎনিঙায়দি মহাক্না মসিমখৈ তৌরমম্রবদি রামগী ব্রারীসি কাওনম্রদবনি। শৈরেংশিংসিনা তাকপদি কবি অসি জৈনশিংগী লোনদা হন্দোকপা রামায়ণসু খঙঙি হায়বসিনি।

ঐখোয়না হায়জম্রে আহোম নিংথৌনা পাল্লিঙৈদা শাক্তধর্ম্মগী প্রভাব হেনগৎলকখি হায়বসি। মতুংদা পাল্লবা আহোম নিংথৌশিংসু শাক্তধর্ম্ম লৌশিনবিখি অমসুং শাক্তধর্ম্ম চাউখৎহন্দুনা পুন্সি লেনবগী মরোং পামখি। মসি লান পাম্বা অমসুং য়াম্না চাবাথকতুনা পুন্সি লেন্‌বা পাম্বা আহোমনিংথৌশিংগী পুন্সি মরেলগা চুনৈ। মরমসিনা অমসুং সহরদা কাখতুনা লৈনিংবগী ঈহৌসু লাকপগা লোয়ননা বৈষ্ণব ধর্ম্ম শৈরেং মরায় চাইথখি অমসুং অনৌব শাক্তধর্ম্মগী ওইবা সাহিত্য ইবা হৌখি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী বরগীত ঈশৈগী মতৌ তমদুনা শাক্তধর্ম্ম চৎপা কবিশিংনা অসমীয়া লোনদা লাইশোন ঈশৈ পরেং কয়ারুম লেংথোকপীখি। মখোয়দু হুজিক ফাওবা লাইশোন ঈশৈ ওইনা শরুরি। লাইশোন ঈশৈ খরদি আহোম নিংথৌ রুদ্রসিংহ অমসুং শিবসিংহনা লেংবনি হায়নৈ। শাক্তধর্ম্মগী লাইশোন ঈশৈশিংগী শৈরেংশিংসি অনুপ্রাস অমসুং ছন্দগী মাইকৈদগি মপুং ফারবসু পুক্নিংদা মনুং য়ৌনা ফাওদবনা হোংবা নাইদবা হুম্নাহন্না হায়বা খোম্থাং অদু তানিং-ঙকত্তে। মাইকৈ অমারোমদনা শাক্তধর্ম্মগী লাইশোন শৈরেংশিংসিগা লোয়ননা মতমসিদা দূর্গা,

কালী, শীতলা ইরাৎপূজা তৌবদা মখোইগী মগুন থাব শৈরেং কয়াসু লেংখি। মসি হৌজিক ফাওবা মখোইবু খুরুম্বদা অমসুং পূজা তৌবদা থীনরী। আহোম নিংথৌশিংনা কোনুংগী কবিশিংবু শাক্ত ধর্মশাস্ত্রশিং অসমীয়া লোনদা হন্দোক্নবা শৌগৎপীখি। নিংথৌ শিবসিংহনা কবি অনন্ত আচার্য্যদা "আনন্দ লহরী" লেংনবা য়াথং পীবিখি। লাইরিক অসি হৌবদা শ্রীশ্রীদুর্গাদেবীগী প্রার্থনানা হৌই। প্রার্থনা অসিদা মালেম শেম্বগী ইহান হানবদি দুর্গাদেবীগী থৌশিনদগীনি হায়রি। অতেসু অসুম্না শন্দোক্লা হায়বিরি মালেমদা খ্বায়দগী হেনবা শক্তম লৌদুনা শাক্তভক্তশিংগী মবুক্লিং পেন্নবা থোকপিরকপনি অমসুং মথংদা মহাক্কী ফজবা শক্তমগী ব্রা অমদি কৈলাস অমসুং মহাদেবগী মরমদসু শন্দোক্লা বর্ণনা তৌবি। শৈরেংশিংসিদা দুর্গাদেবীদা ভক্তিশ্রদ্ধাগা লোয়ননা প্রার্থনা তৌবগী ৱাহে কয়া য়াওরি অমসুং অরোইবদা নিংথৌগী রানী ফুলেশ্বরীবু থাগৎ ৱাহে পল্লগা লোয়শিল্লী।

রুচিনাথনা অসমীয়া (তেখাও) লোনদা অচম্বা মওংদা শৈরেং ওইনা অনুবাদ তৌথোকপী। চণ্ডিগী অনুবাদ অমসু মধুসূদন মিশ্রনা তৌবি। অনীমকসিদা চুন্নগী শক্তাকপদমগাই অসমীয়া সাহিত্যগী ওইবা ফজবা লোন শিজিন্নবা ৱাৎলি। অদুম ওইরবসু শাক্তধর্ম্মগী ইহৌনা ময়ামদা পামহল্লি অমসুং লিশিং লিশিং শাক্ত পরম্পরাদগি হৌজিক ফাওবা শোল্লি অমসুং শকই। তোইশুম্বসুং মখোইসি বৈষ্ণব সাহিত্যগী ৱাহে-ৱাতাগী ফজবা অমসুং দার্শনিকভাব অমদি ৱারী লীবগী ফজবা অদুদি শুকয়ৌ য়ৌদে অদুমকপু মরক মরক্তা দর্শন শাস্ত্রগীৱা মতেক খর হৈশিংনা উৎপা মতেক্তি উবা ফংই। মতমসিগী শিংথানিভায় ওইবা মওং অমদি নিংথৌ অমসুং মহাক্কী মন্ত্রী অমদি লুচিংবশিংগা লোয়নবা কবিশিংনা লেংবা মখোইগী থাগৎ ৱাহেগী শৈরেং নাচোম অশিনি কোনুংগী নিংথৌদগী হৌদুনা লুচিংবশিং পুন্নমক্কী মরমদা মখোয়গী অতিংবা পুক্‌চেল, থৌনা, পুক্‌চেল চাওবা অসিনচিংবা শৈরেংশিংসিদা শন্দোক্লা ফোঙদোকই। আহোম নিংথৌশিং অমসুং লুচিংবশিংনা য়াম্না দান-ধর্ম্ম তৌবা অমসুং পুকচেল চাউবা উৎপগী খুদম ওইনা পুম্নী অচৌবা প্রজাশিংগী কাননবা তৌবা, লম্বেন শেম্বা অমসুং মন্দির শাবনচিংবা তৌবিরম্মী। মখোয়না দান-ধর্ম্ম তৌবগী মরমদা থাগৎ ৱাহে-ৱাতাদা শৈরেং কয়াসু কবিশিংনা লেং-থোকপীরম্মী। অসমীয়া নিংথৌশিংগী কোনুংগী কবিশিংসি সংস্কৃত অমসুং অসমীয়া লোনদা মপুং ফাবা জ্ঞান লৈরম্মী। মরমসিনা কবিশিংসিনা প্রশস্তি নত্রগা ৱাহে-ৱাতাদা সংস্কৃত লোনদা প্রমাণ পাম্বে য়াওবা অমসুং পুরাণগী পাউতাক্লা লৈতেংবা অমদি তাবদা য়াম্না নুঙাইবা শ্লোকশিং শিজিন্নে।

কামশাস্ত্র হায়বসি মতমদুদা য়াম্না নৈনে অমসুং আহোমশিংগী কোনুংদা মসিগী মরমদা নৈনবা হেনগৎখি। অদুগা কামশাস্ত্রগী লাইরিক খরসু সংস্কৃত লোন্দগী অসমীয়া লোনদা হন্দোকখি। কবিশেখর ভট্টাচার্য্য কৌবা কবি অমনা নিংথৌ রাজেশ্বর সিংহনা পোকপা যুবরাজ চারুসিংহ গোহাইন ; অমসুং যুবরানী প্রমদা আইদেওগী মবুক্লিং পেন্নবা কামশাস্ত্রগী মখল মথেন মচাক য়াওবা পাউতাক ওইনা তৌবা লাইরিক অমসু লেঙথোকপীখি। মসি চৎনবী ওইনা তৌখি কবিশিং নেকতুনা, রানী যুবরানী অমসুং অচৌ অশাং ইমুংগী নুপীশিং মমাংদা কাব্য, নুংশি নুংওনগী ৱারী অমসুং কামশাস্ত্র পাথোকপা হায়বসি। মসি ময়াম্না পাম্নবনি। মশীং য়ামখ্রবা মন্ত্রগী লাইরিক, নুংশিনুংওনগী ৱারীগী লাইরিক মতমসিদা ইথোকখিবগী মরমদি মতমসিদা কামশাস্ত্রগী প্রভাব অঙকপা য়ৌনা লৈখিবননি। মন্ত্রলাইরিকশিং অসিগি মচাক অতৈদি মাইবা

শুমজিংকী লাইয়েং হিদাক পাখোং চনবা, যাদুমন্ত্র তৌবা নুংশি নুংওনগী ওইবা নুপীশিংবু নুংশিনবগী ৱাখল পোকহনবা অমসুং মশাখীবো হেনগৎহনবা উৎপা অমসুং নুপীন অখিবা শক্তম ফজহন্নবা অসিনচিংবনি।

মমাংদা পনখ্রে মতমসিদা ইতিহাস ইথোকপগী ঈহৌ অমা পোকখি। ময়ামদা মীংচৎ লৈরবা কবিশিংনা অরিবা পোংকো মরী লৈনবা মচাক পুথোক্তুনা উৎপীখি। বরফুকনর গীত য়াম্না ফাওরবা শৈরেংনি। মসিদা আহোমশিংগী ভাইসরয় লুচিংবা গৌহাটীদা লৈবা বদনচন্দ্র বরফুকনগী মরম্‌দা শন্দোক্লা হায়বী। মহাক্লা মহাকী য়েক্লবা পূর্ণানন্দ বরগোহাইন প্রধানমন্ত্রী ওইবদগী লৌথোকনা তানথোকখিনবা কর্বোশিংবু বাৰ্ত্তোন তৌদুনা পুরকখি। শৈবেং মচাশিংসিনা খ্বায়না হায়নবা ইতিহাসকি থৌরমশিং শন্দোক্লা উৎলি অমসুং লীরিবা ৱারীসি অওইবা থৌদোক্লা চপ চানৈ। বরফুকণর গীত হায়বসি ৱামাগী মওংদা ওইবা অমদি শক্তমশিং ফজনা শীংথাবগীদমক থোইদোক হেন্দোক্লা য়েংবদা মতিকচাই অমসুং ময়ায় কনবা ফাগী জোগাই য়াওহনদুনা অহোয়ননা ময়ামগী পুক্লিং পোলহল্লি। বাখরা বারার গীত অমসুং পদ্ম কুমারী গীত হায়বা লাইরিক অনীসি ইতিহাসকি ওইবা ময়াম্না য়াম্না পাম্বা লাইরিকনি।। লাইরিক অনীসিসু মতমসিদা লেংবনি।

মতাংসিদা ময়াম্না পাম্বা শৈবেং লাইরিক অতৈ খরগী ৱাসু পনবা য়ায়। মখোয়দু পুরাণ, হিতোপদেশ অমসুং পঞ্চতন্ত্রগী মচাক লৌখৎতুনা শেমদোকপনি। কবিশিংনা ফুঙ্গারারী, অমসুং হেলোয়নচিংবগী মরমদা মচাক য়াওবা শৈরেং লেংদুনা ইহৌ অমা ময়ামগী মাঙদা নিঙতম্না পুথোকখি। দ্বিজ গোস্বামীগী কাব্যশাস্ত্র হায়বা শৈরেং লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মচাক অসি হিতোপদেশকি ৱারীনি অমসুং মমৈদা খোম্থোক মাল্লবা শৈরেংগী পরেং অনী অনীনা ইবা পাওতাক শৈরেং য়াওই। আহোমশিংগী লুচিংবা ভদ্রসেন গোহাইন ফুকনগী য়াথং মতুং ইন্না পুতল-চরিত লেংথোকপীবা রামমিশ্র হায়বসিনা হিতোপদেশগী অসমীয়া লোনদা হন্দোকপা লাইরিক অমসু পুথোকপীখি।

কবিরাজ মিশ্র হায়বসি ৱারী লেংবা মতমদুগী কবি অমনি মহাক ১৬১৬ ইং অদুৱাইদা লৈরমই। মহাক অসি চারণ কবি অমনি অমসুং শিয়াল গোসাইগী মরমদা শৈরেং ঈশৈ শকতুনা মফম খুদিংদা চৎলম্মি। মহাকী লমকোয় ঈশৈশিংদু শকলগা অদুগী মহুত্তা চাবা থকপা অমসুং ফিজেৎ দক্ষিণা ওইনা ফংজে।

ৱারী অসি থায়নগী ওইবা শিয়াল গোসাই হায়বা মীওই অসিগি মরমদনি। মহাক অসি হেক পোকপগা কুন্দলতা কৌবী মমা অতোম্বীগী থৌশিনদগী কেতকী পাম্বী মরক্তা হন্দোকখি। পোকপা মতমদা মমা চান্দো তারা কৌবী অসিগী মমিৎ মমায় খুমজিনবিখি। অমারোমদনা মচা পোকপতা গুয়রিবা লমহুই অমোম অমনা অঙাং অসিবু কেতকী পাম্বী মরক্তা থেংনদুনা লৌখৎতুনা মকোন্দা পুদুনা চৎখি অমসুং মখোম পীথক্তুনা য়োকখৎখি। অঙাং অসি লমহুই মচাশিংগা লোয়নদুনা চাউখৎখি অমসুং লমহুইনা খোংবাদৌনা খোংবা হৈখি অমসুং মী উরগা লমহুই অতৈগা লোয়নদুনা মকোন্দা চেনশিল্লী। মহাকী মপা ধৰ্ম্মদেব অসি অফাওবা ভূইয়া তরানিথোইগী মচা মগুনি হায়জে। মহাক্লা তির্থ কোয়রুবগা হল্লকপা মতমদা মাগী নুপী কুন্দলতানা চন্দোতারাদি মচা পোক্তে হায়না মঙোন্দা পাওতল্লম্মী। কুন্দলতানা শেল য়াম্না

পীদুনা থম্লবা মাইথী মায়োক্লবী শিংদুনসু মীনম্বা ৱাদুবু চুস্সী হায়না সাক্ষী পীরে। অদুনা ধর্মদেবসু থাজরে। অদুবু নোংমদি মহাক্না ইরু মাইথজগে হায়দুনা তুরেণগি ঈরুজফম ঘাট তান্না চৎপদা অনকপদা অঙাংঅমা লমছুই মকোন্দা চেনশিনখিব উখি। অদু খল্লুরগা মহাক য়াম্না চীংনবা অমা পোকখি অমসুং অরানবা ফত্তবা থবকখর তৌরম্বা তারে হায়না চিংনরদুনা মাইথীশিংদু কৌদুনা মুন্না থৌদোকশিংগি মরমদা হংঙি অমসুং অওইবা ৱারম পুথোকপা ঙমখি অমসুং চান্দতারা নুপা মচা অমা পোকই হায়বসি অচুম্বনি হায়বদু খঙবা ঙমখি। মথংগী নুম্মিত্তা মী নেকতুনা লমছুই মখুন অদু তৌথোক্লগা নিপামচাদুগা লোয়ননা লমছুই অমোম অমসুং মচাশিং পুন্নমক মহাক্কী ময়ুমদা পুরকখি। নিপামচাসিনা চাউরবা মতমদা শিয়াল গোসাই হায়না খঙনখি।

অসিগুম্বা ৱারীশিংসিগী মথক্তা কোনুংগী কবিশিংনা ফুঙ্গাৱারী অমসুং পুরাণদগী লৌখৎতুনা নুংশি নুঙোল উপন্যাস কয়াসু লেংবিখি। নিংথৌ রুদ্রসিংহ অমসুং শিবসিংহগী মতমদা কোনুংগী কবি ওইবা কবিরাজ চক্রবর্ত্তী হায়বসিনা খ্বায়না খঙনরিবা শকুন্তলা কাব্য লেংখি অমসুং কাব্য অসি অহোয়না ফজনবা চন্দ্রকেতু অমসুং কামকলাগী নুংশিনবা ৱারী হাপচিল্লী। ৱারীসিদা নিংথৌ চন্দ্রকেতুনা মহাক্কী মঙদা ভদ্রাবতী নিংথৌগী মচানুপী কামকলাবু উবা ফংঙি অমসুং উবগা নুংশি মীৎয়েংনো মহাকপু পামখি। নিংথৌসিনা তেনোৱা অমবু দূত ওইনা থাদুনা মহাক্কী মতেংনা কামকলাবু লুহোংদুনা লৌশিনবা ঙম্খি। তোঁইগুম্বসুং মতম কুইনা পান্নদুনা লৈবদি ঙমখিদে। নোংমা নিংথৌ অসি রাণী কামকলা লোয়নদুনা চীংদা শিকার তৌবগী খোঙশানবীখি। চীংদা শক্তি অমা উবা ফংদুনা অদুতানবদা মতুং ইন্দুনা লাম্না চেনবা তাখি। নিংথৌগা কায়নবা ফিভমসিদা রাণী অসি মথৱায় য়াম্না শোকখি অমসুং মতোমতা মৈনুংদা চোংথদুনা শিবগী ৱাখল তৌখি। অদুবু খুদক্তা দৈববাণী অমা কামকলানা তাবা ফংঙি। দৈববাণীদা লাউথোকখি চহী অমগী মতুংদা মখোইঅনি অমুক্কা উন্নগনি হায়বা পাউসি। মসিদা কবিনা চহী অমগী মনুং চনবা থা তরানিথোয়গী মরমদা (বারমাহ) বর্ণনা তৌবগী খুদোং চাবা অমা ওইখি অমসুং বর্ণনা ৱাহেশিংদু নায়িকা ওইবীরিবা কামকলাগী মচিন্দগী থোরকখিবনি। থা তরানিথোয় লাম্নগা বসন্ত ঋতু লাকপদা নায়ক-নায়িকা অনীগী অমুক মিলন ওইখি। কবিরাজ চক্রবর্তীনা মহাক্কী তুলসী চরিত নত্রগা শঙখাসুর বধ হায়ব ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণদগী লৌখৎপা ৱারিসিদা শঙখাসুর অমসুং মহাক্কী লুহোংদুনা লৌবা নুপী তুলসী মখোয় অনিগী মনুংদা নুংশি-নুংঙনগী চেনবা ঈচেল অমসুং নারায়ন্না তুলসীবু নমদুনা পাদোংখিবনচিংবা মচাক য়াওই। দীন দ্বিজবর হায়বসিনা পদ্মপুরাণগী ক্রিয়াযোগ শাস্ত্র হায়বা অধ্যায়দগী লৌখৎতুনা মাধব সুলোচনা হায়বা অনিগী ফজবা নুংশি নুংঙনগী শৈরেং লাইরিক অমা লেংবিখি। মসিগী মূল ৱারীদুদি শ্রদ্ধা ভক্তিনা লৈতেংবো ওইনা তৌবনি অদুবু লাইরিকসিদা পৃথিবীগী ওইবা নুপী-নুপাদা নুংশিনবগী ঈহৌরোমদা ওনথোকখি।

সাহিত্যগী চাকতাফমদা কবি খরনা নুংশি নুংঙনগী মরমদা শৈরেং ইনবা মচাক অতৈসু থীজিনখি। রাম দ্বিজনা লেংবো নুংশি নুংঙনগী শৈরেং লাইরিক মৃগবতী চরিত্র হায়বসি অদুগুম্বা অনৌবা শৈরেং লাইরিকনি। মসি কুংবাননা ১৫০০দা লেংবা মমিং অদুমক কৌবা সুফি লাইরিকগুম্বনি। মসিমসু উবা ফংঙি মদুদি কবি অসি জয়াগী পদ্মাবতী অমসুং জৈন কবি মালা ধাৱিণ দেবপ্রভাগী মৃগাবতী চরিত্র হায়বা খ্বইনা পাম্নবা উদয়নগী ৱারীদগী লৌথোক্তুনা ইবা লাইরিক অদুমুম্না খঙবা মীনি। অসমীয়া লোনগী মৃগাবতী চরিত্রগী মক্ল ওইবা ৱারোলদি শমলম্মা অসিনি—কুন্দিলা নগরগী যুবরাজনা পাং অমদা ইরুজরম্বী হেলোয় মরী উরুবদা মরীগী মরক্তা

অতোম্বী অদুদা নুংশি মীৎয়েং তাখি। সরকসিদা হেলোয়শিংদু ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা মফমদুদগী পাইথোকখি অমসুং যুবরাজ অসি মতৌ অসিদা মহাক্লা নীংজবা হেলোয় মাণ্ডখিবদা য়াম্না নুণ্ডায়তনা মতম লেপ্লি। লাইনোংদমদগী মথংদা হেলোয়শিংসি অমুক্ত ইরুজবা লাকপদা যুবরাজনা থেনেদুনা হেলোয় অতোম্বীদু খুদুম চনবা ওমখি অমসুং মহাক্লা লোইননা মতম খরা নুণ্ডায়না লেনখি। নোংমেদি যুবরাজ অসিন মপান থোকক্লিহৌদা হেলোয় অসি মফমদুদগী অমুক্লা পাইথোকখি। তৌবগিদি মহাক্লা মফমসি খাদোক্লিণ্ডদা মহাকী লৈফম লৈবাকী মীং কোনুংগী মপী মকোক্তা তাক্লম্মী, যুবরাজনা হল্লকলগা হেলোয় অসি লৈরমদবদুদা মথগ্রায় য়াম্না শোকখি। মহাক্লা থিনদনা মহাকী চানজবী তালোয়দু থিবগীদমক খোণ্ডশানখি। মহাকী খোণ্ডচৎ অসিদা অরা-অনা য়াম্না নংখি অমসুং অণ্ডকপা থৌদোক কয়াসু পাণ্ডথোকখি অমসুং কোনথংদা হেলোয়দুনা অতে মারীমতাশিংগা লোয়ননা লৈফম রুকেম হায়বা মফমসিদা থুংখি। মহাক্লা মফমসিদা হেলোয়শিংদু উনবা ফংখি অমসুং হক্লাও কুমে মরক্তা হেলোয় অতোম্বীদুগা হৌনবী পুন্নমক তৌদুনা লুহোংবগী থৌরম লোইশিনখি। মতাংসিদা কবি অসিনা ফাগী জুগাই লোয়ননা অনীসিগী মরক্তা নুংশিনুংওনগী ঈচেল চেপ্লিবদু বর্ণনা তৌই। মৃগাবতী গুম্বা মধ্যযুগকী সুফি শৈরেং অমদি মানঝন হায়বসিনা লেংবা মধুমালতী হায়রিবসিনি। মশক খণ্ডবা কবি অমনসু মমিং চপ মান্নবা অমগা অসমীয়া লোনদা লেংথোকপীরম্মী। মসিমদি খণ্ডগদবনি মদুদি অসমীয়া লোনগী লাইরিক অনীমকতা সুফি ভাব অসি মপুং ফানা লৌথোকপ্রে। সুফি ভাবকি উদ্দেশ্যদি ঈশ্বরদা শ্রদ্ধাভক্তি উৎচবা অমসুং অয়োইবদা ঈশ্বরদা অমতা ওইনা চংশিনজবা অসিনি। সুফি কবিশিংদদি মীওইবগী মনুংদো নুংশি নুংওনগী চেপ্লিবা ইচেল অসি শেম শাদুনা পুথোকপা রারী ণ্ডাক্তনি। অসমীয়া কবিশিংনদি নায়কশিংবু মখোয়গী নায়িকাশিংগীদমক য়াম্না রাহল্লি। মখোয়না নুংশিনবা হায়রগা মীওইবগী মরক্তা তীন্নবগী থায়নবগী ওইনতা উংলি। অসমীয়া লোনগী কাব্যশিংদদি মশানা তাব ওইনা মরূ ওইনা উৎপদি মীওইবাশিংগী মরক্তা লৈবা নুংশিনুংওনগী ঈচেপ্লি অমসুং নুপীশিংগী অচম্বা মওংগা লোয়ননা ফজবগী মতৌদা শব্দোক্লা ইবা পদ্দুপ কয়া উই অমসুং নুংশি রাহৌনবা অদু চম্না লায়ন তশেং তশেংনা ফোংদোকই।

ধর্মগী নত্তবা সংস্কৃত লাইরিক অয়াম্বসু কোনুংগী মতেংনা অসমীয়া লোনদা হন্দোকখি। মখোয়দুদি হিদাক লাংথক, জ্যোতিষ, অঙ্কশাস্ত্র, জগোই অমসুং যুমশাকেশারোলগী মরমদনি। লাইরিকশিংসিদা ইহান হানবা ওইনা অসমীয়া লোনদা গদ্যশিজিন্নবা হৌখি অমসুং ময়ামগী কান্নবগী মরমদা গ্রহে-মশীং চাওখৎনবা নৈনে। লাইরিক অয়াম্বসি সংস্কৃত পণ্ডিতশিংনা লেংবা ণ্ডাক্তনি। অদুগা মসি মশানা তাবনি মসিদা সংস্কৃতগি প্রভাব খরা লৈবা হায়বসি। লাইরিকশিংসিদা তদ্ভব রাহে য়াম্না য়াওই অমসুং মশাগী ওইজবা দেশী রাহে তশেংনা শিজিন্নবা য়াবা হৌজিক ফাওবা শেংনা পুথোরকপা উবা ফংগ্রি। সংস্কৃতকী সাহিত্য চর্চা তৌবা অসি জ্ঞান তানবগীদমক তণ্ডাইফদবনি অমসুং অসমীয়া লোনগী গদ্য সাহিত্য চাউখৎপগীদমক সংস্কৃত রাহে শিজিন্নবসু য়াম্না দরকারনি। মসিমতসু হেন্না হায়ফম থোকই তৎসম হায়বা রাহেশিংদু লৌশিন্দুনা হাপচিল্লী হায়বসিসু। অদুনা অসমীয়া কবিশিংনা বিজ্ঞানগী রাহেগা চান্নবা রাহেশিং চুমত্রিংনা শিজিন্নে। মরম মান্নবনা লাইরিকশিংসিগী অর্থ শেংনা খণ্ডবা ণ্ডম্মী। অসিগী মথক্তা লাইরিকশিংসি সাহিত্য অমসুং খুংলা-হৈবগী মরমদা মমল লৈবতা নত্তনা আহোমশিংনা পাল্লিণ্ডে মতমদা লৈরম্বা বিজ্ঞানগী ওইবা গদ্যলাইরিককী য়াম্না মরুওইবা নোম্না ণ্ডাক্তনি। লাইরিকশিংসিগী মনুংদা মরু ওইনা শীংথানবা য়াবা লাইরিকতি সুকুমার বরকথনা লেংবা

হস্তিবিদ্যার্ণভ হায়বা লাইরিকসিনি। অয়েকপা লাইয়াওবা লাইরিক অসি ইং ১৭৩৪ দা নিংথৌ শিবসিংহ অমসুং মহাক্কী রাণী অম্বিকা দেবীগি য়াথং মতুং ইন্না ইথোকখিবনি। লাইরিক অসিদা য়েক্লুনা উৎলিবা শক্তমশিংসি দিলবার অমসুং দোসাই হায়বা লাইয়েকপা অনীসিনা য়েকপনি। লাইরিক অসিদা শামু মখল মখল বর্ণনা য়াওরি অমসুং করম তৌনা মখোয়বু তম্বি তাকপীগনি হায়বগী মরমশিং য়াওরি। অদুগী মথক্তা শামুশীংগী লায়না অমসুং মদু করম্না ফহনগনি হায়বদু লাইরিকশীদা ইদুনা তাকপীরি। সমাজদা লৈরিবা তেঙান তোঙনবা মখাগী মীওইশিং মনুংদা করম্বা থাক্কী মীনা করম্বা মওংগী শামু শিজিন্নগনি হাযবদুসু লাইরিকসিদা মরী লৈননা শন্দোক্লা হায়রি। হস্তিবিদ্যার্নভদা য়াওরিবা মচাকশিংসি শম্ভুনাথনা লেংবা গজেন্দ্র চিন্তামণি হায়বা লাইরিকতগী লৌখৎপনি হাযদুনা ইদুনা লৈ। ইতিহাসতা ইদুনা লৈবা গদ্যগা হস্তিবিদ্যার্নভদা য়াওবা গদ্যগা থোইদোকপা থেন্নদে। অসিদা য়াওবা বাহে পরেং পরেং শাগৎপা অমসুং বাহে-বাতা পুন্নমক চপ্ মান্নে। মসিদা য়াওবা বানানশিংসু খোলহায়বগী তুং ইল্লি অমসুং বাহে পরেংশিংসু নুমিৎ খুদিংগী ঙাঙনবগী তুংইল্লি।

"ঘোড়া নিদান" হায়বা শগোলগী মরমদা ইবা লাইবিক অসিসু হস্তিবিদ্যার্নভ হায়বা লাইরিক অসিগা চপ মান্নবা পরেংগীনি। মমল লৈরবা লাইরিক অসিগী সংস্করণ অমা আসাম সরকারন ফোংদোকপীখি। মসি সম্পাদন তৌবিখিবদি (১৯৩২) তালিণীচরণ ভট্টাচার্য হায়বসিনি। হস্তিবিদ্যার্নভ অমসুং ঘোড়া নিদান হায়বা লাইরিক অনীসিগী মরমদা ডঃ এস. কে. ভূয়ানা ঘোড়া নিদানগী ভূমিকাদা অসুম্না হায়বিরি মতমনুবু খঙহনবা লাইবিক অনীসিদা (হস্তিবিদ্যার্নভ অমসুং ঘোরা নিদান) অসমীয়া শিংগী মখল মখলগী হিদাক্কী মরাং কায়বা লিষ্ট য়াওই অমসুং অদুগা লোয়ননা হিদাকশিংদু শিজিন্নবগী নিয়ম তাকই। সাহিত্যাগী লমন্দি লাইরিক অনীসিদা শিজন্নরম্বা বাহে-বাতা ময়ামদু হুজিক্তি শিজিন্নদ্রে। হিদাক লাংথক্কী মরম্দা ইবা লাইরিকশিগা লোয়ননা জ্যোতিষ অমসুং যাদু মন্ত্রগী সংস্কৃত অমসুং অসমীয়া লোনদা লাইরিক কয়াসু লেংথোকই। হিদাক লাংথক্কী মরমদা ইবা লাইরিকতা জ্যোতিষকী মচাক য়াওই মদুদা অনাবগী মওংগী মরমদা থৌন্নে অমসুং থবান মচাক্লা মরু ওইবা অনাবা লাইয়েংবগী লম্বীদা যাদুমন্ত্রনচিংবো শিজিন্নবগী মরম্দা সন্দোক্লা ফোঙদোকই। লায়েংবদা অনাবা কোক্লবা লাইতিন পূজাতৌবগী পাম্বৈ লৌনে। মন্ত্রতা শোনদুনা অনাবা ফনবা হোৎনবসিসু পথাপ অমনি। মন্ত্রগা পাঙথোকপা অতে থৌরমদি ভূতপ্রেত থেংনবদগী থোরকপা লাইনা কোকপা, লীন্না চীকপা ফনবা, মঙদগী হৌরকপা লাইনা ফনবা, লাইবক থীবা থৌদোক কোক্লবা, মীগী মীংয়েং ফত্তবদগী লাকপা নজয় (হিংচাবী চংবা) কোকহনবা, য়ুমগী য়াইফনবা অমসুং ফৌথোক ফনবনচিংবা অমসুং মশীং চামা হেনবা অতে থৌরমদসুনি।

অহোমশিংগী কুম্বাবা অমসুং মুসলমান ঐতিহাসিকশিংনা য়েক্লবশিং নমথনবা অমসুং য়াম্না ওৎ-নৈবা রাজকর্ম্মচারীশিংগী মথব্রায় লৌনবা লাইরা, মন্ত্র অমসুং হেলোয় শিজন্নবগী প্রমাণ পী। আহোমশিংগী বুরঞ্জি (ইতিহাস) দা লৈবাক থুগাইনবা লৌনম তৌবগী বিচার তৌবগী মতাং রেকোর্ড তৌবদা সাক্ষী অমনা পীবা বারোলদা অসুম্না হায়বম্মী —"ঐহাক্লা তাজে বগা হায়বা মীওই অমগী অরিবা লাইরিক অমা লৈরম্মী। মসির্গী মতেংনা মহাক্লা দেশকী পুন্নমকপ্ নিংথৌ অমসুং প্রজাশিং অমতা থাকতনা নমথবা ঙম্মী।" মন্ত্র অয়াম্বা বারেং নত্রগা শৈরেংদা ইবনি। মন্ত্র লাইরিকশিংসিগী মমিংদগী মখল মখা কয়া য়াম্লম্বা অমসুং কয়াম চাউবা-পীকপগীরা লৌবা

ঙম্মী। মন্ত্রলাইরিক শিংসিগী মরক্তা শীংথানবা য়াবা খরদি মখাদা পল্লিবসিনি:—সাপর ধরণী মন্ত্র (লীন ফাবগী মন্ত্র) করাতী মন্ত্র, সর্ব্বাধিক মন্ত্র, কামরত্ন মন্ত্র ভূতের মন্ত্র, ক্ষেত্র মন্ত্র, অতৌ লৈবা লাইরিকী মীংসু হাপচিন্দুনা লিষ্ঠ অসি লায়না শাংদোকহনবা য়ায়। অসি অওইবনি মন্ত্র লাইরিকশিংসিদা সাহিত্যগী ওইবা মমল কয়া লৈতে অদুন্নাদি ওইরগা ময়ান্না থাজবা অমসুং অন্ধ বিশ্বাসকী মরমদদি মমল লৈবা চেনি।

জ্ঞানগী লাইরিক অতৈগী মরক্তা শিংথানবা য়াবা লাইরিকতি শুভঙ্করনা লেংবা শ্রীহস্তমুক্তাবলী হায়বসিনি। মূল সংস্কৃত লাইরিকতা হকচাং কয়াংকি শরুক পুন্নমক করন্না নোম-খোংলি হায়বদু য়ান্না কুপ্পা ইদুনা লৈ। লাইরিকশিংসি সংস্কৃতগী অসমীয়া লোনদা ৱাহৈ-ৱাতা য়ান্না চুন্না, ফজনা হন্দোকই। অনুবাদ তৌবিবা কবিনা অসমীয়া লোনদা মফমচানা চুনবা ৱাহৈ-ৱাতা সংস্কৃতকি মহুত্তা শিজিন্নৈ। কবিরাজ চক্রবর্ত্তীগি ভাস্বতী হায়বা লাইরিক অসি জ্যোতিষকী লাইরিকনি। মহাক অসি শঙ্খাসুর, শকুন্তলা কাব্য, ছন্দগী ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণ লেংবা অমসুং গীতগোবিন্দ অনুবাদ তৌবা মীওইদু ওইরবদি মহাক অসি সোইদনা নিংথৌ শিবসিংহনা (১৭১৪-১৭৪৪) পাল্লিঙে মতমগী ওইংগনি। ভাস্বতী হায়বা লাইরিক অসি সংস্কৃত লোনগী সূর্য্য সিদ্ধান্ত হায়বা লাইরিক অসিগী অপীকপা মওং অমনি। অঙ্ক লাইরিকশিং মনুংদা শীংথানবা য়াবা লাইরিকতি কাশীনাথনা লেংবা অঙ্কর আর্য্যা হায়বা লাইরিকসিনি।লাইরিক অসিদা অঙ্কত নত্তনা লম ওনবগী পথাপ অমসুং বর্গমূল পুথোকপগী পথাপ্ য়াওরি। লাইরিক অসিগী মতাং মতাংদা সংস্কৃতগী শৈরেং য়াওই। অসিগী মথক্তা যুমশারোলগী মরম্দা, লম্বেন শেম্বগী মরম্লচিংবগী পথাপসু য়াওই।

মতমসিদা হায়বদি ভট্টদেবগী মতমদগী হস্তিবিদ্যার্নভ লেংবা মতম ফাওবসিদা ফোংবা ৱারেং মশীংদগী মসিমদি লায়না হায়বা য়ায় করন্না অসমীয়া ৱারেং সাহিত্যসি মায়কৈ খুদিংদা কয়ামুক চাওখংখি হায়বদু। সংস্কৃতগী প্রভাবতি অদুন্না লৈরম্মী হেন্দোক থোইদোক্লা দর্শন অমসুং ধর্ম্মশাস্ত্রগী মরমদা। মখোই অসিদি সংস্কৃত লোনদা ফাওরবা কবি ঙাক্তনা অয়াম্বা অনুবাদ তৌবনি। অসমীয়া লোন অসি মতম অদু ফাওবদা চাউখংত্রি অমসুং মতীক চাবা তত্ত্ব অমসুং মশাগী ওইবা দেশীয় ৱাহৈ ৱাতা লোন অসিদা মতীক চানা লৈরমত্রি অদুনা লোন অসি অৱাংবা থাক্তা কাথংপা ঙমমদে। সংস্কৃত নত্তনা ব্যাকরণ অমসুং লোনগী মই-মরাক্তা মতেং ওইনবা অতৈ লোন অমতা মতম অদুদা লৈরমদে। মরমসিনা ঈনৌ নৌনা হৌরকপা অসমীয়া লোনগী ৱারেং শেমগংপদা সংস্কৃত লোনগী মতুং ইনবা হায়বদু মশানা তাবনি। অসুন্না সংস্কৃতগী মতৌ তন্নবসু অসমীয়া লোনগী ৱারেংদো সংস্কৃতগী যান্না শাংবা অমসুং সক্কিনা শাবা ৱাহৈ-ৱাতা ময়াম য়াওহনদে। অদুনা খঙবদা য়ান্না লায়। মসীগী উদ্দেশ্যদি মী ময়ান্না লায়না লৌশিং ফংনবগী দমকনি। অদুনা অসিদা য়াওরিবসি লায়বা অমসুং অচম্বা লোনদা ইথোকপা মচাকনি। মতাং খুদিংমকতা লাইরিক অসিগী ভাব য়ান্না অরাইবা চপচাবী মরীলেনবা অমসুং দরকার লৈবা মতমদা তেনশিনবা মওংদা ইথোকই। সাহিত্যগী ওইবা মমল নত্তনা লাইরিকশিং অসি অসমীয়া লোনগী মধ্যযুগকী লোনগী ফিভমগী অমসুং লাইরিক লাইশু তৌরম্বগী মতিক চাবা মমল উংলি।

মমাঙউঙেদা পনগ্রে আহোমশিংগী থৌজানদগী অসমীয়া সাহিত্যগী চাউখংলম্বিদা খ্বায়দগী হেন্না শিংথানবা য়াবা পোৎশকতি বুরঞ্জি হায়বদি আহোম নিংথৌশিংগী মরমদা ইথোকপা ইতিহাস

অসিনি। বুরঞ্জি হায়বসি নিংথৌগী য়াথং অমসুং অৱাংবে থাকী লুচিংবশিংগী পাউতাক মতুং ইন্না ইথোকপনি। মখোয়সিতনা কোনুংগী মনুংদা থম্না নিংথৌয়োলগী চে-চাং য়েংবগী অধিকার পীবা ওম্মী। চে-চাংদুদা ফংবা মচাকশিংনা বুরঞ্জী হায়বসি শেম্বনি। চেশিংসি মতম মতমদা লাম্মীশিংগী মকোকশিংদগি, লৈবাকী ওমখৈদা লৈবা গভর্নরশিংদগী লাকপা কূটনীতিগী ওইবা চিঠিশিং, মীরেবাক্তগী অমসুং মরূপ ওইবা লৈবাক্তগী কোনুংদো থুংলবা অমসুং ফংবশিংদুনি। অমদি নিংথৌ অমসুং মন্ত্রিশিংদো অয়োইবা য়াথং লৌননবা থাগৎলকপা বিচারগী ৱা অমদি লৌরুংশংগী চেশিং অমসুং নুমিৎ খুদীংগী রাজসভাদা থোকলিবা থৌদোকীবারী মদুদা তৌরিবা থবক খুদীংমক য়াওনা, অমদি মরূ মরূ ওইবা হায়খিবা ৱা অমসুং থাজবা য়াবা মিৎনা উবা মফমদগী ফংবা শিংথাবা য়াবা থৌদোকী পাও পূম্নমক অসি য়াওই (আসাম বুরঞ্জী রাহৌদোক।)

ইহান হানবদা বুরঞ্জি অসি কোনুংগী লোনদা হায়বদি অহোম লোনদা ইথোকপনি। তৌবগিদি মতুংদো অসমীয়া লোনদা ইথোকখি। বুরঞ্জি অসিনা মমাংদো থোকখিদ্রিবা য়াম্না মতাল লৈবা অসমীয়া সাহিত্যগী শরুক্কি। বুরঞ্জীশিংসিদগী অসমীয়া ৱারেং সাহিত্য থোরকপনি হায়বদা হেনজিম্না হায়বা ওইরোয়। মপা লৈত্রবা ঐতিহাসিক সাহিত্যসিগী মচাক উবদা স্যার জি· এ· গ্রিয়ার্সন্না হায়বিরম্মী "অসমীয়াশিং মখোয়গী জাতীয় সাহিত্যসি লৈজবদগী পোংজরি। ভারতকী ওইনা ৱাংংবা সাহিত্যগী মচাক অসিদদি মখোইনা(অসমীয়া শিংনা) মায় পাক্না পাংথোকলে। বুরঞ্জি নত্রগা ঐতিহাসিকী ওইবা থৌরম অসি য়াম্মী অমসুং চাওই। অসমীয়া ভদ্রলোক অমগীদমক বুরঞ্জীগী জ্ঞান অসি তঙাইফদবনি।" (লিঙ্গুইষ্টিক সার্ভে অব ইন্ডিয়া) বুরঞ্জি লেংবা অসি য়াম্না শেংবা থবক্কি খঙ্গে অদুনা পথাপ মতুং ইন্না লাই খুরুমদুনা লেংবা হৌই। কোনুংগী মরমদা অমসুং লৈবাকী মরমদা পাউকুপ্পা থীজিনবা অমসুং কুপ্পা খঙবা মীওইশিংনা বুরঞ্জিশিংসি লেংবনি। মখোয়দু অৱাংবা থাকী সরকারী কর্ম্মচারীশিংনা লেংবা ওাক্কি। মরমসিনা বুরঞ্জিগী লোন অৱাংবা থাকী ওই অমসুং ফজে। মসী অসুপ্না ওইবগী মরমদি মচাকশিংদু অচুম্বা থৌদোক কোওদোকপা ওাক্তনি অমসুং মদুদা পুক্লিং লাংহনবা অলঙ্কার শাস্ত্রগী লুপ্তবা ৱাহে-ৱাতা য়াওদে। মচাকশিংসি অয়াইবা, ইচম চম্বা, তৌশন্নদবা অমসুং চীংনবা লৈতনা ফজবা ওাক্তনি।

ঐতিহাসিকী ওইবা পাক চাওপ্রবা মচাক ময়ামসিগী পূম্না পুথোকপা হৃজিক ফাওবা লোইশ্রি। ডঃ এস· কে· ভূইয়ানা আসাম সরকারগী হিষ্টোরিকেল এণ্ড এন্টিকুয়ারিয়ান ষ্টাটিজ হায়বা বিভাগ অসিগী মতেংনা খরমখৈদি ফোংদোক্রে। হৃজিক ফাওবসিদা বিভাগসিনা ফোঙবা ৱারেং ইতিহাসতা পনবা য়াবদি হরকান্ত বরুয়ানা (১৯৩০) লেংবা অসম বুরঞ্জি, হীরম করয়াদগী খোমজিনদুনা ফোঙবা দেওধানী আসাম বুরঞ্জি হায়বসিনি (১৯৩২)। হীরমসিং অদু মথং মথং ওইনা পনবা য়ায়—শ্রীনাথ দুৱারান লেংবা তুঙ্গখুংজিয়া বুরঞ্জি (১৯৩২), কাছাড়ী বুরঞ্জি (১৯৩৬) অমসুং অসম বুরঞ্জি (১৯৪৫)। মীংচৎ লৈরবা বুরঞ্জি অনীথকসু হায়বদি পুরণি অসম বুরঞ্জি (১৯২২) অমসুং পাদশ্ব বুরঞ্জি হায়বসি কামরূপ অনুসন্ধান সমিতিনা ফোঙবিগ্রে অমসুং অনীসিগী মরক্তা পণ্ডিত হেমচন্দ্র গোস্বামীনা অহানবসি অনীওবসিনা ডঃ এস· কে ভূইয়ানা সম্পাদন তৌবনি।

বুরঞ্জিশিংসি লেংবগী তারিখ হৃজিক ফাওবা তশেংনা খঙবা ওম্রি। মসি য়াম্না শাংবা মতম হায়বদি শতাব্দী তরাতরুক শুবদগী তয়া মাপন শুবসিগী মনুংদা ইখিবা ওইরমগনি। ইতিহাসকি

মতুং ইন্নবদি পণ্ডিত হেমচন্দ্র গোস্বামীনা সম্পাদন তৌবা পুরাণি অসম বুরঞ্জি হায়বসিনা ইহান হানবা ওইবা য়াই। গোস্বামীগী ৱাখলদা মসি নিংথৌ গদাধরনা (১৬৮১-১৬৯৫) পাল্লিডুনা লেংঙা ওইরমগনি। স্বর্গনারায়ণ মহারাজার আখ্যান হায়বা বুরঞ্জি অমগা অসম বুরঞ্জি হায়না হৌজিক ফোঙলবা লাইরিক অসিসু ডঃ ভূইয়াগী মত মতুং ইন্না মতমসিদা লেংবেনি।

পাণ্ডিত গোস্বামীনা কথাগীতা হায়বসী ১৫৯৪ ইং গি খর মতুংদা লেংবেনি হায়না লেপ্লিখি। মরমসিনা কথাগীতা অমসুং পুরাণি অসম বুরঞ্জি হায়বা লাইরিক অনীসি ফোংবগী মতম চহী চামরুম থেৈ্ন। পুরনি আসাম বুরঞ্জি হায়বসিনা শেংনা তাকই চহী চামরুমসিদা অসমীয়া লোনগী ৱারেংগী মওং করম্না হোংঙকই হায়বদু। অসমীয়া লোনগী সাহিত্যগী ইতিহাসতা ভট্টদেবনা ইহান হানবদা সাধুভাষানা লৈতেংবা লোন থাদোক্নুনা ঙাংনেবা লোনদা অসমীয়া লোন ইবা হৌখি। তোইঙম্বসুং মহাক মপুং ফানা সংস্কৃত লোনগী অলঙ্কার থাদোকপা ঙমখিদে। মমাংদা পনখ্রে ভট্টদেবদি সংস্কৃত লোননা অপনবা পীরবসু অসমীয়া সাহিত্যদা অয়াম্বা শরুক অসমীয়াশিংগী ৱাহৈ-ৱাতা শিজিন্নবদা পাঙথোকপা ঙমখি। তৌবদি মহাক্না লেংবো বাক্যশিংদা সংস্কৃতকি মওংথাদোকপা পুঙম ঙমখিদে অমসুং মহাক্না ইবদা তৎসম ৱাহৈ য়াম্না চঙশিনখি। বুরঞ্জিশিংগী লোন অদুদা তৌবগিদি সংস্কৃতকি প্রভাব ইতা তাদে করিনা অসিদা লৈরিবা হীরমশিংসি খোম্থোক্তা ঙমসুং উচ্চারণ কম্নপ তৌবদা পুমথেন থেৈ্ন। বুরঞ্জিগী মচাকশিংসি শাস্ত্রগী ওইবা হীরমশিংগা করিমতা মরী লৈনদে। বুরঞ্জিশিংসি য়াম্না জ্ঞান লৈবা থবকঙম্বা ইতিহাসকী জ্ঞান চপচানা লৈবশিংনা নিংথৌরোলগী মরম্দা মতম মতমদা থোকপা থৌদোকশিং অদু অউবা পোৎকা চপ মাম্ননা মচু শংদুনা ইথোকপনি। বুরঞ্জিশিংসি নিংথৌগী কোনুংগী মরমদা অমসুং কোনুংগী থৌদোকশিংগী ইতিহাসনি। মরমসিনা বুরঞ্জিশিংগী লোন অসি থৌগন লোন ঙাক্না ইবা লোননি। কোনুংগী থৌগন লোন কায়দনা ইবা লোন ওইবনা লোন অসি য়াম্না অশেংবো অৱাংবা থাক্কী লোননি অমসুং ইতিহাসকি মচাক ওইবদা য়াম্না মতীক চায়। ডঃ ভূইয়ানা মীৎয়েং অমরোমদগি অসুম্না হায়বিরম্মী-মসি অঙকপনি করম্না বৈষ্ণব শৈরেংদা হেনজিন্না থৱায় য়াওশিল্লম্লবা অসমীয়া লৌশিংবশিংনা বুরঞ্জিদা উৎলিবা বাস্তব জগৎকী হকথেংনবা থৌদোকশিং চম্না মীচং মীখাই নাইদনা ইবগী থবক চথরম্লীবা লৌশিংবশিংসিগী থবক থৌরম অনি হায়বদি কল্পনাগী লমদমদা হোৎনবা নত্রগা অশেংবো থৌদোক্কী মরমদা হোৎনবা অসিগী তায়সিন্নবা অসি অহোম লোন্দা ইবা বুরঞ্জী অসিনা তাকলি। বুরঞ্জি অসিদি কল্পনাগী শৈরেংনা চঙবা ঙমদবা অমসুং য়াম্না অকন্নবা থকসিখাসি অমশুং চৈরাক অমগী মিৎয়েং মখাদা নোংমগী অফিসগী তৌদবা য়াদবা থবক অমা ওইনা ইখিবনি।

সাহিত্যগী ফজবা ঈহৌ দরকার তাদ্রবসু বুরঞ্জিশিংসি মদুগী মগুণ ঈলৈ লৈতবদি নত্তে। মতাংসিদা ডাঃ এস কে ভূইয়ানা পদ শো-বুরঞ্জি হায়বসিগী সাহিত্তিক ওইবগী মরমদা হায়বিরম্বদু বুরঞ্জি অতৈগীসু চপমাম্ননা হায়রিবনি হায়বা য়ায়। মহাক্না হায়রি মসিদা য়াওরিবা ঐতিহাসিক বর্ণনাশিংসি চগংনবা ঙাক্তদি নত্তে। মসিদা মীওইশিংনা ফজবা ৱাখল অমসুং পুক্নিংগী ঈহৌসু উবা ফংগনি। মরমসিনা মসি তশেংবা সাহিত্যগী থাকতা কাখৎলি হায়বা য়াই। ইতিহাস অমসুং সাহিত্যগী অসিগুম্বা অপুন্বা থৌরম বৃটিশকী মমাংদা অতে অতে সাহিত্যদা লৈরম্মোয় হায়বদা হায়মনবা ওইরোয় হায়ব' য়ায়। মসি ইতিহাসকী চগংনবা মচাক ঙাক্ত

ওইরমবা য়াবা অদুবু অইবশিংগী মতেংদগী মসি সাহিত্যগী মশুগ লৈবা মচাক ওইখি অমসুং তুলনামূলক ৱাহৈ-ৱাতানা, ৱারিমচানা অমসুং মখল মখলগী বর্ণনানা লৈতেংদুনা অপাবসিংগী পুক্লিং হুই। বুরঞ্জি সাহিত্যগী মফম খুদিংদা মচোয় মচোয় ওইনা সাংসারিক লৌশিং অমসুং মরু ওইবা ৱাখলশিং মশীং থীঙমদনা য়াওরি। বুরঞ্জি সাহিত্যনা মায়পাকপগী মরমদি মহাৰ্কী শব্দ রচনা, লমদম লমদমগী চৎনরোল ৱাহৈ-ৱাতা অমসুং ঙাঙনবা লোনগী সুর ফজনা শীনবা শুবননি। অইবশিংসিনা হৈ-শিংনা অরায়বা, অতেনবা অমসুং ইমুং মনুংদা ঙাঙনবা ৱাহৈ-ৱাতা খন্দোকতুনা ফজনা মফম চানা শিজিন্নবা গুম্বা অহৈবা ঙাক্তনি।

অসমীয়া লোনগী শব্দভাণ্ডার চাওখৎনবগী মরমদা বুরঞ্জিগী থৌদাং শীংথানিঙায়নি। মসিগি মতেংদগী অসমীয়া লোনসি মায়পৈ খুদিংদা মশা মরেং লোংথোকখিবনি। মসিগী মনুংদা শিজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং অয়াম্বা অহোম কোনুংগী ৱায়েন লোন অমসুং আইনগী ৱাহৈৱোতানি। আহোম লোনগী মচাকসু থরদি য়াওদবা নত্তে। আহোমশিংগী পুন্সিমরেল অমসুং কৃষ্টিগা মরী লৈনবা ৱাহৈ ঙাক্তনি শিজিন্নরিবা ৱাহৈশিংদু। আরবী অমসুং পারসীদগী লাকপা ৱাহৈ-ৱাতা কয়াসু য়াওরি। হেন্দোক থোয়দোক্না দেশ অমগা দেশ অমগা মরী থম্নবদা শিজিন্নবা ৱাহৈ অমসুং সমদন চিংবদা শিজিন্নবা ৱাহৈ য়াওরি।

বুরঞ্জিশিংসি অয়াম্বদি নোংপোক মায়কৈদা চৎনবা অসমীয়া লোনদা (উজানীয়া ভাষা) ইথোকপনি অমসুং মতমসিদগী হৌনা মসিনা অসমীয়া সাহিত্যগী অৱাংবা থাক্কী লোম্নি হায়না লৌনে। চাওখৎপসিগী মরমদি নোংপোক আসামদা আহোমনিংথৌশিংগী কোনুং অমসুং শাসনগী কেন্দ্র ওইরম্বা অমসুং লম্লোন ইতিঙ্কী কেন্দ্র ওইরম্বনি। মরমসিনা নোংপোক আসামদা চৎনবা লোননা থবক থনাগি লোনসু ওইরম্বনি। লোনদা অসিগী ৱারেং শিজিন্নদুনা অসমীয়া লোনগী ৱারেংদা "অরুনোদয়" হায়বা চেফোংঙসি (১৮৪৬ ইং) অকক্নবা মতমগী মনুংদা চাং নাইনা অরায়বা লোনদা ফোংখিবা পত্রিকানি। অসিনা ১৯ শুবা শতাব্দীগী অহানবা শরুকতা ফোঙখিবা ইহান হানবা অসমীয়া চেফোংঙনি।

ইতিহাসকী ওইবা শৈরেং অমসুং ৱারেংদা ইথোকপা "বংশাবলী" কৌবা লাইরিক মখল অমগা লৈ। মসিদা অচৌ-অশাংশিংগী-বংশাবলী য়াওরি লোয়ননা মখোয়গী পুন্সিরারীগু কয়ামুক লৈবনা অচৌ অশাংশিংগী মরমদা অচুম্বা মপুং ফাবা রেকোর্ড থম্বা দরকার তাখি করিনা ফম অমসুং মনা পীবা মতমদা মরীম তাংসি থীজিল্লগা খঙবা তাখি। অদুনা বংশাবলী য়েংলগা অসিগুম্বা বুরঞ্জিদদি য়াওদবা অচুম্বা পাওসি ফংঙি।

অসিগুম্বা বংশাবলী অমদি দরং রাজবংশাবলী হায়বসিনি। মসি সূর্যাখরী দৈবজ্ঞ হায়বসিনা চহিচা তরানিপান শুবগী লোইরমদাইদা দরংদা পাল্লম্বা কোচনিংথৌ সমুদ্র নারায়ণ হাইবসিগি মতেংনা ৱারেংদা লেংথোকপনি। মরু ওইবা খুৎনা ইবা লাইরিক অদুদি ফজনা য়েক খোৎলবা লাই য়াউই অমসুং মদুন পোৎশকপুম্বা শেংনা তাকই। ডঃ এস্ কে ভুইয়ানা মসিগী মরমদা অসুম্না ইবিরম্মী দরং-রাজ বংশাবলী অসি কোচ নিংথৌশিংগী অরিবা মতমগী ইতিহাস নৈননবগী মচাক লৌফম লাইরিকনি।

আহোম নিংথৌশিংগী চহী ৬০০ (চাতরুক) হেন্না পাল্লম্বা অসিগী মনুংদা পুন্সিগী মায়কৈ খুদিংদা চাওখৎপগী শক্তম উবা ফংঙি। মমাংদসু পনখ্রে মতম অসিগী ৱায়দগী হেন্না য়েংফমদি আসাম লৈবাক্তা লৈবাক অমত্তা ওইনা তানবা কাঙলুপ পুন্নমক পুনশিনবা গুম্বা, রাজনীতিগি

মরমদা মরা তাবা ফিভম পুরকপা, শেনথুমগী মরম্দা মরাং কায়হনবা, সামাজিক অমসুং ধর্ম্মগী মরম্দা অমসুং কৃষ্টিগী মরমদা চাওখৎপগী থৌরাং পাঙথোকপা অসিনচিংবনি। জাতি অমা ওইনা পুনশিন্দুনা চাওখৎপগী ৱাখল লাকপগী মরম অতৈদি মুগলশিংগী আক্রমণ, ইসলাম ধর্ম্ম চঙশিনলকপা, নিংথৌশিংগী পুক্নিংদা লৈবাক শন্দোকপগী ৱাখল লাকপা অমসুং লৈবাক্কী মীপুম খুদিংদা ভাব তাবগী ঈহৌ লাকপা অসিনচিংবা। মতমসিদা যুক্তি নাইতৈচানা ব্যাখ্যা তৌবা ঙম্বা মীত্তইশিং থোরকপনা জাতি অসিগী সাহিত্য অমসুং কলাগী চাউখৎ খোংথাংদা চপ্চানা হকয়েং লৈখেং পীখি। মদুনা মীশিংগী পুনসিদা অফবা য়াম্না পুরকখি। মতমসিদা খুৎনা ইবা লাইরিক পুথোকলম্বসিনা মতমদুদা জ্ঞানী অমসুং শিল্পী ময়াম লৈরম্মী হায়বগী প্রমান নি। মতমদুদা থোকখিবা খুৎনা ইবা লাইরিকশিংদুগী অচুম্বা বানান অমসুং ফজবা খুৎই অদুনা অচৌবা পাঙথোকপা থবক্লি হায়বদু তাকই। খুৎই লাইরিকশিং পুথোকপা হায়বসি য়াম্না নোম্বা তাবা অমসুং শেন চঙবা থবক্লি। অসিগি মথক্তা মরক মরক্তা পোথাবগী মতম খরসু ফংবা দরকাররনি। খুৎই লাইরিক ময়াম পুথোকখিবসি নিংথৌশিংগী মতেংদগিতনা ওইখিবনি। নিংথৌশিংগী কোনুংদা ইবা অমসুং পুথোকপা খুৎই লাইরিক খুদিং হৌজিক ফাওবা ফজবা খুৎইগী দমক মমল লাইদ্রবা কলানি অমসুং ৱারেংশিং ইরিবা মচাকশিং মমল লৈরবা লননি। খুৎই লাইরিকশিংসি চান্ডী হায়বা উপাম্বীগী উকুদা নত্রগা ধৃতকুমারী পাম্বীগী মউদা ইথোকপনি। মচাকশিংসি কংহনবা অমসুং নালহনবা অমদি মচু শংবনাচিংবা তৌদুনা ইবা য়ানবা শেমদোক্লগা অদুশিংগী মথক্তা ইবনি। মসিমসু খঙগদবনি খুৎই লাইরিকশিংসি পুথোকপগা মচু শংবগী য়েকখোংপগী থবক্তা য়াম্না মরী লৈনৈ। শিংথানবা য়াবা খুৎই লাইরিকশিং মতমসিদা পুথোকখিবগী মনুংদা পনবা য়াবদি গীতগোবিন্দ, শংখাসুরর বধ, ভাগবত, দরং-রাজবংশাবলী অমসুং হস্তি বিদ্যার্নব অসিনচিংবা অসিনি। খুৎই লাইরিকশিংসিগী মনুংদা য়াওরিবা মচু শংবা লাইয়েকশিংসি ধর্ম্মগী মরমদতা নত্তে, নিংথৌশিংগী শক্তম অমসুং কোনুংগী পুন্সিমরেলগী মওংসু উৎলি।

সাহিত্যগী ইতিহাসগী মায়কৈদগী খল্লুরবদি ৱারেং সাহিত্য চাউখৎপা, ধর্ম্মগা মরিলৈনবা নত্তবা ময়ামগী ওইবা সাহিত্য পুথোকনরকপা মী অমসুং থোয়দোক্লা সাধু-সন্ন্যাসী অমসুং নিংথৌশিংবু হেন্দোকথোইদোক্লা শ্রদ্ধা ভক্তি লোয়ননা লাচ্চবা অমসুং বিজ্ঞানগী মরমদা খঙনিংবা ৱাখল লাকপা অসিনচিংবা মতমসিগী ঈহৌনি। ৱারেং সাহিত্য চাউখৎপগা লোয়নগা যুগ অসিগী হেক যেংবদা খঙবা শক্তমদি কান্নবা হীরম পুন্নমক অমসুং বিজ্ঞানগী মরম্দা থৱায় য়াওশিনবগী ঈহৌ নৌনৌনা কনশিল্লকপা অসিনি। মায়কৈসিদা ইহান হানবদা চর্চ্চা তৌখিবদি অঙ্ক শাস্ত্র অমসুং যুমশারোলগীমরমদনি। জ্যোতিষ অমসুং নুমিৎকি, গাধা অমসুং শগোলগী মরমদসু চর্চ্চা তৌনৈ। জ্যোতিষ বিদ্যাগী মরমদা কবিনা মহাক্কী লৈজবা অকক্লবা জ্ঞানগী মতেংনা মহৌশা লাইরেম্বীবু বর্ণনা তৌই। আয়ুর্ব্বেদ শাস্ত্রগী লাইরিক অচৌবশিংদা হিদাক শেম্বগী ৱারোল অমসুং শাষনবু য়েংবগী ৱারোল ইথোকপিরম্বদু উবা ফংঙি।

ঐখোইনা তশেংবা সাহিত্যগী মায়কৈদতা য়েংলবদি থম্মোয়দা ইহৌ হৌবা ভাব কয়া ফংদে। মতমসিগী মমাংদা অসুকয়াম্বা মখল মখল লৈগী চারা থৱায় য়াওনা য়োকখৎখিবা তৌখিদে অদুবু, মখোইগী মরক্তা ঐখোয়না উবা ফংবদি মচু খরগী নুংশিবা মনম লোয়ননা শাৎপদি চীংনদনা হায়বা য়ায়। পুথোকপা লাইরিকশিংগী মশীংদু য়াম্মী অমসুং লাইরিকশিংদু সাহিত্য হীরম খুদিংদা লেংবনি তোইগুম্বসুং ধর্ম্মগী মরমদা অমসুং ধর্ম্মগীনত্তবা খ্বায়গী ওইবা মরমদা

উবা লাইরিকসিংগী ৱাহৈৱোতাশিংদু কয়া অহোংবা নাইদবা মীতৌতম্বা অমসুং পুক্লিংদা অনৌবা ঈহৈৌ পীবা ঙমদবা ঙাক্তা ওইনা তৌই অমসুং চুম্নগী শৈরেং ইবদগী হেন্না অৱাংবা থাকতা কাখৎপা ঙমদবগুম তৌই। কবিশিংগী শৈরেং মরেংসু পরমপরাদগি তৌরকপা হোংবা নাইদবা মওংদনি অমসুং অদুদা অনৌবা ঈহৈৌ পীবা ঙমদে অমসুং অনৌ অনৌবা মওংদা ইথোকপগী মতৌমু উবা ফংদে। মসিদি অওইবনি মদুদি কবি খরদি অনৌ অনৌবা ৱাখল অমসুং হীরম পুথোক্লবা হোৎনজে। অদুম ওইরবসু অইবশিংদুনা পুথোকপা লাইরিকশিংদুসু থম্মোইদা পানবা য়াওদে অদুগা অরোইবদা মগুন ৱাখলি অমসুং শোল্লি। মতমসিদা কবি অমসুং অইবা মশীং য়াম্না থোকখি। অদুদদি ওইরবসু শঙ্কর দেবগুম্বা সাধক কবি, ভক্ত মাধবদেবগুম্বা দার্শনিক কবি অমসুং ৱামসরস্বতীগুম্বা জ্ঞানমার্গদা অৱাংবা থাকী ওইবা সাধক কবি অমত্তা থোকখিদে।

# তরুক শুবা তাঙ্কক
# অনৌবা যুগ হৌবা
# আমেরিকান বেপটিষ্ট মিশন

আহোমনিংথৌশীংনা আসামদা খৃষ্ট (শতাব্দি) চহী চা তরা হুমদোইদগি তরা মাপন শুবা চহিচাগী ময়ায় ফাওব (১৮২৬) পাল্লম্মী। আহোম নিংথৌশিংনা পানবা লোইরমদাই যুগতুদি আসামগী মরুওইবা মরাইবক লেপ্লা মতমনি। লৈবাক অসি মনুংদা খৎনা-চৈনবা তৌবনা পুমতোয় তোয়বনী। বৈষ্ণব অমসুং শাক্ত হায়রিবা হিন্দুশিংগী মনুংদা লৈবা লাইনীংলম্বী অনিসি খৃষ্ট চহিচা তরা মণ্ডাদগী করম্বনা মকোক ওইগদগে হায়বসিগি মরম্দা লান থেংনরক্লিবনি অমসুং পোলোইদা শাক্ত কাণ্ডলুপনা লাকচখি। আহোম নিংথৌশিংগী মতেং ফংবনা শাক্তধর্ম্মসি রাজ-ধর্ম্ম ওয়খি। মতুংদা শাক্ত ধর্ম্ম চৎপশিংবু আহোমনিংথৌশিংনা য়াম্না শৌগৎপীখি। নিংথৌশিংনা ধর্ম্মগী মরমদা মীচং মীখাইনাইদবা ৱাখলদা চখরিবমখৈদি থোইদোকপা করিসু তৌরম্দে। তোইশুম্বসুং নিংথৌ রাজেশ্বর সিংহ (১৭১৪-৪৪) গী শাসনগী লোইরমদাইদা রানীনা বৈষ্ণব কাণ্ডলুপ অমবু য়াম্না শাথিনা ওৎ-নৈবা তৌবিখি। মসিগী মায়য়োক্তা বৈষ্ণবশিংনা বিদ্রোহ তৌখি অমসুং অদুদা আহোম নিংথৌশিংগী শাসন ব্যবস্থা নোপথখি। মহাক্কী তুংদা নিংথৌওইবা লক্ষীসিংহনা শাসনগী চুপ্রী চেকশিন্না পায়বা ঙমখিদে। লৈবাক শাসনগী মওং অসি হান্নবা পাঙ্গল লৈত্রবা ওইবদগী শোক্লরকপনা কায়খরকখি।

বৈষ্ণবশিংনা বিদ্রোহ তৌরকপদগী অমসুং অতৈ রাজনীতিগী শীংনবা কয়াদগী নিংথৌ চন্দ্রকান্তসিংহগী মতমদা লৈঙাকপরম পুমকায় কায়খি অমসুং খৃঃ ১৮১৭ দা আহোমশিংগী লূচিংবা (ভাইসরোই) বদন বরফুকন্না হায়জবদগি কবোশিংনা আসাম লৈবাক আক্রমণ তৌই অমসুং লুটপাত তৌখি। আসাম লৈবাক্কী লন থুম পাম্বগী মীৎয়েংদগী মথংগী চহিদা কবো শিংনা অমুক হন্না আসাম লৈবাক আক্রমণ তৌই অমসুং খুদুম চনসিনগে হায়না লেপখি। অরোইবদা খৃঃ ১৮২০ দা আসাম দখল তৌখি। ইং ১৮২৬ দা কাছাড়দা লৈবা ব্রিটিশ কাণ্ডলুপকা কবোশিংগা লান শোক্লখি অমসুং মদুদা মায়থিবা ফংবদগী ইষ্টইণ্ডিয়া কোম্পানীদা আসাম লৈবাক অসি পীথোকখি। মসি যান্দাবু সন্ধিগী (১৮৩৯) মতুংদনি।

বৃটিশশিংসি মীতোপ ওইবনা লমদমশিংগী লোন করিমতা খঙদে। মরমসিনা ভারতকী অতৈ প্রদেশতগি দোভাষী (লোন হন্দোকপামী) অমসুং কেরানীগী থবক তৌনবা আসাম লৈবাক্তা চৎশিল্লকপা হৌখি অমসুং আসামদা লৈখি অমদি বৃটিশকী অনৌবা শাসন ব্যবস্থাগী মতেং ওইখি। অনৌবা চঙলকপা মীওইশিংসিগী মনুংদগী অয়াম্বদি বঙ্গদেশগীনি অমসুং সরকারী থবক্তা মুখোয়বু হাপচিল্লী। মখোয়শিনা হায়জবা মতুং ইন্না লৈবাকসিগী লোইশঙ পুন্নমক্তা বাংলা লোন শিজিন্নখি অমসুং আসামগী স্কুল কলেজ পুন্নমক্তা মহৈরোয়শিংবু বাংলা মিডিয়াম্দ লাইরিক লাইশু তমহনখি। ইং ১৮৩৬ দা অসমীয়া লোন অসি ৱায়েনশঙ লোইশঙ অমসুং স্কুল পুন্নমকতাগী লৌথোকখি অমসুং অদুগী মহুত্তা বাংলা লোন অসি শিজিন্নখি। অসমীয়া লোন লৌথোকখিবা চহী অসিমক্তদা মীংচৎ লৈরবা আমেরিকাগি বেপটিষ্ট মিশনগী রেভারেণ্ড এম ব্রাউন অমসুং ও. টি কোটার কৌবা মীওই অনীসি মতুমচা পুদুনা আসাম লৈবাক্তা থুংঙে।

মিশনগী থবক চপ্পনবা মখোয়না লোযনরকপা পোৎশিংগী মনুংদা ছাপা নম্নবা মেশিন অমসু য়াওরকই। মীত্তইবাশিংগী মৰুক্লিংদা খৃষ্টবু নুংশিবগী ভাব পোকহনগে হায়রবদি থৌরমসি মমালোন্দা হৌদোক্কদবনি হায়বসি খঙখি। মরমসিনা মিশনারীশিংসিনা প্রপ্রপ তৌদুনা অসমীয়া লোন তমথোকই অমসুং মখোয়না থুংবগী থা অহুমগী মনুংদা মখোয়না লিংখৎপা স্কুলশিংদা তম্বিনবা অসমীয়া লোনগী মপী লাইবিক পুথোকখি। মখোয়না থুংলম্লিবৈঙদসু ইংলিশ মিশনারী কেরি অমসুং মার্সমেন হায়বসিন কালিয়াবারগী অসমীয়া পণ্ডিত আত্মারাম শর্ম্মাগী (নওগা জিলা) মতেং লৌদুনা কলিকাতাগী মনাক্তা লৈবা শ্রীরামপুরদা মপুং ফাবা বাইবেল অসমীয়া লোনদা অনুবাদ তৌদুনা খৃঃ ১৮১৩ দা ফোংখি। অসমীয়া লোনগী লাইরিক ছাপা তৌবা মসিনা ইহান হানবনি। মিশনারীশিংসি য়াম্না সাহিত্যিক ওইবা মীওইশিং নত্তে। মখোয়গী মরু ওইবা উদ্দেশ্যদি নোংচুপকি শিক্ষা লোয়নননা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপনি। অদুনা মখোয়না খৃষ্টান সাহিত্য অমসুং তম্নবা লাইরিক্তা মরু ওইনা ফোঙখি। লাইরিকশিংসিদা য়াওবদি সাধারণজ্ঞান, ইতিহাসকী, ভূগোলগী বারী বিজ্ঞানগী মীৎয়েংদা পৃথিবী লোয়নননা খৃষ্টধর্ম্ম প্রচারক অমসুং সাধুশিংগী পুন্সিবারীনচিংবা। অসিগী মথক্তা মখোয়না অসমীয়া লোনগী অভিধান অমসুং তম্নবা ব্যাকরণ লেংথোকই করিনা হায়ববু অনীমকসি অসমীয়া লোন তম্বদা দরকারনি হায়বা মখোয় খঙঙি। চহীচা ১৮৩৯ দা মিষ্টার ডব্লিউ রবিনসন হায়বসিনা শ্রীরামপুরদা অসমীয়া লোনগী ব্যাকরণ অমা ফোংঙি। মসিনা ইহান হানবা অসমীয়া লোনগী ব্যাকরণনি। চহীচা ১৮৪৮ দা রেভারেণ্ড ব্রাউননা শিবসাগরদগি অসমীয়া লোনদা মহাক্কী ব্যাকরণগী বিজ্ঞাপন ফোংখি। মফমসিমক্তদগি মিসেস কাটারনা মহাক্কা লেংবা বর্ণমালা ফোংখি। চহী চা ১৮৯৪ দা মিঃ জি. এফ. নিকোলনা বাংলা লোনগী খুৎপায় লাইরিক্কা লোয়নননা অসমীয়া ব্যাকরণ অমা ফোংঙি। ইংলিশ লোন লোনবশিংগী মরক্তা অসমীয়া লোন তম্নিংবাশিংগী খুদোং চানবা অসমীয়া ব্যাকরণশিংসি ইংলিশতা ইথোকই। মসি সোইদনমক ইংরেজী ব্যাকরণগী পথাপ মতুং ইল্লি হায়বসি মশানা তাবনি। অদুওইরবসু মসিনা ইহান হানবদ অসমীয়া লোন তম্বগী বৈজ্ঞানিক ওইনা হোৎনবগী থবক্কী।

চহী চা ১৮৭৬ দা শিবসাগর বেপটিষ্ট মিশন প্রেসদাগী মিঃ ব্রোনসন হায়বসিনা অভিধান অমা (Dictionary in Assamese and English) অসমীয়া লোন অমসুং ইংলিশদা ফোংঙি। অসিনা অসমীয়া লোনগী ইহান হানবা ফোঙবা অভিধাননি। অসিগি মমাংদা শ্রীযুদরাম বরুয়ানা অভিধান অমা লেংবিখি। অদুবু লাইবক থিবদি অদু ফোঙবা ঙমখিদে।

ব্রোনসনগী অভিধানগী বানানসি নুমিৎ খুদিংদা ঙাংনবা লোনগী মতুংইনবনি। অদুনা অৱাংবা থাক্কী অইবা লোনগা চুনদে। মরমসিনা ঙসিদি মহাক্কী অভিধান অসি চৎনবা থৌরমদা কয়া কাম্নদ্রে। মিশনারীগী অতৈ থৌরমশিং মরমদা মিশনারী অমসুং ভাষাবিদ মিঃ পি. এইচ. মুরেনা চহী চা ১৯০৭ দা হায়বিরম্মী "হৌজিক্কী অসমীয়া সাহিত্যসি খৃষ্টধর্ম্ম শন্দোকপগী ওইরবসু অমসুং অদু নত্রবসু চহিচা তরা মাপনগী লোইরমদাই চহী হুমফুগী মনুংদা থোকখিবনি।" অসমীয়া লোনগী খৃষ্টান সাহিত্য লেংবদা মীংচৎ লৈবা লমজিংবা মীওই অহুমগী মীংদি ব্রাউন, ব্রোনসন অমসুং নিধি লেভী হায়বসিনি।

মিশনারীশিংগী মরক্তা অসমীয়া সাহিত্যদা খ্বায়দগি হেন্না কাম্নবদি মিঃ ব্রাউন হায়বসিনি। মহাক্লা ও কাটার হায়বসিগা লোয়নননা চহীচা ১৮৩৬ দা ইহান হানবা আসামদা ছাপা খানা (প্রেস) অমা লিংখৎখি। প্রেস অসিদনি ইহান হানবা "অরুনোদয়" কৌবা চেফোং অসমীয়া

লোনদা খৃঃ ১৮৪৪ দা ফোংখি। অসমীয়া লোনগী ব্যাকরনগী (Grammer of the Assamese Language) পাওচে মরমদদি হান্ন পনজখ্রে।

ব্রাউনগী অচৌবা দান অমদি অসমীয়া লোনদা হন্দোকপা বাইবেলগী নিউ টেষ্টামেন্ট হায়বসিনি। অদুম ওইরবসু মসিমদি খণ্ডফম থোকই মদুদি বাইবেল হায়বসি য়াম্না শেংবা অচৌবা লাইরিক ওইরবসু অসমীয়া লোন অমসুং সাহিত্যদা মহাক্কী করিগুম্বা প্রভাব তাখিদে। অসমীয়া লোন মুম্না খণ্ডদবনা মহাক্না ইবা ব্রাহে ব্রাতাদা চানদবা য়াম্না য়াওই অমসুং ইবদুসু অতোপপ ধর্ম্মগী ওইবা সাধু সন্ন্যাসী অমসুং ধর্ম্মপ্রচারক্কী ওইবনা নিউ টেষ্টামেন্ট অসি অসমীয়া ময়ামগী পুক্নিংদা ঈহৌ পীবা ঙমখিদে করিনা হায়ববু মখোয়না অদুদা রামায়ন মহাভারতগুম্বা কাব্যশিংগী পামজবা মচাকশিং অদু করিমতা উবা ফংদে। অসিগী মথক্তা ব্রাউন হায়বসিনা খৃষ্টধর্ম্মগী পথাপ অমসুং পাউত্তাকশিং অমসুং লাইশোন-ইশে লেংবিদুনা ফোঙবিখি। মহাক্না অসমীয়াশিংনা খুৎনা ইজবা খুৎই লাইরিক কয়াসু শীম্নগা ফোঙদোকপীখি। মহাক্কী তালোয়নসু তম্নবা অমসুং ব্রারী খরা অসমীয়া লোনদা লেংবিখি। লমদমসিগী মীংচৎ লৈবা মিশনারীশিংবু মতেং পীখিবশিংগী মনুংদা নিধি লেভী ফার ওয়েলগী মীং পনবা য়ায়। মহাক্না "অরুণোদয়" পত্রিকাদা প্রবন্ধ ময়াম ফোঙবিখি অমদি অসমীয়া লোনগী বানান অমসুং ব্যাকরণ পথাপ অমগী মথাদা পুরক্নবা হোৎনবিখি। চহীচা ১৮৫৫ দা মহাক্না বাংলা লাইরিক (Natural Science in familiar dialague) প্রাকৃতিক বিজ্ঞান হায়বসি খ্নাইনা খণ্ডবা লোনদা হন্দোকপীখি। লাইরিক অসিনা খ্নায়না লোম্নবা লোনদা তোঙান তোঙানবা ব্রারী ব্রাতাই তরামরী থোকন অঙকপা থৌদোকশিংগী মরমদা তাকই। মখোয়দুদি গ্রহশিংগী খোংচৎ ইশিং-নুংশিৎ, মীওইবগী হৌরকপগী, অঙকপা ব্রা শা-ঙাগী-হৌরকফম উব্রা নাপী-শিংবী উরি-ব্রারী অমসুং খোংদাগী থোকপা পোৎনচিংবগী মরমদনি। লাইরিক অসিনা অসমীয়া ব্রারেংদা ব্রারী ব্রাতাই শাবগী খ্নাইদগী অঙনবা মতমগী মশক তাকই। মসিনা অসমীয়া অসি থায়নগী ব্রারেংদা করম্বা মওংদা লৈরম্বী হায়বদু তাকই। মসি তুংদা ব্রারেংগী দ্রামাদা করম্না চাওখৎখি হায়বদুসু তাকই। ফারবেলনা লেংবা বিজ্ঞানগী লাইরিকশিং অমসুং অসমীয়া লোন্দা বিজ্ঞানগী ব্রা ফোংদোক্নবগী দমক মানা শেমগৎলম্বা শেমদোক শেমজিন য়াবা ব্রাহে ব্রাতাশিং অসি ব্রাখল অমদা মশাগী ওইজবা লাইগা মান্নদব্য অমনি। মিশনারীশিংনা ফোঙবা লাইরিকশিংগী মনুংদা পনবা য়াবা লাইরিকশিংদি "যাত্রীকোর যাত্রা" (পীলগ্রিমস্ প্রোগ্রেস কী অসমীয়া অনুবাদ) উপন্যাসদা হায়রগা কামিনীকান্ত অমসুং "ফুলমনি আরু করুণা" হায়বসিনি। ধর্ম্মশাস্ত্রগী ম ওং ওইনা তৌরবসু জি. এস. গার্নিনা (১৮৭৭) লেংবা "কামিনীকান্ত" হায়বসিনা ইহান হানবা আধুনিক অসমীয়া লোনগী উপন্যাসনি। মিশনারীশিংনা খৃষ্টধর্ম্ম শন্দোক্নবগীদমক ব্রারেংদা লাইরিক ফনা য়াম্না ইবিরম্মী। অয়াম্বা লাইরিকতি ইংলিশ্তাগী অনুবাদ তৌবা ঙাক্তনি। অদুনা মরু ওইবা মচাকতি ব্রাৎলি। অসিগুম্বা লাইরিকশিংগী মতেংনা মানা মানা পামজবা মতুং ইন্না অনৌবা মওংগী ব্রারেং থোরকখি।

মিশনারীশিংনা লাইরিক লেংবদা নুমিৎ খুদিঙ্গি লোম্নবা অসমীয়া লোনদা ইথোকখি। মখোয়শিংদু লোন অসিগী মশাগী মওন অদু মুম্না খণ্ডদবনি। মসিনা মখোয়না ইবদা শেরাম্নবা অমসুং উতায় চাদবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। সুম্না হায়বদা মখোয়না শিজিন্নবা ব্রাহে-ব্রাতাশিংদুনা মীশিংগী পুক্নিং হুবা ঙমখিদে। মিশনারীশিংনা থাঙ্গেশেংনা থবক অমদি পাঙথোকখি । অসমীয়া সাহিত্য অসি মতমদু ফাওবা খুঞ্জাগী অমসুং নিংথৌশিংগী কোনুংদাগী চীনদা ঙাংনবা লোনতা

ওইনা তৌরম্মী। হৌজিক্তি সহরগী লোনগী থাক্‌তা কারে অমসুং তশেংনা গৌহাটি, শিবসাগর, নওগা অমসুং অসিগুম্বা মরু ওইবা মফম অতৈদা সাহিত্য নৈনবা কাংলুপকী মরূপশিং লিংখৎখি। মমাঙঙৈগী ধর্ম্মগী মওংদু ধর্ম্মগী নত্তবা মীওইবা পুন্নমক্কী ওইবা মওংদা হোংদোকখি। মমাঙৈগী লাইতিন, মাইবী অমসুং লাইব্রা অমদি চবান থাবনচিংবা ধর্ম্মগা মরীলৈনবা ৱাবোলশিং থাদোক্তুনা সংসারগী ওইবা হৌজিক হৌজিক পৃথিবীদা লৈরিবা লীশিং লখা মীওইশিংগী পুন্সিগী অমসুং সমাজগী মরমদা ইবা সাহিত্যগী ঈহৌ অমা থোরকই। ইংরেজীদা লাইরিক লাইশু তম্বা শন্দোরকপদগী নোংচুপলোমগী ভাব পোকখি অমসুং শন্দোকখি। সহর খুদিংদা সাহিত্য নৈনবগী সমিতি লিংখৎখি। থায়নগী পথাপ অমসুং ৱাখল থাদোক্তুনা অনৌবা মওংদা ওনথোকখি। নোংচুপকী প্রভাব অসি সাহিত্যগী মায়কৈদা কন্না চঙশিল্লকপা হৌখি। অদুগী মতুংইন্না মখল মখা অনৌ অনৌবা থৌরম চত্থরকখি।

অনৌবা ৱাখল শন্দোকপগা লোয়ননা মীওইশিংগী পুক্লিং-ৱাখলসু পাকথোকখি। প্রেস্ অমসুং পাউজেল চেফোঙসিংনা সাহিত্যবু চাওখৎহনবদা মমল লৈবা মতেং পীখি। হেন্দোক থোইদোক্লা শিবসাগর বেপটিষ্ট মিশন প্রেস অমসুং মখোয়গী প্রেসতগী ফোঙবা অরুনোদয় হায়বা চেফোঙ অসিন য়াম্না কান্নবা অমা ওইখি। চহিচা তরামাপলগী তংখাইদা লৈরম্বা লাইরিক অয়াম্বা প্রেস অসিদগী ফোঙখি। ছাপা তৌবা লাইরিক অমসুং চেফোঙসিংনা সাহিত্য অসি ময়াম্‌দা খঙহনখি। মসিনা চাওখৎ লম্বীদা চত্থবদা য়াম্না খুদোং চাবতা নত্তনা ময়ামনা খঙবা অৱাংবা থাক্কী লোন মসিদগি থোরকখি।

মতাংসিদা অসমীয়া জাতিগী ৱাখল খনবা অমসুং মিশনারীশিংগী থৌরমদসু মতেং পীখিবা সাহিত্যগী মীওই খরগী মীংপনবা য়ায়। মখোয়গী মরক্তা আনন্দরাম ঢেকিয়াল ফুকনগি মীং হেন্দোক থোইদোক্লা পনবা য়ায়। ঢেকিয়াল ফুকন হায়বসিনা স্কুল কলেজদা অমসুং বীচার লোইশঙদা অসমীয়া লোন অমুক হন্না শিজিন্নবগী থৌরাং হৌনবা কন্না আন্দোলোন তৌখি অমসুং অরুণদোয় চেফোঙদা অসিগী মরমদা অকনবা অমসুং থৌনা লৈবা ৱারেং কয়া ফোঙখি। ফুকনগী অসমীয়া লোনগী মরম্‌দা ৱাহৈখরদং" (A few remarks on the Assamese Language) হায়বা মঙাল লৈবা অমসুং ঈহৌ পীবা লাইরিক মচা অসি শিবসাগরগী বেপটিষ্ট মিশনদগি ১৮৪৯ ইংদা ফোঙবনি। লাইরিক মচাসিদা অসমীয়া লোন অমুক হন্না চৎহনগদবনি হায়বসি অকনবা খোল্লাও ওইহনখি। ফুকনগী লাইরিক অতৈগী মনুংদা "অসমীয়া লোরার মিত্র" (১৮৪৯) (অসমীয়া অঙাংশিংগী মরূপ) হায়বসিগী মীং পনবা য়াই। সাহিত্যগী মগুণ ৱাৎলবসু ময়ায় যুগকী ৱারেংগী মওং অসুম অসুম তৌদুনা ফগৎলকপদু মানা ইবা লাইরিকসিদা উৎলি। নহাওইনা মতমচাদনা মালেমদগি বিদায় লৌখিবনা তুংদা য়াম্নাফরক্কদবা সাহিত্যিক অমগী সাহিত্যগী থবক তোকহনখি।

মথংদা অসমীয়া লোন অমসুং সাহিত্য চাউখৎনবগী হোৎনবিবম্বা মীওইশিং মনুংদা গুণাভিরাম বরুৱা (১৮৩৭-৯৫) গী মীং পনবা য়ায়। আনন্দরাম ঢেকিয়াল ফুকনগুম্না মহাকসু কলিকাতাদ লাইরিক তমখি। শ্রীবরুৱাগী মরু ওইবা লাইরিক অনীদি আনন্দ রাম ঢেকিয়াল ফুকনগি পুন্সি ৱারী" (১৮৮০) অমসুং অসম বুরঞ্জি (১৮৮৪) হায়বসিনি। অনীমকসি পুনসি শক্তম অমসুং ইতিহাসপু আধুনিক বিজ্ঞানগী চাউখৎপা মওংদা লেংবনি। গুণভিরামনা মহাক্কী লৌশিংনা মী অমগী মরমদা পুন্সিগী মতাং মতাংদা থৌদোকশিং হোংদোক হোংজিন তৌদুনা মীদুগী মশাগী শক্তম ফজনা খঙহনবা অমসুং মান পাইখৎলুব মতমগা চুনহনদুনা ইথোকই।

মহাক্না বৈষ্ণব যুগকী ধর্ম্মচেনবগী পুন্সি রারীগী চৎনবী থাদোক্নুনা অহোংবা অমা পুরকখি। মহাক্না ইবা ইতিহাস অসি ইহান হানবা মপুংফাবা আসামগী আধুনিক ইতিহাসনি। মসিদা রাজনীতি, ধর্ম্মনীতি অমসুং কলা কৃষ্টিগী মচাক পুম্না য়াওই। মহাক্কী বর্ণনা অদুদা কয়া অরুবা ছন্দ য়াওদে অমসুং অরাইবা লোনদা নাম্না ফজনা মীগী থম্মোইদা পাল্লি। গুণভিরামনা "অসম বন্ধু" কৌবা থাগী চেফোঙ অমসু কলিকাতাদগী মহাক্না সমপাদনা তৌদুনা ফোংখি (১৮৮৫) অমসুং চেফোঙসিদা মশানা আসামগী ইতিহাসকি মরম্দা ইবা মমল লৈরবা প্রবন্ধশিং য়াওই।

গুণভিরামগী খুৎতা অসমীয়া রারেং সাহিত্য খ্বায়দগি হেনবা অরাংবা থাকতা কাখৎখি। মমাঙঙৈদা অসীগুম্বা ফিভমদা লৈরমদে। মহাক্কী মমাঙগী অইবশিংনা অসমীয়া রারেং অসি হোংদোক হোংজিন তৌবা য়াবা অমসুং মখল মখলগী ভাব ফোঙদোকপা য়ানবা তৌরম্মী অমসুং খৃষ্টানমিশনারী কাঙলুপনা খৃষ্টধর্ম্ম প্রচারগী দমক্তা নত্তনা অতৈ জ্ঞানগী রারম অমসুং বিজ্ঞানগী রারম ফোংদোক্লবদা শিজিন্নৈ। গুনভিরামনা মসি মপুং ফাবা সাহিত্যগী থাকতা কলাকৃষ্টিগা লোয়ননা পুখৎখি। মতম খরগী মমাং ফাওবদা ধর্ম্ম ওণথোকহন্নবগী খুৎলাই ওইরম্বদু মহাক্কী মথুক্তা শক্তি অমসুং ফজবা পুরক্লবগী খুৎলাই ওইহনখি। মহাক্কী মরূপ মপাংশিংগী পুক্লিংদা লাইরিক লেংনিংবগী ঈহৌ পুরক্নুনা লাইরিক ইনিংবগী ইরাং পোকহনখি অমসুং সাহিত্যগী অমসুং কলাকৃষ্টিগী মরমদা মহাক্না মরুওইনা ময়াম্ মাংদা লেপখি। সাহিত্যগী মরম্দা য়াম্না হেন্না থোইনা মতীক মগুন চেনবনা মহাকপু মহাক্কী মতমদা সাহিত্যগী মনিংমখা তম্বা অথোইবা অমনি হায়না লৌনৈ। মহাক্কী মতৌ উবদা ডঃ জোনসোন- গী রা নীংশিংঙি।

তরামাপনগুবা চহিচাদা ঙালম্বা সাহিত্যরথী অমদি হেমচন্দ্র বরুয়া (১৮৩৫—৯৬) হায়বসিনি, মহাকপু আধুনিক অসমীয়া লোন অমসুং সাহিত্যগী মপানি হায়না হায়নবসি অচুম্বমক্লি। মানা মাগী থবক্তা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা থরাই য়াওনা তৌরম্মী। থবক অসি ওইনবা শেমগপদা পুক্নীং চঙনা অমসুং হনবা লৈতনা হোৎনখি। মহাক্না লেংবা অসমীয়া লোনগী ব্যাকরণ (Grammar of the Assamese Language) (১৮৫৬) অমসুং হেমকোষ (Hemkos) হায়বা ইহান হানবা অরাংবা থাক্কী অভিধান অসিনা তুংদা লোন অসি চাওখৎলক্লবগী লেঙদ্রবা য়ুমফম ওইখি। লোন অসি হৌজিক্তি অচুম্বা পথাপ নাইবা ব্যাকরণ লৈরে অদুনা পুম্নমক্কী মথক্ত বানান অমসুং বাক্যগী মরমদা চপচাবা নিয়ম লৈবনা খঙদবা অমসুং চমম্নবগী মফম লৈত্রে। হেমকোষ অসি খ্বায়না য়ানবা অচুম্বা রাহৈলৈবা অভিধান ওইরে—মসিদা রাহৈগী হৌরকফম অমসুং মদুগী অর্থগা কোম্নানা চপচাবা ইংলিশকী অর্থপীদুনা অসমীয়া লোনগী রাহৈ খুদীংমক করি হায়রিবনো হায়বদু তশেং তশেংনা তাকই। মহাক্কী ব্যাকরণ অমসুং অভিধান অসি ঙসি ফাওবা খ্বায়না য়াবা তম্নবা লাইরিক ওইনা চৎনরি।

হেমচন্দ্র বরুরা হায়বসি শিবসাগরগী য়াম্না ধর্ম্মদা হকচিনবা ব্রাহ্মণ ইমুং অমগী চাদা-নাদানি। মহাক্না লোৎনা য়ুমদা মিশনারীশিংগী মতেং লৌদুনা ইংলিশ তমখি। মহাক অসি অরুনোদয় পত্রিকাদা পীথোরকপা অমা য়াওনা ইখোত্তুনা মরু ওইবা শরুক য়াখিবা মীওই অমনি। মহাক্কী সাহিত্যিক পুনসি স্কুলগী তম্নবা লাইরিক ইবা অমা ওইনা হৌখি। লাইরিকশিংগী মরক্তা "আদিপাঠ" অমসুং পাঠমালা হায়ব্য লাইরিক অসি ঙসি ফাওবগী মনুংদা অসমীয়া রারেংগী খ্বাইদগী ফবা ফিদম ওইনা লৈরি। মহাক্না লেংবা অতৈ লাইরিক্কী মরক্তা "বাহিরে রং ভিতরে কোরা ভাতুরী" (All that glitters is not gold) হায়বসি উপন্যাস মচানি অমসুং অসমীয়া সাহিত্যদা হৌদোকপা ইহান হানবা করেম্নবা খুইগী লাইরিকনি। হেমচন্দ্র বরুরা হায়বসি মশামক

য়াম্না অৱাংবা থাক্কী ব্রাহ্মণ ওইরবসু অমসুং ময়ান্না চৎপা ধর্ম্মমত চৎলবসু হিন্দুশিংগী ধর্ম্মদা হকচিনব অমদি অমোৎপা পথাপতি অমতা য়ারমদে অমসুং সমাজকী মউন থারবা চৎনবী অমসুং লমচৎকী তৌশিন্নবাপুম্বা ফোংনা সমালোচনা তৌবদা হালেংখিদে। মহাক্না পুরোহিত মকোক গোবর্দ্ধন ছত্রাধিকার হায়বসিগী মরমদা মহাক্কী উপন্যাস মচাদুদা শাথিনা সমালোচনা তৌখি। গোবর্ধন ছত্রাধিকার হায়বসি মপান্দদিয়ান্না ধার্ম্মিক ওইনা উৎলগা মনুংদা য়ান্না লমচৎ চুমদবা অমসুং মহাক্কী অতোনবা জাৎকী শিষ্যগী তলোয়গা নত্তবা লমচৎ চৎপদা ফাওবদা হলেংদবা মীওইশিগী মরমদা শাথিনা সমালোচনা তৌখিবনি।

ইংশক ১৮৬১ দা খুন্নাইগী আফিং থকপশিংনা আফিং থকচিল্লগা অমোৎপা থৌদোক কয়া তৌবদগী থোরকপা হীরমশিং শন্দোক্না ফোঙদোক্নুনা "কানীয়ার কীর্ত্তন" হায়বা লাইরিক অমা করেম্নবগী মওংদা ইবিথি। মসিদা গোসাই অমসুং মহন্তশিংনা ধর্ম্মগী মীংদা অমোৎপা থৌবম কয়া তৌবশিংনচিংবা ফত্তবা লমচৎ কয়া চৎলম্বা অদু উৎলি। মহাক্কী লাইরিকসিদা কবম্না ব্রিটিশকী মখাদা থবক তৌবা পিয়নশিংনসু মমালোন (অসমীয়া লোন) থাদোক্নুনা হিন্দুস্থানীদতা য়া ঙাংদুনা পোংনা খুন্নাইগী মীওইশিংবু ঙকহনবা অদু উৎলি। লাইরিক অসিগী চেনা খুদিংদা ফাগীওইরবসু খোইদৌ শীকপা ৱাতানা মচাক ওই। দ্রামাগী মওংখরা বাৎলবসু "কানীয়ার কীর্ত্তন" হায়বা লাইরিক লমচৎ চুমথোক্নবা তক্নবা অমদি নুঙাইরব বাবী বাতাইনা থনবা খ্বাইদগী থোইদোকপা সাহিত্যগী মগুন লৈবা য়ান্না ঈহৌ পীবা মীংচৎ লৈবা লাইরিক অমনি। অদুগীদমক সরকারদগী অওইবমক মনা ফংখিবা লাইরিকনি। অসামীয়া সাহিত্যগী ৱারেংগী মায়কৈদা হেমচন্দ্র বরুৱাগী য়ান্না দান লৈ।

# তরেৎশুবা তাংকক
## শৈরেং

নোংচুপকী শিক্ষানীতি শন্দোরকপা অমসুং অদুগা লোয়ননা অসমীয়াশিংগী পুক্নিংদা নোংচুপকী ৱাখল চংশিল্লকপা মতুং ইন্না অসমীয়া শৈরেংগী মওং পুম্‌হোং হোংদোকখি। চহীচা তরামাপন শুবগী লোইরমদাইগী চহী তরাগী মনুংদা অহোংবসি লাকপা উবা ফংখি। অসমীয়া সাহিত্যদা ইংলেণ্ডগী রোমান্টিক রিভাইবেলগী প্রভাব তাখি অমসুং অসিনা মরম ওইদুনা অসমীয়া সাহিত্যদা অনৌবা মমাঙদা লৈরমদবা অমদি মখল মখলগী মঙাল চেনবা অৱাংবা ৱাখলনা লৈতেংদুনা ফজবা মওং অমা থোরকখি। থায়নগী অখুবা মীৎয়েং অমসুং পুক্‌চেল পীকপগী মওং থাদোক্তুনা পুকচেল চাউবা অমদি খ্বায়না পান্না মওং য়েংবদা পুক্নীংহুবা অনৌব মওং কয়া লাকখি। শৈরেংগী ছন্দদা অমসুং ৱাহৈ-ৱাতাগী মওংদা ইনৌ নৌবা য়ান্না লংবা শক্তম অমা থোরকখি। অসিগুম্বা অনৌবা মওং লাকপশিনা তনৌবা হকচাং তেখৎপা শক্তি লৈনা লংনা ফজবনি। অসমীয়া শৈরেং খ্বায়গী নীঙবা থুংনা অৱাংবা থাকতা কাখৎপা ঙম্‌খি। অনৌবা অসমীয়া শৈরেংগী মচাকতি খ্বায়গীদমক নীঙতম্বা, মীখা পোন্দবা, সামাজিক অবিচার ধর্ম্মগী অমোৎপা, মী অমা ওইনা লৈবদা পোংজবা ঙম্বা অমসুং জাতিগী মনুংদা লীচিং মান্নবা পুরকপা অসিনচিংবনি।

অতৈ অতৈ লোন গুন্না অসমীয়া লোনদসু শৈরেংনা ইহান হানবা পুক্নিংগী ৱাখল ফোঙদোক্লবা খুৎলাইনি। অদুনা রোমানটিসিজমগী অনৌবা মচাকশিং অদু ইহান হান্না শৈরেংদা ফোংদোকখি হায়বসিদা ঙক্লীঙাই করিসু লৈতে। অসমীয়া লোনগী চাওখৎ লম্বিদা মচাকশিংদু শৈরেংদা অহানবদা ফোঙদোকখি। আধুনিক কবি অমনা অসুন্না হায়খি— "ঐখোইনা হিংলিবা পুনসি মহিংগী চয়েৎনবনা লূমথরবা, মতৌ মানবদা কঙাওনরবা অমদি লাঙতক্লবা অমসুং চঙক্লবগী লাঙদা থুরবা অৱাবগী ৱাখলনা স্বর ফুনগে তৌববা ঐখোইগী মফমদা শৈবেংনা পীগদৌরিবদু পামদবা য়াই। অদুন্নদি ওইরগা মসিগী প্রভাবনা চরাংনরবা পুক্নীংদা অইংবা পীবী সংসারসি মচেৎমচেৎ থোক্লা কায়খ্রবসু মহাক্তি নোংচুপ্রবা মতুংদা লংবা শাৎকাইববা লৈবাংগুম তরংতরং ঙান্দুনা লৈ অমসুং অচুম্বা অশেংবা অদুবু অঙকপগী মশক ওইহল্লি।" মসিমদি অওইবনি আধুনিক অসমীয়া শৈরেংদা ইংরেজী রোমান্টিক রিভাইবেলগী প্রভাব মরু ওইনা তাখিবসি য়ান্নমক অফবনি। অসমীয়া কবিশিংগী ৱাখলদা মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবা শক্তমগী বর্ণনা মপুং ফাখি অমসুং দেশ নুংশিবগী মপুং ফাবা ৱাখলসু লাকখি অমসুং ফজববু নুংশিবগী ৱাখলসু পোকখি। অসুম তৌদুনা থায়নগী ওইবা অমসুং মপা-মপুনা থম্বিরম্বা খুদম পুন্নমকপু নুংশিবা অমসুং ঙাকশেনবগী ৱাখল অসমীয়া কবিশিংনা তৌনরকখি।

অনৌবা আন্দোলন অসিদা লমজিংবিবা কবিদি কমলাকান্ত ভট্টাচার্য্য (১৮৫৮—১৯৩৬) হায়বসিনি। কমলাকান্ত ভট্টাচার্য্যগি শৈরেংশিংসি দার্শনিককি ওইবা দেশবু নুংশিবা অমসুং সমাজসংস্কারক ওইবগী গুণ অহুমসিনা লৈতেংঙি। অসমীয়া সাহিত্যদা দেশ নুংশিবগী ৱাখল পোকহনখিবসি মহাক্লা ইহান হানবনি। মহাক্লা দেশ নুংশিবসি তুমদুনা লৈরুরবা পাঙ্গল লৈবম্বা

জাতি অমবু হৌদোকপদা নত্তে, মহাক্না নোংচুপকী জাতিশিংনা করম্না চাওখৎখি হায়বদুগী ফিদম লৌদুন মাঙদা চঙসিন্নবা ৱাখলসু পোকহনখি। গোরবোল্ডি অমসুং মাজ্জিনিগী ফিদমশিংনা মাঙঙোন্দা ঈহৌ পীখি।

থৌ শাবিদ্রবা নুংজেংশিংগী মরক্তগী
থোরকখিনি মাজিনি চাম চাম,
গোববোল্ডি চাম চামসু থোরকখিনি
ভারতকী মায় ঙালহন্নবা।

কবি কমলাকান্তগী মীংচৎ লৈরবা লাইরিক অনীগী মীংদি "চিন্তানল" (১৮০৯) অমসুং "চিন্তা তরঙ্গিনী" হায়বসিনি। নীংতম্বা লৈরমদবা অমসুং মদুনা দেশতা অৱা অনা নঙবা মওং অসিনা মাঙোন্দ থম্মোয় শোকপদগী ৱাকৎকি ঈহৌ অমা লাকখি। মহাক্কী শৈরেং অয়াম্বদা মহাক্কী দেশকী হৌখ্রবা মতমদা নুঙাইনা লৈবম্বা মতৌ অদুগা হৌজিক্কী অকনবা লৈত্রবা হন্থরবা ফিভমগা খেন্নবদু হন্নাহন্না থৱায় শোক্না ফোঙদোকই। মহাক্না মরৈবাক্কি মীওইশিংদা নুঙাইতবা ফোঙদোক্তুনা হায়খি দেশগী মহৌশাগী ফজবা শক্তম কায়দনা হৌজিকসু লৈরি অদুগা মখোই মীওইশিংদি থায়নগী ফজবা মতৌ থাদোক্তুনা লৈখা তাবা লম্বেন্দা চথবে অদুগী লৈখা তারিদি মখায়তনি হায়না হন্না হন্না হায়রি। "চিন্তানল" গী শৈরেংখরগী মীং পনবা তারবদি "উদগ্নি," "পূর্ণিমার রাত্তিলোই গোই," "এইনো অহম নহায়নে শ্মশান" অমসুং "জাতীয় গৌরব" হায়বসি পনবা য়ায়। মখোযশিংসিদা মথং মথং মঙাল চেন্নবা মায়কৈ অনীগী শক্তম উৎলি। মায়কৈ অমরোমদা থায়নগী ইলংলংবা সনাগী যুগকী লৈবাক অমরোমদনা হৌজিক য়োৎকী যুগকী ওইবা অফা-অপূন্নবা অমসুং পংথহনবগী মতৌ উংপা। মহাক্কী শৈরেং শিংসি মনম নুংশিবা লৈগী মনম শন্দোকপগুম অনৌবা জাতিযতাবাদগী মগুণ চেন্লি। মহাক্কী শৈরেংশিংসি উপনিষদকী মরুওইব বাফম পুন্সিগী মমল অমসুং জাতিগী ফিদম অসিনা মচাক ওইহনবা ঙাক্তনি।মহাক মশাবু ভারত মচানি হায়বগী ৱাখলদা চাওথোকচৈ। মহাক্না পোংজনসিদা মহাক্কী থৌনা পীবা অমসুং ঈহৌ পীবা ঈশৈশিংগী শক্তি উৎলি। মহাক অসি লৈবাক্কী হেন্দোক থোইদোকপা মীৎনা শিংবা মঙাল শন্দোকপা কবিনি।

পাহোরোনী হাযবা শৈরেং লাইরিক অসিদা মহাক্না থায়নগী আসাম লৈবাক্কী মঙাল লৈবা যুগকী ফজবা পূন্নমক করম্না মাংখি হায়বদু শন্দোক্না ফোঙডি। অদুনা মাঙখিবা অমসুং কাওখিবা মঙালদু অমুক করম্না হিংগৎহন্দুনা জাতি পূন্নমক্কী মাঙদা করম্না শাৎকাইগনি হায়বদু ফোঙদোকই। কমলাকান্তগী দেশনুংশিবা শৈরেংশিংনা তুংগী লাইরিক হৈবা জ্ঞান তারবা থায়নগী নহাশিংবু লৈজরম্বা অরংবা লনগী পুক্কৈদু থিজিন্নবা ঈহৌ পী।

হিমালয়ের প্রতি সম্বোধন (১৯১৯) (হিমালয়দা হায়জবা) হাযবা লাইরিক অসিদা কবিনা চাওখ্রবা চীংজাও অসিবু কৌদুনা হাযজৈ অমসুং য়াম্না ৱাখল চংবা অমসুং নুঙাইবা ৱারী ৱাতাইদা ভারতকী হৌখ্রবা মঙাল লৈবা মতমগী বারী লিজৈ। মদুগা হৌজিক্কী মতমগী অৱাঅনা মায়ামসিগা চাংদমনৈ। বৈদিকযুগতা ব্রাহ্মনশিংনা জ্ঞান অমসুং কৃষ্টিবু ঙাকশেল্লমী, ক্ষেত্রীশিংনা মখোইদা পীবা থবক লৈবাক ঙাকপা অমসুং মরৈবাক্তা লান্দাবকপা ঙাকথোকপগী থবক তৌরম্মী, বৈশ্যসিংনা মরৈবাকপু ললোনইতিক তৌদুনা অমসুং খুৎশা হৈবগী থবক পায়খত্তুনা ইনাক কৈরাক খুলহল্লম্মী। তোইশুদ্রসুং তৌজিক্তি মখোই খুদীংমক মখোই মখোইদা শিন্নবা থবক তৌদ্রে মদুগী মরৈনা অপংলাই চুরে মহৈ মশীং হৈত্রে, অপেনবা লৈত্রে অমোংপা ৱাখল

অমসুং অৱা অনানা লৈবাকসে থল্লে অদুম ওইনমক কবি অসিনা তুংদা লাক্কদবা লংলবা নুঙাইববা মতাং অদুবু থাজদুনা মখাগী অসুম্না মাগী
শৈরেংদু লোইশিল্লি।

অনৌবা পৃথিবী অমা তপ্পঃ তপ্পা থোবক্লনি।
প্রেমনা হিংসা অমসুং য়েংথিনবগী মহুৎ শিংগনি,
শান্তিনা পৃথিবী পূম্বা শন্দোক্লা লৈতেংগনি।

অতৈ অতৈ অইবদগী হেনজিন্না কমলাকান্তনা মহাক্কী পুক্কী থৌগৎপা শৈরেংসিংনা আসামগী মীওইশিংগী পুক্কিংদা জাতিগী চাওখৎ লম্বীদা অনৌবা ঈহৌ পুখৎপা ঙম্খি। কমলাকান্তনা মহাক্কী শৈরেংদা পুক্কীংদা পানবা ঈহৌ অমসুং মৈচাক উৎলি অদুম্নাদি ওইরগা মহাক্কী শৈরেংগী ছন্দ কয়া নানদে, লুদে অমসুং নিয়ম নাইদে। মহাক্কী শৈরেংগী সুরসু কয়া ফজদে। শম্না হায়বদা মহাক্কী শৈরেংশিংসি অবাংবা থাক্কী নত্তে অমসুং কোমই ফিরেপ কয়া চাদে।

ভোলানাথ দাস (১৮৫৮—১৯২৯) হায়বসি ঈশৈ শক্কবা অতেনবা শৈরেং ইবা অতোপপা কবি অমনি। মহাক্কী "চিন্তা তরঙ্গিনী (বাখলগী ইথক) হায়বা লাইরিক অসিদা ফজবা তেল্লপ তৌবা চীংলেম্বা শৈরেংখর য়াওই। মহাক্কা সীতাহরণ কাব্য (১৮৮৮) ইহানহান্না অসমীয়া (তেখাও) লোনদা অমিত্রাক্ষব ছন্দদা লেংখি। বামায়নগী বাবীদগী মসিগী মচাক লৌবনি অমসুং মসিদা মাইকেল মধুসূদন দত্তগি প্রভাব তায়। মহাক্কা ইবা বাহৈ-বাতোদা চান্নদবা সংস্কৃত বাহৈ অমসুং মধ্য যুগকী অসমীয়া লোনগী বাতাগা পুনশিনবনা ফজবা বাৎলি অমসুং নুঙাইবা পোক্তে। তৌবগিদি মফম মফমদা ফজবা অমসুং মতাং যাওবা বাহৈনা বাহৈরোতাগী অশোয়বদু মেনশিল্লী অমসুং কাউহল্লী। মবক মরক্তা কাউবা ঙম্মোইদবা ফজবা বাহৈ কযানা লৈতেংবা পরেং য়াওবি। শূপর্ণখাগী মরমদা বর্ণনা তৌবা মতাংদা নুপীশিঙগী মবমদা অসুম্না ফোঙদোকই—

জগৎ অসিগী মনুংদা কনানা নুপীগী
পুক্কীং মনুংগী বা খঙবা ঙমগনি?
মোমোন নোকপা নৌরবা নুপীগী মাযখোং উবগা
মহাক্কী পুক্কিংদুসু নৌরমগনি হায়বদু ঙমদে।
কনানা নুপীগী পুক্কিং খনদা থাংগৎতুনা অসুবনি হায়বা ঙমগনি?
মখোই তুমিন্না বা ঙাঙ্গদনা লৈবা যায
অদুবু মাখোইগী থম্মোইদু ইংব্রা নত্রগা হায়বা ইনব্রা?
অকনবা মকুনা মখোযগী থম্মোযদু কৃপশিনদুনা লৈখি
মদুদা খোইমুনা খোই-হি থীবদা ফংদে।
থম্বাল মায়থোং ওইবী নুপীনা মপান্দা মঙাল শন্দোকহল্লি।
অদুগা অমম্বপুক্কীংনা মনুংদা লোৎলি।
চাকখৎলকপা মৈশুম ঙানথোকই মনুংদা লৈবা শককতুদি অমম্বগী মপর্ংনি।

লক্ষ্মীনাথ বেজবকয়া (১৮৬৮—১৯৩৮) হায়বসি আধুনিক অসমীয়া লোনগী সাহিত্যদা খ্যায়দগী হেন্না মীংচৎ লৈবা কবিনি হায়না মীপম খুদিংনা যানৈ। মহাক অসি যাম্না ফবা কবিনি, রচনা ইবগী শক্তিদা লাইপোকনি অমসুং ফাওবা ভর্নৌলিস্ট চেকোং কোঙবা মীওই অমনি।

লক্ষ্মীনাথকি মখুত্তা অসমীয়া শৈরেংগী পরমপরাদগী লাকপা পথাপ পুন্নমক হোংখি। মহাক্না অনৌবা মওং অমা পুথোকপতা নত্তনা রাহৈ রাতাদা ছন্দদা পুমহোং হোংদোকপা মওং অমা পুথোকখি। মহাক্না নুংশিনুংওনগী মরমদা, খ্বাইদগী ফজবা ঈশৈ লেংখি। মহৈশা লাইরেম্বীগী মরমদা অমসুং বর্ণনাগী ওইবা রারী শৈরেং অমসুং অরাংবা থাক্কী ফজ ফজবা অকলঅথোংবু থাবা শৈরেং মচা মচা লেংবিখি। মহাক্কী পুক্লিংদা অঙকপা রাখল মনুং য়ৌনা হনজনজবা ঙম্মী অমসুং পৃথিবী পুম্বা মহাক্কী কবি ওইবগী রাখন্দা নাকল অনিমক্কী শৈরেংগী মঙাল শন্দোক্না উহনবা ঙম্মী। য়াম্না অরাবগী মরক্তসু ফজবগী মগুণ অমসুং পৃথ্বি শিনথুংনা লৈরিবা মচু অমসুং খোনথোক ফজবা পুম্বা পূনশিন্না উবা ঙমই।

লক্ষ্মীনাথনা মহাক্কী দেশ নুংশিবা ঈশৈ "আমার জন্মভূমি", "মোর দেশ", "অহোম সংগীত" অমসুং "বিন বরগী" হায়বশিংদা আসাম লৈবাক্কী কৃষ্টি অমসুং ইতিহাসপু নুংশিবগা লোয়নবা থাগৎ রাহৈনা ফোঙদোকই। মহাক্না কোয়না য়েংবা মিৎযেংনা থায়নগী দেশ অসিগী হৌখ্রবা ইতিহাস য়েংশিল্লি অমসুং থায়না চাওখৎলমবা অমসুং কাওখ্রবা হৃজিক্তি মরাই চাইথখ্রবা দেশ অসিদা লৈরম্বা মঙালদু থাগৎইশৈনা হরাওনা ফোঙদোকই।

মমাঙঙৈগী লৈজরম্বা ফিদমশিংদুনা বেজবরুবাগী পুক্লিংদা অঙকপা ফংনা জাতি নুংশিবগী ঈহৌ অমা পুরকখি। পনদ্রবসু য়াবদি লক্ষ্মীনাথকি দেশ নুংশিবা শৈরেংগী মঙান্না নৈহৎপীরবা ওৎপীববা লৈবাক অসিগী মীশিংনা সাহস, নীংতম লানগী মতমদা পাঙ্গল, থাজবনচিংবা কয়া পীখি। মহাক্কী দেশ নুংশিবা ঈশৈ "ও মোর আপোনার দেশ" "ও মোর সুন্দব দেশ" ঐগী লৈবাক ঐগী ফজরবা লৈবাক হাযবসি অসমীয়াশিংগী জাতীয় সঙ্গীত ওইনা লৌবসি অচুম্বমক্লি।

মখল মখলগী শাগৈজাতশিংগী তুংফম ওইরম্বনা আসাম লৈবাক অসি মগুন লৈবা মখল মখল কলা কৃষ্টিগী কেন্দ্র ওইরম্বা অমসুং লনশিগী মীশিংগী মশাগী ওইবা রারীণা পুক্কৈ ওইবা মফমনি হায়বসি মশানা তাবনি। আসাম লৈবাক্কী ফংগা রারীণা অসমীযা লাইরিক চৈবশিংবু মীরমলেনগী নত্তবা-মওংদা শুমহৎলি। লক্ষ্মীনাথনা থাযনগী খুন্নাইগী রারী বাতাই কয়া থীজিনদুনা অমসুং খোমজিনদুনা শেমদোক শাদোক্কুনা অমসুং লনাইগী রাখলগী মচাক খরা হাপচিন্দুনা মশাগী লাইরিকশিং ফোঙদোকপিবনি। মহাক্কী শৈরেংদা মহাক্না থায়নগী শৈরেংদগী অমসুং মধ্য যুগকী খুন্নাই ইশৈদগী মচাক খোমজিনদুনা মখোইগী হকচাং অমসুং আম্মা অমুক হন্না ফজনা শেমগৎখি অমসুং মীওইশিংবু পেলহল্লী। মহাক্কী মশাদা লাইয়েকপ হৈবা মীওইগী মমিৎ পাল্লি অমসুং নুংশিবা ইশৈ শকপা হৈবা মীওইগী মনাকোংনা মাগী ওইরম্মী। মহাক্কী "নিমাতি কন্যা" (লোম্বোক্তবীকন্যা) হায়বসি রাহৈগী লাইগেকমক্লি। মহাক্কী "ধনবার আরু রতনি" হায়বা শৈরেং মচাগী লাইরিকসিসু খুঞ্জাগী পাংংমচা অমসুং লৈশানী অমগী মরমদা ইবা অঙকপা লাইরিক অমনি। "কিয়োনু আনিলী মানু আই বদন তাই" হায়বসি খুল্লক লৈবক্কী মন্ত্রী মন্ত্রীবা মতৌগী মরমদা ইবা শৈরেং লাইরিকনি। মসি আসাম লৈবাক্কী মন্ত্রী বদন বরফুকনগি খুদোংথিনিঙাই ওইবা বিশ্বাসঘাত থৌরমদাগী করোশিংনা ১৮১৬ ইংদা আসাম লৈবাক আক্রমণ তৌখিবগী মরমদনি। আক্রমণ অসিদা তাথিবা অরাবা নুঙাইতবা, নৈহৎপীবা অমসুং পুক্লিংশোকপা রাহৈশিংনা শৈরেং লাইরিক অসি থম্মী।

পদ্মনাথ গোহাইন বরুবানসু গীতকাব্য (ঈশৈ শক্লবা অতেনবা শৈরেং) লেংবিখি। মহাক্কী "ফুলোর চেনাকী" হায়বা লাইরিক অসি প্রাকৃতি বর্ণণাগী ওইবা খোমজিনবা শৈরেং পরেংনি। মহৈশা লাইরেম্বীগী ইংলবা অমসুং চীকখ্রবা মতৌদুনা কবিগী পুক্লিং চীংশিন্নী। জিনান্দ মেনলি

হোপ্‌কিন্‌স্‌না অসুম্না হায়খি—পৃথিবী অসি ঈশ্বরগী মঙাল্লা লৈতেংখিবনি অমসুং শীন থুংনা ঙাল্লিবনি। মসি খোন থোক্তবা মঙাল্লি। গোহাইন বরুৱাসু চপমান্নবা ৱাখল্লা ফোঙদোকই—মহৌশাদা লৈবা পূম্নমক ঈশ্বর লৈ হায়বসি তাকই। নুমিৎ, উ,ৱা অমসুং উরিৱারী পূম্নমক মাঙ্গেমগী মপুগী মীংখৈ সোল্লিবনি। ৱাখল অসিদনি মহাক্কী "কর্ত্তব্য" হায়বা লাইরিক অসি নীংশিংফম থোকপা লাইরিক অমনি। "উষা" হায়বা শৈরেং অসিদা কবিনা অয়ুক অঙনবগা মহৌশা লাইরেম্বীগা পূল্লগা থোরকপা অনৌব পুন্সিগী মওং উৎলি। গোহাইন বরুৱাগী ৱাহৈ-ৱাতাদি আসাম লৈবাক্কী মশাগী ওইবা ৱাহৈৱোতানি। মশামক য়াম্না চেৎনা থায়না চৎনরম্বা অসমীয়াশিংগী ওইবা নিয়ম নীতি য়াম্না কিনা মকুপ মতাই চপ চানা ইনজরম্বা মীওই অমনি। "লীলা" হায়বা লাইরিক অসি শাংখ্রবা অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ইবা শৈরেং লাইরিক অমনি। মসি আত্মজীবনী অমনি অমসুং মসিদা ইমুং মনুংগী অৱা-নুঙায়গী ৱারী য়াওরি। শৈরেংশিং অসিদা আসাম লৈবাক্কী ফজরবা মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্তমসু ফোঙদোকই।

চন্দ্রকুমার আগরওয়ালা (১৮৬৭—১৯৩৮) হায়বসিসু ফজবগী ভক্তপূজারী অমনি। মহাক্কী শৈরেংশিংদা খ্বায়গী মাঙদা ফজববু নুংশিজবা অমসুং হিংবগী নুঙাইবা থম্মোয়দগী হরাওবা অমসুং ইংলবা মেঙলবা মঙাল অমা থোরকপদু থেংনৈ। মহাক্কী শৈরেংদা মহৌশাগী চৎনরকপা মওং নত্তনা অনৌবা মওং অমা উবা ফংঙি। অমরোমদনা থায়নগী অরিবা কবিশিংনা মপুংফানা নুঙাইবগী মফম অমসুং অমৃত ফংফম স্বর্গদতা (লাইলৈবাক্তা) ফজবা লৈ হায়বসি থাজরম্মী অমসুং আধুনিক কবিশিংনা ফজবা অদুমবা মহৌশা লাইবেম্বীগী মশাদা উবা ফংঙি। চন্দকুমাবনা মখাতানা অসুম্না হায়বিরম্মী-ফজবা হায়বসি মী অমগা মী অমগা নুংশিনবদা, চানবীবদা, থৌজালবিবদা লৈ। "প্রতিমা" হায়বসি মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবা শক্তম ফোঙদোকপা অসমীয়া শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক মচা অমনি। মসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিংদি সন্ধ্যা (য়াচংবা), মহৌশা, নীওর (লীক্লা) অসিনচিংবনি। কবিনা অসিদা মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্তম ফোঙদোক্তনা মীওইশিংগী পুক্নিংদা ফজবা ঈহৌ অমা পোকহল্লি। রোমানটিসিজমগী মখাদা মহাক্কী নহাওইরিঙৈগী পুন্সি লেনখি অমসুং মরমসিনা মহাক্কী ৱাখল পূম্নমক্তা খুঞ্জাৱারীগী প্রভাব তাখি। মহাক্না লেংবা "বনকুমারী", "জলকুমারী" অমসুং "তেজিমালা"নচিংবা শৈরেং লাইরিক পূম্নমক ফজবা মীরম্‌লেনগী নত্তবা অমসুং অঙকপা ৱারীনা লৈতেংঙি। মতাংসিদা নীংশিংগদবদি ময়াম্না থাজগনবা থায়নগী ৱারীশিংগী মচাকশিং মহাক্কী শৈরেংশিংদা পান্দমনিঙায় লৈতনা ফজনা ফোঙদোকই। মহাক্কী শৈরেংগী অতোপপা মচাক অমদি মীওইবগী মরমদা মহাক্না খনজবা পাকচাওরবা ৱাখল অমসুং মহাক্কী মীৎয়েংদা মী পূম্নমক মহৌশাদগী অমতনি হায়না ফোঙদোকপসিনী। মফম পূম্নমক্কী মীওই খুদিংবু মহাক্কী মীৎয়েংদা চপ মাননা য়েংজৈ, খেন্নবগী ৱাখল লাক্তে। মসিগী মওংসিদা ফরাসী দার্শনিক অগাষ্ট কোমপতেগী ৱাখলগী মমি তাখি। মহাক্কী শৈরেং "বিন বরাগীদা" মীবু নুংশিবগী অৱাংব মঙালঅদু মীওইশিংগী নুমিৎখুদিঙ্গি পুন্সিদা, মী অমগা অমগা লৈনবা মরীদা ফজবা মী অমবু অমনা নুংশিবা অমসুং অৱা অনাগী মরক্তসু ফজবগী শক্তম উবা ফংঙি। কবিনা ঐখোয়গী পৃথিবীদা লৈরিবা লাইশঙ পূম্নমকপু ওম্থোকতুনা মালেমগী অমোৎপা অমসুং খেন্নবা পূম্নমক মুথৎতুনা স্বর্গগী নুঙাইবা মফম অদু ওইহননিংঙি।

আনন্দ চন্দ্র আগরওয়ালানা (১৮৭৪—১৯৪০) ইংরেজী শৈরেং অসমীয়া লোনদা হন্দোকপদু হান্নগী মশাগী আসল অদুগুম্মী। মহাক্না ফুংগা ৱারীনা মচাক ওইদুনা ফজবা ৱাবী

লৈরেং অতৈসু লেংবিরম্মী।

হিতেশ্বর বরবরুবান (১৮৭৬—১৯৩৯) অমিত্রাক্ষর ছন্দদা অশাং অশাংবা শৈবেং লেংবিরম্মী। মহাক্না ইংরেজীগী মওং লৌদুনা পরেং ১৪না শেম্বা শৈরেং (সোনেট) ময়াম লেংবিরম্মী। মহাক্না ইহান হানবদা লেংবা শৈখোম "ধোপাকলি" (দি-বাদ ১৯০২) হায়বসি নহা ওইরিঙৈদা লেংখিবা খোমজিনবা শৈরেং লাইরিকনি। "কামতাপুর ধ্বংশ আরু বিরহিনী বিলাপ কাব্য" হায়বা শাংথ্রবা শৈরেং অসি ইং১৯১২ দা ফোঙবনি। মধ্যযুগকী অসমীয়া ইতিহাসতগি থিম (বিষয়) অসি লৌবনি। অসিদা থায়নগী কামতাপুর (হৌজিক্কী কোচবিহার হাযবশিগি মনাক্তা) হায়বা লৈবাক অসিবু করম্না গৌরদেশগী নবাবনা পাল্লিবা নিংথৌ নীলাম্বরগী মন্ত্রী অমগা ষড়যন্ত্র তৌদুনা তুহৎখি হায়বদু ফোঙদোকই। শৈরেং লাইরিক অসি তাংকক ১৫ থোক্লা খায়দোকই অমসুং অয়াম্বা দ্রামাগী মওংদনি। মহাক্না ঐতিহাসিক শৈরেং অমগা "তিকতাব আত্মদান" মিংথোনদা লেংবিরম্মী। মসিদা লোরা রাজা কৌবা নীংতম্বা তমথিবা নিংথৌ অসিনা অহোমগী ফাওখ্রবা রাণী জয়মতীবু লানফা হন্দোকমল তানদুনা ওৎনৈবদ: দেশ অমসুং মপুরোইবগীদমক থৱায় কৎখিবগী ৱারীনা মচাক ওইবি। কবিনা থাজবা যাবা থৌদোকশিং পূম্নমকপু কায়হন্দনা মহাক্কী ৱাখলনা লাম্বা ফংবা মখৈ অমসুং লৈজবা শক্তি শিজিন্নদুনা ফজনা ফোঙদোকই। অয়াম্বা মতাংদা মথৱায় পানদ্রবা পোৎশিংদা মহাক্কী ৱাখল্লা মথৱায় হাপ্তুনা ফজবা লৈতেং ওইহল্লি। খুদম ওইনা মথৱায় পানদ্রবা মীৎকি পীবাং লীক্লাগী মবীক অমসু য়াহিপ্পচিংবদা মথৱায় হাপ্তুনা ফজবা গীতিকাব্য শেমদুনা মীওইশিংবু শুমহৎলি।

বরবরুৱানা লেংবা শাংথ্রবা শৈরেং লাইরিক অমদি "যুদ্ধ ক্ষেত্রত অহোম বমনী বা মুলা গাবরু" হায়বসিনি। ইং ১৫৩২ অমসুং ১৫৩৩ দা মোগলশিংনা তরুক অমসুং তরেৎ শুবা আসাম আক্রমণ তৌখিবগী থৌদোকশিংনা মচাক ওইদুনা লাইবিক অসি লেংবনি। শৈরেং অসিদা অসমীয়া থৌনাফবী মুলাগী থৌনাগী ৱারি পান্দম লৈতবা থৌনা অমসুং শক্তি উৎতুনা লানদা মহাক্না মোগল জেনারেল অনীবু মপুরোইবা হাৎপগী লমন শিংবাগুম হাৎখি। মপুরোইববু চহী অমা মমাংদা লান্দা হাৎখিবনি। মতুংদা লানফমদা মূলা গাবকসু মথৱায় থাখি। শৈরেং লাইরিক অসিগী মতাং খুদিংদা মপালমদম নুংশিবা থম্মোয় শোকপা বাহৈনা মীপুম খুদিংগী পুক্লিংদা ঈহৌ হৌহল্লি। আসাম লৈবাক্ত বরবরুবাগী মপালমদম নুংশিবগী ৱাহৈশিংনা পাউরৌ ওইনা লৈরি।

মপাম লমদমগী নীংতম্বা ঙাক্লবগী লানদা,
মথৱায় কখোকথ্রবা মীওইদুদি
শিরবসু শিবানাইদ্রবা থৱায়দুদি।
মহাক্কীদমক্তি শিবা হায়বসি অমব ওইনা পোত্থাফমনি,
নুঙাইনা ইমা পৃথিবীগী তম্বাক্তা,
মাঙোন্দদি মৈনাদি মেঙলবা থাজগী মঙাল্লি,
অমসুং য়াহিপফম লৈবাকতু লৈগী শয্যানি,
অদুগা হুনজিল্লকপা থিনদৎলিবা তা শিংদু লৈগি নোং চুথবকপনি।

মহাক্না থাগচ্চবা ইউরোপকী সাহিত্য যাম্না পাঠৈ অমসুং মাঙোন্দা মগোয়শিংদুগী মনি তাখি। মহাক্কী "অঞ্জলী" হায়বা লাইরিক অসি গোল্ডস্মিথকী "ভাইকার অফ ওয়েকফিল্ডগী" মওংলৌদুনা লেংবনি অমসুং সেক্সপিয়ারগী ওথেলোগী মওং লৌদুনা "দেজ্দেমোনা" কাব্য অসিসু লেংবনি। ইউরোপকী অইবশিংগী বাহৈশিং মহাক্কী লাইরিক্কী মতাং অয়াম্বদা হংতুনা

লেংবনি। মহাক্কী "আভাস" (১৯১৪) হায়বা লাইবিক অসি অতেনবা শৈরেং ২১ খণ্ড খোমজিন্দুনা লেংবা শৈরেং লাইরিকনি। মসিদা য়াওবিবসি ফাওরবা চন্দ্ৰাশিংগী পুন্সিবারীনি। খুদম ওইনা যশোদা, বোডিসিয়া অমসুং জোবান অফ আৰ্কনচিংবগী পুন্সিবারী লাইরিকসিগী মনুং চল্লবনি। মহাক্কী মালঞ্চ (১৯১৮) হায়বা লাইবিক অসি পবেং ১৪না শেম্বা শৈরেং ১২৮ যাওবা অসমীয়া লোনগী অহানবা সোনেট শৈরেং লাইবিকনি। লাইবিক অসি পীক্রবসু য়াম্না পাক চাউবা বাখলগী মচাকনা লৈতেংঙি। খুদম ওইনা ঈশ্বর কল্পনা, থাকোলা অমসুং স্বপননচিংবগী মরমদা ফজনা নৈনরি, মথংদা মহাক্কী থম্মোয়দগী নুংশিবাহৈ খোরকপনা সেক্সপিয়ার, কালিদাস, শঙ্করদেব, শকুন্তলা, মিরান্দা অমসুং অতৈ শক্লাইবা মীওইশিংবু উদ্দেশ তৌদুনা মহাক্কী লাইরিক্কী মঙাল ওইহল্লি। বরবরুয়া পুন্সিদা কায়নবগী য়াম্না অবাঅনা নঙখি অদুনা মহাক্কী চতুর্দ্দশপদী শোনেট শৈরেংশিংদা মহাক্কী থম্মোযগী অবা-অনাদু ফোঙদোকপা ওইনা তৌই। ঐখোয়না মহাক্কী ফজখ্রবা চতুর্দ্দশপদী ছন্দগী শৈরেং (সোনেট) খবগী মীং পনবা তাববদি "যাতনা" (অবা-অনা), "কান্দোন" (কপপা), সান্তনা (পুক্নিংইংনবা বাহৈ) অমসুং চকোলো (মীৎকি পীবাং) হায়বসিনি।

হিতেশ্বর বরবরুয়ানা (১৯২২) মচা নিপা অতোম্বা লৈখিদবদা "চকোলো" কৌবা সোনেটকী মতুংইন্না শৈরেং লাইরিক অমসু লেংবিরম্মী। চতুর্দ্দশ পদী শৈরেং (সোনেট) অসিদা মপানা থবায শোক্লা নুঙাইতবা ফোঙদোকপসি থাডেশেংবা শৈরেংগী মগুন থম্মোই শোকপনা ওইরবদি সোনেটশিং অসিদগী হেন্না ফজবা শৈরেংগী বাহৈবাতা লৈফম থোক্তে। মসিগী লোনদাসিদা কবিগুপ্তা ঈহৌ অমা লৈবনা মীৎকি পীবাং শিন্থখিবা খঙহৌদে। অদুনা "চকোলো" হায়বা মীংথোনসি চপচাবা মীংথোন্নি। মহাক্কী শৈরেংশিংসিদা তেংথাবোন্না মথং মনাও নাইনা লৈতেংঙি অমসুং মদুদা মপাগী থম্মোয়দা নুঙায়তবা হন্না হন্না ফোঙদোকপদা নত্তনা রাফম অতৌদি পুন্সি, শিবা, আত্মা অমসুং স্বৰ্গনাচিংবনি। শৈরেংশিংসিদা অওইবা মওংবু মহাক্লা থৈনা দৈববানীগি মওংদা মঙাল তাহনবা ওন্মী।

হিতেশ্বর বরবরুবা হায়বসি থায়নগী অহোম রাজপরিবারগী বংশধরনি। অদুনা মহাক্লা রাজপরিবারসিগী পাবিপুবা মূল্লা শঙডি। মচাকশিং অসি খোমজিনদুনা "অহোমোর দিন" হায়বা লাইরিক অমা লেংথোকপীখি। লাইবক থীবদি মসি হৌজিক ফাওবা ফোঙবা ঙমদদুনা লৈবি। মহাক্কী "মলিতা" কৌবা উপন্যাস অসিসু হৌন্ম অসিদা হৈবনি। মসিদা অহোমশিংনা নুঙাইনা পাল্লিহৈ মতমদা লৈবম্বা ফিভম থবা বাখলদগী শেমদোক্লনা অহোম নিংথৌশিংগী মতমদুগী থাঙ্গশেংবা শকুম অমা উৎলি।

অসমীয়া সাহিত্যদা চতুর্দ্দশপদী শৈরেং (সোনেট) ইবদা দুর্গেশ্বর শৰ্ম্মা হায়বসি অবাংবা থাক্কী কবিনি। মহাক্লা চতুর্দ্দশপদী অমসু শৈরেং অতৈ লেংবিরম্মসি পূৰ্নসিল্লগা "অঞ্জলি" অমসুং "নিবেদন" মিংথোনদা লাইবিক অনী থোক্লা ফোঙবিরম্মী। দুর্গেশ্বর শৰ্ম্মা হায়বসি ফজবা নমচৎ চৎপা মীওই অমনি অমসু ধৰ্ম্মগী মফমদসু অবাংবা বাখল চেনবা মীশক অমনি। মহাক তেল্লবা পুন্সিগী মরমদা, অমব ওইনা লেংদনা লৈবা ঈশ্বরগী মরমদা, অমসুং পোথাব নাইদবা আত্মাগী ঈশ্বর ফংনবা বাখলদা লুপ্পুনা লৈজবা কবি অমনি।

মহাক্কী শৈরেং অযাম্বদা ইন্দ্রিমবাঙ হৌহল্লি অমসুং মচাকশিংদু খুল্লক্কী শাবী শানৌগী মপানথোংগী বারী ওইনা তৌই অমদি লৌবাহৈ পুন্সিগী থৌদোকশিং তেঞা ইথোকই। মচাকশিং য়াম্না ফজে অমসুং বাহৈ বাতাশিং সুবচায়হনবা নুংশিবা খোনথোকনি। মসিদা ইংলণ্ডগী পাৎকি কবিশিংগী মমি তাহল্লি হায়বদু শঙবা ওন্নী।

চন্দধর বরুৱা (১৮৭৮) হায়বসি সাহিত্যগী মরমদা অনৌবা ঈহৌ পুখৎপশিংগী মরক্তা অমনি। মহাক্কী মীংচৎতি অসমীয়া লোনগী শৈরেং লেংবদা নত্তে ড্রামাগী মায়কৈদনি। মহাক্লা লেংবা "রঞ্জন" হায়বা লাইরিক অসি খোমজিনবা শৈরেং লাইরিকনি। মসিদা নুংশি নুংওনগী মরমদা, মহৌশা লাইরেম্বীগী মরম্‌দা অমসুং হরাও তয়াম্না লৈবগী মরমদা ফোঙদোকই। "স্মৃতি" হায়বা লাইরিক অসিসু পুক্লিংদা হরাও-তয়াম্বগী ঈহৌ পোক্‌হনবা লাইরিক অমনি। লাইরিকসিগী মচাকশিংসু নুংশি-নুংওনগী অমসুং মহৌশা লাইরেম্বীগী মরমদনি। কবিনা মতাংসিদা মহাক্কী লৈখিদ্রবা নুপীদুনা অমৃতগুম্বা হকথেং নিংশিংমীংশেন্দা মহৌশালাইরেম্বীগী মফম খুদিংদা কোইপাই পাইদুনা লৈ হায়বসি থাজজে। মহাক্কী মীংশিং মীংশেন্দা উরিবা থৌদোক অসি সোয়দ্রবনি হায়বসিগী স্বাক্ষীদি মহৌশা লাইরেম্বীতনি।

রঘুনাথ চৌধুরী (১৮৭৯) অসিবু আসাম লৈবাক্তা উচেক্‌বায়াগী কবি হাযনা খঙনৈ। মহাক্কী ইহান হানবা খোমজিনবা শৈরেংলাইরিক "সাদোরি" (নুংশিথোইবা) হায়বসিনি। অসিদা মহাক্লা উচেকওয়া, হৈ-লৈ অমসুং লৈকোনগী মরমদা ইবনা হেন্না পাম্বগী মওং উৎলি। অসিগী মথংদা শাংব্রবা শৈরেং লাইরিক "কেতেকী" অমসুং "দাহিকাতারা" হায়বা অনীসি ফোঙখি। শৈরেং লাইরিক অনীসিদা উচেক ৱায়াশিংগী মবম্‌দা মহাক্লা মহাক্কী পুক্লিংদা কুপ্পা উশিনবগী মওংদু উৎলি। "সাদোরী" গি মনুং চনবা শৈরেংশিংদা "বহাগীর বিয়া", "গোবিন্দ হি এবার মোর প্রিয়াবিহঙ্গিনী" অমসুং "কেতকী-চোরাই" হাযবা শৈরেংশিংদা উচেক ৱায়াগী ফজরবা মওং অমসুং নাপিশিংগী পুন্সি শক্তম উৎলি। মহাক্লা নুংগী মরক্তা পাউতাক উবা ফংঙি, চেন্থরিবা তুরেল ইচেলদা লাইরিক ময়াম উবা ফংঙি। মহাক্কী মহৌশা লাইরেম্বীগী শৈরেংশিংসি অনী থোক্লা খায়দোকপা য়ায়।শরুক অমদা মহৌশাগী শক্তমসি পুক্লিংগী মপান্দা থোকপা পোৎ-থোক অমদি থৌদোকশিংগী মরমদা ওইনা তৌবা শৈথানি অমসুং শরুক অমদনা মহৌশা লাইরেম্বী অসি মীওইবগী সনা লুপানা তাশিনদুনা শাবা লৈতেংগুম্মী। অহানবা শরুক্তা মহৌশা লাইরেম্বী অসি য়াম্না হরাও-তয়াম্মী অমসুং মরীক চুম্মী অমসুং মথংগী শরুক্তা মহৌশা লাইরেম্বীসিনা মীগী পুক্লিংদা উৎসাহ পোকহল্লি। মহাক্কী "বহাগীব বিয়া" হায়বসিদা মহৌশা লাইরেম্বীনা মশাগী হরাও কুম্মৈ উৎপগী ফিভম ফোঙদোকই। বসন্ত ঋতুগী "নিংঙোল" বহাগী হায়বসিবু লুহোংবিবগী মতাংনি। মতমসিদা উবীবারীশিংদা অমসুং উপাম্বীশিংদা অনৌবা মনা চোংখৎলে অমদি লৈরাং শাৎলে। হরাওমনদুনা উচেক-বাযা অমসং তীলকাঙনা ঈশৈগা লোয়ননা জগোয় শারি। কবিনা মতৌ অসিগি মতুং ইন্না মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবা মানা পামজবা মতুংইনা শক্তম উৎলি অমসুং মসিদা মহাক্কী পুক্লিংদা ঈহৌ অমা পোকই। "কেতেকী"গী মনুংচনবা ভাবতি উচেক অসিনা মালেমদা হল্লকপগা লোযননা মহৌশা লাইরেম্বীগী ইরাং নৌহৌনবা মওং অমা পোকই অদুনি। কেতোকীগী শৈরেং অসি মশক উদবা হবাওবা মীনা খঙবা ঙমদবা সুরতিনবা পুক্লিংদা নুঙায়বগী ৱাখল্লি। শৈরেং অসি বাখলসিদগী হৌদুনা অঙকপগী মওংদা শরুক মঙা থোক্লা শন্দোকই। অহানবা শরুক্কী অঙকপা ফিভমগী মথংদা কবিনা উচেক্কী ঈশৈগী মনুংগী অর্থদুগী অচুম্বা মওংদু খঙনবা হোৎনৈ। পুক্লিংদা থং পানদুনা থোবকপা জ্ঞানদগী কবিনা খঙখি মদুদি অবাঅনানা ফুল্লবা সংসার অসিদা কবিগুম্বা নুঙাইবা মফম লৈরবদি মদু উচেক্কী ঈশৈনা পুক্লিংদা যৈবা খোম্বাংনি। অনীগুবা শরুক্তা মীওইবাশিংদা অমসুং মহৌশালাইরেম্বীগী মশাদা উচেক্কী ঈশৈদগী থোবকপা ফজবনা অমসুং শুমহৎপা মওং অদু উৎলি। মওংশিং অদনা অসমীয়া মচাশিংগী পুন্সিদা লাযনা থাজবা যাবা পুক্লিং ভবগী মতৌ পৌর্গলি।

তাবদা নহাক্কী মেংলবা খোম্থোক ইকাইগনবা মৌদু
লেপ্লি য়োংখম্‌দা ফি শারম্বা,
কাউথোকই পাংঙনদেমহনবা
তারিঙেদা শুমহৎতুনা।
মহাক্কী মশাগী খোম্থোকতা,
ঙাওহল্লি মৌ-নহাদুবু
ঙকই খল্লি পুক্লিংদা হরাওবনা
লংনাই তরেং পূংলেপ লেপথ্রে
লংচাক তাথ্রে তরেং য়োৎকি মখাদা।

অহুম শুবা শরুক্তা কবিনা মহাক্কী ৱাখলগী মিংশেনদা উচেক্কী ঈশৈদগি থোরকপা নুঙাইবগী মওংদু উবা ফংঙি অমসুং মীওইবশিংন মথংমথং লীনরকপা লাইগুম্বা অমদি থায়নগী ৱারীগী মচাক ফংঙি। কন্বমুনিগী আশ্রমদা শকুন্তলা, বিদর্ভদা নিংথৌমচানুপী দময়ন্তী অমসুং শোনিতপুরদা উষাদেবী, অলকাদা লুহোংবতা ঙাইরিবা যক্ষ অমসুং গোকুলদা গোপীনিশিং পুন্নমক অসি উচেক্কী ঈশৈদগী হৌরকপা প্রেমগী ঈহৌদা শুমহত্তুনা লৈখিবনি। মরীশুবা শরুক্তা কবিনা উবা ফংঙি উচেক্কী ঈশৈনা থায়নগী মীওইশিংবুতা অমদি পোৎপুম্ববু মতম পুম্বদা শুমহৎপা নত্তে তোইশুম্বসুং মীওইবশিংগী মায়কৈ পুন্নমক্ত লেপপা নাইদ্রবা পুক্নিগী ইচেলদা মথকতসু মখাদসু হরাওবগী ঈহৌ থৌদোক খুদিংদা চেম্বরি। উচেক্কী ঈশৈননী নোংগা লোয়নন হৌরকপা ঙংঙংলাউবা মখোমবু, নোংথাংগী মশেকপু, গোপীনিশিংগী জগোয়বু অমসুং যমুনাগী জোয়ার ভাটাবু থোকহল্লিবশি। মঙা শুবা শরুকতা কবিনা মহাক্কী ৱাখলদা শাজরুবা শকতম অদু পূমতোয় তোইদুনা লৈখাদা তাখি অমসুং উচেক অদু মাঙখি। মতাংসিদা কবিনা অমুক হন্না সংসারগী পুকচেল পীকপগী অওইবা মওংদু খঙবা উমখি। শৈরেং অসি মকোয় মপুং ফারবা মতুংদা মহাক্কী অহানবা হৌরকফম্ মহৌশাদা হনজিল্লী। কেমপবেল অমসুং অতৈনা য়াম্নাচুম্না হায়রম্মী মদুদি অসুম তৌদুনা মকোয় থুংনা কোইবগী ৱাখলদা লেংবা শৈরেংশিং অসি য়াম্না নিংথিনা শেমশাবা হৈত্রবদি লেংবদ য়াম্না লূবা থৌরমনি। "দহিকতারা" ইং ১৯১০ দা নুংশি-নুংওনগী মরমদা লেংবা শৈরেংলাইরিকনি। লাইরিক অসিদা ইন্দ্রিমরাং হৌহনবগী মরীক অমা ফাওবা লৈতে। শৈরেং অসিগী মতাং খুদিংদা মহাক্কী ৱাখলদা উচেক অসিবু মহাক্কী পুক্নিদা লোয়নবী ওইনা খল্লি। তৌবদি কবি অসি মহাক্কী পুক্নিদা করিগুম্বদা য়ুমপানখিদে। নুংশিজবীনা চঙঙকপদা মহৌশালাইরেম্বী ফজবা মওংনা লৈতেংঙি। ৱাহৈ অসি তৌবদি কবিশিংগী চৎনরকপা ৱাহৈনি। ঐখোয়গী অসিসু চপ চানা পথাপ অসিগী মতুং ইল্লি তোইশুম্বসুং মতাংসিদা উচেকনা অতৈ কবিশিংগী নুংশিজবীগী মহুৎ শিল্লী। অসিগী মথক্তা উচেকশিনা কবিশিংগী ৱাখলদা থায়নগী হৌখিবা থৌরমশিং নীংশিংহল্লী। মসিদি লৈরাং অমনা মশাগী ইনখৎলেকপ বসন্তগী ফজবদু লোইখ্রবদা খুইথরক্তুনা কংশিনলকপাগুম্বনি।

রঘুনাথ চৌধুরীদা সংস্কৃত সাহিত্যগী মমি তাখি। মহাক্কা পরম্পরাদগি চৎথরকপা মহৌশা লাইরেম্বীবু চাংদম্নবগী ৱাখলদা শিজিন্নবা পথাপ মতুং ইনবগী মথক্তা সংস্কৃত সাহিত্যগী ৱারী, ৱারীমচা, নুঙাইবা থৌদোক মতেক শেমশাদুনা পুথোকপা ৱারী, মরক থেৎপা তোঙানবা ৱারী উপমা অমসুং মশকলাকপগী মওং শিজন্নৈ। সংস্কৃতগী লাইরিকশিংগী মরক্তা কালিদাসগী

সাহিত্যগী মমি মাঙোন্দা তাখি।

অম্বিকাগিরি রায় চৌধুরী (১৮৮৫) হায়বসি জাতিগী নিংতম্বগী মরমদা অমসুং সমাজগী চাওখৎনবগীদমক পুন্সি চুপপা লান তৌখিবা লাম্মী অমনি। মহাক অসি থৱায় য়াওনা লৈবাকপু নুংশিবা, চাওখৎপগী হোৎনবগী খোঙথাংদা মাং থাবা অমসুং পোত্থাবা খঙদবা কন্মী অমনি। অসিগী মথক্তা মহাক অসি ঈশৈ-নোংমাইদসু ফাওরবা মীওই অমনি অমসুং মগুন লৈরবা বক্তা অমদি থৌনা ফবা অইবা অমনি। দেশ নুংশিবগী ঈহৌ অসি মহাক্কী শৈরেং মনুংদা কন্না চেম্বা ঈচেন্নি অমসুং অসিগা লোয়ননা জাতিগি মনুংদা জাগরণ অমসুং সমাজ সংস্কারগী মৈরী চুখৎপীরম্মী। অয়াম্বা মতমদা মশাবুসু নমথবা য়াদবা বিদ্রোহী অমা ওইনা ফোঙদোকচবম্মী। মহাকপু দেশগী নীংতম্বগী লানদা শরুক য়াবগীদমক কৈশুম-শংদা বন্দী তৌদুনা থমখি। বিদেশী শাসন পুবশিংগী মখুত্তগী লৈবাক অসিদা স্বরাজ পুরক্লবগী লান তৌবতা নত্তনা দেশতগি জাতিভেদ কোক্লবা, অচৌ-মচা খেন্নবা কোক্লবা, মীহৌবা, হিংসা, শীংনবা, মীৎয়েংখুবা অমসুং মশাগী ওইজবতা য়েংবনচিংবা কোক্লবা হোৎনবিরম্মী করিনা মসিশিংসিনা সমাজ চাওখৎপগী লম্বীদা হু ওইদুনা লৈরিবনি। মসিনা মহাক্কী পুন্সিগী রাশক ওইরম্মী। "মোই বিপ্লবী তান্দবী" হায়বা মহাক্কী শৈরেং লাইরিক অসিদা মহাক অসি বিপ্লবীনি হায়বসি ফোঙদোকই অমসুং অজ্ঞান অমসুং তাৎ-তৌবগী মথক্তা বিদ্রোহ তৌখি।

মহাক্কী "অনুভূতি" হায়বা শৈরেং লাইরিক অসিদা মী ময়াম্বু নাখোকতুনা তুমদুনা লৈবদগী হৌগৎনবা অমসুং মীৎ পাংনবা ঈহৌ অমা পীবিরম্মী। মতুংদা লেংবা শৈরেংশিংদসু পৃথিবীদা থোকখিবা অনীশুবা লানজাও তৌরমদাইদা থোকখিবা সমাজকী অমোৎপা পুন্নমক কোক্লবা পোত্থাদনা হোৎনাবগিদমক ময়ামদা ঈহৌ পীবিরম্মী। ঈহৌশিংসিদা দেশ নুংশিবগী অকনবা শক্তিগা লোয়ননা লালহৌবগী শৈশক্তা পুল্লপ পুনশিনখি। "জীবন কিহোক কোই" (পুন্সিগী অর্থ করিনো) হায়বা শৈরেং লাইরিক অসি মশাগী পুন্সিগী দর্শনগী মবমদা লোনদা পুদাদা তেন্না ফোঙদোকপা লাইরিক অমনি। মধ্যযুগকী কবিশিংনা পুন্সিগী অথোইবা ফিভমদি নুঙাইথোকপা অমদি পোত্থাদুনা লৈথোকপনি থায়বসি থাজরম্মী কবিনা পুন্সি অসিদি কাওথোকখ্রবা ঙমখে অনীগী মরক্তা লৈবা তেনখ্রবা মতমনি। মখোয়না পুন্সি অসি করিমতা তৌদনা কলাতবু নৈনদুনা ইকোম কোম্না লেনথোকপ পাম্মী। তোইশুম্বসুং রায়চৌধুরীগী পুনসি অমসুং পাওতাক্তি অবা অনা মায়োক্লদুনা পুন্সি লেনবনি। ময়ামগী কান্নবা তৌবদা পোত্থাবা লৈতনা থবক চথবনা মহাক্কী পুনশিগী অপাম্বনি। মহাক্কী রাখল মতুংইন্না—

শক্তি অমসুং শেনথুমগী খৌরাংবনা
মীওইবশিংগী মনুষ্যত্ব য়োৎশিনখ্রে,
আত্মাগী খৌরাংবা পুন্নমক খোংনেৎখে
ইন্দ্রিয়গী খৌরাংববু অরাংবা থাকতা পুখৎতুনা
মীওইবশিংবু পুমঙাও ঙাওহল্লে।
মশাগী হক তানবদা
তৌফম থোকপা থবক তৌবগী বাখল তাওথখ্রে।
বিদ্রোহী ওইনা ঈহৌ পুরকতুনা লাক্কনি ঐহাক মফমদুদা,
অমসুং অমোৎপা পুন্নমক মচেৎ মচেৎ ওইনা মাঙহনগনি,
মপুংফাবা অমসুং মহৈ যানবা পুনশিদা
অবা-অনা অমসুং হিংসা মায়োক্লবা তাই।

মালেম থুংনা হৌরিবা রাজনৈতিক অমদি সামাজিক
লালহৌগী মৈরীরক্তা
মৈহৌনা চাকলে
ঙাওনা চাওনা মতম শাংনা
উৎ ওইহল্লে
শেমগৎপগী থিংঙমদ্রবা পুক্সীং ঈন্থল
অরাল অহুই
পুন্নবা অরাম্বা পোৎপুম্বা—
অসিদগী পোক্লক্কনি অনৌবা স্বৰ্গ মৰ্ত্ত্য
পোথাদনা নোম্বগী অনৌবা ছন্দ
ঈংথগ্রবা পুংতোইতোইববা অকাই অতোই মরক্তগী

মহাক্লা বন্দী ওইদ্রিঙৈ মমাংদা লেংবা শৈরেং অসি রাজনৈতিকসু নত্তে অমসুং মৈ চুবা মওংসু নত্তে। মহাক্লা রাজনীতিদা ইং ১৯২০—২১ মতুংদা চঙবনি। মতমসিদগী অসহযোগ আন্দোলন হৌখিবনি অমসুং আন্দোলন অসিদা যাওবদগী কৈশুম শংদা মহাকপু থমখিবনি। "তুমি" (১৯১৫ ইং) হায়বা মমিং চৎলবা শৈরেং লাইবিক অসি দার্শনিক অমগী রাখলদগী ইথোকপনি। মসিদা মহাক্কী বুদ্ধিগী মঙাল উবা ফংঙি। কবিনা আধ্যাত্মিক্কী মবমদা থাজবসু লাইবিকসিদা ফোঙদোকই। মসিদা কবিনা মালেমগী শক্তম উবা ফংঙৈ। লাইবিক অসি তাংকক্ তবেৎ থোক্লা খায়দোকই। অহানবা তাংকক অহুমগী মফম খুদিংদা শন্দোক্লা লৈবিরিবা মালেমগী মপুগী মরমদা ফোঙদোকই, ঈশ্বরদি কুমারীগী মশাগী লৈজবা ফজবদা লেংদনা লৈ, মমাগী নুংশিবগী মতৌদা মতৈ-মনাওগী নুংশিনবগী মবওসু ঈশ্বর লৈবিবনি, অমসুং মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবা শক্তমদসু ভগবান্না লীলা উৎপীবিবনি। মবীশুবা তাংককতা মফম খুদিংদা শিনথুংনা লৈবিরিবা ঈশ্বরবু থাজকনা ধর্মপুন্নমক্কী মরুনি হায়বসি তাকই। মথংগী তাংকক পুন্নমক্তা কবিনা মহাক্কা জগৎকী মপুগা অনিগী মরক্তা লৈবিবা মরী অমসুং অসিগুম্বা মালেম থুংনা লৈরিবা ঈশ্বরবু খঙজবগী লাইরেবাক্তগী ফংজবা নুঙায়বদু ফোঙদোকই অমসুং পুক্লিংদা য়াম্না অপেনবা ফংজৈ। মসি শীনথুংনা লৈবা ঈশ্বরনা থৌজানবিবনি, অমদি মহাক্কী অনভূতিগী মহৈনি। "তুমি" হায়বা শৈরেং লাইবিক অসি অবাংবা থাক্কী মওংদা ফজনা কবিনা মহাক্কী রাখল ঈশৈগী সুবদা ফোঙদোকই। পরেং মরীনা শেম্বা শ্লোক খুদিংনা পুক্লিংহুবা সুবদা কবিনা মহাক্কী পুক্লিংগী মঙাল অদু ঙানথোক হল্লি।

যতীন্দ্রনাথ দুবাবা (১৮৯২) হায়বসি গীতিকাব্য লেংবা কবি অমনি। বাণীকান্ত কাকতীগী মত মতুং ইল্লবদি মহাক অসি কনশুবা শতাব্দীগি কবিশিংগী মনুংদা মহাক্তনি মালেমগী সমস্যা পুন্নমক মাযোক্লদুনা খ্বায়দগী হেন্না ফজনা অসমীয়া লোন্দা মহাক্কী রাখল ফোঙদোকখিবা। আসাম লৈবাক্তা মতমসিদা মশাগী আত্মাগী মবমদা ভাবনা শাবা ঈশৈ লেংবা দুবারাণ ইহান হাল্লি। কবি অসি মশাগীতা খনবা কবি অমনি অমসুং মশাগী পুক্লিংগী রাখল মতুং ইন্না ইলাং লাংদুনা পুক্লিংগী হোংদোক হোংজিন তৌবা ভাবনা শাবু লমজীংই। মশানা মশাগী ঈশৈ লেংবা অমসুং পুনশিল্লগা চাবণ কবিগী মওং লৌই।

দোবাবা হায়বসি হেংদোক থোইদোক্লা নুংশি নংঙনগী কবিনি অমসুং ফজনগী পজাবানি। মহাক প্রেমগী মবমদা মঙ মংঙি অমসুং মসিগী মবমদা ইথোকই। মাংহোন্দদি প্রেম অমসুং ফজবা অনীসি লৈ অমওগী খাযদোকপা মাদবা মচ অমসু মওমনি, প্রেম লেবা মফমদদা অগগী

ফজবা পুন্নমক লৈ। মহাক্না অরেম্বদা মীওইবগী মনুংদা প্রেম ফংনবা থীবি। মক্তবা প্রেমদি মীওইবশিংগী মরক্তা ফংবা য়ায়। মসিদা নুংশিবা হায়বসি অৱা-অনা, খায়নবা, থৌশাদবা পুক্লিং শোকপা অমসুং নীংবা কায়বগা লোয়ননা লৈ। অদুনা মসি চমুথাং খনবগী মতৌনি হায়বা য়ায়। অসুম তৌদুনা দোৱারাগী শৈরেংশিং মখল মখলগী মচুনা লৈতেংঙি। দোবারাগী শৈরেংশিংদা লৈরিবসি-নুংশিজবা উন্ননিংবগী থৌবাংবা, মায়থিবদগী নুঙাযতবা, লাইবক থীবদগী নীংবা কাইবা, নুংশিজবগী লমন শিংবা ঙমদবগি তেংথা ৱাহৈ অমসুং কায়নবগী মৈচাকন চিংবা অমোৎপা পক্তবা ফজবা অমদি মক্তবা প্রেম অসি সংসার মনুংদা ফংদবনা কবিন মতমপুম্বা প্রেমগী থৌরাংবা কোক্লবা অমসুং ফজববু ফংনবা মহৌশা লাইরেম্বীগী মচাকশিংদা থিজরুই অমসুং মদুদা ফংজরুই অমদি প্রেম অমসুং ফজবা থিবগীদমক মহৌশাগা নক্লবা মরী থমনিংঙি। মফম খুদিংদা শন্দোকতুনা লৈবা ফজবগী মওংদুনা কবিগী পুক্লিংদা মমি তাহল্লি অমসুং মহাক্কী থম্মোয়দা নুঙায়বা ভাব কয়া পোকহল্লি। উচেক ৱায়না শকচবা মেংলবা অতেনবা অমসুং অচম্বা ঈশৈ, খোইমুগী গুণ গুণ তৌবা মখোল, লৈবাংগী মেংলবা মতৌ, থোরকপদা ঙাইরিবা নুমিৎকী মঙাল, নুমিৎ তাবগী মঙাল, নোংথাং কুপপগী মতৌ, তুরেলগী ইচেলগী মখোল, ব্রহ্মপুত্রগী মবুক্তা তাব থাজগী মঙাল, কালেন্দা হৌরকপা নোংগী মওং পুন্নমকসিনা কবিগি পুক্লিং ইলাং লাংহনলি।

ঐখোইনা রোমান্টিসিজমদা করি লন লৈ হায়না থিজিল্লবদি ভাব তানা পোৎ অনী উবা ফংঙি। মখোয়দুদি থৌনা ফবগী থবক তৌবা অমসুং ফজববু যাম্না পাম্না থাজিনবা। থবক পামজরবা কবিগী আশা অদু প্রকৃতিগী মায়কৈ খুদিংদা ফিদম তমজফম ওইবা মওংদু খিজবদা ফোঙদোকচৈ। মগুন অনীসিমক দোৱাবাগী শৈরেংশিংদা শন্দোক্না ফোঙদোকচৈ পোত্থাদনা। ফজবা থিবগীদমক লেপ্তনা চথবসি নুমিৎ তাফম লমদমগী ৱাংমদনি। "এই বাতে না আহিবা দুনাই" (লম্বেন অসোমদা অমুক হন্না লাক্কনু) মসি দুৱারাগী দার্শনিক মওংগী শৈরেং নাচোমগী ইচেলগি নমুনানি। তুরেল, হি অমসুং হি হোনবা মী, খুৎলাই অহুমসিগী মতেংনা কবি অসিনা মহাক্কী পুন্দিগী ধৰ্ম্মগী মওং ফোঙদোকই। মসিগা বৌদ্ধধৰ্ম্মগী ৱাখলদা মালেমদা চেল্লিবা ৱাখলগা পান্দম্নবা য়ায়। নোংলৈ-নুংশিৎ, অৱা অনা, ফুইনা তৌবকপা নোং অমসুং নিং কায়বা, চাংয়েং অমসুং অদুগী অৱা-অনা করিমতনা কবিবু নমথবা ঙমখিদে। হনবা লৈতনা পৃথিবীগী চিদাই ফাওবা প্রেমগী মরমদা পোত্থাদনা চথবা তোক্তে অমসুং সনাগী লমদম থিবগীদমক লমকোয়বা লোইবা লৈতে। মহাক্কী শৈরেং অসি অনীথোক্লা থিবসিগী রেকোর্ড নি।

দোৱারা ইংরেজী সাহিত্য যাম্না পামজৈ অমসুং অদুগীপ্রভাব মহাক্কী শৈরেংগী খোয়থুম্নবা ৱাহৈ-ৱাতাদা তাখি হেন্দোক থোইদোক্লা ঈশৈ নোংমাইদা, মেঙবদা, অমসুং ৱাঙাং হৈবদা । মহাক্না লেংবা ছন্দসি অতৈদা লৈতবা ই.েপ তোপপা অমনি। মহাক্কীদমক মশাগী ওইনা শৈরেংশিং থোকচরকই অমসুং মহাক্কী বাখলগী শকওংনা মহাকপু করিগুম্বদসু অশোয়বদা তাহনখিদে। অওইবমক মহাক্কী গীতিকাব্যবু অসমীয়া লোন্দা হৌখিবা চহিচা তংখায অমগি শৈরেংগী শকওংদুগী মওং ওইনা শিজিন্নবম্মী। মহাক্কী "আপন সুর" (ঐগী ঈশাগী খোন থোক) অমসুং বনফুল (নারক্কী লৈবাং) দা যাওবা পরেশিং অওইবমক ফজনা চুনবনসু তশেংনমক মখোইদু ইংরেজী কবি শেলী, টেনিসন অমসুং অতৈ কবিশিংগী খোম্লাংগী মতুং ইনবনি।

দোবাবাণা অমব খয়ামগী রুবায়টকী অসমীয়া লোন্দা পান্দমনিঙায লৈত্রবা অনুবাদ পুথোকপীরম্মি হেন্দোক থোইদোক্লা মহাক্কী অতোপ্পা লাইবিক অমদি মহাক্কী ঙকনিঙায় ওইবা লায়না শীজন্নবা কলমদগী লনা থোকপা "কথা কবিতা" হায়বসিনি। মসি মহাক্না শৈরেংনি

হায়না হায়রবসু য়াম্না লূনা খোইথুম্ননা ইবা ব্রাবেংনি। লাইবিক অসি তুগৈনৈভকী "পোয়েমস্ ইন্ প্রোজ" হায়বা লাইরিক অসিগী শকওংগা মান্নে। শৈরেংশিংসি অশেংবা অসমীয়া লোনগী ছন্দদা লূনা ইথোকপনি অমসুং লৌগদবা পাওতাকশিং যাওই। মহাক্কী অতে শৈরেংগুম্না অসিদসু অরা-অনা অমসুং নুঙায়জদবা অদু মরু ওইনা ফোংদোকপী অমসুং শৈরেংশিংসি মহাক্কী পুক্লিংগী ব্রাখলগা চানৈ।

চন্দ্রকুমার আগরবালা গুম্না বত্নকান্ত ববকাকতি (১৮৯৭) হায়বসিসু মীংচৎ লৈববা কবি অমনি। তোইগুম্বসুং মহাক্কী শৈরেংগী ফজবা মওং অসি অযাম্বদি সংসারদা লৈবা নুপা-নুপীগী মনুংদা লৈরিবা নুংশিনুংওনগী মরমদনি। মহাক্কী "শেবালী" হায়বসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিংসি নুংশি নুংওনগী মরমদনা অয়াম্বনি। মহাক্না শক্লাইবী নুংশিবীসি পৃথিবীগী ফজব পুম্নমক্কী মরীক মরীক পুনশিল্লগা ওইরকপনি, অদুনা পান্দমনিঙায় লৈতনা তিলোত্তমাগুম ফজববীনি হায়রি। শেব্রালীগী শৈরেংশিংদা শক্লাইবী নুংশিবী অসিগী মশক ফজবদু থাবতা নত্তনা পৃথিগী মীওইবশিংগী মরক্তা লৈবিবা নুংশিনুঙোন্দা চংলিবা মচাকপুম্বা চিংনবা, অকিবা, অবা নুঙাই কায়নবা অমসুং নীংবা কাযবা অসিনচিংবা পৃম্ব য়াম্না পুক্নীং পেন্না ফোংদোকই।" পৃথিগীওইবা নুংশি-নুঙোনগী নুংগী ব্রাখলশিং অসি নুপী অমগী মশাদা নত্রগা লৈ অমগী মশাদা য়াওরিবা অঙকপনা থল্লবা পুনসিগুম লেঙলেঙ চৎপা চযেৎননা লুববা অমদি ঙকপনা থল্লবা ব্রাহে ব্রাতানা ফোংদোকই"।

কবি অসিনা লেংবা শৈরেং খবদি মশামক্তা শৈরেংশিংসিগা লৈবা মরীগী মরমদনি। কবিশিংসি য়াম্না মমিৎ-মনা শিংঙি। মখোয়দি মনুংহুঞ্জিন্না যাম্না খংগন উগনবনা সাধারন মী-না করিসু লৈতনা উবা থৌরমশিংদগী চীক্লাইংনা থেংনকবা কয়া সাগৎতুনা কল্পনাগি লমদমদা নুঙাইনা লেনবা ঙম্মী। মখোয়গী নুংগী ওইবা পুক্লিং বাখল ইলাং লাংঙি অমসুং পুক্সিদা থোকপা থৌদোকশিংদা থুনা চৈয়েংপী অমদি মহৌশাগী ফজববু থাজদবা মফমদা উবা ঙম্মী। ওক্কী মনাতোন্দা মনি উবা ফংঙি অমসুং অমাংবামপৈ থক্তা লৈবাং শাৎপা উই। মখোয়গী নুংগী ওইবাপুক্লিং কয়ামুক লাংঙি হায়বা তাববদি মখোয়সি মখোয়গী পুক্লিং মহাজাগতিক ব্রাখলদা লুপ্তুনা লৈবনা সাধারণ মীওইশিংগী পুক্সিগী ফিভমদা কুমথবকপা ঙমদে—

ঐঙোন্দদি মহৌশা লাইরেম্বীনা হাযজবি তত্তন
নখোয়দদি মহাক্না করিসু পাও পীবিদ্রা?
বকুল লৈরাংনা নখোযগী পুক্লিং লাংহন দবা?
উমংগী লৈরাং অমসুং কোকিলনা
নখোয়বু মখোইন ব্রাই চিলহনব্রা?

বরকাকতীগী শৈরেংশিংদা পুক্সিগী চনৈনবা, অমসুং হিংনিংবা, লীচিং মান্নবা, খৎনা-চৈনবা অমসুং হিংদুনা লৈবদা ফংবা অভিজ্ঞতান চিংবগী মবমদা ফোঙদোকই। "কি জানি নহোয় ভুল" হায়বা শৈরেংসিদা পুক্সিগী অশোয় অঙাম হায়বসি চাওখৎপগী মতেংনি অমসুং মুক্তি ফংবগী ব্রাশক্তি হায়ন ফোঙদোকই। অতোনবা থাক্কী মীওইশিংগী থৌবমদা নীংতম্বা লৈজদে। মহৌশা লাইরেম্বীনা লমজিংবা মবমদা অদুম চৎলি মীওইশিংশিগী থবক্তা মহৌশানা থোইদোকপা অপনবা পীদে। অদুনা মীওইবাশিংনা থৌবম কযাদা অশোয়বা কযা থেংনৈ অমসুং খোঙথাং খুদিংদা অশোয়বা মায়োক্লে।

শৈরেং অপুম্বসি মীওইবশিংদা লৈজবিবা শেমগৎশাগৎপগী শক্তিদা সম্মান উৎপনি অমসুং মীওইবশিংগী মপুং ফাদবা ফিভম উবদা কবিনা যাম্না নঙায়তবা ফোঙদোকই। মহাক্কী

লাইরিক্তা য়াওরিবা দর্শনগী রাফমতা নত্তনা কলাগী মায়কৈদসু ববকাবতীগী মপা লৈতে। মহাক্কী খোইথুম্নরবা সুর, তাবদা নুঙায়বা ছন্দ, মথং মনাও চানবা খোঙ্তোক মযামসিনা কবিশিংগী মরক্তা মহাকসি থ্বাইদগী হেন্না ঈশেগী সুরলৈবা কবিনি হায়বা তাকই। মহাক্কী শৈরেংগী মওংদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মমি তায়।

নলিনী বালা দেবী (১৮৯৯) হায়বসি হোজিক্কী মতমদা অসমীয়াশিংগী মবক্তা শকনাইবী কবি অমনি। পুন্সিদা নহা ওইবিঙৈদা মহাক লুখ্রাবী ওইখি। মসিদা মহাক্কী মথবায়দা য়াম্না নুঙায়তবা পোকখি। অদুম ওইরবসু ভারতকী জ্ঞান তারবী নুপীশিংগী শক্তি অমা ওইনা পুক্নিংগী অরাবা পুন্নমক লানথোকপা ঙমখি। মহাক্না মহাক্কী পুক্নিংগী শান্তিগী অমসুং জ্ঞানগী মঙাল থীজনবদা ভারতকী দর্শনশাস্ত্র নৈনজে; হেন্দোক থোইদোক্না গীতা, উপনিষদ অমসুং অসমীয়া বৈষ্ণব সাহিত্যনচিংবা য়েংদুনা থিজিল্লি অমসুং অসুম্না নৈজবা অসিনা য়াম্না তপ্না ঈংবা তপস্যা তৌবগী মওংদা ঈশ্বরবু মুন্না থাজবগী অমসুং আশা তৌজবগী রাখল পোকখি। মহাক্কী শৈরেংদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী দর্শনাগী মমি তায়। মদু মহাক্কী রাখলদা অমসুং রাহৈ—বাতাদা উবা ফংঙি। ঈশ্বরদা ভক্তি লৈজবা কবি অমা ওইনা নলিনীবালা দেবী মফম মবাং খঙদনা চরাংনবা পোত্থাফম খঙদবা ওইরম্মী অমসুং হায়বা ঙমদবা মশক তাকপা ঙমদবা অচম্বা মীৎনা উবা ফংদবা অমসুং মশক নাইদবা মালেমগী মপুব নোম্লক্না থিজে। মহাক্কী মক ওইবা রাখলসি চপ মান্নবা মহাক্কী "সন্ধিয়ারসুর" (নুমিৎতাবগীশুর), স্বপনর সুর (মংগীশুর) অমসুং "পরশমনি" হায়বা শৈরেং লাইরিক অহুমসিদা মমি তায। মহাক্কী শৈরেংশিংসি পাবগা দার্শনিককি ওইবা রাখল শুগাইনা ফোঙদোকই। মহাক্না অসিমদি থাজে মীওঈশিংগী হেন্দোক থোইদোক্না কবিশিংগী আত্মাদা পুন্সিচুপপা খৌরাংবা অম লৈ। মদুনা মহাক মশাগী অকোয়বদা ঙমখৈ লৈতবা লনথুম অমসুং ফজবনা কোইশিল্লবসু অমসুং পুন্সিগী খোঙচৎ অসি অনৌবা পোৎ নত্তে হায়না খঙলবসু মহাকপু খক পোথাহন্দে। মালেমগী মপুগুম্না মীওইবগী পুনসি য়াওনা মানা শেম্বীরিবশিং অসিসু ঙমখৈ লৈতে। মীওইবগী মহৌশাগা অনীগী মরক্তা লৈবিবা মরীসি কযামুক অরিবনো হায়বা অদু তাববদি মীওইবগী লেপপা নাইদ্রবা পুনসি ইচেন্না তঙাইফদবা ওইহল্লিবসি সৃষ্টিগী অহৌবদগী চপ মানবা মৈরীক্না মহৌশা অমসুং মীওইব ঙালহল্লি। মবম্সিনা মনম অমসুং পোমশৎনবা লৈরাং, নামিবা নুংশিৎ অমসুং তুবেলনা মীওইবশিংদা অসুক যাম্না অর্থ লৈহল্লিবনি। "পরম তৃষ্ণা" হায়বসি অথুপপা রাহৈ-রাতাগি নাচোম নত্তে অর্মদি অয়েৎপা লৈত্রবা মঙাল চেন্নবা দার্শনিক্কী ওইবা পোৎশকসু নত্তে। মসি মহৌশাগী অকোয়বদা ঙমখৈ লৈতনা লৈতেংঙিবনি অমসুং শৈরেংগীদমক য়াম্না নুঙায়বা পোকপা মচাক অমনি।

**নলিনীবালা দেবীগি মপাবুং নোংগাগ্রবা নবীন চন্দ্র বরদলোই ভারতকী নীংতম্বা লানদা মাঙ থাবা পরেংগী নেতা অমনি। মহাক্না মহাক্কী মপাবুংগী নীংথিবা পুন্সি শক্তম অমা ইরম্মী। থ্বায়না আশা তৌবা মতুং ইন্না মপাবুংনা মমালেবাকপু নুংশিজরম্বদুগী ঈহৌদু মাগী মবুক্লিংদসু পোকখি অমসুং মমালেবাক নুংশিবগী মরমদা শৈরেং খরা লেংখি। শৈরেংশিংসিদা মহাক্না থায়না লৈবাকসিগী লৈজরম্বা মঙালদু য়াম্না থরায় য়াওনা পুক্নিংগী ঈহৌ অমগা লোয়নন্না ফোঙদোকপী অমদি দেশবু নুংশি হায়বদু খঙহল্লি। ভারতকী লৈজরিবা ফজবা অসি মায়কৈ অমদা উথলি, মায়কৈ অমরোমদনা আসাম লৈবাক্কী ফজবদু ফোঙদোকই। ভারতী, রবীন্দ্র তর্পন অমসুং "মহানদীর আত্মকাহিনী" (অচৌবা তুরেন ব্রহ্মপুত্রগী পুনসি শক্তম) হায়বা শৈরেং**

লাইরিক খরসি মরৈবাক নুংশিবা ফোঙদোকপা লাইরিকশিংনি। "জন্ম ভূমি" হায়বা লাইরিকশিসু কবিনা মরৈবাক নুংশিবা উৎপদা পান্দমনিঙায় লৈতবা লাইরিকনি। শিব্রবা মতুংদা ফাওবা স্বর্গদগীসু হেল্লবী মমালেবাক সেবা তৌজগে হায়দুনা কবিনা মালেমগী মপুদা নীজে।

মহাক্কী হৈশিংবা লৌশিংগী মরমদা ৱাহে অমা হায়বসি তঙায়ফদবনি। মহাক্কী থৌরম ঈশে শকপগী অৱাং অনেম অমসুং মহাক্কী শৈরেংনা ঈহৌ পীবদু অঙকপা য়ৌনা ফজে অমসুং ঈশৈগী মওংদনি। মসিগী মচাকশিংসি সংস্কৃত সাহিত্যগী পূকৈদগী লৌশিনবনি অমসুং শীজন্নবা ৱাহে-ৱাতা প্রমাণ পষ্থেশিংদুনা সাহিত্যবু ফজহনবা হেল্লি।

ধর্মেশ্বরী দেবী বরুয়ানী (১৮৯২) হায়বসিসু অসমীয়া শৈরেংদা মীংচৎ লৈরবী শকনাইবী কবি অমনি। মহাক অসি মপুনশিচুপ্পা শোনদুনা লৈরবী কবি অমনি। মহাক্কী নীংশিং লাইরিকতা হায়বিরম্মী "ঐনা পুল্লিদা নহা ওইরিঙৈদগী বাত ব্যধিনা আক্রমণ তৌদুনা কয়া লেং-লাকপ ঙমদনা মতম লেনজখিবনি। ঐগী নুংশিজরবা ইপুরোইবা অমসুং মরী মতাং পূন্নমক্কা থৱায় য়াওনা ঐগী লাইয়েংবগী থৌরাং শীনবিথী অদুবু করিমতা কান্নখিদে। অসুম তৌদুনা ঐ ফমুংদগী লেংবা ঙমখিদে অমসুং ঐগী ফমুংসিনা পুল্লিচুপপগী পোথাফম ওয়খি। লাইয়েংবা লেপ্তে অমসুং ফগৎপদি লৈতবা লায়নাগী ফিভমসিনা ঐগী পুক্কিং য়াম্না শোকই। মসিদা নুংশিজরবা ইপুরোইবনা ফজবা ৱাহৈনা ঐগী পুক্কিং থৌগৎপি। মহাক্না হায়বি "নহাক অনাবগী ৱাখলদা চিন্তা তৌগনু, নহাক্কী ৱাখলদু শৈরেংদা ফোঙদোকতুনা মতম লেনবনা ফগনি।" ঐ মহাক্কী পাউত্তাকসি নোল্লুক্না ইনজে অমসুং অদুদাগী শৈরেং লেংবা হৌখি।"

ধর্মেশ্বরী দেবী বরুয়ানীনা লেঙবা শৈরেং লাইরিক অনী লৈ। "ফুলোর শোরাই" অমসুং "প্রাণোর পরশ" হায়বা অনীসিনি। অনীমকসিদা তাইবং অসিবু ঈশ্বরনি হায়বা খন্দোকচবগী মরমদা ফোঙদোকচবনি অমসুং মশাবু পূন্নমক্কী মপু ঈশ্বরদা তিনশিনন্নিংবগী থৌরাংবদু উৎপী। কবিনা ঈশ্বরদি স্বর্গদা লৈ হায়বস্রি থাজদে, মহাক্কী ৱাখলদদি মসিদি মীওইবশিংনা ৱাহৈলৈতেংনা শেমদোকচবনি। ঈশ্বর মহাক্তি অচৌ মচা খায়দনা পোৎ পূন্নমক্তা লৈরিবনি। মহাকপু ঐখোয়না ঐখোয়গী মায়কৈ মরীদা উবা ফংজরি।

নহাকসিবু শংবানবা মেঙলবা অতিয়া ৱা? থাজং কোরৌহনবরা অমসুং পীকপ্রবা থৱানমিচাক্না নহাকসিবু নোং মপৈ অনীগী মরক্তা তরংগী তম্পাক্তা শান্নরিবী নোংথাংলা? নহাকসিবু মীওইশিংগী থনুংদা লৈরিবা সুমহৎপা আশারা? হে মালেমগিমপু নহাক্তি লংলবা মঙালনি মসিদা নহাক্কী নুংশিজরবা ময়াম লৈজরি পেন্দুন?

কবিনা পৃথিবীগী মফম খুদিংদা অমসুং পোৎশক পূন্নমক্তা ঈশ্বরগী আত্মা অমসুং খোঙচৎ উবা ফংজে। মসিনা জীব পূন্নমকপু ঙমখে লৈতনা ফজহল্লি অমসুং অর্থ চেলহল্লি।

অনাবী অমা ওইরবসু অমসুং নহা ওইনা লুপ্রাবী ওইরবসু নলিনীবালা দেবীগুম করিমতা নুঙাইতবা তৌজদে। চেৎপ্রবা ৱাখল অমগা লোয়ননা মালেমগী মপুদা তীনশনবা নুমিৎ অদু ঙায়দুনা লৈজে। মরমসিনা মহাক্কী লুপ্রবা থম্মোয়দগী থোরকপা শৈরেংসিংদা নুপীজা অমনা চীকপ্রবা ফিভমদা মথৱায় কথোকচবা, নুংশিবগী থোৎপ্রবা মৱোংদা অমসুং মক্তবা ভক্তি, নোংলৈ নুংশিংনা মুথৎপা ঙমদ্রবা অমদি য়েংনবা লৈত্রবা মৱোংদা ফোঙদোকচে। মহাক্কী শৈরেংশিংগী হীরম ঈশ্বর, মহৌশা অমসুং মীওইবশিংগী থম্মোইন চিংবা খ্বায়না খঙবা থরদং ওইরবসু হীরমশিংসিনা য়াম্না ন্নিথশিং-নাশিংবা উচৈচ অমসুং মনুং হুম্না ফজবা অমদি অনৌবা ৱাহে-ৱাতানা শৈরেংগী লৈতেং ওইহল্লি। মহাক্কী শৈরেংদা সংসারগী অৱা-নুঙায় পূন্নমক্তা শরুক

য়াজবগি মওং উৎলি, অমসুং মালেমগী পোৎ পুম্নমক্তা ভক্তি কচ্চে।

নোংগাঞ্জবা বাণীকান্ত কাকতিনা মতাং চানা হায়বিরম্মী মতমসিগী অসমীয়া মচাশিং মনুংদা থোরকপা কবিশিংগী মনুংদা নীলমনি ফুকন (১৮৮০) হায়বসিতনি ভক্তিমার্গদা খ্বায়দগী অৱাংবা থাক্কী কবিদি। শ্রীফুকন হায়বসিনা লেংবিরম্বা শৈরেং লাইরিকশিং মনুংদা শীংথানবা লাইরিকশিংদি জ্যোতিকণা, মানসী সন্ধানী অমসুং গুটমালী হায়বসিনি। লাইরিকশিংসি মহাক্কী চহীমতাং হুমফুতরা শুবা মতাংদা লেংবনি। শৈরেংনা পুন্সিগী মচাক অমা ওইহল্লবদি ফুকনগী শৈরেংশিংসি অঙকপা য়ৌনা তোপতোগ্গনি। তোইগুম্বসুং লাইবক থিবদি শৈরেংদা ৱাখলনা থৌনা ফবা হেনহল্লবা মতমদা ৱাখলগী মুল্লবা মতাং অমদা উংদুনা লৈথোকপসু য়াওই অমসুং করিগুম্বদা শৈরেংগী ঈহৌ লেপ্তুনা লৈথোকই। মসি খঙহৌদনা থোকপা থৌদোকনি অমসুং মতম অমদা অমুক মৈশানা ঙানথোকপগুমসু তৌই। "মানসী" দা কবিনা ফজবগী খৌরাংবা ফোঙদোকই অমসুং মহাক্কী সন্ধানী হায়বা লাইরিকসিদসু অসুম তৌদুনা ফজবা অমসুং অচুম্ববু পামজবগী খৌরাংবদু ফোঙদোকই। "গুটমালী" হায়বা লাইরিকসিগী মচাকশিংদি লাইরবা অমদি অচম্বা মীওইশিংগী ইমুংমনুংগী ৱারী-ৱাতাই ঙাক্তনি অমসুং মীওইশিং মনুংদা নুংশিনবা অমদি মহৌশাগী ওইবা ৱাখল ঙাক্তনি।

১৯৪২ ইংগী আগস্ট আন্দোলনদা শরুক য়াবগীদমক কবিবু কৈশুমশংদা থমখি। মহাক্না জেইল মনুংদা লৈরম্বগী অভিজ্ঞতাদু মহাক্কী "ঝিঞ্জিরি" হায়বা লাইরিকসিদা ফোঙদোকপীরম্মী। মহাক্না ইবিরম্মী" ঈশ্বরবু থিবদা ঐহাক নিংতম্বা মন্দিরদা চঙশিনজে। ঐনা মদুদা উজরকপা, তাজরকপা অমসুং খল্লকপা ৱাখল পুম্নমক ঐগী পুক্নিংদা নীংবা থুংনবা ইথোকতুনা থমজহৌই। লনাই ৱাখলদু চুম্না হায়দুনা অমুক য়েংলগা মচাকশিংসি ঐগী শৈরেংগী মচাক ওইনা লানথোকচরি। ঝিঞ্জিরিদা য়াওরিবা শৈরেং অয়াম্বদা আশাগী মমি তাহল্লি অমসুং শৈরেংশিংসিদা য়াম্না অকনবা অমদি মক্তবা পুক্নিং উৎলি। মসি অৱা-অনা অমসুং পুন্সিগী নোংলৈ নুংশিংনা করিমতা অপনবা পীবা ঙমদে। নানদবা, ইহাংহোংবা অমসুং শকফম লোৎচরবা ফিজেৎ শেৎপদা ৱারেং মওং উংপা অমদি শঙ্গোম পুবা গাড়ীগি মখোল চেনবা ফিভমগা মানব মাগী ৱাহে পরেংশিং অসি মনুংদদি থম্মোয় লকানুংদা দার্শনিক্কী ওইবা ঈচেল অমা চেল্লিবনি।

নীলমনি ফুকনগী ৱারেংশিংসু মহাক্কী শৈরেংসিংগা চপমাননা পুক্নীংগী মৱোং উৎলি। মসিদা মচাখায়না উংপা ৱাৎলি অমসুং নিয়ম-নীতি ঙাকপগী ৱাখলসু লৈতে। মহাক্না মহাক্কী ৱারেংশিংদো ছন্দগী ঙংবা মখোল চেনবা মৱোং অমা উৎলি। মহাক্কী "সাহিত্যকলা" হায়বা লাইরিকসি সাহিত্যগী মৱোং মৱোংগী মতৌদা লেংবা লাইরিকনি।

শৈলোধর রাজখোৱানা মতম মতমদা মখল মখলগী হীরমদা লেংবা শৈরেংশিং পুনশিন্দুনা "নিজোরা" (চিংদগি চেম্বরকপা তুরেল) হায়বা শৈরেং লাইরিক অসি পুথোকপীখি। মসিদা মহাক্না মহৌশাগী ওইবা য়াম্না লূরবা ৱাখল উংপা ঙমখিদে অমসুং মশাগী ওইবা করিগুম্বা দার্শনিকক্কী মওংসু ফোঙদোকপা ঙমখিদে। মহাক অসি পুক্নিংগী নক্তবা মহৌশাগী ওইবা ফজবদা পেনজে। ঐতিহাসিক্কী ওইবা মফমশিং পুম্নমকনা মহাক্কী পুক্নিংদা ঈহৌ পীবা হেল্লি। মহাক্না ইবগী মওং ফজহনবগীদমক মহাক্না মফমশিংদুগী মরমদা ঐতিহাসিক মচাক্কী মথক্তা পৌরানিক্কী ওইবা মচাক শেমদোকলগা হাপতুনা ময়ামগী পুক্নিং পেলহল্লী। খুদম ওইনা মহাক্কী ফাওরবা শৈরেং লাইরিক "পাষাণ প্রতিমা" হায়বর্সিনি। শৈরেং লাইরিকসিদা কবোশিংনা আসাম লৈবাক আক্রমন তৌবগী ঐতিহাসিক ওইবা মচাক য়াওরি। অহোমগী লাম্মী মকোক অনী লানদা থৌনা ফবা উৎলমলগা লানফমদা মথবাই থাখি অমসুং মখোয়গী থৌনা অর্মদি ঈহৌ

অদুদা "ফুলরা" অমদি "চতালা" কৌবী চনুরা অনীগী মীৎয়েংতাখি। অনিসি মখোয়গা নুংশিনবা থৌনাফবা অনিদুগা লোয়নদুনা লানফমদা লাম্মী ওইনা শরুক য়াখি। সেনাপতি অনীসি লানফম্‌দা মথৱায় থারবা মতুংদা লুপ্রা মিংথোন ফংলবা শকনাইবী অনিসি য়েক্লবগী মথুক্তা তাবগী নুংশা থিবদগী মখোয় নুংগী মূর্তিগী মতুংদা ওনথোকখি। শৈলোধনগী নুংশি নুংঙনগী শৈরেং লাইরিকতা মীগী পুক্নিং শোকপা, অবা নুংঙায়বগী মচাক ফজনা উৎলি।

লক্ষ্মীনাথ ফুকন হায়বসি ঈশে-নোংমাই য়াম্না হৈনবা মীওই অমনি অমসুং পুন্সি চুপপা সাংবাদিক (জর্নেলিষ্ট) অমা ওইনা লেনখি। মহাক্না ইংরেজী খবর কয়াস্মুকী মরী লৈ। চৎখিবা চহী তরা চুপ্পা মহাক আসাম ট্রিবিউনগী সমপাদক ওইবিরম্মী। আসাম লৈবাক্কী ইংরাজী চেফোঙ অসিমতনি অমসুং মহাক্না এডিটর ওইবাগী মতমদা য়াম্না থৌনা উৎপীখি। নুমিৎ খুদিংগী ফোঙবা চেফোঙগী এডিটরগী অহাংবা মতম কয়া ফংজদে অদুম ওইরবসু মহাক্কী সাহিত্য চর্চচা তৌবগীমতম য়াৎখিদে। মহাক্কী শৈরেং অয়াম্বা মহাক্না নহা ওইরিঙৈদা লেংবনি অমসুং মরমসিনা মহাক্কী শৈরেংশিংসি অয়াম্বা নুংশি-নুংঙনগী মরমদনি। অদুম ওইরবসু মহাক্কী প্রেমদা অমোংপা করিমতা য়াওদে। মহাক ফজবগী পূজারীনি অমসুং ফজবদা লুপ্তুনা লৈজে। মহাক্কী নুংশিজবা ফজব অসি পৃথিবীগী নত্তে, পৃথিবীদাগী লাম্বা ফংদবা লমদম অমগীনি মদু মশাগী শক্তম লৈতবা অমসুং অচম্বা মীৎনা উবা ফংবা পোৎশক নত্তে।

মহাক্কী শৈরেংশিংসিদা উৎলিবা ফজবা অসি ফংনবগী থৌরাংদুনা পোথাদনা থীজবদুনা শৈরেংশিংদগী মচাকনি। মহাক্না লেংবা "মরণ বেলিকা" হায়বা লাইরিকসিদা কবিনা ফোঙদোকচরি-মহাক ফজবা থিবদা করিমতা অপনবা থেংনদে অমসুং শিবসি ফাওবা ফজবা থিবদা খুদোং চাহল্লি হায়জে। মহাক শিবসিবু করিগুম্বদা কিজদে অমসুং মিৎকুপ অমা ফাওবা ফজবা থিবদা মহাকপু অয়েৎপা পীবিদবা নিজে।

ডিম্বেশ্বর নিয়োগ (১৯০০) কী শৈরেংশিং মশানা অনীথোক্লা খায়দোকচে নহা ওইরিঙৈগী ঈহৌ সন্দোকপা অমসুং মমালৈবাক নুংশিবা। মহাক্কী "ইন্দ্রধনু" (চুমথাং) কৌবা খোমজিনবা শৈরেং লাইরিক অসিদা নুংশি-নুংঙনগী মচাকশিং য়াওরিবসি য়াম্না মপাঙ্গল লৈ। মচাকশিংসি মহাক্না নহা ওইরিঙৈগী ঈহৌগী মরমদনি। অসমীয়াশিংগী ওইবা মায়কৈ অসোমদা রোমান্টিক্কী মওং মহাক্কী শৈরেংশিংসিদা মচা খায়না ফোঙদোকপী। মহাত্মাগান্ধীগী মখাদা অসহযোগ আন্দোলন হায়বসি কুনশুবা শতাব্দী অসিগি অহানবা শরুকতা হৌখিবনি। দেশবু নুংশিজবা নহা ওইরিবা অসমীয়া কবি ময়ামগী পুক্নিং ঈহৌসিদা চীংশিনবিখি। "নিয়োগ" না মাঙপ্রবা আসাম লৈবাক্কী মঙালদা লুপশিনজে অমসুং অদুদগী য়াৎলদা অনৌবা ঈহৌ পুখৎনবা কয়া ফংজখি। "বুরঞ্জি লেখক" হায়বা অসি হীরম অসিদা মীংচৎ লৈবা লাইরিকনি অমসুং অসি ঈহৌনা লৈতেংঙি। "শাপমুক্ত" হায়বা শৈরেং লাইরিক অসিদা মহাক্না নুংশিজরবা শকনাইবী অদুগা মমালৈবাক নুংশিবগা অনীমক পুনশিন্নী। "থাপোনা" হায়বা শৈরেং লাইরিকসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিংসি অঙাংশিংগী শৈরেং নাচোম ওইনা তৌই। নিয়োগকী শৈরেংশিংসিদা মওং মওংগী ছন্দগী খুৎনানবা উৎলি।

বিনন্দ চন্দ্র বরুয়া (১৯০৬) হায়বা কবিসিনা বাঙ্গাল বিদ্রোহী কবি নজরুল ইস্‌লামনা লেংবা শৈরেং মওংদা ফজবা খোনথাংদা লৈবাক নুংশিবা অমসুং ঈহৌ পীবা শৈরেং পরেং অমা লেংবিরম্মী। মহাক্না খোমজিনবা শৈরেং পরেং "শঙখধ্বনি" অমসুং "প্রতিধ্বনি" কৌবা শৈরেং লাইরিক অনীসিদা মমাঙৈদা মঙাল লৈরম্বা আসাম লৈবাক্না হুজিক্কি খুদোংথীরবা লৈবাক

অসিগা অনিগী থোন্নবদু ফজনা কোঙদোকপী। ফিভম অসিগিদমক কবিগী পুক্নিংদি শোন্নদে। অদুনা থায়নগী মুৎপ্রবা উৎমরক্তগী মৈরা অদু অমুক্তা থৌনাগা লোয়ননা চুখৎতুনা হৌজিক অমসুং তুংগী মায়থোং ঙালহন্নবা থৌরম পাইখৎপা পামজে। মহাক্ থায়নগী শকনাইবা অমসুং শকনাইবীশিংগী থৌদাং নীংশিংদুনা নহারোল পুন্নমকপু কৌথোক্তুনা মীথাপোনবগী রোহলীং কোলৌ থদৎতুনা থায়নগী অহল লমনগী ফিদম লৌদুনা মীরৈবাক মচাগী সাসন রোৎহলীং থদৎতুনা অরা-অনাপুন্না থাগুদুনা চাউখৎপা আসাম লৈবাক শেন্নবা খোল্লাউ পীবিখি। লোন, কৃষ্টি, সাহিত্য, শিল্পন চিংবসু চাউখৎনবা ঈথৌপীবিখি। মহাক্কী নহা ওইবগি মীকি লাইকিদবা ফিভমদা হিন্নমশিংসে পাঙথোক্লবগিদমক পীখিবা খোল্লাউ তাবা ফংখি—

হে দেশগী নহারোল হৌগৎলো হৌগৎলো তুন্নদগী,
শক্তিগী ঈচেল নখোয়গী শিংলি খুদিংদা চেল্লসনু।
শুকহল্লো পৃথিবী পুন্না হে অথৌবশা নখোইগী অশুকপা থৌনানা,
থবক পাঙথোক্লবা কথোকউ লৈজবা পাঙ্গল,
কনামতা অপীকপা নত্তে কনামতা অচৌবা নত্তে।
অথৌবা পুন্নমক চপ মান্নে,
অপনবা পুন্নমক লাম্বোকসি;
মখোয়বু তানথোকউ নোংলৈ নুংশিংনা তৌবাগুম,
পৃথিবী পুন্না নিকসনু ব্রজনা তাবগুম
নুমিৎকী মঙালগুম থবক অশিংগীদমক চঙশিনসি মাঙদা
চঙশিনসি মাঙদা লেপকনুসি খনগনুসী হুনবগী রা।

বিনন্দ বরুবা হায়বা কবিসিনা হেন্দোকথোইদোর্ক্কী আসাম লৈবাক্কী ওইনা অমসুং অহোমনিংথৌশিংগী মঙাল চেল্লবা শাসন-নীতিগী মরমদা হায়রম্মী। মহাক্কী "রঙ্গা মুরা" রংপুর, গরগাও, ব্রহ্মপুত্র অমসুং শ্মশানচিংবো শৈরেং লাইরিকশিংদা নাটক্কী মরোংদা অমসুং নাটক্কী লোনদা শৈরেংশিংসিনা ঐতিহাসিক্কী ওইবা লম অমসুং থৌনা ফবা লৈবাক মচাশিংগী মরমদা অনৌবা ছন্দদা ইথোক্তুনা ঈহৌ পীবিরম্মী।

মহাক্না ইংরেজী লাইরিকতগী রারী অমসুং রারীমচা খরা লৌখত্তুনা অসমীয়া লোনদা হন্দোকপীরম্মী। খুদম ওইনা "অগিয়াথুটির বীর" (আগিয়া থুঠিগী অথৌবা) হায়বা লাইরিক অসি অসুন্না লৌসিনবা লাইরিক অমনি। মসিনা ইংরেজী শৈরেং "দি ইন্‌সিডেন্ট অফ দি ফ্রেঞ্চ কেমপ" হায়ববু নীংশিংহল্লি। ঈহৌ পীবা, লৈবাক নুংশিবা অমসুং ছন্দচাবা অচম্বা খুন্নাইনী ওইবা রাহৈ-রাতাশিংনা মহাক্কী লাইরিক অদু পাবদা নুঙায়হল্লি।

দেবকান্ত বরুবা (১৯১৪ইং) ইখঙ খঙহৌদনা অসমীয়া লোনগী সাহিত্য অতিয়াদা ধুমকেতুগুম চোঙথোক পীরনা ময়াম মাঙদা মঙাল উৎপীখি। মহাক্না অসমীয়া সাহিত্যদা অনৌবা মওং অমা পুথোক্তুনা মী পুন্নমকপু শুকহনখি। "আমি দুরার মুকুলি করোঁ" হায়বা লাইরিকসি লেংবিদুনা অসমীয়া সাহিত্যদা মশাগী ওইবা শৈহেক শৈদা অমসুং ইবা মহৈগী অনৌবা পথাপ অমসুং রাখলগী লম্বেন অমা পুথোকপীখি। লাইরিক অসিনা অদুগী প্রমাননি। মহাক্কী অনৌবা পথাপ অসি মাংচেৎকি কবিশিংগী করিমতা মতুং ইনবা লৈখিদে। মহাক্না নহা ওইরিঙৈদা লেংবা "সাগর দেখিছা" হায়বা লাইরিক অসি মহাক্কী লৌশিং মৈরাগী মখল মখলগী মচাক্না থল্লী

মহাক্না প্রেমগী মরমদা লেংবো কাব্যগী মরু ওইবা মচাকতি প্রেমনা পুল্লবা নুংশিবা অমগী হকচাং কয়ার্থকি ফজবা মওং নত্তে। মহাক্কী শৈরেংশিংদি পুক্লিংগী ফজবী অদুগী মরমদা ইথোকপা অমসুং য়াবীরকপা য়াবিরক্রবা অদুগী পাওখুমনি। শৈরেং খুদিংদা পুক্লিংগী ব্রাহং অমমম লানথোকচৈ। নুংশিনুঙোনগী ব্রাফমদা মী অতৈগী মফমদা থৌঙমদবগী নীংবা কায়বদু মাঙোন্দদি মদু করিমতা নত্তে। মী অতৈগী মফমদা নীংবো কায়বা অমসুং আশা উদ্রবগী অদু মাঙোন্দদি পুনসিদা নীংবা থুংবা অমসুং অপেনবগী পাওদম ওইনা মঙাল ফংজে। নীংবো খুংদবনা পুনসিদা অনৌবা থব্রাই হাপই। মযাম্না খঙনবা প্রেম মহৈ য়াম্ব্রবা ভাবকিসু ঈহৌ অমা লৈজে। শাদাম্বগী তেনদা মথব্রায় থাগ্রবা চেকলানা বাল্মীকিবু কবি ওইহনখিবগুম কনাগুম্বী নুংশিবী অমগী প্রেমগী গ্রাখল খিত্তং তৌরুবদগী কবি অসি শৈরেং লেংবগী ঈহৌদা লুপচখি। মহাক্কী "প্রেমের উত্তর" হায়বা শৈরেং লাইরিকসিদা অসুম্না ইবিরি—

হে নুংশিবী নহাক্কী মশীং নাইদবা
অচীকপদা লাম্ছোকপা প্রেমগী দানগী নমল
শিংবা ওইনা ঐহাক্না পীবা ঙম্বদি ঐগী—
শৈরেংগী অর্থ য়াওদবা ব্রাহৈ-ব্রাতাসিতনি,

মহাক্কী ফজবী নুংশিবী মশক অদুনা ঈহৌ পীরম্মী, ঈহৌদা লুপ্হল্লম্মী অদুদাগী ইখঙ খঙহৌদনা মাঙখি। নুংশি হৈতবগী মওংদা মাঙখিবসিদা মহাক শাওনিংদে অমসুং নিন্দা তৌবা ব্রাহৈ ব্রাতা অমতসু ফোঙদোকখিদে। অমঙবা ফুইনা হৌরকপা মুম্রবা নোংনা মহাক্কী পুক্লিংগী মচু হোংদোকপা ঙমখিদে। মহাক্কী নুংশিজবীগা মিংকুপ খরগীদমক মরী থম্মুবা ওইরবসু ঙৈহাক্কী ওইনা উনরুবদুনা পুল্লিচুপপা নীংশিংমৈরা ওইদুনা লৈখি অমসুং মতমখিবিক্তা অপেনবগী অমদি নুঙাইবগী মশক ওইদুনা লৈখি। পুল্লিগী নাটক অসি থৌদোক মচা মচা হোংদোক হোংজিন তৌবগী লীলা অমা নত্রা? মিংকুপকি ওইবা মওংনা পুনসিগী নিয়মনি। লৈরাং অমগী ফজবা মতৌ অমসুং নহা অমগী মথোন কারকপা মতৌ মিংকুপ খরগীদমক্কি। লাংবন থাগী পানখৎলকপা থাজগী তরুক্কি শুবা নুমিৎতা দুর্গাদেবীবু সিধাগী পোৎচং ময়ামগা লোয়ননা তরাম তরাম মী ময়াম্না ওক্লে। অদুগুম্বা দূর্গাদেবীবু তরানি পানবা নুমিত্তা মীৎকি পীরাংগা লোয়ননা বিসর্জ্জন তৌদুনা বিদায় পীনদ্রা? মবমসিনা করিগুম্বা থৌরম অমদা জয় ওইবা থবক পাঙথোকপ নত্রগা খুৎসিন্নবদা কবিনা অরোইবা ওইনা লৌদে। মহাক্না হরাওজবদি হোৎনবদনি, চপ্পবদনী। ফজবী চনু অমনা মহাক্পু থাদোকপিরম্বা য়ায়, অদুম ওইরবসু চনুরা লিশিং অমনা মহাকপু থৌরাংনা ঙাইরম্বা য়ায়। মীশক অমদগী প্রেম কায়নবনা মালেম পুম্নমকপু নুংশিবগী লম্বেনদা চীংশিনবা য়ায়। মহাক্কী শৈরেং লাইরিক "দেবদাসী" হায়বসিদা নুপীজা অসি মন্দিরগী ঈশৈ শকপীতা নত্তে মহাক্তি ময়ামগী মমিত্তা মায়থিবা ফংলবা উশিৎপিদ্রবা অমদি থোঙনেৎনরবা নুপীজা অমনি হায়বসি কবিনা উখি। মহাক্না থব্রায় হকচাঙ য়াওনা নুপিজা মাগী ফত্রবা লাইনা ওং নৈবদগী মুক্তিগিদমক ঈশ্বরদা নীজে অমসুং মদুতদা মহাক্কী প্রেম অদু মীয়ামদা চপ মান্নরা লানথোকচবা ঙমগনি। অসিগুম্বা ব্রাখল অসীগি মমি কবিগী "সাগর দেখিছা", "রাঙা এটি করবীর ফুল" অমসুং "কলং পারোত" হায়বা শৈরেং লাইরিকশিংসিদা তাখি।

রবার্ট ব্রাউনিংগী মতৌগুম্না মহাক্কী শৈরেংশিংসি নাটক্তা মতোমতা ভাঙজবগী মওংদা উৎলি। তৌবগীদি মখোয়দুবু করিগুম্বদসু নাটকনি হায়বদি য়াদে। শৈরেংশিংদুদা শাজৎ-লীচৎ

অমসুং ভাব ফোঙদোকপদা নাটককী ওইবা খৎনবা য়েৎনবা য়াওদে, ফাগি ফরাং তৌদুনা ঈহৌ পীবা ৱাঙাঙ শাঙাং য়াওদে। য়াওরিবদি মী অমনা মনুংদা লৈরগা মশক উহন্দনা মতোমতা ঙাঙজবগী মওংদি য়াওই। অদুনা নাটকনি হায়বদি য়াদে। মহাক্কী "সাগর দেখিছা" হায়বা লাইরিকসিনা মওংদু তাকই। ৱাহং পুন্নমক, সমস্যা পুন্নমক, খৎনা চৈনবা পুন্নমক মনুংদা লৈবা ৱা ঙাঙবদুগা ঙাঙনবদা মওংদু শৈরেং ওইনা কবিনা ফজনা তাকই। ইহান হানবদা অসমীয়া সাহিত্যদা অসিগুম্বা মওং অসি পুথোকপগী মগুনদি দেবকান্ত বরুবাগীনি। মহাক্কী শৈরেংদা ডি. এইচ. লোরেন্সকি মমি তারবসু মহাক্কী শৈরেংগী ৱাহে ৱাতাদা কবি বোসেটি অমসুং কবি সুইনবার্নগী মমি ৱাৎনা তাবা নত্তে।

প্রেম অমসুং নুংশিবগী মরমদা ইবা মীংচৎ লৈবা অতোপপা কবি অমগী মিংদি গণেশচন্দ্র গোগৈ (১৯১০—১৯৩৮) কৌই। মাগী মত মতুং ইন্না প্রেম অমসুং ফজবা হায়বসি লৈবনা পুন্সি অসি মরীক চুম্মিবনি। মহাক্কী "স্বপ্নভঙ্গ" হায়বা লাইরিকসিদা হায়জরি নুংশিবগী অকোইবদা লৈবা পৃথিবী অসি ফজবগী সাধনা তৌবগী তুংকোইবা অরোইবা সৃষ্টিনি। মবমসিনা মরা চেৎপা প্রেম অমসুং ফজবা খৌরাংবগী খুয়াদা মথবায় কথোকপা পামম্মী।

"পাপড়ি" হায়বসি গণেশ গোগৈনা লেংবা প্রেমনা মচাক ওইবা মশাগী পুন্সি ৱারীনি। মহাক্না নহা ওইরিঙেদা প্রেমগী ঈহৌ পীবিরম্বা ফজবী অদুগী প্রেমদা লুপ্তুনা লৈজরুবনি অদুবু মহাক্না থম্মোই পান্দবী ওইদুনা মহাকপু থাদোকপীরম্মী। পুন্সিগী সমস্যা রুযাগী মনুংদা প্রেমগী নুংশিহৈতবী ফজবীগা তত্তনা থেংনরুই অমসুং অদুগুম্বা ফিভমদা কায়নবদা অনৌবা সুরদা, অনৌবা ছন্দদা কাব্য অনৌবা চোঙথোরকই। মসিগুম্বা ৱাখলসি পুন্সিদগী হেন্না চাউবা ঈরমনি। মহাক্কী নুংশিজবীগা কায়নবসিদা মহাক্কী পুক্নিংদা ওইরকইবা অৱাবা শক্তম অদু ফোঙদোকচৈ।

গোণেশ গগৈ হায়বসি চহীতরা মাপন লানথোকপগী খরা মতুংদা লৈখিদে। নহা ওইরিঙেদা লৈখিদবসিনা মহাক্কী শৈরেংগী পূক্কে অসি খরা লীকই। মতম খরদুদা লেংবিরম্বা শৈরেংশিংদুদাগী খঙবা ঙম্মী অসমীয়া সাহিত্যগী কয়ামুক অমাঙবা ওইখি হায়বদু। মহাক্কী শৈরেংশিংদ মহাক্কী মথম্মোয় নুংদগী থোরকপা ভাব অমসুং মতীং লৈবা ৱাহে-ৱাতাশিং উৎপগী মওং উবদা নহা ওইরিবা কবিশিংনা মহাকপু নীংশিংদবা ঙমদে।

দন্দিনাথ কলিতা (১৮৯০—১৯৬০) হায়বসি ফাগী ফবাং তৌবা অথোইবা কবিনি হায়বা য়ায়। মহাক্কী "রগড়", "রহ" অমসুং "বহুরূপী" হায়বা শৈরেং লাইরিকশিংদা য়াওরিবা ফাগী-জোগাইগী ৱাহে ৱাতাশিং অঙকপনি অমসুং মহাক্না শিজিন্নবা ৱাহে ৱাতা য়াম্না খুৎ নান্নি য়াম্না হৈশিংনা খন্দোক খজিন তৌদুনা মওং তানা লেংশিন্নি। কনা গুম্বা মীওই অমদা নত্রগা কাঙলুপ অমবু থীনা ঙাঙবসি মহাক তৌজদে অদুমদি ওইরগা মতমদুগী য়াম্না ফত্তবা পথাপ অমসুং চান্নদবা, চকংনবা চৎনবীবু য়াম্না করৈম্নে। মহাক্কী শৈরেং খরদা থায়নগী সংস্কার অমসুং পথাপকি মায়োক্তা তেন কাপশিনবগুম শাথিনা সমালোচনা তৌই।

প্রসন্নলাল চৌধুরী (১৯০০) হায়বসিসু বিদ্রোহী কবি নজরুল ইসলামগুম্বা অসমীয়া সাহিত্যগী কবি অমনি। মহাক অসি থুগাইবগী থৌরম পায়খৎপা কবি অমনি। অরিবাপুম্বা থুগাইরবা মতুংদা অনৌবা মওং অমা ফজনা শেমগৎপগী মঙ মঙজবা কবি অমনি। পুমতোয় তোয়হন্নবা মালেমগী মরক্তা থৌনা লৈবী ফজবী পৃথিবী অমা শেমগৎপগী ৱাখল তৌজে। মহাক্তি লাইর-চুতৎনবগী নিংথৌনি। অমসুং মদুগী ফম্বান তোংবগী উৎসবতা মখোইপুম্বা মাগী ফিরাল মখাদা পুন্নমকপু পুন্নবা কৌজে। লীচিং মান্ননা লম্বেনসিদা চত্থদুনা লান তৌবা মহাক্না পামজে। কবি অসিনা দেশ নুংশিজবগী ঈহৌ অমগা লোয়ননা দেশবু ঈনৌ নৌনা শেম্বগী

লানদা লৈবাকমচা পূন্নমকপু শরুক য়ানবা কৌসিনজে অমসুং অদুদা মীওইবগী পাঙ্গলথৌনা পুন্থা অথিংবা লৈতনা শিজিন্নবা হায়জে। মহাক্কী খোমজিনবা শৈরেংলাইরিক "অগ্নিমন্ত্র" হায়বা লাইরিকসিদা মহাক্কী মঙাল চেনবা রাখল অমসুং পামজবা ফিদম করিনো হায়বদু ফোঙদোকই। চাক্লীবা মৈরী অদুনা যুগ যুগতগী পুনশিল্লকুনা অমোৎপা, ফত্তবা পূন্নমক চাকথেক্কনি হায়না কবিনা হায়জবদু তাকই। ফজদবা পূন্নমক, ফত্তবা পূন্নমক্কী মায়োকতা চপ্ যুংনা লেপকনি হায়বদি কবিগী রাশকনি।

প্রসন্নলালনা নীংতম্বা ফংবগী যৌরাংবসি ভারতকী মনুংদা লৈবা মীওইশিংগীদা নত্তে ভারতকী মপান্দা লৈবা মীখা পোল্লবা ময়ামগীদমকসুনি। "অগ্নিমন্ত্র" হায়বা লাইরিকসিদা কবিনা পৃথিগী মফম পুম্বদা লৈবা লৌমীনচিংবা শীম্মী শিংগী, রানা শুজবা মীওইশিংগী দমক অৱাবা ফোঙদোকই। কবিনা মখোয় পূন্নমকসি পূন্না লাল হৌদুনা ঈনৌ নৌনা মখোয়গী মমল ময়ামদা খঙহনিনংঙি। মহাক্কী শৈরেং লাইরিক "লাঙ্গলর গীত" হায়বশিদা কবিনা লাইর চুতংনবা, লৌমী অমসুং লম্বেন্দা তুদুনা লৈবা অশোনবশিংগীদমক কয়ামুক নুঙাইজদে হায়বদু ফোংদোকই।

আনন্দ বরুয়া (১৯০৮) গী শৈরেংশিংদা মীওইবগী অফবতা খনবা রাখন্না হেঞ্জিন্না ফোঙদোকই। হেন্দোক থোইদোক্লা "পাপড়ি" অমসুং "রঞ্জনরশ্মি" হায়বা লাইরিক অনীসিদা ভাব অসি ফোঙদোকই। পুলি অসি থৱাইনা ফজবা থীবগি খোঙচংনি হায়না আনন্দ বরুৱাণা খল্লি। মহাক্লা হাফিজকী শৈরেং খরা অনুবাদ তৌরম্মী। মহাক্কী রাখলদা মীওইবগী ফনবা খনবগী মতাংদা সুফিতত্বগী মমি তাখি।

শৈরেং লাইরিক্কী মরমদা নৈনবা মতাংদা অরিবা অমসুং অনৌবা অসমীয়া সাহিত্যদা অথিংবা লৈতনা মমি তারিবা ঈশৈশিংবুসু পনবা তাবনি। মখোইদুদি চংনরিবা "বিহুনাম" অমসুং "বিয়ানাম" হায়বা জগোই ঈশৈশিং অসিনি। ঈশৈশিংসি ঙসিসু বসন্ত ঋতুদা অমসুং লুহোংবদা আসাম লৈবাক্কী মফম খুদিংদা শক্করি অমসুং মদুগী সুর অমদি ছন্দগী মমি ঙসি ফাওবা অসমীয়া সাহিত্যদা তারি। অসমীয়াশিংগী জগোই ঈশৈদা বিহুতান হায়বসি হৌজিকসু য়ান্না চংনরি। মধ্যযুগতা বৈষ্ণবশিং অমসুং শাক্তশিংনা মখোয় মখোয়গী ধর্ম্মমত শন্দোক্লবা লেংথোকপীদুনা ফোঙদোকপা ঈশৈদুবু "বরগীত" কৌই। মখোই অদু ধর্ম্মগী লম্বীদা হুজিকসু চংনরি। লোন অমসুং অৱাংবা থাক্কী লমচংশাজং তাকপদা অদুগা লোন ছন্দ অমসুং সুরদা "বরগীত" শিংসিগী মপা লৈতে। শতাব্দী অসিগী অহানব শরুক্তা "বরগীত"শিংসিগী মতুং ইল্লদুনা অমসুং মওং লৌদুনা মখল মখলগী ঈশৈ লেংথোক্লখি। হৌজিক্কী শতাব্দী অসিগী ইহান হানবা ঈশৈ লেংবা কবিদি লক্ষীরাম বরুবা হায়বসিনি। মহাক্কী খোমজিনবা ঈশৈ লাইরিক "সংগীত কোষ" হায়বসি ১৯১১ দা ফোঙখিবনি। ধর্ম্মগী লোন্দাপুদানা থল্লবসু মহাক্কী ঈশৈশিংদা সুরদা খঙদে রাহে-রাতাদা খঙদে হীরম খনবদা খঙদে "বরগীত"কা য়ান্না থৈন্নে। মাগী ঈশৈশিংসিগা কবিগুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মমি খরদি তায়।

পদ্মধর চলিহা হায়বসিসু ঈশৈ লেংবা কবি অমনি। মহাক্লা লেংবা "ফুলনি" (১৯১৫), "গীতলহরী" (১৯২১) অমসুং সরাই" (১৯২৮) হায়বা লাইরিকশিংসি মতম অমদা ময়ান্না পান্নরম্মী। মখোয়দু মরু ওইনা ভক্তিমূলক, নুংশি নুংওনগী ওইবা, অমসুং পাওতাক্কী ওইবা মরমদনি।

কমলানন্দ ভট্টাচার্য্য হায়বসিসু য়ান্না ফজনা ঈশৈ শকপা হৈবা কবি অমসুং অভিনেতা অমনি। মহাক্কী পুনশিনবা শৈরেংশিংবু "বাউলি" হায়না খঙনৈ। মসিদা থৌনা অমসুং অনৌবা জ্ঞান অমদি খোইথুম্নবা সুর উংলি। মহাক্লা মসিদা আসাম লৈবাক্কী মমাঙঙৈগী ওইবা মাঙখ্রবা

মঙালগীদমক থবায় শোক্লা নুঙাইতবা ফোঙদোকচৈ।মহাক অসি মহাক্কী (আসামগী) মখৈ লৈতনা ফজববু থাগত্তুনা ইজবা অইবা অমনি। মরক মরক্তা ঈশ্বরবু থাগচ্চবদা মাগী খোল য়াম্না হৌই অমসুং মোম্বরবা ঈশৈবু শেংয়াওবা অমসুং ঙকলবা মওংদা শকই। তোইশুম্বসুং মতমখিবিক্ত মহাক্কী স্বর্গগী ওঈবী নুংশিবীগা কায়নবগী মৈচাক থম্মোয়দা পাল্লী অমসুং করম্না মহাক্কী আম্বাদুগা অমুকহন্না মিলন ওইগনি হায়বা রাখলদা লুপ্তুনা লৈ। মহাক্কী অরোইবা শৈরেংশীংদুদা মহাক্লা মমালৈবাক্কী নীংতম্বগী দমক মথবায় কথোকতুনা জেল চঙবা অমসুং অদুদগী ফঙবা ঈহৌ অমদি অভিজ্ঞতা ফোঙদোকই। কমলানন্দগি শৈরেংগী অহানবা পরেংশিংদু অঙকপনি

পাৎয়াইদা থম্বাল লৈনানা ইলং লৰ্গঙি তনিক তনিকই,
থম্বাললৈনা মথক্তা ঈশিং মরিক
তনিক তনিকই,
হে ইমা নুংশিজে নহাকপু থবায় হকচাং য়াওনা,
হন্না হন্না খুরুমজে হে ইমা আসাম লৈবাক নহাকপু,
ঐগী পোক্লফম লৈবাক হে আসাম লৈবাক,
নহাকপু হেম্না শেংবা অতৈ লৈতে।

সুরগী অঙকপা য়ৌনা ফজবদা, খোম্বোক্লি ফজবদা অমসুং রাহৈ রাতাগী নীংথিবা মওংদো কমলানন্দগী মপা কয়া লৈরমদে। মহাক্কী শৈরেংদা ফোঙদোকপা রাখলগী মতৌ য়াম্না ফজে অমসুং থৌদোক অমমমগী মনুংগী অর্থ শন্দোক্লা ফোঙদোকই। নীংতম্না মহাক্কী রাহৈ-রাতা অকনবা ঈহৌগা লোয়ননা চৈঙ্গৈ। রাহৈ-রাতা শীনবদা অঙকপা য়ৌনা ফজহল্লি। মসিদা মৎংগা লোয়ননা শৈরেংগী মচাকশিং মহৌশাগী ওইনা অপনবা লৈতনা অদুম্মা থোকচরকই।

উমেশ চন্দ্র চৌধুরী হায়বসিসু কবি অমনি মহাক্লা মখল মখলগী ইীরমদা ঈশৈ অমসুং শৈরেং ৩০০ রুম লেংদুনা থম্বিরম্মী। মখোয়দুগী মনুংদা খরনা "প্রতিধ্বনি" খরনা "দেবধ্বনি" অমসুং খরনা "মন্দাকিনী" হায়বা লাইরিকশিং-সিগা খোমজিননা ফোংখি।

মহাক্কী ঈশৈ অয়াম্বা ধর্ম্মগী অমসুং আধ্যাত্মিককী মরমদনি অমসুং সংসারগী মায়া থাদোকপা, মশাবু কথোকচবা অমদি অচম্বা মীংনা উবা ফংদবা মালেমগী মপুবু খিজবগী মরমদনি। মহাক্কী মন্দাকিনী হায়বা লাইরিকসি পৃথিবীগি ওইবা নুংশি নুংওনগি মরমদনি। উমেশচন্দ্রবু অয়াম্বনা মহাক্কী দেশ নুংশিবগী ঈশৈগীদমক মশক খঙবনি। ঈশৈশিংসিগী অয়াম্বদা মহাক্কী লূরবা রাখল, ফজবা ব্যবহার অকনবা ঈহৌ ফোংদোকই অমসুং মহাক্কী চুম্না ফজনা য়াৎলবা রাহৈ-রাতানা অমসুং-নাম্না চথবনা মহাকপু অমর ওইহল্লি।

হে ইমা লোন নুংশিজে নহাকপু মতমখিবিক্তা,
হে ইমা আসাম লৈবাক নহাক্কী মপা লৈতে খুরুমজরি নহাকপু
পাইয়ু কম্না লৌ, হোম্নু হিদু লেপতনা
নখোয়বু লিশিংলক হন্না ওকচরি
হে পুল্লরিবা পূজারী কাঙলুপ,
মঙাল ফংলবা ইমাগী সেবারী কাঙলুপ
ইমাগী সেবাদা চথরসি চথরসি।

উমেশচন্দ্রগী ঈশৈশিংসি বাহৈ-বাতাদতা ফজবা নত্তে মন্ত্রশক্তি অমসু চেনবগুম তৌই। ঈশৈশিংশাগী মেঙলবা খোনথোক, সাথেক সাহৌগী মওং ফোঙদোকপা অমসুং শেংম্রবা

ৱাখলনা লৈতেংবা পুক্‌চেল উৎপা গুণশিংশি লৈবনা আধুনিক অসমীয়া সাহিত্যদা খ্বাইদগী অথোইবনি হায়না লৌবা য়ায়। উমেশচন্দ্র অসি মীংচৎ লৈরবা কবি অমসুনি। মহাক্কী খোমজিনবা শৈরেং নাচোম "অমৃতমন্থন" হায়বা লাইরিকসিদা য়াওবা "মন্ত্র সাধিনা" হায়বা শৈরেংসিদা ঐখোয়না উবা ফংঙি মহাক অসি কয়ামুক মমালৈবাক নুংশিজে হায়বদু অমসুং শৈরেংসিদা মীওইবগী কয়ামুক নুংশিজে হায়বগী শক্তম শেমগৎতুনা ফোঙদোকই। কবিসিনা মহাক্কী ৱাখলদা মী পুম্নমক চপ মান্নবা অমসুং বিচারগী মীৎয়েংদা খেন্নদবা মীৎয়েং চেনবা অনৌবা সংসার অমা শেমজনিংঙি।

অনৌবা যুগকী মীওইশিংনি ঐখোয়,
ঐখোয়না পুরক্কনি অনৌবা ঈহৈৗ,
মাঙদা চঙশিনসি পুরক্কবা
অমগা অমগা খেন্নদবা, নীংতম্বা অমসুং চান্ন চিন্নবা
অচৌ-মচা পুম্নমকপু ঐখোয়না কোনশিনজে,
লাইরবা, চাওখত্তবা অমদি মীতোপশিংবুসু
অমোৎপা কীশিপুম্বা শীদোক্কনি
অমদি কুটনিতিগী মরাপুম্বা থদৎকনি।

মহাক্কী খোমজিনবা শৈরেং লাইরিক "ত্রিবেনী" হায়বা অসিদা য়াওরিবা "কবির কারেং" হায়বা শৈরেংদা মতৌকরম্না কবিনা থাঙ্গৈশেংবা পুনশিগী অৱা অনা মিৎকী পিরাংদগী থাম্লা খ্বাইগা তিন্নদনা মথন্তা লৈরুবা কলাগী ৱাংচাওরবা দলান অদু চাক্লীবী নুপী অমা থেংনরুবদা তাসকী য়ুমগুম নীংখাইখিবা অমদি নুঙাইরবা মঙলান কায়খিবগে হায়বদু ফজনা শৈথারী। চাক্লীবী নুপী অদু নৈহৎপীরবা মীওইবনি। কবিগী তোপ্পা কাহেন্না কলাগী মরমদা নৈদুনা শামুময়াগী দলালদা লৈরুবা শক্তম অদু হৌজিক্তি তোঙানবা মচু অমগুম উরে। মানা মাগী অকোইবদা উবা ফংই

লৌমীশিংগী চোকথরবা হকচাং অমদি কায়থরকপা ফিভম, শীনমিশিংগী থিংবাৎ খোকাৎলবা মখুৎমশা, করিগুম্ব খঙজদ্রবা চরা হেনবা লখা লখা, নৈহৎপিদুনা মীখা পোনদুনা লৈবা, চাক লাম্বগী থম্মোয় শোকপা মীকপ অমদি অনাবগী নাহেবা, লাইরিক লাইশু হৈজদবগী চিম্বান অকংবা থৌশাবিদ্রবা অপংবশিং।

উমেশচন্দ্রগী শৈরেংশিদা ঐখোয়না উবা ফংঙি মহাক্কী ঈহৈৗ কনবা তেংথা ৱাহৈশিং, দার্শনিক অমগী ৱাখলশিং। তৌবগিদি মহাক্কী ৱাহৈ-ৱাতা কয়া নানদে।

অম্বিকাগিরি রায় চৌধুরীগি ঈশৈ অমসুং শৈরেংদদি কপ লাওবা, অৱা-অনাগী মৈচাক, অমসুং অৱাবদগী চোকথবা মতৌনচিংবা করিমতা উবা ফংদে তোইগুম্বসুং অসিপুম্নমক লাম্থোকতুনা থৌনা অমসুং পাঙ্গলগা লোয়ননা ময়ামদা অচেৎপা ৱাশক লৌনবা কৌথোকচে। মহাক্কী শৈরেংগী অনৌবা খোল্লাওদি হনবা লৈত্রবা আশাগা লোইননা ইশাইথন্তনা পানজবা অমদি হিংজবনি। মহাক্কী মরীক চুম্না অমসুং থৌনাগা লোয়ননা লাওবা খোল্লাওদি মীৎ পাঙ্গো, হৌগৎলো, নমায় হায়গৎতুনা য়েংঙু পন্দুংফম য়ৌনবা নশাগী লাইবক নশানা শেমজৌ। মহাক্না পামজে মী খুদীংমক মনীংতম্না অথিংবা লৈতনা মশাগী মরাইবক মশানা লেপচবা অমদি খ্বাইগী মপুংফান চাওখৎচবা। অমগা অমগা মান্নদবা, চুমদবা অমসুং নৈহৎপীবা অমত্তা লৈতবা, মনীংতম্নবা হেন্নাফবা পৃথি অমা ওইবা হায়বসি মাগী অপাম্বনি।

আসাম লৈবাক্কী মীংচৎ লৈরবা কবিশিং মনুংদা জ্যোতিপ্রসাদ আগৰওয়ালা হায়বসি অমনি।

মহাক্কী শৈরেংশিংদা নীংতম্বা, মমাইলৈবাক নুংশিবা অমসুং পূন্নমক্কী ফিভম চপ মান্নহনবা হীরম অহুম্নসি ফোঙদোকই। আসাম লৈবাক্কী মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবা শক্তম, মহাক্কী থায়না লৈজবম্বা মঙাল অমসুং মমল লৈববা সংস্কৃতিনা মাঙোন্দা হীহৌ পী। রামায়নগী হনূমাননা মন্ত্রশক্তিগী মতেংনা সমুদ্র লানবা ঙমখিবদৌনা কবিসু মমাঙঙৈদা আসাম লৈবাকতা লৈরম্বা পূন্নমক নীংশিংদুনা মদুগী মতেংনা মিথা পোল্লবী আসাম লৈবাক্কী নীংতম্বা ফংবগী মঙ মঙজখি, সিগেশু হেন্দোক্নুনা মমাইলৈবাক অসিগী রাজনীতিগী, খুন্নাইগী, সংস্কৃতিগী হীরম খুদিং চাওখং খোংথাংদা চঙসিন্দুনা থাঙ্গৈশেংনা ফজরবা আসাম লৈবাক্কী অনৌবা তাঙকক অমা হৌবা ওইরসনু অমদি অনৌবা মপোক অমা ওইরসনু হায়বদু খনজে। অনৌবা থৌরাং অসিদা থবায় কথোক্লবা নহারোনদা পুক্লিংহুবা ঈশৈশিং তাহল্লি। অদুগুম্বা পুক্লিং হুবা ঈশৈ অমসুং ঈহৌ পীবা বক্তৃতাশিংনা অমদি অবাংবা থাক্কী সুরনা ঈশৈশিংদুবু অঙকপা ফংনা ফজহল্লী। জ্যোতিপ্রসাদকী ঈশৈশিংসে লাম্না লৈতেঃ পৃথিবী দিগবিজয়ী অসমীয়া ইচিন-ইনাও মতম ওইরে, হৌগংলো শেমশারো ইমাগী মন্দির ইহাং হাংঙে করিগীনো থাওমৈ থানগংত্রিবা ঐহে ., নহা ডাক্তনি, ঐখোয় শিবা কীদে, হায়বনচিংবা মহাক্কী খোল্লাওনি। অদুগা মথক্তা "লোহিত নদী" হায়বা শেরেং অমসুং ঈশৈশিংনা আসাম লৈবাক্কী নহারোন পূন্নমকপু মতম খিবিক্তা ঈহৌ পীদুনা কৌথোকচে।

শিলং গৌহাটি অল ইণ্ডিয়া আকাশবাণী কেন্দ্র হাংবগী মতুংদা অসমীয়া লোনগী ঈশৈ লেংবগী ঈহৌ অমা লাকখি অমসুং ঈশৈ লাইবিক মথাম অমা ফোঙখি-খুদম ওইনা মহেশ গোস্বামীগি "অমৃত", মলিন বোরাগী "বেণু" অমসুং "সুরের কবিতা" ভূপেন হাজারীকাগি "জিলিকার লুই তাবে পার", লক্ষীহীরাগী "সুর সেতু" অমসু "প্রথমা" তফজ্জল আলীগি "মন্দাক্রান্তা", কমল চৌধুরীগী "গীতাবলী", সূর্যা বোরাগী "স্বরসন্ধানী", আলিমুন্নিসা পিয়ারগী "সুরনির্ঝর" অমসুং দেবেন শর্মাগী "সালতা"। হৌজিক্কী মতমদা পুথোবকপা অনৌবা অসমীয়া ঈশৈশিং থায়নগী ওইবা প্রেম, ভক্তি, দেশ নুংশিবা অমসুং মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবা মওং ফোঙদোকপতা নত্তে, অসিগুম্বগী মথক্তা দেশকী মীওইবাশিংগী নাংতঙ্গা অমসুং অচৌবা মচা অমতানি চপ মান্নে হায়বা বাখলশিং সাহিত্যগী মনুংদা পুশিন্দুনা মীওইশিংদা ঈহৌ পীখি। ভূপেন হাজারিকানা লেংবা ঈশৈশিং অনৌবা বাখলসিগা য়াম্না মরীলে অমসুং থায়নগী পথাপ, সাথেক-সাহৌ, সুর পূন্নমক থাদোক্নুনা অনৌবা মওংসিদা মাইপাক্লা চথবগী থৌরম পাইখৎখি। রেলগাডীগী থবক তৌবা অচম্বা মীগী কল্লকনিঙাই ওইদ্রবা পুনসিবু উংনা মহাক্কী ঈশৈ "ঝট ঝট রেল চলে", নুং থুগাইবশিংগী অবাবা পুনসি উংপা ঈশৈ "ভাঙ ভাঙ শিল ভাঙোটা" নত্রগা দোলাই পুবশিংগী ইকাইব অবাবগী ঈশৈ "হে দোলা, হে দোলা, বড মানুহের দোলা" নচিংব ঈশৈশিংসি অঙকপা যৌনা ফজে। মসিগী মথক্তা লাইবককথিবা ডাফালাশিংগী দমক শকপা ঈশৈ "বঙ্গমন মাছলোই গোল" অমসুং চা বাগানগী শৌমীশিংগী অবাবা বারী ঈশৈ "এটি কলি দুটি পাতা রতনপুর বাগিচার" ন চিংবানি। মখোই অসিনা ভূপেন হাজারিকা হায়রসি অচম্বা মীওইগী মতীকলৈবা খোঙ্গেলনি হায়রসি উৎলে, অসি হায়বদা হেনজিনবা ওইরোই। ভূপেন হাজারীকাগী ঈশৈগী ঈহৌনা মশা চাববা, নৈহৎপীরবা লাগববা মমক্তা অনৌবা বাখল পোকহল্লি। অসিগী লোগননা খাগনগী খুলঙ ঈশৈ অমসুং বাউলগী ঈশৈ খুঙ্গ' খুদিংদা শন্দোকতুনা শকলিবা অসিনা মাগী ঈশৈ থসিদা মমি তাই। অসিগুম্বা ঈশৈ লেংবদা মীংচৎ লেববা আশা যাম্ন তৌনরিব কদি অমগালে মহাক্কা মিংদি কেশব মহন্ত কৌই। মহাক্কী ঈশৈশিংদা অচম্বা মীওইশিংগী পুক্লিংগী বা ফোঙদোকপা। মসিগী অঙকপ খুদমদি

"জেউতিতোলোই মনত পরে" (জিয়ুতি নঙবুতনা নীংশিংই) হায়বা ঈশৈদুনি। শৈরেংসিদা ময়ুম থাদোক্নুনা লাপ্পা মতোমতা লৈবা ডাক পিযন অমনা নীংশিংঙকই অরাপপদা লৈহৌবী মহাক্কী চানবী তালোই জিয়তি অদুবু অদুগা হায়দোকচৈ মাগী পুক্লীংদা খল্লিবা বাপুম্বা। ঈশৈশিংসিগী মরমদা বা অমতদি তঙায়ফদনা হায়বা তায়। ঈশৈশিংসি অচম্বা মীওইশিংগী মরমদনি অমসুং অচম্বা মীওইশিংগীদমক নুঙাইতবা বাখন্না পুক্লিং হুরবসু অবাবগী সুরদি নত্তে। তোইগুম্বসুং মদুগী ওন্নতৈনবদা ঈশৈসিং অসি পুনশিবু নুংশিবা অমসুং পৃকফরবী মালেমদা থাজবা উৎপা ঈশৈনি। অসিগুম্বা পুনশিবু নুংশিবা অমসুং পৃথিবীবু থাজবা বাখলসি তফজ্জল আলীগী "মন্দাক্রান্তা" (তপ্পা-লেংবা) হায়বা শৈরেং লাইরিক অসিগী অহানবা শৈরেংদা ফোঙদোকপী।

নোংথক্কী চুমথাংগী মচু তরেৎনি,
অদুম ওইরবসু ঐখোয়গী পৃথিবীনা ফজবা হেল্লি,
ফজবা নুমিৎকী মচু তরেৎতি,
নোং মংবা অতিয়াদা শান্নজে,
অমসুং ঐখোয়গী পুল্সিদ পৃথিবীদা তাবা নুংশা মঙালদা চথরি।
অমদি ঐখোয়গী পুক্লিং মতম খিবিক্তা ইনৌ নৌবা নুংশিবগি মওংনা থল্লি।
পৃথি থক্তা অপনবা লৈতবা মঙাল অসি
থৌজাল হৈবা নুমিৎকি দাননি,
মহাক্না চুমথাংদা মচু তরেৎ পীনবির্বনি,
অমসুং পুল্সি ঐখোয়দা পীবিরিবনি,
মরমসিনা পৃথিবীগি মবুক্তা
ঐখোয়গী পুল্সিবু ফজহল্লিনি।

পুনশিবু নুংশিবা অমসুং পৃথিবু থাজবা বাখলসিদগী তোঙান্না লৈবদি নত্তবা অদুবু তোপ তোপ্পা শক্তম লৌবা মওংগী শৈরেং লেংবা অনিগি মিংদি কেশব মহন্ত অমসুং নবকান্ত বরুবা হায়বসিনি। মখোয়না শৈরেংগী মতেংনা নুমিৎকী মঙালবু ওকচৈ অমসুং মখোয়গী অঙকপা ঈশৈদুনা থৌরাংবা পুন্নমক পেলহল্লি। "অহানবা থোরকপা হে নুমিৎকী মশেক, নহাক্ কদায়দগী ফংলুই সনা মচুগী মীনোক অসি। নুমিদাং চুপপা তুমদদনা লেল্লি থৌরাংনা নংবু উনিংবগী বাখলদা। ঐখোয়দি মঙাল থিবা চথরিবনি। নোংবু হোগাইদুনা নোংগী মরক্তা থোরকপা অঙকপা মঙালগী মেলাদু য়েংলুসি। হে অতিয়া ঐখোয়দা অপীকপা নোংথক অমতং পীবিউ।" অসিগুং। বাহে-বাতা অমসুং সুর হৌজিক্কী অসমীয়া লোনদা লৈবতা নত্তে হেন্দোক থোইদোক্না ঙনথোইরী। অদুনা অসিমদি হায়মনবা ওইরোয় হৌজিক্কী অসমীয়া লোনগী ঈশৈশিংগী মচাকশিং অসি থোইদোকপা মগুন চেনবত্তা নত্তে মখাদা শকহেনবী পৃথিবী অসিগিদমক থৌরাংবগা লোয়ননা মথক্তনা নুমিৎকী মেঙখ্রবা মঙাল উনিংবগী মওংদু ফজনা ফোংদোকই।

# অনৌবা শৈরেং

শৈরেং হায়বসি পুক্লিংগী ঈহৌবু লোন অমসুং সুরগী মওংদা ফোঙদোকপনি অমদি সাহিত্য হায়বসিনা চিন্তাগী ঈচেল্লি। অদুনা হৌজক্কী মতমসি গী মরু ওইবা দর্শনগী ৱাখলপুম্বা শেমদোকই। ডারউইন, ফ্রোয়েদ, ইয়ং, মর্কসকি চিন্তাগী ঈচেল য়াওবা সাহিত্য হৌজিক কালগী সাহিত্যনি। ফ্রোয়েডনা ঐখোয়গী জ্ঞান মাঙবনা মরুওইনা তৌরিবা থবক অমসুং অনীঙবা ৱাখল হায়দোক্তনা নমশিন্দুনা থম্বা অদুবু ময়ামদা উংথোকপা, তাকপীবা তৌরম্মী। অমরোমদা ইয়ং হায়বসিনা য়েলহৌঙেদগী লৈরক্লবা মপুং ফানা জ্ঞান লৈতবা ভাবকি অহানবা থাকতগী খঙলকপা অদু য়াবগা লোয়নন মহৌশাগী মশাগী ওইবা ফিভমদগী ৱাখলন তোন তাবোই তাদবোই তৌবা ফিভমদু মঙগী মতেংনা হায়দোকপদু তাকপি। অসিগুম্বা পুক্লিংগী ফিভম থিজিনবশিংবু থাগৎতবা ঙম্দে করিনা মখোয়গী মতেংদগী পুক্লিং মশক পানদবা মওং নত্রগা মঙগুম্বা ফিভমদগী থোনথোক থোরকপা হৌখি। ইয়ুং হায়বসিনা থায়নগী মীওইলমগী নত্তবা পাউরৌশিংবু মীওইশিংগী ৱাখলগী মচাকনি হায়না লৌ৷দননা মখোয়গী জ্ঞান কয়া য়াম্না লীকই হায়বদু ফোঙদোকই। ৱাখল অসিগী মতুংইন্না দব্লিউ বি ইয়েট্স্ হায়বা কবিসিনা অসিগুম্বা পুক্লিংনা পাম্বা ইতিহাসকি ওইবা ৱারীশিং ফোঙদোকপা হৌখি। অসি মখোয়গী ৱাখলগী খুদম্নি হায়না লৌখি।

হৌজিক মতমগী শৈরেংশিংগী শরুক অয়াম্বদা মার্কসকি পাউতাক্কী মমি তায়। অসিগুম্বা সমাজতন্ত্রগী ৱাখল মতুং ইনবা শৈরেংশিংশিগী মীৎয়েং খুরবসু সমাজকী নিংথিনা যেংবিদ্রবা শরুক অমবু উহন্দুনা অনৌবা বাখল অমদি ইনৌ নৌনা থোরক্তনা মদু অচৌবা লাঞ্জাও অমগী ইরাংদা পুংমৎ মুৎখিবা য়ায় হায়না খঙহল্লি। হৌজিক মতমগী ওইনা থোরকইবা অসমীয়া শৈরেংগী পোমখৎলক্লীবা কবিশিংগী খুৎইদা নৈনবগী ৱাখলগী মমি তায়।

পৃথিবীগি লানজাও অনীগী মতুংদা ইনবা শৈরেংদা মীওইশিংগী খুম্নাইদা লনাইগীতা থনবা ৱাখলগী মমি তাখি। ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী অহানবা লানজাও মতুংদা ফ্রানজ কাফকা, টমাস মান, টি এস ইলিয়ট অমসুং নোংচুপকী অতৈ কবিশিংনা থৌরম্শিংগী ঈচেলদা চঙক্লদুনা তৌফম খঙখিদে। ইলিয়টকী সুরগী মম্দিদু হৌজিক্কী অসমীয়া কবিশিংগী পুক্লিংদা চংলমখি। ইতিহাসকী ঈচেলদা অহোংবা অমা য়াম্না ফজনা উবা ফংঙি।হৌজিক মতমগী অসমীয়া কবিশিংনা নোংচুপকী সাহিত্যদাগী ফংবা ইহৌদু পাম্না লৌশিল্লি অদুগা পরম্পরাদগী চথরকইবা লনাইগী লৈজরম্বা পথাপশিংদুবু পাম্বা ৱাৎখি।

মরমসিনা অসমীয়া লোনগী শৈরেংসিংদা থাজদবগী অমসুং চীংনবগী ৱাখল অমা চঙকপা হৌখি। থায়না চৎনরম্বা পথাপপু থৌ শারক্তবা প্রেম, ফজবা, ধর্ম্ম, অমসুং অচুম্বনচিংবা পুন্নমকশি মপানগী মওংতনি হায়বা বাখল তৌবা হৌখি। মতমগা চানবা অনৌবা মীৎয়েংদা বিচার পাম্নখি। থায়নগী পথাপ পুম্বমক থাদোকপা হৌখি, অদুম ওইরবসু অনৌবা বাখলদুসু মপুং ফাহনবা ঙমদব ফিভমদা লৈখি। অদুনা কবি অমনা হংখি হে ভগবান নহাক অসি বীজগনিতকী (Algebra) এক্স (X) হাযবদুতবা? থায়নগী থাজনবম্বা পথাপশিং মাঙহনখিবগিদমক হৌজিক্কী মতমগী অনৌবা বাখল অমসুং খুম্নাইদা চঙকপা অনৌবা মওংনা অগাম্না দার্শনি: ফ্রোয়েড নিজ্ঞানবাদগী মতুংইন্না শৈরেংশিংগী নাইহ-বাতা হোংদোকখিবগা

নত্তে, মনুংদা চেন্নিবা অর্থকাওবা থৈখি। পুক্কিংদা লোৎতুনা লৈবা থৌরাংবদুগী মমি মঙদা তায়। ফ্রোয়ড্‌কি মতুং ইন্না মখোয়সি নুংদা থৌরাংবা অমসুং পাম্বা লৈ হায়বগী খুদমনি। হৌজিক্কী কবির্গীমমিৎতা রাহৈশিঙ অসি থনুংগী থৌদোক্কী মমি খঙহনবা খুদমনি। মঙদা উবা থৌদোকশিংগী ব্যাখ্যা মপুংফানা তৌবা ঙমদবগুম শৈরেংগী রাহে-রাতা অমসুং সুর মথংমনাও নাইনা মতম পুন্নমক্তা ব্যাখ্যা তৌবা ওইথোক্তে। খুদম অমত্তনা মখল মখলগী রাখল তাকপা য়ায়। মসিনা হৌজিক কালগী শৈরেংদা রাখলগী শেংদবা চনৈনবা মমি পুশিন্নকই।

ফ্রোয়েড্‌কী রাখল মতুংইন্না নুংশিংনুংওনগী শক্তম অতোপপা মওংদা উৎলি। কবিদি প্রেমগী মীরমলেনগী রাংমদা লৈদুনা অমর ওইনা ফজনা ঙাল্লিবা মওংদুগী মথক্তা থাজবা লৈখিদ্রে। ঈ-শারিবা নহাওইরিবা শকনাইবী চনু অদুগী লোৎত্রবা শক্তম অদুদা মীৎয়েংতাখি।

অতোপপা মওংগী কবি কাঙলুপ অমদা মার্কসকী দর্শন অমসুং রাখলগী মমি তায়। মখোয়না করেম্নদুনা কায়থরক্লিবা খুন্নাই অসিদা চৎনরিবা প্রেম, বিশ্বাস অমসুং কৃষ্টি অপুম্ববু নোকনৈ। মখোইনা অনৌবা শেমগৎপদা অরিবা ময়েংতারবা থাজবা পুম্বা করিমত্তা কান্নদ্রে হায়না খল্লি। অমরোমদা নীঙবা কায়রবা কবি কয়াসু থেংনৈ। মখোয়গী রাখলদা হৌজিক্কী চৎনরিবা সমাজগী থৌরমগী পুন্সি সোইদুনা লোইরনি, মথরায় থাবগী নুমিৎ মাঙদা লৈরে, উরে।

হৌজিক মতমগী কবিশিংনা লেংবা রারেং শৈরেং ময়াম্না পামনৈ। মখোয়না মালেমগী মফম অতৈগী কৃষ্টিগী মচাকশিং খোমজিন্নী। মসিনা মখোইবু নুঙাইহনবতা নত্তনা মনুং হাঙন্না য়েংহল্লি। মরমসিনা মখোয়গী রারেং-শৈরেংদা নোংপোক-নোংচুপকী মচাক পুনশিন্নী, অদুতা নত্তনা ইতিহাস অমসুং উপন্যাসকি ওইবা মচাকশিংসু য়াওই। মরমসিনা মখোয়শিংনা লেংবা লাইরিকশিংদা লমদম অতৈগী রাহে-রাতা য়াম্না চৎশিনলকখি অমসুং অপাবশিংনা পাবদা য়াম্নালুনা থোকই অমদি খঙবা রায়।

লানজাও মমাংগী কবিশিংনা খুল্লক্কী ফজবগী মরমদা মরু ওইনা ফোঙদোকপী। মখোয়গী লাইরিকতা খুল্লকী সভ্যতা, অবা নুঙায়গী মরমদতা ওইনা ইবিরম্মী। হৌজিক্তি সহরনা সভ্যতাগী কেন্দ্র ওইরে। সহরনা হৌজিক্কী মওংদা কৃষ্টিনচিংবা চাওখৎপগী থৌরম পুন্নমক্কী ময়োন ওইরে। সহরনা হৌজিক মরুওইবা সমাজগী লৈফম অমসুং থবক তৌফম ওইরে, মফমসিদা ময়াই ওইবা থাক্কী মীগী লৈফম নোমফম অমসুং পোথাফম ওইরে। কবি খরদি মসিগী অমোৎপা মায়কৈ খরসু ফোঙদোকপী। মসিদা হৌরকপা নহারোনগী অমোৎপা লমচৎ অমসুং পথাপ কায়বা শাজৎকি মরমশিংগী রা পল্লি। মখোয়গী লাইরিকতা কলেজকী ছাত্র-ছাত্রীগিমনুংদা নহা ওইনা নুংশি-নুংওনগী রাখলদা পুক্কিং চঙশিনবগী মরমদা ফোঙদোকপী। মখোয়দু কবি অসিগী রাখলদা মপানগী অতাওবা ভাব অমসুং হার য়াওদব শক্তমনি।

কাব্যগী লোন, ছন্দ অমসুং শাথেক শাহৌদা অঙকপা ফংনা অহোংবা অমা লাকখি। অহানবা অহোংবদি বারেংদা ছন্দ শিজিন্নবা অমসুং খায়না চুম্না ঙাঙনবা লোনগা লোয়ননা শৈবেংদা পথাপকা চান্নমা ছন্দ শিজিন্নবা। অনীশুবদা বারেংগা শৈবেংগদা খেন্নবগী মওং ময়েং তাহনবা। অসুম তৌদুনা কাব্যগী দবকাব মতুং ইন্না খুন্নাইগী লোন অমসুং রারেং পথাপতা ছন্দ চানা বাহৈবাতা শিজিন্নবা হৌখি। মতমসিগী কবিশিংনা খনবা হৌথি থায়না চৎনরম্বা শেন মযেক হৌজিক্তি চৎনদবগুম থায়নগী বাহৈ বাতা হৌজিক মতমগী রাখল মতুং ইন্না চৎলোইদবনি

হায়না। মখোয়দুগী রাখলদা অনৌবা ঈহৌ পুখৎলকপা ঙমদে, মখোয়না হৌজিক কালগী রাখল চপচানা পুথোকপা ঙমদে। মমাঙদা চৎনরম্বা রাহে রাতা হৌজিকী যুগ অসিদা চৎনদ্রবনি নত্রগা মথৱায় য়াওদ্রবনি। মরমসিনা হৌজিক মতমগী কবি শিংনা সাহিত্যদা থায়নগী রাহে রাতা অমসুং উপমা শীজন্নবা পামদে। করিগুম্বা শীজন্নরবসু অনৌবা মওংদা শিজিন্নবা পাম্মী। মখোয়গী ভাব অমসুং লোন ফোঙদোকনবা পৃথিবীগী কবি ময়ামগী রাখলদা লুপ্পুনা লৈ মরমসিনা মখোয়না ইবা রারেং শৈরেংদা মীতোপকী রাহে রাতা চঙশিল্লকপগী ইঙ্গিত উবা ফংঙি।

হৌজিকী মতমগী কবিশিংগী শৈরেংদা উৎলিবা শক্তমশিংসি মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্তমতা নত্তে মখোয়দু থম্মোয়নুংদসু পাল্লি। পীথোকপীশিন তৌনবসিগী মতুং ইল্লা মীওইশিংগী পুক্লিংদা অনৌবা মঙাল ফাওই অমসুং নুঙাইবগী মহাও ফংঙি। থাজগী অমম্বদসু মীৎকি পীরাংদসু নুংশিবা মনম থোরকই। নুমিৎনা খোল্লাওনা ঐখোয়বু ওৎনৈ অমসুং মখোইগী অতিয়াসি মেঙন্ডী হায়বি অমদি মালেমদি হনুবগী হকচাংগী কুশীনবা উনগুম্ নান্দে অসিনাচিংবা হায়বি। মসিগুম্বা রাহে রাতাসিদা শকনাইবী কবি এডিথ সিট্ ওয়েল নত্রগা রিল্কেগী খুৎইগী মমি তায় হায়না খনবা য়ায়।

কুনগুবা শতাব্দীগি অহানবা শরুকতা অসমীয়া শৈরেং অমসুং কবিশিংগী মথক্তা ইংরাজী কাব্যগী মমি তাখি। লানজাও অহানবা মতুংদা ফরাশী, রুস, জাপানী অমসুং চীনাগী কাব্যগী মমি তাখি। অনৌবা খোরকপা শৈরেংশিংদা বোদ্লেয়ার, পল ভালেরী, ষ্টিফেন মালার্মে অমসুং রেইনার মেরিয়া রিল্কেগী রাখলগী মমি উবা ফংঙি। অনৌবা খোরকপা কবিশিংনা চোং-ফনবা ছন্দ শীজিন্নবগী হোৎনবসু উবা ফংঙি। মখোয়না লৈবাক অতৈগী রাহে-রাতা অসুক য়াম্না শিজিন্নবসিনা মখোয়না লেংবা শৈরেংশিংদু আন্তর্জাতিক মওং য়াম্না লৌরে। মখোয়গী লোন্দা অসি "এসপ্যারেন্টো" গী (জাতি খুদিংমক্লা খঙননবা খৃঃ ১৮৮৭দা শেমখিবা খুৎশেমলোন।) থাকতা কারে হায়বা য়ায়। ইউরোপকী "ইমপ্রেসনিষ্ট" কবিশিংগী মতৌ লৌদুনা মখোয়গী শৈরেংদা মশক তাকপা ফিদম অমসুং শাজন্নবা শক্তম য়াম্না শীজিন্নবনা মতম অমদা অনীগী মরক্তা খেন্নবা খংবদা রানা থোকই। অসুম তৌদুনা খোরকপা অনৌবা কবিশিংগী অতোপ্পা দেশকী মশক তাকপা ফিদম অমসুং শাজন্নবা কৃষ্টি অমদি রাহৈ-রাতা শিজিন্নবসিনা লাইরিক লাইশু কয়া হৈতবশিংনা অর্থ লৌবা রানা থোকই। মসিগী মনুংদা ইতিহাস অমসুং ভূগোলগী মচাকশিং য়াওরি। মখোয়দু লোয়না মশক তাকপা ফিদম ঙাক্তনি। খুদম ওইনা হেমকান্ত বরুয়াগী শৈরেং পনবা য়ায়। হেমকান্তনা লেংবা পিরামিড, হিরোসিমা নাগাসাকি মখোয়সি মিংতা নত্তে, মখোয়সি সভ্যতাগী মোংফম নি। মখোয়সি লমচৎ মাঙথরকপগী খুদমনি। অমরোমদসু হেমকান্তগী মহাকাব্যগী মনুং চনবা মীওইবশিংগী মীংথোন পনবা মতমদা উবা ফংদবা মনুংগী অর্থ নত্তবা অতোপ্পা অতৈ অর্থসু ইঙ্গিত তৌই শান্তনুবংশগী চাদা-নাদা বৃহন্নলাগী মিং হেক পনবদা ঙসিগী সমাজতা অসিগুম্বা নপুংস লৈ হায়বগী ইঙ্গিত পী। কুন্তী, শকুন্তলা, দময়ন্তীনচিংবা সতী চরিত্র পল্লগা মওং অতোপ্পদা অর্থ উৎপী। মসিগী তশেংবা খুদমদি মখাদা পল্লিবা "উইকেন নেভার রেষ্ট" (ঐখোয় কৈদৌঙৈদসু পোথাবা য়াদে) হায়বা শৈরেংসিদা উবা ফংবিগনি—

ঐখোয় পুক্লিং ইংহল্লু,
ঙাঙানবা থৌনা লোয়ননা, কাব্যগী সীতা,

লাঙ্গলগী য়োৎকি ফাল মখাদা তুম্‌লি,
সনা মচুগী শঙাইনা ঐখোয়বু কৌরি,
অমদি ঐখোয়গী সনামচুগী হকচাং নোম্নি লোয়ননা,
হে শকন্তলা কৌবিয়ু ঐখোয়বুসু
ঐগী উৎওল্লবা হকচাংবু হুনজেকপিরমগনু।
কোরিয়া লমদমদা ক্কাক অঙৌবা ফংঙি উবা,
অদুম্না অমুবা ফৌসু ফংঙি উবা মফমদুদা,
ঐখোয়গী পোইনুগী লৌ লোকপা, হে প্রিয়া,
নহাক্কী যৌবনগী ঈহৌনা পীক থনবগুম্বনি।
নহাক্কী লৈহাওমানবী খুৎশানা লৈহনবা,
তরেংগী লংচাক চেল্লি লশিংমরক্তা।
ইতিহাসকী ফিজেৎ শেৎফম কা-দা
ঐখোয়গী সূর্য্যদেব চেপিপ।
ঐখোয়গী ৱাকৎকি খোল্লাওনা নৈররে
মতমগী চীকপ্লবা লৈঙোয় মপান্দা,
লিশিং লিশিং মীওইবশিংগী খোল্লাও চত্থরি
খোল্লাওগী ৱাকৎ-ৱাহৈ-বাতাদা! উংদুনা।
অসিনি মীওইবশিংগী মাত্রা —চত্থরি বীরশিং
লাওরিবা খোল্লাওসি করিনো
ঐখোইগুম্বা লীশিং লীশিং চহীচা কয়া লামথ্রবা পুক পাইদুনা, খাঙলি
লাও চৎসি পুন্নমক মচু শঙলসি ঐখোইগী ঈনা চাওরবা ব্রহ্মপুত্রগী ঈচেল
মনুংদা লৈবা থৱায়গী তেংথানি কনাগীদমক, নহাক্কীদমক ঐগীদমক
ঐখোইগুম্বা মী লাখলাখগীদমক লাও ফম্মু ঐগী ইনাক্তা
মথৱায় য়াওদ্রবা নুমিৎযুংবো শিগ্রসনু নহাক্কী মীৎকি মৈদুদা,
মিৎ অদু কবো কৈগী মিৎতগী হেন্না থৌরবনি
ঐখোইগী লম্বিনা কৌরি থোরক্লবা,
মফমদুদা চহীচা কয়াগী মৈ ঙাল্লি,
চেম্বরি শৈরেংগী ইচেল, কাব্যগি শকুন্তলা শিদে।
ঐখোয় মীওইশিংসু ফংদে পোত্থাবা।

কবিনা কাব্যগী পথাপ ইল্লিবসি থম্মোয়নুংদগী থোরকপা করেম্নবা সৃরনি-ঙসিগী সভ্যতা মনুংদা লোৎতুনা লৈবা অতাওবা নমথাক অমসুং লমচৎ কায়বা লীচৎকি মথক্তা চৈফু শিজনবনি। অনৌবা কবিশিংনা হৌজিক্কী অমসুং থাইনগী নোংপোক অমসুং নোংচুপকি মখল মখলগী সাহিত্য পাবগী খুদোংচাবনা মখোয়গী খুৎইদা মঙং মঙংগী ৱাখল ফোঙদোকই। মখোয়গী সাহিত্যদা ইউরোপকী সাহিত্যগী, উপনিষদকী, বৈষ্ণব সাহিত্যগী নত্রগা অসমীয়া খুলংইশেগী মচাক য়াওই অমসুং করিগুম্বদা অসমীয়াশিংগী থায়নগী নুংশি-নুংওনগী কাব্যবু মখোয়না করেম্নে। মসি করিগুম্বা উদ্দেশ্য অমা পাঙথোক্লবা হোৎনবগিনী। মখোয়গী লক্ষ্যদি লাইরিক লাইশু হৈবা অমসুং কৃষ্টিদা থবায যাওবা মীওইশিংগী পৃক্লিংদা ঙাওবা মীশিংগী

লায়েৎবা ডাক্তারশিংনা বিজলী মৈগী "শোক" অঙাওবদা পীবাশুন্না, ঈহৌ পীনবনি। কবিশিংগী চৈথাদি অসুম তৌদুনা অকনবা ব্রাহ্রে-ব্রাতানা সাহিত্যগী ঈচেলবু অচুম্বা লম্বেন্দা চৎথনবা মপাঙ্গল পীবা। তোইশুম্বসুং নুঙাইতবদি অসিশুন্না ফজবা অমসুং মশুন চেনবা পাওতাকশিংগী মমি পাবিরিবশিং ময়ামদা করিমতা তাদে। নবকান্ত বরুয়া হায়বসি মতমসিগী অৱাংবো থাক্কী কবিনি হায়না মীংচৎ লৈরবা কবিনি। নবকান্তনা ফোঙবা শৈরেং লাইরিক অহুমগী মীংদি "হে অরণ্য", "হে মহানগর" অমসুং "একটি দুইটি, এগারটি তারা" অমসুং "যতি" হায়বসিনি। নবকান্তদা টি এস্ এলিয়টকী মমিনা অতৈ খ্বায়দগী হেন্না তায়। এলিয়টশুন্না মহাকসু থাজে শৈরেংগী লোন ব্রারেংগী লোনদগী তোপকদবনি অমসুং শাথেক শাহৌদসু পুক্লিং তাগদবনি অমদি পুক্লিংগী ব্রাংমদা লৈবা ব্রাখলগী শক্তম য়েকপা শুমগদবনি। অদুনা নবকান্তগী শৈরেংগী অর্থ লৌবা লুনা থোকই হায়বসি মশানা তাবনি। মতাংসিদা অসমীয়া কবি অসিগী ব্রাখলদা হৌজিক মতমগী মওং মওংগী মচাক্লা পুনশিল্লবা সভ্যতা অসি কবিশিং খঙবদা শোয়দনা লুগদবনি। ঐখোইগী সভ্যতাগী যৌরমশিং অসি নোংম নোংমগী অসুম হেনগৎলকপনা মায়োক্লবদা ব্রাবা হেনজিল্লকই অমসুং অদুগী ঈঙ্গিৎ পীরি। অদুনা চিন্তা অমসুং ব্রাখলগা মরী থম্বা ব্রারকই অদুনা কবিপুম্বা লোইনা পুনশিনবা শুম্বা অমসুং হেন্না তাকশুমগদবনি অদুগীদমক লোনবু য়াম্না মথব্রায় পালহনবা দরকার ওই। অৱাংবো থাক্কী শিক্ষাগীদমক নবকান্ত কলিকাতাদ অমসুং শান্তিনিকেতনদা লৈবা তাখি। অদুনা মহাক রবীন্দ্রনাথ, জীবানন্দ দাস, অমিয় চক্রবর্ত্তী অমসুং বাঙ্গালী কবি অতৈগা তিন্নবগী খুদোং চাখি। মতাং মতাংদা মহাক্কী শৈরেংদা অমসুং সুরদা রবীন্দ্রনাথকি মমি তায়। মহাক্লা শৈরেংগী মওংদা তত্তনা ছন্দ অমসুং সুরবু মখল মখলগী চাংয়েং তৌদুনা য়েংঙি। মহাক্লা শেম্বদা মিত্রাক্ষর অমসুং অমিত্রাক্ষর অনীমক্কী মতেং লৌবা পাম্মী অমদি পথাপ অনীসিদা মহাক্কী মীংচৎ লৈ।এলিয়টশুন্না মহাকসু মতম অসিগী চগল্লবা লীচিং মাল্লদবা, থব্রায় য়াওশিন্‌বা, মশাগীতা খনবা অমসুং ময়ায় ফিরেপতা পুন্সি লেনবা মীওই-শিংগী নাতোন শুগৎপন চিংবগি মরমদা মুল্লা খৎঙি। তোইশুম্বসুং অদুগীদমক ব্রারৌবা লৈতে। মহাক্কী শৈরেংগী মরু ওইবা সুরদি মায়কৈ খুদিংদগী লৌশিল্লগা রস চুপপনি। মহাক্কী ব্রাখলনা পৃথিবীবু য়াম্না ফজহল্লি অমসুং য়াম্না অৱাংবা থাক্‌তা পুখৎলি। মসি মহাক্কীদি সত্য হায়বদুনি। মসি খুদমতা নত্তে, উপমাত নত্তে, মহাক্কী পুন্সিগী অচুম্বা ব্রাখল্লি। পৃথিবী অসিদগী মী পুম্নমক চৎখিগদবনি অদুবু কবিদি অমুক হল্লকনিংঙি (হল্লকপগী শৈরেং)। মহাক পাক চাওগ্রবা অশংবা অতিয়াগী মখাদা লৈদুনা পুন্সি মপুং ফানা লেনবা পাম্মী। কবিনা পামজবা অমসুং যৌরাংবা অসি য়াম্না ফজনা মহাক্কী নুমিদাংগী অতিয়াদা "মীহুৎথোঙদগি য়েংলগা প্রার্থনা" হায়বা শৈরেংদা অসুম্না হায়বিরি—

ঐদি য়াম্না শোম্রে, ঐগী করিসু লৈজদে,
ঐগী যৌরাংবসি নংগোন্দা তাকচরি,
হে অতিয়া হে শুমখৈ লৈতবা, তাবিউ
হায়বিউ থাজগী লুপাশুম ভৌরবা লাইবকতগি
করম্বা তেন কাপশিল্লকপা
নহাক্কী পাকচাওগ্রবা লমদমদগী
শরুক খজিক্তং খাইবিউ, হে অতিয়া
ঐখোইগী অতিয়াসি য়াম্না পীকই॥

হৌজিক্কী মতমগী শৈরেংশিংদা ৱাহে লীক্লা শিজিন্নৈ। অতৈ অতৈ কবিশুপ্লা নবকান্তসু মাগী শৈরেংদা লোনগী অর্থদা চপচাবদু কায়রকপা মতমদা শৈরেংগী ৱাহে ৱাতা খনবদা তোপ্তান তোপ্তানবা থাক্কী লোল, সংস্কৃত অমসুং ইংরেজিগী অরু অরুবা ৱাহৈৱাতা অমদি লমলমগী লোল পুম্না অদুম শিজিন্নৈ মসিনা খেন্নবা মশক (শক্তম) ফজনা উৎলি। অরাইবা নত্তবা খর চয়েংনবা অরুবা ৱাখল ফোংদোকপা মতমদা মহাক্লা ভারত অমসুং ইউরোপকী সাহিত্যগী ৱাহে মপুন অতোপ্পনা হায়বা ৱা দুমক হায়বা ফোটো অমদি লাইয়েক খুদম পুম্বা অথিংবা লৈতনা শিজিন্নৈ অমসুং মদুনা অরুবা ৱাখলদু ফোংদোকই। মাগী লাইয়েক খুদম অদু অর্থ অনি অহুমথোকই—ৱাখল অমখক্তা ফোংদোক্তে ৱাখল কয়ামরুমগী অপুনবা শক্তম অমা উৎলি। মখোইগী ফজবা অমসুং অকোইবদা লৈবগী শক্তম অদু পারিবা মীগী কৃষ্টি অমসুং পুক্নীংগী খণ্ডহৈবগী মতুং ইন্না খৈন্নৈ।

সৈয়দ আব্দুল মালিক হায়বসি ৱারী মচা লেংবা কবি অমনি হায়না হেন্না মীচেৎ লৈবা কবিনি। মহাক অসি (লেফটিষ্ট) ওইচাবা শাসন নীতিবু পামজবা কবি অমনি অমসুং মহাক্কী শৈরেংগী সুরসু অদুম তৌই। হৌজিক মতমগী অইবশিংগী মরক্তা মহাকপু ময়ান্না হেন্না য়াজে করিনা মহাক্লা মখোইবু নুংশিজবা অমদি মানা লেংবা লাইরিকশিং খ্বায়না খণ্ডবা অরাইবা লোন্দা ঙাক্তা ওইবনা। মহাক্কী শৈরেংগী মচাকশিংসু অচম্বা মীওইশিংগী বাখলদগি থোরকপা অরাইবা ঙাক্তা ওইবনা খণ্ডবদা ৱাদে। অৱাংবা থাক্কী লোন নত্রবসু খ্বায়না খণ্ডবা লোনদা ওইবনা সাধারণ মীওইশিংনা লায়না খণ্ডবা গুন্মী অমসুং শাথেক অমদি সুরদসু অদুমঙায়।

বীরেন্দ্র কুমার ভট্টাচার্য্যসু লেফটিষ্ট কাঙলুপকী ফিরাল মরুমদা লেঞ্জবা কবি অমনি।মহাক্কী শৈরেংদা হৌজিক কালদা চৎনরিবা পথাপপু অয়াকপা খোঞ্জেলনা সমালোচনা তৌই। মহাক্ অসি থা-গী চেফোং "ৱামধনু" হায়বদুগী সমপাদকনি। হায়রিবা চেফোং অসিদা নৌনা থোরকপা কবিশিং য়াওই অমসুং ইমুং অমতা ওইনা লৈ। ৱামধনুদা শৈরেংগী অনৌবা ঈহৌ অমা পুখৎলকই অমসুং ঈহৌসিবু থাগৎপীবা অমদি পামজবাশিংবু মফম অমতদা পুন্‌শিন্নী।

হরি বরকাকতি অমসুং মহেন্দ্র বরাগী শৈরেংশিংদা সাহিত্যিক্কী ওইবা শেংদবা অমদি পেন্দবা মওং কয়া উৎলি। কবি অনীমক্কী শৈরেংশিংদা বুদ্ধি লৈবা কবিনি হায়বা তাকই অমসুং মতমসিগী পুন্সিগী কোসমোপোলিতান ওইবা মচাক্তগী হেন্না হকচিন্নবা মখোইগী ৱারেং শৈরেংদা ফোংদোকই। হন্দকতা মহেন্দ্র বরা হায়বসিনা "নতুন কবিতা" হায়বা মীংথোনসিদা অনৌবা কবি কুনখক্কী শৈরেংসিং খোমজিন্দুনা শৈরেং লাইরিক অমা ফোঙই। পীক্রবা শৈরেং লাইরিকসি অতিনবা শৈবেং হুমফুনিপাল পুন্‌শিন্নগা ফোঙবনি। নতুন কবিতাগী শৈরেংশিংশিদা য়াওরিবা মচাক অমসুং ছন্দদগী খণ্ডবা গুন্মী মদুদি কবিশিংসিনা পরমপরাদগী চৎনরকপা পথাপ, থায়নগী নিয়মনীতি অমসুং শৈরেং খনবদা, হীরম খনবদা অমদি ইবগী সুর অমসুং ছন্দদা থায়নগী মওং কয়া তুংওইননা থনম্মী হায়বদু।

হোমেন বরগোহাইন হায়বসি ৱারী মচা অমসুং শৈরেং চপ মাননা ইবা গুন্বগী শক্তি লৈবা কবি অমনি। মহাক্কী শৈরেংশিংসি মরু ওইনা নুপানুগী নুংশি নুংওনগী ওইনা তৌই। মহাক্লা মসিগী সেক্সকী শক্তম লাকপগী মরমদা পামজবসিনা কবি ডাইলান টমাসকি শৈরেংশিং নীংসিংহল্লি।

অতৈ নহা ওইরিবা কবিশিংগী মরক্তা দীনেশ গোস্বামী, নীলমনি ফুকন (মচা), বীরেশ্বর বরুয়া, মহিম বরান চিংবনা অনৌ অনৌবা মওং শিজনবদা শাথেকশা[illegible] [illegible]কপদা অনৌবা

ব্রাহেশিং শিজিন্নৈ অমসুং মখোয়গী শৈরেংশিংদা সমাজগী মরমদা চীংনবা, থাজদবগি মতৌ উবা ফংঙি।

হৌজিক অসমীয়া লোনদা শৈরেং য়াম্না ইনরি, তোইশুদ্বসুং অসি হায়বদা য়াম্না লুনা থোকই মখোয়সি কদায় ফাওবা তুং কোইগনি হায়বা। ঐখোইনা অসি ফাওবা ভবিষ্যৎবানী তৌবদি গুম্মী মদুদি য়োৎথি মরক্তা কোনচাক য়াম্নদি লৈ।

## নিপান শুবা তাংকক

### —নাটক—

আসাম লৈবাক্তা বৈষ্ণব আন্দোলনগী মতমদগী থিয়েটার হায়বসি ময়াম্না পামজবা থৌরম অমনি। ভারতকী অতে মফম কয়াদা অমদি ইংলেণ্ডদা তৌশুন্না আসামদসু থিয়েটরগী হৌরকফমদি ধর্ম্মগী ঈহৌনি। হৌজিক ফাওবা খুঙ্গংগী নামঘরদা বৈষ্ণবযুগকী একাঙ্কি নাটক উৎলি অমসুং নহা অহল খায়দনা মদুদা শরুক য়ায়। অসিগুম্বা ধর্ম্মগী মরী লৈনবা নাটকশিং অসি পরমপরাদগী চৎনরকপা মতুং ইন্না গুসিফাওবা ময়াম্না মমল য়াম্না পীবিরি। হৌজিক্কী নাটক্কী ঈহৌ অসিনা ঐখোইগী সমাজগী পুন্সিগী মখল মখলগী হীরম উৎলি অমসুং রাহং কযাসু লাকই। ঈহৌ অসি নোংচুপতগী লাকপনি। যাম্না স্থান লৈবা ভাবোককশিংগী দরকার লৈরদু কোক্লবা মথৌ অমনি হায়না লীংখৎপা পব্লিক থিয়েটর হৌজিক লৈত্রবসু আসাম লৈবাক্কী সহর অমসুং খুঙ্গং খুদিংদা ড্রামাগী ক্লাব ময়ামদি চোঙথোকরকএ। ক্লবসিং অসি থিন্দনা থিয়েটর তৌফম অমসুং কৃষ্টিগী মরুওইবা মফম ওইরে, মসিদ অকোয়বদা লৈরিবা লাইরিক লাইশু হৈবা মী পুন্নমক্তা সামাজিক উৎসব কয়াদা পুল্লি অমসুং ড্রামান চিংবা উৎলি। মসিদা মফম খর নত্তনা অয়াম্বদা নুপানা নুপীগী পার্ট লৌদুনা কুমই। ভারতনা মনীংতম্লবা মতুংদা সঙ্গীত নাটক একাদমীনা থৌগৎপীবদগী ড্রামাগী কলা অসি হেন্না চাওখৎলকই।

নীগুতম্বা মতুংদা ইং ১৯৫৪ গী নিংথম থা-দা একাদেমী অসিনা ইহান হানবা জাতিগী ওইবা নাটক মেলা দিল্লীদা উৎখি অমসুং ভারতসরকারনা শক খঙলবা লোন তরামন্নীদা নাটক কুনমণ্ডা উৎখি। মতুংদা চহী খুদিংগি ওইনা মেলা অসি চথরি। মসিনা ভারতকী থায়নগী কৃষ্টিবু হিংহন্দুনা থম্বগী মরমদা মরু ওইবা শরুক য়ারী।

বৃটিশশিংনা পানবা হৌরকপা মতমদগী ইরকপা লীলা পুম্বা ষ্টেজদা উৎনবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। অদুনা কবিগী পুক্নীং ঈহৌসু ষ্টেজগী দরকার মতুং ইন্ন শেমদোকই অদুনা কাব্য অমসুং সাহিত্য চাওখৎপগী হীরমদদি কয়া মতেং ওইদে। হৌজিক্কী মতমগী নাটকশিংবু চাওরাক্লা মরীথোক্লা খায়দোকপা য়ায়—পৌরাণিক, সামাজিক, ইতিহাসিক অমসুং রোমান্টিক। পৌরাণিক নাটক্কী অয়াম্বা শরুকতি রামায়ণ অমসুং মহাভারতকী নুঙাইবা থৌদোকশিংদগী লৌশিনবনী। সামাজিক নাটক অসিসু অনীথোক্লা খায়দোকই—অমনা য়াম্না লুরবা হীরমদা অনীগুবদনা নোকপা অমদি ফাগি জোগায় অনীসি য়ানশিনবা মওংদা। মখোই অসিনা অসমীয়াশিংগী মতমশিংগী সমাজগী মওং অমসুং ইমুং মনুংগী পুনশি উৎলি। নোকখেবনা মরুওইবা নাটকতা অসমীয়াশিংনা নুমিৎ খুদিঙ্গি পুল্লি করম্না লাইথোক্লা মথং মনাও নাইদবা মওংদা ফাগিজোগায় তৌদুনা নোকপগা লোয়নননা লেল্লি হায়বদুগী মওংদু উৎলি। ঐতিহাসিক ওইবা নাটকশিংদা অসমীয়া ইতিহাসতগী মচাক লৌই থোইদোক্লা সনাগী যুগকী মরমদা হায়বদি অহোমনিংথৌশিংগী মতমগি থৌরমশিং উৎলি। মতমদুদা মুসলমানশিংগী আক্রমণ তৌরকপা, মদু মায়োক্লবদা উৎখবা অসমীয়া মচাশিংগী থৌনা শন্দোক্লা উৎলি। মসিদা নিংথৌশিংগী থৌনা অমদি লৈঙাকশাসন হৈবগী মরমদতা উৎপা নত্তে অতে প্রজা মীওই, লাম্নী মকোক,

লাম্মীনচিংবগী পুকৃচেল চাউবা, থৌনা ফবা অমসুং রাজনীতি খণ্ডবশিংনা লাল্লোং অমদি বুদ্ধিলৌশিং তাকপগী মতাং উৎলি। মসিগী মথক্তা সাধারণ প্রজাশিংনা মরৈবাক নুংশিবা, অসমীয়া মচা খুদিংনা ঐগী দেশনি হায়বা পোণ্ডজবগী ৱাখল মদুগী দমক্তা থৱাই ফাওবা থাদোকপা অমদি মরক মরক্তা রাজসভাদা অৱোৎপা ৱা তান্নবা, লান অমসুং লালহৌবা কাণ্ডলুপ চোংথোরকপা অমসুং সিংহাসন মুন্নবগী লান অমদি অতৈ অতৈ থৌদোকশিংসু মরীক চুন্না উৎলি। তোইগুম্বসুং রোমান্টিক ওইবা নাটকদাদি ঈশৈ নোংমাই জগোই মরীক চুন্না য়াওই। অদুবু অসিগুম্বা নাটককী মশিংদি খরা লীকই।

হৌজিককালগী পৌরাণিক নাটকশিংগী মনুংদা পনবা য়াবা নাটকশিংদি দেবনাথ বরদলৈগী "বৈদেহি বিচ্ছেদ", রমাকান্ত চৌধুরীগী "সীতাহরণ", পূর্ণকান্ত শর্ম্মাগী "হরধনু ভঙ্গ", ভারতচন্দ্র দাসগী "অভিমন্যু বধ", দুর্গেশ্বর শর্ম্মাগী "পার্থপরাজয় অমসুং "বালিবধ", দুর্গা প্রসাদ মজুমদার বরুৱাগী "বৃষকেতু অমসুং গুরুদক্ষিণা"। পৌরাণিক নাটকশিংসিদা শাস্ত্রগী মরু ওইবা হীরম হোংদোকতনা চপচানা উৎলি মদুনা অউবশিংগী পুক্নিংদা থায়নগী শাস্ত্রদা ভক্তি ৱাখল পোকহল্লি অসিগুম্বা মমল লৈরবা নাটকশিংসিদা সাধারণ মীগী পুক্নিং হুবগিদমক লায়না খন্দোকপা হৱাও কুমৈগী মওংস্লু উৎলি অমসুং অসিগুম্বা ফাগী ফারাং মরক্তা হাপ্লসিনা মতুংদা মপুংফাবা নাটক ওইখি।

বৃটিশযুগকী ইহান হানবদা থোকখিবা সামাজিক নাটকশিংগী মীং পনবা তারবদি গুণাভিরামগী "রামনবমী", রুদ্রবরদলৈগী "বাঙ্গাল বাঙ্গালীনি" অমসুং হেমচন্দ্র বরুয়াগী "কানিয়ার কীর্ত্তন" হায়বশিংসি পনবা তায়। "রামনবমী" হায়বসিদা ঐখোয়না উবা ফংঙি—নুপা-নুপী চংনবা পথাপ মতুংইন্না লুহোংবা মতুংদা নহা ওইনা লুখ্রাবী ওইবা অমসুং মদুগী য়াম্না নুঙাইতবা মথংগী থৌদোক, অদুনা লুখ্রাবীশিংবু অমুক হন্না লুহোংবিবা দরকারনি হায়বসি উৎলি। নবমী কৌবী নহা ওইরিবা ব্রাহ্মণী লুখ্রাবী অমনা রামকৌবা নিপা অমগা লোন্না প্রেমগী মরী থম্বদা গর্ভবতী ওইখি অমসুং সামাজিক পথাপ কিদুনা রাম অমসুং নবমী অনিমক আত্মহত্যা তৌখি। "বাঙ্গাল-বাঙ্গালীনি" হায়বা নাটকসিদা সমাজগী অমোৎপা নুপী-নুপাগী অরোৎপা প্রেম অমসুং ওৎনৈবগী মওং উৎলি। কানিয়ার কীর্ত্তন হায়বসিদা আফিংথকপগী নেশাগী ফত্তবা মরমদা ময়ামগী আন্দোলন উৎলি। অসিদা সমাজগী মকোক ওইবশিং অমসুং ধর্ম্মগী লুচিংবশিংনা নমথাক তৌববুসু শাথিনা সমালোচনা তৌবা উৎলি।

"মহরী" কৌবা নাটক অমদা দুর্গাপ্রসাদ মজুমদার বরুৱানা থবকতি য়াম্না কল্লবা তলবতি খজিক্তুং ফংবনা য়াম্না ৱানা লেনবা চা বাগিচা অমগী কেরানী অমগী পুন্সিগী শক্তম থ্রেকই। মসিগী ওন্নতৈনবদা বাগিচা অদুগী মেনেজর মিঃ ফক্সকী কেথোক মৌথোক্লা অমসুং মনিং মখা তৌনা অমদি চীংনবা লমচংকা লোয়ননা পুন্সি লেনবগী মওং উৎলি অমসুং অদুগী মায়োক্তা ফাগীফারাং তৌবা তাথিবা ৱাহৈনা ময়াঅনি পানবা থাণ্ড অমগী থৌশ্রবা ময়া গুম থৌবা ৱাহৈ-ৱাতানা অদুগুম্বা লমচংকী সমালোচনা তৌবা উৎলি। নাটকশিংসিদা থায়না চংনরম্বা অন্ধবিশ্বাস পথাপশিং থাজদুনা অরানবা থৌরম কয়া শেরান্নলা পাণ্ডথোকপবু য়াম্না সমালোচনা তৌই অমসুং নোংচুপকী আচার বেভার য়াম্না পাম্বগা লোয়ননা মতুং ইনববুসু শাথিনা সমালোচনা তৌই। অওইবা হায়বা তারবদি অসিগুম্বা ফাগীফারাংগ সমালোচনাগী নাটক ইবিরম্বশিংসিনা সমাজগী অমোৎপা মায়কৈদুদা হেন্না সমালোচনা তৌবিরম্মী অমসুং মগুন লৈজবশিংদুদি পনবিরমদে। মরমসিনা নিয়ম-নীতি ইলৈ লৈতব উৎপা চগন্নবা নাটক ওইনা তৌই।

ঐতিহাসিকী ওইবা নাটকশিংনা মশীং হেল্লি অমসুং মদু ময়াম্না পাম্মে। মীলাশিং অসিদা ইতিহাসতা থম্না য়াওরিবা লান শোক্লবা অকল অথৌগী থবক কয়া অমসুং অতে অতেনা গ্রামাগী মতাং উৎনবা খুদোংচোবা কয়া পীবা মরম্না সাধারণ প্রজাগী পুক্নীং সুমহৎলি। মখোই অসি য়াম্না উৎপসিনা মীশিংনো ঐতিহাসিক সাহিত্য য়াম্না পাম্মে হায়বসি উৎলি। ইতিহাসকী থৌদোক্তদি আসাম লৈবাক্তী থোইদোক্লা শীংথানিঙাইনি। মীলাইবশিংনা লম অসিগী হৌগ্রবা লংলবা মঙাল, থৌনা ফরবা মচানুপা নুপীশিংগী পাঙথোকখিবা থৌনা ফবগী থবক, মথৱাই কথোকখিবগী মাঙনাইদ্রবা থৌনাফবগী ৱারী কয়ামুক ইদুনা উৎলি, ৱারমশিংসি ইতিহাসতা অমর ওইদুনা লৈরবনি। মসিগুম্বসিনা ফিদম ওইদুনা লৈবাকতা নীংতম্বা ফংনবগীদমক ইনৌ নৌনা ঈহৌ লাকখি। ঐতিহাসিকী ওইবা নাটকশিংসিনা ময়ামগী পুক্নিংদা সমাজগী অমসুং রাজনীতিগী মরমদা থোরকপা সমস্যা কয়া মায়োক্লবদা খুদোং চাবা পুরকখি।

লক্ষ্মীনাথ বেজবরুয়ানা ঐতিহাসিকী ওইবা নাটক অহুম অমসুং ফাগি জোগাইনা মচাক ওইবা নাটক মরী ইবিরম্মী। মহাক্কী সাহিত্যগী পুন্সি খোঙথাংদা ইহান হানবদা লেংবা নাটকতি ফাগি জোগায়গীনি। হীরম অসিদা মহাক্কী মথুৎ য়াম্না নাল্লি অমসুং মদুগী মচাকশিংদি মাগী শিংলবা মমিৎনা য়েংখিবদা উবা অসমীয়াশিংগী পুন্সিমরেলদা অশোয়অম্তাম অদুনি। মীতিকাই হায়বা নাটকসি (১৮৯০) ফাগি জোগায়না মচাক ওইদুনা ইবনি। নাটকশিংসিদা মওং মওংগী নমথাক তৌবগী মতৌ উৎলি অমসুং ভাবোকশিংবু শাথিনা নোকহল্লি। "পাচনী" হায়বা(১৯২৩)সিদা পাচনীনা অতিথি সেবাদ হেনজিন্না চাদিং তৌবদগী মাগী অরিকপা নুপীনা শেন খরচ তৌবগী মরমদা মতৈ মনাও খৎনবদা নোকনিংবা মওং অমা ওইখি। নোমাল (১৯১৩) কৌবা ফাগী জোগায়গী নাটকসিদা "নহর ফুটুকা" হায়বা নম পোনবা অমনা মচানিপাগী মঙ্গল নিদুনা মন্দিরদা পূজা তৌবা চৎলুবদা মশানা য়াম্না পঙজবনা থম্মোয় শোক্লা হল্লকপগী মওং উৎলি। "চিকরপতি নিকরপতি" (১৯২৩) হায়বা নাটক অসিদা হুরানবা অনীনা হুরানবগীদমক মথল মথলগী লৌনম তৌবগী মওং উৎলি অমসুং অসিগুম্বা লৌনমসিগা বিচারবিভাগকী অমোৎপা ময়ামদু উরগা ভাবোকশিং নোক্তবা ঙমদে। মওং অসিবু হেন্দোক থোইদোক্লা উৎতুনা নাটক অসিন ময়ামবু নোকহল্লি। হেঞ্জিন্না হায়বা ৱাহৈ অমসুং ৱাখলদা ওন্নতৈনবা অর্থ পোকহনবা মতৌ মানবা অরানবা ৱাহৈ শিজিন্নবা অমদি নোক্নীংবা ৱারী ৱাতাই শাবনা ফাগিশিং অসিগী মরু ওইবা শক্তমনি। মসিদা প্লোট শাগৎপগী ৱা য়াওদে। ফাগীসু অনেম্বা থাক্কীনি মরমদি অয়াম্বা মতমদা থৌদোক অমত্তগী মরমদা ইবনি। হেঞ্জিন হেঞ্জিন হায়বনা ফাগীশিং অসি অয়াম্বা মতমদা শাজিনবা ওইদবা ঙাক্তনি।

বেজবরুয়ানা ১৯১৫—১৬ ইংগী মনুংদা ঐতিহাসীক নাটক অহুম জয়মতী কুয়ারী, চক্রধ্বজা সিমহা অমসুং বেলিমার ইরম্মী। জয়মতী কুয়ারী হায়বসিনা রাণী জয়মতীনা দেশকীদমক অমসুং মপুরোইবগীদমক মথৱায় কথোকপগী ৱারী উৎলি। অনীশুবনা "চক্রধ্বজ" হায়বসিনি। অসিদা আসাম লৈবাক্কী মঙাল লৈবা মতমগী ৱা উৎলি। মোগলশিংগী আক্রমণ মায়োক্লবদা স্বর্গদেও চক্রধ্বজ সিংহ মহারাজগি সেনাপতি লাচিত বরফুকন হায়বসিনা সরাই ঘাটকী লানদা উৎখিবা থৌনাগী মওং নাটকসিদা উতলি। স্বর্গদেও চক্রধ্বজগী শাসন মতমদা মরৈবাক নীংবা লেনাপতি লাচিত বরফুকন হায়বসিনা অথৌবা থৌনাগা লোয়ননা কয়ম্না অঙকপা লৌশিংগী মতেংনা মুগলশিংবু মায়থীবা পীদুনা তানথোকখিবগী মওং অদু ফজনা উৎলি। নাটক অসি তাঙকক মঙানা শাবা নাটকনি অমসুং মসিবু অসমীয়া জাতিগী তাঙকক

.মত্তাগী জাতীয় সঙ্গীতনি হায়না খল্লে। বেলিমার হায়বসিনা অহম সাম্রাজ্য মথং মথং কাইথরকপগী য়ারীনি। মমৈদা কবোশিংনা অহুম্লক থনে-থননা লান্দারকপগী তুংদা অহম সাম্রাজ্য পুমতোই তোইখিবদু মসিদা উৎলি। নাটক অহুমসিদা নাট্যকারনা ইতিহাসকী থৌদোকপু শেমদোক শেমজিন অমত্তা তৌখিদে। অহোয়নননা ইতিহাসিক মথব্রায় হাপ্পবা থৌরমশিং অনৌবা ফজবা মওংদা মচাক হাপ্পুনা মশাগী ওইবা উতখি। ড্রামাগী মনুংদা থেম্নবা অমসুং চাংদম্নবগী উপাইনা মসিদা য়াওরিবা লীলাগী মীওইশিংবু তশেং তশেং তরু তরু মশক তাকই। মতমদুগী মরু ওইবা নাটক অয়াম্বা অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ইনবা চৎনরবসু বেজবরুয়াদি য়ারেংদা ইখি। অশেংবে অচৌবা ওঝা অমগী মতৌগুম্না মহাক্না হেনজিনবা অমসুং পুক্লীংদা পানবা সেন্টিমেন্টেলিটি পুম্বা শোকউদে। নাটকশিং অসিদা সেক্সপীয়ারগী মমি ফজনা তাবা উই।

চক্রধ্বজ হায়বা নাটকসিদা গজপুরিয়া অমসুং প্রিয়রামগী চরিত্র সেক্সপীয়রগী নাটক মরীগুবা হেনরীগী ফলষ্টাফ অমসুং প্রিন্স হলবু নিংশিংহল্লি। মসি য়াম্না শেংনা হায়বা ঙম্মী, চরিত্র অনীসি য়েকপদা নাট্যকার অসি সেক্সপীয়রগী মতুং ইল্লি। বেলিমার নাটকতা ভূমুক বহুরা অমদি পিজয়ু হায়বসিসু কিং লিয়ারগী দি ফুল অমদি হেমলেটকী অফেলিয়াগী খোম্থাংনি। নাট্যকারনা অৱাবনা লোইশিনবা নাটকতা ফাগী জোগায়গী দৃশ্য খরা হাপচিন্দুনা ঙাইহাক্তং পোখাহল্লি।

পদ্মনাথ গোহাইন বরুয়া হায়ব িনা নাটক নিপান ইরম্মী। মথং মথং ওইনা মখোয়দুগী মনুংদা মরীদি ঐতিহাসিকনি, অমনা পৌরানিকনি অমসুং অহুম্না ফাগিজোগায়সুনি। জয়মতী (১৯০০), গদাধর (১৯০৭), সাধনী (১৯১১) অমসুং লাচিত বরফুকন (১৯১৫) লীলা মরীসি অহোমগী ইতিহাসকী য়ারী ইবনি। জয়মতী অমদি সাধনী হায়বসি অৱাবা মতাংদা লোইবা নাটকনি। গদাধর অমসুং লাচিত বরফুকন হায়বসি নুঙাইবনা লোইশিনবা নাটকনি। অহানবা অহুমদি অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ইথোকপনি অমসুং মরু ওইবা পাত্রশিংসু অমিত্রাক্ষরদা ঙাঙই। লাচিত বরফুকন অমসুং পৌরাণিক নাটক "বাণরাজা" হায়বসি গদ্যদা ইবনি। জয়মতী নাটকসি অৱাবদা লোইবা নাটকনি। আহোম নিংথৌ লোরা রাজানা মহাক্কী মপুরোইবা গদাধরগি লৈফম অমসুং ঠিকানা তাকউ যাদে হায়দুনা জয়মতীবু কৈশুমশংদা থমদুনা য়াম্না ওৎ নৈখি অমসুং অদুদা মথব্রায় থাখি। মথব্রায় থাখিবসি মপুরোইবগী য়াখলদতা নত্তে দেশগী তুংগী অফবা শাসনগী য়াখলদগিসু তৌখিবনি। জয়মতী হায়বা নাটক অসি অইবগী অৱাবদা লোইশিনবা থ্বাইদগী হানবা নাটক অমনি অদুম ওইরবসু জয়মতীনা মওং ফজনা উৎখি অমসুং চরিত্র ফোংদোকপদা সাধনী হায়বসিদগী হেন্না রস চেন্না য়াম্না ফজনা ফোংদোকই। অহানবগী অসিদা অভিনেত্রী ওইরিবী জয়মতীগী লমচৎতা থ্বাইদগী হেন্দোক্না নুংশিফম থোকপা শক্তম লৈ অদুগ সাধনী হায়বী অতোপ্পা নাটকতুগী অভিনেত্রী অসিগী অসিগুম্বা চীংলেম্বা অমত্তা য়াওদে। মাদি ইরাই লাইবী ইচমচম্বী মশাগী তোপতোপ্পা মগুন লৈজদবী অদুগা অতে অতৈনা পাঙথোক্তবা থবক্কী মরাল থৈজিনফম ওইবী অমনি, নাটকশিং অসিদা য়াম্না লুশিনবা নত্রগা প্লোট শাগৎপগী শরুক য়াওদে। অদুনা ট্রেজেদি (অৱাবনা লোইশিনবা প্লেগী) অমগী অৱাংবা থাক্কী দরকার ওইবা হকচিন্না লৈত্রবা মওং য়ৌবা ঙমদে। গদাধর হায়বা নাটকশিদি জয়মতীদা য়ান্দুনা থম্বগুম্বনি অমসুং ভাবক পেলহনবদা জয়মতীদগী থাক য়াম্না হৈদ্বে। মরুওইবা অভিনেতা গদাধর অসিনা অপাবা মী খুদিংবু নীংবা কায়হল্লি। লীলাগী একসনগী মহুত্তা য়ারী য়াতাই শাবনা হেল্লি, তানগী মহুত্তা ঙাইহাক ঙাইহাক্কী পুক্লিংগী ফিভম (সেন্টিমেন্টেলিটী) না হেন্না য়াওই অমসুং

প্রোট সাগৎপদগী হৈশিংবগী মহুত্তা করিসুনত্তবদা পণ্ডত্তাং ঙাংবগী শরুক্না হেন্নি।⁻

প্রোট শাগৎলকপদা ৱাহৈ য়ামদনা শীজিন্নবা দরকার লৈতবা সেন্টিমেন্টেলিটি লাইবাওনচিংবগী মরমদা য়াম্না কুপথনা হায়বা, মহৈশা লাইরেম্বীবু অথাকপা লৈতনা নুংশিজবা মরমলৈতনা ৱাকোই শুবা ৱারীৱাতাই অমসুং মরি লৈনদবা ড্রামাদা প্রোট শাগৎপদা করিসু দরকার লৈতবা ফাগীজোগাইগী সিনন চিংবা অদুদা ড্রামাটিষ্ট অসিনা করিসু য়েংশিনদে। লীলাশিং অসিদা ইতিহাসকী থৌদোকখর মথকমথা ওন্নবা থেংনৈ মসিদা য়াওরিবা মচাকশিং ঐতিহাসিকনি অদুবু মদু উৎপদা লীলা ইবসিনা অনৌবা শক্তম অনৌবা ৱাখল অমাফাওবা উত্তে। বানরাজা হরিবংশগী মতুং ইন্না ইবনি। নাট্যকারনা অরিবা ৱারীদুদগী করিমত্তা হোংদোক হোংজিন তৌবা ঙমদে। নাটকসিগী মনুং চনবা মচাক পুন্নমক গদ্যদা (ৱারেংদা) ইথোক-পিরম্মী। মসি ৱারেংদ ই। তৌবগীদি চৎনবী পথাপকী মতুং ইন্নবদি মসি শৈরেংদো ইগদবনি। শীজয়রিবা ৱাহৈ ৱাতাশিংদু অশেম্বনি। সংস্কৃত ৱাহৈ কাহেন্না শিজিন্নে অমদি শক্তম য়েকপদা অনৌবা মওং করিমত্তা উদে।

গোহাইন বরুৱা হায়বসি হন্‌বা থাক্কি পুন্সি অমসুং খুঙ্গংগী মীওইশিংগী শক্তম য়েকপদা হৈশিংঙ্গি অমসুং খুঙ্গংগী মায়গে মরীগী দৃশ্য উৎপদসু য়াম্না নীংথি। তোইশুম্বসুং শাস্ত্রগী অমদি পৌরাণিক ৱারীশিং ফোঙদোকপগী মরমদা পুরানগী ওইবা থায়নগী ৱারীশিংদুদা মথৱায় হাপ্তুনা মী শুমহৎপদি ঙমদে। থায়নগী ইতিহাসকী ৱারীশিংদা য়াওরিবা ঐতিহাসিক চরিত্রশিংদা মথৱায় হাপ্তুনা ভাবোকশিং মাঙদা থায়নগী যুগতুবু ঙহাক্তংগী ওইরবসু পুথোক্তুনা উৎপদা ইঙম্ ঙমদে।

"গাওবুড়া" (১৮৯০), তেতন তামুলী (১৯০৮), ভূত নে ভ্রম (১৯২৪) ফাগী জোগায়গী নাটক অহুমসিগী মনুংদা খ্বায়গী অকোনবসি মীশকখরগী মশক খোমজিনবা হেন্দোক থোইদোকপা থৌরম অমগীনি। নাট্যকারনা খুঙ্গংগী পুন্সিদা ভূত প্রেতকী মরমদা য়াম্না থাজবদগী থোকইবা ভূতপ্রেতকী অকিবা অমসুং অতৈ থৌদোকশিংদগী লৈবাক মচাশিংবু চুমথোকপা পামই। মসিগী মতাংদা প্রচার কন্না তৌনবা হন্না হন্না হোৎনবদা নাট্যগী ফজবা মওং প্রোট শেমগৎপা, চরিত্র তাকপনচিংবা কয়া উৎপা ঙমদে।

তেতন তামুলী হায়বসি মপুং ফাবা ফাগী নাটক অমনি। মসিদা মখল মখলগী শক্তম মথং মথং উবা ফংঙি। নাটক অসিদা তেতন হায়বসিনা লৌনম তৌদুনা থৌদোক খুদিংদা মানা ঙমদরবা ফাওবদসু লন্নাইগী ওইজনবতা হোৎনবগী মওংদু উৎলি। তৌবগিদি অঙকপা নাটক অসিদা খুঙ্গংগী মওং ফজনা উৎলি হায়বসিদি লোৎপা য়ারোই। অইব অসিনা শেমলিবা মওং ৱারী ৱাতাইদা চানহনবা অমসুং চরিত্রশিং অসিগী শাজৎ লোনচৎ পুম্বসিনা অইব অসি খুঙ্গংগী পুনসিগী মরমদা ফজনা খঙই হায়বা উৎলি। অদুবু লীলা অসিবু ময়াম্না পান্নবগী মরমদি মসিদা য়াওরিবা য়াম্না ফজবা অমসুং হৈশিংনো ইরিবা ফাগী জোগাইগী ৱাতাশিং অসিননি।

গাওবুড়া হায়বসি মহাক্কী ইহান হানবা ফাগী জোগায়গী নাটকনি অমসুং খ্বাইদগী হেন্না ফজবনি। শতাব্দী তরা মাপন লোইরমদাই মতমদা বৃটিশনা করম্না শাসন তৌরম্মী হায়বদুগী মওংদু মসিদা চপচান উৎলি। দীনবন্ধু মিত্রগী নীলদর্পনগুম্না করিগুম্বা উদ্দেশ্য অমগীদমক গাঁওবুড়া অসি ইথোকপনি। অসমীয়া নাটকশিংগী মনুংদা ৱাহৈ-ৱাতা শীজন্নবগী মওং খ্বায়দগী হেন্না ফজে অমসুং অসমীয়া ফাগীজোগাই সাহিত্য পুক্কেদা য়াম্না হাপ্পবনি। গাওবুড়াগী মীংদি ভোগমান কৌই। লীলা অসিদা মরাইবক থিরবা গাঁওবুবা অসিগী অবাবা পুনসিবু উৎলি। মহাক্ক

ওইরিবসি য়াম্না লুবা দায়ি চাওবা তলবসু ফংদবা থবক্নী। অদুবু ময়ামগী হোৎনরিঙেদা মশাগীদি পূম্নাং মাঙ্লবনি। মহাক্না পোখাবা লৈতনা মশাগী থবক ছন্দোক্নুনা সরকারগী থবক তৌবগী মহৈদি অটো পিশক থায়দনা মী অমা নত্রগা অমদগী ইকাইবা ফংবা অসিনি। মহাক্কী থাগৎফম ওইবা মতৌদি মহাক্কী লনাইগী অতে থবক পূম্নমক থাদোক্নুনা তলবসু ফংদবা সরকারী থবক পাঙথোকপা অমসুং মশাবু মরাল শিদুনা খুন্নাইগী ময়ামবু ওৎনৈবদগী ঙাকপা অসিনি। মীওইবশিংগী শাজৎ য়েকপদা মচু মওংদো য়াম্না ফজহল্লবসু ফাগী জোগাইগী মরমদা অৱাবগী অমসুং কপ্পগী মওং অমা লোৎশিনদুনা থম্লিবদুনা নাটকশিংগী হেন্দোক থোইদোকপ মওং অমা ওইহল্লি অমদি মদুনা ময়ামগী পূক্নিং চীংশিল্লী। নাট্যকার অসিনা ভোগমান অমসুং রোংদোইগী খুঙ্গং শাজৎ য়াম্না নাম্না উৎলি। নাটক অসিবু ফাগি জোগাইগী নাটক হায়দদনা নোক্নীংবো নাটকনি হায়রবদি হায়মনবা ওইরোই! মসিদা নাট্যকারনা নাট্যধর্ম্মগা চানদবা ওইরগসু ফজবা অমসুং নানত্রবা প্রমান পাম্বে শিজনবগী মওং উৎপগী মতৌ উবদা মহাকপু থাগত্তবা ঙমদে। মহাক্কী ৱাখল চঙবা নাটকশিংদি অনৌবা মচাক য়াওদবা অমনবা ঙাক্তনি। অদুম ওইরবসু ফাগি জোগাইনা মচাক ওইদুনা ইবা নাটকশিংদি অওইবগুম ফজে অমসুং মপুংফাই। চরিত্র য়েকপদা অমসুং চৈজগী শীললাংবসু হৈশিংবা উৎলি। শতাব্দী অসিগী মীৎচৎ লৈরবা নাট্যকার অমগা লৈরম্মী, মীংদি বেনুধর রাজখোৱা (১৮৭২—১৯৫৫) কৌই। মহাক্না লেংবা "শেউতি-কিরণ" (১৮৯৪) নাটক অসিদা সেকসপীয়রগী "ওথেলোগী" মমি তায়। অৱাবদা লোইশিনবা নাটক "উরু-ভঙ্গ" হায়বা অমসু লেংবিরম্মী তোইগুম্বসুং ফাগী জোগাইগী নাটক ইবদনা হেন্না মীংচৎ লৈরম্মী। মখোয়শিংদুগী মনুংদা "কুড়ি শতিকার সভ্যতা" (১৯০৮), "তিনি ঘাইনী", "অশিক্ষিতা ঘাইনী", "তোপানীর পরিণাম" অমসুং "চোরার সৃষ্টি" হায়বসিংশিনা অথোইবনি। অহানবা নাটক অসিদা নাট্যকারনা মতমসিগী নোংচুপকি মুন্দবা শিক্ষা খরা ফংলগা তৌশিন্নবা অমদি করম্না নমথাক তৌই হায়বগি শক্তম অমা উৎলি। মখোয়দি থায়নগী মরৈবাক্কী চৎনরম্বা সমাজগী পথাপ অমতা থাজদে অমদি ইনদে অমসুং নোংচুপকী য়াম্নবা য়েৎনিঙাই ওইনা লৈরিবা পথাপসু মপুং ফানা লৌশিনবা ঙমদে। মখোয়দি দেব দেবী অমতসু য়াদে অমসুং ইশ্বরবুসু বিশ্বাস তৌদে। মখোয় জাতি ভেদ পথাপসু য়াদে। তৌবগিদি সমাজ কিদুনা মপান্থোংদা অয়াবা উৎলি। লুহোংবগী মরমদা ফাগী জোগাই য়াম্না য়াওই অমসুং হেন্দোক থোইদোক্না লোম্নবীনুপী অমদি লাইরিক হৈতবী নুপীশিংগী মরম্দা হেনজিন্না উৎলি অমসুং করম্না মখোইনা মপুরোইববু ওৎনৈ হায়বদুসু উৎলি। "তোপনির পরিণাম" হায়বা ফাগী জোগায়গী নাটক অসিদা তোপনী হায়বসিনা করম্না লৈশাবী অমবু নুংশিরুবদগী মহাকপু ময়ুমদা পুরকই অমসুং লুহোংবা তাখি হায়বদু উৎলি। ৱারী অসিগী শরুক খরদি থায়নগী ফুঙ্গাৱারীদগী লৌশিনবনি। চোরার সৃষ্টি হায়দুনা ফাগী জোগাইগী নাটক অমা লেংবিরম্বসিসু সেকসপীয়রগী "কোমেডী অব এররস" গী মওং লৌদুনা ইথোকপনি। ধুমুহা অমসুং মৌরাম কৌবা ময়ুম পাম্লবা নহা অনী লৈরম্মী। মখোই মখোইগী নুপীশিংগা মোত মান্নদবদগী মখোই অনিসি ৱানা লেল্লম্মী। মখোইগী মরক্তা মীৎয়েং খেন্নরকই। নুমিদাং অমদা হুরানবা অমা মখোইগী ইমুংদুদা চংঙি অমসুং মহাকৃতি মতৈ মনাও অনীসিগী খৎনবা মরমসি খঙবনা মহাক্না খঙজবা মন্ত্রশক্তিগী মতেংনা তালোয় অনীসি হোংদোক হোংজিন তৌখি। নিপা অনীসি খঙহৌদে। শীন্দোকখিবা তালোয় লোয়নদুনা নিপা অনীমক মহৈ মহৈ নুঙাইনা পাম্লি। নাটক অসিদা মসিগা মরী লৈনবা ফাগী জোগায় খরনা অয়েংববু নোকহল্লি অদুবু মসি থায়নগী খুঙ্গংগী ফুঙ্গাংৱারীগী মওংদনি। নাট্যকারগি উদ্দেশ্যদি থায়নগী অমোংপা কুসংস্কাব মুথৎপগীদমকনি অমসুং মহাক্কী

নাটক পুন্নমক অসিগুম্বা ওাক্তনি। নাটকশিংসি খরদি য়াংতক তৌই। মতাং মতাংদা অয়েম্বদা ঈশৈ য়াম্না হাপচনবা অমদি রারী রাতাইদা মতিক চাদবা রাহে রাতা শিজিন্নবনা লীলাশিংসি অহোয়না য়াংহল্লি।

চন্দ্রধর বরুয়া হায়বসি মহাক্কী নাটকশিংগী দমক মীচেৎ লৈরবা অইব অমনি হায়না ময়াম্না খঙনৈ। মহাক্না লেংবা "মেঘনাদ বধ" (১৯০৪—৫) অমসুং "তিলোত্তমাসম্ভব" হায়বা মরু ওইবা নাটক অনিসি পৌরাণিক রারীগী মতেং লৌদুনা লেংবনি। অনীমক অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ইথোকপনি। অহানবদি রাবননা পোকপা ইন্দ্রজিৎ হাৎপগী মরমদনি। অনীশুবনা সুন্দ-উপসন্দ মাগুহনবগী মরমদনি। তিলোত্তমা মুন্নবনা অসিগি মচাকনি। নাটক অনীমক্তা মওংদা অমসুং রাহে রাতা শীজিন্নবদা মাইকেল মধুসূদন দত্তগী মমি তায়। মসিমদি শেংনে খঙবা গুম্মী নাট্যকার অসি মধুসূদন দত্তগুম্না রাবণ অমসুং মেঘনাদকি মরমদা খরা মীচং মীখা অমসুং মখোয় অনীসিগিদমক হেন্না নুংশিবা রাখলনা লুমথবগুম তৌই। লক্ষনগী চরিত্রদসু কয়া মমল পীদবগুম তৌই অমসুং রামচন্দ্রবু পকুচেল চাওবা অচৌবা বীর অমনি হায়বা ফাওবতা হায়রগা লোইশিনবা অমরোমদনা মেঘনাদগী তালোয় প্রমীলাগি মতিক মগুন থাগত্তুনা য়াম্না অরাংবা থাক্কী ওইনা উৎপা, মাইকেলনা সীতাগীচবিত্র য়েকপবুদি হেন্না মানা প্রমীলাগী চরিত্রবু য়াম্না উৎথোকই অমসুং ভাবোকশিংগী পুক্লিং হুই। তিলোত্তমা সম্ভবতা দানব অনী মখোই মশেল লান শোক্লদুনা থবায় থাবা অমসুং অরোইবদা ধর্ম্মনা জয় ওইবা ফজনা উৎলি। অপাম মিহৌবা নত্রগা শাগী কামনানা ফজবা ফংব গুমদে। ফজবা হায়বসিবু কামনা নমহৎলবদি মুৎপা হায়বসি সোইদবনি। তিলোত্তমা সম্ভবকি মরু ওইবা উদেশ্যদি শয়তানগী পথাপ হায়বসি অরোইবদা মুৎপা হায়বসি সোইদবনি। "তিলোত্তমা সম্ভব" হায়বসিবু কাব্য নাটক অমনি হায়বা য়ায়। মহাক্কী লোনদাসি ঈশিংগী ঈচেলদুনঙায়, ছন্দসু ফজে অমসুং ঈশৈ ময়াম হাপচিনবনা নাটক অসি শাংগ্রবা শৈরেংগুম্ তৌই। কবি মশানা নাট্যগি পথাপ অসি পামজে অমসুং অপাবা অমদি ভাবোকশিংবুসু পথাপ অসি লৌশিনবা মাগী রাহৌদোক্তা হায়জে। কাব্য নাটক অসিদা হেন্না শক্তম য়েক্শিনবা তৌদে অমসুং খুঙ্গংগী ওইবা চংনবা বাহে রাতা থৌদোক কয়া য়াওদে। অসিনা মহাক্কী লাইরিকসিদা অফবা মতেং ওইদে। লাইরবা ব্রাহ্মণ অমগী মনাই শিংজনবা কলিয়ানা স্বর্গ চংপগী মতাং অমা ঙাইহাক অরা পোত্থানবা হাপচিল্লিবসে মফম চাদনা য়াম্না নীল্লখোংবা খোনজেলগুমই। চন্দ্রধর বরুয়াগী নাটক্কী রাহেরাতাশিজিন্নবা য়াম্না ফজবা মওংদা উৎলি অমসুং অমিত্রাক্ষর ছন্দ শীজন্নবসিসু হোংদোক হোংজিন য়ায়।

"ভাগ্যপরীক্ষা" হায়বা নাটকসি ফাগী জোগায়গী নাটকনি। মসিদা লাইবক্তা তম্বা অমসুং ইনাক কৈরাক খুনবা অনীসিগী অফ-ফত্তগী মরমদা অয়াংবা ঈচেল অমদা ফাগীওইন খন্নে। বরুয়াগী মতুং ইন্নবদি শেনথুম লৈবসি মরাইবক্তা তম্বনা নত্তে মশানা হোৎনবদগিনি। মসি খঙবা মীওইশিংনা থৌনা অমসুং মর্য্যাদাগা লোয়ননা ইনাক খুনবা অমসুং পাংগল লৈবা গুম্মী। পানীরামগী পুন্সিদা থবক হোংদাক হোংজিন তৌব অদুনা সত্য অসি নাট্যকারণা ভাবোকশিং মমাংদা শুগাইনা উৎলি। ফাগী জোগায়গী নাটক অসিদা চানরুবা পৌদোকশিং য়াম্না ফজনা উৎলি। ইখঙ খঙহৌদনা থোকপা থৌদোক কয়াসু উৎলি। অদুনা নাটক অসিদা অওইবগা ওইদবগা অনীসি পুনশিনদুনা উৎলি। নাটক্কী থৌরম পুন্নমক তাওরপ তৌই। নাট্যকাবগী রাখলদি থৌদোকশিং চেন্নিংবা মাইগেদা মনিংমখা তৌনা চেক্লশনু ঈচেন্না লমজিংবিনি। কবিনা খুঙ্গংগী পুন্সিমরেলগী মরমদা শন্দোক্না হৈশিংনা ফোঙদোকই। পানীবাম অমসুং মানিকী নুপা নুপী অনিমক হিংলিবা চরিত্র ঙাক্তনি। মতৌ অসুম্না কেবালিযা ভকট, ঙাফাবা শেংদোইচাবা

মহাজননচিংবা চরিত্রশিং অসি মখোইগী ৱাঙাংশাঙাং অমসুং লমচৎ সাজত্তা হেক হিংলিবা মখোই মখোইগী জাৎকী কাংবুগা চপ মান্নবা উৎপনি। মরমসিনা "ভাগ্যপরীক্ষা" হায়বসি অসমীয়াশিংগী ফাগী জোগায়গী নাটকতা ফজন্নবা শক্তম অমনি।

হৌজিকসু হিংদুনা লৈরিবা ফাগী জোগাই ইবা কবিশিংগী মনুংদা মিত্রদেব মহন্ত হায়বসি অৱাংবা থাক্কী ওইদুনা লৈরি। মহাক্কী "বিয়া বিপর্য্যয়" (১৯২৪) অমসুং "কুকুরি কানার অথমঙ্গলা" (১৯২৭) ময়ান্না য়ান্না পাম্নে অমসুং আসাম লৈবাক্কী থিয়েটার খুদিংদা মতম অমদদি ভাবোকশিংনা তরাম তরান্না ওকই। হৃদ্দক্তসু ফাগী জোগাইগী নাটক খরসু লেংবি। খুদম ওইনা "এটা চরুট", "তেঙ্গার ভেঙ্গার" "লেকলৌলাম্", "চেঙ্গাজ্বর", "অচিন কথার থোরা", "বোমফুটকা" অমসুং অতৈ খরসু। তৌবগিদি মমাঙউেদা লেংবা নাটকশিংনা মতুংগী নাটকশিংদগী সাহিত্যগী অমসুং নাটক্কী মগুন লৈবা হেল্লি।

"বিয়া-বিপর্য্যয়" হায়বসি ফাগী জোগায়গী নাটকনি। চানদবা মতাংমতাং অমসুং চানদবা লমচত শাজৎনা নাটক অসিগী নুঙাইহনবগী মচাকনি। নাট্যকারসিনা খুন্নাইগী পুন্সি মরেলদা লৈরিবা অমোৎপা ময়াম, নহা ওইনা লুহোংবা, অউনপোৎকিমদক তিরুবা অসিনচিংবা খুন্নাইদা চৎনবা, অমোৎপা পথাপশিংবু শাথিনা সমালোচনা তৌই অমসুং খরসু হেনজিন্না হায়বা মতাংসু য়াওই।

ইন্দ্রেশ্বর বরঠাকুর হায়বসি মরু ওইনা নাট্যকার হায়না ফাওবা মীওই অমনি। থায়নগী পৌরাণিক নাট্য অমসুং থিয়েটারগী মরমদা মহাক্না লেংবা মমল লৈরবা ৱারেং কয়া লৈ। মহাক্না লেংবা অথোইবা পৌরাণিক নাটক "শ্রীবৎস চিন্তা" য়ান্না মমল লৈরবা অমসুং য়ান্না নানবা নাটক অমনি। খ্বায়না খঙবিবা পুরাণগী মতাংঅসি মথং মনাও অমতা কায়দনা ফজনা, য়ান্না নান্না শিন্দোকতুনা ইবদা কবিনা মাগী হৈশিংবদু উৎলি। মহাক্না মখল মথেল হাপ্তুনা থৌদোক অসি ফজনা শিন্দোকপী অমসুং চরিত্রশিং য়েকই অদুনা নাটক অসি অঙকপা য়ৌনা ফজহল্লি অমসুং নাটকসিগী মথরায় হাপ্লি। পুরাণগী ৱারী কায়দনা থম্বগা লোয়ননা অইবা অসিনা ঐখোইদা শুদ্ধৎনিঙাই ওইবা অমসুং মরীল লৈবা চরিত্রশিং উৎলি। মহাক্না থায়নগী পৌরানিক্কী ওইবা মচাকশিং নৈনরিঙেদা মতমদুগী লৈবাকসিগি শক্তম অমসুং থৌরম কয়াগী ৱাসু মহাক্কী ৱাখলদা লাকই হায়না নীংই। অনীসিগী মচাক পুন্সিন্নগা মহাক্না লেংথোকপা নাটক য়ান্না ফজে অমসুং রস চেল্লি। বারম অসি মহাক্কী লাইরিক অতৈ নৈনবা মতমদ মুন্না খঙবা ঙম্মী। "ইন্দ্রমল্লিকা" হায়বা মহাক্না লেংবা খোমজিনবা শৈরেং লাইরিক অমসু লৈ। সংস্কৃত সাহিত্য নুংশিজবা অম্সুং থায়নগী ভারতকী কৃষ্টিবু পামজবনা থাগৎ ৱাইগা লোয়ননা মখোইগী মরমদা ৱারেংতা ইন নত্তনা শৈরেং খরসু ইরম্মী। "ভারতী", "শরদে নমস্", দুর্ব্বসা, বাল্মীকী, বৈদব্যাস, উর্ব্বসী অমসুং মহাক্কী শৈরেং অতৈ খরদা ভারতকী কৃষ্টিবু অইবা অসিগী অসিগুম্বা নুংশিজবসি উৎলি।

অতুল চন্দ্র হাজারিকা হায়বসি কবি অমা ওইনা মহাক্কী পুন্সি হৌবনি। পুরানগী থৌদোকশিংগী মরমদা বারী অমসুং শৈরেং য়ান্না হৌজিকমক ইববসু মহাক্না অঙাংশিংগী সাহিত্যদসু মশক নাইনা অবদান তৌবি। অদুবু মাগী মিংচত্তি মক ওইনা মানা ইবা নাটকশিংদা লৈ। মহাক নাটক ফনা য়ান্না ইরে। মহাক্না ইবা নাটকশিং অহুম থোক্না থাযদোকপা যায়। অহানবদা পৌবানিক্কী ওইবা, অনীশুবদা ঐতিহাসিক ওইবা অমসুং অহুম শুবদা অতৈ অতৈ হীরমদা ইথোকপনি।

পৌরাণিক নাটকশিংগী মনুংদা নন্দদুলাল, কুরুক্ষেত্র, রুক্মিনী হরণ, বেহুলা, নরকাসুর, শকুন্তলা, নির্য্যাতিতা, চম্পাবতী অমসুং শ্রীরামচন্দ্র হায়বসিনি। শকুন্তলা অমসুং বেহুলা নত্তনা অতৈ পুন্নমক্কী মচাকতি রামায়ন, মহাভারত অমদি ভাগবত্তগী লৌশিনবনি অমসুং অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ইথোকপনি। নাট্যকার অসিনা মহাক্কী নাটকশিংদা হাপ্তোক হাপচিন লৌথোক লৌশিন তৌদে হান্নগী শক্তমশিং ৱারীশিং অমসুং থৌদোকশিং করিমতা কায়দনা থম্মী। মহাক্না হান্নগী লৈরিবা ৱারীশিংদু নাটক ওইনা ইথোকপদনি অমসুং দরকারগী মতুংইন্না লমদমসিগী দৃশ্য, ৱাখল অমসুং পুক্নীংগী ঈহৌ চানহন্দুনা পুনসিন্না ইবতনি। শকুন্তলা নাটকতসু মফম অমঅনী নত্তনা করিমতা হোংদোক হোংজিন তৌদনা হান্নগী মওং চপ চানা ই হায়না অইবা মশানা হায়জে। নাট্যকার অসিনা লীলাদা ইরিবা মীশিং অমসুং মফমশিং অসি য়াম্না হৈশিংবগা লোইননা লম অসিগী মীশিং অমসুং মফমশিং ওইনা উহল্লি। রুক্মীনী হরণদা রুক্মীনী লুহোংবগী মতাং ইরিবদু লম অসিগী (আসামলৈবাক্কী) লুহোংবগী মতৌ চপচানা উৎলি, "বেহুলা" দা বরগী দমক্তা মৌ ওইগদৌরিববু ময়াম্না কোয়শিনবা, "নরকাসুর"দা থবকশুগা মীশিংনা লখী শেম্বা অমসুং শ্রীরামচন্দ্রদা লুহোংবা পুন্নমক অসিদা লমদম অসিগী চৎনবগী মওং চপচানা উৎলি।

থায়নগী ওইবা পৌরাণিক মচাকশিং লৌশিন্দুনা ওইরবসু নত্রগা হৌজিক মতমসিগী খুঙ্গং পুন্সিগী মতৌ য়েংদুনা ওইরবসু নাটক লেংবগী মওং অমসুং মচাকশিং শীজিন্নবদা মহাক্কী নানশ্রবা খুত্তাদুনা অপাবা অমসুং অয়েংবা ভাবোক পুন্নমকপু চরিত্রশিংসিগা নক্নবা মরী থমদুনা শুমহৎপা ঙম্মী। নাট্যকার অমসুং ভাবোক্কা অনীসিগী মরক্তা লৈবা ফজবা মরী অসিগিদমক মহাকপু থাগৎলি। নাটকসিদা য়াম্না রস চেলহনবসি মহাক্কী অথোইবা গুণ অমনি। "রুক্মিনী হরণদা য়াওবা ফাগী জোগায় তৌবা "বেদনিধি" কৌবা মীওই অসিগী য়ুম অদু লঙন খোৎনবা নত্রগা তুকচ্চবা মরিক অমা ফাওবা উত্তবা তশেংবা অচম্বা য়ুমগী মশক্নী। নাট্যকারণা চরিত্র য়েকপদা মচু শংবগী ৱাখল তৌদে।

শক্তমশিংসি ভাবোকশিংনা মুন্না খঙবগী মরম্না শেমদোক শেমজিন তৌবসু ঙমদে। শেম্বদা পুরানগী ৱাবু অমত্তা তেক্ত কায়দনা থম্বা তারবদি, চরিত্র য়েকপদা দ্রামাগী দরকার ওইবা পুক্নীংগী তথক তথকহনবা অমদি লাঙতক্নবা (টেন্স অমসুং সসপেন্স) অদুগী হাফফম কদাইদা লৈগদগে? নাটকতা থরদি হোংদোক হোংজিন তৌই। গান্ধারীগী চরিত্রদা য়াওরিবা অৱা-নুঙাঁয়গী মতাংসি য়াম্না ফজনা শিল্লি অমসুং গান্ধারীণা অসিগুম্বসি লায়না খাঙবা ঙম্মী হায়বদু মহাক্কী অভ্যাস ওইশ্রবনি হায়বা তাকই। মপুরোইবা ধৃতরাষ্ট্রবু নুংশিজবদগী মহাক্কী অৱাবদু উদনবা পুন্সি চুপপা মমিৎ অনি ফিজেৎন পুন্সিন্দুনা থম্বা অমসুং মদু হাংদোকপা মতমদা শ্রীকৃষ্ণদা মহাক্কী থম্মোয়গী পাওদম ফোঙদোকপা অদু রস চেনবা শাংশ্রবা শৈরেং হায়বা য়ায়। নাটকশিংসি পাবদা নুঙায় অমসুং অরাইবা বাহৈ-বাতাদা অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ইথোকপনি। মবক মরকতা বারেং থরসু থোচিন্দুনা মওং ফজবা হেলহল্লি। অদুনা পাবদা য়াম্না নঙাইহল্লি। পৌরাণিক নাটক থরদি তাঙকক অহুম থোক্লা থাযদোকই, থবনা মঙা থোক্লা অমসুং থবনা তরেৎ থোক্লা থাইদোকই। শকুন্তলা লীলাদা তাংকক তরেৎ থকলৈ। শ্রীরামচন্দ্র অমসুং নির্য্যাতিতা নত্তনা অতৈদদি অঙ্ক পুন্নমক্তা অমসুং শক্তম পুন্নমক মমাঙঙৈগী পথাপ মতুং ইন্না উৎলি। পনশ্রিবা নাটক অনীসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা যাম্না ফজে। অকোনবা অসিদা অমসুং রুক্মিনী হরণদা নাট্যকারণা আধুনিক নাট্যগী চৎনবী অমসুং বৈষ্ণব যুগকী পথাপকা পুন্সিন্দুনা অনিবা পথাপকী অফবা পুম্বগা লোইননা অনৌবা নাট্যধারা থোবক্লবা হোৎনখি। মহাক্না নাটক্কী

ফিজেৎ লাকচেন্তা য়াম্না চেকশিন্নী হেন্দোক থোইদোক্লা বেহুলা নাটকতা।

মহাক্কী ঐতিহাসিক নাটকশিংগী মমিংশিংদি "বণিজ কুঁয়ার", কনোজ কুঁৱারী অমসুং "ছত্রপতি শিবাজী" হায়বসিনি। বণিজ কুঁৱার হায়বসি সেক্সপিয়রগী মতুং ইন্দুনা মার্চেন্ট অফ ভেনিসগি মতৌদা তাঙকক মঙানা শাবা নাটকনি অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ই। অসমীয়া নাট্যকারণা ইন্নিবা মতৌসিদা ইংরেজী নাটকতা খ্রষ্টিয়ান ইহুদি কাংলুপতা লৈবা য়েংথিনবদুম্বা মতৌদা অসমীয়া ইতিহাসতা জাৎ মসেল কাঙলুপ কাঙলুপ য়েংথিনবা অদু চপচানা পান্দমনৈ। খ্রিষ্টিয়ান অমসুং ইহুদি খৎনবা য়েংথিনবসিনা ইংরেজি লীলা অসিগী মরু ওইবা মরমনি। অসমীয়াদা লৌশিল্লিবা ৱারীদা অমিয়কুমার (এন্টোনিয়) অমসুং চন্দনমল (সাইলোক) অওইবমক আসাম লৈবাক্কী মীহুৎ ওইনা অমসুং মপানদগী লাকপা মীতোপনা করম্না অহেনবা লৌশিংনা শুমদুনা থম্মি হায়বদু উৎলি। মরমসিনা কাঙলুপ অনীসিদা য়েংথিনবা হায়বসি সামাজিক মরমদা খঙদে লোনগী মরমদা খঙদে সোইদবনি। অসমীয়া নাট্যকারসিনা সেক্সপিয়গী মতুং ইন্দুনা ইবদা লনাইগী ওইবা ইনৌ নৌবা মওংদা লমসিগী লোন্দাপুদা শিজিন্নদুনা নাটক অসি ভাবোকশিংগী মাঙদা অঙকপা ঈহৌ অমা উৎলি। কনোজ কুঁৱারী রাজপুত ইতিহাসকী মঙাল চেনপ্রবা ৱারীগী শরুক অমনি। পৃথ্বিরাজ অমসুং জয়চন্দ্র অনিগী মরক্তা সাগেগী খৎনবা মতাংনি অমসুং সংযুক্তাগী মরমদগি নুঙায়নদবা অদুনি। সংযুক্তা লুহোংবগী থৌরমদগি খৎনবসি হেনগৎখি অমসুং মদুনা হিন্দু লৈবাক লৈখা তাখি। লাইরিক অসিদা নাট্যরসকি শুরুক ৱাৎলবসু অসমীয়া সাহিত্যদা কবিগী মমল লৈরবা দান অমনি। মশাগী শক্তমশিং উৎপদা জয়চান্দ, রাণা অমসুং সংযুক্তাগী ৱাহৈ ৱাতাদা থৌনা ফবগী মওং ফজনা উৎলি। "ছত্রপতি শিবাজী" নাটকতা বাঙ্গালী নাট্যকার অমৃতলালবসুগি "গৈরিক পতাকা" হায়বসিগী মমি তায় হায়বদা নাট্যকার অসিনা স্বীকার তৌবিরম্মী। ঐতিহাসিক নাটকতা ইতিহাসকি ওইবা শরুক কয়ানা অপনবা পীদনা অনৌবা মওংদা ফজনা নাটক লেংথোকপা য়ায় হায়বসি অতুল হাজারীকানা প্রমাণ তৌবিরম্মী। মহাক্লা শিবাজীবু অৱাংবা থাক্কী মঙাল চেন্নবা শক্তম ওইনা ফজনা উৎলি। নাট্যকার অসিনা অসমীয়া মচা বীরশিংগী ৱা করিগুম্বদা কাউদে অমসুং নাটক্কী খুদোংচাব মতাং মতাংদা বীরশিংদুবু থাগৎ ৱাহৈনা স্মৃতিতর্পন তোই। খুদম ওইনা নাটক অসিগী তাঙকক মরীশুবদা সম্রাট আরঙ্গজেবগা রামসিংহগা ৱারী শানবা মতাংদা হিন্দু মুস্লিম কাঙলুপ অনিসি লীচিংমাম্নবা চান্নবিম্নবা লৈগদবনি হায়বসি য়ানখি। হাজারিকাগী মখল মথেন য়াম্নবা নাটকশিংগী মমিংদি-মর্জ্জিয়ানা, মানসপ্রতিমা, আহুতি অমসুং রং মহল। মর্জ্জিয়ানা হায়বা নাটক অসি আরব্য উপন্যাসকি ময়াম্না খঙনবা "আলিবাবা অমসুং হুরানবা নিফু" দগি মরু ওইনা মচাক লৌথোক্তুনা ইবনি। মহাক্লা ময়োন ওইদুনা নাটক অসীগী ৱাখল অমসুং চিন্তানি অমসুং নাটকর্ক। মিংথোনসিসু চানৈ। আহুতি হায়বসি সামাজিক নাটক অমনি। মসি মীরোল অনীগী মরক্তা খেন্নদবগী মওং উৎলি। পীক্কবসু নাটক অসিদা লীলা অসিগী অভিনেতা আনোযার হায়বসি য়াম্না আদর্শবাদীনি অমসুং মানা আসাম লৈবাক্কী মপানদগী চঙলকপা সমস্যা অমগী মরমদা খরা নৈনৈ। নাটক অসিদা মধ্যুযুগকী ওইবা সূত্রধার অমা য়াওবা উই। মসি হৌজিক্কী মতমদা কয়া চূনদে অমসুং নাটক্কী ঈচেলদা খরা অপনবা ওইনা থোকই। মতাং অয়াম্বদা থৌদোক্কা মান্নদে অমসুং কল্যানী অমসুং মূলাগাভরু হায়বা নাটক মচা অনীসি আহুতি হায়বসিগা নাটক অমতা ওইনা পুলপ্না ফোংঙি। মসিদা মথোইগী মক ওইবা অপাম্বা অদুদি ফংঙি। মানস প্রতিমা হায়বসি পারশ্য দেশগী শিরি "ফরহাদ" হায়বা ৱারীসিগী মওং লৌদুনা উৎপনি। তোইগুম্বসুং অসমীয়া নাটক অসি অইবগী নাটক ইয়ান য়ানশিনবা ওইনা থোক্রে অমসুং ৱাহৈ ৱাতাদসু মাত্রা

হেনজল্লে। অসমীয়া রঙ্গমঞ্চ (ষ্টেজ) গী অৱাংপা দরকার লৈবদু মেনখৎলবা অতুল হাজারিকানা নাটকশিং অসি ইখি। মানা ইবা হৌগ্রিঙেদদি মসিগী থবক অসি বাঙ্গালী লীলা ইবশিং গীরিশচন্দ্র ঘোষ অমসুং দ্বিজেন্দ্রলাল রোইগী নাটক্তা ঠিকা ওইনা তৌরম্মী। অতুল হাজারিকান অসুম্না মীওন্দা তাংজরম্বা অসি পূংতোক তোকহনখি অমসুং মসিদা মানা মায় পাকপা অসিনা অসমীয়া ষ্টেজগী অতৈ মশীং য়াম্লবা অইবশিংবুসু মপুক্লীং থৌগৎপীখি। থোইদোক্লা পনবা য়াবদি দৈবচরণ তালুকদারন "বিপ্লব", "বামুনি কুঁয়ার" অমসুং "ভাস্কর বর্ম্মা" হায়বা নাটক অহুমসি ইরম্মী। "বিপ্লব" হায়বা নাটকসিদা প্রজাশিংবু য়াম্না ওৎনৈবা জমিদার অমগী মায়োক্তা টেনেন্ট লাঞ্জন য়ানবা মীশিংগী আন্দোলন তৌবগী ৱারীনি। আন্দোলন অসিগী অহৌবদা কবি চন্দ্রমোহনগী মচানুপী পারবর্তীন লূচিংদুনা হৌখি। মতুংদা জমিদারগী মচানুপা বিপিন হায়বসিনা লুচিংবিখি। য়াম্না চাওথোকবা জমিদারগী অহংকার কোনথংদা মাংখি অমসুং প্রজাশিংগী দাবীশিং য়াবা তাখি। নাটক অসি পার্ব্বতীগা বিপিনগা লুহোংবগী লৈপুম্না লোইশিল্লী। নাটকী প্লোটতা অনৌবা হৌদোকপগী শক্তি থরদি উই অদুবু চরিত্র য়েকপগী মতাংদদি শোল্লি। অদুম ওইরবসু দেশ প্রেমগী ঈশৈনা ফজহল্লী অমসুং খুঙ্গংগী সমস্যা ময়াম সমাজ তান্ত্রিক (সোশিয়েলিষ্টিক পেটর্ন অব সোসাইতি) ওইনা লেপকদবনি হায়না উৎলি।

"বামুনি কুঁয়ার" হায়বসি ঐতিহাসীক নাটক অমনি। মসিদা অহোম ইতিহাসকি ফজবা শক্তম অমা উৎলি। অহোম নিংথৌ "তয়োখামথি" হায়বসিগী ৱাণী অনী লৈরম্মী। মতম অমদা নিংথৌ অসি থাপ্পা চুটিয়াশিংগী মায়োক্তা লান তৌবা চৎপা তাখি। অদুনা মহাবানী অহনদা ৱাজ্যগী ভার শীম্নম্নগা যাত্রা তৌখি। নিংথৌ লৈত্রিঙেদা ৱাণী অহনসিনা খুদোং চাবা লৌখি। কলক য়েংথিবনা হেল্লকুনা অতোম্বী অসিবু খুদোংচাবা মতাং সিদা হাবুং হায়বা লম অমদা লোই থাখি। ৱাণী অতোম্বীসি মফমদুগী ব্রাহ্মণ অমগী ময়ুমদা চঙজখি। লোইথারবী ৱাণী অসি ব্রাহ্মণ অসিগী ময়ুমদা মচা নিপা অমা পোকই। নিপা মচাসিগি মমিং "বামুনি কুঁয়ার" থোনখি। নিংথৌমচা অসি চাউরক্লে অমসুং মতাং চানা মপাবুংগী সিংহাসন থৌনাগা লোয়ননা দখল তৌখি। মরু ওইবা ইতিহাসকি হীরম অসিগী মথক্তা শাজন্দুনা শেম্বা চরিত্র থরসু য়াম্না হৈশিংনো হাপচিল্লী। "রোদাই" অমসুং "বরোমি" কৌবা কাল্পনিক শক্তম অনীসি উচন চানা হাপচিন্দুনা নাটক অসিবু অহোয়ন ফজহল্লী। ভাস্করবর্ম্মা হায়বসি তরেৎ শুকা শতাব্দীদা পাল্লম্বা কামরূপকি নিংথৌগী ৱারীনি। নুঙায়তবদি নাটকসিগী ৱারীশিং মথং মনাও কায়ন্দ্রবসু শক্তমশিং উৎপদা থরা সোনবা অমসুং মথোং তেকপগী মতৌ উবা ফংঙি।

জ্যোতি প্রসাদ আগরওয়ালানা লেংবা নাটক অহুমদি ফোংঙে। অতৈদি খুৎহু ওইনা লৈবি. ফোঙল্লি। অহুমসীগী মমিংশিংদি "শোনিটকুঁয়ারী", "কারেঙ্গার লাগিরী" অমসুং "লাভিতা"। শোনিটকুঁয়ারী হায়বসি ড্রামাটিষ্ট অসিনা য়াম্না নহা ওইরিঙেদা লেংবনি অমসুং মসিনা অসমীয়া লোন্দা মণ্ডাল চেল্লবা কবি ওইনা তুংদা ময়াম মাঙদা চোঙথোবর্কনি হায়বসি তাকই। মহাক্কী অনিশুবা নাটক "কারেঙ্গার লাগীরী" হায়বা অসি অসমীয়া লোন্দা ইবা মাগী খ্বাইদগী হেম্না ফজবা লাইরিকনি অমসুং অসিগুম্না মখলগী খ্বাইদগী ফবা খুদমনি। নাট্যকার অসি হৌজিক লাইতিনগী ওইবা ৱারীগী সংসারদা অমুক লৈত্রে থনদ্রে, মহাক্কী জাতিগী মনুংদা কোয়চেন চেন্দনা লৈজে। মসিদা মীওইশিংগা পরিবেশগা (এনভিরনমেন্টক)চুনদবা থায়নগী ৱাখল অমসুং ঈহৌনা পীবা অনৌবা আদর্শ (আউটলুক) অনীসিগী মবক্তা অমসুং মীওইবা অমগা মহাক্কী লাইবক্তা তম্নগা খেল্লবা অসি পুম্নগী মবমদা ইরি—হৌজিক মতমদ থায়নগী ভূতনা লেঙদনা নাম্লোকুন লৈববু থীনা হাযদুনা সমালোচনা তৌই। যুবৱাজ সুন্দরনা ৱাজকুমাৰী

কাঞ্চনবু সমাজগী চৎনবা পথাপ মতুং ইন্না লুহোংবা তাখি। তোইগুম্বসুং মহাক্না খঙবা ঙমখি মদুদি রাজকুমারী অসি মাগী মরূপ অনঙ্গরামগী চানবীনি হায়বসি। অদুনা য়াম্না থৌনাগা লোয়ননা কাঞ্চনবু অনঙ্গরামগী মখুত্তা শীন্নখি। থৌদোক অসিবু কোনুংগী মনাইনুপী শেফালীবু লোৎনা চান্নে অদুনা তৌবনি হায়বা বদনাম অসি থোকখি। রাজমাতান তুমিন্না শেফালিবু লোইথাখি। রাফমসি তাবদা রাজকুমার অসি শেৱালিবু কন্নবনা যাত্রা তৌখি। শেৱালি মশামক্তি সমাজদগী মীংচৎ ফত্তবদগী রাজকুমার অসিবু কনগে হায়বা ৱাখলদগী রাজকুমারবু মমল য়াওদনা নুংশিজে হায়বা খঙহন্নরম্নগা তুরেলদা চোংথদুনা মথবায় থাখি। মরমসিনা রাজকুমারগী পুন্সি চুপপদা মপুক্লিংগী অৱাংপসি অদুম লৈম্রবনি।

আগরওয়ালা হায়বসি মরুওইনা রোমান্টিক্কী ভক্ত অমনি। রোমান্টিক ওইবা অমসুং কিন্দম্নফম ওইবা নুংশিববু পামজবতা নত্তনা মহাক্কী নাটকশিংসিদা অচম্বাপুনসিগী ৱা মতম পুম্বদা শিজিন্নে। দৃশ্য ময়াম শীন্দোকপা অমসুং তাংকক লেপ্পদা হৌজিক্কী মতমগী চৎনবী ইল্লি অমসুং দৃশ্য খুদীংমক্তা নাট্যকারনা ষ্টেজগী শীললাংবগী মওং মমুৎতানা তাকই। নাটকতা য়াওবা ৱারীৱাতাই শাবদু থাঙ্গেশেংনা তশেং তশেং অমসুং মশাগী মশা ওই। ড্রামা অমগী দরকার ওইবা ৱাহে লীক্লা শিজিন্নবা অদু দৃশ্য অমসুং চরিত্রশিংগী দরকার লৈবগী মতুং ইন্নি। চরিত্রশিং অদু ওইফম থোকপা মওংদা শেমগৎলি অমসুং ড্রামাগী মতুং ইন্না অমগা অমগা খেন্নবা মান্নবা উত্তুনা থাঙ্গেশেংনা হিংলিবা মীগুম্না মতীং লৈনা উৎলি। সুন্দরগী মায়োক্তা সুদর্শন, কাঞ্চনগী মায়োক্তা শেৱালী অমসুং রেবতীগী মায়োক্তা শেউটিনা চাঙদম্নদুনা ড্রামাগী শক্তমশিং ময়েক শেংনা তাকই।

"শোণিত কুৱারী"দা স্বর্গগী লাইতিনগী ওইবা সংসারদা লৈরম্বদগী অমদি অৱাবনা লোইশিনবা রোমান্টিক কারেঙ্গার লীগীরীদগী কুমথরক্তুনা জ্যোতিপ্রসাদ হৌজিক "লভিতা" হায়বা নাটকতা উফুল হৌরবা লেংদবা লৈবাকথক্তা লাকলে। থায়নগী লাইতিনগী ওইবা কল্পনাগী জগত, শৈরেং অমসুং ঈশৈ তুংওইনরগা নাট্যকার অসিনা হৌজিক হৌজিক্কী ৱারবা পৃথিঅসিগী অৱাঅনা অমদি কোক ঙাওনবগী মশক ওইরবা সমস্যা কয়ানা মাগী নাটক্কী মচাক ওইরে। 'লভিতা'দা ঐখোইনা উবা ফংঙি ১৯৪২ ইংগী আগষ্ট আন্দোলন অমসুং দেশগী নীংতম্বা ফংনবগী ইৱাঙ লাঙবা অমসুং ভারত মচা কয়ানা মথবায় থাখি।

মসিদা মতৌ করম্না নীংতম্বগী অন্দোলন অসিনা অমদি অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওনা অসমীয়া শিংগী পুনসিবু নীকহনখি অমদি অসমীয়া নাট্যলেখকশিংগী পুক্নীংদা ঈহৌ পীদুনা পাখঙ্ অমসুং লৈশা কয়া অন্দোলন অসিদা য়াওখিবা হায়বদু উৎলি। "লভিতা" হায়বী আই এন এগী লাম্মী ওইরম্বদগী থবক্তগী পোথারীবী থৌনা ফরবী থূঙ্গংগী লৈশাবী অসিগী থৌনা, মরৈবাকপু নুংশিবা অমদি থবকঙম্বা অমসুং মাগী অৱাবনা থল্লবা ফিভম ফত্রবা সামাজিক পুন্সিনা ঐখোইবু থৱাই শোকহল্লি। অওইবা থৌদোক্লা মচাক ওইরগা ইবা নাটক অসিগী মরু ওইবা মওংদি মতমগা চানবা থবক চথবদা অপনবা কয়া লাকপা অমসুং অদুগী মায়োক্তা তুংহন্নদবা। থৌরম পরেংগী ঈহৌগা লোয়ননা চথবগী শক্তি উৎপা অমসুং নাট্যকারনা মহাক্কী নাট্যভঙ্গিদা য়াম্না থাঙবা ঙম্বগী মতৌ উৎলি। অওইবা থৌদোক্লা মরাং কায়না উৎখিবনা ড্রামাটিস্ট অসিগী কবি ওইবগী কল্পনা ফাওব করিগুম্বা কান্দা নমহৎখি। নাটক অসি অৱাবদা লোইশিনবা নাটকনি হায়বা য়াদ্রবসু ভাবোকশিংগী পুক্লিংদা পানবগী মতুং ইন্নবদি অৱাবদা লোইশিনবনি হায়বা য়ায়। "লভিতা" হায়বসিদা "কারেঙ্গার লাগিরীগী রোমান্টিক্কী ওইবা ফজবদু উবা ফংদে তোইগুম্বসুং ভাবোকশিংনা পান্না লম্লেন্দা অমসুং পথাপতা চম্পনা কবিশিনা লেংবা

নাটকশিংগী মনুংদা মসিনা ভাবোকশিংদা য়াম্না পাম্বা ওইনা থোকই। নকুল চন্দ্র ভুঁইয়া হায়বসি ৱারীমচা ইবা অমা ওইরবসু মহাকপু নাট্যকার অমা ওইনা খ্বায়না খঙবা হেল্লি। মহাক্না লেংবা "বদন বরফুকন" অমসুং চন্দ্রকান্তসিংহ হায়বা নাটক অনীসি আসাম লৈবাক্কী মঙাল চেনবা মতমগী হেন্দোক থোইদোক্না অহমশিংনা পাল্লিঙে মতমগী মশক তাকই। বেজবরুয়ানা লেংবা "বেলিমার" অমসুং হিতেশ্বর বরবরুয়ানা লেংবা "অহমর দিন" অনীসি ঐতিহাসিক নাটক ওইনা লৌনে অদুবু অনীসি ইতিহাসসু নত্তে, অওইবমক নাটকসু নত্তে। মসিদা ইতিহাসকী থৌদোকশিংবু কল্পনানা শাগৎপা শক্তমশিং অমসুং থৌরাংশিংনা ময়েক শেংহল্লি অমসুং মতম অদুগী ৱাখল অমসুং সমাজগী চৈথেংবু উৎনবা অমসুং অহিংবগুম উনবা হোৎনৈ। অদুবু নাট্যকার অসিনা "বদন বরফুকন"দা মশিমক য়ৌনা ফোংদোকপদি ঙমখিদে। থৌদোকশিংগী চুম্না মতুং ইনবতনি। কল্পনাগী শক্তম গোলাপী হায়বী নুপীগুম্বনা দ্রামা অদুদা নুঙাইহনবা থরদি পী অদুবু শক্তমশিং অদু শম্নদে মরী লৈনদে অমসুং মরুওইবা মফমদা মতেং পীদে। শক্তম য়েকপদা নাট্যকার অসিনা নাটক্কী মচাক খোমজিনবা অমসুং উৎপদা মখুৎ য়াম্না নাল্লি। লৈবাক নুংশিজবা চাওথোক্লবা বদন হায়বসি থৌদোক কয়াগী মরক্তা খুদং চাদবা কয়া মায়োক্লখি অমসুং অতৈনা মাঙোন্দগী হেল্লি হায়বদু উৎখি। মবমসিনা মহাক মমা লৈবাক্কী মায়োক্তা পেন্দবা উৎখি। শক্তম অসি ফজনা য়েকতুনা উৎখি। দুরদর্শিনী রাজমাতা, তৌগুম্বা প্রধানমন্ত্রী পূর্ণানন্দ অমসুং পুক্লিং শোনবা চন্দ্রকান্তগী শক্তমনচিংবসি য়েকপদা নাট্যকারগী মখুৎ য়াম্না নাল্লি। নাট্যকার অসিনা খুদোম্বী থিন্দুনা য়াম্না শেংনা তাকই মতমদুদা আসাম লৈবাক অৱাবদা তাখিবসি বদন অমসুং মহাক্কী কাঙলুপতনা দায়ী নত্তে, পূর্নানন্দগী তৌনিংবতা তৌবা ঐমা ঙায়রে হায়বা রাজনীতিগী কাঙলুপসিসু দায়ীনি। নাটক অসিগী মওংদা উপসংহারদা "চন্দ্রকান্ত শিমহ্য" হায়বসিসু ঐতিহাসিক নাটক অমনি। মসিদা অহোম রাজ্যগী অৱাবা ফিভম অমসুং মুৎথিবগী শক্তম উৎলি। চন্দ্রকান্তগী চরিত্রদা ঐথোয়না উবা ফংঙি মহাক অসি য়াম্না শোল্লবা তম্বরবা মশাগী ওইজবতা থিবা ৱাখল থেনবা মশাগী ওইজবগী ৱাখলদতা উংদুনা লৈবা য়েংথিনরবা ফত্তৱা তানদুনতা লৈরবা অঙম্বা অমসুং অদুগুম্বা মীওইশিংগী কাঙলুপনা মহাকপু কোইশিন্দুনা লৈবা মীনি। মখোয়গী লমচৎ শাজৎশিংসিনা মূল নাটক্কী মচাক্তা মতেং ওইখি। নাটক্কী অরোইবা অঙ্কদা চন্দ্রকান্ত মশাগী মরাল খঙলবদা মশাবু থিক্কার তৌজে অমসুং য়াম্না নুঙাইতবা ফোঙদোকচে। মসি উবদা ভাবোকশিংসু মহাক্কীদমক নুঙাইবিদে। অঙ্ক অসিদা চাওরাক্লা শকতম উৎপদা মায় পাকই। মরী শুবা অঙ্কদা কবোশিংনা অহোমশিংবু য়াম্না ওৎনৈবগী মওং উৎলি অমসুং কবোশিংনা কিহনবগী মতৌদুগা চান্নানা উৎলি।

কমলানন্দ ভট্টাচার্য্যসি ঈশৈগী কবিনি অসিগী মথক্তা নাট্যকার অমসুনি। থিয়েটারদা শরুক য়াবা লীলা কুম্বদা মায় পাক্লবা মীওই- অমনি। থিয়েটারগী মরমদা "নওগা ড্রামাটিক ক্লাব" হায়বসিগা মহাক্না মরী লৈনে। মহাক্না লেংবা "নাগা কুঁয়ার" অমসুং "অবসান" হায়বসি মীংচৎ লৈবা লাইরিকনি। "নাগা কুঁয়ার" হায়বসি কানসেং কৌবা অহোম যুবরাজ অমগী ৱারীনি। অহোম সিংহাসনদা "চুপিমফা" না নিংথৌ ওইনা লৈতেংবিরিঙেদা "খুনবাও" কৌবা মশক ফজববা নাগা নহা অমা রাজসভাদা চঙকতুনা নিংথৌদা থাগৎ ৱাহৈগা লোয়ননা মরক মরক্তা খুদোন পোং কৎলি। লাইবক থিবদি নোংমা রাণীদুনা নহাদুগী ফজবা মশকত্তু উরবা মতুংদা নিংথৌদা মসি তম্মি। বাহৈসি তাবদা নিংথৌ অসি য়াম্না শাওই অমসুং গর্ভবতী ওইরবা রানীবু নাগা খুনবাওগী দেশতা লোইথাখি। মফমসিদা রাণীসি মচানিপা অমা পোকই. আসামগী ইতিহাসতা মহাকপু নাগা রাজকুমার হায়না খঙনৈ। মহাক্না চাওরবা মতমদা অসমীয়া নিংথৌবু

(মপাবুংমেক) ইকাই খুম্নবা উৎনবা উন্নবা লাকখি। নিংথৌনা মহাকপু তন্নাম তন্নাম ওকপীখি, অমসুং মহাকপু লৈবাক্কী বরপাত্র গোহাইন হায়বদি রাষ্ট্রমন্ত্রী হাপ্লিখী। কানসেং মিংথোন্নবা রাজকুমার অসিনা লান্দারকলিবা মোগলশিংগী মায়োক্তা লান তৌখি। নাটক অসিদা থৌনা ফবগী অমসুং নুংশি নুংওনগী ব্রারী কয়া য়াওই। "অবসান" হায়বা নাটকসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অরোইবা লীলা, প্রভাস খণ্ডদা যদুবংশ তুমখিবা অমসুং শাদাম্বগী তেন্না শ্রীকৃষ্ণনা ইহলীলা লোইশিনবনচিংবা উৎলি। ব্রারী লেংবগী মতৌসিনা মীওইবগী পুক্লিংদা থুক লাওবা অমা পোকহল্লি।

কমলেশ্বর চলিহানা লেংবো "ধূলি" হায়বসি শকওং তাকপা একাঙ্ক নাটক অমনি। ধূলি হায়বীসি নাটক অসিদা শকনাইবী নুপী অমনী। মহাক অসি ময়ামগী অরোইবা চঙজফমনি। পূলি চুপপা মহাক অসি অৱাবগা ঈরোয়ননা লেল্লি। তোইশুম্বসুং দরকারগী মতুংইন্না তরাগী সেবাদা মথৱায় কথোকই। মহাক অসি বজ্রতাবদা অরোইবা য়াহিপ ফংখি। শনজেন্নহাশিং মহাক লৈতবসিদা নুংঙাইতবা ফোঙদোকখি, অমসুং হেমন্ত ঋতুমকসু মথৱায় য়ান্না নুংঙাইখিদে। মহাক লৈতবসিদা নামিবনা মথৱায় নুঙাইতবনা মহাক্কী থৱায় য়াওন্রবা মশাগী মথক্তা লৈ ময়াম চাইথদুনা লৈতেংবিখি।

পার্ব্বতী প্রসাদ বরুয়া হায়বসিনা কাব্য নাটক "লক্ষ্মী" অমসুং সোনার সোলং মশক তাকপগী মওংদা লেংবনি। "লক্ষ্মী" হায়বসিদা ওলাং থাগী অক্লাওনা শাবগী ফিভম উৎলি। মথংদা লাংবন থানা ওলাং থাবু বিদায় পীবগী ফিজোন শাৎকায়না উৎলি। মথংদা হেমন্ত ঋতুবু ওকপগী শক্তম উৎলি। ফিডৌ শেৎপী শারদ ঋতুবু ফিডৌ শেৎপগী মতৌদা অঙৌবা কাংশুক নাপী ময়ান্না অমসুং শেফালী লৈ ময়ান্না জগোই অমসুং ঈশেন বিদাই তৌবা উৎলি। হে লৈনা পুংথন থান্নবা মতম ওইরকপদা হেমন্তী লাইরেম্বী মেরা থা-দ পৃথিবীদা লেংবিরকই অমসুং ইকাইথিবী লৈশাবী লৈচিলনা ফিরুকখুন্না ওকচে অমসুং বত্তি দিউটি মেরানা ওকচরনা ইকাইখুম্নবগা লোইননা মহারাণীবু থিঞ্জিনজই। ফৌচেং লোকপগী মবেম্মা হেমন্তি ফৌ চেং লোইশিনবা লোইবগী মতুংদা কার্তিক থাদা লাকই মতমসিদা অসমীয়াশিংনা কাতিক বিহু উৎসব পাঙথোকতুনা হরাওবা উতলি। নাট্যকার অসিনা ঋতুশিগী মতমদা লৌশিংউবগী অহাংবো পুনসি অমসুং ব্রাত্ত পাদব আসামগী শক্তম শৈরেংগী মওংদা ফজনা উৎলি।

"সোনার সোলং" হায়বসি খোয়থুম্নরবা ঈশৈ ময়াম খোমজিনবা লাইরিক অমনি। "বিন বিরাগী" নাটকসিগী নায়ক ঈশৈগী ভক্ত কবি অমনা নুঙায়বা লম্বেনদা শান্তিগী তুংফম থিদুনা চত্থরি। লম্বেন অসিগী অরোইবা লৈতে। মহাক্কা থেংনবা মী খুদিংদা হংজৈ অশংবো অতিয়াদা সনাগী কাণ্ড পরেং পরেং পাইদুনা সনাগী উতোপীয়া থিবা চৎলিবা, অতিয়াদা উবা ফংন্রবা মশা ফন্দোকুনা পাইরিরা নুংশিং, কুলু কুলু হায়বা মখোনগা লোয়ননা চেম্বরি তুবেলগী ঈচেল, হংলি মখোইপুম্বদা—কনাগুম্বনা "সোনার সোলং" হায়বসি থাঙ্গৈশেংনা হায়বাদা কদাইদা ফংগদগে? মহাক্কা উনিংঙি, ফংনিংঙি খংনংঙি নুঙায়বগী মঙাল অদু কদায়দা লৈবা? অদুবু কনাননু মানা খঙনিঙলিবদু তাকপীবা ঙমদে। কোনথংদা "বিন বিরাগী" গী ব্রাখলদা ফাওই মদুদি শোনার সোলং হায়বদি থাঙ্গৈশেংবা নুঙাইবা হায়বসে মপান্দা ফংগদবা নত্তে পুক্লিং তাবা মশকতুদি পুক্লিংগী মনুংদা থিগদবনি। মহাক্তি থম্মোয়নুংদা লৈ মসিদা থিগদবনি। পুন্জিসিগী মীৎকুপু খুদিংবু খঙনবা হোৎনগদবনি অমসুং অচুম্ববু কোনশিন্দুনা থৌরম পাঙথোক্লবা হোৎনগদবনি। অসিগুম্বা ব্রাখলগী মথক্তা নাটক অসিদা য়াওবা ঈশৈশিং অমসুং শৈবেংশিং অসমীয়া সাহিত্যদা অতাঙবা মচাকনি অমদি অৱাংবা থাক্কী খুৎইশিংগী মনুংদা অমনি।

ইংরেজি ড্রামাগী মমি অসমীয়া ড্রামাদা তাই হায়বসি য়াফম থোক্লবসু তারিবা মমিসি কুরাংবাস্তদনি খজিক্তনি মনুং য়ৌনা চঙশিনবদি ঙমদে হায়বসি খঙ্গদবনি। নাটক (ড্রামা) হায়বসি জাতিঅমগী সমাজদগী হৌগৎচবনি মদুনা শেমগৎচবনি য়োকখৎচবনি। অসমীয়া সমাজ ইংরেজি সমাজগা খেন্নে অদুনা মীরৈবাক্কী ইনফ্লুয়েন্স (মমি) অদুনা অসমীয়া থিয়েটরবু মনুং হুনজিন্না শেমদোকপা ওইথোক্কে হিরম খনদোকপদা, সমাজগী অবস্থা থ াবদা ঐতিহাসিক ওইবা থৌদোক খঙহনবদা জাতিগী হৈশিংবদা ইকাইখুম্নবা উৎপদা অমদি লমদমসিতগী ওইবনা নাটক্কী মচাক ওইফম থোকপনি। মসিবু য়াওড্রবদি নাটক অদু করিসু ওইরোই মসিনা মরু ওইনা থিংবনা মীরৈবাক্কী ইনফ্লুয়েনস অদু য়াম্না শেমদোকপা তাই। লক্ষীনাথ "বেজবেরুয়াগী" "চক্রধ্বজ সিংহ" নাটক্কী গজপুরিয়াগী চরিত্রদা সেকসপীয়রগী "ফোলষ্টাফ" কি মমি তাবা য়ায়, অমসুং ঐতিহাসিক্কী ওইবা নাটক্কী সবপ্লোট শেম্বদা অমদি নুপী অমবু নিপাগী ফিজেৎতা উৎপদুসু অসমীয়া লীলাদা মৈরৈবাক্কী মমি তারবসু মদু তুং কোইখিদে, মনুং য়ৌনা চংবা ঙমদে।

সেক্সপিয়ারগী লীলাখর অনুবাদ তৌই অদুবু মদু অসমীয়া ষ্টেজদা কুইনা হিংবা ঙমখিদে মরমদি লমদম অসিগী ৱাখললোনগা নোংচুপলোমগী ৱাখলগা চানদবা য়াম্না লৈ ভাবক অমদি ড্রামাগী হৌফম অমদি সমাজগী অপাম্বা অমদি পামজবা পুমখেন খেন্নে। "ভ্রমরঙ্গ" (১৮৮৯) হায়বসি সেকসপীয়রগী "কমেডি অফ এররসগী" অনুবাদনি। মসিনা অসমীয়াশিংগী নাট্যমঞ্চদা সেকসপীয়রগী মমি চঙকপসি ইহান হানবা ওইবা য়ায়। মথংদা ঐখোইনা উবা ফংঙি দুর্গেশ্বর শর্মা "চন্দ্রাবলী" (এজ ইউ লাইক ইট), নবীন চন্দ্র বরদলৈগী "তারা" (সিম্বলিন), দেবানন্দ ভরালীগী ভীমদর্প (মেকবেথ) অমসুং পদ্মধর চলিহাগী "অমর লীলা" (রোমিওজুলিয়েট) মথং মথং ফোঙখি।

অসুম তৌদুনা নোংচুপকী মতুং ইন্‌বা, মতৌ তম্বা নত্রগা অনুবাদ তৌবদা পাত্র পাত্রীগি মীংথোনশিং নোংচুপকী মওং লৌদুনা থোনবগী মহুত্তা অসমীয়া লোনদা চৎনবা মীংথোন অদুম্মা থোল্লী। অদুম ওইনমক অসমীয়াশিংগী নাট্যগী য়ুমফমদা নোংচুপকী নাটক্কী মমি চঙশিনবা ঙম্‌দে। নাট্যকারনা নাটকতা মথৱায় হাপপা ঙমদ্রবদি ভাবোকশিংগী পুক্লিং করিগুম্বদসু হুবা ঙমদে। মতৌ তম্বা নত্রগা মতুং ইনবনা করিগুম্বদা মায় পাকপা ঙম্‌দে। অদুগী মথক্তা মথবাই হাপত্রবা শক্তমশিং অনীথোক্লা উৎলবদি অদুনা করিগুম্বদসু ভাব চান্নবা হৌনদে। মদুদি ঈ য়াওদ্রবা মথৱায় পানদবা ওইনা লৌবা য়ায়। লাইবকথিবদি ইংরাজী নাটক অনুবাদ তৌবদা খুৎনানবা কাঙলুপশিংদু ইংরাজী ৱায়েনবশিংগী মতুং ইনবতনি অমসুং মখোয়না তাকপা লম্বেন্দতা হন্না হন্না চথবতনি অমসুং মদুদি মশক খঙদবা লৌফমদা চান্নদবা মরু হুনবগুম্বনি মহৈদি করিগুম্বদসু ফংদবা।

### ১৯৪৭ অমসুং মতুং

অনীশুবা লানজাওগী মতুংদা অমসুং ইং ১৯৪৭ দা ভারতনা নীংতম্বা ফংবা মতুংদা অসমীয়া সাহিত্যগী যুগ অমা হৌখি অমদি কবিময়াম থোক্লক্তুনা অসমীয়া সাহিত্য চাউখৎনবা হোৎনর্বিখি। হৌজিক্কী নাটকশিং মতমসিগী বাখল ফোঙদোকই অমসুং যুগ অসিগী মখল মখলগী সমস্যা কয়াগী শক্তম অমসুং মীশিংগী শাজৎ উর্লি। মবমসিনা হৌজিক মতমগী নাটকতা থায়নগী নাটক্কী মওং উবগী বা লৈত্রে। থাইনগী থৌরম য়াওবা মতম খরগী ওইনা উৎনখিদ্রে কবিগুম্বা উৎলনসু মদু অনৌবা বাখলদা নৌহৌনা অর্থ হনর্বনি। মখোয়সি শক্তম

লাকপনা মরু ওইনা তৌই। হৌজিক মতমগী নাটকতা মতমসিগী সমস্যা নত্তনা অতে মচাক য়াওদ্রে। মমাঙঙৈদা পনজগ্রে মসি নোংচুপকী মতমসীগী নাটক্কী ফিদম্নি।ইমা লৈবাক্কী চিন্তা অমসুং দেশপ্রেমনা মমাঙঙৈগী ময়াম্না পান্নবা নাটক্কী মচাক ওইরম্মী অমসুং অহোমশিংগী মরমদা ইতিহাসকী ওইবা মচাক ময়াম অদুদা ফংঙি। অদুম ওইরবসু মতমদুগী নাট্যকারশিংনা মচাকশিংদুদগী খন্দোক্তুনা শক্তম য়েকপরোমদা থব্রায় য়াওখি অমসুং হৌজিক মতমদা তৌবাগুম্না থায়নগী যুগকা হৌজিক মতমগা পূনশিল্লগা সামাজিক অমসুং রাজনৈতিক মত শন্দোকপগী থৌরম চখনবা হোৎনরমদে। হৌজিক মতমগী নাটক লেংবশিংনা ঐতিহাসিক নাটকশিংদা হিন্দুমুসলমান চান্না-তিননা লৈনবা অমসুং ইংরেজ শাসনগী মনুং মনুংদা ইনশিন্দুনা চুমদবা নিয়ম চালাইনবা হোৎনবদা নিন্দা তৌবা অমদি ইমালৈবাক্কী বীরশিংনা দেশগীদমক মথব্রায় কথোকখিবা, ওৎ-নৈবা খাঙদুনা মথব্রায় থাখিবশিংদুবু থাগৎপগীদমক নাটকশিংসি ইবনি। চন্দ্রকান্ত ফুকনগী "পিয়ালী ফুকন" হায়বসি ইংরেজশিংগী মায়য়োক্তা ইবা অদুগুম্বা নাটক অমনি। চন্দ্রকান্ত মশামক য়াম্না নানগ্রবা থিয়েটারগী অভিনেতা অমনি অমসুং মমালৈবাক নুংশিবগী মরমদা নাটক অসি ইবনি। অদুনা ভাবক্লা য়াম্মা থাগৎলি। পিয়ালী ফুকন হায়বসি অহোম রাজবংশগী অরোইবা ধারানি। মহাক্না ব্রিটিশশিংবু আসাম লৈবাক্তগী তাম্থোক্লবা তুমিন্না হোৎনখি অমসুং ব্রিটিশকী খুৎলাইগী গুদাম অমদা মৈ চুবগী থৌরাং তৌরম্মী। কোনথংদা মসি খঙলকপদগি ব্রিটিশশিংনা মাবু ফাজিনখি অমসুং ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি। প্রবিন ফুকন হায়বসিসু বৃটিশকী মায়োক্তা ইবা নাট্যকার অমনি। মহাক্না ইবা "মনিরাম দেওয়ান" হায়বা নাটক অসিদা উৎলি করম্না অহোম অফিসার মনিরাম হায়বসিনা আসাম লৈবাক্তগী বৃটিশ শাসন মুথৎপগী হোৎনরম্বা অমসুং কোনথংদা মরাল অসিগিদমক ফাঁসিগী সাগায়দা মথব্রায় থাখি। নাটক অনীসিদা হৌজিক মতমগী চিন্তাধারা (ৱাখলগী পরীং) শন্দোক্লা ফোঙদোকই। সারদাকান্ত-বরদলৈনা হিন্দু মুসলমান কাঙলুপ অনীসি লীচিং মান্ননা লৈবগী ৱাখলদা মহাক্কী "মগরিবর আজান" হায়বা নাটকসি ইবনি। মসিগী মচাকতি মুসলমান মচা অমনা উপজাতি হিন্দু লৈশাবী অমগী মথব্রায় কনগে হোৎনবদা মথব্রায় থাখি। নাটক অসিদা খুঙ্গংদা করম্না হিন্দু মুসলমান অমসুং ত্রাইবেলশিং চান্নতিন্ননা ঈংনা লৈমিন্নবা অদুগী শক্তম অমা ফজ্জনা য়েকথোকই।

হৌজিক মতমগী নাটক অয়াম্বদা সহরগী পুন্সি মরেলগী সমস্যাতন মরু ওইনা য়াওই। মমাঙঙৈগী যুগকি সামাজিক ফিভম করম্না চাওখৎহনগনি হায়বা ৱাখল্দগী নাটক ইনরম্বদু তোকপ্রে মদুগী মহুত্তা হৌজিক ইনর্বদি হৌজিক মতমসিদা সহরদা লৈবা মীওইশিংনা করম্না অর্থনৈতিক মায়কৈদা চাওখৎকনি হায়বসিদা উংদুনা লৈ অমদি নাগরিক সমস্যা কয়াসু মায়য়োক্লে। সমাজদা নুপীগী ফিভম করিনো হায়বসিসু খন্নবগী মচাক অমা ওইরি। যুগকী মতুং ইন্না সমস্যাসু তত্তনা হোংলকই অমসুং অদুগী শক্তম উৎপা হায়বসি সোইদ্রবনি। শারদা বরদলৈগী "পহিলা তারিখ" হায়বসিদা নাট্যকারনা তলব য়াম্না ফংজদবা কর্ম্মচারীশিংগী অৱাবগী ৱারী ফোঙদোকই। ঐখোয়না উবা ফংঙি মখোয়না থা-গী অহৌবদা তলব ফংবগা মীগী অতোনবা শেন শীংদোকপদা মখুত্তা করিমতা লৈহৌদে।

গৌহাটি অমসুং শিলংদা আকাশ বানীগি কেন্দ্র হাংদোকপা মতুংদা একাঙ্ক নাটক অসি ময়াম্না য়াম্না পাম্নখি। একাঙ্কী নাটকশিং অসিগী মনুংদা খরদি সাহিত্যগী মগুন চেল্লি। নাটকশিংসিদা প্লোট শাগৎপগী মহুত্তা থৌদোক অমত্তগী ৱারীশিং অমসুং উৎপদা মদুবু নৈনবা মদুদা নুপানুপী

মীওইশিংগী পুক্নিংদা ফাওবা আর্থিক অমসুং সামাজিক অৱা অনাগী শক্তমসু উৎলি। ঈহৌশিং অসি অর্থনৈতিক নত্রগা সামাজিক অশোয় অঙামগী মরমদনি। মতাংসিদা কবিনা সমাজগী শক্তম অমনিতং ফজনা উৎতুনা ভাবোকশিংগী পুক্নিংহুবা ঙমখি অমসুং মীংচৎ লৈবা হৌখি। মীৎয়েং অসিদা য়েংলবদি একাঙ্ক নাটকশিংসি ৱারী মচাগী মফম কোনশিন্নী। খুদম ওইনা ইহান হানবদা পনবা য়াবা "একেলার নাট" হায়বসিনি। মসি একাঙ্ক নাটক অমনি। ইমুং অমদা মপা মমা মচানিপা অমসুং মচানুপীনচিংবা লৈ। সুরোন অনীদা ইমুং অসিগী ফিদমদা অহোংবা অমসুং খেন্নবা মওং কয়া লাকই। খরনা থায়নগী পথাপ ঙাক্তনা চৎনবা হোৎনৈ, খরনা অনৌবা মওংদা সমাজগী এনভিরমেন্ট মওং শেমদোকপা পান্মী। অসুন্না য়েৎনবা অসি নাটক অসিদা উৎলি। নাটক অসিগী অঙকপদি থৌদোকশিংসি নোংমগী তঙখায়দা পাঙথোকখিবসিনি। থৌদোকশিং পুন্নমকপু তপ্না তপ্না ৱারীৱাতায়গী রসচেনবা মতাংদগী হৌরদুনা চংয়ৌনা ফজহন্নবা হোৎনৈ। য়াম্না নাম্না শেমদোক্তুনা শীনবনা সম্প্রদায় অমত্তগী ওইনা তৌবনি হায়বা য়ারোই। অসিগুম্বা নাটককি মতৌসিনা সমাজগি মপানদা থোক্তুনা অনৌবা মওং অমা পুথোকপগী মমি উৎলি। লাকইবা মতমদা একাঙ্কী নাটকশিংসিনা সম্প্রদায় পুন্নমক্কী ওইবা ভাবোকশিংগী পেনফম ওইবা মওং ওইদুনা লৈরগনি।

# মাপন শুবা তাংকক্
## উপন্যাস অমসুং ৱারী-মচা

বৃটিশ শাসন হৌবগা দেশ অসিদা নোংচুপকী শিক্ষা প্রণালী হৌখি অমসুং অদুগা লোয়ননা উপন্যাস লেংবগী ঈহৌ আসাম লৈবাক্তা লাকখি। নোংচুপকী ৱাখল মতুং ইন্না অসিগুম্বা সাহিত্য লেংবগী ঈহৌ লাকখিবনি। অরুনোদয় চেফোংদা "বুনিয়ানস্ পিলগ্রিম প্রোগ্রেশ" হায়বসিগী অনুবাদ ইহান হানবা সিরিয়েল ওইনা ফোংখি। মসিগী মমিংদি "যাত্রিকায়র যাত্রা" হায়না থোনখি। "কামিনী কান্ত" অমসুং "ফুলমনি আরু করুণা" হায়বসিগী মরমদা হান্না পনজগ্রে। লাইরিক অনীমকসি খৃষ্টীয়ান শাস্ত্রদগী লৌখৎপা ৱারী ভাক্তনি। ১৮৮০ ইংদা "সধর্ম্মর উপখ্যান" হায়বা পদ্মাবতী দেবী ফুকননা ইবা উপন্যাস অসি ফোঙখি। মসি অসমীয়া নুপী অমনা ইবা ইহান হানবা উপন্যাসনি। মসিদা সাহিত্যগী রস খরা য়াওই অমসুং মগুন চেল্লি। তোইগুম্বসুং থাঙেংশেংবা থৌদোক ময়ামনা মচাক ওইদুনা প্রোট অমা য়াওনা লেংবদি হেমচন্দ্র বরুয়াগী "বাহিরে রং চং ভিতরে কোওয়া ভাতুরী" (মীওকশংদদিশান্নরি চাখুমদি মিরাং থুরে) হায়বা উপন্যাস অসিনি। উপন্যাস অসি উদ্দেশ্য অমগীদমক ইবনি। মতমদুদা ধর্ম্ম অমসুং সমাজগী মরমদা শেরান্নবা থৌরম য়াম্না চৎথরন্মী অমসুং অদুগী মায়োক্তা অচুম্বা পথাপকীদমক মশাগী অকনবা মত ফোঙদোকই। ইহান হানবা ওইনা হৌজিক থোক্লীবা তশেংবা থৌদোক অমসুং শক্তম য়েকপদ মপূংফাবা হেনগৎখি। সামাজিক উপন্যাসগী মথংদা ঐতিহাসিক উপন্যাসনা সাহিত্যগী ফম কোনশিল্লী। মসিগী মতাংদা লক্ষীনাথ বেজবেরুয়া হায়বসিনা মাঙথাবা অইবশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক্না লেংবা "পদম কুঁয়ারী" হায়বসি নুংশিবা কায়নবগী অৱাবা ৱারীনি। ৱারী অসিগী মরু ওইবা ৱাদি পদুমনা সূর্য্য হায়বসিদা নুংশিনবগী মরী থমজে। পদুমগী পাবুং অমসুং মখুড়া হরদত্ত অমসুং বীরদত্ত হায়বসি কামরূপকী খুকন পাঙ্গনবা জমিদার বংশ মচাশিংনি। মখোয়শিনা অহোম নিংথৌগী মথক্তা লান হৌদুনা সিংহাসনদগী লৌথোকনবা কম্না হোৎনৈ। লৈবাক্কী অসিগুম্বা চরাংনবা মতমসিদসু পদুম অমসুং সূর্য্যগী নুংশিনবদা করিগুম্বা অকায়বা লৈতে অমসুং মহৌশাদৌনা অদুম্মা চৎথৈ। কবি অসিনা মতমদুগী সামাজিক অমসুং ৱাজনৈতিক ফিভমগী ফজবা শক্তম অমা ফজনা উৎপি। শক্তমশিংদু কালপনিক নত্তে মতমগা চান্নবা অওইবা শক্তমনি। মখোয়শিংদু যুগ অদুদা হিংদুনা লৈরম্বনি হায়বা তাকই। থৌরমশিংদু কুপনা ফজনা মচাখায়না শীনদুনা উৎলি মদুনা তশেং তশেংবা ৱারীগুম উহল্লি। উপন্যাস ইবা কবিসিনা য়াম্না নাম্না মতমদুগা চান্নবা শক্তম য়েকপগী হৈশিংবা উৎখি। "লহরী" অমসুং ভানুমতী হায়বা উপন্যাস অনীসি পদ্মনাথ গোঁহাই বরুয়ানা ইবনি। অনীমক নুংশি-নুংঙনগী মরমদনি। অহোমযুগগী ইতিহাসকি মতাংদা ইবা ইতিহাসকী তাংকক অমগী মতমগী ওইনা ওয়রবসু ঐতিহাসিক উপন্যাসতি নত্তে। ৱারীগী মতাংদা শক্তম যেকপদা অমসুং পুক্লিংদা ফাওবা ৱাখল ফোঙদোকপদসু উপন্যাস অনিমক থোইদোকপা মগুন য়াওদে।

রজনীকান্ত বরদলৈ (১৮৬৯—১৯৩৯) সাহিত্যগী মায়কৈ অতৈদা য়াম্না চর্চ্চা তৌজবা অইবা অর্মনি হায়না হায়নববসু মহাক অসি উপন্যাস লেংবা কবিনি হায়না খ্বাইনা খঙনৈ। থাযনগী অসমীয়া সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যবু যাম্না শ্রদ্ধা তৌজবা অমসুং মমল পীজবা অমদি

মদুগী ৱাখলদা পোংজবা মীওই অমনি। মাগী উপন্যাসশিংসি আসামগী লৈজবা য়াম্নবা মরনবু ইকাইখুম্নবা পোকহন্নবা ইবনি। মহাক্না মহাক্কী দেশকী মীওইশিংদা ফজবা ফিদম উংপী অমসুং মখোয়গী অশোয় অণ্ডাম্বগীদমক নুণ্ডায়জদে অমদি নুণ্ডায়বিদে। অচৌবা মচা খায়দনা মীওই পূন্নমক্কীদমক নুংশিবা মীৎযেং চপ মান্নে অমসুং অসিগুম্বা বাখন্না মচাক ওইদুনা মহাক্না সাহিত্য অমসুং উপন্যাস ইবনি। সাহিত্যগী মায়কৈ পূন্নমকতা মহাক্ পুক্লিং চণ্ডম্মী অমসুং য়াম্না থবক চীনখ্রবা লমকোয়বা অমা ওইন মফম খুদিংদা চেনথোক চেনশিন তৌদুনা মীওইবাশিংগী অৱাবা কোক্লবা নুংশিবা মীৎয়েংদা সেবা তৌবীরম্মী। পুনসি হায়বসি অমশুনি অমসুং অমনা অমগা ইকাইখুম্নবা উৎনবনা কনাদশু অমাঙবা থোকলোই অমসুং মদুনা নুঙাইতবা পূম্বা কোকহনগনি হায়বসি মহাক্না থাজজরম্মী। মীওইবগী অপাম থৌৱাংবা পূম্বা মীওইবগী থম্মোইদা লৈবনি অমসুং মসিদা জাৎ সাগৈজাৎ অমদি কাঙ্লুপকী থেন্নবা লৈতে। মরমসিনা অসমীয়া সাহিত্যগী সেবারীশিং মনুংদা পূকচেল চাওরবা মতীকচাৱবা উপন্যাসকার অমনি।

বরদলৈনা উপন্যাস ইবদা স্যার ওয়াল্টার স্কটকি মমি হেন্দোক থোইদোক্না তাখি হায়বসি য়াদবা য়াৱোই। মহাক অসি স্কটকি অমসুং ফাওরবা বাঙ্গালী কবি বঙ্কিম চন্দ্রগী ভক্তনি। মখোয়দৌনা লম্বেন ময়াগী অঙক শক্তম উবদা পেনজ্জে অমসুং নুংশিজ্জে অমদি মখোয়দৌনা রস চেন্নি। অসমীয়া জাতি হিংদুনা লৈবগী লুপ্তরবা মতাং অমগী ইতিহাস অমসুং সমাজগী ফিভম উৎননবগীদমক বরদলইনা ইবা হৌখি। মহাক্না লেংবা লাইরিকসিং লুৱবা দার্শনিক ভাব ফোংদোকপা, শৈথাবদা মগুন লৈবা, পুনসিদা থাজবা কল্পনা শক্তি অমসুং অনানবা খুৎহঁগীদমক ত্তুং কোইনা লৈহৌই। ঐতিহাসিক উপন্যাসকারশিং মতম খরদং ময়াম্না পাম্নরম্লগা থূনা মাঙখি। ইতিহাসগী মৱমদা ইবা উপন্যাসদি মহৈশানা কয়া ত্তুং কোইদে অমসুং থুনা ময়াম্না পাম্বগী মওংদু মুথখি। অদুম ওইৱবসু বরদলৈদি উপন্যাসগী ৱাজ্যদা মকোক অমা ওইদুনা ইঙান ঙানদুনা ঙসিসু লৈরি। মহাক্কী ঐতিহাসিক উপন্যাসশিংদি ফক্লাংঅমসুং শিলিংদা য়েকপ লেঙদ্রবা ঐতিহাসিক লাইয়েকনি। স্কট অমসুং বঙ্কিম অনীসি মহাক্ মহাক্কী সাহিত্যগী লমদমদা ফাওরবা অমমম্নি অদুগুম্না বরদলৈ হায়বসিসু অসমীয়া সাহিত্যদা মীংচৎ লৈরবা কবি অমনি। “মিরিজিয়ারী” হায়বা উপন্যাস অসি নত্তনা মহাক্না লেংবা অতৈদি ঐতিহাসিক উপন্যাস ঙাক্তনি। ১৮৯৫ ইংদা লেংবা “মিরিজিয়ারী” উপন্যাস অসিনা মহাক্কী অহানবা উপন্যাসনি। মসি মিরি পাখং অমগা লৈশাবী অমগা অনীগী মরক্তা নুংশিনবগী ৱারীনি।

প্রেম মিলন অসি অৱাবনা থল্লবা ৱারীনি। উপজাতি চরিত্রনা মচাক ওইদুনা লেংবা উপন্যাস অসমীয়া সাহিত্যদা অসিনা ইহান হানবা ওইবা য়ায়। “মনোমতী” (১৯০০) হায়বসি মহাক্না লেংবা উপন্যাসশিং মনুংদা খ্বাইদগী অহেনবা লাইরিক্নী। অহোম নিংথৌশিংগী শক্তি হস্থরকপা অৱোইবা মতাংদা কবোশিংনা আসাম আক্রমণ তৌবা মতমদা লক্ষ্মীকান্ত অমসুং মনোমতীগী নুংশিনবগী ৱারীনা উপন্যাস অসিগী মচাকনি। মতমদুদা দেশগী মায়কৈ মরিমক্তা অৱাজকতা, [illegible] কয়ানা সমাজদা মীওইবশিং ইংনা পুন্সি লেনবা ঙমখিদে। তোইগুম্বসুং লক্ষীকান্তগী থৌনা অমসুং মনোমতীগী নুপী ওইবগী মাধুর্য্য অনীসি ফজনা শাংকায়বগি মওংদা উৎলি অমসুং নিংশিং মীংশেন্দা মতৌদু ঙসিসু ইঙান ঙাল্লি। ইংরেজ কবি অমগী মতুং ইন্না হায়বা তারবদি পাকচাওববা সমাজগী আশীর্বাদ ফংফম থোক্রবদি প্রেমিক প্রেমিকা অনীসিনা ফংগদবনি। মুকুটনা লৈতেংলবা নিংথৌ অমসুং থৌনা ফবা নীব অমনা লানদা মায় পাক্লগা ফংবা মর্য্যাদা অদু অসিগা পান্দমনবদি কনিসু লৈতে। “[illegible]” (১৯২৫) হায়বা উপন্যাস

অসিসু ইতিহাসকী অমম্বা মতমগী থৌদোক্তা পান্দুনা ইবনি। কবোশিংনা মায়কৈ খুদিংদগী দেশ অসিবু আক্রমণ তৌশিল্লকলে। অৱা-অনানা দেশ অসি থল্লে লৈবাক কাংখোং চাইরে। নিংথৌগা মন্ত্রিগা লীচিং মান্নরক্তে। রাজসভাদা কনাবু কনানা নমথগনি অসিগি ষড়যন্ত্রদা মতম লেম্লরে। দেশ অসিদা ইলাং লাংবগি মতৌ ওয়রে। অসিগুম্বা ফিভম অসিগী মরক্তসু ফিদমগী মশক ওইরবী শকনাইবী নুপী অমগী ফিদম অমম্বগী মরকশিগা লাইগী ওইরবা মঙাল ওইনা চোঙথোকপীরকই। মপুক ফরবী অমসুং ফাওরবী রঙ্গীলী হায়বী নুপীশিনা মালেমসিবু নুংশিজে অদুনা ভাগবৎ প্রেম অসিগুম্বা নুংসিবা অসি ওইনা শন্দোকপী। উপন্যাস লেংবিরিবা অইবসিগী ৱাখলদা "রঙ্গিলী" হায়বী নুপীসিগী অমতগী নত্তে অদুক ৱাম্রবা মতমদুদা মাগুম্না অখাঙকনবা অমসুং পুকচেল চাওথোকপদি অচৌ অশাং অমগী ইমুং খুদিংঙ্গি অৱা-অনা নংলবা মতমদুগী মম্বরবা সমাজগী নীংশিংগদবা নারী চরিত্রগী ফিদমনি। "রহদাই লিগিরি" হায়বসিসু ঐতিহাসিক উপন্যাস অমনি। মসিদসু কবিনা শেংগ্রবা প্রেমগী ৱারী অমা ফোঙদোকপী। রহদাই হায়বসি ইচম চম্বা চনুরা অমনি। মহাক দয়ারাম কৌবা নহা অসিবু য়াম্না নুংশিবগী লাংদা লুপচখি। নহা অসিসু অচম্বা মীওই অমনি। উপন্যাস অসিগী মরু ওইবা ৱারমদি রহদাইগী প্রেমগী মৈচাক অসি নিংথৌনা মীহৌহনবা ওৎ নৈবনচিংবা কয়া অপনবা পিরবদসু ময়েং তাখিদে। য়াম্না ওৎ-নৈবা হেনজিনলকুনা খাঙবা ঙম্মক্তবা মতাংদা যোগাভ্যাস তৌদুনা মশাবু ঙাকচে অমসুং দয়ারামগী পুক্লিংদসু অহোংবা পুরকপা ঙমখি। "নির্ম্মল ভকত" হায়বা উপন্যাস অসিদা উপন্যাস অসিগী নায়ক নির্ম্মল হায়বসিবু কবোশিংনা আসামদা লান্দাবা অনিশুব অদুদা কবো লৈবাক্তা বন্দী তৌদুনা পুখি। মতমকুইনা কবোদা লোই থাদুনা লৈরুরবা মতুংদা মরৈবাক্তা হল্লকই। হল্লকপগা ময়ুমগিতা নত্তে দেশগী য়াম্না অহোংবা শক্তম উবা ফংঙি। মহাক্কী নুপীসু অতোপপা নুপা অমগী তালোয় ওইনা লৈরম্মে। মসিদা মহাক্কী পুক্লিং হন্দে। মহাক বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ভক্ত অমা ওইনা মশাবু শেমদোকচে, অমসুং পুনসিগী লৈহৌরিবা শরুক্তো ধর্ম্ম আসক্তি তম্ব থিবদা শান্তি ফংনা লেনজে। উপনিষদগী ঋষি অমগী বাণী "খক তাখিদবদু তারে, ৱাখলদা করিগুম্বদা খল্লুদবদু থল্লে, ইখণ্ড খণ্ডদবদুসু খণ্ডবা হৌরে।" অসিনা মাগী সাধনাগী মচাক ওইখি।

"তাম্রেশ্বরী মন্দির" হায়বসি অতোপপা উপন্যাস অমনি। মসিদা য়াওরিবা মচাকশিংসি ইতিহাসকি ঙাক্তনি। মহৌশাদগী খঙদুনা লৈরবা লমতুগী ঙমখৈ মনুংদা য়াওরিবা শাবী-শানৌ অনীগী প্রেমগী ঈহৌগী ৱারীদু তাবদা য়াম্না নুঙায়। অনীসিগী মীংদি ধনেশ্বর অমসুং অঘোনী কৌই। মথোয় অনীসিগী মিলনগী লম্বেন্দা য়াম্না অপনবা লাকখি। খ্বায়দগী হেন্না অপনবা লাকপদি মন্দিরগী তান্ত্রিক কাঙলুপতগিনি। কোনথংদা বৈষ্ণবশিংগী মায়োক্তা তান্ত্রিকশিংগী মায়থিবা ওইখি অমসুং নুংশিনবগী জয় ওইখি অমদি যুমফম লৈতবা আচারগী মফম লৈখিদে। থৌদোকশিগী মতমদি "নির্মল ভকত"দ য়াওরিবা থৌদোকশিংগা চাওরাক্লা মতম অমত্তগীনি। "দন্দুভা দ্রোহ" (১৯১৯) হায়বসিসু উপন্যাস অমনি। মসিদা অহোম নিংথৌগী শাসনগী মায়োক্তা কামরূপকি প্রজা পুম্বনা লালহৌখিবাগী ৱারী য়াওই। গৌহাটিদা লৈবা অহোম রাজপ্রতিনিধি বদনচন্দ্রগী নিয়ম চুমদবা অমসুং ওৎনৈবনা থল্লবা শাসনদা পেনদবদগি কামরূপকী মীওইশিংনা লান হৌরকপনি। মসিদা হরদত্ত অমসুং বীরদত্ত মচিন মনাও অনীশিনা লালহৌবগী লুচিংবা ওইখি। লানসিদা বীরদত্ত মথৱায় থাখি অমসুং হরদত্ত হায়বসিসু য়েক্লবা কাঙলুপনা ফাজিনখিদুনা লানগী বিচার লোইশঙদা বিচার তৌখি। হরদত্তগী মচানুপীসু ফাজিনখিবগী মহুত্তা থবায় থাবগী বাখলদা শেংগ্রবা ব্রহ্মপুত্র ইপাক্তা চোংথদুনা আত্মহত্যা তৌখি। উপন্যাস অসিদা নুংশি নুংঙনগী বাবীসু যাওই। মদুনা ইতিহাসকী মচাক্লা থল্লবা

লীলাসিদা নুঙাইবা পোকহনখি। থৌদোক অসি থোকখিবগী মতমসি ১৮৮০ ইংগী অদু রাইদনি। "রাধা রুক্মিনী" হায়বসিসু রজনী কান্ত বরদলইগী ঐতিহাসিক উপন্যাস অমনি। মসিগি মরু ওইবা মচাকতি মোৱামারী বিদ্রোহনি। মখোয়সি বৈষ্ণবধর্ম্ম চৎচবা মীওইশিংনি মখোইনা খৃঃ গী চহিচা ১৮ শুবগীময়াইরাইদা অহোম শাসনগী মথক্তা লালহৌখি। উপন্যাস অসিদা কবিনা রাধা অমসুং রুক্মিনী হায়বা মোৱামারী বৈষ্ণবধর্ম্ম চৎচবা কাঙলুপসিগী থৌনাফবী অনিসিগী থৌনাগী মরমদা শন্দোক্লা ফোঙদোকপী। বরদলৈনা লেংবা উপন্যাস অসিনা ইতিহাসনা মচাক ওইদুনা লেংবনি, অদুম ওইরবসু ইতিহাসবু ইনৌ নৌনা শেমদোকপসি রাখলদগিদি নত্তে। অদুবু রাখলদগী শেম্বা অনৌ অনৌবা শক্তম পুথোকতুনা নুপা নুপীশিং পুনসি উৎলি অমসুং মদুদা মথৱায় হাপ্লি। অসুম তৌবসিদা মহাক্কি মখুৎ য়াম্না পাঙথোকই অমসুং মদু থাগৎনিঙায়নি। বরদলৈনা নুপীগী শক্তম উংপসিদি য়াম্না ফজে। খুদোংথিবা কয়াগী মরক্তা মখোইনা উৎখিবা নুংশিবা, মপুরোইবা নীংবা, থোংমেঙবা, পাইরক্কী লৌশিং, লেংদবা রারেপ অমসুং মান্নদবা থৌনাগীদমক মহাক্কী নুপীশিং অসিবু খ্লাইনা থাগৎনৈ। অদুম ওইনমক উপন্যাসকার অসিনা মখোইগী মপুংফাবা শক্তম য়েক্লীংবগী য়াম্না পাম্বা অদুসু উত্তে। মদুগী মহুত্তা মানা প্রোট শাগৎপা খ্লাইগী নত্তবা পুক্নীংদা হেক পানবা থৌদোক কয়া পুথোকপা অমসুং পুক্নীংদা নুঙাইবা পোকহনবা থবক তৌবনচিংবদা হেন্না রাখল চঙই—অদুনা মসি য়ুম অমগী ফক্লাংদা য়াম্নদুনা থম্বা মচু মচুগী শক্তমশিংনা লৈতেংবা লাইয়েকশুম্বনি। রজনী কান্ত বরদলৈগী উপন্যাসগি মরমদা পনগদবা রা অমদি মখোইনা মীওইবগী পুন্সিগী অফবা ফজবা অমদি অফবা লমচৎনচিংবা য়াম্না ফজহন্দুনা উৎপসিনি। উপন্যাসকার অসিনা তান্ত্রিক অমসুং বৈষ্ণব ধর্ম্মবু হেন্না মথৱাইনা পামজবদু উৎথোকই তান্ত্রিক কলচর তাক্লবা হোৎনবদা মহাক বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী রাখল মতুং ইন্লি। চিংনবা নৈতনা প্রোট পুম্বা হৈশিংনা পুথোকই অদুবু অইবা মশানা মতমদুগী মীশিংনা থাজবা চীংনেনীঙাই ওইবা ভূৎ-প্রেতকী রা য়াওন্য ময়ামদা খঙহন্নবা হোৎনবদা নিঙাইবা লৈতে।

দণ্ডিনাথ কলিতানা "সাধনা" অমসুং "আবিষ্কার" হায়বা উপন্যাস অনীসি ইবনি। সমাজকি অমোৎপা চুমথোকপগী রাখলদগী ইবা উপন্যাসনি। উপন্যাস অনীসিগী মরু ওইবা চরিত্রদি দীনবন্ধু অমসুং মাধব হায়বসিনি। মখোয় অনীসি মশাগী নুঙায় ফিভম লোইনা থাদোক্তুনা সমাজ সংস্কারগী রাখলদা মথৱায় লুপখি। লাইরিক অনীসিদা রম্ভা অমসুং প্রতিমা হায়বা নুপী অনীগী শক্তম উৎতুনা লমচৎ মাঙলবা নুপীশিংগী মরমদা সমালোচনা তৌই অমসুং করম্না নুপীশিংগী লমচৎ চুমথোক্কনি হায়বগী ইঙ্গিত অমা পী। উপন্যাস অনিসিদা খন্ন-নৈনদুনা কুম্না থিজিনবদা চোকথবা লৈত্রবা উপন্যাসকার অসিগী সামাজিক রাখল অদু উৎলি অমসুং সমাজগী অরানবা অমদি অখুবা মিৎয়েংবু মচা খাইনা নৈনদুনা অচুম্বদু পুথোকপা অদুবু শৌগৎলি। অহুম শুবা উপন্যাস "গণবিপ্লব" হায়বসি আসামদা অহোমশিংগী য়ুগ লোইরমদাইদা হৌরকপা "মোৱামারী বিদ্রোহ" হায়বসিনা মচাক ওইদুনা লেংবা উপন্যাসনি। ইতিহাসকি থৌদোকশিং কায়দনা চন্না অয়েকপা লাইগুম য়াম্না ফজনা ফোঙদোকই। তৌবগিদি শক্তম য়েকপদা কল্পনানা শেমগৎপা অনৌবা মওং কয়াদি উৎপা ঙমদে। মহাক্কী শাংগ্রবা শৈরেং "অসম সন্ধ্যা" হায়বসিদসু অদুমঙায় কল্পনাগীশরুক য়াওদে। কলিতা হায়বসি মপানথোংদদি রিয়েলিষ্টনি তৌইগুম্বসুং মহাক্না শক্তম অনাগী রাখল পুক্নীং অমসুং মশাগী মত্রে খঙজিনক খঙজিনক খোয়াদবগুম্বা খোয়াদ, অমদি মীওইবগী পুক্নীংদা চঙলিবা হংলুবদগী থোরকপা মওং অদু কয়া থোক্লদে।

দেবচন্দ্র তালুকদার হায়বসি শৈবেংদা, ৱাৱী লেংবদা অমসুং নাটক লেংবদা মাযকৈ অহুমসিদা হোৎনজে তোইগুম্বসুং অমত্তদা পুক্লিং চঙদবনা অমত্তদসু মীংচৎ ফংবা ঙমখিদে। মসি মহৌশানি। মহাক্কী "অপূর্ণ" হায়বা উপন্যাস অসিগি নায়ক অসি প্রেমধর কৌবা খুঙ্গংগী নহা অমনি। মহাক অসি পুন্সিদা কয়া অপনবা মরক্তা মায পাকচরবনি, অদুবু নুঙায়তবদি য়ান্না নহা ওইনা সংসার থাদোক্তুনা পুন্সি লোইশিনখি। মবমসিনা মহাক্কী পুন্সিদা নিংবা থুংখিদে। "আগ্নেয়গিবি" হায়বা উপন্যাসকী নায়ক কনক হায়বসিসু সমাজ অমসুং আচারগী মায়োক্তা কন্না লান তৌবা তাখি। "বিদ্রোহ" হায়বা উপন্যাস অসিসু অনিশুবা উপন্যাস অসিগুম্বনি। মসিদসু কনকনা নায়কনি। সমাজগী পথাপ থোওইদনা কনক হায়বসিনা লুপ্তাবী আইকোনবু লুহোংখি অমসুং অনৌসি জাতিগী মুক্তিগীদমক মথবায় কথোকখি। আইকোন হাযবসিনা খুঙ্গং শেমগৎ শাগৎপগী থবক্তা পুক্লীং চঙখি অমসুং কনকনা সদিয়াদগী লাহোব ফাওবা নোংলে নুংশিংকুম্না চেনথোকচেনশিন তৌদুনা বিদ্রোহগি মৈরাপানখি। ৱাৱী অসিদা অৱাংবা ৱাখল য়াওবা উদে অমদি মওং তানা লোইশিনবসু তৌদে। কয়া ফজদবা নাতে উতে চাদবা বারী অসি ইবগী মওংসু তরুতরুদে অদুগা লোন্দাপুদাদসু মশা নানদে অদুনা বাবী অসি অরেম্বদা ৱাকোই শুবদৌনা তৌই অদুগা কল্পনাগী অকল অথৌগী থবক্তা হেঞ্জিন্না য়াওই। মাগী ৱারীশিং অয়াম্বনা পাওতাক ৱাহৈখব ফোংদোক্লবা তৌবনি।

অসমীয়া লোন্দা ইবা উপন্যাস মশীং পংয়াম য়ামদে অমসুং হৌখিবা চহি তরাগী মমাঙদদি মপূংমরৈ ফাদ্রি। হৌখিবা চহি খরসিগী মনুংদো মসিগী থাক ৱাংখৎলক্লে অমসুং অনৌবা অমদি অফবা মায়কৈরোমদা ফন য়াম্না লাকপা উরে। মমাঙউেদা ভাবনা শাদুনা লেংবা রোমান্টিক মওংদু থাদোক্তুনা হৌজিক্তি অচুম্বা থৌরমদা পুক্লিং থৌগৎপগি ফিভমদা লাক-এ। হৃজিক সমাজদা থৌ শাবিদ্রবা অমসুং ওৎ নৈবিরবা মীওইশিংদা মীৎয়েংতানরে অমসুং মখোয়গী চাওখৎপাগী মরমদা নৈনরে। অসিগুম্বা মখলগী উপন্যাস লবাইগী পুনসিগী মরমদা ইবা অমদি "জীবনর বাটত" হায়বা উপন্যাস অশিনি। অইবগী অরোৎপা মীংদি বীণা বরুবা হায়বসিনি (খ্বায়না মুম্না খঙবিবা শ্রীযুক্ত বিরিঞ্চি বরুয়াগী মীংগী অরোৎপা মীং) মাগী অতোপ্পা উপন্যাস "সেউজি পাতার কাহিনী" হায়বা অসিনি। মসিদা আসাম লৈবাক্কী চা বাগানশিংদা থবক শুজবা থৌমীশিংগী পুনসি অমসুং সমাজকী মরমদা নুংশিবা মীৎয়েংগা লোয়ননা ইবনি। দীননাথ শর্মানা লেংবা "নদাই" হায়বসিসু খুঙ্গংগী পুন্সিমরেলগী মরমদা ইবা উপন্যাস অমনি। শর্মানা লৌউবা নাদায়গী লমচৎপু মরু ওইনা লৌই। মহাক পুনসিচুম্না অসি মশাগী খুন্দুগী চাওখৎপগা মরী লৈনে অমসুং মহাক্না নাদায়গী মপুক ফবা পীজপিথক ফজবা অমসুং মাগা লৈমিম্নবা খুঙ্গাশিংগী পুকচেল চাওবগী মরমদা মপূং ফাব শক্তম অমাপী। হিতেস ডেকানা "লেংবা আজির মানুহ" অমসুং "মাটিকার" হায়বা উপন্যাস অনিসিদা হৌজিক কালগী পুনসিমরেল অমসুং লোউশিংউবগী সমস্যাগী মরমদা নৈনে অমসুং মীওইবগী সামাজিক অমসুং রাজনৈতিক অধিকারগী মমল পীনবা হোৎনৈ। মহাক্কী "ভারাঘর" হায়বা অসি লেপ্পা লৈতনা চাওথোরকলিবা সহরগী যুমগী সমস্যা অসিগী মনুংদা নুংশি নুঙোনগী ৱারীনী। আদ্যনাথ শর্মাগী "জিবনর তিনি অধ্যায়" চন্দ্রকান্ত গোগোইগী "সোনার নাঙ্গল" অমসুং গোবিন্দ মহন্তগী "কপকপ মাটি" হায়বা লাইরিকশিং অসি সমাজ বিদ্যাগী খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপা উপন্যাস ঙাক্তনি।

নবকান্ত বরুয়াগী "কপিলী পরিয়া সাধু" হায়বা লাইরিক অসি নুংশি নুংঙনগী মরমদা ইবা লাইরিকনি। কপিলী তুরেল অসি চহীখুদিঙ্গি মপান নীংখাইদুনা ঈচেল হোৎদুনা চেন্নীংবা মায়কৈদা চেল্লি অদুনা মসিগী মপান্দা তাবা মীওইশিংগী য়াম্না অৱাবগী মশক ওই। মরাইবক থিরবশিংসিগী ৱা লাইরিকসিদা য়াওরি। যোগেশ দাসগি "দাবর আরু নাই" হায়বা লাইরিক অসিদা চৎথিবা লানজাওগী মতুংদা সমাজদা অমোৎপা ময়াম চঙলকপদুগী শক্তম উৎলি। মহাক্কী "সহারি পাই" অমসুং "জোনাকীর জুই" হায়বসিদা পৃথিবীগী মনুংদা লৈবা মীওইশিংনা খ্বাইদগী হেন্না পাম্বা নুংশি নুংঙনগী ৱারী ফোঙদোকই। মানা ওইরকপা য়াই হায়নঃ থন্নদবা থৌদোক পরেং লেংশিন্দুনা কালিদেন্নোপকী মনুংদা য়াওবা মিংশেন মচেৎ মচেৎনা পুনশিন্নগা ফজবা শক্তম থোকহনবগুম শীংথাবা য়ানা ফজনা ই। মহম্মদ পিয়ার হায়বসিনা"সংগ্রাম" মিংথোন্দা উপন্যাস অমা ই। মসিদা মহাক্না সহরগী পুন্সিগী শক্তম অমা উৎলি অমসুং সহরগী ময়াইওইবা থাক্কী নহাশিংগী হোৎনজবা অৱা অনাগী মরমদা শন্দোক্না ইবি। মহাক্কী "হেরোয়া স্বর্গ" হায়বসি মুসলিম পরিবারশিংগী মরমদা ইবা উপন্যাসনি। পুক্নিংগী তত্ত্ব তাকপা উপন্যাস থরা হৌথিবা চহি থরসিদা উবা ফংলে। উপন্যাসসিংসিদা হৌজিক মতমসিদা মঙং মঙংগী ৱাখলদা নুপী-নুপাশিংনা কোক ঙাওনরিবা মতৌগী শক্তম উৎলি অমসুং মথোই অসিগী হৈশিংনা থাঙ্গশেংবা মওংদা শেমগৎনা চপচানা জ্ঞান তাবা নত্তবা ফিভমদা ফোংদোকখিবা মীওইবগী থম্মোইগী অপাম্বা তাকপা অমদি থাংগৈশেংনা জ্ঞান তাদনা লৈবা ফিভমদা ফোংদোকপা নুপা নুপীশিংগী পুক্নীংগী ইহৌ উৎপদা মতিক চানা ফোংদোকপ ঙম্বদু উৎলি। প্রফুল্ল দত্ত গোস্বামীনা লেংবা "কেচা পাতর কাপনি" উপন্যাস অসিদা অনৌ অনৌবা ৱাখল পরীংদা উংদুনা লৈবা নহা অমনা ফজবগী ভক্ত ওইদুনা মহাক্না হেন্না ফবা পুনসি ওইরক্কনি নিংদুনা পাম্বা পামদবগী ৱাখলদা ঙাওদুনা পুন্সি মাঙহনবগী শক্তম উৎলি। গোস্বামীগি মগুণদি ভাবনা দলান শাবা অমসুং ফজববু থিবদনি। রাধিকা মোহন গোস্বামীগি "চাকনোইয়া" (লুপ্রবা কোম্) হায়বা উপন্যাস অসি নীংবা কায়রবা নহা অমগী পুন্সিৱারীনি। মহাক যুগ অসিগি সমাজগা চুননা চজ্জবা ঙমজদবা নহা অমনি। মহাক্কী "বা-মাৰলী" হায়বা লাইরিক অসি হৌজিক্কী নোং-নুংশিংগুম্বা সভ্যতাগী মায়োক্তা ইবা লাইরিকনি। মহৌশাদগা লৈজরম্বা খুঙ্গংগী অতপ্পা চীংলেম্বা পুনসি, মতম কুইনা লৈরক্রুবা চৎনব অমসুং ইংনা শান্তিদা লৈবা পুনসিগী মঙং মুথৎপিদুনা নোংনুংশিংনা নোইথৎপীবগী ফিভমদা থম্বিবগী মায়োক্তনি। বীরেন্দ্র কুমার ভট্টাচার্য্যগী "রাজপথে রিঙ্গিয়াই" হায়বা লাইরিক অসিনা বিদ্রোহী নহা অমগী পুন্সি ৱারীনি। মহাক্না সমাজদা চঙশনলক্লিবা অমোৎপা অমসুং নমথাক পুন্নমকপু মুথৎনিংঙি। অইবগী মীৎয়েংসি থাঙঙৈশেংবা রাজনীতিগিনি অমসুং পাংথোকপনা মপুক্নিংগী বাথম্নি। মহাক্কী "আই" হায়বা লাইরিক অসি লুপ্রাবী ব্রাহ্মনী অমগী ৱারীনি। অহিং নুংথিল অৱাবা থবক শুদুনা পুন্সিগী লানদা য়াম্না ৱানা লেপ্লি অমসুং সমাজগী চৎনবী পথাপকী মায়োক্তা হিংনবা হোৎনৈ। "ইয়া নুইঙ্গম" হায়বসি তাংখুল চীংমীশিংগী মরমদা ইবা তাংখুলশিংগী পাক চাওরবা লাযদবা পুন্সি ৱারীনি। ৱারীসি জাপানীশিংনা অনীশুবা লানজাওদা নাগা চীংদগী হন্দোকখিবা মতমদগী হৌবনি অমসুং মসিদা লানগী হেক মতুংদা নাগা পুন্সিগী সামাজিক অমসুং রাজনৈতিক পুন্সিগী মঙং মঙংগী সমস্যাগী শক্তম উৎলি। নাগা নুপা নুপীশিংগী পুন্সিমরেলদা য়াম্না অহোংবা লাকখি। সৈয়দ আব্দুল মালিক্কী "রথর চকরী ঘূরে" হাযবসি তংখাইঅমা শক্তম ৱারীনি। "ছবিঘর" হায়বা উপন্যাস অসিদা মালিক্না পুক্নিংগী মঙং অমসুং সামাজিক ৱাখল শুগাইনা ফোংদোকপদা থবায় য়াওশিল্লী। লাইবক থিবদি চাংয়েংমরক্তা আসল ৱারীদু মুৎখি। "সূর্য্যমুখীর

মন" হায়বসিনা মালিকী অকোনবা অথোইবা লাইরিকনি। মসি রোমান্টিক ৱারীনি। নহা ওইরিবা গুলাস হায়বসিনা চহী ১৫ (তরা মঙা) তাগুরিবা নুপী মচা তারাবু লুহোংগে তৌজবদা লৌনম তৌদুনা তারাগী মমাসিনা নিপাসিদা মচানুপীগী মহুত্তা লৈখি। কাঞ্চন বরুৱা (অরোংপামীং) হায়বসিনা লেংবো "অসীমত ইয়ার হেরোল সীমা" হায়বসি হন্দকতা ফোঙবা শাংগ্রবা উপন্যাস অমনি। মসিদা অইবশিনা আসামগী অৱাং নোংপোক লমদা লৈবা ১৩০০ মমাংদা ভাবনা শাবা ইতিহাসকী থোকখিবা থৌদোক খরবু য়াম্না ফজনা অমসুং নাম্না শেমদোকতুনা ফোংঙি। চিংনবা লৈতনা লাইরিক অসিদা অনানবা লোন্দা শীংথারিবসি য়াম্না ফজে অমদি হৈশিংনা পুথোকলিবা থৌদোক অমসুং য়াম্না হৈশিংনা শেমগৎলকপা পুক্লীংগী চয়েৎনবা মওং পূমনমক য়াম্না নীংথি অদুবু ৱারীশিংগী মচাকশিং ওইথোক্তবা ভাক্তা ওইবনা অঙাং নত্তবা মীগী মফমদদি মঙগী থৌদোক্তা তাহল্লি।

অনৌবা ইহৌ য়াম্না লাক্লবসু নত্রগা অতোপপা মওংগী উপন্যাস লেংবগী মরমদা হোৎনরবসু অসিমদি হায়বা তায় উপন্যাসতা য়াওবা মচাকশিং ভাবনা শাবগী মওংনা অনম্বা ওইনা তৌই অমসুং গুসি ফাওবদা মরু ওইনা সেন্টিমেন্টকী ওইবা নুপা নুপীগী অপামনুংশি অমদি সমস্যাদগী লৈথোক্লবা হোৎনবা ভাক্তা ওইনা তৌই অদুনা পুন্সিগী অওইবা থৌদোকশিংগা থেন্নে। অসিগুম্বা উপন্যাস পাবদা পেঞ্জবা কাঙলুপ অমা লৈতবদি নত্তে অসি অচুম্বনি। খুদম ওইনা ইমুং মনুংগী থবক থৌরমদা য়াম্না ৱাজরবা ময়াই ওইবা থাকী ইমুংগী নুপীশিংনো গুহাকতংগী ওইরবসু অসিগুম্বা লাইরিক পাদুনা মঙগী লমদমদা পোথাজে। লাইরিক লাইগু হৈবা মীশিং হেনগৎপগা লোয়ননা অসিগুম্বা লাইরিকী মশীং হেনগৎলকই অমসুং হেন্না ফবা মথোক কারকপা নহারোনশিংগী থৌরাংবা কোক্লবা লাইরিক থোরক্লিবা ফাওবা মসী অসুম হেনগৎলকখিগনি। অদুম ওইরবসু অসিমতং পনদ্রবদি লানবা য়ায় লাইরকশিংসিগী মনুংদো খরদি ৱাহে -ৱাতাদা, মচাকতা য়াম্না ফজে শীংথানিঙায়নি। প্রেমনারায়ণদওগী "প্রণয়র সৃতি", "নিয়তির নির্মালি", শুচিব্রত রায় চৌধুরীগি "বামারলি" হায়বশিংসি চৎনবা য়াবা অমসুং শীংথানিঙায় ওইবা লাইরিকশিংনি। মরমসিনা পূক্লিং তুজুংবো লাইরিকশিংসিসু য়াম্না শিংপা হেনখি। তিং-লাউবা নত্রগা ডিটেকটিভ অমদি মসিগুম্বগা মরী লৈনবা ৱারীশিং অসমীয়া সাহিত্যদা অনৌবনি। অসিগুম্বা লাইরিক থেঙনা লাকপসি ঐতিহাসিক ওইবা মরমদগীনি। মতমখরগী মমাঙদা ফাওবা সহর অচৌবা কয়া লৈরমদে। মরাল লৈবা মীশিংসু য়াম্না শীক্লম্মী। লল্লোল ইতিকসু কয়া চাওখৎলমদে। হৌজিক অচৌবা শহর চাওখৎলকপগা লোয়ননা ললোন ইতিক চাওখৎলব্দই লোয়ননা মওং মওংগী চৎথোক চশিন তৌবা হেনগৎলকই। সহর অমসুং ললোন ইতিং তৌফমদা মী লাকপা হেনগৎলকই মরাল লৈবা মীশিংসু হেনগৎখি অমসুং মখলমখা অয়াম্বা মরালসু থোরকই, পাওকয়া চেফোঙদা ফোংবা হৌখি। তু-জুংবা পাউশিংনা মীওইশিংদা ঈহৌ পীবি মসিগী মতাংদা প্রেমনারায়ণগী "পা-ফু" গুম্বা লাইরিকশিংদা ফোঙবা ৱারীশিংনা অনৌবা ঈহৌ পুরকই। তৌবগিদি গোয়েন্দা নত্রগা ডিটেক্টিভ উপন্যাসশিংদুদা মগুন চেনবা অইবা থোরক্লনা ওইথোকতববু শেমদোকতুনা ৱাহে-ৱাতানা থাজহনবদি ঙমখিদে। অদুনা ওইথোক্তবদু ওইথোক্তবা ওইদুনা অদুম লৈখি। হৌখিবা মতম খরসিগী মনুংদা ৱারী মচা ইবা হেনগৎলকখি মসিদা মরু ওইনা নোংচুপকি সাহিত্যগী মমি তাখি। থায়নগী অসমীয়া সাহিত্যদা মওংমওংগী ৱারী, পৌরাণিক ৱারী হিতোপদেশনচিংবা পাওতাকশিংনা মচাক ওইবা য়াম্না লৈরম্মী তোইগুম্বসুং হৌজিক মতমগী ৱারী মচাগী মচাকতা অমসুং ৱাহে-ৱাতাদা মাখোইশিগা য়াম্না থেন্নে। লানজাও অহানবা মতুংদগী ৱারী মচা ইবগী ঈহৌ লাকখি অমসুং

মতাং মতাংদা অহোংবা লাকখি। ৱারী মচা ইবসি সাহিত্যদা অমসুং সমাজদা মশাগী ফমফম অমা লৈজখি। ৱারীমচা ইবগী ঈহৌ অসি পত্রিকা ময়াম লৈরকপদগী থর থুনা লাকখি। খুদম ওইনা অমসুং বিদেশকী ফাওরবা কবি চেকোভ, মোপাসা, সমারসেট মমনচিংবশিংনা ইবা লাইরিক ময়াম পাবদগী লাকপনি। হৌজিক মতমদা ৱারী মচা ইবগী ঈহৌ য়াম্না কল্লি। মসিদা ঐখোয়না ঐখোয়গী পুন্সিগী সমালোচনা উবা ফংঙি। অরুনোদয় পত্রিকাদা ঐখোই অকোয়বদা লৈরিবা পুন্সিগী মওং মওংগী থৌদোকী ৱারী ফোঙদোকই। অদুওইরবসু মখোয়দু ৱারী মচা নত্তে। লক্ষীনাথ বেজবরুয়া হায়বসিনা হৌজিক মতমগী অসমীয়া সাহিত্যদা ইহান হানবা ৱারী মচা ইবনী। মহাক্না ৱারী মচা ইবদা অনৌবা ৱাখল অমসুং মীথয়েং পুথোকপীরম্মী। থৌদোকশিং মুম্না য়েংশিনদুনা ফজনা মচাখায়না ৱারী মচাদা ফোঙদোকই ৱারীমচাগী মচাক থনগৎপা অমসুং ইবা মইদা য়াম্না মাই পাকখি অমসুং মরমসিনা মহাক্কী ৱারী মচানা হৌজিকফাওবা অসমীয়া সাহিত্যদা খ্বাইদগী অহেনবনি হায়নৈ। মহাক্কী থম্মোয় শোকপা ৱারীশিংদা মীগী পুন্সিমরেলগী নুঙাইবা, অৱা অনা, পাঙ্গল, থৌনা ফবগী অশোয়বগী, নীংবকায়বা ৱা মপুংফানা ফোঙদোকই। ৱারীশিংসিগী হেন্দোক থোইদোকপা হীরমদি বেজবরুয়ানা মীওইবগি মীনুংশিদা থরাই লুপ্না অমদি অসমীয়া লৌমীশিংগী পুন্সি মরেলদা য়াম্না থনজিনবা অসিনি। লৌমীশিংগী পুন্সিমরেলগী মরমদা লাইরিক সাইশু হৈবা মীওইশিংনা মনুং য়ৌনা খঙদে। মহাক্কী ৱারীথরদি পাবদা পুক্নিং হুই অমসুং কাব্যরস চেল্লি। অসিগুম্বা রস চেল্লবা ৱারীশিংসিনা ঙসিসু ঐখোয়দা নিংশিংদুনা লৈহল্লি।" জলকুয়ারী" হায়বসিদা ঐখোয়না মহৌশা লাইরেম্বীগী পুক্নিং হুবা শক্তম উবা ফংই অমুকসু "কন্যা অমসুং রতন মুণ্ডা" হায়বা ৱারিসিদা মহৌশাগী ফজবা অমসুং মনুংশিবু শীংথাই। মহাক্কী "এরাবারি" হায়বা ৱারিশিদসু অনৌবা মথৱায় হাপ্তুনা মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্তম অহিংবশুম উৎলি। বেজবরুয়াগী ৱারীশিংগী মরু ওইবা মচাকতি খুঙ্গংগী ময়াই ওইবা থাক্কী সমাজগী মীওইশিংনি। মহাক্কী ৱারীদা ওৎনৈরবা, য়াম্না বাজরবা, চরা হেনদুনা কপত্নুনা লেপ্লবা মপোৎ মচৈ মুনবীগ্রবা মীওইশিংগী মরমদদি করিমতা পনবা উদে। হৌজিক মতমগী অইবশিংগী ৱারীশিংদা মসিগী মনীন য়াম্না ফংঙি। করিগুম্বা মতাংদসু মহাক্কী লাইরিকতা ওন্ন-তৈন্নবা মচাক অমসুং লঙনবগী মশক উবা ফংঙি। সমাজগী মনুংদা অৱাংবা থাক্কী কাঙলুপ্তা তৌশিন্নবা, লৌনম তৌবা, চাওথোকপা অমসুং মরম লৈতনা হান্ননা ফত্তবা মত লৈখনচিংবা অসিবু ধর্ম্মদা হকচিনবনি হায়না উৎলিবসু মাগী ৱারী থরদা করেম্নৈ। ৱারী থরদনা খুঙ্গংগী লাইরিক লাইশু হৈরবা পাখঙ নহাশিংনা নোংচুপলোমগী লমচৎ, ফিজেৎ চৎনবী হেক্তা ইখঙ খঙদনা মতৌ তম্ববুসু করেম্নৈ। মহাক অসি অসমীয়াশিংগী পুন্সি মরেলগী মরমদা মুম্না খঙবা মীওই অমনি অমসুং মরমদুনা থৌদোক ৱাথোক য়ামদবা অচম্বা খুঙ্গাশিংগী মরমদা অঙকপা ফংনা নুঙাইবা ৱারী ইবা ঙম্মী। বেজবরুয়ানা লেংবা বারীশিংগী য়াম্না নুঙাইবা শরুক্তি খুঙ্গাশিংগী লৌথুপলৌকোই লৈতবা শেংলবা পুকচেলনি। মহাক্কী খুঙ্গংগী বারীদা খুনগী মীওইশিংগী আশা, নীঙবকায়বা, অকিবা, নুঙায়বা, অৱাবা, মীহৌবা, অমোংপা সংস্কার অমদি প্রেমগী অচম্বা ঈহৌদা লায়না থাজবা অমসুং লৱাইলমগী অন্ধবিশ্বাস অমসুং খুঙ্গংগী পুন্সি মপুরোইবা নীংবগী ৱা ফোংদোকই।

শরৎচন্দ্র গোস্বামী হায়বসি বারীমচা ইবা অমনি। সাহিত্যগী হীরমসিদা মহাক্কী মাচং লৈ মহাক্না খোমজিনবা বারী "গল্পাঞ্জলি" অমসুং "ময়না" হাযবা ৱারীমচাগী লাইরিক যাম্না মুম্না খল্লগা হৈশিংনা মখুৎনাম্না ইথোকপা, ৱারীগী মনুংগী ঈচেল শাগৎপা অমসুং শক্তম য়েকপদা হৈশিংবনা বাপাসিংদু নুঙাইহল্লি। মাগী ৱারীশিংদা মরু ওইনা ঈচেল লৈত্রবা অসমীয়া খুঙ্গাশিংগী

অৱাবা, নুঙাইবা, আশা অমসুং অকিবা মখোই অচম্বা অমসুং অতপ্পা নুংশিবা অমসুং মখোইগী মীকশিনজবগী মতাংশিং য়াম্না পন্লি।

"ময়না" হায়বা লাইরিকসিদা য়াওবা "বনরিয়া প্রণয়" কৌবা ৱারীসিদা মিরি পাখং অমগা লৈশাবীঅমগা অনিগী নুংশিনবগী ৱা উৎলি। মখোয় অনী লৌনলৈনবসি মায়কৈ অনীমক্কী মমা-মপানা য়াদে। শাবী-শানৌ অনীসি মরমসিনা ব্রহ্মপুত্রগী ঈপাক্তা চোংথখি। মী পুম্নমক্না প্রেমগী মরীদা নীঙকায়বদগী থবায় থাপ্নবনি হায়না খন্নে। থঙ্গেশেংবদি মখোই অনিমক শিখিদে মখোয়দি য়াম্না ঈরোইবা হৈবা কাওলুপনি, অঙাং ওইরিঙেদগি ঈশিং মরক্তদা চাওরক্লবনি। অদুনা মখোয় ঈরোইদুনা থাপপ্লবা খুন অমদা ঈশিংদগী কাখৎতুনা লৈখি। ৱারীসিদা ঐখোয়না মিরিশিংগী পুন্সিমরেলগী অচম্বা মওং উবা ফংঙি। নদরামগী ৱারীদগিসু উপজাতি কাছাড়ীশিংগী পুন্সিমরেলগী অচম্বা মওং উবা ফংঙি। কাছাডী নহা নদরাম হায়বসি অহানবা পৃথিৱীগী লানজাও মতমদা লাম্নীগী থবক তৌদুনা ফরাসী দেশতা কুইনা লৈরুই। লান লোইরগা য়াম্না কুইরবা মতুংদা মরৈবাক্তা হল্লকই। মহাক্না মপান্দা লৈরিঙেদা মহাক্কী নুপী অসি ভাটিরাম কৌবা খুলঅদুমক্কী অতোপপা কাছারী পাখণ্ড অমগা পান্নদুনা লৈরম্মী। ময়ুমদা লৈরম্বা ফিভম অসি উবদা নদরামনা ডেপুটি কমিশনারদা ৱাকৎলি। ডেপুটি কমিশনারনা ভাটিরামদা নুপী অসিবু নদরামদা হনজিন্নবা হুকুম তৌই। নদরাম্না কেশতি ঙমলে অদুবু করিগুম্বা নুপী অসিবু ভাতিরামদগী খাইনহল্লুরগা নুপী অসিনা অম্মোঘাট তৌনা শিপ্পবদি হায়না খল্লুবদা মথৱাই য়াম্না ৱারম্মী। নুপী অসিনা হুকুম অসি তাবদা নদবামদা হনজিনবা য়াখিদে অমসুং নম-হাদুনা তৌরবদি মথবায় থাগনি হায়দুনা ময়ামদা খঙহল্লি। মসি তারগা নদবামনা করিমতা য়েক্লবগী ৱাখল তৌজদে অমসুং নুপী অদুনা পাম্বা নিপাগা লোয়নদুনা লৈবদা মহাক্কী করিসু আপত্তি লৈতে হায়না ফোংদোকখি। অতৈ ৱারী খরদসু পথাপ কায়না নুংশিনবগী বারম কয়া উবা ফংঙি। অদুম ওইরবসু মহাক্কী লাইরিক্কী ৱাহৈ-ৱাতাদা অমসুং খৌগন লোনদা করিমতা অকাযবা উবা ফংদে। "যাত্রী" হায়বসিসু অতোপপা ৱাবী অমনি। মসীসু সমাজনা য়ানদবা নুংশিবগী ৱারীনি। গদাধর হায়বসিনা শাস্তি কৌবী চনুরা অমগী প্রেমদা উংলম্মী অদুবু সমাজনা মাবু তিন্নবীবরোই খল্লুবদা চঙশিনবা ঙমলমদে। মমৈদা মাগী মনাক্তগী চেনখিদুনা মশা মথন্তবু কণ্ডখি। "ব্রহ্মপুত্রব বুকত" হায়বা ৱারীসিদা ময়ুম নাইরবা নুপী অমনা তুমিন্না অতোপপা নিপা অমগা কারণ চংলম্বদগী ময়াম্না খঙনরকপদগী ব্রহ্মপুত্রগী ঈপাক্তা চোংথদুনা মথৱায় থাখি অমসুং অসুম তৌদুনা সমাজগী পথাপ কাগবদগী মশাবু কনজখি। শ্রীগোস্বামীনা অতৈ ৱারী খরদসু নহা ওইরিবী লুখ্রাবীশিংগী পুন্সিগী নুংশিবীবা য়াবা অৱা অনাগী শক্তম উৎলি। মহাক অসি নীঙতম্না অচুম্বা অমসুং অওইবা থৌদোকশিং ফোঙদোকপদা কিদবা মীওই অমনি। শ্রীগোস্বামীনা যাম্না ইংনা মীওইশিংগী লমচৎ অমসুং লমচৎ মাঙবগী মরমদা ফোঙদোকই।

নগেন্দ্রনাবাযণ চৌধুবী হাযবসিসু বারী মচা ইবা অমনি। মহাক্কী বাবীদা অনৌবা বিষয অমসুং অনৌবা মওংগী বাখল অমসুং মই উবা ফংঙি অমসুং ইবদা শীজিন্নবা বাহৈ-ৱাতাসু ইতোপ তোম্মী। লক্ষীনাথ ফুকন হাযবসিসু মীংচৎলৈববা বাবী মচা ইবা অমনি। মতম মতমদা ইথোকপা ৱারীমচা তকক খোমজিল্লগা "ওফাইডাং" কৌদুনা ফোংই। বাবীশিংসিদা মতমসিগী অহোবনা থল্লবা লাইবিক লাইশু হৈবা নুপানুপী মীওইশিংগী লমচৎ ফোঙদোকই। "মহিমামযী" হাযবা ৱারীসি চা বাগীচাগী হেডক্লার্কিক ভালোই মহিমামযী কৌবী অসিগী মরমদা ইর্বনি। নুপী অসি য়াম্না চেকশিন্না শেনথুমগী চাদিং তৌদুনা পাই অমতা ফাওবা অবেস্দা মাংহনদনা ইমুংগী খৌরম পুম্নমক পাঙথোকই। তোইগুম্বসুং মহাক্কী মবীমচাং থোকপা নহা অমনা লৌনম তৌদুনা

মহাক্না পুন্সিদা পুনশিনজবা শেন-থুম পুন্নমক মাওহনখি। অইবনা থৌদোক অসিগী মওং ফজনা অমসুং শন্দোক্না উৎখি। ৱারী অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা য়াম্না নুঙাই অমসুং ইমুংমনুংগী শক্তম কয়া য়াওই। "টাইপীষ্টর জীবন" হায়বসি মানিক সইকিয়া হায়বা য়াম্না নহা ওইরিবা অমগী ৱারবা পুন্সিগী ৱারীনি। মহাক তলব খজিক্তং ফংবনা ইমুং মনুংগী মী পূমনমকপু য়াম্না ৱানা য়োকই অমসুং অফিস মতম মতুংদসু থবক তৌদুনা শেন খরা হেন্না ফংনবা হোৎনজে। য়াম্না হেনজিন্না থবক সুবদগী মশা নাদুনা য়াম্না নহা ওইনা শীখি। অসিগুম্বা মরম মোকপা, থবক্তা মথৱায় য়াওবা নহাশিংগীদমক অফিসকী ময়াম্না শোক সভা অমা তৌনবা রিজোলুসন অমা পাস তৌখি। চা-বাগিচাগী মপু চৌধুরী ব্রাদার্সনা চা-বাগিচাদুদা থবক তৌজরম্বা নহা অসিগী ফটো অমা লুপা চহুম চাদিং তৌদুনা অফিস কা-দা য়ানদুনা থম্নবা থৌরাং তৌবিখি। তোইশুম্বসুং লুপা অসিগী শরুক অহুম থোক্লগা শরুক অমতং মতমচানা পীবীদুনা খরচ তৌবিরম্নবদি নহা অসিগী মথৱায় কনবা শুম্নমগদবনি। তোইশুম্বসুং শিবগী মতুংদা শিখিবদুগী ইকাইখুম্নবগীদমক অসুম য়াম্না থৌরাং তৌবিখি। লক্ষ্মীনাথ বরফুকননা মাগী ৱারীদা শাঙনরিবা লোন ৱাহেন্নোতা প্রমান পাম্লে য়াম্না ফজনা মফম চানা শিজিন্নৈ অমসুং মদুনা ময়ামদা ৱারীগী নুঙাইবা পোকহল্লি। মসিগী মথক্তা নুঙাইবা হাপ্পবা ফাগী ওইনা পুক্নীং নুঙাইহনবা ৱাখলসু মানা লাইয়েক্নুম্না শীংথারিবা ৱারীগী মগুন অমুক হেনগৎহল্লি।

মহীচন্দ্র বোরানা সমাজগী মনুংদা ময়াই ওইবা থাক্কী কাঙলুপকী মরমদা খর করেম্ননা ইবা ৱারী মচাশিং অসি লানগী মমাঙদা ইবা ৱারী মচাশুম্না রস চেনদে অমসুং মতীং য়াওদে। অয়াম্বা ৱারী মচাশিংসু "আহবান" হায়বা চেফোংদা ফোংগ্রে। অদুম ওইনমক মখোইগী সাহিত্যগী ওইবা তোপ তোপ্না মগুনে লৈ হায়বসিদি কনা অমত্তনা য়াদবা শুমলোই। মহীবরাগী ৱারী মচাগী অথোইবা শুণদি মহাক্না আসামগী সমাজদা ময়াইওইবা থাক্কী মীওইশিংগী মরমদা ইবদনি। মসিদা মীওইশিংসিনা অৱা অনা অমসুং লায়রবা ফিভমদা লৈরবসু মদুদা পেনথোক্নুনা করিশুম্বা ৱাকৎঅমত্তা লৈতনা মশাবু লাকশিনজদুনা অৱা অনা থৌওইদনা পুন্সিলেনবগী ফজবা শক্তম শন্দোক্না উৎখি। বোরাগী তশেং তশেংবা মরম্নাই স্তাইল লৈ অমসুং সহরগী ওইবা নোক্নীংবা চুম্নগী নোক্নবগী নত্রগা কনাশুম্বা শক্তম অমগী ওইররোইদবা মওং তাকপা নত্রগা ওইফম থোক্তবা থৌদোক অমা উৎনবদা শিজিন্নৈ। মহাক্কী ৱারীশিং অসমীয়া সাহিত্যদা ঐথোইনা নুমিৎ খুদিংগী থেংনরিবা নুপা নুপী খরগী মওং শেমগৎপদা অমসুং প্লোট শাগৎপা, ৱারী লিথবা, নোক্নীংবা থেৎপা, সহন্নগী ওইবা মওং উৎপা অমসুং মথক্তা ওইরকপা শক্তম অমসুং শক্তম লাকপদা লাইনা খঙহনবদা মপালৈতে। মহাক্কী ঈশিং ইচেলশুম্বা কল্পনা শক্তি লৈ মদুনা চৎনবীগী ইকাইখুম্নবা অমসুং অরুবা পূম্বগী তোর্ব্বান নমথাইদুনা মানা পাম্বা চেম্নীংবা তশেংবা নোকনীংবা পোকপা নত্রগা ওন্নতৈনবা অর্থ খঙহনবা ৱাহে শিজিন্নবগী খোংলম তন্না অদুম চেম্লে।

ওখাক অহল ওইরবা হোলিরাম ডেকা হায়বসিসু ৱারীমচা ইবা অমনি। মহাক্কী ৱারীদা শক্তমশিং মচা খাইনা অমসুং করেম্নবগি মওংদা উৎখি। মহাক্কী "অলোকালেই চিঠি" হায়বসিদা কল্পনা তৌদুনা নুপীগী শক্তম অমা শারগা অদুদা ইবা চিঠিনি। চিঠিশিংসি পুল্লগা চিঠিগী উপন্যাস অমা লেঙথোক্লবগী হোৎনখি। মহাক্কী ৱারেংগী অথোইবা মগুনদি ৱারীদা লীবদা নত্তে মচাখায়না উৎপদনি। ডেকাগী ৱারেংগী স্টাইলদি য়াম্না চীংলেম্মী অমসুং ৱাখল চঙই।

কবি লক্ষীধর শর্ম্মা নহা ওইনা লৈখিদে। মহাক্না ইবা ৱারীমচাশিং "আহবান" হায়বা চেফোঙসিদা চাইনা ফোঙদোকখি। ৱারী মচা মঙানা শাব লাইরিক অমা "ব্যর্থতার দান" হায়না

মীংথোনদুনা ফোংদোকখি। মহাক্কী ৱারী মচা "বিদ্রোহিনী" হায়বসি ললিতা কৌবী নহা লুম্রাবী অমগী থম্মোয় শোকপা ৱারীনি। লুম্রাবীসিনা তমথিরবা অমসুং হকচল্লবা সমাজপথাপ থৌশাদনা অনৌবা মওংগী সংসার অমা শেমগৎকে হোৎনৈ। মহাক্কা হোৎবা লৈত্রবা সমাজ অমসুং তৌশিন্নবা হকচিনবা মপাম্মোংতগী ওইবা চৎনবীবু শীংনেখি। অতোপ্পা ৱারীমচা "শিরাজ" হায়বসিদসু ঐখোয়না উবা ফংঙি করম্না সীতা অমসুং অনিল হায়বসিগী মনুংদা প্রেমগী ঈহৌ লাকপদা সীতা হায়বিসি নুপী-নুপা লুহোংদুনা লৌনবগী মচা নত্তে হায়বা তারকপদা সমাজ কিদুনা করম্না অনিলনা তুংহনখি অমসুং সীতাবু থাদোকখি হায়বসি। "লীলা" হায়বা ৱারিসিদা হৌজিক কালগী সভ্যতাগী মায়োক্তা শাথিনা সমালোচনা তৌই। লক্ষী ধর হায়বসিনা অসমীয়া ৱারিমচাগী থাক য়াম্না হেনগৎহনখি অমসুং মসিগী মশুন মচাক অমসুং মীন পাম্নবা ওইহনখি।

লক্ষীধর শর্মাগী ৱারীমচাদা ইহান হান্না য়েংশিনবদা নুপীশিংগী শাক্তংতা কায়থরকপগী শক্তম উবা ফংঙি। মহাক্কী মতুংদা লাকপা অতোপ্পা অইবা কয়াসু হৌজিক কালগী নুপিশিংগী পুক্নিংদা অহোংবা কয়ালাকপসিগী শক্তমগী মরমদা ই। মখোই অদুদি বীনা বরুৱা, রমাদাস অমসুং অতৈ অতৈশিংনি। বীনা বরুৱাগী "পটপরিবর্ত্তন" হায়বা ৱারীমচাসি খোমজিনদুনা লেংবা লাইরিকনি। হৌজিক মতমগী কলেজছাত্রীগী থেল্লবা ৱাখল অমসুং হোংদোক হোংজিন তৌবা নুংশি-নুংওনগী মওং অসি উৎলি। মহাক্কা খুঙ্গংগী পুনসিগী মরমদসু ই। মহাক্কী "অঘোনীবাই" হায়বা লাইরিকসিদা মরু ওইবা নীংশিংগদবা ৱারী অঘোনীবাই হায়বসিদা খুঙ্গংগী নুপী অঘোনীবাইগী মরমদা ইরি। মহাক অসি মশাগী অৱাঅনা পুম্নমক থৌ শাদনা তম্নাগী সেবাদা থৱায় কথোকখি। লাইরিক অসিদা ঐখোয়না খুঙ্গাগী নুপী নুপাশিংগী পুন্সিমরেলগী ফজবা মখল মখল মওং ফজনা অমসুং মশক খঙনা লিবা উবা ফংঙি। রমাদাসগী হেন্দোক থোইদোকপা অকনবা মীগী পুক্নিং চিংশিনবা শুনদি মহাক্কী ৱারীদা উতলিবা ৱারী ইবগী নাম্নবা মওং, অঙকপা বুদ্ধি অদুনি। শীংথাবদা তরু তরু উহনবা ৱারী ৱাতাই শানবদা শুমহৎনিঙাই ওইবা লেঙদবা ৱাখল অমসুং পুক্নীং থেম্নবা ফিভম লোন্দা ফজনা ফোংদোকপদা খ্বাইগা মান্নদবা শক্তি পুম্নমক অসিনা মাগী ৱারী মচাশিং অসি অসমীয়া লোনদা ঐখোইনা উবা খ্বাইদগী ফজবা ৱারী মচাশিংনি। মাগী ৱারী অয়াম্বা চৎনরিবা য়ামরিবা সামাজিক পথাপ পুম্নমক অমসুং চৎনরকপা নুংশিনুঙোলগী নিয়ম পুম্বগী ৱাংমেদনি অমসুং মসিদা অইবনা পুক্নীংগী ভাব নুংশিবা মিথয়েংগা লোইননা মচা খায়না ফোংদোকই।

ত্রৈলোকনাথ গোস্বামী হায়বসিসু মীংচৎ লৈরবা ৱারী মচা ইবা অমনি। মহাক্তি মরু ওইনা থাজেংশেংনো লৈবা (রিয়েলিষ্টিক) মখলগী ৱারী ই। মাগী ৱারীচবুন অনি "অরুনা" অমসুং "মরিচিকা" হায়বা অসিদা য়াওরিবা ৱারীশিং ঐখোইগী অকোয়বদা লৈরিবা পুনশিগী তশেংবো মচেৎ খরগী মরমদা ইবনি। "অরুনা" দা য়াওবা "জয়রাজ" হায়বা ৱারী অসি মতীক খর লৈবা অমনি মসিদা মপামমা লুহোংদনা পোকপা রতনগী মফমদা সমাজনা থিনা তৌবীবা অমসুং ওৎনৈবদু উৎলি। অতোপ্পা ৱারী "বিধবা" হায়বা অসিদা অইবনা অনিমক লুম্রাবী ওইরবী মমা অমসুং মচাবু সমাজনা ওৎ নৈবিদুনা উপাই লৈজদ্রবী অনিসিবু মরাল সীবিবনি অমসুং মখোইগী মপুনসি অদু উপাই লৈতনা অৱাবা তাবনি হায়বদু উৎলি। খুঙ্গংগী সমাজগী য়ুম্বীরেন ওইরিবা মণ্ডল হায়বসি মীওৎপা নুপানি। মহাক্কা প্রমিলাগী মমাগী শিরবা হকচাংবু গোৎলোইবদা খুনগী মী অমত্তা য়াওহল্লমদে। অদুবু মণ্ডলগী মচাদা আশাগী মঙাল অমদি উই—

প্রমীলাগি অহল ওইরবী মমাসি লৈতবদা দাহ তৌবগীদমক খুঙ্গাগী কনামতা চোঙথোরক্তবদা কোনথংদা লমদম অদুগী মণ্ডলগী মচা নিপা নহা ওইবগী থৌনাগা লোয়ননা

মপানা য়াদে হায়বা খণ্ডনা খণ্ডনা অশিবদু মম্বা অহিংদা শ্মশানদা পুদুনা দাহ তৌবগী ব্যবস্থা তৌখি। মতুংদা মহাক্কী চক্রি তৌবা মপা লোয়ননা অতৈ পুম্নমক ভাব তারকখি অমসুং নিঙমদবগা লোয়ননা সংস্কার অদু য়াওখি। "মরীচিকা" হায়বা লাইরিক অসিগী মনুংচেনবা ৱারীদি অনীশুবা লাঙ্গাওদা সমাজগী পুন্সিদা লাকপা মাঙতাকপা অমসুং অহোংবা কয়াগী মরমদনি। গোস্বামীনা লেংবা "জিয়া মানুহ" হায়বা লাইরিক অসি উপন্যাস মচা অমনি। মসিদা সমাজগী পুন্সিদা য়াম্না মরাই চায়থরকপসিগী মরমদা ই। সমাজদা চঙশিনলক্লিবা অমোংপা ময়াম করম্না শেংদোক্কনি অমসুং অনৌবা মওংদা শেমদোক্কনি হায়বগী শক্তম অমা মহাপ্পা ময়াম মাঙদা লানথোকই।

লক্ষ্মীধর শর্ম্মাগী মতুংদা থোরকপা ৱারীমচা ইবাশিংগী মথক্তা শিগম্যাণ্ড ফ্রোয়েডকি য়াম্না প্রভাব তাখি। ফ্রোয়েডকী প্রভাবনা থাইনদগী চংলকপা কুইরবা অথিংবা পুম্বা লোইনা মাঙখি ফ্রোয়েডকী সাইকো এনালাইসিস (পুক্নীংগীঅথঙ্‌বা অমসুং খঙ্‌দবা ফিভমবু মচা খায়না থিজিনবা) অসিনা সবকোন্সস (খর খঙ্‌বা) অমসুং আন কোন্সস (শুখঙ খঙ্‌দবা) অনিবু থিজিনবগী খুদোংচাবা লখী পিবদগী ৱারী মচা ইবশিংনা মখোইগী শক্তমশিংগী পুক্নীংদা হেন্না হেন্না লৈশিনবগী খুদোং চাবদু ফংখি। হেন্দোক শেইদোক্লা নুপী-নুপাগী মরক্তা লৈনবা নুংশিনুংওনগী হীরমনা ৱারী মচাগী অমসুং উপন্যাসকী পাম্নবা মচাক ওইখি। মরমসিনা ৱারীমচা ইবশিংনা হৌরক্লিবা ঈহৌগী মতেং লৌদুনা ৱারীমচা ইবগী খুদোং চাবা ফংখি। অদুনা ৱারীমচা ইবশিংনা অপনবা লৈতনা নুংশি-নুংওনগী মরমদা ফোঙনা ইথোকপদা করিমতা হলেংখিদে অমসুং করিমতা চীংনদনা অসিগুম্বা ফোঙদোকপসি অপাকপা ধর্ম্মগী শরুকনি হায়না উথলি। নুপী-নুপাগী মরক্তা অহানবদা লাকপা ঈহৌশিবু পাকচাওরবা সমাজদা ফোয়েদকি মত লৌদুনা মরা তাহননিংঙি। অনী শুবা লানজাউগী মতুংদা অশিঙমবা মীথয়েং অদু হোংবা হৌখি। ঙসিগী ৱারীমচাগী মচাকতি নুপী নুপা মরী লৈনবগী মর্য্যাদা অদু লৌথোকখ্রে অদুনা ৱারীমচা ইবশিংনা আইম্না য়াদবা অমদি অথিংবা লৈতবা নুংশিনুঙোলগী মরী অমদি নুপী নুপা লৌন লৈনবগী নকশিন্নবা অমসুং চিংনবা লৈতনা পাদোংবা অসি পুম্বা পুনসিগী অসেংবা থৌদোকনি হায়না য়াখি। হৌজিক্কী ৱারীমচাগী মচাকতি থৌমী অমসুং মিদল ক্লাস লৌমীশিংগী মরমদা ভাক্ত ওইনা তৌরে। হৌজিক্কী মতমসিদা ইনাক খুনবা অমসুং লাইরবগা থেনরিবা অমসুং অদুদগী লাকপা সমস্যা ময়াম্না ৱারীমচাগী মরু ওইবা মচাক ওইরে। অনীশুবা লাঙ্গাও মতুংদা সমাজদা, রাজনীতিদা, অমসুং নীতিদা য়াম্না অহোংবা লাকখিবনা মীওইশিংগী থাকতসু অনৌবা মওংদো মমল থেম্নখরে। যুগ পরিবর্ত্তন অসিনা অনৌ অনৌবা সমস্যা কয়া থোরকই অমসুং ৱারী মচা ইবগী মচাক ওই। মমাংঙৈগী সমাজদা লৌউশিংউবগী পুনসি ইংনো পেন্না লৈথোক্লম্বদুগী ওন্নতৈনবদা হৌজিক্তি পেন্দবা, অৱা অন! মীওংমীচে, ওথনৈবা অমদি শুমদুনা চাবনা থান্নকপদগী থৌমীশিংগী পুনসিদা অনৌবা সামাজিক পথাপ অমা লাকই। অদুগী মহৈনা অশাওবা অমসুং লমন খুম্নীংবগীৱাখল পোকখি।

সৈয়দ আব্দুল মালিক হায়বসিসু ৱারীমচা ইবা অমনি। অনি শুব লাঙ্গাও মতুংদা মহাক্কী লাইরিক ময়াম্না পাম্নখি। অসমীয়া ৱারী ইবা উপন্যাসকার অয়াম্বা ভঙতানা পুন্সিদা লাইরিক লেংদুনা তুং কোইনা লৈবা ঙমখিদে। অদুবু চংথিবা চহী কুনমুকসিদা লেংদনা শৈয়দ মালেকতি লেপতনা ৱারী মচা ইখি অমসুং হৌজিক মতমগী ৱারী মচা ইবা কবিশিংগী মনুংদা শ্মাইদগী হেন্না মহাক্কী মীংচং লৈ। মতম কুইনা ৱারী লেংবগী মরমদা মহাক্লা মথবায় য়াওখিবসিনা মহাক্লা অতৈদগী মখুং নানবা হেল্লি। নুপী-নুপাগী মরক্তা নুংশি-নুংওনগী হীরকপা ঈহৌ য়াম্না মখুং

নায়না শব্দোক্লা ফোঙদোকই। নুংশি নুঙোনগী বারী ইবা হৌরকপনা হৌজিক মহাক্লা পুক্নীংগী ফিভম মচাতানা খায়দোকপা অমসুং সমাজগী অফ-ফত্তগী মরমদসু য়ান্না ইরে। মসিনা অপাবশিংগী পুক্নিংদা থোইদোক্লা শহরগী পাখং লৈশাবীশিংদা যৌরাংবা ইরাং পোকহল্লি। মাগী বারীশিংদা পুক্নীংগী ফিভম মচা তানা খায়দোকপগী পাম্বৈনা মহাক্লা অপাবশিংদা হংনিংথোৎনীংবা, হেন্না খংনীংবগী অপাম্বা পোকহল্লি। খুদম ওইনা লমচৎ মাঙলবা নুপীজাশিংগী মরমদা ইবদা সমস্যা অসি করম্না মায়পাক্লা ফজবা মওংদা শেমদোক্কনি হায়বা অদুগী মওং উৎলি। লৈখা তারবা নুপীজা অমবু হৌজিক হৌজিক্কী য়েংবদা শাথিনা লৈখা তারে হায়দুনা খল্লবসু অমসুং ময়াম্না য়াম্না অচোপপনি হায়না নীংলবসু মশা-শিংদি থৌদোকশিংগী মায়োক্তা মাই পাকএ হায়না খল্লোকই। "শেষ উপকূলোর সেলুবাপার", "প্রাণ হেরোবাব পাচত", "জোবার আরু উপকূল" অমসুং "মরহা পাপড়ি" হায়বা বারীশিংসি মহাক্কী অকোনবা খোমজিনবা লাইরিকতা য়াওই। বারী খুদিংদা নুপীশিংগী পুক্নিংগী রাখলগী মরমদা মচা তানা খায়দোক্তুনা উতলি অমসুং মহাক্লা মশাগী মত শব্দোক্লা ফোঙদোকই। পূমকায় কায়থরক্লবা সমাজগী নুপীশিংগী লমচৎপুসু ফজবা মীৎয়েংনা য়েংবি অমসুং অইবনা অসিগুম্বা মফমদা মতম কুইনা য়েংনেরকপা মিৎয়েং অসি শেমদোক্লবা হোৎনবগুম তৌই অমসুং অসমীয়া শিংগী পুক্নীংবু অমুক হন্না তাকপী তম্বীদুনা হায়জে মদুদি নুপীনা মব্রানীংবা, সতিওইবা, পুক্নীং হকচাং তশেং তশেংবনি হায়বসি লেংদবা-নত্তে-মসিদি হোংলকলিবা সমাজগী ফিভম অমসুং মতমগী মতুং ইনগদবনি। মীওইশিংসিগি মনুংদা অমা অনীনা ইখঙ খঙহৌদনা খুদি থিরুবদা লৈখা তাবা য়াই অমসুং খুদোংথিবনা থল্লবা পুনসি ওইবা য়াই অদুবু মখোইগী মরক্তা নোল্লুকপা অমসুং চীংলেম্বা রাৎপ নত্তে অদুনা খুদি থিরুবা মখোয়বু ইম্বোকতুনা থম্বিবদি চুমদে। মখোয়বু অতৈ খুদি থিদনবা কোনশিনবিবনা তুংদা অচুম্বা লম্বৈন্দা চংঙকপগী মতেং ওইগনি।

মালিকনা লেংবা কুইদ্রিবা বারী মচাখরদা ইনাক খুনবা অমসুং লাইরব সমাজগী মীগা য়েংথিনবগী মওং উবা ফংঙি অমসুং-ময়াই ওইবা থাক্কী সমাজগী মীওইশিংনা শেনথুমগী মরমদা রাব, তিন্নবা য়াদবগী মওং উৎলি। "সিও মরিল" হায়বা বারীগুম্বদা জ্ঞানী গুনী কয়া সমাজদা চৎলিবা চুমদবা আর্থিক ব্যবস্থা মতুং ইন্না অব্রা-অনা মায়োক্লদুনা চাবা থকপা ফংদদুনা মতম চাদনা মথব্রায় থাবা য়াওই হায়বা উৎলি। ফিভম অসিগী মায়োক্তা মহাক্কী বারী মচাদা শাথিনা সমালোচনা তৌই। মহাক্কী বারী মচাশিংসি অনৌবা ভাবতা য়াম্না নাম্না ইথোকপনি। মালিক্লা অসমীয়া বারী মচাদা মতীং লৈরবা টেক্নীক পুশিল্লকই। মানা ইবা পুম্বা ফজবা তশেং তশেংবা অমসুং খ্বাইগা মান্নদনা তোপতোম্না তাবা অমসুং তনান তনানবা বারীনি।

দীননাথ শর্মাগী বারী মচাশিং সংকলন মরীদা ফোঙগ্রে। মখোয়দুদি "দুলাল" (১৯৫২), "অকলশরিয়া" (১৯৫৩), "কোবা ভাতুরিয়া ওথর তলত", "কলপনা আরুবাস্তব"। (১৯৫৫) মহাক্লা ইবা বারীমচা অয়াম্বা নুপীগী পথাপ কায়বা প্রেমগী মরমদনি। মসিদা মহাক্লা নুপীগী মোৎপ্রবা শক্তম য়েকই। খোমজিনবা লাইরিক কোবা ভাতুরিয়া ওথর তলত" তা য়াওবা বারীমচা "ফোটিগোম" হায়বাশিংদা অসিগুম্বা লমচৎ শোয়রবা ফজদবা নুপীগী লমচৎকী মরমদা ই। মশানা অসিগুম্বসিবু তাথিনা পামদবগী মওংসু উৎলি। তোইগুম্বসুং বারীমচা খরদদি মখোয়গী বা ভাংথোক্তনা বানা খাঙবা মতৌ, উপাই লৈতনা কোইচৎচৎপা, অকিবা অমদি মখোইগী চয়েৎনবা রাখল পুম্বসে য়াম্না মমুৎ তানা পুক্নীংগী ফিভম মচা তানা য়েংদুনা ফজনা পুথোক্লবা হোৎনৈ অমসুং মখোইগী অব্রা অনাগী দমক নুঙাইবিদে হায়বসি উৎলি। মহাক্কী কোবা ভাতুরিয়া ওথর তলতগী বারীমচাশিং পারগা জোলা অমসুং মুপাশাগী বা নীংশিংদবা

ঙমদে অমসুং মসিদা সমুদ্র ৱাংদা চেল্লিবা ঈহৌগী মমিসু তায়। ৱারীশিং অসিদা অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতমদা তোঙান তোঙানবা জাতিশিংগী মনুংদা অঙক অঙকপা মীশিংগী নুংশি-নুঙোলগী ৱা য়াওরি। অসি নত্তনা দীননাথশর্ম্মাগী অতে ৱারীদি আসাম লৈবাক্কী সহর অমসুং খুঙ্গংগী মরমদা ঙাক্তনি। "কল্পনা আরু বাস্তব" হায়বা লাইরিকসিদা য়াওবা স্ত্রীরত্ন শুম্বা ৱারী খরদি আসামগী খুঙ্গংগী মওং ফজনা ফোঙদোকই। দীননাথ শর্ম্মাগী মরু ওইবা দোষতি মহাক্কী লাইরিকশিংগী ৱাহৈ-ৱাতা নানদে অমসুং মহাও চেনদে।

হেমেন বরগোহাইন হায়বসি কবিতা নত্তে ৱারীমচা ইবসুনি। মহাক্কী ৱারীগী সংকলন অনী ফোংলে—"বিভিন্ন কোরাস" অমসুং "প্রেম আরু মৃত্যুর কারণে"। বরগোহাইনগি ৱাহৈ ৱাতাদা ফ্রোয়েডকি মমি তায়। ফ্রোয়েডকী লিবিদো থিওরীদা উংবনা মহাক্না নুপী-নুপাগী মনুংদা নুংশি-নুংওনগী চেল্লিবা থাঙ্গেশংবা থৌদোক ফোংনা সমালোচনা তৌই। মহাক্কী ৱাহৈ-ৱাতা য়াম্না নাল্লি অমসুং শীজিন্নবদা য়াম্না চেকশিন্নী।

পদ্ম বরকাকতিনা মহাক্কী উপন্যাস অমসুং ৱারীমচাশিংদা সমাজগি বেভার কায়না নুংশি-নুংওনগী মরমদা মীওইবশিংগী পেন্নবা ওইনা য়াম্না ফোঙনা আলোচনা তৌই। সৌরভ চলিহা হায়বসিসু অৱাংবা থাকতা কাখৎলকপা কবিশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক্না মরাই চায়থরক্লিবা সমাজ অসিগী নুপী-নুপাসিংগী মরমদা শাথিনা করেম্নবগা লোয়ননা সমালোচনা তৌই।

ভবেন সইকিয়া, লক্ষীনন্দন বরা অমসুং মহিম বরা লেখক অহুমসিনা খুঙ্গংগী মীশীং অমসুং মখোইগী পুন্সি মরেলগী মরমদা নুংশিনা য়েংবা মিৎয়েংগা লোইননা য়েংই। মখোইগী ৱারীসিংদা খুঙ্গংগী মীশিং অমসুং.ফিভম মুম্না য়েংই হায়বা উৎলি। লানজাওগী মতুংদা লাকপা সাহিত্যগী অহোংবগী মরমদা মমাংঙেদা পনজখ্রে। ৱারীমচাগী মওং অমসুং টেক্নীকতসু মসিগী মমি তাখি। থৌ-চীনবা মতমসিদা ঙাইহাক নুঙাইনবা সাহিত্যগী মায়কৈদা ৱারীমচা পান্নবনা পাবিবশিংগী মশীং অমসুং লেখক্কী মশীং হেনগৎখি। স্কুল কলেজগী নহাশিংনা অয়াম্বা ৱারীমচাগী লেখকনি। মখোয়গী ৱাখলদা ৱারীমচা লেবসি ইরাই-লায়বা পোৎনি হায়না খনদোকই। নোংচুপকী শিক্ষা ফংবা নহারোনশিংগী মথক্তা ফ্রোয়েদ অমসুং মার্কসগী মমি তাবনা মখোয় ধর্ম্মগী মরমদা খঙদে সমাজগী মরমদা খঙদে সাহিত্য, দর্শন, কলা পুম্বা অনৌবা মওংদা পুন্নমক শেমদোকনিংঙি। মখোইনা হৌজিক লৈরিবা মমল লৈবা পুম্বা বিজ্ঞানগী মিৎয়েংদা অফ-ফত্ত লেপহন্নীংই। লেখকশিংসি পুক্নিংগী মমগ্রবা অমসুং লুখ্রবা মফমদা লুপতুনা পুক্নিংগী ফিভম মচাতানা থমদুনা বিচার তৌই। নুপী-নুপাগী মনুংদা লৈরিবা অমসুং চেল্লিবা নুংশি নুংওনগী শেরান্নবা ঈহৌদা তিংশিনবা, হকপান্নবগী অইংবা, অতপ্পা, নুঙাইবা অনৌঅনৌবদা খংবা অসিনচাংবা অসিনা তুংকোইবা পথাপনি হায়না খনথোকই। ইনাক খুনবগা লাইরবগা খেন্নবা, লৌউবগা লৌবুগা লৈনবা মরীদা হংজিল্লি অমসুং লৈবগ লৈংবগা কাঙলুপ অনীসিগী মরক্তা ফজবা মরী থন্নবা পাওতাক পী। ইউরোপকী অশেংবা থৌদোক পাম্বা থৱাই জাত্তওইবা অমসুং হংজিনবা পাম্বা ৱাখলনা লমজিংলবা নহা ওইরিবা ৱারী ইবসিং অসিসু পুনসিগী অশেংবা থৌদোক ৱাথোক পুম্বা চুম্না মরীক চুম্না ইথোকপা পাম্মী। সাহিত্যগী সেবা তৌবদা অথিংবা থমলোই হায়রবদি অচুম্বতা উৎপা (রিয়েলিজম) অসিদা লৈরে হায়না মখোইনা খঞ্জে। অচুম্বতা উৎপনা মখোইগী ৱারীগী মচাক ওইবনা লোম্দা পুদাদসু অচুম্বা অওইবদুতা শিজিন্নে অমসুং হান্নগী খোনচোপনি ইনবা হায়নবা হৌনদে হায়না লৈরম্বদু পুমথা থাদোকই, থৌশাদে। করিগুম্বা সাহিত্য অমা চাওখৎপা

তারবদি চাননা থাজবা নত্তবদা পঙ্থদুনা লৈরম্বদগী থোরকপা তাই হায়বসি অচুম্বনি অদুম ওইনমক চুম্না অহোংবা থর পুন্নকপনা চাওখৎপা পুরকই হায়বসি মতম পূম্বদা চুম্বা নত্তে হায়বসিসু অদুম চুমই অমসুং অনৌবা সাহিত্যগী মওং অমসুং মচাক্কী চাংয়েং খুদিংমক ফজবা মপূং ফাহন্নবা হোৎনবগী লম্বীদা থোংথাং অমা ওইগন্দে।

# তরা শুবা তাংকক

## ৱারেং—খ্বাইনা খণ্ডবা

মথক্তা পনগ্রে হৌজিক্কী অসমীয়া লোন অসিগী চাওখৎ থৌরমগী মূলদি আমেবিকান বেপটিষ্ট অমসুং মখোয়গা লোয়নবা অসমীয়া থবক তৌমিন্নবশিংনি। আনন্দরাম ঢেকিয়াল ফুকন, গুণভিরাম বরুৱা অমসুং হেমচন্দ্র বরুৱান ব্যাকরণগী পথাপ পুথোকপিদুনা মহৈতম্বগী অমসুং অসমীয়া লোন শব্দোকপগী থুদোং চাহনখি অমসুং ইতিহাস, দর্শন বিজ্ঞান অমসুং আধ্যাত্মিক চর্চ্চাদা শীজন্নবা ৱাহৈ ৱাতাদা মহাও চেলহনখি। মখোইগী লাইরিক্তি অয়াম্বনা নাম্দবা ক্রকক্রক লাওবা রচনা নত্রগা ৱারেং ইবনি-মদুদা অনানবা অমসুং ফজনা চত্থবা মওং য়াওদে মসিদি তুংদা লাকখি। লক্ষীনাথ বেজবরুৱানা ইহান হানবদা চৎনরম্বা পথাপ শেমদোকতুনা অসমীয়া লোনবু অৱাংবা থাকতা পুখৎপিদুনা ময়াম মাঙদা মথৱায় হাপ্পুনা উৎপীখি। মরমসিদা মহাক্কী মথৌনা শিঙথানিঙায়নি। মহাক্না অসমীয়া লোনগী ৱারেং লেংবগী শক্তম অমসুং অরাইবা হীরমদা অসমীয়া লোনবু হম্বা মওংদগী ফগৎনবা করেম্নবগা লোয়ননা ইথোকতুনা হোৎনখি। বৃটিশ লেখক চেষ্টারটনগি মত মতুংইন্না ৱারীমচা তংখাই রচনাতংখায়গী মওংদা ঈদুনা মহাক্না ৱারীশিংদুদা মহাও চেলহল্লি। মসিনা মাগী রচনাশিংবু কাহেন্না নুঙাইহনবা মগুন হাপ্পী অমসুং ইমুংমনুংগী ওইবা হিরমকয়া অমসুং নোংমা নোংমা থেংনরিবা করিসু লৈত্রবা থৌদোক কয়াবু থৱাইতানা নোক্নবগী মচাক ওইনা শিজিন্নৈ। বেজ বরুৱানা খ্বাইগা মান্নদবা অনিংবা হেক্তা তৌবা (একসেন্ট্রিক) লৱাই লমগী অচৌঅশাং ওইবা টোরী পার্টিগী মেম্বর স্যার রোজর ডি কোভরলীগী মতৌ তমদুনা মাগী রচনা অমসুং সাহিত্যিক ৱারেং কয়াদা কৃপাবর বেজবরুৱা কৌবা শক্তম অমা শেমই অদুগা কৃপাবরগী লমচৎশাজৎ ৱাঙাং শাঙাং ওইনা অসমীয়া সমাজগী মোৎশ্রবা লায়নাশিংগী মরমদা চত্থরিবা পামজদবা থৌরমশিংদু ফোঙদোকলগা করম্না অমোৎপাশিংসি কোকহনগনি হায়বদুগী মরমদা মশাগী ৱাখল ফোংদোকই। মহাক্কী য়াম্না মগুন চেনবা "বরবরুৱার ভাবর বুড়বুড়ানি" হায়বা নুঙাইরবা রচনা পরেংগী লাইরিকসি আসাম লৈবাক্তা ময়াম্না খঙবা অমসুং পাম্বা লাইরিক অমনি। মসিদা মতমদুগী সমাজগী পুল্লিদা মওং মওংগী থৌরমশিংগী মরমদা ফাগী জোগায়গা লোইননা অশোয়বা কয়া উৎলি। মহাক্কী ফাগী জোগায়সি সীমা লানদে, ভদ্রতা ঙাক্না চত্থজে। সনাঙগী অশোয় অঙামগী মরমদা ফাগী জোগায় ওইরবসু য়াম্না রসচেনবা ৱাহৈ-ৱাতানা মীওইশিংগী পুক্কিংদা নুঙায়বা পোকহল্লি। মহাক্কী ৱাহৈ-ৱাতাদগী অনৌবা জ্ঞান ফংঙি অমসুং মীওইবশীংগী লমচৎ খঙবদা মতেং ওই। মহাক্কী ৱাহৈ-ৱাতাদা দোষ ইলে লৈতে হায়বসি য়াদে। "মোন্তেই" গী মতৌগুম্না মহাক্কী ৱাহৈ-ৱাতাশিং ইকোই কোইবগুম অমসুং ইচায় চায়বগুম তৌই।

সত্যনাথ বরা (১৮৬০-১৯২৫) হায়বসিসু ৱাবেং ইবা মীশক অমনি। মহাক্না হৌজিক্কী সমাজদা ঐমা ঙায়বে হায়বা মীওইশিংগী মরমদা, সমাজদা ওন্ন-তৈনবা থৌরমদা চত্থবা মীওইশিংগী মরমদা ফাগী জোগায়গা লোযননা সমালোচনা তৌই। মহাক্কী "কেন্দ্র সভা" হায়বা লাইরিকসিদা মসি পুম্বা য়াওরি। মহাক্কী-ৱাবেং লেংবগী অথোইবা মওংদি মহাক্কী "সার্বথি", চিন্তাকলি" অমসুং "সাহিত্য বিচার" হায়বা লাইরিকশিংদা উবা ফংঙ। মহাক্কী "সারথী" অমসুং "চিন্তাকলী" দা যাওবা ৱারেংশিং ৱাখল লৈবা ফজনা ইবা অমসু সমাজগী ওইবা ৱারেংনি।

মহাক্কী লাইরিক অহুমসি পাবদা পুক্নিং হুই। মদুগী মথক্তা জাতিশিং মনুংদা ভেদাভেদগী ৱাখল লৈতবনা লাইরিকশিংসিগী মচাকনি। ইউনিভর্স (মহাবীশ্ব) কী মরমদা মহাক্ন ইবা ৱারেংশিংসিদা পুন্সিগী উদ্দেশ্য, থৌরম, অচেংপা শাজৎ, অমসুং শেন শিজন্নবগী মরমদা হায়বনচিংবাশিংদা সাহিত্যবু চাওখৎনব, জ্ঞান ফংনবা অমসুং শিক্ষা শন্দোক্নবগি খুৎলাই ওইনা শিজিন্নে। জ্ঞান ফংলবদি পুক্নিংগী অমম্বা কোকই। "ৱাখলনা পুক্নিংগী হুজমযন্ত্রনি"। চাওখৎ লম্বিগী অপনবদি অন্ধবিশ্বাসনি, লাইরিক্কী পুকৈদি তুংশিনবা সনাগুম্বনি। মালেম অসি ঈশিংগী ঈচেলগুম্বনি। হয়েং তৌনি হায়দুনা থবক থৈদোক্তুনা থম্নবদি খুদোং চাবা ফংবা ঙমদে। তওনা অভ্যাস তৌরবদি থবক তৌবা লায় অমসুং সনা সৌদোক্লগা এসিড্ ওনবগুম্বনি। অসিগুম্বা ৱাহৈ পরেংশিংনা বেকোনগী মতৌ তমদুনা খুদক্তা বিচার চুন্না চথবা ঙম্মী অমসুং ৱাহৈ-ৱাতা চুন্না শিজিন্নবা ঙম্মী। সত্যনাথবরানা লেংবা ৱারেংদা লনাইগী লোনগী শক্তম অমসুং ব্যাকরণ নীতি শীজিন্নদুনা অসমীয়া লোনগী ৱারেংদা অনৌবা মপূম ওইবা, মপাঙ্গল কল্লবা, মওংলৈবা অমসুং মপুংময়ৈ ফারবা দর্শনগী মশক উৎপা মওং পুখৎপীরম্মী।

কালীরাম মেধী হায়বসি পুন্সিচুপপা সাহিত্যসেবাদা মথৱায় কথোকখি। থায়নগী অসমীয়া লোনদা ইরম্বা লাইরিক খবা মহাক্না হৌজিক্কী চৎনবী মওংদা সম্পাদন তৌবতা নত্তনা অসমীয়া লোন অমসুং ব্যাকরণগী মরমদা চাংদম্নবা য়াবা লাইরিকসু লেংবিরম্মী। থায়নগী অসমীয়া সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদসু ৱারেং কয়া লেংবিরম্মী। য়াম্না ইংবা অমসুং তপপা মওংগী ৱারেংইবদা হৈরবা কালীরামনা সত্যনাথ বরাবু নীংশিংহল্লি।

সত্যনাথ বরাগী থাক্কী লেখক অমগা লৈরম্মী। মহাক্কী মীংদি পদ্মনাথ গোঁহাইন বরুবা কৌই। মহাক্না ইবা কাব্য অমসুং নাটক্কী মরমদা মমাঙদা পনজগ্রে। বেজবরুবা গুম্না মহাকসু "উষা" অমসুং "অসম বন্তী" পত্রিকা অনীসিগী হৌদোকপা সম্পাদক অমনি। শতাব্দী কুন শুবগী শরুকতা পত্রিকা অনীসিনা অসমীয়া সাহিত্যদা ঈহৌ পীখি। লোয়ননা মশামক্না পত্রিকা অনীসিদা বিষয় কয়াগী প্রবন্ধ কয়া ফোঙবিরম্মী। মহাক্না স্কুলগী লাইরিক খরসু লেঙম্মী। লাইরিকশিংসী সাহিত্যগী কয়া অবাংবা থাক্কী নত্রবসু মসিমদি য়াদবা য়ারোই মদুদি মসিনা অসমীয়া ৱারেং সাহিত্য চাওখৎপগী লম্বেন ফাতোকখি অমসুং নহা ওইবা লেখকশিংদা লমজিং পীবিরম্মী। ৱারেং লেংবগী মায়কৈদা গোঁহাইন বরুৱাগী মীংচৎতি মহাক্কী অচৌবা লাইরিক শ্রীকৃষ্ণ হায়বা শ্রীকৃষ্ণগি পুন্সিৱারী ফোঙবদনি। লাইবিক অসি খণ্ড অহুম থোক্না ফোঙবনি। লাইরিক অসিদা বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়না লেংবা "কৃষ্ণচরিত" কি মমি তায়। শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা পুরানগী অরিবা লোনদা লৈবা ৱারীবু অরাযবা লোনদা ইথোকতুনা মযাম্না খঙনবা থাকতা পুখৎপীদুনা ফোংদোকই। মসিনা ইহান হানবা অসমীয়া সাহিত্যদা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা ময়ামদা মঙাল পীখি। মসি ঐতিহাসিক সূচনা অমনি। লেখকনা শ্রীকৃষ্ণবু ভগবন্নি হায়বা ৱাখল তৌবতা নত্তনা পুন্সিদা মায পাক্না মপুং ফাবা পুরুষোত্তমনি হায়না প্রণাম তৌয়ী।

কমলাকান্ত ভট্টাচার্য্য হায়বসিসু অবাংবা থাক্কী লেখকনি। মহাক্না ধর্ম্ম অমসুং সমাজগী মায়োক্তা হুদুনা তৌবা যাবা সমালোচনা তৌই। কমলাকান্ত ব্রাহ্ম্য ধর্ম্ম লৌখি। মহাক অসি একেশ্বরবাদীনি অমসুং ধর্ম্মগী মরমদা মহাক্কী মত, অমসুং মীৎয়েং যাম্না পাকচাওই। ধর্ম্মগী মরমদা লাপ্মী অমগী মওংদা ইবিবম্ব ৱারেং "গুটিদিযেক চিন্তাব ঢেউ" লাইবিকসিদা মহাক্কী মচা তানা খায়দোক্তুনা উৎপা মবৈ যেত্তুনা শৌগৎপা অমসুং সমলোচনা তৌদুনা ৱারেপ লৌবা ঙম্বগী শক্তি উৎলম্মী। কমলাকান্তগী পাওতাক যাওবা ৱারেংশিংদা সমাজ্না অচুম্বা থম্নবা ৱাখলনা থাম্লি অমসুং মহাক্না পুরোহিতশিংগী প্রভুত্বগী মায়োক্তা শাখিনা প্রতিবাদ তৌরম্মী

মহাক্লা মীনাইশুল্লা মথক থোংবা (অথোরিটি) বু খুরম্বা য়ারমদে। মরাই চায়থরক্লবা থায়নগী পথাপশিং কোনশিন্দুনা থম্বগী মায়োক্তসু য়াম্না কল্লা প্রতিবাদ তৌবিরম্মী। মীওইবগী পুক্নীংবু য়োহলীং চন্দুনা থম্বা যুমফম য়াওদবা আচার নীতিগী মায়োক্তসু য়াম্না পেন্দবা উতসি। ঈচেল য়াওদবা হিন্দু সমাজবু নোংচুপকি শিক্ষা লৌশিন্দুনা থৱায় হাপ্পবা অমসুং পুকচেলতা চাওথোক্লবা পাওতাক পীবিরম্মী। মহাক্লা পুক্নীং থৌগংপা ৱারেংকেয়া ইরম্মী মদুদা জাংখায়ববু নিন্দা তৌরম্মী, মতমহেল্লবা মতমগা চানদ্রবা চংনবী অমসুং অন্ধবিশ্বাসগী মায়োক্তা নিন্দা তৌরম্মী। মহাক লুখ্রাবী লুহোংবা য়ারম্মী অমসুং অসিগুম্বা সমাজ শেমদোকপগী থবকপু পামজরম্মী। মহাক্লা লেংবা "অষ্টাবক্রর আত্মজিবনী" হায়বা পুলিবারীদা উপনিষদ, গীতা অমসুং অতে ধর্ম্মগ্রন্থগী মতুং ইন্না হিন্দু ধর্ম্মবু তাকপগী মহুত্তা মরম্নাই মহাকী মততা ফোংদোকচৈ। মহাকী ব্যাখ্যা অসি যৌক্তিক মতমগী ৱাখল পরীংগা চানৈ।

"অম্বিকাগিরি রায়চৌধুরী"না লেংবা ৱারেংশিংদি যৌক্তিক্তি মুৎপ্রবা "চেতনা" অমসুং "ডেকা অসম" হায়বা চেফোংশু অনীসিদা ফোঙখি। মশামক পত্রিকা অনীসিগী সম্পাদক ওইরম্মী। মহাকী ৱারেংখরদি খোমজিল্লগা "আহুতি" হায়বা মীংথোন্দা লাইরিক অমা ফোঙখি। মসিদা মতমদুগী আসাম লৈবাকী রাষ্ট্রীয় সমস্যা নৈনবগী খুদম উবা ফংঙি। মসিদা অসমীয়াশিংগী সংস্কৃতি অমসুং ইতিহাসকি মরমদসু য়াম্না মুন্না নৈনৈ। মহাক মশাগী মবম্নাইগী ইবগী মওংলৌজে মাগী ৱারেংদা ৱারক ৱাতেম্বগা লোয়ননা হায়বা টীংলেম্না ৱাহৈ ৱাতাদা ঈশেংগী সুরগুম্না থোকহনবা অদুনা নুঙাইবা পোকহল্লি। মহাকী ৱাহৈ-ৱাতা য়াম্না য়াকপণ্ডা নত্তে লিনগুম্না কামদুনা চেল্লি অমসুং য়াম্না শেংঙি, অদুগি মথক্তা অচুম্বা লম্বেন্দা মশাবু থাজবগা লোয়ননা চৎথে। মহাকী লোনদা ভাবকী ঈহৌ কনমনদুনা করিগুম্বদা নাপ চাদবা য়াওই। মাগী লোন অদুনা মাগী ৱাখল ফোংদোকপা য়ৌদে অদুনা ময়েক শেংদবা মতাং য়াওই। রায়চৌধুরী চহী হুমফুতরা হেল্লবসু থৌনাদা নহা অমবু নমহৎপা গুন্নী।

জগন্নাথ বরা হায়বসিসু মতমদুগী ৱাখল লৈবা লেখক অমনি। মহাক সামাজিক অমসুং সাহিত্যগী মরমদা চিন্তা তৌবা মীওই অমনি। মহাকী ৱারেংগী মগুনদি হীরম পুন্নমক মুন্না য়েংদুনা খণ্ডহনবা পামজবসিনি। মহাকী ৱারেংগী লোন য়াম্না নাল্লি অমসুং ছন্দগা ৱাহৈ-ৱাতাগা ফজনা চানহল্লি।

হেমচন্দ্র গোস্বামী (১৮৭২—১৯২৮) হায়বসি মশাগী পুক্নীংফিভম মতুংইনা পুরাতত্ত্ববিদ অমনি অমসুং ইতিহাস খণ্ডবা মীওই অমনি। অদুম ওইরবসু মহাক্লা নহা ওইরিঙৈদা "ফুলর ঝাকি" হায়দুনা শৈরেং লাইরিক অমা ফোঙখি। মতুংদা মহাক ইতিহাসগী ভক্ত অমা ওইখি অমসুং ৱাখলসিনা চিংশিনদুনা আহোম যুগকী মচাক থীজিল্লি অমসুং খোমজিনখি। মহাক্লা "পুরণি অসম বুরঞ্জী" হায়বা ফাওরবা ইতিহাস অমসুং "দরং রাজ বংশাবলী" হায়বা কোচশিংথৌশিংগী মরমদা দৈবজ্ঞ সূর্য্যখরীনা ইরম্বা অয়েকপা লাইয়াওবা ইতিহাস পরেংগী সম্পাদন তৌবিরম্মী। মহাকী খ্বায়দগী হেন্না শিংথানবা য়াবা থবকতি "টিপিকেল সিলেকশনস ফ্রোম আসামীজ লিটারেচার" হায়বা খণ্ড খরদা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না ফোঙবা অসমীয়া সাহিত্যগী মচাকশিংসিনি। মহাকী শীঙথানিঙাই ওইবা চাওপ্রবা লাইরিকাসদা খ্বায়না খণ্ডবা, খণ্ডদবা লেখকশিংগী খুৎঈদগী থনদুনা অমসুং খোমজিন্দুনা লাইরিক অসিগী মচাক ওইহল্লী অমসুং মচাকশিংসি মাগুখিদনবা থৌরাং শিনখি। মহাকী পনবা য়াবা লাইরিক অমনা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না ফোঙবিবা অসমীয়া লোনগী খুৎনা ইবা লাইরিক পরেং তাকপা, (A descriptive catalogue of Assamese manuscripts) মসি অসমীয়া সাহিত্য অমসুং

সংস্কৃতিগী মরমদা অমসুং ইতিহাসকি মচাক থীজিনবগিদমক তঙায়ফদব লমজিংবনী। গোস্বামীনা ভট্টদেবনা লেংবিরম্বা বৈষ্ণব যুগকী কাউবা য়াদবা "কথাগীতা" হায়বা লাইরিক অসি বৈজ্ঞানিকঙী মীথয়েংদা সম্পাদন তৌবিরম্মী। মতমদুদা মহাক্লা পত্রিকা অয়াম্বদা অসমীয়াশিংগী থায়নগী পুরাতত্ত্ব, বিজ্ঞান অমসুং ইতিহাস নৈনদুনা প্রবন্ধশিং ইবিরম্মী অমসুং সমালোচনা তৌবিরম্মী। মশামকী ওইবা মশক তাকপা লেপ্পা নৈতনা ইবা অমসুং বিজ্ঞানগী মিৎয়েংগা লোয়ননা ইবা মরম্মা ৱারেংশিং অসিদা মাগী হান্নগী শৈরেংশিংদা থেংনবা মগুঙম্বা ৱাখল মুশি মুশি ময়েক শেংদবা অমদি মণ্ডংগী ৱাখলনা হেনবা অদুগুম্বা অমত্তা অমুক উবা ফংদরে। ঈবনা তপ্পা ৱাখল খনবা অমদি অচেৎপা ফজবা চপচাবী ৱাহৈৱোতা শিজিন্নবা অসিনা মাগী মই অসি অসিগুম্ব য়াম্না লুবা ৱা খন্নবা মতমদা থোইদোক্লা চুনৈ। অনৌবা আ য়ৌনা চঙশিনবা অমসুং অহোবা নৈতবা অসিগুম্বা মই অসি হৌজিক মতমগী অসমীয়া ৱারেংদা গোস্বামীগী অবদাননি।

সাধারণ জ্ঞান চাওখৎপগা লোয়ননা দেশগী মরমদা থিজিন হুমজিনবা হেনগৎলকপনা খ্বাই-তরাগী মরমদা খঙনিংবগী যৌরাংবা হেনগৎখি। যুগকী অহোংবগা লোয়ননা গবেষণাগী থৌরম চত্থবসু হেনগৎখি অমসুং আসামগী ইতিহাসকি ওইবা মওং মওংগী মচাক থীজিনদুনা পুথোকপা হৌখি। চৎখিবা মতম খরসিগী মনুংদা ঐতিহাসিক সাহিত্যগী লেখক মশীং য়াম্না হেনগৎখি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা শীংথানবা য়ার্বদি বানীকান্ত কাকতি, সূর্য্যকুমার ভুইয়া, সোনারাম চৌধুরী সর্ব্বেশ্বর কাতগে, কালীরাম মেধি, বেনুধর শর্ম্মা অমসুং অতৈ অতৈ। কলেজ তম্মিঙৈদগী হৌনা ভুইয়া হায়বসিদি অসমীয়া ইতিহাসগী মরমদা গবেষণা তৌবদা মথৱাই য়াওশিনখি অমসুং হীরমর্সিদা অথোইবা অমা ওইখি। মহাক নিয়ম নাইনা অহোমশিংগী কুম্বাবা ইতিহাস সম্পাদন তৌখি অমসুং মসি আসাম ষ্টেটকী ডিপাটমেন্ট অফ হিষ্টোরিকেল অমসুং ঐন্টিক্কারিয়ান ষ্টাডিজনা ফোংদোকখি। সূর্য্যকুমার ভুইয়া হায়বসি কবিনি অমসুং ৱারীইবা লেখকনি। মহাক্কী শৈরেং অখোস্না "নিম্মালি"দা য়াওবা "অপনসুর" হায়বা শৈরেং অসি কবিমশাগী শক্তমগী শরুক অমনি মসিদা কবিনা ঙম্খে লানথোকতুনা অমসুং মতমগী ৱাংমদা সীমা নৈতবা মফমদা মথৱায়বু পুনসিনবগীদমক যৌরাংবা উৎলি। ফংলরোয়দববু ফংলরোই খন্দুনা রোমান্টিক কবিনা পুক্লিংদা কপচরি অমসুং কার্লাইলগী মত মতুং ইন্না মসি মাগী অচৌবা ওইবগী খুদমনি। মীওইশিংগী নুঙাইবা অশা-অনাগী মরমদা য়াম্না ইবিরবসু-কবিনা খনজে মহাক মশামকপু শেংনা খংবা ঙমজদে হায়বসি অমসুং মপুংফাদনা হায়দোকপ অসি শৈরেংগী অচৌবা অথিংবনি হায়বসিসু মশান খনজে। সূর্য্যকুমারদি ইতিহাসকি লেখক অমা ওইনা খ্বাই ময়াম্না হেন্না খঙনৈ। ইতিহাসকি মরমদা মহাক্লা তোঙান তোঙাননা ইবা প্রবন্ধশিং খোমজিনদুনা "অহোমর দিন" মীংথোন্দা ফোংবিখি। মসিগী মথক্তা "অসম জিয়ারী", "বুরঞ্জীর বাণী", "মীরজুমলার অসম আক্রমণ" অমসুং "কুঁয়ার বিদ্রোহ" হায়বা লাইরিকশিংসি ফোংখি। "কুঁয়ার বিদ্রোহদা মতমদুগী ইতিহাসকি ৱাথোক কয়া অমসুং মীশক কয়াগী মরমদা ইদুনা নাটককুম্না নুঙাইরবা ৱাবী ওইখি। সূর্য্যকুমারগী প্রবন্ধশিংদগী মচাক লৌদুনা ঐতিহাসিক কাব্য অমসুং নাটক কয়া ঐখোইগী অইবশিংনা ইখি। ভুইয়া পুন্সি চুপপা ঐতিহাসিক গবেষণাদ উংদুনা লৈজে অমসুং আসাম লৈবাক্কী হৌগ্রবা মতমবু ইনৌ নৌনা শেমদোকপগী থবক্তা মথৱায় য়াওশিনখি। মসি মহাক্লা নোংচুপলোমগী মিচংমিখা নাইদনা পোৎসক্তুদা ফংনবা হংবা খোৎপা অদোমদা চৌখে।

অদুগা, ইগাদবা হিরম খন্দোকপা অমসুং মদু ময়াম মমাঙদা থম্বদা মহাক্লা ইতিহাসকী অচৌ অচৌবা মীশিংঙাক্তা খন্দুনা ইদে। মহাক্লা মতম মতমদুগী রাজনৈতিক সামাজিক পুনসি, ধৰ্ম্ম অমসুং কৃষ্টিগী মতাংদসু ফজনা নৈনে অদুনা মহাক্লা অহোম যুক্তা আসামগী ওইরম্বা ফিভম চপচানা ঐখোইদা উহল্লি। মহাকী সাহিত্য ইবগী মওংদি য়াম্না লায়বা বুরঞ্জিগী মওংদনি। ভুইয়ান ইতিহাস লেংবদা য়াম্না অরিবা চৎনখিগ্রবা ৱাহৈকয়া বুরঞ্জিদগী লৌথকুনা হৌজিক মতমগী চৎনবগা চুননা ফজনা শিজিন্নৈ। মহাক্লা আসাম লৈবাক্কী ফাওরবা সাহিত্যিক অমসুং সংস্কৃত পণ্ডিত আনন্দ রাম বরুয়াগী পুন্সিৱারী অমা ই। পুনসি শক্তম সাহিত্যদা মসি থাজৈশেনো য়াম্না ফবা মখলগী লাইরিকনি। সাহিত্যগী মচাক ওইনা লৈখিগ্রবা পণ্ডিত অসিগী পুনসি অদু য়ামগ্রবা মচাক্তগী মওং তানা খনগত্তুনা অচৌপিশক মখল খুদীং য়েংদুনা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা লেংশিন্দুনা অমুক হন্না সেমগৎখি।

হেমচন্দ্র গোস্বামী অমসুং সূর্য্যকুমার ভুইয়ানা পুথোকপিরম্বা গবেষনাগী মাইংগেদা আসাম লৈবাক্কী থাইনগী সাহিত্য অমসুং ইতিহাসকি মরমদা থীজিনবা অমসুং ইনিংবগী ঈহৌ ফংদুনা অরিবা খুৎই লাইরিক সম্পাদন তৌদুনা ফোঙবা সেবক ময়াম থোরকখি। মথোয়শিংগী মনুংদা বেনুধর শৰ্ম্মা হায়বসিনা অথোইবনি। "দুরবীন" হায়বা লাইরিকসিদা য়াওরিবা প্রবন্ধশিং পারগা মহাকী ঐতিহাসিককী ৱাখল অমসুং পাউগী তশেংবা মরু অদু পাম্বগী মওং অদু চপচানা ফংই। অসিগুম্বা মচাকশিংদগি অহোম নিংথৌশিংগী মরমদা অমসুং রাজকুমারী অমদি সেনাপতিশিংগী মরমদা খঙবতা নত্তনা অইবনা মচাকশিং অসি অসুকী মতীক ফজনা শিজিন্নগ্রে মদুদি ৱারী অদুদা ঐখোয়গী পুক্নীংলুপসিন হল্লি অমসুং পাবদা য়াম্না পুক্নিং হুই। মহাক্লা আসাম লৈবাক্কী ইহান হানবা বিপ্লবী মনিরাম দেওয়ানগী শুম্বৎনিঙাই ওইবা পুন্সি ৱারী ইরম্মী। মনিরাম দেওয়ান্না তরামাপন শুবা শতাব্দীদা বৃটিশকী মায়োক্তা ইহানহান্না বিদ্রোহগী ফিরান চীংখৎখি। মসিদসু শৰ্ম্মাগী থৌরবা জ্ঞানদগী থোরকপা ঐতিহাসিক কল্পনানা হেজিন্না শিজিন্নৈ অদুনা দেশ প্রেমী অমসুং বিপ্লবীশিংগী মরমদা মুন্না খঙজিনবা ঙম্মী। মসিগী মথক্তা মনিরাম দেওয়ান্না বিদ্রোহগী ফিরান পায়বিদুনা লৈবাক মচাশিংবু দেশগীদমক পংশিন্নবা পাঙগ্রবা যুগ অদুদা থবায় কথোকপগী ইহৌ পীবিরম্মী হায়বসি খঙবদা কয়া ৱাদে। জ্ঞানগী পাঙ্গলনা লৈতেংলেবা মখল কয়াগী পাবদা নুঙাইবা ৱারেং ইবা হৈরবা বেনুধর শৰ্ম্মাগী তোপ তোম্না মশাগী ওইবা অমসুং মতীং লৈবা মওং লৈ।

ৱারেং লেংবগী মওং মওংগী পথাপকি মথক্তা অতোপপা মওংগী সাহিত্যসু থোরকখি। মদুবু সমালোচনা সাহিত্য কৌই। নোংচুপকী ইংথিন ফংগ্রিঙেদা অসমীয়া সাহিত্যদা অসিগুম্বা সাহিত্য ইলে লৈরমদে। মসিগী ময়োন হনখিবদি অরুণোদয় পত্রিকা হায়বসিদনি অমসুং মথংদা অতে অতে পত্রিকাদসু চথরকখি। নোংচুপকী মওংদা সাহিত্যগী বিচার মতমদু ফাওবা তৌনরমদে। ইহান হানবদা সমালোচনা সাহিত্য হায়রগা মীশিংগী অমসুং লাইরিকসিংগী মীংময়ামগী অমসুং অক ফত্তগী লিষ্ট অমনি হায়না খঙনরম্মী। ইহান হানবা অচৌবা সমালোচনা সাহিত্যগী লাইরিক্তি লক্ষীনাথ বেজবরুয়ানা লেংবা শঙ্করদেবগী পুন্সিৱারীনি। লাইরিক অসিদা শংকরদেবনা তৌরম্বা থবক অমসুং মানা শিন্দোক্লম্বা বৈষ্ণব ধৰ্ম্মগী মরমদা ফজনা ইরম্বতা নত্তনা বৈষ্ণব ধৰ্ম্ম সন্দোকলম্বা অসিনা ইরম্বা সাহিত্যগী লাইরিক কয়া য়াম্না মওং তানা ফজনা থাগৎখি।

বানীকান্ত কাকতি হায়বসি য়াম্না মথৱায় য়াওবা অসমীয়া সাহিত্যগী সেবক অমনি। মহাক্লা মহাকী ৱাখলদা চাওখৎলকলিবা অসমীয়া সাহিত্যগী সমালোচনা সাহিত্য নৈনদুনা ফোঙবগী

মতম ওইরে হায়না খনজে। "চেতনা" হায়বা চেফোংসিদা অরিবা অসমীয়া সাহিত্যগী মরমদা ফোংঙি। হৌজিক্কী মতমগী অসমীয়া সাহিত্যিকশিংগী মরমদসু থীজিনবা হৌখি। কাকতি হায়বসি ফাওপ্রবা ইংরেজীগী অধ্যাপকতা নত্তে সংস্কৃত লোন অমসুং সাহিত্যগী মরমদা য়াম্না নীংথিনা খঙবা অমনি। মহাক্না লেংবো নিংশিংনিঙায় ওয়বা লাইরিক "আসাম-ইট্‌স্ ফোর্মেশন এণ্ড দেভেলপমেন্ট" অসিনা মহাক অসি কয়ামুক জ্ঞান লৈবা মীওইনি হায়বদু তাকই। মতমদুগী অসমীয়া লোন অমসুং ব্যাকরণগী মরমদা নৈনবা লাইরিক অসিমতনি হায়বসি জ্ঞানীশিংনা স্বীকার তৌবি। কাকতি হায়বসি নোংপোক অমসুং নোংচুপ অনীমক্কী পুনসিগী পান্দম অমসুং মনুংহুল্লিন্না অফফত্ত য়েংবগী মরমদা অথোইবা জ্ঞান লৈবা মী ওইবনা মহাক্কী লাইরিকশিং অসি য়াম্না মগুন চেল্লি অমসুং ময়াম্না পাম্লে। কাকতিগী থায়নগী অসমীয়া লোনগী অমসুং সাহিত্যগী মরমদা ইবা ব্রারেংশিং অসমীয়া লোন্দা সিগুম্বা লৈতে। শম্না অমসুং নাম্না ইবদা হৈশিল্লবা কাকতীনা ব্রারেংশিংদা চীংলেম্না মচা পোপপোপ তানা ইথোকপা মওংদা অরিবা অসমীয়া সাহিত্যগী ফজবা অৱাংবা দর্শনগী ব্রাফম অমসুং খুৎইগী মওং থিবতা নত্তনা মহাক্না মতমদুগী সমাজ, ধর্ম্ম-মরমদ' অমসুং সমাজ ব্যবস্থা অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা অচুম্বা ফিভম ময়ামগী মাঙদা উৎপীরম্মী। মহাক্না ইবা লাইরিক্তা যুগ অদুদা চৎনরম্বা অমসুং রীতি অমদি হিরম খুদীংদা ধর্ম্মবু য়ৌনা থাজবগী মওং য়াম্না শেংনা ফোংদোকপীরম্মী। মদুগী মহৈনা যুগ অদুদা জাতি অসিগী লৈরম্বা সমস্যা অমসুং আধ্যাত্মিক্কী ব্রাখল পুম্বা সমালোচনা তৌদুনা ময়ামগী মাঙদা মাগী ব্রারেংশিংদা উৎলি। অনীশুবদা মহাক্না হৌজিক্কী অসমীয়া কবিশিংবু নৈনবদা নোংচুপকা চাংদমন্নদুনা সমালোচনা তৌবগী পথাপ সিজিন্নে অমসুং অসিদা মানা মাগী নোংচুপকী জ্ঞানগী পুকৈদগী মচাকশিং লৌদুনা অসমীয়া লোনগী সাহিত্যদা হাপচিল্লি 'অমসুং অসিগীদমক ঐখোয়মহাক্কী লমন তোল্লবনি। মহাক্তি নোংচুপকী জ্ঞানদা জ্ঞানী ওইবনা মহাক্কী বাখল য়াম্না পাকচাওরম্মী। মহাক্কী সমালোচনাদা ফাগী জোগায়সু য়াওহন্দুনা মনুংগী রহস্য ময়ামগী মাঙদা উৎতুনা অসমীয়া লোনগী সমালোচনা সাহিত্যবু শিংথানবা য়াবা সাহিত্যগী থাকতা পুখৎপিরম্মী। মহাক্কী থৌদাংদি অসিনা লোইবা নত্তে। অসমীয়াশিংনা চৎনরিবা বৈষ্ণব ধর্ম্মমতকী মরমদা মহাক্কী প্রবন্ধশিং মথং মথং ওইনা থাগীচেফোং "বিজুলী" পত্রিকাদা ফোংঙখি। মদু উরগা মহাক অসি খ্বায়দগী হেন্না অৱাংবে থাক্কী সমালোচকনি হায়বদু তাকই। মহাক্কী থৌরবা জ্ঞান অমসুং মচাকলৈবা তর্কবিচারদা মহাক্কী মায়োক্তা অতৈ কনাসু খাঙবা ঙমদে। অদুনা মহাকপু অথোয়বা গুনী সমালোচকনি হায়না ময়াম্না ইকায় খুম্নে। মহাক্কী মখুত্তা অসমীয়া লোনগী ব্রারেং মপুং ফাখি অমসুং অরুবা হীরম পুন্নমক লোনসিদা ফোঙদোক্লবগী খুৎলাই ওয়বদা মতীক চাখি।

ডিম্বেশ্বর নেওগ হায়বসিনা অসমীয়া লোনদা অরিবা অমসুং হৌজিক মতমগী সাহিত্যগী লাইরিক খরা ইরম্মী। লাইরিকশিংসিদা মমল লৈরবা ব্রারেংকয়া য়াওই। মহাক্কী লাইরিক "অসমীয়া সাহিত্যর জিলিঙনি" হায়বসিদা নৈনরিবা হীরমশিংনা অসমীয়া সাহিত্যগী অইবা খরবু নৈনরি। নৈনবা মসিদা অইবা মশাগী ব্রাখল অয়াম্বা অদুগা মরমচানা চানহন্না খন্ন নৈনে।

সত্যনাথ বরানা লেংবা "সাহিত্যবিচার" হায়বসিমক তশেংবা সমালোচনাগী অথৌবা সাহিত্যনি হায়বা য়ায়। মসিদা মহাক্না ভারততকি অমসুং ইংরেজী পথাপ অনীমক্তা নৈনবী। নীলমনি ফুকনগী "সাহিত্যকলা" হায়বসিদি মহাক্কী লনাই মত মতুং ইন্না ফোঙবনি অমসুং মহাক্কী লাইরিক অসি ইতোপ তোপপা অনৌবা মওংদা ইথোকপনি হায়বসি কনামতা য়েংথনিঙায় লৈতে। বিরিঞ্চি বরুয়াগি "কাব্য আরু অভিজ্ঞান" হায়বসিসু অসিগুম্বা খ্বায়না পাম্বা

লাইরিকনি। মহাক্না মসি লেংবদা ইটালিগী লেখক বেনোডিটো ক্রোচে, হিন্দী কবি লক্ষীনারায়ণ সিংহ অমসুং অতোপপা ইংরেজী, হিন্দী অমসুং বাঙালী অইবশিংগী মতুং ইন্দুনা য়াম্না মরম চানা ইথোকপা লাইরিকনি। উমাকান্ত শর্মাগী "কাব্যভূমি" হায়বসিদি দার্শনিক অমসুং কলাগা মরী লৈনবশিংগী মীৎয়েংদো নৈনবা লাইরিকনি। ফাওরবা ইংরাজী সমালোচনা সাহিত্যগী কবি হড্‌সনগী মতৌগুম্না ত্রৈলোক্যনাথ গোস্বামী হায়বসিনা য়াম্না অয়াইবা লোনদা খ্বাইনা খণ্ডনবা "সাহিত্য আরু সমালোচনা" হায়বা লাইরিক অসি ইরম্মী। ভারতকী অমসুং ইউরোপকী থাক য়াম্নবসু লাইরিক অসিদা অসমীয়া সাহিত্যদগী লৌথোকনা খুদমনা মাগী সমালোচনা অসিবু শৌগৎলম্মী। হেম বরুয়ানা মহাকী "আধুনিক সাহিত্য" হায়বা সমালোচনা লাইরিকসিদা ইংরেজী সাহিত্যগী মখল মখলগী লাইরিকতগী মচাক লৌখৎতুনা লাইরিকশিংদুগী হৌজিকী মতমদা চৎনব্রিবগী মরমদা সমালোচনা তৌই। লাইরিক অসিনা মহাক ইংরেজীদা য়াম্না জ্ঞান লৈবা মীওই অমনি হায়বদু তাকই অমসুং ইংরেজী সাহিত্য পামজৈ হায়বদুসু তাকই। হেম বরুয়াগী "সম্মিহলী" হায়বা লাইরিকসি মতম মতমগী ওইনা হীরম কয়াগী মরমদা খোমজিন্দুনা ইবা লাইরিকনি। মসিদা মিশরগী ইতিহাসদগী হৌদুনা আইনষ্টাইনগী বিজ্ঞান চর্চ্চা, লমহাংদা উৎপা থিয়েটর অমসুং নুপীশিংনা ফজবগী মরমদা নৈনবা ফাওবা য়াওই। অদুবু ৱারেংশিং অসিদা মশাগী মোৎ য়াম্না হাপমনবা অমদি খণ্ডবা হৈবদা হেন্নি উৎনীংবগী মরম হেক হেক কোইনা পীরকপা অসিনা অপাবশিংগী পানীংবগী থৌরাংবদু য়াম্না হুম্বহন্নি। মহাকী লমকোয় ৱারীদি য়াম্না অয়ায়বা লোনদা রস চেনবা ৱাহৈ-ৱাতাদা ইবনি। অদুনা ময়াম্না পানিংঙি। মহাকী "সাগরদেখিছা" অমসুং "রঙা করবীর ফুল" হায়বসি আমেরিকা অমসুং রাশিয়া কোয়বগী অঙকপা য়ৌনা ফজবা লমকোয় ৱারীনি। মমিৎ অনী লেপ্পা দেশ অনীসিগী মীওইশিংগী আচার ব্যবহার অমসুং দেশগী মওং থবায় য়াওনা য়েংবেতা নত্তনা সাহিত্যগী রীত কায়দনা মতীক চাবা লোনদা ইবা লমকোয় ৱারীনি। অতুল চন্দ্র বরুয়াগী "সাহিত্যর রূপরেখা" হায়বসি সাহিত্যগী মওং মওংগী ঈচেল অমসুং বিভাগকী মরমদা ফজনা ইবা ৱাহৌদোকনি।

যুগ অসিদা হেন্দোক খোইদোক্না নীঙতম্বা ফংবগী মতুংদা অসমীয়া সাহিত্য, ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা মুন্না খণ্ডবা দরকারনি হায়বসি অসমীয়া মচাশিংনা খনখি অমসুং মসিগী মরমদা হৌত্রবা মতমগী ফজবা অফবাপুম্বা থিদোক্লগা লেপ্তদনা থমগদবনি হায়বসি স্কোলার অয়াম্বনা জাতিগীদমক তৌদবা যাদ্রবা থবকনি খনখি। উপেন্দ্র চন্দ্র লেখরুনা মহাকী "অসমীয়া রামায়ণ সাহিত্য" হায়বা লাইরিকসিদা হৌজিকী মওংদো মাধব কন্দালীনা লেংবা রামায়নগী সমালোচনা তৌই অমসুং রামায়ন সাহিত্যগী লোনদা, রীতি নীতিনচিংবগী মরমদা গবেষণা অমদি সমালোচনা তৌই। বিরিঞ্চি কুমার বরুয়াগী "অসমীয়া কথা সাহিত্য" হায়বা লাইরিকসিদা অসমীয়া লোনগী ৱারেংগী হৌরকফম অমসুং হোংলকপগী মরমদা নৈনদুনা ই। বরুয়াগী "অসমীয়া ভাষা আরু সংস্কৃতি" হায়বা লাইরিক অসি মরু ওইবা ৱারেং খরা পুনশিনবনি অমসুং মসিদা মহাক্না অসমীয়াশিংগী পুলিমরেল অমদি সংস্কৃতিগী মরমদা লেখক অতৈনা শোকখিত্রিবা অদু আলোচনা তৌই। বরুয়ানা পঙনা ফংদবা লাইরিক খরগী মরমদসু সম্পাদন তৌই। খুদম ওইনা "অঙ্কিয়া নাট", "মহামোহ কাব্য" অমসুং "শ্রীরাম আটা আরু রমানন্দর গীত" হায়বশিংসি সম্পাদন তৌখি। লাইরিকশিংসিগী ৱাহৌদোকতা সমালোচক অমগী মীৎয়েংদা থায়নগী অরিবা অসমীয়া সাহিত্য অমসুং ইতিহাসগী মরমদা মহাক্না য়াম্না ফজনা সমালোচনা তৌবিরম্মী।

হরিনারায়ণ দত্ত বরুয়া, মহেশ্বর নেওগ অমসুং সত্যেন্দ্রনাথ শর্মাখোয়সিনা থায়নগী অসমীয়া লাইরিক থরগী হৌজিক্কী বৈজ্ঞানিক পথাপ মতুং ইন্না সমপাদন তৌই। মসিদগী ঐখোয়না অনৌবা মশাল ফংঙি। নেওগনা লেংবা "পূরণী অসমীয়া সমাজ আরু সংস্কৃতি", "অসমীয়া গীতিকাব্য" অমসুং "অসমীয়া প্রেমগাথা" হায়বা প্রবন্ধশিংদো অরিবা অসমীয়া সাহিত্য অমসুং সমাজগী মরমদা মানা থিজিন্নবা পূম্বা হাপ্তুনা য়াম্না মূন্না নৈনবা উবা ফংঙি। লেখকশিংসিনা মখোয়গী প্রবন্ধশিংসি ইদুনা অসমীয়া লোন অমসুং সংস্কৃতি চাওখৎপা অদু তাকই অমসুং মশাগী তৌবগুমজবদু লেপ্পা লৈতনা চখরি হায়বা তাকই।

আসাম লৈবাক্কী মীওইশিংগী পুন্সিমরোল অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা লক্ষীনাথ বেজবরুয়া, নকুলচন্দ্র ভুইয়া অমসুং ডিম্বেশ্বর নিওগ হায়বা কবিশিংসিনা পুক্নীং চঙ্লম্মী হায়বসি মখোয়না খোমজিনবা থায়নগী অরিবা গীতি অমসুং খুন্নাগী ৱারীশিং অসিনা উৎলি। মতমসিগি লোক সাহিত্যগী মরমদা মমল লৈরবা মচাকশিং য়াওবা অমসুং য়াম্না মগুন লৈবা প্রবন্ধশিং লেংবিরম্মী। হুন্দকমরকসিগা অসিগুম্বা অতে লাইরিকসু থোরকএ। মখোয়গী মনুংদা প্রফুল্ল দত্ত গোস্বামীগি "অসমীয়া জনসাহিত্য" হায়বা লাইরিক অসি অনৌবা মচাকশিংগী পূকৈনি অমসুং পাবদা পুক্নিং হুই।

দর্শন অমসুং খ্লায়না পাম্বা বিজ্ঞানগী মরমদা লাইরিকসু ইবা হৌরে অমসুং ফোঙনরে। মসিগী মরমদা য়াম্না ৱাখল লৈবা অমসুং মীংচৎ লৈবা লেখক থোরকএ। রাধানাথ ফুকন অমসুং রোহিনীকান্ত বরুয়ানা মখোয়গী বৈজ্ঞানিক প্রবন্ধশিং ফোঙদুনা অসমীয়া সাহিত্যবু চাওখৎহল্লি।

মতম মতমদা ফোঙবা সাহিত্যিক চেফোঙ অমসুং পাউজেল চেশিংনা অসমীয়া সাহিত্য চাওখৎপদা অমদি সন্দোকপদা য়াম্না মতেং ওই। মতমসিগী চৎনরোলদসু মখোইসিনা অকনবা ঈথিন পীরি। মথল মথলগী সাহিত্যগী থৌদোকশিং চেফোঙসিংগী মমিংগা মরী লৈনৈ। খুদম ওইনা "অরুনোদয়", "জোনাকি", "বাহি" অমসুং "আহবান।" অনৌবা চেফোঙ খুদিংমক অনৌবা ঈহৌগী অইবশিংগী পুনফমনি। চেফোঙখুদিংদা লেখকশিংনা মশা মশাগী মত ফোঙদোকুনা সাহিত্যগী ফিভমগী মরমদা সমালোচনা তৌই। চেফোঙশিংসিগি মতেংনা যুগতুগী শক্তম খঙবা ঙম্মী অমসুং মমিংসু থোল্লি।

শিবসাগরদগী খৃষ্টান মিশনারীশিংনা ফোঙবা "অরুণোদয়" হায়বা চেফোঙসিনা ইহান হানবা অসমীয়া লোনগী থাগী চেফোঙনি হায়বসি মথক্তা পনগ্রে। অসমীয়াশিংনা লনাইগী ওইনা ফোঙবা "অরুণোদয়" অমসুং মসিগা মান্নবা বাংলা অমদি উরিয়া লোনগী চেফোঙ থংনবা রাজ্যশিংদগী ফোঙই। মদুদা মতমদুগী পাউজেলতা ফোঙবা নত্তনা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা মওং মওংগী প্রবন্ধ য়াওই। পাওতা নত্তনা অনকপা অমসুং অরাপপগী ৱারী কয়া অমসুং বৈজ্ঞানিক্কী ওইবা অমসুং ময়াম্না খঙবদা কান্নবা প্রবন্ধশিংসু য়াওই। "অরুণোদয়" হায়বসিগী লামায়দা হৌজিক্কী অসমীয়া সাহিত্য ইহান হাম্না শাৎকায়খিবনি। চেফোঙশিদা অসমীয়া মীওইশিংনা মখোয়না ঙাওনরম্বা লোন সাহিত্যদা ফিদা ফংখি অমসুং ৱারেং অমদি শৈরেং অনীমক ফোঙখি। মদুনা লোন অদুবু ঙসি অসমীয়া সাহিত্যগী চৎনরিবা লোন হায়না খঙনরিবসিনি।

মসিগী মথংদা মীংচৎ লৈবা অসমীয়া চেফোঙদি "জোনাকী" (১৮৮৯) হায়বসিনি। মসিগা মরী লৈনরম্বা ফাওরবা কবিশিংদি চন্দ্রকুমার আগরওয়ালা, কনকলাল বরুয়া অমসুং অতৈ মীওইশিংনি। চেফোঙসিদা অসমীয়া লেখকশিংসিনা ইংরেজী রোমান্টিক কবিশিংগী ভাব অমসুং ফিদম আসাম লৈবাক শীন্না শন্দোকই। "উষা" (১৯০৭) হাযবসিগী সম্পাদকতি পদ্মনাথ

গোহাইন হায়বসিনি অমসুং "বাহি" (বাঁশি ১৯০৯) হায়বসিগি সম্পাদকতি লক্ষীকান্ত বেজবরুয়া হায়বসিনা ওইরম্মী। সাহিত্যগী চেফোংশু অনীসিগী মত খেন্নবনা মরে য়েৎনবগী মওংদা মতমকুইনা প্রবন্ধশিং ফোঙনে অমসুং সাহিত্যদা ফাওরবা সারথী অনীসী মাঙদা লৈবনা অসমীয়া সাহিত্য চাওখৎপদা থরা মতেং ওইখি। মখোয়গী প্রবন্ধশিংদা মখল খুদীংগী ৱারেংশৈরেং, ৱারীমচা অমসুং ঐতিহাসিক সমালোচনান চিংবা য়াওই।

মথংদা ১৯২৯ ইংদা "আহবান" হায়বা চেফোংশুসি লাঞ্জাও অনী শুবগী মতম ফাওবা কলিকাতাদগী চহি তরামুক ফোঙখি। মসি ময়ান্না পাম্বা চেফোংশুনি। সাহিত্যগী মরমদসু চেফোংশু অসি য়াম্না অৱাংবো থাক্কী চেফোংশুনি। মসি পাবিনব অথম্লবা কাংলুপ অমা থোরকখি অমসুং সাহিত্যগী ঈহৌ অমা ময়ামগী পুক্নিংদা হৌরকখি অমদি মথৱায় য়াওবা লেখকশিং থোরকখি। সাহিত্যদা মওংমেওংগী ভাবসু চঙশিনলকখি। চেফোংশু অসি পাম্বগী মরমদি চেফোংশুসিদা ৱারীমচা ফোঙবগী ফজবা মওং অমসুং বিজ্ঞানগী মরমদা আলোচনাগী মতৌননি, নহা লেখকশিংনো মসিবু ফিদম ওইন লৌখি। ৱাখল লৈবা দার্শনিক অমসুং মরে য়েৎনবা প্রবন্ধ হৌজিক মতমগী সাহিত্যদা মুৎশিল্লকএ। অদুম ওইরবসু "আহ্বানগী যুগতদি মখোয়দুগী অথোইবা মর্য্যাদা লৈরম্মী। "জয়ন্তী" কৌবা চেফোংশু অমগা লাঞ্জাওগী মমাংদগী ফোঙবা হৌখি। মসিদসু নহা লেখকশিংনো সাহিত্যগী মরমদা মওং মওংগী চর্চ্চা তৌনে অমসুং প্রবন্ধ কয়া ফোঙবগী ঈহৌ অমা লাকখি। ঐখোইনা চেফোংশুঅসিদা অনৌবা যুগকী কাব্য থোরকপগী মতৌ উবা ফংঙি।

লাঞ্জাও মতুংদা অসমীয়া চেফোং অনীগা থোরকপা উই। অমদি নুতিগী ফোংবা, "দৈনিক নতুন অসমীয়া" অনীশুবদা চয়োনগী "অসম বাণী" হায়বসিনি। অসিগী মথন্তা থা-গী ওইনা ফোঙবা চেফোং "রামধনু" হায়বসিমসুনি। "নতুন অসমীয়াদা" নোংমাইজিংগী চেফোঙদা লাইরিকশিংগী মরমদা সমালোচনা ফোংঙি অমসুং অসুম তৌদুনা অনৌবা লেখকশিং থোকপিরক্তুনা ইবনা অসমীয়া সাহিত্যবু মরা চেংহনখি। শীংথানবা য়াবদি "নতুন অসমীয়াদা" রম্য রচনা অমসুং ৱারেং কয়া ফোঙদুনা অসমীয়া সাহিত্যগী ঈহৌ হেনগৎহনখি। ডঃ হেম বরুয়া, ললিত বরা, তিলক হাজারিকা, হেমচন্দ্র শর্ম্মা, ভদ্রবরানচিংবা লেখকশিংনা রম্যরচনাবু শৌগৎপীরম্মী অমসুং মখোয়গী প্রবন্ধশিং অয়াম্বদি "নতুন অসমীয়দা" ফোংঙি। লাইবক থীবদি ঐখোয়গী নহা লেখকশিংনো থক্লি মতীক মগুন লৈবা কবিশিংতনি সাহিত্য পুথোকপদা দরকার ওইরিবদি। তোইশুন্নসুং মখোয়গী খাঙবা কনবগী শক্তি লৈতে অমসুং অচম্বা অমসুং অচুম্বা লম্বীদা চত্থবগি ৱাখলসু লৈতে। মখোয়গী প্রবন্ধশিংগী সমালোচনা তৌবা মতমদা দান্তেগী ৱাহে নিংশিংঙকই-"কলা অমসুং জ্ঞানদি য়াওদনা মগুন লৈবতবু থাজদুনা কবিতা ইরিবা মখোই অদুগী ময়াল অদু অরানবা মশানা প্রমাণ তৌসনু।"

"অসমবাণী" হায়বা চেফোংশুসিদা নহা অহল খায়দনা মীওই পুন্নমকী তোঙান তোঙানবা অপাম্বা মওংগী রস চেনবা প্রবন্ধ, ৱারীমচা শৈরেংনেচিংবা পুন্নমক ফোংঙি। "রামধেনু" হায়বা মপাঙ্গল লৈরবা চেফোংশু অসিনা নহারোলবু শৌগৎলি। ঈহৌ অমগা লোয়ননা নহারোল কবি ৱারী মচা ইবা অমসুং সমালোচকশিংগী প্রবন্ধকয়া হৌজিকী অসমীয়া সাহিত্যদা চৎনরবা মওংদা ফোংখি। মখোয়সিগী মরক্তা অনৌবা কবি, ৱারী লেংবা অমসুং থৌনা ফবা সমালোচকসু থোরকখি। মতমসিগী সাহিত্যচর্চ্চা, ফজবা ৱাহে-ৱাত্তা অমসুং খোমজিনবগী থৌরমনচিংবা পুন্নমকী তুঙফম চেফোংশুশিংসিনা ওয়খি। [illegible] চৌবা তুরেলদা পুনবশুন্না অসমীয়া সাহিত্যগী মওং মওংগী শক্তম, রূপ [illegible]সুং ছন্দ পুন্নমক [illegible]কপা ফংনা মীওইশিংগী ইপাক্তা তীনখি।



ঐখোয়গী ভারতবর্ষগী লোগ কয়ামরুমগী ঐতিহাসিক অলোচনাগী লাইরিক ফোঙননবা হোৎনরিবা সাহিত্য অকাদেমিগী থাখল য়াম্না হরাওনিংঙইনি। সাহিত্য অকাদেমিগী মরুওইবা থৌদাংদি অসিগুম্বা ভারতবর্ষগী চাউর-চাউরবা লোনশিং অসিবু নৈনবদা থৌগৎপা অমসুং মখোয় লোন মশেন অমগা অমগা নকশিন্নহন্নবা হোৎনবা হায়বসিনি।

ঐখোয় অয়াম্বা মশীং য়াম্নবা লোনশিং অসিগা হকথেংননা শক খঙনবা হায়বসি ওইখোক্রোই। তৌইগুম্বসুং তঙাইফদনা তৌফম থোকপা থাফম অমদি লৈ, মদুদি, লাইরিক হৈরে হায়না মশানা হায়জরিবা ভারতবর্ষগী মীওই খুদিংমক্না মহাক মশাগী মরোল্দু নওবা অতে লোনগী মরমদসু মহাক খঙফম থোকই। হায়রিবা লোনশিং অসিগী খাইদগী অথোইবা অমসুং অফাওবা লাইরিককশিং অসিগা মরী লৈনবা জ্ঞান মশাদা লৈগদৌবনি অমসুং অসুম্না তানশিনবা জ্ঞান অসিদগী পাকচাউরবা অমসুং মশা-মরেং ফম্নবা ভারতবর্ষগী সংস্কৃতিগী হৌরকফম মশাদা চুশিনহনগদৌবনি।

মসিগী থৌদৌ অসিদা মতেং পাংননবগীদমক সাহিত্য অকাদেমিনা ঐখোয়গী লোন খুদিংমক্কী অথোইবা লাইরিককশিংবু ঐখোয়গী অতোপ্পা লোন মদা অনুবাদ তৌ তৌদুনা পুথোক্লি অমসুং ভারতকী লোনশিংগী ইতিহাসপু ইননবা হোৎনরি। অকাদেমি অসিনা অসুম্না ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী হৌরকফমগী মরমদী খঙহলি ঐখোয়গী জ্ঞানবু পাকথোক-চাওথোকহল্লি অমসুং হেন্না মনুং হুঞ্জিনহল্লি অমসুং ঐখোয়গী মীশিংদা ভারতবর্ষগী থাখল অমসুং সাহিত্যদি মরুদা ইমান মান্নবা হৌরকফম অমত্তদগীনি হায়বসি খঙহল্লি।

জাতিগী সাহিত্যবু নুংশিবিবশিংগী মফমদা লাইরিক অসি পাবিনবা ঐনা হায়জরি।

মমল : ৮০ টাকা

ISBN 81-7201-916-5